# লময়ানবা

অথৌ লিচা হেপ্পা

থয়াং কোন্দাই লোনবশিং

পাথৌ মিংলেন্ন হেনমোইব

পোইরৈ তা ফাত্থিবশিং

নখোয়’ মার নখোঙ্গুনবু

ঠীজরক্কে।


পান মনিপুরী যুথ লিগকী থাগী চেফোং

ইং ১৯৬৯

আগষ্ট - ডিসেম্বর

থা ৫ গী


খোমজিন্নগা

নৌনা নমখোকচবা।


মমল লুপা ২৫০/-



( অতমনবা চেফোং )　　　অহানবা মশীং

---



শহিদশিংগী পুন্সি

শহিদশিংগী বিচার

পুরী নুপীগী পোৎলুম

বেঙ্গল সেক্যুরিটি এক্ট

য়ুথল মরুমদা

অথাপ্পদগী

শক থংনবা হোৎনজবদা

শান্নবুংগী পাওথাং

থাদা মী তাবা

পুত্রীদা মী তাবা

লৈশাবী হাৎপা





[illegible], কে, সনাজাওবা

# লময়ানবা


১৩ আগষ্ট ১৯৬৯

★

অহানবা চেফোং

★

ইডিটর

এন. কে. সানাজাওবা

★

সব-ইডিটর

বাই তেজেন্দ্র

মেম্বরস

ও. ভোগেন্দ্র

কে.এইচ. ইবোমচা

এ. বীরেন্দ্র

প্রোঃ এ. ভীরেন্দ্রকুমার

এস. প্রমোদিনি

সি. এইচ গুণীলৈমা


## আগষ্ট তরাহুমদোই

আশোনবা জাতিশিংগী পুন্সিবু অর্থ পোকহন্দবা অকম্বনা অচুম্বা শক্তম লৌবগী থাইদগী মযেক লানা উৎথিবা মুমীৎ থাবান অমা ওইখিবা অদু ঙসি অসিনা কুম্ফ তরানিপাল শুব' চহিনি। ইং ১৮৯১গী আগষ্ট তরাহুমদোই ইতিহাসকী ওইনা মুৎপা য়াদ্রবা মুমীৎনি। অশোনববু নমথবা জাতি অমগী মশাগী অধিকার অমসুং সম্মান ঙাকনা লৈজববু য়েংবা ঙমদবা আতোপ্পবু তাথিবা অকম্বা জাতিশিংগী মরক্তা মীচং লৈজদবা, মীশিং য়ামজদবা কাংলুপশিংনা মশাগী সম্মান অমদি তাংদাংবা শক্লোন পুদুনা করম্না হিংবা য়াগদগে হায়বা ৱাহং থোক্লকথিবা মুমীৎনি। মীগী থনবা ঙমদবা মথোয়তনা শপচিনবা পাম্বগী ৱাখলনা লমজিংখিবনা মরাল লৈজদবা কাংলুপ কয়াবু থাম্বীনিংঙাই য়াওদনা নৈহৎপীখিবা দৃশ্য অদুনা মণিপুরীশিংগী জাতিগী পুন্সিদা ময়াই কল্লবা হু ওইদুনা ঙসি ফাওবা লাইয়েংফম থংদ্রি। হৌনদ্রবা মীহাৎ অদুনা থুক্কংহনখিবা মীহুল ঙসি ফাওবা হম্থরাক্ত্রি। তমথীবা মতম অদু তুংওইনরম্লগা অনৌবা, ফজবা, শান্তি ওইবা জগত অমা ঙসিগী পৃথ্বীদা লৈরে হায়বসি হৌজিক যাওবা মণিপুরীশিংনা থাজবা ঙমদ্রি। স্যায় চংদ্রবা, মচানা মমাবু সুংশিজবা হায়বসিবু করি মরাল পীফম থোকপগে? ঙসি ফাওবা হংলিবা অমদি নৈনরিবা মণিপুরীশিংগী ৱাহংনি। লাইরবী নত্রগা পাঙ্গল শোনবী ওইদুনসু মশাগী সতীত্ব ঙাক্না লৈজবশী মণিপুরী ইমাগীসু মরাল লৈখিবা নত্তে। মৈত্রমাগী নিংতম চৈবু মুল্লগা নমদুনা মীনাই ফীজোল হোংগে হোৎনখিবা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী তুক্কচরবা অত্যাচারনি। মদু য়েংদুনা নৈথোকপা হায়বসি

মনা দুংশিবগী মক্তুবা মৈরি কারিবা মণিপুরী নোংশারেলশিংগীদি ওইথোকখিদে। মশাগী সংস্কৃতি, কৃষ্টিগী ইচেল লৈজবা, পৃথ্বীগী জাতি অমত্তনা মড়ু থাংদুনা লৈফম থোক্কে। হৌরদবা অত্যাচার অদুগী মাইয়োক্তা চোংথোক্কনা মাইয়োক্কখিবা অথোবশিংদুগী পুন্সিদি জগতকী কৈদৌরুম মথা লৈবাক্কীদমক তুজুং-নাচুংবা পোক্কনা পুন্সি পূর্ণাহুতি পীখিবা চংখোল্লবা অথোবাশিংগী অশোংবা ই মরীকশিং অহু জাতিগী ফংডমদ্রবা শিদহিদাকনি। মথোয়গী পুন্সিরোল নৈনবতনা জাতিগী জাইমা কোক্কদবনি। কাখিবা হুগী ময়াই চমহনবা ওমগদবনি। শিননবগীদমক হিংবা পুন্সিগী মাইয়োক্তা হিংননবগীদমক শিগদবনি হায়বসি ঐখোয়গী নোংশারেলশিংশনা জগত্তা তাক্লি।

ঐখোয়না খংহনগদবনি অচোবনা অপিকপা নৈহৎপা, হাৎননবগীদমক্তা তৌখিবা অকনবগী বিচার তশেংনা জীব জগত্তা শিংনবনি। তুক্কচরবা কলঙ্কনি। মীওইব জগতকী ইতিহাসপু মশক থিহবা শাজৎনি। ওসিত্তু, হয়েংস্তু তত্তনা ৱারী নীগদবনি মণিপুরীশিংদি জানখিদে। মশাগী শরোন মাংহন্দনা লৈনিংবগী অধিকারগী মাইয়োক্তা চংলকখিবা অকম্বা শক্তিগী অত্যাচারনি। য়ুম্নোন কৈরোম্ববা লৈবাকশিংগা মচীল মনাও ওইনা দুংশিননা অমদি পুন্না হিংমিন্নবগী নীতি অসি মণিপুরী জাতিগীদি লৈশেমখৈদগী চৎনরকপনি মতম থুদিংদস্তু মসিনা থুংলাই ওইগদবনি। নীতি অসিগীদমক থরাই কৎখিবা অথোবশিংগী ফীদম লৌবতনা তাইবং জগত্তা শান্তি পুরকপা ঙমগনি।

---

## লময়ানবা

* থা/থা থুদিংগী ফোংবা পাম মণিপুরী মুথ লীগকা চেফোং

* মসুং অমসুং মপান্দা লৈবিকা মণিপুরীশিংগী শকথং মাইথংনকা রাথল ফাওদোক্কবা চেফোং।

"লময়ানবা" চোফাংগীদমক রারেং হাপ্পীরক্কা নিংশিংজরি। রাহৈ থুদিংমক মণিপুরী লোন্দ ইবিব অমদি চেনাগী মথক মথা ইবিরক্কনবস্তু নিংশিংজরি।

রাহং পাওথুমগী লামায়স্তু মথংগী চেফোংদগী কাংদোকচরগনি। মণিপুরগী মপান্দা লৈথ্রিবা মণিপুরীশিংগীদমকস্তু লামায় থমজরি। থংহনবীরকউ, হায়দোকপীরকউ, ফোংদোকপীরকউ।

# শহীদশিংগী শম্লপ্পা পুন্সিরোল

[ জাতি অমগী মতীকচাবা সনমানদি জাতি অদুগী নিংথা তম্বা যুদ্ধশু কায়হন্দবা অসিতনি। অসিগুম্বা নিং-থা তম্বা হাক্কবগীদমক মথ্রাম থাখিবা মীওইশিংগী য়ারী পৃথ্বীগী ইতিহাসতা অতাংবা নত্তে। মণিপুর ইতিহাসকী হৌখিবা লামায় কয়াদম্ম মরৈবাক্তীদমক মথ্রাই কংখিবা অথোইবা অথোইবীশিংগী খোঙুল থেংনদবা নত্তে। পৃথ্বীনা থীংজিনবা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদ শক্তিগী মাইয়োক্তা লেপ্লুনা মরৈবাক মজাতিগীদমক থবাম কখোকখিবা কয়াগী পুন্সিগী য়ারী জাতিগী ইতিহাসতা সনাগী মচুনা হংদুনা লৈরি। ইং ১৮৯১ গী পৃথ্বীগী শক্তি ওইরবা বৃটিশ শক্তিগী মাইয়োক্তা মরৈবাক মজাতিগী নিংতম্বা জাকুব থোংনবদা ওইথোক্লবা লাম্থেং পীথিবশিংগী কংবা নাইদ্রবা ঈ অথ তুংগী মীহৌরোলদা ফংজমদনা ফংলবা শিদহীদাকনি—ইডিটর।]

## বীর টিকেন্দ্রজীৎ

পলাশিগী লানকমদগী হৌবদুনা ইং ১৯৪৭ ফাওবগী মনুংদা বৃটিশ সরকারগী মায়থোক্তা মরৈ-বাক্তীদমক লান থোরদুনা শহীদ ওইখিবশিংগী মরক্তগী বীর টিকেন্দ্রজীৎ অমোইবা অমনি। বীর টিকেন্দ্রজীৎ ইং ১৮৫৯ গী ডিসেম্বর তারিখ ২৫ দা পোকখি। মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তি সিংহগী অহুমশুবা মচানি। অপোকপীগী মমীংনা চোংথাম নিংথোল কুসেশ্বরী কৌই। মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী অহুমশুবা রানীনি। শ্রীমতি গ্রীমরুদনা হায়রমবগী মতুং ইন্নবদি মহাক অসি ফুট মঙা, ইঞ্চি নিপাল রাই। মহাক্না হায়রম্মী, "টিকেন্দ্রজীৎ অসি মতম অদুগী মণিপুরদা খ্বাইদগী হেন্না মপাঙ্গল কনবা মীওইনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী থাং তা, কাংজৈ শাম্নবা অমদি মতম অদুগী ওইবা অকল অথোগী শিনকম য়াম্না নিংথিনা হৈরম্মী। নহা ওইরিঙৈদগী মশাগী মনিং মথা তম্বা পাম্বা মীওই ওইরকই। নহা ওই-রিঙৈদ থুংলাই য়াওদনা মথুন্তনা কৈ অমা নমদুনা কাথি। মদুদগী মহাকপু কোইরেং হায়না থংনখি। মথল মথা অয়াম্বা লৈবাক্তী থবকশিংদা অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াওরকপনা লৈবাক জাকপগী হিরমদা য়াম্না হৈ শিংলম্মী।

মতমদগী নিংথৌ মচাশিংগী লালচৌ, চিংগী লালহৌনচিংবা কথাদা য়াগী মথৌনা মরৌশিংতনা নমথখিবগী য়াকম কয়া ময়েক লানা লৈরি। মহাক্তী হৈশিংবা অমদি বৃটিশপু য়েংথিবা অদুনা মরম ওই-দুনা নহা ওইরিঙৈগী মহাক অসি বৃটিশকী মায়োক্তদা লৈবা মীওই অমা ওইনা থংনরকই। মরম অসিমক্তা জেমস জোনষ্টোন্না রাজদুত ওই-রিঙৈদা মতম পুম্ন ক্তা টিকেন্দ্রজীৎকী মায়োক্তদা লৈরমলিবনি। মচাগী মগুণ নিংশিনা থংলবা মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিনদি জোনষ্টোন সাহেবকী রা-কৎশিং অত্ত থওইনা ভাবিখিদে। ইং ১৮৮৬ কী মমাংদা কোটরাল, ১৮৮৬ তগী সেনাপতি অদুগা ইং ১৮৯০ দা যুবরাজ ওইখি। স্নুপনম ওইনা তকশিল্লকপা বৃটিশ সরকারগী সাশনগী মথাদা তুকথরক্লীবা সুরচন্দ্র মহারাজগী মায়োক্ত ভঙাম-ফদনা লাল হৌখি।

ইং ১৮৯১ দা ভারত সরকারগী তকশিল্লকপা নিয়ম চুমদবা লানজংগী মায়োক্তা মণিপুর সর-কারনা লেপখিবা লাল অদুগী মরু ওইবা লাম্থোং শিনবা নিপানি। বৃটিশনা মণিপুরগী কোম্মুং পায়-খ্রবদা মণিপুরবু অমুক হন্না মনিং মথা তম্বগীদমক

অরোনবা লম্বীদা চংখিরম্মী। চিনা চংননবা হোৎনরকপগী লম্বীস্থ থংখিবদগী, মরুওইনা হকচাং ঙমলক্কবদগী ইম্ফালদা অমুক লাক্কনা বসরামগী মমুমদা নাথৈরিথৈদা মমাঙৈবাকী নিং তম্ববু মশক থংবা ঙমদবা, মশাগী অচাওবম পাম্ব মমাবু য়েংম্বোকপা ঙম্বা জাতীগী বিদ্রোহী থুরকী ঈনা লাই শাবা থেকেন্দ্র স্থবেনারগী মপুত্রা ভাখি। বৃটিশ সরকারগী মায়োক্তা লালহৌবা বৃটিশ অফিসারশিংবু হাৎপদা তেংবাংবা নিপা অমনি হায়না মহাকপু ইং ১৮৯১ গী আগষ্টকী তাং ১৩ দা কৈথেল অচৌবদা (হৌজিক্কী বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্ক) পুথোক্কনা ফাঁসি তৌখি।

## থাঙাল জেনেরেল

ইং ১৮১৭ তা থাঙাল পোকখি। গম্ভীর সিংহ মহারাজগী হাক্তক্কগী নিংথৌ ওল্লকপনা স্থরচন্দ্র হাক্তক ফাওবা, অদুগী থোইদোক হেনোক্না কুলচন্দ্রগী হাক্তক ফাওবদা মনিপুরগী মরুওইবা রাজম খুদিংমক মহাক্কনা শিল্লকপনা জেনেরেল থাঙাল অসি মতম অদুগী পৃথিবীগী ইতিহাসতা পুথোকপা য়াবা মতিক লৈবা ফম্নাইবা অমথকনি। মহাক অসি নোংমৈ কাপ্পদা মথুং চুম, লমীৎ তুম্মীৎ নিংথিনা থবা অমদি মীবু নিংখিন মশক থংবা মীওই অমনি। চহি তরেৎ খুম্ন্যাকপগী মতুংদগী গম্ভীরসিংহগা লোইননা থবক তৌমিন্নরকই। ১৮৪৪ ইংদা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগা লোইননা কছারদা চেনমিয়ে। চন্দ্রকির্ত্তিনা অমুক হন্জিন্দনা পানবা মতমদা হাজারী, ১৮৬৭ ইংদা মেজর, ১৮৭৯ ইংদা জেনেরেল ওইখি। ১৮৮০ ইংদা নাগা হিলসগী লালগী মতুংদা সনাগী তকমান ফংখি। ১৮৮২ ইংদা অয়া পুরেন হায়বদি বর্মীজ এংকিয়ারসগী মন্ত্রি ওইখি। 'কাংবল লোই' হায়বা মতম অদুগী মণিপুর সরকারগী খ্বাইদগী রাংবা ফমথোল অদু ফংখি। মশা য়াম্না কম্না উইবা, য়াম্না হৈশিংবা, মহাকী মরা য়াওদনা নিংথৌ ফাওবনা করিগুম্ব অমত্তা তৌবা ঙমদবা মীওই অমা ওইরম্মী। ১৮৯১ ইংদ হাৎখিবা সাহেবশিং অদুগী মরুওইবদি মাগী খুজিন্দগীনি। ১৮৯১ ইংগী আগষ্টকী তাং ১৩ দা টিকেন্দ্রজীৎকা লোইননা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি।

## পাওনা ব্রজবাসি

১৮৩৩ ইংগী ডিসেম্বরগী তাং ২০ দা পাওনম শাগৈদা পোকখি। চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা মহাকপু ধর্ম্মদা য়াম্না থরায় য়াওই হায়দুনা ব্রজবাসি হায়বা মিংথোল পিখি। ধর্ম্মগী মথিদা ভারতকী মকম অয়াম্বা কোইরম্মী। খুৎস্থ খুৎলাই শিজিন্নবদা য়াম্না হৈশিংলম্মী। মতম অদুগী মথৌনা লৈবা মীওইশিংগী মরক্তা খ্বায়দগী থোইদোক হেন্দোকপা মীওই অমা ওইরম্মী। বৃটিশকী কাংবুনা লাকপা মতম অসিদদি মহাক্তি রাজনীতিগী বন্দী অমা ওইদুনা লৈরম্মী। মণিপুরগা বৃটিশকা লান থোক্লবা হোরক্লবদা তুমুয়োমদা লাকপা বৃটিশকী কাংবু থিংনবগীদমক "মেজর জেনেরেল" হায়বা ফমথোন অদু থিন্দোক্কনা ব্রিগেডিয়ার গ্রাহামগী মায়োক্তা থাখিরম্মী। চহি চা কয়া মনিং মথা তম্না পানজরক্লবা মণিপুরগী নিংতম্বগী অরোইবা লানফম,

খোংজোমদা পৃথিবীবু গুকহনবা মথৌনা উৎলম্লগা মরৈবাক্কীদমক এপ্রিলগী তাং ২৩, ১৮৯১ দা মরৈবাক্কীদমক্তা মথায় কৎথি। মহাক্না খোংজোমদা উৎলম্বা মথৌনা অসিগীদমক গুসি ফাওবদা মণিপুরগী য়ুমথোং থুদিংদা মহাক্কী মতিক মগুণ থাদুনা খোংজোম পর্ব্ব ওইনা শররি।

মথক্তা হায়খ্রিবা মীওইশিং অসি নত্তবা চীংতম অনিগী কম্লাইবা কয়ানস্থ মরৈবাক্কীদমক লানফম অসিদা মথায় থাখিরম্মী। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা য়েংখোইবা, য়াইস্কুললাকপা, চীংলেনস্না মীওইশিং অসি শিংথানবা য়াই। মখোয়শিং অসি নত্তবা মার্চ্চকী তাং ২৩, ১৮৯১ ইংদা ইম্ফাল থাদোক্তুনা ডিমাপুরবোমদা চৎখিবা টেলেগ্রাফ সুপারিণ্টেন্দেণ্ট মেলভিল অমদি মাগী এসিষ্টেন্ট ও'ব্রাইন অনিবু মল্লাংখাংগা হাৎখিবা মল্লাংখাংগী থাঙ্গাল কাংবু চরাই থাঙ্গাল থে ইদোক হেন্দোক্না শিংথাবা য়াবা মীওইনি।

মীওইবা জাতিগী ইতিহাসনা লৈরিবা মতৌদি অমদি মরৈবাক মজাতিবু মনিং মথা তম্না লৈহনবা পাম্বা নহারোল থুদিংগী থম্মোয়দদি ঐখোয়গী শহীদশিং অসি যুগ যুগ থুদিংগী ময়েক লাবা অমুম হেনগৎলক্কদবনি।

---

# শহীদশিংগী বিচার

এল, চন্দ্রমনি

বৃটিশ সরকারনা মনিপুরগী কোম্মুং লৌখ্রবা মতুংদা জেনেরেল কোলেক্তন। ইং ১৮৯১ গী মণিপুরী লালহৌদা মাংজীন থারম্ব মীওইশিংবু ফারকপা মীদা অচৌবা মনা পীগনি হায়না লাওথোকখিবদগী ১৮৯১ গী মেগী তাং ২৩দা অয়াম্বা মীওইশিংদি লোইনা ফাগৎলম্মী। অস্তুম্ম: জাতি অসিগী ঙ্গ ওইরবা মীওইগী শরোদগী টিকেন্দ্রজীৎ নচিংবস্থ বৃটিশকী মথুক্তা তাখ্রবা তুংদা মখোয়বু বিচার তৌননবা অথম্লবা ত্রিবুনেল অমা ভারত সরকারনা শেম্লম্মী। ত্রিবুনেল অসি মিলিটরী ওফিসার অনি অদুগা সিভিল ওফিসার অমা লেপ্টনেণ্ট কর্ণেল সেণ্ট জোন মিৎচেলনা প্রেসিডেণ্ট ওইদুনা শেম্লনি। কুলচন্দ্র মহারাজ, টিকেন্দ্রজীৎ, অঙৌসা অমদি তিলাঙম্বা মচিন মনাও মরিগী মথক্তা পিখিবা মরাননা—

(১) ভারতকী মহারাণীগী মাইয়োক্তা লান হোৎ;
(২) বৃটিশ ওফিসারশিংবু হাৎপদা তেংবাংবা, অদুগা (৩) মী হাৎপগী মরালশিংনি। সরকারগী মাইকৈদা বিচার অসি চত্থরিবনা মেজর মেক্সয়েল অদুগা মণিপুরগী নিংথৌমচাশিংগী মাইকৈদা লেপলিবা উকিলনা জানকিনাথ বাশক* হায়বা ইম্ফালদা লৈবা মুপা অমনা ওইরম্মী। হায়রিবা

*বাশক হায়রিবা মুপা অসি ইম্ফালদা য়ুমদাংদুনা কোললৌক্কী কারবার মা অমা ওইনা তৌদুনা হিংলম্বা মণিপুরগী মপান্দগী মীনি। ইংরাজী খংবা মীওই অমা ওইনা চোংথোক্তুনা কোর্টদগী শেল থুম লৌবগা মরাইবক শেমখিবনি।

বাশক অসি আইনগী মরীদা করিস্থ খংদবা স্থপা অমা ওইরম্মী। মহাক মশামক্তা হায়জবা য়ারোল অমদা পীরি— মহাক্তি চুম্না ইংরাজী ইবা-পাবা খরদং মথংবা, মীহাৎ মীপুনগী কেশ করম্না চথগদগে খংজদবা মীওইনি। অদুবু ভারত সরকারনদি মণিপুরগী মপান্দগী উকিল নেকপা য়াদে হায়না থীংখি।

মতৌ অসুম্না সরকারগী মীচংদা শাখি ১৫ অদুগা মণিপুরী নিংথৌমচাশিংগী মীচংদা শাখি ৬ পুথোরক্লম্মী। ত্রিবুনেল অদুনা টিকেন্দ্রজীৎপু অহানবা অমদি অনিশুবা চার্জদা লান্নে হায়না রাই তারম্মী। মরম অদুনা মহাকপু ফাঁসি তৌ- দুনা হাৎনবগী হুকুম তৌরম্মী। কুলচন্দ্র অমসুং অতোম্নাবুনা ভারতকী মহারাণীগী মথক্তা লান হৌংগীদমক মরাল লৈরে হায়না রাই তারম্মী অমসুং মখোয়বু হাংপগী দণ্ড পীরম্মী। জিলা চম্বুদি অতাংনি হায়দুনা তাকপীরম্মী। জেনে- রেল থাঙ্গাল, ৩৪শুবা নেটিভ ইনফেন্ট্রিগী সিকাই ওইরম্বা নিরঞ্জন স্থবেদার, পোলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউদপু হাৎখিবা কজাও সিংহ, টেলে- গ্রাফকী স্থপারিন্টেন্ডেন্ট মেলভেলী অমদি মহাকী এসিস্টেন্ট ও'ব্রিয়েন অনিবু ময়াংখাংদা হাৎখিবা চরাই থাঙ্গালবু বিচার তৌখিরম্মী। অদুগা অতেম্ম বন্দি ১৩ অমনা জিলা খরচ তৌবগী বন্দি পীরম্মী। বিচারগী রাই লোইরবা মতুংদ কলি- কতাগী বারিস্তর মনমোহন ঘোষনা লানথংপা অইবা দরখাস্ত অমদা মণিপুরগী নিংথৌমচাশিংগী মরাল লৈতে হায়বা উৎপদগী কুলচন্দ্র অমসুং অতোম্নাবুদি জিলা খরচ তৌবগী দন্দিদা হন্থ- খিরম্মী। টিকেন্দ্রজীৎ, থাঙ্গালনচিংবগী মথক্তা পীরম্বা দণ্ড অদুদি হোংদোক্রমদে।

চৎথরক্লিবা কেশকী মওং অসি ঘোংলুরগা অসুম্না হায়নিংই মদুদি— ভারত সরকারনা হান্না রাই তাথোক্লগা কোম্না আইন তাক্লবনি হায়দুনা তৌশিন্নবা মওংদা ত্রিবুনেল অদু শেমখিবা মাল্লি। মনমোহোন ঘোষনা পিখিবা চেরোল অদুদা হায়রিবদি, 'মণিপুর অসে ইং ১৮২৬ য়ান্দাবু সন্ধিগী মতুং ইন্না মনিং মথা তন্না লৈবা লৈ- বাক অমনি। মথংগী করিগুম্বা থোদোক অম- তদসু মণিপুর অসে ভারত সরকারগী মথা পোনবা লৈবাক ওইখিদে।' শ্রীঘোষনা অমুক্তা হায়রি- বনা বৃটিশ সরকারনা করিগুম্বা লান অমা দিক্লার তৌবা লৈতনা মণিপুরগী কোন্নুংদা লান্দারুবনা কোন্নুগী লাম্নাশিংনা মশা তাকচনবগীদমক লোং- ঙৈ অমুক কাপচরকপনি। মরম অদুনা মণিপুরনা বৃটিশ সরকারগী মাইয়োক্তা লান তৌবা হৌই হায়বসি অদুম্না রাকম নত্তে অনিশুবদা, মী হাৎলি হায়বগী চার্জদা দিরক্লিবা দণ্ড অসিদি কননা মক্ত ওইবা য়াথং পিরিবনো হায়বদু তাংদাংবা খংবনা হান থোক্লম্মী। অদুবু ভারত সরকারনদি শ্রীঘোষনা লানথংলক্লিবা দরখাস্ত অদু পোইদোক্লা থম্নরমদে মরমদুনা ইং ১৮৯১ গী আগস্ট তাঃ ১৩দা টিকেন্দ্রজীৎ, থাঙ্গাল, নিরঞ্জন, কজাও অমাদ চরাই থাঙ্গালদু মপান কাংজৈজবুংদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। কুলচন্দ্র, অতোপ্পা অদুগা অতোম্না বন্দি তরাংহুমদোই অদুনা অন্দামানদা পুন্সি চুম্নগী জিলা খরচ তৌখিরম্মী।

মণিপুরগী নিংথৌ মচাশিংবু বিচার তৌ- খিবা মওং অসে য়াম্না নৈননিঙাই ওইবা অমনি। য়ান্দাবু সন্ধিগী মতুংইন্না মণিপুর অসে ভারত নত্রগা বর্মাগী মথা পোনবা লৈবাক্নি হায়বগী রাকম লৈতে। তশেংনমক মনিপুর অসে মশানা

লৈবাক অনিগী মরক্তা লৈনবা মরি অদু মণিপুর অমসুং বৃটিশ ভারত অনিগী মরক্তা লৈনরম্মী। ইং ১৮৩৩গী এপ্রিল তাং ১৮দা য়ানখিবা সন্ধিগী তরেৎশুবা রাজেপকী মতুংইন্না— 'বৃটিশকী নোংপোক্কী লৈবাকশিংদা করিগুম্বা থুদোংথিবা থোক্লবদি মণিপুরগী নিংথৌনা বৃটিশ সরকারদা মহাক্কী লান্মীগা লোইননা তে বাংবনি।" হায়বা অসিনা অমুক ঘোষনা হায়রিবনা 'কলিকতা হাই কোর্টনা ইং ১৮৬৫ অতুগা অমুকসু ইং ১৮৬৭তা হায়খিবদি মণিপুরগী নিংথৌ অসি বিলাতকী মহারাণীগা মরুপ ওইনা লৈননবা এখিয়াদা লৈনা মশাগী মনিং তম্বা শক্তি লৈবাক অমনি " মরাল লৈরবা মীওইশিনি হায়রিবাশি বৃটিশ সরকারগী নৎলমদে। ভারত সরকারনা/শেমদোক্লিবা অৎনরা ত্রিবুনেল অ'সনদি মসে য়বু বিচার তৌবা য়াদে। অদুগা অমুক মহারাণীগী মথক্তা লাল হোৎই হায়দুনা চাড্জ তৌরক ইন্দিয়া পেনাল কোডকী ধারা অদু মথৌদা পান্না য়াদে। মসিদসু নত্তনা বিচার তৌরিবা জজশিং অদু, লেপটেনেন্ট করনেল মিডচেল মখা নক য়াওনা, আইনগী চৎনবী অমদি ক্রিমিনেলগী বিচার করম্না চৎথগদগে হায়বা মীওই অমত্তা নৎলমদে। বিচার অদুদা অর্থ হন্দোকপা ওইরিবা শ্রীপার্থ সিংহ মশামক ইংগ্রাজি অমত্তা খংলমদে। মহাক্না মণিপুরী রাইশিং অদুওইদুনা হন্দোক্লগা মদু অমুক মেজর মেক্সরেলনা ইংগ্রাজিদা হন্দোক্লম্মী। মরম অসিনা বিচার অদু চপ্পরকপা মতমদা সাক্ষিশিংগী ৱারোল তৌবা মতমদা অশোইবনা পিক থল্লম্মী। অদুগীসু মথক্তা মণিপুরী মচাশিংগী উকিল ওইখিবা জানকীনাথ বাখক মশামক সাক্ষিশিং অদুগী ৱারোলশিং অদু করম্না চপথৎকদগে হায়বা খংলমদে। মরম অদুনা বিচার অদুগী অশোংবা অচুম্বা অদু পুথোকপা ঙমলমদে।

টিকেন্দ্রজীৎনা চিংবা সহীদশিংনা ফংখিবা শিবগী দন্দি অসি মথোয়না তৌখিবা মরালগীদমক নৎলমদে। মথোয়গী মতিক্ক মথোনা লৈবগী লিচৎ শাক্তং অদুগীদমক্তা অকি হঙোইবা পোক্তুনা বৃটিশ সরকারনা নমফুদা পিখিনবা দন্দিনি হায়বাশ মজুমদারনা চিংবা মীওইশিংনা য়ানরবা অচুম্বমক্নি। মণিপুরীশিংগী বিচার অসিগী মরমদা য়াম্না তিংখিনা হেনশারদবী 'পার্লিয়ামেন্টরী ডিবেটবী' রিজদা লৈনরী অন্নর সেক্রেটারী ওফ ষ্টেট ফোর ইন্ডিয়া শ্রী গোর্ষ্টনা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টতা অচুম্বা হায়খি, 'সরকারদি মতম লৈবা খিবিক্তা মরিল লৈবা অমদি মনিংমথা কম্বা নাম্বা মীওইশিংবু নমথনবা হোৎনৈ। অদুগা মথোইনা হায়বদা ইকায়খুম্বা মীওইশিংবুনা য়োকখৎনবা হোৎনৈ। ………………… তৌজক্কী য়ুগতা এখোয়না ময়ামদগী মতোন খিনগৎলক্লনা মীওইশিংবু ককথৎনবা হোৎনরবসু এখোয়দা অশিবগী মশক যংনা থুদোং খিবা পীরক্লদবা মীওইশিংবু নমথনবা খাজিকুং ফবা মখলগী উপায় শিজিন্নদবদি নত্তে" মহাক্না হায়রিবা রাইকে আসমগা ভাক্লিবনি এখোয়গী অথৌবশিং অদুগী মরাল লৈতে হায়বসি অচুম্বনি।

মরম অদুনা ইং ১৮৯০গী বিচার অসিনি বিচার নত্তে। জুডিশিয়েল মর্ডর' হায়বদা অরানবা নত্তে। চৎথরীবা বিচারগী মওং অসি মুম্না লৈনবা কানুনদি বিচার অসিদা

মণিপুরগী অথৌবশিং অসিগীসি মতিক চানা দিকেন তৌদে হায়বদা য়ানিংদবা লৈরোই। সেক্রেটরি ওফ ষ্টেট ফোর ইন্দিয়া 'লেডি ক্রোস্তা' মহারাণি ভিক্টোরিয়ানা ইরকপা চিঠিদ ঐথোয়গী অথৌবশিংগী মথক্তা তারিবা য়াই অদু শেমদোকপা য়াগদরা হায়না হংলকখিবনি। অদুবু মণিপুরগী অথৌবশিংবু দন্দি পিত্রবদি গভনর জেনেরেল ওইবা তোঙনি হায়দুনা লোর্ড লেন্স দাউনা কয়া মুকখিবদগী অদুগা মহারাণিগী চিঠি অদুনা অথৌবশিংবু ফাঁসি তৌগ্রবা মতুংদা কংনবদগী য়াকম অদু অদুমক থয়বা নংখিত্র। কেপটেন হিয়ারশিনা হায়খিবা য়াইহে অয়না লোইশিনবা তায়বদি অস্নুমা হায়গনি। "The trial of the accused princes had been one of the most outrageous farces and parodies of justice that have ever at been exhibited to the Indian nation".

---

(চৎখিবা জুন থা, পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী কালেন মীকম্মা কুপ্পা নৈনদুনা ১৩শুবা আগষ্টকী মরীদা তাখিবা য়ারেপ—

নৈবাক শম্লোকপা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী শক্তিনা পৃথ্বীগী নৈবাক অয়াম্বা মথোংগী মথাদা থমদুনা পৃথ্বীগী খ্বাইদগী কয়া শক্তি ওইখি। মীওইবগী সনমান্ ঙাক্ন লৈনবগী নীতি পাম্বা মজাতীবু মনিং মথা তম্না থম্বা পাম্বা অমদি সুপ্নম নীতিনা মীওইবা জগতপু নমথগনি হায়না হোৎনরকপা থোংজংবু থংশিন্নদনা লৈথোকপা ওমদবা জাতীগী অথৌবশিংগী মরক্তগী মণিপুরগী অথৌবশিংনা উৎখিবা পুন্সি থৌদাং তশেংনমক মীওইবা জগতকী লেমজনিংঙায় অমদি ফীদম্নকম্নি। মথোয়গী চীং লেম্নবা থৌনা অমসুং থৌদাংগীদমক্তা 'বীর' হায়বা মীংথোল কাওবা জাতী অসিনা পীগ্রবনি।

"মরম অসিনা জাতগী সনমানশীদমক্তা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদ শক্তিগা মাইথোক্নবদা থয়ায় কৎগ্রবা বীর টিকেন্দ্রজীৎ অমসুং বীর থাঙ্গালবু জাতী অসিগী মতীকচাবা সনমান পীবীকম থোকপা ওইনা বীরশিং অসিবু হাৎখিবা ১৩শুবা আগষ্ট অসি চহী খুদিংগী ওইনা ওফিস ছুটি থাবীদুনা ভারত শিনথুংনা নিংশিং পালন তৌনবা ভারত সরকারদা হায়জবা হায়না লেপ্নরে।"

---

# পানখিল !

ইতিহাসকী ওইনা চাওখৎপগী অচৌবা ইথক অমমম লাকপদা জাতী কয়া লুপথখি, জাতী কয়া অমনা অনৌবা শক্লোন হোংখি। মতম মতমগী ওইনা শিংনরকপা ইতিহাসকী চাইন-বুন্দা থোক্লুনা মাইথোক্লবা ওমদবা জাতীশিংদি পৃথ্বী ইপাক অসিদগী লুপথখিবা ওাক্লনি। কুন শুবা শতাব্দী অরোয়বা তঙ্গায় অসিদা পৃথ্বীদা থোয়দোক হেন্দোক্লা থা নোংপোক এশিয়াদা লৈরক্লিবা পুংখোলশিং অসি শান্তি ওইবগী পুংখোল নত্তে। তুকথদুনা লৈরিবা জাতীশিংদা শিংনরকপগী পুংলোননি। ইতিহাসকী ওইনা শিংনরকপগী পুংখোল অসি তাবদা নহারোল-শিংনা লাংতৈক্লে, অহল্লোন কাংলুপ অমন শে-রান্নরা হয়া পুংলোনগী অর্থবু নহারোলনা য়ানিংবদ্র পোকত্রে। য়ুম্লান কৈরোয়দুনা হীংমীন্নরকপা কাছারী জাতীগী মোংকম মাংদা মহেকশেংনা উরকপা; ভাব তানা তাবা হৌগৎপা ওমখিদ্রবা মংলাক্লরিবা টিপেরী জাতীগী কীরেপ উক্লরগা ঐথেংয়গী নহারোলনা লাংতক্লবা পোকপা অসি অরায়বা নত্তে। নহারোলনা রাজৈ, মথোয়গী সমাজসিগী, মথোয়গী মণিপুরীগীদমক্তা চাওরবা জাতী অসিগী মসুংদা উপজাতী অসিগী মাংদবা শক্লোন থন্নিখি। মজাতীগী মাংদবা শক্লোন থম্বব হোৎনরকপগী পোরম অকুপ্পদি মণিপুরী সংস্কৃতি মথোং শোম্বা, ইমারোলগী থাক রাংথৎ-হবা, মতীকচাবা শিক্ষাগী মক্তাল কংহনবা হোৎনবা শেনথুমগী কীরেপ কগৎহন্না, থোয়দোক হেন-দোক্লা চীংঙ্গী তম্মীনা শেম্নীবা মণিপুরীশিং অদুগা মসুং অমসুং মপান্দা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী মরক্তা রাখল কোংদোক্লবা অমসুং মুংশিনবগী চাং হেনগৎহন্দুনা লেংগোম্ননা চৎমীন্নদুনা অপুম্বা লৌচীং অমা শেম্নবা হোৎনবা অসিনি। জাতী অমগী মথেক লাবা শক্লোন পুথোকপা হায়বসি কুথোমগী মচু অদু নত্তে মতোং অদু শেংহনগদবনি। [illegible]সিগীদমক্তা মচাক কয়াযুক্তী মসুংদা জাতীসিগী সংস্কৃতি, লোন, শিক্ষা অমসুং শেল থুমগী কীতল অশেংবা থাক্তা থম্বা তাই। থাক অদুনা পুং[illegible]পা ওম্নবমীদমক্তদি জাতী অসিগী ওইবা থুনংদগী শাদোংফম ওইবা সং-স্থান অমা শেমনপা জাতী জগি অপুন্না তেমথেং (ওর্গানাইজ্ড নেসানল লাইফ) অমা পীনবা হোৎনদবা য়াদে। রাখল অসি লৈহাওঁ চেন্দ্রবা অংল্লেনশিংদা মথোন চোংবা ওমগ্রবস্থ, হৌ-রক্লিবা নহারোলশিংদদি থোয়দোক্লা থোইদোক্লবা লৈতনা চপ মান্নবা হৌরক্লি।

রাখল অসিগী ইনোৎনা গৌহাটি বীশ্ব-বিদ্যালয়দা অরাংবা থাকী মহৈ মপাং তম্নীবা মণিপুর, আসাম, ত্রিপুরানচিংবগী মণিপুরী ছাত্র-শিংগী অপূনবা মরুপ গৌহাটি মণিপুরী ষ্টুডেণ্টস ইউনিয়ন্না মণিপুরী নহারোল পুম্নমক্কী মীপুন অমা থোরাং তৌখি। মীপুন অদুদা ত্রিপুরা অমসুং আসামগী মণিপুরী শিংনা তাবা লংগী নহারোল মীহুৎ কয়া য়াওখি। চৎখিবা ১৯৬৮ গী ডিসেম্বর তাং ২৭ অমসুং ২৮ নুমীৎ নিনি চুপ্পা গৌহাটি

বিশ্ববিদ্যালয়গী ষ্টুডেন্টস ডে হোমদা চংখি। গৌহাটি সহরগী কমিসনার শ্রীমৈরাজাও সিংহনা সভা অদু হৌদোকপিখি। মপান্দা লৈবা মতিক চারবা মণিপুরী অভিভাবক কয়াসু অচেৎপা শরুক য়াবিখি। মণিপুরদগী কলেজশিংগী জেনেরেল সেক্রেটরীশিং, ওল মণিপুর ষ্টুডেন্টস ইউনিয়নগী মীহুৎশিং অমদি নহারোল সংস্থানশিংগী মীহুৎ কয়ামরুমগা লোয়নননা মী তরামঙাগী খুৎপু অমা কুমারী প্রমোদিনি দেবীগী লুচীং মখাদা সভা অদুদ যাওখি। মরী লৈনবা হীরম কয়াদা সুমীৎ নিনি চুপ্পা অয়ুক সুংথিল লৈনরবা মতুংদা মণিপুরগী মসুং অমসুং মপান্দা লৈরিবা মণিপুরী নহারোল পুম্নমক্কী ওইবা অপুন্না মরুপ, পান মণিপুরী লীগ (পানমিল) হায়বসি শেমখি। মণিপুর, ত্রিপুরা অমসুং আসামগী মীহুৎ লোদুনা সংস্থান অসি পুথৎখি।

সংস্থান অসিগী মাংদা থমলীবা য়াখল কীদম অসিমক্কা রাজনীতি দলগী থৌরিনা পুন্দ্রিবা মণিপুরগী অশেংবা মণিপুরী নহারোল খুদিংমক অমদি মণিপুরগী মপান্দা তাপ্লিবা মণিপুরী নহারোল পুম্নমক্কী পুক্রিংবু চিংশিল্লি। অসিনা নত্তনা য়াখল মীৎয়েং পাক্কা য়েংবা ঙম্বা মসুং মপানগী অহল লম্মন খুদিংনসু সংস্থান অসিবু অশেংবা আশির্ব্বাদ পীনরি।

মতমগী চৈথেংদগী থোক্লকপা অশেংবা পোথোক্লীনা পানমীলগী চাকশিল্লকপা থোংজেল অসি সধারননা থাজবগী য়াংমদা চেল্লী। মপোকথা য়ৌরিবা থা তরেৎতগী অঙাং অসিগী চৈথেং অসি মণিপুরী প্রজা পুম্নমক্কা থাগৎনরী। জাতী অসিগী তুংগী কীরেপকীদমক্তা নিংবা কায়দুনা লৈরম্বা জাতীসিগী অহল্লোন কয়ানা ফোংদোক্লখিবশিংগী মসুংদা শ্রীচিংঙাখম পিশক সিংহ, প্রিন্সিপালনা এরিয়ান হোলগী মীয়ামগী মীকম অমদা অসুম্না হায়খি—'জাতীসিগী তুংদা ওইহৌগদবা লাইবকীদমক সুংনাংবনা শিবকাওবা ঙমদ্রবা ঐখোয়নি, অদুবু অসিগুম্বা য়াখল চাওবা নহারোলশিং জাতী ওইনা চোংথোরকপা অসি থুয়া তুশিৎনা শিবা ঙমগনি।' অসিদা নত্তনা লৈবাকমচা অ'শা মণিপুরগী পাওজেল চেশিংনা পানমিলবু স্বাগত তৌনরকপগী মসুদা 'মণিপুর টাইমসনা' পিথিবা আশির্ব্বাদতি 'পান মণিপুরী য়ুথ লীগনা জাতী অসিবু চাওথৎপা অমসুং অরংবা লম্বীদা লংজীংব ঙমসনু' হায়বা অসিনি।

ইম্ফাল সহরদা মপুং ফাবা সেমীনার কয়ারক ফমগ্রে। নুপীশিংগী কীরেপ পুথৎনবা হোৎনরকপদসু লীগ অসিনা অচেৎপা খোংথাং লৌগ্রে। চৎখিবা জুন থাগী তাং ২০,২১,২২, নুমীৎ হুম্নি চুপ্পা মণিপুর অমসুং মপানগী মীহুৎ মপুং ফানা তীন্দুনা ফমখিবা মীকম অদুমক ইতিহাসসিক ওইবা মীকম্নি। মীকম অদুগী অরোয়বা নুমীত্তা মণিপুরী জাতীগী মীহৌরোলদগী চহী লিশিং কয়া চুপ্পা চাক্লক্লিবা অন্দ্রোগী অশেংবা মৈ পায়দুনা নহারোলশিংনা মীয়াম মাংদা জাতী সেবাগীদমক অসুম্না য়াশকখি—

"ঐখোয়না ইশা ইশাগী সনমাননা সাক্ষী ওইদুনা ঙসিগী মীতিন অসিগী মাংদা ইপা ইমা শরুক্কা কোনবীরক্লিবা মৈহৌরোলগী অশেংবা মৈ অসি পায়দুনা য়াশকচরি মদুদি—জাতীগী

শরোন মাংদনবা অমদি মাইকনবা হোৎনবগী চেনকদ্রবা থৌদাংবু পুরিং লেপ্পা লৈতনা মকম অমসুং মতম খুদিংদা লৈগনি।"

পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী মাইকনবগী মঙ্গল আশির্বাদ ওইনা ভারতকী রাষ্ট্রপতী, মণিপুরগী শিক্ষা মন্ত্রি, আসামগী মুখ্য মন্ত্রি অমসুং নাগালেন্দগী মন্ত্রিদগী থাবীরকপদুনা মণিপুরী মহারোলবু থোরদোক হেন্দোক্না পুক্নিং থৌগৎপীখি।

---

## হৌজিক হৌজিক্কী বাফম

# মণিপুরী নুপীগী পোৎলুম

রাজবাই য়েখোইবী।

কবিগুম্না কজরবা ফববা কি অমগী মথক মথা লাইবগুম, সমাজ অমদা অক-কত্ত থায়বা হায়বসি হৌনশানী। অকব উব অমসুং অফবগী মরমদা ঙাংবা হায়বসি য়াম্না মুংঙাইবা অমনী অদুবু সমাজগী অরাৎপা কয়া অমসুং খুদোংথীবা কয়াবু পুথোক্কুনা হায়বদি পুক্নিংদা হঙ্গোইবা অমদি পোকচে। অসিগুম্ব থুরৌচেনবশিং অসি ঐৎহাক ইশামক্না য়াম্না মুম্না খংলবনি হায়বদি নৎচদে, অদুবু ঐগী মপুং ফাদ্রিবা রাখলনা লাম্বা গুম্না অমদি উজবা থরসি ময়ামদা হঙ্গৎচগে।

নুপি হায়বা কাংবু অসিবু অরাংবা থাক্তা থনম্মী হায়বগী ব্রা অসিদি চাওখৎলবা জাতী কয়াগী লাইরিক্তা ইদুনা থনম্বা ঙাক্কনী। মণিপুরগী নুপীনা কদায়ফাউবা সম্মান লৈরম্বগে হায়বা ঐখোয়না তাবা ফংই। মতু পুম্নমক অদু অচুম্বমক্কনী অদুবু হৌজিক্কি ব্রারীনী হায়বা তাই। থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদা নুপী থরনা অরাংবা থাক্তা সম্মান কংলম্বদি য়াই অদুবু ময়ামগী ওইনা খল্লুরবদি নুপীশিংনা কৈদৌঙৈদসু নুপাগী চপমান্নবা থাক্তা লৈরক্কে। মনুনা হায়—"নুপীগীদমক্তদি মনিং কম্বা হায়বসি ওইথোক্কবনি।" অদুগ অবধাঙনা 'সহধর্মী' হায়দুনা সম্মান উৎলম্বগী ব্রারীসু ঐখোয়না তাবা ফংই। নুপীবু মপুরোয়বনা "দেবী" হায়না কৌবা ঐখোয়না হিন্দুগী লাইরিক্তগীসু তাবা ফংই। মণিপুরদসু মপুরোইবনা মাগী নুপীবু 'হালোয়' হায়না কৌরম্বা নিংখোনা শা ফাবা অমসুং লাক্লেংনবা চৎপদা মহারাণীদা খুকম্বা অদুগুম্বগী ব্রারী ঐখোয়না তাবা ফংই। অদুবু হৌজিক্কি মতু ব্রারী হায়বদুনা মতমগী মতুংইন্না নুপীগী অসিগুম্বা ফংকন থোকপা অমসুং খুদোংচাবা পুম্নমক অসি অঙ্গম অঙ্গম কস্তরকপনা, নুপীনা অতোনবা কাংবু অমা ওইনা লৈরকপা অসি মতম য়াম্না শাংখিল্লক্লে। পাংগল কনবনা অক-বা শকপা পৃথীবী অসিদা, পাঙ্গল শোনবী নুপীবু নমথবা অসি ঐখোয়না উরবই। মসি নুপী হায়বা কাংবু অসিগী ওইনা পুম্না য়েংলুরগা হায়জবগী ব্রানী। অসিগুম্বা নুপীগী থাক হস্তরকপা অসি নোংচুপলোমগী শিক্তা লাকপগা লোয়ননা মণিপুরগী নুপী ওইনা চপচাবা অধিকারনা ফংলবনি। হৌজিক ঐখোয়

সুপীবু 'সুপীবী' হায়বতনা মরম ওইদুনা কয়িত্তুনা খোরম অমমা চংবা য়াদে হায়দুনা থিংবা লৈতে। মতিকপু চায়বদি ওকিম থুদিংমক্তা, য়াজবী-তিনী থবক্তা সুপীশিংবু অথিংবা লৈতনা য়াও-হনবা অসি ঐথোয়না মণিপুরদম্তু উবা ফংই। মথাংদৈদা সুপীসী অচৌবা অয়াবদি 'সুপীনি' হায়বা য়াথল অসিনা ওইরম্মী, অদুবু হৌজিক্তি মদুমক্তী লৈত্রবা মতম্নী। অদুম্নদি ওইরগা অয়াবা কয়া কোকপ্রবম্তু অতোপ্পা অয়াবা থয়া খোরকপা অমসুং কোকপা শুমব্রবা খুরৌচনবা থয়া য়ংমদুনা লৈবা ঐথোয়না খেংনৈ। অসি য়ৌনা মনিং তমলবা মতম অসিনা করম করম্না সমস্তানা মণিপুরগী সুপীবু য়াহন্নীবগে হায়বসিগী মরমদনী ঐথোয়না তোঞ্জিন নৈনবনবা।

মণিপুরী সুপীসী ওইনা খল্লুবদা শেন খুমগী নিংতম্না থরমবৈ লৈরবম্তু অমদি সুপা সুপী শাইনবগুম্বদা মনিং মথা তম্না ফংলবম্তু; চপচানা মীওইবা অমা ওইনা সম্মান ফংত্রি। মদুগী খুদমদি:—সুপা সুপী শাইনবা মতমদা, সুপীসী মখল হনবা হায়দুনা শাইনত্রবা সুপী অদুবু কনাগুম্বা অমনা লৌবা তারবদা অকোয়নবগী সুপা অদুনা অহানবতুদা সুপা (৫০) পিগদবনী। সুপ্পাগীদি লৌনীংবা সুপী মশিং লৌবদা অথিংবা মওং চেংনবা লৈতে। মসিনা তাকপদি সুপাগা সুপীগা চপ মান্নবা থাক্তা লৈতে হায়বসিনী। হৌজিক ঐবা হায়জগে খল্লিবসি হৌজিক হৌজিকী য়াম্লিবা অসিনী মরমদনী। মণিপুরগী সুপী শাই-রীক হৈরে, অদুবু মথা মথাদা মীকপ থোকপা অমদি য়াংলি। মথাংদৈদি ইচম চম্না পা-ম্লিদৈদবদি খুনাংবীবগী মশিংতু য়ায়লমদে। সুপানা সুপী লোয়বম্তু থাননবিবম্তু 'সুপানিজবা' হায়বা য়াথল অমা লৈরম্মী, সুপীশম্তু অদুম থাংলম্মী। অদুগা সুপীবু শা কপদোনা ফুবা, সুপীদি ফুরগা য়ারকদবনি হায়বা চৎনবী অমম ফুগ্রবম্তু থনম্মী। হৌজিকী যুগ অসিদা, অাইম্না সুপী ফুবা য়াম্রবা মতম অসি কাউবদা সুপীব ফুবা অসি ঐখোয়না কৈরোম্ন লৈকায়দা ইমীৎনক্না উবা য়াওই। মসিম্তু সুপীগী অয়াবা অমনী।

ঐথোয়না য়াম্না চিংনবা পোকপা অমনা মণিপুরগী সুপীবু সম্মান য়াম্না য়াংবা থনম্মী অমসুং চপচাবা মীগী সম্মান (Human value) পিরম্মী হায়বসি শোয়দ্রনবা অসিনী। চিংনরকপগী মরম্না থম্ম থোইবী শৈরেংগুম্বা, ঐথোয়গী মণি-পুরগী তাংলবা কাব্যদা কনাগুম্বা নিংথৌনা মাগী অচম্বা মবাই মখল অনগী থবক্তা পেল্লবা মতমদা মাগী নাওপুরবী কনাগুম্বী তালোয়বু মনা ওইনা পিখোকপা থেংনরী। পুরেম্বনা কৈ তরেৎ ফাবদা পেল্লদুনা মোইরাং নিংথৌনা মাগী নাওপুরবা তালোয়বু মনা ওইনা পিবা মথাম্তু তাবীরবনী অমনা খোইবৌনা লোই কারকপা মতমদা, খোইবৌগী মথাগী অপাম পামদগী য়াথল করি-মতা থমদনা ফুদী তেরাখালা 'লোংবান নং ওক্রুচো, পুজনা চৎচরো' হায়দুনা মপানা হেক্তা হায়বা অসিগুম্বগী য়াবীসি তাক্লগা সুপীদা চপচাবা মীগী সম্মান পীরম্মী হায়রসিদা চিংনবা অমম্তু পোকই। মসিগুম্বা সমাজ অসিনা য়ুমম ওইবা মরম্না, অসিথোনা চাওখৎলবা মতম অসি কাউবা সুপীবু মথাই পান্দবা পোংথক অমা ওইবা সমাজদা লৌবগী মরম ওইত্রা হায়দুনা চিংনবা পোকচৈ। অমবু ওইরবম্তু, অমবু ওই-

য়বস্থ, থাঙ্গেৎখেংনা মুম্না খন্থরুম্নবদি নুপী ঐখোয় চপচাবা নুপাগী থাক্তা লৈত্রি হায়বসিমদি ঐনা হায়জনীংই। থুদম ওইনা হায়রবদা ঐখোয়না হৌজিক য়াম্না নুংঙাইজদবনা, চাওর চাওরবা অকিসারশিংনা লৈকায় থুদিংদা নুপী লোন্দুনা মচা শন্দোকপা পুন্নমক্তা খংবীরবা তাবীরবা ঙাক্তনী। মসিদা ঐখোয়না খন্থগদবদি মাংথ-রকইবসি নুপী মশাদা নগুনা, পোন্থক্লীবা অঙাং-শিংগী লাইবকস্থ য়াওরবা নুপাশিং অমস্থং সমাজ-গীনি। অদুগা অমুকস্থ য়াম্না কিগদবা অমনা নুপাশিংনা অকোনবা লৌবা নুপীশিংবু চপচানা সম্মান পিবা নত্তে। করিগুম্বা ইরাং অমগী মীকুপ্তা শাম্নপোৎ ওইনা শিজন্নখিবা, চুন্দোক্লীং-লগা চুন্দোকপা য়াবগী ক্ষিভমদা লৌবা অঙ্গি ঐখোয় নুপীনা ভাব তাগদবনী। অদুনা ঐনা নহারোল মরূপশিংদা আপিন তৌজনীংই কনাগুম্বা নুপা অমগা মরী লৈনবা হৌরকপদা, লৌবা লৈবগী রাকম লাক্রবদি চৎনবীগী মতুং ইম্না লুহোংবা নত্রগা রেজিষ্টার তৌনবা নত্তনা মরুপ্তী ওইনা লৈবদা খক য়াবীরোইদবনি। মতাং অসিদা পনজনীংবা অমনা যুগ অসিদা হিংলিবা মী অমনা সমাজ অমস্থং অচুম-অরানগী বিচার অসি চপচানা খংবা তাই। করিগুম্ব নতমদা ঐখোয়না নুপা ঙাক্তবু লাম্না দোষ পীবা চুমদে। অসিগুম্বা নুপা নুপীগী খেন্নবা লাক্তনবা য়ুম্বাল তাইবংদা খংদবা য়াত্রবা চৎনবী অমস্থং নুপাগী অপাম পামদগী রাখলগী মরমদা খংগদবনী। করিগুম্বা মতমদা নুপীশিংনা রাখল থেনংদগী অমস্থং খাংবা কন্দবদগী চৈ চাবগী মরম অমস্থ ওইরী। মসিস্থ ইরাল লাশবা রাদি নত্তে। অদুগা অমনা আইনগী মরমদা খর খংবা তাই। আইন হায়বসি মীওইবগী য়াইফনবগী শেম্বনী, মীওইববু লাক্নগে হায়দুনা শেম্বদি নত্তে। আইনগী খোংচৎ খংদবদগী নুপী কয়ানা মশা মশানা অরাবা অদু শেমজে। থুদম ওইনা পনজগে মতুদি মণিপুরদা হৌজিক হৌজিকস্থ নুপী অঙাং লৈবা নুপাদা লৈনরীবসি আইন খংদবা অমদি আইনস্থ উশিত্তবননি। অদুগা মসি আইনস্থ য়াদবা থবক্নী। অসিগুম্বা অকাইবা আইন অসিস্থ তৌবদা নুপাস্তবুস্থ দোষ তৌবা য়াদে, নুপীগীস্থ দোষ অঙম য়াওই। থুদম ওইনা-হায়রবদা কনাগুম্বা নুপী অমনা কনাগুম্বা নুপা অমগী ইরাংগী শাম্নপোৎ ওইগে হায়না য়াক্ত-রবদি, য়াক্তরীবা নুপী অদুগীস্থ দোষনী। মদুদগী থোরকপা খুরৌচেনবা মরাম অদু নুপীগীস্থ চপচান শরুক য়াওই। রাখল থেনবদগী খুরৌ-চেনবা কয়া নুপীশিংনা থোকহল্লীবসি কোক্তন-বগীদমক নুপী পুদিংমক্তা রাখল তৌগদবনী।

গান্ধিজীনা হায়— কনাগুম্বা নুপী লৈবা নুপানা অকোয়া নুপী অমদা লামখল্লুববদি নুপা অদু নুপী অনিমক্তী মফমদা মরাল লৈরবনি। অমুকস্থ তাকপিখি— "To call women the weaker sex is a libel ; it is man's injustice to women. If by strength is meant brute strength, than indeed is women less brute than man. If by strength is meant moral power, than women is immeasurably man's superior" মসিগী শন্নম্না ভাংতি—পুক্নিংগী পাঙ্গল হায়বসি য়াম্ন অচৌবা পাঙ্গল অমনী। মতাং অসিদা

মোইরাং থোইবীগী অমদি য়াইরীপোক থবালমুগী য়াম্ন নীংশিংবীয়ু। অতুম্না মণিপুরগী মুপীশিংনা মশাগী সন্মানবু মশানা ঙাকচবা ঙমলবদি করাম্বা মুপা কয়ানা থোকহল্লীবা অয়া-অনা অসি থোক-হন্দবা য়াই।

মসিগা লোইব-লোইননা য়াম্না কিরবা অম-মুং থোইদোক্লা নহারোলগী চাওরবা অকিবা অমনা মুপী চিংবগী থৌওং অসিনি। মমাংদৈ-দদি মুপী চিংবা হায়বসি য়াম্না তাংগ্রবা থৌ-দোক অমা ওইনা থোকলম্মী হায়না হায়নৈ অদুবু হৌজিক্তি মুপী চিংবগী পাও অসি থা থুদিংগী তাবা ফংই। অয়ুক মুংথিলদা অমমুং ইকোং কোংবা ইঙান ঙানবা মফমদগী মুপীবু চিংবা অসি ময়াম্না হেন্না থংবীরবনী। অসিগুম্বা তুকৎ-চরবা থবক অসি করিগুম্বা চাওখৎপা দেশ অমদা ভৌরমগনি হায়বা থাজদে। মতাং অসিদা অমুক পনজনীংবনা মুপাশিংবুসু, থোইদোক্লা নহারোল মুপাবু দোষ তৌজে। মরমদি মতু শোনবা মুপী অমবু মপাঙ্গল কনবা পাখং ২/৩ না কিবুল নমদুনা পুবদু মুপা থোকপনী হায়জ-নীংদে। মরমদি মসিনা মুপা ওইবগী চাও-থোক্লীংঙাই ওইরবা মগুণ অদু মঙোন্দগী মাং-গ্রবনী। মরম অসিদা অমুক থরা হেন্না থগুদুনা য়েংবা তারবদি, মুপী চিংবা করিগী হেনগৎ-লক্লীবনো হায়বসি থিবা তাই। অমুকসু মুপাবু ঙাক্তা মরাল পীবা য়াদবা মতাংসু লৈরী। নহা-রোল মরুপ-মপাংশিংনা নীংশিংবীগদবদি করি নৎতবদা, ওইরোইদবা মুপাবু ঙ.ওহনবীদবা। হায়বদি থুদম ওইনা— কনাগুম্বা দৈ.শাবী অমনা পাখং অমদগী থাজহন্দুনা ফুরিৎহি লোথোকএ, সিনেমা টিকেট ককহল্লে চিঠি ১০ অমা ২০ অমা ইনরবা মতুংদা মঙোন্দগী থর হেন্না অকবা মুপা অমা অমুক থেংনদুনা অমুক চোংশিনগ্রে, মতম অদুদা ঈ থেংলিবা পাখং অমনা লমন থুম্নীংবা অসিসু থোইদোক্লা ওক্লা লৌবিগনু। অদুনা মসি ঐথোয় মুপীনা ভাব তাগদবনী, ভাব তানা তিম্মগদবনী। মথোয়না লাল্লকসনু মদুগী অতাবী লৈ অহুবু ঐথোয়না মরম ওই-দুনা মথোইবু লাগহল্লকপসিদি তোহনবীরোই-দবনী। হায়নবা Flout তৌবা হায়বসি Attention without intention নী। মসিসু চুম্মী হায়না লৌজনীংই। মসিগুম্বা অচৌবা রাকম অসিবু মুথৎকে হায়রবদি নহারোল পাখং লৈ-শাবীশিংনা য়াম্না মুন্না থগুবীগদবনী। অ.ইনগী অকিবা লৈরবা ফাওবা ঐথোয়না, হায়বদি নহা-রোলশিংনা ভাব তাগ্রবদি মসিগী থুদোংথীবা অসি থক কোকপা য়ারোই।

অতোপ্পা অয়াবা অমনা মুপীশিংনা, পাম-জবা বিষয় অমসুং প্রিথোরকপা মগুণবু মখুম হেক পানবগা মাংথিবা অসি হৌজিক য়াম্না তোইনা উবা ফংজে। ময়ুম হেক পানখিবগা হৌজিকসু মুপানা য়াগ্রবদি করিমতা তৌব ঙমদে। করিগুম্বা বিষয় অমদা মহে তম্নীংলবসু মুপা ময়ুম্না য়াগ্রবদি মদু তোকপা তাবনী। ফাউগৎ-লক্লীবী আর্টিষ্ট কয়া ময়ুম হেক পানখিবগা মমিং ফাওবা তাখিদবা ময়াম্না হেন্না থংবীরম-গনী। আর্টিষ্টকী য়াদসু নৎতে, অতৈ মাই-কৈদসু অদু মঙাই। তৌববুদি হৌজিক ঐথোয়না হিংলিবা যুগ অসি অরিবা অমসুং অনৌবগী লংদাই ওইবা লুরবা তানকম অমনী। মসিবু

ঐখোয়না "Gap of generation" কৌবা য়াই। মতম অমদা মুপানা পাদবা থবক তৌদবনা মপীগী ফজবী ওইরম্বা রাথল অদুগা, তৌঙ্গিক অনৌবা যুগকী মশাগী কোংদোক্লিংবগী রাথল অসিগা অনি অসি মনা থেংনরী অদুগা মপীশিংনা মসিগী চাওরবা পন অসিব করম্না থুগাইদনা চপচানা মীওইবা অমগী থাক অদ কংগমদগী হায়বসি ইমা ইপাগী ওইবা লৌশিং অমদি চাই। করম তৌরগা অহল্লোনশিংবু মপুরোইববু পংনবা তৌ-হনগদগে হায়বসিস্থ মপীশিংনা য়াম্না ইংনা তপ্পা রাথল তৌগদবনী। মীওইবনা হিংলিবসি মী-ওইবগী য়াইফনবগীদমক্কী, লৈবাক্কী অমদি সমাজকী য়াইফনবগী লম্বীদা মপীশিংনা মুপাগী খোংথাং মাম্না য়াওবনা পৃথীবীগী মঙ্গলনী হায়বসি য়ান-ববনী। মুপীগী ধর্ম্ম, মপুরোইবগী সেবা, য়ুম-কোইবা হায়বসি থাদোকপা য়াত্রবা থবক্কী। মদুগা লোয়ন লোয়নবা, মশাবু কোংদোকপদা নংজমা. লৈবাক্কী য়াইফনবা থনবা তারব যুগনী থনবা তারবনী। হৌজিক চাওখৎলবা নোংচুপকী লৈ-বাকশিংদা লৈবা য়ুম্পাল্লবী মপীশিংনা কারিগুম্বা শিন অমা পাইদুনা লৈবাক্কী সেবাদা চোংশিল্লি। অদুগী মথক্তা পুন্সিদা করিগুম্বা অমাম্বা থবক অমা তৌবনা পুন্সি অসি মুংথাইবা হেনগল্লী। ঐখোয়গীস্থ হৌজিক মতু তৌদে হায়বা নংতে তৌই অদুবু অহল-লমন অমস্থ মপুরোয়বনা হায়বা য়াত্রবদি হৎনা চৈনবা পুরকই।

মপীগী পুন্সিবু চহি ৪০গী তুংদা লোইরে হায়না লৌনবা খেরাম্বা রাথল অসে কোকুব-গীদমক মপী থুদিংমক্তা, করিগুম্বা পামজবা থবক অমদা রাগল লুপশীনবা অসি মপীগী তত্তাই-কদনা অমনী অদুনা মণিপুরগী য়ুম পাল্লবা, থোইদোক্লা অনৌবা শিক্ষা কংলবী থবক তৌ-রিবী মপীশিংদা, মপুরোইবা অমদি অহল-লমনগা য়ানবা মওংদা পুরক্লবা অসি কোংনবা তাই। অদু নংত্রবদি Clash of personalityগী য়াম্না কিরবা রাকম কয়া মাইথোক্লবা তারনী।

অরোইবা ওইনা ঐনা হায়জগদবা অমনা থুরোচেনবশিং অসি থোকনু হায়বা মুকম্না য়ারোই। অমা লোইগ্রংস্থ অমা লাক্কনী অদুবু নানা তৌ-হল্লীবনী হায়দুনা তাইশিন্নবগী মহুৎতা, অরাবশিং অসিনু থোকহনবা ঐহাক্কী শরুকস্থ য়াওথিত্রা নত্রগা অরাবা অদিবু করম্না কোক্কদগে হায়ব-সিদা শিঙনবগী মওং নংতনা; য়াম্না পুক্কীং তপ্পা, রাথল তৌনা থনবীবনা মথামগী য়াইফবা অফবা ওইগনী হায়না থজে॥

# "মণিপুরদা ওয়েস্ট বেঙ্গল সেক্যুরিটি এক্ট, ১৯৫০"

এলাংবম দলেন

## হৌরকপা অমসুং শন্দোরকপা

সেন্টরনা পাস তৌবা নত্রগা হায় লৈজরগা আইন পথাপ অমগী অকাঙবা মওং ওইত্রবদি; অদুগা ভারত সম্বীধানগী তরেৎশুম সেদ্ব্যসগী অক্লমশুম লিষ্টতা য়াওবা "আইটেম" অমা ওইরবদি ষ্টেট সরকারনসু আইন শেম্বা য়াবগী অধিকার লৈবনিনা, প্রসিডেণ্টকী "য়াথং" য়াও-ত্রবসু, ওয়েষ্ট বেঙ্গল সরকারনা, ষ্টেট সেক্যু-রিটিগী মাইকৈরোমদগী কুপ্পা য়েংলগা "ওয়েষ্ট বেঙ্গল সেক্যুরিটি (সেকেণ্ড এমেণ্ডমেণ্ট) ওর্ডিন্যান্স ১৯৫০" অসি শেমখিবনি। অদুগা মথংদা, হায়রিবা ওর্ডিন্যান্স অসিদগী হেন্না কান্নহনবা মওংদা, প্রসিডেণ্টকী 'এসেণ্ট' য়াওনা হান্নগী ওর্ডিন্যান্স অসিগী মচুং শিনবা ওইনা "ওয়েষ্ট বেঙ্গল সেক্যুরিটি এক্ট, ১৯৫০" অসি অমুক পাস তৌখিবনি. হায়রিবা এক্ট অসিদগী 'মুখ্য" ওইনা লাকপা ৱাকমসু, মীওই কাংলুপকী মরক্তা য়েংখিনবা থোক্তনবা, লোয়নবা ষ্টেট সরকারবু খুদোংখিনিংঙাই লৈতবা, মরাতপ্পা শাসনগী পথাপ লৈহনবা অদুনি। গুন্দাশিংবু নমথব, মী কাংলুপকী হিংনবগী দরকারগী মচাকশিং অদু লৈহনবা; অমসুং আইন্না য়াদবা মওংদা থুজু খুৎলাই লৌশিনব', থমজিনবা অমসুং শিজিন্নবা খিংবা ৱাকমশিং অসিসু মরুওইবা, 'এক্ট" অসিগী পথাপশিংনি।

মথকী ৱাকমশিং অসিনা, মতম অদুগী ওয়েষ্ট বেঙ্গল ষ্টেটকী ওইরম্ব ফিবমশিং অদু থরদি অদুম মশানা তাকচরবনি। অদুগীসু মথক্তা, ৱাকম অমনা "বেঙ্গল খায়দোক্লবগী মতম্লিন শুংথোক্ট খোয়দনা ওয়েষ্ট বেঙ্গল সর-কারনা অসিগুম্বা মতাংদা, অসিগুম্বা "এক্ট" অমা পাস তৌরোইদবগী মরম লৈতে। মতৌ অসুম্না, ওয়েষ্ট বেঙ্গল তগী ওইনা ষ্টেটকী ফিবমগা চান্নবা পাস তৌত্তনা লাক্লবা আইন পথাপ (এক্ট) অসি শক ১৯৬১ গী জুন থাদগী হৌনা ভারত সরকারগী মিনিস্ট্রি ওফ হোম অফেয়ার্সকী য়াথংগী মতুংইন্না মণিপুরদা শন্দো-রকপা হৌখি। ওয়েষ্ট বেঙ্গলদা ওইবা ষ্টেট সেক্যুরিটিগী মিৎয়েং অদু মণিপুরদসু চপচানা য়েংলকপদগী হায়রিবা এক্ট অসি টের্রিটোরি অসিদসু চালাইরকপরা হায়বত্তুদি চিংনদবা ওয়দে মরুওইনা, "মী ফুরুপ কাংলুপশিংগী মরক্তা চান্নবা লৈমায়বদ অকায়ব থোকহয়গী" ৱাকম মণি-পুরদদি ঙসি কাওবা লাক্লে। তৌবত্তদি চৗংগী ইচিন ইনাওশিংগী মরক্তগী থরা থরা লাংলকপা, মদুনা মরম অংসু ওইরম্বদি য়াই। অমুকসু, এক্ট অসি অহানবা ওইনা, মণিপুরদা শন্দো-রকপদা "শক ১৯৬৬ কি জুন তাং ২৫ কাওবা" চালাইবগী ৱাকমদমক য়াওই। অদুবু অমুক

অমুক: হেক হেক শাংথহনবা য়ারিয়া অসিনা এক্ট অসিগী থোইদোকপা মগুন্নি হায়রা তাই।

## মণিপুরদা ওইবা মওং

এক্ট অসিগী মখাদা পুম্না থারা ৩৯থক য়াওই। অদুবু মনিপুরগী ওইনা সরকারগী তরফ-তগীসু হেন্না থরাই য়াওশিনবগুম তৌবা থারা-শিংদি মশিং থরদমক্কি হায়বা য়াই। 'সরভর্শিব এক্ট" কি থারা ২ (৯); "সেবোটেজ"গী থারা ১০ শুবা অমা; "পেনালটি ফোর সরভর্শিব এক্ট" কি থারা ১১ শুবা মরু ওইনা মশিং পনবা য়াই। করিগুম্বদা, "ক্ফিউ" গী থারা ১৭শুবা অমগা চালাইরকপা য়াওই। তারিবা থারাশিং অসি দা থোকপা (ক্ফিউগী থারা অসি নত্তনা) কেশ-শিংনা মণিপুরগী ওইনদি ওয়েষ্ট বেঙ্গল সেক্যুরিটি এক্ট ১৯৫০ অসিগী মখুংদা হেন্না তোইনা থোক্কনবা মওংগুম উই। ইন্দষ্ট্রিয়েল ডিস্পুট. এক্ট ইং ১৯৪৭ কী থারা ১৪ শুবদা থগুহল্লিবা ইলিগেল ষ্ট্রাইক" নত্রগা "ইলিগেল লোক আউট" কি মওং মণিপুরদদি থোইনা কায়রবা অমদি চুশি-নবা লৈতবা মওংনি; অদুবু মতুং ওইরক্রোই তায়-বগী অরেপ্পদি লৈত্রবসু, কৌক্কি ওইনদি থোই-দোকপা 'ইন্দষ্ট্রিয়েল ডিস্পুট' কি মওং লৈতরনা ওয়েষ্ট বেঙ্গল সেক্যুরিটি এক্ট, ১৯৫০ অসিগী থারা ২ (৯) শুবদা লাকপা ইলিগেল ষ্ট্রাইক" নচিংবগী "সরভর্শিব এক্ট" কি কেশ ইরৈ লৈতবগুম উই।

## সরভর্শিব এক্টনা থগুহল্লিবা

অদুদি "সবভর্শিব এক্ট" হায়রবা করি করিবু থগুনগদৌরাবা মতুম্ এক্ট অসিগী থারা ২ (৯) শুবদা কুপ্না তাক্লি। অদুবু মকম অসিদা লোয়রবা লৈনবগী সরকার ওইরবনা লৈনত্রবসু অমা অনিংগী মওংদি মতাং চাববা পনবা য়াই। মী কাংলুপকি চায়-নিন্নরা লৈসিন্নবা মওংদা নত্রগা ষ্ট্রেটকি খুদোংথিনিংঙাই লৈতবা নত্রগা মরাতদা শাসন্দা অকাইবা খুদোংথিনিংঙাই ওইবা থবক ইন্দিয়ান আর্মস এক্ট ১৮৭৮ না থগুহন্নবা মওংগী arms (থুজু থুংল্লাই); নোংমৈ মরু নত্রগা অমুনী-গীদমক দরকার ওইবা পোৎ-চৈ আইন্না য়াদবা মওংদা লৌশিন্নবা থমজিন্নবা নত্রগা শিজিন্ননবা শিনবা নত্রগা মতেং পাংবগী থবক; এক্সপ্লো-শিব সবস্তেন্স এক্ট ১৯০৮ দা থগুহল্লিবা মওংগী পোংকথাইবা য়াবা পোৎথকশিংগী আইন্না য়াদবা মওংদা লৌশিন্নবা থমজিন্নবা নত্রগা মতেং পাং-বগী থবক অমসুং শুন্দাগী থবকশিং হেক্কৎহন্ন থবক; পুম্নমক অসি সবভর্শিব এক্টকি মওং থরনি। অসিগুম্না, অকরুবা ধর্ম্ম অমা চৎপা কাংবুনা অতোপ্পা তোংঙানবা ধর্ম্ম অমগী মী-শিংদা ধর্ম্মগী বিরুদ্ধদা অকাইবা থবক অমা তৌরকপদা মদুগুম্না অকাইবা থবক অদুবু 'সব-ভর্শিব এক্ট" হায়না থগুনগনি। অদুগুম্না, কনা-গুম্বা অমনা তোংঙান তোংঙানবা ধর্ম্মগী কাংলুপ অনিগী মীওইশিংগী য়েংথিননবা, সুংশিনদনবা থবক তৌরকপদা মদুসু সবভর্শিব এক্টনি হায়না লৌগনি। অদুগা মথক্তা পনখ্রিবা থারা অসিদা "কোরোসিব সবস্টেন্সেস" শিংবু আইন্না য়াদবা মওংদা লৌশিন্নবা থমজিন্নবা নত্রগা মতেং পাং-বগী থবক অদুসু সবভর্শিব এক্ট ওইবগী য়া য়াওই। অদুবু এক্ট অসিদা "কোরোসিব সব-ষ্টেন্সেস হায়রগা করি করিবু হায়রবদি কয়া করবা পোৎথকপু থগুনগদগে হায়বগী য়াকয়

অদুমদি পল্লমত্রে : এক্ট অসিগী ধারা ১০ শুবদা লাক্লিবা "সেবোটেজ" হায়বশিংশু সবভর্শিব এক্ট' মখল অমনি। অস্না সেবোটেজ হায়রগা খঙ্গন-রিনস্তু করিগুম্বা অনিংবা রাখল অম য়াওনা সরকারগী ওইবা নত্রগা লোকেল অথোরিটিগী ওইবা য়ুম-কৈ, পোৎ-চৈ, লম্বেল-থোং, পোষ্ট অমস্তুং টেলিগ্রাফনচিংবা থুগাইবা, মাংহনবা অদুগী থবক অত্নবুনি।

অরোয়বা মিৎয়েংদা

লৈবাক্তা অশান্তি থোক্লনবা, মরাক্তপ্লা লৈননবা "সবভর্শিব এক্ট" শিং থিংবা হায়বশিং সরকারগী অমস্তুং প্রজাগী মরু ওইবা থোদাংনি। কনাগুম্বা অমনা সবর্শিব এক্টকীদমক মরাল লৈবরদি এক্ট অসিগী ধারা ১১ শুবগী মতুং ইন্না, চহি ৫ জেল তাবা য়াই নত্রগা শেল কোংবা য়াই নত্রগা পুন্না অনিমক্কী দণ্ড পিবা য়াই। অদুবু য়াম্না "sketchy" ওইবা নত্রগা 'vague ওইবা মওংদা দণ্ড পিবা তারগদি Fundamental Rights তা পুৎ থিংজিনবগুম তৌবনিনা Ultra Vires the Constitution হায়বগী রাকমগু লাকপনিন', injustice কী মওং ওই। অস্নুম্না "Satisfaction is the condition precedent to the validity of an order of detention" হায়রিবনি। অদুগা ওয়েষ্ট বেঙ্গল সেক্যুরিটি এক্ট, অসিগী ধারা ১০ শুবদা য়াওরিবা "সেবো-টেজ" গী মতাংদা Defence of India Rules, 1962 গী Rules ৩৭ শুবদা য়াওরিবা 'Receiving Sabotaged Property" গী রাকম অদু হায়রিবা এক্ট অসিদদি য়াওদ্রবনা "Prevention of subversive act" মতাংদা লিংবা থুংদে। অদুগা রাকম অমগা এক্ট অসিগী ধারা ১৭ শুবদা য়াওরিবা 'কর্ফিউ" গী মতাংদা করম্বা থাক্কি কিবম থোরক্লবা মতমদা নত্রগা any state of circumstance তা হুকুম জারিবগী মওং পন্দে। অরোইবদা Defence of Inbia Rules, 1962 না Defence of India Act, 1962 গী লুংইনবা ওইনা India as a whole গী মিৎয়েংদা কুপ্না লৈনবদা ওয়েষ্ট বেঙ্গল সেক্যুরিটি এক্ট, ১৯৫০ অসি ইকান কান্নদবগুম উই।

হৌজিক হৌজিক্কী রাকম

# ইশা খংনবা হোংনজবা

য়াই. তেজেন্দ্র,

ওসিগী নহারোলশিংনা হয়েংগী লৈবাক ঙাকপগী শিন্না কায়রগদবনি হায়বসি মীপুম তিংনা খংনরবা অমস্তুং লৌজিক চংদবা রাকম্নি। ঐখোয়না ঐখোয়গী নহারোলশিংবু চেন্থরক্লিবা য়ুগকী ঔচেলদগী থায়দোক্লনা অংগোম্না ইথায় অমা পীবা তারবদি—ওইথোক্লবা অনি অমস্তুং মীওইবা জাতিদা য়াম্না চাওবা পাপ সংশিল্লবনি। মশানা মশাবু মশক খংজনবা হোংনবা হায়বা অমা হৌজিক য়াম্না কন্না চেন্থরক্লীবা অমস্তুং য়াও-দ্রবা য়াদ্রবা রাকম ১নি। ঐখোয় কনানো হায়বগী রাখল অমস্তুং রাকম অসি মুন্না খন্নুনরবা মতুংদা ওইরকই পৃথিবীগী চাওরবা লাইপোক কয়া,

জগৎ থুংনা ব্যাবহার তৌনরবা কন্না।

মতাং অসিদা ঐখোয়না ঐখোয় ইশা ইশাগী রাখল তৌবা ভাবনি—ঐখোয়গী শক খংনজনবা হোৎনবদা ঐখোয়না করি তৌরকপগে অমসুং তৌরব্বগে ? মতাং অসিদা তশেংনা হায়রবা অরবদি ঐখোয়দি খোং নাম নাম কাওবা থাংজিল্লি হায়না লৌবা য়াই। ইউনিটি ইন ডাইভর্সিটি হায়বা ভারত সরকারগী পান্দম মথা অদুদা য়েংলুরগদ্ধ ঐখোয় ইশাশিং অসিগী মশক খংবা নত্তনা অতোপ্পা উপাই লৈত্রবনি।

ঐখোয়দি করি তৌরে ? নহারোন অহল-লোন পুন্নমক্না করম্না খোংথাং থাংলিবনো ? খন্নবা য়াবা রাকমনি।

রাফম অমতং খল্লদুনা য়েংশি—সরকারগী পোলিসিগী মতুংইন্না লেম্না লাইরিক তমহল্লবা (মুপাগীনা নিপালশুবা থাক কাউবা, মুপীমচা-শিংগীনা তরাশুবা থাক কাওব) হায়বা অসি য়াম্না কন্না চথরক্লীবা অমদি থরগী মখোদি মায় পাকই হায়দুনা লৌনরবা রাকমনি। রাখলগী লৌশিংগা লৈনবা মীওইশিংগী মত মতুংইন্না অতোং ওইরিবৈদা তাখিবা মমি অদুদি খংনা অমসুং খংদনা অতাংশিং অদুনা ইত্তত্তুনা উৎ-থোরকপা হায়বসি শোয়দে হায়না হায়রি। মরম অদুনা অতাংশিংগীদমক্তা করম করম্না লাইরিক তমহনগদগে হায়বা অসি য়াম্না মুক্ষ খন্নবা ভাবনি অমসুং মতুদগী করম্না অতাং থোক্ক রুদগে হায়বা অদু ইরাই লাইনা হায়জ্ঞ ওমগনি।

মতাং অসিদা পল্লবা রাদবনা মণিপুরগী লৌরিবা অতাংশিং অসিনা তম্বীবা লাইরিকশিং (অহানবদগী হৌরগা নিপালশুবা থাক কাওবগী) অসি য়েংবা ভাররদি কক্ষ নিংবা কায়নিংতাই-নি। অক্ষমশুবা থাক অমসুং মথক্তা থাকশিংদা থর মরু ওইনা তম্মীবা ছিরমশিংদি:— মণিপুরী হিন্দী, ইংলিশ, অঙ্ক, সমাজ নৈনরোল (মহৌ-শাগী ভুগোল অমসুং ইতিহাস) মহৌশারোল থর অসিনি। থাইনগী গ্রীসকী রাখল খনবশিংনা হায়নরম্মগুম্না পোৎ পুন্নমকশিং অসি মহাক্কী হৌরকফম অদুদগী মচেৎ মচেৎ থুগাইদুনা থিবা তাবনি অদুগা লোইন-লোইননা খম্নবসু তাবনি।

ঐখোয়না অহানবা খংগদবদি মাগী মাগী মশাগী লমদুগী ইতিহাস, ভুগোল অমদি চৎন-রোলনচিংবা অদু ঃ ম্না খংবা তাবনি— অতোপ্প-গীদু থর মুম্না কুপশিন্না মুম্না য়েংবা ওম্নবা। কেরেলাদা লৈবা মীওই অমনা মহাক্কী অতাং ওইরিবৈগী লৌরি া ক্লাসতা কাশ্মীরগী ইতিহাস নত্রগা ভুগোল ফ্যাকশিন্নুরবদি মহৈ মশিং তম্নগী পম্মুফেম অদু য়োই হায়না লৌগত্রা ? লম লমদুগী হায়া খংনা হোৎনব তাই—অতোপ্পশিং অদু থর কুপথন য়েংশপা হৈ কত্তে ভায়নহ হায়রকপা ওম্নবা। অদুবু ভক্তি মণিপুরগীদি মতম ওই হৈনবদা লৈ ে। 'পৃথিবীগী চাওরাকপা রারোল'' হায়বা মণিপুর স্টেট লাইব্রেরীনা থোং-বা অমা লৈবমী— মতুদদি মণিপুরগী মমক্তা চাওরবা পন্দুপ মা য়াওরম্মী অদুবু হৌজিক্কি তম্নদে। হৌজিক তম্নরিবা ভুগোলগী মওংসিদি 'ইউনিয়ন টেরিটোরিজ'' হায়বা অচৌবা হেন্দিং অমগী মখাদা মণিপুর হায়দুনা পরেং ৮/৫ গী পেরা অমদুনদি ারি ওইরকপা হৌনবগে হায় বদু খন্নুবদা য়াম্ন লুডাইকানিডাই ওইবা রাক্তম

অমনি। অতম্ব ঐখোয়গী লাইরিক ইবীবশিং অমদি খরীবশিংনা মশিংতুম্বা য়াখল অমত্তু করিমত্তা খরীখিত্রবা মাল্লে— অত্তাংশিংগী লাইরিকশিং কাকউরগা, য়েংউরগা নিংবা কাইবগী শ্বর মপী অমা হোন্দোকপা নত্তনা উপাই অতোপ্পা অমমুক লৈত্রবনি।

মশিনম্ভু লোইবা নত্রা— মীগী পুন্সিগী য়ায়ী অমদি নিংথৌরোলনচিংবগী নৈনবগী মতাংদা অমুক্তা হেন্না নিংবা কায়নিংঙাইহনি। ঐখোয়গীসু মতিক চাবা অথোবা অত্তম্বা কয়া লৈরমদুবা মণিপুরগী নিংথৌশিংনা অয়াবা কয়াগী মৈথুয়ক্তগী ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংবু কনম্বা নত্রা? হিরাচন্দ্র, থাঙাল জেনরেল, টিকেন্দ্রজিৎ, যাদোয়াং, চয়াই থাঙালনচিংবনা লচিত বড়ফুকন, স্বর্গদেব রুদ্রসিংহনচিংবদগী করাম হেন্না তারমগনদে— হেৎগদবগী য়াকমতমক ওইরমগনি হায়না খল্লি। অকোনবগী কাংবুসিনা ভম্নীবা লাইরিকশিং অসি পুমথম থম্প্রবনি অমত্তং ▬▬▬ অহানবগী কাংবু অসিনা পল্লবা য়াদবগী পম্বা ওইবা উবলবা অসি য়াম্না নিংবা কায়নিংঙাইহনি। পীক্লিবা থোপশিং অদুদা শংখিবা মচুশিং অত্তু কোকহনবা ভম্বনবা করি উপায় তৌবা ভমগনি। মুম্না থম্বা য়ারবা য়াকম্নী। মতম চপ চারবনি।

---

# য়ুখল মরুমদা!

—থেজ্ঞ।

য়ুখলগী মরুমদা হাবী জাবী কয়া তৌরি; নমথাক লৌনম মীনম শোয়িবা কুম্মৈগী কুম্মৈ ভাক্তনি। শেঙ্গা থুমজাগী উজার-মেলা। ময়াং ওফিসারশিংগী হাবী-জাবী ভাং পাং, নমথাক, লৌনম, শেঙ্গা-থুমজা য়েংবা হৈয়বদি মেলাগী মেলা ভাক্তনি। য়ুখল অমুক্তং হাইদোকচগে মেলা অসি মিৎয়েং ভাবিয়ু।

## ইকাই খুম্নবদা মতিক চারবা চিফ কমিসনরগী মিচং-শঙ্কল

চিফ কমিসনার সাহেবনা ময়াং ওফিসার অমগী মরালবুদি ফীরৈদা য়েংশিল্লগা মণিপুরী ওফিসার অমবুদি মরাল মশক খংকাক্লিরৈদা ওফিস কাহন্দে, কমকমদগী মনা লাক্তুনা চিংথোকহনখিববু খাঙ্গীনিংঙায় লৈখিদবা ভাবক্কী থম্মোয়দা অয়াবা কাওদবা নত্তে। মণিপুরী ওফিসার ওইরমদত্তনা ময়াং ওফিসার ওইজয়য়বদি তুহৎপীবগী লাইবক থীবসি কুংলম্মোয় মপোক থীবা হায়বত্তুনি।

মীচং কনখিবা ময়াং ওফিসার অমনা ময়াং মহাজন অমগা চুমখিল্লবগা মণিপুরগী ফুরিংথাও চপখিবত্তু হাকথেংনবা কায়বা কাওবদা দণ্ডি পীক্লি কোর্টতা কেথ কাওবা পুৎলক্তি। থোলোকী হায়োল পীবনী ময়াংদা ঐখোয়না উকল্লিবদি ময়াং ওফিসার অদিগা ময়াং মহাজন

অসিগা য়াম্না নক্কবা অমদি তৌরবনি। ময়াং ওফিসার অসিগী মমিং এস, আর ভাটাচার্জী কোই অদুগা ময়াং মহাজন অসিসু ভাটাচার্জীনি। অহানবগী ভাটাচার্জী অসিনা মণিপুর সরকারনা মপান্দগী পুশিল্লকপনি। ব্রেট অমসুং মিজর (অকুম অয়াং চাং ওবগী পাম্নবা) কন্ত্রোল্লরনি। অদুগা ময়াং মহাজন অসিনা ইম্ফাল থাঙ্গাল বাজারদা ভাটাচার্জী এন্দ সন্স হায়দুনা কারবার তৌরিবনি। ব্রেট এন্দ মিজর ওফিসতা লৈরবা পোৎচৈ মান চাং পুম্নমক্না শরুক ১০০গী ৯০দি হায়রিবা মহাজন অসিগী দুকান্দগী লৈবা ঙাক্কনি। মরি লৈনদবা, ওফীসকী থোয়না দরকার লৈত্তবা ভাটচার্জীগী দুকান্দদি অরিবা স্তোক ওইনা শিণ্ডদুনা লৈরবা পোৎ কয়াসু ওফিস অসিগী ওইনা ময়াং ওফিসার অসিনা লৈশিল্লি। অদুগা ওফিসতা পীশিল্লিবা পোৎ চৈশিং অসিসু খ্বাইদগী ফত্তবা হন্থবা পোৎ ঙাক্কনি হায়বা য়াই। অসুম্না ওফিসার ভাটাচার্জীগা মহাজন ভাটাচার্জীগা অসিনা লোতুনদুনা মণিপুর সরকারদগী চপথিরবা পৈশা অসি য়ামখ্রে। মীচং কল্লিবা ভাটাচার্জী অনিনা শাম্নখিবা লীলা অমা হন্দক থোকখিবাস লৈনানিংঙাইতনি। ব্রেট এন্দ মিজর ওফিসকীদমক, ৱাটর ফিলটর (ঈশিং চুমথোক্কবা) অমা লৈবগী য়াকয়নি। মসিগী মতুংদা শাম্নরম্লিবা লীলা পুম্নমক মমেক লেংনা সি, বি, আইনা অমদি মণিপুর সরকারগী ভিজিলেন্স বিভাগনা থীগৎপদা লেংদবা প্রমান ফংগ্রবনি। ময়াং ওফিসার অসিগী বুদ্ধি য়াম্না চংথোন্নী। থোনা কৈ। ৱাটর ফিলটর অসি লৈননবগী দমক্তা ওফিসার অসিনা টেন্দর কৌরম্লিবা মওং অসি তথেংনা থোনা কবনি। ওফিসতগী কেয়ানিবু টেন্দর কৌবগী টাইপ তৌহনখিবা অদুদা মথাগী মরোলদমক ইরগা টেন্দর কৌদোরিবা দুকান নত্রগা কার্মশিংগী মমিংদি হাংহন্দুনা থম্লগা ওফিসার মশামক্না চে অদু থোইদোকপা ওফিস ডিসপাচ নম্বরসু থাদনা পুহনা চৎখি। মহাক্না ভাটাচার্জীগী দুকান্দা চংলগা মথোয় অনি তাম্নহনা কার্ম থম্নগী মমিং থাজিন্নবা টাইপ রাইটর মেচীন অদু মহাজন ভাটাচার্জীগী দুকানগীনি! টেন্দর থারক্লিবা দুকানশিং অদুগী মমুংদা অনি অমনা মণিপুরদসু লৈতে, ভারতসু লৈতে, পৃথীদসু লৈতে। ময়াং ভাটাচার্জী অনিগী ফুরীৎথাওদগী পুথোরকপা দুকান ঙাক্কনি। অণ্ডকপা দুকান অনিগী মিং পীরি। অদুগা দুকান অমনা রাজ স্টোরগী মমিং য়াওই। মতাং অশিদা অণ্ডকপদি রাজ স্টোরগী মরাদি তারমদে। রাজ স্টোরনসু য়াকম অসি কবিমত্তা খংদে। অদুগা টেন্দর থারক্লিবা শুক্রে লৈতবা দুকানশিং অদুগী ছাপা থানাদা নম্বা লেটর হেদশিংদা কোটেসন পীরগা দুকান্দারশিংডুগী সহীসু মহাজন ভাটাচার্জীনা থাজিন্নবনি। অদুগা মরি শুবা কোটেশন পীরিবসিনা ভাটাচার্জী এন্দ সন্স পাওনা বাজার হায়না থারি। দুকান অসি মপু অসিনি মহাজন ভাটাচার্জী ময়াং ওফিসার ভাটাচার্জগী অচেৎপা মী। থাজিন্না দুকান মথামদগী পীরকপা মমলশিং অদুদগী মহাজন ভাটাচার্জীনা পীরিবা মমল অসিনা খ্বাইদগী য়ামদবা ওইরে হায়দুনা ৱাটর ফিলটর অসি ময়াং মহাজন ভাটাচার্জদগী ময়াং ওফি-

সার ভাটাচার্জনা অসি মণিপুর সরকারগীদমক লৈখীরে। রাটর ফিলটর অদু মমল লুপা ২৩০ নি। পোৎ দুকান অতৈদদি লুপা ১৩০ শুমদমক পীনরি মরক অসিদা শেল য়াম্না হোনরি লুপা ১০০ শুমদি করম্বা ময়াংগী ফুক্রিটখাওদা চংলমগনি। ময়াং ওফিসার অসিগী ফুরিৎখাওদা চংলমগন্না? সরকারগী ওইবা রেকোর্দ অমদি টেন্দরশিং অদু শেমদোক শেমজিন তৌরিবা অসিগা লুপা ১০০ মুক্তুগা করম্বা মরী লৈনরমগনি? অসিদম্ব নত্রি রাটর কিল্টর অদুমা লৈননবা হোৎনবদা লুপা ৬০ মুক্তি রিক্সা ভারানি। ভারা অসিগী মতাংদা স্টেট ভিজিলেন্সনা থীগৎপদা একাউন্ট রুলসকী মতুং ইন্না মসি শুকয় য়াদে হায়না প্রমান তৌগ্রবনি। হৌজিক ময়েক শেংনা উরিবা গুাকপীকম থোক্তুবা প্রজাগী ফুরিৎ-খাও চপ্পা লালহৈদ্রবা সরকার অমদা নমথাক তৌরম্বগী ময়ালদি সরকারগী ওইরা পোৎ লৈবদা মতীক চানা দুকানশিং অমদি কার্মশিংদগা টেন্দর কোল তৌরম্বগী মহুত্তা শুক্রমক লৈতবা অমদি অবৈবা দুকানশিংগী শাজিম্নবা লেটর হেদ লম্নায় ভুম্নীন্না নম্নগা সহী শাজিম্বা; কৈথেলদা লৈনরিবা পোৎকী মমলদগী অকিবা কংবা হেনগৎপা মমলদা লৈরম্বা; নিয়ম নত্তনা পোৎ মচা অমা লৈবগীদমক ওফিসকী হরা গাড়ী লৈরিমক্তদা রিক্সা ভারানি হায়জিন্দুনা লুপা কয়া কায়থোক্তুনা চাথোকখিবা—হায়রিবশিং অসি অমমম্বা মপোৎ ফারবা ময়ালনি। গুাক-পীকম অমদি কনবীকম থোক্তুবা ময়াল ওাক্তুবি।

হায়রিবা ময়াল অসিগীদমক্তা ময়েক লানা প্রমান লৈরবা, চেনকম শুক্রমক লৈত্রবা ময়াং অফিসার অসিবু কোর্টলা কেশ লৌথৎত্রিবা হৌজিক ফাওবা কাদোক পীত্রিবা ঐথোয়গী চৌক কমিসনারগী মপাঙ্গল অসি পুথীগী গণ-তন্ত্রগী মাইয়োক্তা শিংনবা ওবা থাইদগী অকম্বা নিপানি। অসিগুম্বা সরকারবু কোংনা নমথাক তৌরবা ওফিসার অমদা হৌজিক ফাওবা ওফিস শিন্নদুনা, ভলব ইনক্রিমেন্ট ফাওবা মচেৎ অমত্তা কক্তবমথৈ থম্নি। ওফিসার অদুগী কেরেক্তর রোলদা অর্থ থোক্তবা য়ানি (মাইনর এনত্রি) অমতং ইরগা ভুকচপ্রবা ময়াল অদু য়ুথনগী মরুমদা লোৎশিনদুনা থমত্রিবসিবু করম্ব স্বার্থগী লীলানো? কয়াদা ময়াইবক ফপ্রবা, থোনা ফপ্রবা, লৌশিং লৈপ্রবা অমদি মীচং সঙ্গন ফপ্রবা ময়াং ওফিসারনো?

অমরোমদা! অমরোমদা মণিপুরী ওফিসার হরিদেব শর্মাবুদি করম্বা তাথীবা থোঙাও অমনা কাওদুনা থুদক্তা তুহম্বা। কমকমদগী মনা লাক্তুনা চিংথোকখিবা হরিদেবদি সরকারগী রেকোর্ডক্তা নমথাক তৌদুনা শেমদোক শেমজিন তৌদে। ময়াং ওফিসার অদুনা শেল হাৎখিবা সরকারগী রেকোর্ড শেমদোকপা, সহী শাজিম্নি। পুলিশ বিভাগকী ময়াং ওফিসারশিংনা থাকখিবা লাংদা থুদুনা হরিদেববু শেল্লা থুমজাগী মওং মালহনবনি। হরিদেবগী ময়ালদি মথক, মওং লেপত্রি অমদি প্রমান তৌত্রি। হরিদেববুনা মণিপুরী ওফিসার অমা ওইবগীদমক অরোইবা থোঙাও পীরীত্রা? ময়াং ওফিসার অসি কন-থৎনবা হোৎনবদা সি, বি, আইগী ওফিসার থরগী থৌঙাল য়ুথল থাদপ্রবরা? সি,বি, আইগী

পোংথাং কদোম্বদা থৈগ্রবগে ? ময়ালগী চৈয়াক শীবদা মণিপুরী অমদি ময়াং ওফিসারশিংগী মরক্তা খেন্নহনপদবনি হায়বা পাওতাক অমা কেন্দ্র সরকারদগী লাকপরা নত্রগা মণিপুরদা চীফ কমিসনার সাহেববা লল্লায় ওইনা চথরা ? অসুম্না মীচং মঙ্গন নাইনা তৌবা হৈবগীদমক মনা ওইনা কমথোন কাদুনা বর্ষাদা এন্বাসাদর ওইগদৌরিব্রা ?

## লুপা লিশিং মরিফুনা খোম্বা অরোনবা পাও—

লুপা য়াম্না লৈরবদি অরোনবা পাও য়াম্না থোকহনবা য়াবা লম্বী লৈত্রা ভাব তাদে। খরচ তৌননবা, শেন্ফু শেন্ননবা খোরাং অসি ফনা ফজরি।

অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা শেলগী হিসাব শেঙ্গং থিজিল্লুবা য়াদবা ময়ামগী শেনগাও অ-চৌবা অমদগী নিপা অমনা মতোমতনা শিজিন্নবা শেন্ফম অসি খবরদা পংম্নুংদা মুংঙায়বা অমা পোকই।

অরোনবা থবক্কী চাদিং (সেক্রেট সার্ভিস এক্সপেন্দিচর) অসি প্রজাদদি খর নোনা থোকই। মনা মনিল নাইদবা, মকা ফোংবা য়াদবা হিরমদা হায়রিবা শেনফম অসি কাইথোক্কুনা চাদিং তৌই। লো অমম্নুং ওরদরগী অরুবা থবক্তা শিজিন্নৈ। অথুপ্না পাও শুংলগা সরকারদা পী-শিন্না অরোবা পাওমীশিংদা পাওগী মমল ওইনম্নু পিনৈ।

হায়রিবা খরচ অসিগী শেল অসিদদি পৈশাগী হিসাব য়েংশিন্না মীনা (ওডিটর কাওবনম্নু) মিৎ-য়েং চংবা য়াদে। শেল অসি শিজিন্নখিবগী অকুপ্পা মরী-মথোং অদুম্নু সরকারগী অতোপ্পা মীওই নত্রগা প্রজাশিংগী মরক্তগী কনা অমত্তনা খিজিনবা য়াদে। মুপ্পগী লৈবাক্কী অদুপ্পা চিফ কমিশনর সাহেবক্তনা শেল অসিগী চথোক চৎশিনগী মায় পুই।

হায়রিবা শেল অসিগী মতাংদা হাবী-জাবী থরমী নমখীবা মনম থরদি প্রজাগী নাতোন য়োয়রে। ১৯৫৯ ইংদা অরোনবা থবক্কী চাদিং অসি লুপা লিশিং তরা য়োথিদে। হায়রিবা চহী অসিদি মণিপুরগী চৌংগী লমদম কয়াদা অকন্না ইরাং হোৎখিবা মতমনি। লো এণ্ড ওর্ডরগী কৌতম থাইদগী হেন্না শাথিনা কৎখিদবা মতমনি। অদুগুম্বা চহী (১৯৫৯) অদুদা খরচ লুপা লিশিং নিপাত্তমক তৌরগা, চৌংগী ইরাং নিংথিনা নেম্নবা চহী ১৯৬৮ অসিদনা লুপা লিশিং মরিফু খরচ তৌরিবগী মরমসিবু কমদৌরিবা জাৎনো ! খবরদা কোক চৌকই। অদুগা লো এণ্ড ওর্ডরগী কৌতম চান্নবা কবিবা কুমশিগী চহি (১৯৬৯) দা লুপা লিশিং মরিফু য়োননবা হোৎনরিবসিনা কনোমদা থাজিল্লীবা খরচনো ? লুপা লিশিং নিপাৎগা লুপা লিশিং মরিফুগা অনি অসি কনা কন্ননা লাপ্পরি। লুপা লিশিং কুন্ফু তরানিথোই চেন্নরি। চেন্নরিবা শেল অসিবু হাবী জাবী কোমদা পুৎথহল্লিত্র ! চিফ কমি-সনার সাহেবক্তদি থংলিগনি। অতোপ্পনদি য়েংবা য়াত্রে।

পৃথ্বী মনুংদা নাতৈ শুকচা চাদনা চেং-চাক অমদি এনখাং নাপী অকিবা কংনা তাংলবা, মকম অমম্নুং মতম অসিদা ওফিসার অমনা মহাক্কী থাগী তলবক্কী শরুক অহুম থোকপগী

থরুক অমা ময়কায়গী পুন্না প্রেজিডেন্ট কনদা থমজিন্না ভবনি অহকপনি। চিক কমিশনার খাদেংবরদি থা থাগী লুপা লিশিং অমমম প্রেজিডেন্ট কন্দ ওইনা থাকচৌবা ওন্নি। থা থুদিংগী অস্তুক রাম্বা শেল অসিবু মথাগী প্রেজিডেন্ট কনদা থম্মা ওম্বিনা অদিগা সেক্রেট সার্ভিস এক্সপেন্ডিচর (অয়োবা থবকী চাদিং) লুপা লিশিং নিপাল্লগী অশুম-মশুম রাংথক্লক্‌না লুপা লিশিং মখিদু লৌথংলকপা অদিগা মথী লৈনরমগনি।

অয়োম থবকীদমক শেল তৌখিদ্রা, থবকৌদমক অয়োবনা থবক তৌখিদ্রাং খল্লা চৎলৈ!!!

# নিংতম্বা অমস্যুং ইমা লৈবাক

সোসিএলিজমবু নমথাক তৌরম্বী অমদি লকলোন অনী পুন্না সোয়েল অমস্যুং রাজনীতি শাসয়ম্বী হায়না সোভিয়েট লাইব্রিক ইবা এনাতোল কুজনেৎসোভপু মাগী মরুপ কাউরবা উপন্যাসকার বোরিস পোলেভোয়না ময়ম্মাই ওইবা রাকৎ অমা "লিটরেচরনায়া গেজেট" হায়বা সোভিয়েট রাইটরস ইউনিয়নগী চেকোওদা কনথি থোক্লা ইবগা লোইননা এনাতোলিবু রাইটরস ইউনিয়নসিদগী তাং ৫।৮।৬৯ ইংদা তাম্থোকখ্রে। মসিগী লোয়ননা মরৈবাক্কগী তানথোক্লবগা লদম্বা চওকক্রম কংহুনা হাপ্পাম্বী মমাওদা থুংখ্রে। মসিগী মাহোদি মাগী উপন্যাস "মৈ" হায়বদুদা য়াওবা মীওই অমনা "ঐহাক নীংতমনীংঙি" হায়বদগী থোয়কপনি। অসিগুম্বা রাকমদি কাওরবা লেখক ফেডোএভস্কিগী লমচৎশিংদসু তোইনা থোকখি। হৌজিক্কি মরৈবাকপু থাদোক্লম্বদা নত্তনা কমুনিজমবুসু য়ানীংদ্রে হায়রে। মরৈবাক্কা লৈহৌরবা মডু মচাগীদমক মথাই য়ারী। হৌখিবা ভেক। [illegible] দগী থৌয়দুনা সোভিয়েট ইউনিয়নদা লৈনিংদবগী য়াথং অসি লৈথক্লবনি হায়না হায়রি।

লময়ানবগী পাওমী

## 'ইতিহাসনা ঐখোয়বু অস্থুম্না নিংশিংহল্লি'

### অরাং : আসাম মণিপুরী মরুপ্না আসামগী প্রজাশিংদা তৌথিবা আপীল।

হায়জরিবা
শ্রীগোপিমোহোন শর্ম্মা
প্রেসিডেন্ট, অরাং আসাম মণিপুর মরুপ
সেন্ট্রেল ওফিস—বড়কোলা নগর, আসাম।

আসাম।

লালুঙ অমদি দেওরি হায়রিবা কাংলুপ অসিবু আসামদা চংলকপনি। মোঙ্গোলীয়ান কাংলুপ-লোমদগী চংশিল্লকখিবা নিংথৌ ভীশ্মক অমসুং নিংথৌ বানা অনিনা শ্রুমারা অমদি শনখংপুরদা মথংশিংনা লৈবাক মপু ওইনা পানখি। মো-ঙ্গোলীয়ান নিংথৌ শাগৈগী মোঙ্গোলীয়ান বোডো অমসুং বোরহাইশিংসু লমদম অসিদা চংশিল্লকখি। অহোম-টাই কাংলুপ্না মোরান অমসুং বোরাধীগী নিংথৌশিংবু মাইথীবা পীরগা অনৌবা রাজ্য অমা লীংখত্তুনা চরাইদেওদা কোম্সুং ওইনা পানখি। হৌজিকমক ওইরিবা আসামগী লমগী সিমানা অসিগী অচেৎপা শক্তম পীবগী ইজ্জত্তি অহোম শাগৈ অসিদা লৈবনি অমসুং মতম অদুরাইদগী হৌরদুনা লম অসিদা লৈরিবা কাংলুপ পুম্নমক অসিনা অপুন্বা জাতী অমা ওইনা আসামী হায়না খংনরি। হায়রিবা কাংলুপ ময়াম অসিগী মনুংদা মণিপুরীশিং অসিসু থোয়-দোকপা অতোপ্পা নত্তে। মথক্তা পনখ্রিবা কাংলুপশিং অসিগা থৌমু-নাইমু ওইনা লমদম অসিদা হৌমীন্নরকপনি হায়বসু থোইনা য়েৎনফম নত্তে। অদুগা য়াম্না মশক নাইনা আসামগী অরাংথংবা মাইকৈদা মণিপুরীশিংনা আসামী ওইনা খুন্দাখিবদি ইং ১৭৬৮ স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহনা পাল্লিঙৈ মতমদগীনি। মহম্মদনশিংনা লম অসিদা লাকপা হৌখিবনা মোগলনা আসাম লান্দাখিবা অদুদগীনি। ব্রাহ্মণশিং অসিসু অহোমনা পাল্লীঙৈ মতমদ' চংলকখিববনি। অদুগা অথেংবা যুগতা ভারতবর্ষগী তোংঙান তোংঙান্না উপজাতীশিং চংশিল্লকখি অমসুং খুন্দাখি।

অসুম্না আসামগী ইতিহাস অসিমক্না খেংনা উংলিবদি কনাগুম্বা মী কাংলুপ অতম্রবা অমবু আসামী হায়না খংনবা লৈত্তে। তশেংনমক হায়বা ভারবদি তোংঙান তোংঙানবা শাগৈ জাৎ ফুরুপ অমদি কাংলুপ ময়াম্না তোংশিন্নরগা তরাহুমদোইগুবা শতাব্দিগী হৌনা আসামী জাতী ওইনা খংনদুনা লাক্রবনি।

মরম অসিনা অরাংথংবা আসামগী শরুক্না মীশিং য়ামজদবা অপিকপা ফুরুপ ওইনা লৈ-

অরক্লিগা মণিপুরী ঐখোয়না আসামগী আসামী ইচীল ইনাওশিংদা থোয়দোক হেন্দোক্লা 'অংগোম তাই মোঙ্গোলিয়া রাজ্য পরীষদ'কী য়ুনীরেল থৌরম পুবীরিবা অমদি 'ওল পার্টি হিল লীডরস কনভেন্সন' গী লুচীংবশিংদা তৌজরিবদি লল্লায় ফুরুপকী ওইবা য়াখলশিং অসি থাদোকপীরগা অমত্তা ওইবা অপুম্বা শক্তি শেমলগা কত্তবা য়াখল মাংহনখিনবা লোয়বনা আসামগী একতা অমরোমদা চঙী চা কল্লা চংনা লমদম অসিগী প্রজাশিংগী অচেৎপা হোৎনজমল্লা মপুং ফানা কজহল্লবা আসামী সংস্কৃতি অসি কায়হন্দনা কল্লা ওল্লনবা অপুম্বা অমদি মুংশিনবা লীচোং থম্মবা হোৎশবীয়ু।

# মপান মণিপুরীশিংগী হিকথরকপা শক্তম !

## (পান মণিপূরী য়ুথ লীগকী হন্দক জুন থাদা ইম্ফালদা পাংথোকখিবা কালেন মীফমদা তাৎখিবা য়ারোল।)

কোশিমি শর্ম্মা
কাছার

কাছার।

মণিপুর লৈবাকী য়াংমদা আসাম, ত্রিপুরা নাগালেন্দ অদুগা মীরৈবাক্ত— বরমা অমসুং পাকিস্তান্দা মণিপুরীশিং য়াম্না খুন্দাজনা লৈরি। মপান্দা মণিপুরীশিং লৈরি হায়বগী অশেংবা মশক উৎননবা হোৎনরকপগী অকম্না থৌদাং অমা হন্দক 'পান মণিপুরী য়ুথ লীগনা' হোৎনরক্লিবসি ইতিহাসিকী ওইবা অমদি থৌগৎনিংঙায় ওইবা খোংহৌনি। মতাং অসিদা মপানগী মণিপুরীশিংনা হিংলিবা সমাজীক অমদি শেলথুমগী কীভমদা চাওরাকপা মীৎয়েং অমত্তং লৌজরি।

মণিপুরীশিংগী হৌনবী ওইনা থোয়দোক হেন্দোক্লা মণিপুরগী মপান্দা খুন্দারিবা মণিপুরীশিংগী সমাজগী মশক অমদি শেল-থুমগী কীভম হায়রগদি সহরদা লৈত্তবা, লোইয়া তময়াদা হায়-থরগা চোইনা চোইনা লৌউত্নুা থুন্দ,বা অমনি। মণিপুরগী মপান্দা গৌহাটি আগরটলাদা অদুগা পাকিস্তানগী শিলেট সহরগী ময়োনশিংদা মণি-পুরী খুজোক থরদি মনাংঙৈদগী মরৈরক্লি। অদুগা কাছার জিলাগী শিলচর সহরদদি তাহৌবা ওমখিত্রে। সহরগী মতাই নাকচীরোমদা হাই-দোকত্রে। অদুবু নৌনা ইটখোলাগী মৈতৈ খুন মচা অমা চোংথোরক্লি অদুগা শিলচর মমাই চবুকমক্তদা কবুই (রোংমৈ) খুল অমত্তংগা লেপ-তুনা লৈরি। অনি অসি নত্তবা মণিপুরী খুল লৈহৌবা ওমত্রে। শিলচর সহরগী ইটখোলাদা নৌনা ঐখোয়গী খুন মচা অমা চোংথোক্লকপদি মণিপুরী পুম্নমকী খুদোং য়াম্না চাবা পীরক্লি।

কাছার মণিপুরী পুন্নমক্কী চাওখৎনবগী য়াওল ওইথম অমগু ভীমকম উন্নকম কয়ারক হন্না খুন মচা অসিদা পাংথোকখ্রে।

কাছার অসিমক লৌউবগী লৈবাক্নি। হায়-রিবা কাছার অসিগী থ্বাইদগী অফবা লৌক্ষমশিং মণিপুরীশিংগী লোচানি। লোচাশিং অসিগা কোম্ন-কোম্ননা মণিপুরী খুলশিং লৈরি। অতৈ লোন লোম্বা ফুরুপশিংগা পান্দম্নবদা হৌজিকস্ন মণিপুরীশিংগী মমুংদা য়াম্নমক লায়রবা চাক্নি-কিশিন্দুনা চাবা মশীং য়াম্না তাংবমুক তোমথীন নাইবা শেঞ্জাও পায়বা মীওইস্ন অমত্তা লৈরক্তে। হৌজিকস্ন লৈত্রি।

লৌউবা নত্রগা লৌউ শিংউবগী থবক নত্তবা খুৎনা শাদুনা পুথোকপা পোংলমদি য়াম্ন চং-থোক্লি। মণিপুরগী মপান্দা চেক্কী য়ুম নত্তনা অতৈ জাতীগী য়ুম কৈ পুম্নমক মণিপুরী মচানা শাবা ভাক্তনি। থোইনা চোপ্তবা শিন খুদিংমক্ত মণিপুরী লৈরম্মী অমস্নং লুচিংই। তৌবতবু. মণিপুরী ডুবাম্মার, কারবার য়াম্না মণিপুরগী মপানগী সহরশিংদা ঊবা ফংলোই।

সহর! স"র শি"গদোরে হায়রবদি মণিপুরী মচামথৈদি নম্বো য়োমলগা হৌদুনা চেল্লি। খুল হোংগদবগী হোৎনৈ। মণিপুরগী মপান্দা লৈ-রিবা জিলাশিংগী ময়োন সহরশিংদা চহী য়াম্মোগী মমাংদা মণিপুরীশিংনা লৈরম্বা মীশিংগা তৌজিক্কী মতমগা পানদুনা য়েংবদা অঙকপা ফংনা মীশিং হম্ত্রকপগী মমুংদা অতৈ জাতীশিংগী মীশিংদি অকিবা ফংনা হেনগৎলকই। অতোপ্প জাতীগী মীশিংনা ভকশিল্লকপনা হাম্না লৈরম্বা মণিপুরী মথৈনা হৌজিকস্ন অনৌবা লৌ নিনকম লম খিদুনা চৎলী অমস্নং খুন হোংলি। খৃঃ ১৯৩০ দা হোজাই-লঙ্কাদা কাছারগী লৌ লৈতবা মণিপুরী লৌমীশিংনা খুন্দারুই। হোজাই লঙ্কা অসি মণিপুরী লম ওইনা তৌরম্মী। হৌজিক হোজাই লঙ্কা সহর ওনখরে। মণিপুরী অমত্তা য়ুম লিংদুনা লৈবা ঙমহৌদরে। ঙম্নমক লৌউ শিংউনবা অনৌবা লৌ নিনকম খিদুনা অথাপ্পদা হোংদোক্ল-খিবনা য়ুমতাক থুম্তাকহৌরে।

হৌজিক্কী ইতিহাসকী ঈচেল অসিদা লন্নায় অমস্নং সবর হায়বসি মুথৎপা য়াদ্রবা কিভম অমনি। জাতী অমনবু সহরদা সমাজ অমা ওইনা লেপ্পা ঙমদ্রগদি জাতী অদু মকোক য়াওদ্রবা মী অ"গ্নবনি। জাতী অদু জাতী ওয়বা ঙম্বা হৌনদ্র। মতমগী মঙান ফংবা অমদি বিজ্ঞানগী মপান তাংবা য়াবা পাম্বৈ পুম্নমক লৌশিনবা ঙমদে। সহর অমা হায়ব-সিনা লৈবাক অমগী ময়োম্দা লৈবা জাতী অমগী কোক্নি। চাওথৎপগী ইফুৎ পুম্নমক সহরদা লৈবনি। অদুনা জাতী অদুগী শরুক অমস্তং সহরদা লৈহৌবা ঙমদ্রবদি জাতী অদু কোক য়াওদ্রবা মমি শামথরবা মুৎথিগদবগী মতম কুয়দ্রবনি সহরদবু লৈহৌদ্রবদি জাতী অদুগী মরক্তা য়াথলগী ঈচেল ফাওনবা ঙমদে। হকচাংগী তোংঙান তোংঙানবা শরুকশিংদা ঈচেলবু ফাওবা ঙমদ্রবদা হকচাং কায়াৎ মথৈ মচেৎ মচেৎ পুমথরকপগী কীভম অদু য়াথল ঈচেল শম্নবা ঙমদ্রবা জাতী অদু অদুম্মক মাংশিগনি। অদুগুম্বা ঈচেল ঈফুৎ অদু সহরনি। মসিগী মরেকলাবা দৃশ্যদি কাছারদা শেংনা থোকখ্রে। কুনগুবা শতাব্দীগী হৌরমদায় ফাওবদি মণিপুরীশিংগী অকম্বা প্রভাব অমা

লৈরম্মী। ইতিহ'সকী ওইবা চেনা খরা হক্নংনা কাক্নংলুরগস্থু কাছার অসিমক মণিপুরী মচা-শিংগী মথুত্তা লৈরম্মী। অদুবু খৃঃ ১৮৯১ দা মণিপুরনা মনিং মখা তন্বা মাংখিবগী মতুংদগীদি মণিপুরীশিংনা নোংচুপ জাতী থোইদোক্লা ইংলিশ জাতীবু তাথিবা রাখলনা হাকমনখিদুনা নোং-চুপলোমগী ইংলিশ শিক্ষাদগী লাপথোকহৌবনা কন্নাইবা লাইরিক লাইশু হৈবা, মতমগী ইরাং খংবা মণিপুরী লৈহৌবা ওমদ্রে। লৌ উবা নত্তবা অতৈ শিন্নাগী লল্লোন্নবচিংবদি পুক্রিং চংদবা মরম্না সহরদা লৈবা ওমখিদ্রে। লাইরিক লাইশু মত্তাং চানা তম্নহৌদবনিনা কলম শুবা সহরবাসিস্থু লৈহৌদ্রে।

বৃটিশনা পাল্লিখৈদদি খুৎশা হৈবা পোত্থোকী শিন্দম কল কারখানা হায়বসি চাওখৎপা ওম্লমদে লৈবস্থু লৈরমদে। কল কারখানা নত্তবদদি সরকারগী ওফিসতা নত্ত্রগা লল্লোন ইত্তিক তৌবা মীয়াম্না সহর থল্লি। মণিপুরী মচাশিংদা হায়-রিবা মাকৈ অনিসিদা ইশোয় শোয়হৌবনা সহরদা মণিপুরী লৈকৌদে।

মমুংদা খংদে মপান্দা খংদে হৌজিক্কী যুগ অসিদা মণিপুরী হায়বা জাতী অমা হিংদুনা লৈশি হায়রবদি সহর পাইশিন্ন ওন্নবা হোৎনবা তাবনি। লৌউবা নত্তবা সহরদা হিংবা য়াবা অতৈ অতৈ শিন্নমস্থু তৈননবা হোৎনদবা ইয়া য়াদে। ভারতনা চহী মত্তাগী থৌরাংদা শিন্নমগী থাংগ্রিবা খোংথাং অসি খুদুং ইন্না মণিপুরীশিংনা মীৎ লাওনা পাংথোকপা তাবনি। ময়াম্না থাংনখিবা খোংথাং অসি ইম্নবগী খুদোংচাবা ফংদবনা মণিপুর জাতী অসি নোংম ৈোংমগী মমি শাংথরক্লি।

# শুক্রবা উমংদা ঈশিং ঈচেন্দা

ডা: নোংমাইথেম ব্রজবীহারি

## জিরিবাম

মনিপুরদা খ্বাইদগী হেন্না পিকপা সব-ডি-ভিজন জিরিবামনি। মীশিং চাউরাক্লা ১৮,০০০ ওইরম্বদগী চহি অনি-অহুমগী মমাংদা নোংপোক পাকিস্তান-দগী রিফিউজি খরা থোমজিল্লক্লুনা হৌজিক্তি ২৮,০০০ য়োরে। চৌংগী শরুক্লা য়াম্বা লমনি।

জিরিবামগী নোংপোক থংবদা থাই, মকু, ইরং-নচিংবা ঈচেল কল্লক্বা তুরেল খরা লৈরি।

## জিরি

নোংচুপ থংবদা আসামগী সিমানা থায়দোক্লুনা চেল্লিবা জিরি তুরেলনা মখা পাংনা চেন্থখিদুনা জিরিবাম অমস্থুং তমেংলোংগী তাইনবা সিমানা কাউদোক্লুনা মখা পাংনা চেন্থরকপা বরাক তুরেল গা জিরিমুখতা তিন্নরগা আসামগী লৈমায় লান-শিনখিদুনা বঙ্গোপ সাগরদা তিল্লুরি।

জিরিবাম, চৌং অমস্থুং জঙ্গলনা পুমকুপ কুপশিন্নবা লম অমনি হায়বা য়াই।

মকম মকম খুদিংদা খোংলবা নারক-শিংলক কয়া লৈখ্রি। কনাগুম্বা অমনা তমেংলোং নত্রগা চুড়াচান্দপুরদগী জিরিবামগী সিমানা লানশিল্লকপা তারবদি মহাক্না উগনি, ব্রাংল ব্রাংলবা চীং, শুক্রবা উমং ব্রামং, চীংচেপ অমদগী চীংচেপ অমদ মথং মথং থেক্ল- খাইনা চৎখরিবা ওাংলৈনরবা লম্বী। লোকচপ খুদিংদা তরু-তরুক চীংদোন্দগী হো-রককম খণ্ডদনা চেন্থরক্লবা চীংজুম ইকুৎ। মকম অদুদা শিংলম্ব সুংশিংনা উন-পুব ঈংলবা রাক-চীংগী সুংশিৎকুম। শকুম অমতুংনা হকচাংদা যৈরকপদা থোৎলবা হকচাংগী শিংলি খুদিংমক তৎপ্রগদোগুম নিংহনবা। চেল্লিবা কোং কোং শারম্বা ঈ কাউবা কমজিনপ্রবোই নিংগনি। অমুকস্থ উগনি, ব্রা ব্রা চেন্থরক্লিবা ঈশিং-চাইবী ঝরণা।

উমং ব্রামংদা তমখিরবা শা কৈ কয়া, মমল য়াম্নবা শামু লমখ', য়োং, শজি-শণ্ডাই. খাজল কয়া লৈপ্রি। শবো, কৈশাল মখল মখলগী লিন, লাইরেন কয়ামুকস্থ থেংনগনি। লমওক, লমশনস্থ লৈতবা নত্তে। অথাপ অথাপ্পা লমদগী অতোপ্পা জাতিশিংনা জিরিবামগী জঙ্গলশিংদা চংদুনা শামু লমখা কাবা লাকনৈ। মনিপুরী মচানদি তৌদে।

উচেক-ব্রায়াগী মমুংদা তেনব্বা', ময়না, লম-য়েন, লমহাম্নু ধনরাজ, উরোক লংজা. খুমু অসি-নচিংবা মখল মখলগী তাংলবা উচেক কয়া-মুকস্থ লৈরি। করিগুম্বা মতমদস্থ ব্রাহোং, উটপক্কী নচিংবা অণ্ডকপা উচেক খরস্থ উবা ফংই।

উমং ব্রামংদা অমুকস্থ মখল মখলগী পাম্বী হোবা থেংনগনি। চাম, টিক, মিশি, আগর, উনিংথৌ অমস্থং মমিং খণ্ডদবা চাউর-চাউরবা উ-পাম্বী কয়াস্থ হৌরি। থোইনা শোংদবা চীং-মায়দা তম্পাক্কী জঙ্গলদা থোক, তুলা, তুমিংলা, লাইকোই হৌরি।

জিরিবামগী জঙ্গলদা আগর পাম্বী অসি অস্থক্কী মতিক য়াম্না হৌখরে মদুদি শিলচর, করিমগঞ্জ হাইলাকান্দিনচিংবা অনকপা সহর কয়াদগী শেঞ্জাউ পাইবা মহাজনশিংনা মাগী-মাগী মী কয়া শোংলবা উমং মমুংদা থাজিন্দুনা আগর পাম্বী অদুগী মচিগী শরুক অদু থাং অথৌবা অমন খেস্তোক্লগা (খুদোল অহুমদগী খুদোল তরা কাউবা শাংনা) পেক তৌশিল্লি। অদুগী তুংদা উ মচিশিং অদু ঈশিংদা ফুস্তোকই। অস্থন্না আগর থাউ শুংই। চহি খরগী মমাংদা বাবু-পাড়াদা আলী কৌবা ময়াং অমনা আগর থাউ শুংবগী থবক অসি য়াম্না নিংথিজনা তৌরমই। আগর অসি অচৌবা ললোনপোৎনি। সের অমদা করিগুম্বা মকমদা লুপা লিশিং তরা কাওবা য়োবনা অতৈ জাতিনা শেঞ্জাও পাইবা লাখপতি ওইনরি।

হৌজিক্কি জঙ্গলদা আগর পাম্বী য়ানবা অমস্থং ফোংনা কারবার চলাইবগী থবক অসি অপুনবা কাংবু অমনা য়াম্না কুপ্না য়েংশিল্লি। য়েংশিন্দুনস্থ অরোনবা কারবারদা পোথোক অসি অণ্ডকপদা মাংখিদবা নত্তে। অহম্মদাবাদ, লালপানি, সোনাপুর হায়রিবা মকমশিং অসি চোরা কারবারগী মরু ওইবা সেন্টরনি।

লাইরবা প্রজাশিংনা উজান চংদুনা শেল তানৈ। মসি অণ্ডকপা জঙ্গলদা য়াম্না থাপ্না চংশিনখিদুনা উ অমদি বা য়ানবা মখল অমনি।

কাংবু কাংবু নাইনা মখোইনা হুম্মিৎ কয়ানি চংনা উ নত্রগা বা লিশিং পিশিং য়াম্নি। অত্রগা তুরেলগী ঈমাইদা উ-ব্রাশিং অদু থাদত্রনা পোত ওইনা শাই। পোতশিং অদু অমগা অমগা শমজিন্নে। অম্নম্না মখোইনা চাউর চাউরবা উ বীম কয়া পুথরক্লুনা লৈত-লাইরা মতেং ওইনৈ। শামু শিজিন্নদুনা শুক্লবা উমং মসুংদগী চাউরবা বীমশিং অদু ঈশিং ঈমায় তান্না চিংথবা ঙম্মী।

যাই, মকু, অমসুং ইরং তুরেলগী শাফু কল্লবা ঈচেলগী ঈরোম্বুংদা মথল মথা অথাম্ব ঙা কয়া চাত্নুনা লৈরি। কাংবু অমনা ঙা কাপ্লবা বোম মথল অমা শিজিন্নদুনা তুরেলশিং অসিদা ঙা কাবা চৎনৈ। কা-হেম্না লুবা মকমদা ঈরুপ্পা হৈবশিংনা ঈরুপ্তুনা ঙা কাই।

জিন্নি তুরেলদা ঘোড়া, শরেং, বাছ', খজিং মাহোন, কাটল, ঙারিল, লুপামানবী মরাংকাইনা কংই। ঈশিং ঈচাউ মতমদা ঙা-কোরিয়ালসু লৈ। অসিদসু নত্তনা মথল মথলগী ঙা মচা কয়া লৈরি।

মুন্না থিজিল্লুরবদি অমসুং মতিক চাবা সয়কারগী মতেং য়াউরবদি তিন্নিবাসগী উমং -য়ামংদগী অসুং ঈশিংগী শরুক্তগী মতিক চাবা আয লাকদবনি। হৌজিকমক্তি জিরিবাম লাই-লম অগা ওইরি। লাযররবা লম-মচেৎ অসিদা মণিপুর অপুনবগী প্রজা লাক কবাগী মপুক থহল-লবা অমসুং মুস্তাইগম্নব' লম মতিক চানা অমদি মরাং কাইনা লৈতবা নত্তে। লম্ফাংমররা য়া-থল মচেৎ অমনা কুবেরগী লনগৈবু কাউথোক্লে। চাউখৎপগী মঙাল মরিক অমত্তং চুখৎনবা মচাক পিবিবদা য়ুমলোম্নবা লৈবাকশিংনা কল্লক্কম লৈগে ওইদুনা লোম্না থুদোংচাবা লৌম্নিবা অসি মণি-পুরী জাতীনা ফোংনা লৌজবা ঙমগদবনি।

চৌংনুং তাম্না চিংমাই অমদগী চৌংমাই অমদা কোইপাই পাইরি। বসন্তগী কোকিল তমদা হৌবা পামেলগী উশা খুদিংদা তোংলম্নি। মৈতৈগী নাকোং শুদিংমক্তা খোম্নাং য়ৈরুরি। ঈথোলাংবী নোংগোবী ঈশিংগী লেম্না নাইত্রবা ঈচেলবু মমিৎ কুপ্তনা য়েংজম্নি। নোংমদোন থত্তগী শিঙ্গমি পিয়াং, নোংলিক্তা লোয়দনা, তুংদা থোক্লকদোখা অম্না-মুংঙাই দৃশ্যবু উত্তুনা।

## ইডিটরদা চিঠি

# মণিপুরদা সাইন্স ইড্রুকেশন

তোম্বা খিৎউজামবা
তাং ২।৮।৬৯ ইং

ভৌতিক্কী মতমদা পৃথিবীগী ওইনা বিজ্ঞানগী বিষয়দা মহৈ মশিং অসি অসুক্কী মতিক চাউখৎলে :— পৃথিবীগী তোংঙান্ তোংঙানবা মফমদা চৎপা নত্রগা পাউথাবা ওন্নগী য়াকমদি থম্বু থমখিশি, উপগ্রহ থা কাওবদা মীওইবা জাতীনা চৎপা ওন্নরকলে। অসিগুম্বা বিজ্ঞানগী বিষয়দা মহৈ মশিং তম্বগী য়াথল, পৃথিবীগী জাতী অপুম্বনা পামনরক্লিবা হিরম, কাচিন অমদা লৈরুরবসু মণিপুরগী নহারোলশিংগী পুক্লিংদা য়োরক্তবা নত্তে। অদুবু অসুক কান্নথ্রবা বিষয়দা মতৈ ফংনা ফংজো হায়বা অসি মণিপুরগী অয়াম্বা নহারোনশিংগী মরাইবক্তা তমলমত্রমাল্লে।

সাইন্সকী বিষয়দা মিং চনগদবগী চেনশিললকপদা নিংবা কাইত্রুনা হন্দোকখিবা নহারোনশিংগী মথক উরুবদা মিংতগী পি তাখিবা থংহোদে। মখোয়গীদমক্তা য়াদবা ওমদে। অসিগী মহৈদি কনান ফংগনি—মণিপুরনা শোইদনা ফংগনি। চাওখৎপগী লমজেন্দা তুং থংহোবা হায়বা অসি শোইত্রবনি। বিজ্ঞানগী বিষয়দা মহৈ মশিং তম্বগী থুদোংচাবা হেনগৎপা হায়বা অসি তরাই তরাইবা থবক্তি নত্তে—প্রজা অমসুং সরকার অনিমক চংনা হোৎনগদবনি, খ্বাইগী মরু ওইবদি সরকারনা কুপনা মিৎয়েং চংবিগদবনি। অসিগুম্বা কান্নরবা বিষয়দা মহৈ মশিং তম্বদা নহারোলশিংগী হেন্না থুদোংচাবা ফংনবা মরী লৈনবা অথোরিটিগী অকনবা মিৎয়েং চিংশিনজরি।

সম্পাদক মহাশয় !

# অকোংবা জুয়ার

সম্পাদক্কী
ডাঃ কে, বিনোদ কুমার সিংহ
সেক্রেটরী, মণিপুর সর্বোদয় মণ্ডল, ইম্ফাল।

ঙসি ভারতকী ষ্টেটশিং অয়াম্বদা লোটরী শাম্নবগী কারবার চথরক্লুনা গভর্ণমেন্টনা অরাম্বা থবক পাইখৎলক্লি। অসিগুম্বা অসিদগী প্রজাশিংগী লৈখা তাহল্লি। ভারতকী অয়াম্বা সহরশিংদা লম্বীগী কোনা কোনাশিং নত্রগা বাজারশিংদা অমত্তা নত্তুনা মরি মরি, মঙা মঙা লোটরী টিকেট য়োনবশিংনা লাউদস্পীকর পান্দুনা প্রজাশিংবু মীহোৎনগা টিকেট য়োল্লি। অঙাংদগী

অহল ফাওবন টিকেটশিং অম্থু লৈ অদুগা মদুদা থোইদোক্না থবাই য়াওহন্মু উই। লুপা অমা পীরগা লুপা লাক অনিমথাই অদুগা হৌজিক্তি লুপা লাক মন্তা ফংবগী আশা তৌনরি. মীনা থবক থোমদনা লাইবক্কী খেল য়েংদুনা লুপা অমা পীরগা লুপা লিশিং কয়া নক্রগা লাক কয়া ফংবা পামই।

ভাবা ফংই—গুজরাত্তা অহল অমনা মহাকী মশুনিপা মরিথক্কী টিকেট লৈদুনা লোটরী য়াওহল্লমই। অমত্তা কাওরকত্রবদা মশুশিং অদুবু থাইদগী মঙ্গল লৈতবা মীশিংনি হায়দুনা ফুবিরমই। মহারাষ্ট্রগী অয়াম্বা ইমুংশিংদদি থা/থাগী ওইনা লুপা ৭/৮ নক্রগা মসিদগী হেন্না লোটরী য়াওবদা থরচ তৌনৈ। মথোইনা অমত্তুদা ফাওরকপদা লুপা লিশিং কয়া ফংগদৌরিবনি হায়না ভাবনা দলাল শাই। চহি ৭০ শুরবা অহল অমনা চহি ৪৫ গী মমাংদগী হৌজিক ফত্তুনা লোটরী য়াওরক্লি। অদুবু শুসি কাওবদি মহাকী মরাইবক্তা ভমত্রি।

মু থকপনা মুংঙাই য়াইকবা ইমুং কয়া মাংহনবগুম লোটরীনস্থু মাংহনগনি অমদি ইমুং মসুং অদুবু অরাবদা তাহনগনি। মহাভ'রত্তা পাণ্ডবনা জুরদা ইজ্জৎ য়োম্থোকপগুম লোটরীনস্থু য়োম্থোকনি। পাণ্ডবপুদি কৃষ্ণ লাক্কুনা কনবিরমই অদুবু হৌজিক্তি মথোইবু কনা লাক্কুনা কনবিরগনি?

লোটরী হায়বসি মথল অমগী মীহৌনবগী লাংনি। মসিনা থবক করিমত্তা থোমদনা শেঙ্গাও পাইবা মী অমা ওইনিংবগী রাথল অসি সমাজদা পোকহল্লি। অমরোমদনা গভর্ণমেণ্টনা মসিদগী সমাজবাদী ওইবা সবাক অমা শেংগী উদ্দেশ্যনি। মসিনা মরম ওইদুনা দেশতা অমগা অমগা থাক মান্নবা পুরকপা পামই। অদুবু হায়রিবা অসিনা কদায় ফাওবা পাংথোকপা শুমগদগে? মী লাক করা অমসুং ক্রোর কয়াবু মীহৌহনবগী লাংদা থাক্কুনা খেল খোমগৎলগা হয়েং লোটরী অদু হায়দোক্লবা মতমদনা মী খরতনা ফংবা, অসুম্না গভর্ণমেণ্টনা প্রজাশিংবু নমথাক তৌরি। গভর্ণমেণ্টনা মসিদগী শেন্দোং ফংই হায়রি, অদুবু প্রজাশিংগী লমচৎপু লৈথা ভাহল্লগা শেন্দোং থর ফংবদুনা করি কান্নগদৌরিবনো? লোটরী হায়বসি জুর মথল অমনি। জুর হায়বসি হৌজিক্কী সমাজদা ফত্রবা মচাক অমনি। অমরোমদনা জুর হায়বসি আইনগী য়াংমদস্থুনি অদুগা অতোপ্পা অমরোমদা গভর্ণমেণ্টনা মসিবু শান্নরি।

শুসি কনামত্তনা গভর্ণমেণ্টকী মাইয়োক্তা মসিবু থিংননবা হায়ত্রি অদুগা লোটরী শান্নদবা লমদস্থু টিকেট য়োনবা থিংননবা হোৎনত্রি। মণিপুরদস্থু গভর্ণমেণ্টনা লোটরী শাননবা থোয়াং তৌরি হায়না পাও ভাই। প্রজাশিংগী য়াইকনবা য়েংদুনা লোটরী হায়বা জুর অসি মণিপুরদ হৌদোকপিরক্তনবা মরিলৈনবা অথোরিটিগী মীৎয়েং চিংশিল্লরি। অদুগা প্রজাশিংদস্থু লোটরী য়াওবিদনবা হায়জরি। ঐথোয়না দেশকী নৈতিকী ওইবা থাক অসিবু লৈথা ভাহনগুমসি। ঐথোয় ইশানা শুজ থোমজনগা অরামল ফংবা অদুনা চাশি। ইথাগী লাইবক: থাজবগী মহত্তা থবক্তা থাজশি।

# মণিপুরদা পোৎকী মমল লেপ্পা

শ্রীচিংঙাথম ইবোহল সিংহ

ঐখোইনা থংনৈ কৎলিগুম্বা পোৎ অমগী তাম্নরকপগী (পাম্নরকপা) চাং হেনগৎলকপা, পোৎশক অদু মফমদা পীবা শুম্বগী চাং কাৎলকপা, পোৎশক অদুমক পুথোক পুশিলগী খুদোং চাদবা হায়বদি লম্বী থোং অমত্তুং পুথোক পুশিনগী পাম্বৈ খুদোংচাবা য়াৎপা, মহৌশাগী ওইবা খুদোং থিবা চায়বদি ঈশিং ইচাওলা য়ুম-ঐক মাংহনবা য়ুহারদুনা থুদেকপা, নত্রগা পংনা থোক্কবা থোদোক হায়বদি লৈবাক অদুদা অতোপ্পা লৈবাক অমনা লান্দারকপা অসিনচিংবা থোদোক থোকপা মতমদা পোৎচৈগী মমল হেনগৎলি— হেনগৎলকলিবা পোৎকী মমল অসি খ্বাইনা য়াৎনৈ অমত্তুং শাউনদে।

অদুগা অমুক অতোপ্পা মরম অমদা য়েংলসি সরকারনা অককনবা মমলদা লেপ্পুনা থম্বা পোৎশিংগী মরক্তুম্ন মমল য়াম্না হেনগৎপা থেংনরি থুদম ওইনা বেবি ফুডশিং অসিগী মমল অককনবা মমলদা লেপ্পুনা থমই। অদুবু হায়রিবা পোৎশিং অসিগী য়েনথোক য়োনশিনগী থবক অয়াম্বা সরকারনা পাইশিনলি। অদুবু অলৈবা মীশিংনা লৈবা মতমদদি সরকারনা লেপলিবা মমলদা লৈবা ফংবদি মী খরদনি অয়াম্বা মিশক্তি অহেনবা মমলদা ফংই। অহেনবা মমলদা লৈনরিবা পোৎশিং অসি বেবি ফুডতা নত্তনা সাইকল টাইয়ার, চিনি, টৌসচ লাইট যোপনচিংবনি। পোৎশিং অসি কৈথেল্দা ফংত্রব্রা হায়বদি নত্তে। মকম খুদিংমক্তা অহেনবা তোংতাল তোংতালবা মমলদা অপাম্বা চাংদা লোইনা ফংই।

অমুকা লম্নসি, হৌজিক অয়েপ্পা মমলদা য়োনগদবনি হায়রিবা পোৎশিং অসি মতম খরগী মমাংদা বজারদা য়োননিংবা মমলদা য়োনবা ফাম্মী। মতম অদুদা পোৎশিং অসি চাউরাকপা অককনবা মমলদা, মমল লেপ্লগী মতংদা ফংলমই। হৌজিক ওইরিবা ফিবমদা য়েংলবদ্র ইকুই কুইদনা ৪০% চিনি সরকারনা মমল কক্কবদা [illegible] বাজারদা ফংবা চিনিগী মমল লুপা ৪.০০ [illegible] লুপা ২-৫০ দগী লুপা ৬-০০ কাউবগী মতুংদা হন্নরকই।

খুদমশিং অসিদগী থংলে, সরকারনা পোৎকী লেপলিবা অসি কায়ত্রে হায়না লোয়দা লানবা ওইরোই। পোৎকী মমল হেনগৎহনবা অলৈবা অমত্তুং অয়োনবা অনিমক্তা পৈশিন্দুনা থমনিংবগী ইহৌ অমত্তুম লাকহনসি। খুদম ওইনা হায়ররবদা মণিপুর সমাজদা অয়াম্বা ইমুংনা চিনি কিলো ফানা লৈনরমদে। চিনি কন্ট্রোল হেক তৌরকপদগী মহৌশাদগী চিনি কিলো ফানা লৈদবা ইমুংদি থম্মু থমখিসি ইচা চাদবা ইমুং কাউবা চিনি কিলো কিলো লৈরকলে। মসিনা তাকপদি সরকারনা কন্ট্রোল তৌরুবা অসিনা কালা বজারদা খুদোং চাবদুম পীরি।

অদুগা অমুক কন্ট্রোল তৌদবা মুমিৎ খুদিংগী শিজিন্নরিবা পোৎশকশিং হায়বদি থুম, থাউ, হবাই, চেংনচিংবা পোৎকী মমুংদসু পোৎকী মমল অসি য়াম্না থুনা হোংদোক হোংজিন নাই। অদুগী মরমদি পোৎ লৈবা লৈনা বজারদা পুথোক্লুবনি খরদং ফংবা পোৎতি মহোশানা অহেনবা মমলদা য়োনবা শোইদবনি।

পুম্নমক অসিগী চৈনাখোলদি লাইরবা অমসুং ময়াই ওইবা প্রজাশিংতনা ফংকম থোকই। অসিগুম্বা কলা বাজার শান্নরিবা মীওইশিংবু মরি লৈনবা মীওইশিংনা মতিক চাবা দণ্ড পিকম থোক্লুগা?

## শান্নবুংগী পাওথাং

মণিপুর মচা অমনা চেম্পিয়ন ওইরে—মণিপুরনা কপ লৌরে, হায়বসি ঐখোইনা হক্তনা তাই। প্রকৃতিনা পিজরকপা তোপ তোপ্পা মণিপুরী মচাগী শাওং শাদা মপাঙ্গল অমসুং মরিল অমদি অদুম্মক অহোংবা লৈতনা লৈজরক্লি মদুগী মতেংনা ইহোৎমক হোৎনত্রবসু শান্নখোৎনবগী হিরম অয়াম্বদা, হেক্তা মকোক থোংন্ম লাকই। মতিক চাবা চিঙ্খাক পিবিরবা (মণিপুরদা হোংনসু ফংই) অহৈ অশিং ওজাশিংগী লমজিং মখাদা নিংথিনা তিকপি তম্বীরবদি মণিপুরী মচাদি লাক্ল কানবা গুমলোইদবা জাতীণি লৈবাক অমগী সভ্যতাগী চাং ওনগে হায়রবদি মীশিং অদুগী শান্নখোৎনবগী ঊরাং য়েংলগসু খঙবা ঙমই। লৈবাক অদুনা অদুকী মতিক চাওখৎলিবা মথৌ শান্নবসু অদুম্মক ঊয়োইননা চৎমিন্নে। থাইনতৈদা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা মুক্না কাংজৈ, য়ুবী লাকপি অমসুং শগোল কাংজৈদা নিংথিনা হৈশিংবা উৎলম্বা মতমদো শাদা লান্দা অথোবা জাতী অমা অদুম্মক ওইরমই হৌজিক্লা অসিগুম্বা মখান্নশিং অসি মতমগী খোংথাং মতুং ইন্না ফুটবল, হোকি বেডমিণ্টন এথলেটিক্সনচিংবনা নমথখরে অমসুং ঐখোইনা য়াম্না তোইনা উবা ফংলক্লুরে।

লোকে

### কেপ্টেন গুপ্ত ট্রোফি

কুমশিগী শান্নবগী ইতিহাসতা থ্বাইদগী মুংঙাইরবা থোদোক অমদি জুন থাদা শিলচরদা তৌখিবা এন, এম, গুপ্ত ফুটবল টুর্নামেণ্ট অদুনি। মসিদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মনা মেনেজর ওইদুনা মণিপুরগী খনগৎলবা টিম অমা য়াওখি। মদুদা মথং মথং শিলচর স্পোর্টিং ক্লবপু পাঙ্গল (৮,০) দা শিলং টাউন ক্লবসু ৮ ০, ২-১ দা থোইদুনা ত্রিপুরা ১১ গা তাং ২৮, থাংজ মুমিত্তা কাইনেল শান্নখি। বাঙ্গালিশিংনা নম্না তাবা শিলচরদা মণিপুরগী টিম অমগা ত্রিপুরাগী বাঙ্গালিশিংগী টিম অমগা কাইনেল শান্নবদুদদি কাছার জেলাদা লৈবা মণিপুর মচাশিংগীদমক্তদি থ্বাইদগী মুংঙাইজবা মুমিৎ অমা ওইখি। মণিপুরনা পাঙ্গল ২-১ দা থোইদুনা ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা কপ

লৌখিবদু কাছাড়গী মৈতৈ মচাশিংগী থম্মোইদা কাউবা ওয়রোইদবা মুমিৎ অমা ওইখি। মণিপুরনা কপ অসি লৌরকপসি হন্দকীসিগা অমিরক শুরবনি। মসিদা চল্লিবা গোল অমি অসি শ্রীরামকুমার অমসুং রাজকুমার বিজয়নবনি।

## ইন্দিপেন্দেন্স ডে কপ, নাওগোং

মথংদা জুলাই থাদা নাওগোং দা মণিপুরগী টিম অসিমক নাওগোং ইন্দিপেন্দেন্স ডে কপ য়াওবা চৎলুই। অহানবদদি জোরহাট ১১ বু পাঙ্গল ১০-০ দা থোইখি। মথংদা কলকাতাগী কাওরবা মহম্মদন স্পোর্টিং ক্লবকা শান্নবদা পাঙ্গল ৪ ১ দা পোখি। হন্দক মণিপুরনা পো-রকপগী মরম অসি স্টেমিনা য়াৎপা ডিফেন্স শোনবা ফোরৱার্ড লাইনগা হাফ লাইনগা নিং-থিনা শমুবা ওমদবদগীনি হায়না হায়রি। হালক মতুং ফন কুইবা কাওবা পাঙ্গল ১-১ দা মাম্নহুনা লৈরম্বনি। লোইরমদাইদা মথং মথং গোল চনশিনখিবনি। এরখোয়না চল্লুবা গোল অমত্তুসি শ্রীরামকুমারননি।

## বেটমিণ্টন

ওল মণিপুর য়ুথ ইন্টেগ্রেসন ফ্রন্ট, কদি-কটানা শিন্দুনা কুমশিগী মে থাগী বেটমিণ্টন অমসুং টেবল টেনিশ টুর্নামেণ্ট অসি ইম্ফালদা মপুং ফানা পাংথোকখি। লম্নাই সংস্থানশিংগী অমসুং ক্লব কয়ামরুমদগী টুর্নামেণ্ট অসি মতম কুইনা তৌরুরবনি অদুবু সংস্থান অসিনা মসিগী অরাৎপা অসি মেনশিনবীবগী দমক্তা শিল্লাংশিবা নহারোলশিংবু এরখোইনা থাগৎতবা ওমগোই।

## স্পোর্টস কাউন্সিল

মণিপুরদা স্পোর্টস কাউন্সিল অমগী দরকার লৈরক্লিবসি মতম কুইরক্লবনি। কেন্দ্র সরকারনসু অসিগুম্বা 'কাউন্সিল অসি শেমগো' হায়দুনা তাকপিরকপসি হোজ হোজ কয়ারক শুরবনি। অদুবু ওসি ফাওবদা মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেসননা স্পোর্টস কাউন্সিলগী য়াকম অসি মরম চাদনা কাইদ মতুংদা নমশিন্দুনা থম্মীরি। কনাগী মরালনো হায়রসি স্পোর্টসপু মুংশিখিবা প্রজা-শিংনা কুপ্না য়েংশিনবীকম থোকই কাউন্সিল অসি লৈরবদি নিংথিনা ট্রেনিং পিরবা এন, আই, এস, কী কোচ ময়াম অসি মকম চানা চানা থবক পীবা ওমগনি। অমসুং থবক ফংদনা লৈবা মীওই কয়ামরুমগীসু থবক পীবা শোরদনা ওমগনি।

মণিপুর, ত্রিপুরা অনিমক ইউনিয়ন টেরি টোরী ওক্লনি। অদুবু ত্রিপুরাদি ওল ইন্দিয়া ফুটবল ফেদেরেসনদা ডাইরেক্ট এফিলিয়েশন তৌদুনা মদুগী থুদোংচাবা পুম্নমক ফংলে। শান্নবগী খোংথাংদদি ত্রিপুরাগুম্বা মণিপুরসু তোঙানবা য়ুনিট অমা ওইনা লৈজবদা করিমত্তা নোপ্পা লৈগদবা নস্তে। হৌজিক্কি মতম অসুক কুইরব কাওবদসু আসামগী মখাদা নপতুনা তাংজদুনা য়াওরিবা অসি য়াম্না ইকাইনিংঙাইনি। শান্নবগী হিরম অয়াম্বদা মৈতৈ মচানা শরু-শয়াং তেকনা আসামগী দমক্তা থবাই কখোক্রু কম খোক্রে। হৌজিক্কী আসামগী বেডমিণ্টন নম্বর য়ান মৈতৈ মচানি (শ্রীমীলন সিংহ) অদুবু ভারত-কী 'আদ্রিটসরদা তৌখিবা নেশনেল চেম্পিয়ন

শিপতলি মহাকপু মৈতৈ মচানি হাম্বীত্রে আসামী আসাগীমি হায়বিরে। মণিপুরগী মীংচৎ তানবগী কয়া চাওরবা খুদোং চাবা অমা নাম্বোক্লবনো? অসিদম্মু নত্তনা ফুটবলদা আসামগীদমক্তা শাম্বীরুবা মৈতৈ মচা কয়া য়ামগ্রে! তৌজিকস্তু অচু মত্তাই।

মণিপুরগী শান্ন খোংনবগী মণী মপা ওইবিরিবা ওস মণিপুর স্পোর্টস এসোশিয়েশনগী মাইকৈ অংগোমলা য়াংলিবা শকক অসি হেংশিনবীজুবা তুংগী নহারোলশিংগী লন্থেল অমা শেম্মীগনবনি। কুম খুদিংগী রুটিন য়াকে ওইনা টুর্নামেন্ট খর তৌব অশিতনদি হৌরেংগী মণিপুরনা ভারতকী শান্নবগী মেপতা কয়িস্তু শিংথানহনবা ঙম্মোই।

---

খোঁজোক/রাখোক

# থাদা মী তাবা!

তাইবং ইতিহাসতা থাইদগী চাওবা থৌরোক অমা হন্দকী চহী অসিনা সাক্ষী ওইরে। তাইবং জগতা মুংশি-মুংওল, ঙৈশৈ, কয়না অমস্তুং ভক্তিগী ইফুৎ ওইরক্লিবা "থা" গী লৈমাইদা আমেরিকাগী মীওই নিল আর্মষ্ট্রোং অমস্তুং এলড্রীন ওলড্রিন তারুরে। মাইকেল কোল্লিনস্তু থাগী লৈমাইথক য়োরুবমক্তি নত্রবস্তু থাগী অংকোটবদা কম'ও মোড্যুল শেম্নজুনা লৈহোবা অত্তস্তু থাগী লৈমায়দা কুপ্দগী হেম্ন' লাইবা থবক নত্তে। কিবমক্তি নত্রবস্তু নিল আর্মষ্ট্রোংনা মিপাইতুজুংবা অমদি হরাওবগা লোয়ননা জুলাই তারিখ ২১ গী অয়ুক পুং ৮ মিনিট ২৭ তাবদা থাগী লৈমাইদা ওইথংবা মখোং থাখি। মসিগী মমাংদা মখোইগী লুনার মোড্যুল 'ইগল'ন থাগী "সী ওফ ট্রেংকিল্লিটিদা" খুংখিবনা জুলাই থাগী তারিখ ২০গা ২১গা অনিগী শিম্নরকপা নোংতাল্লমদাই পুং ১গা মিনিট ৪৮ চৎপা' মতমনি। আর্মষ্ট্রোংনা থাগী লৈমাইদা মখোং থাত্নুনা চৎলম্বা অমস্তুং লৈরম্বা মতম পুং অনিগা মিনিট ১৪ নি। ওলড্রিননা চৎলম্বনা পুং ১ মিনিট ৪৪ নি। থিজিন-য়েংশিন্ন অমদি খোমজিনবা যাবা মখৈ খোমজিল্লগা' মাইপাকনা ইগল কাপথংলক্লগা কমাণ্ড মোড্যুলদা কোল্লিনসকা অমুক পুন্নপা পথ্বীগী লৈমাই প্রশান্ত মহাসাগরদা জুলাই তারিখ ২৪ গী নুমিদাং পুং ১০ মিনিট ২০ চৎপদা তারকখি।

মশাদা খোইদোকপা' অতেক অকায় য়াও খিদে। থোংচৎ অসি পৃথ্বীগী অথোইবা থৌদোক্তি। আমেরিকা জাতিগী অরংবা লাইবক অম পৃথ্বীদা লিংখৎখিবনি। মীওইবা জাতিনা অস্নুক কুইনা মংলকপা মং অমা তাইবং মংফাওনহল্লে। থোংচৎ অসিনা প্রকৃতিগা তাইবং মীগা হেন্না শকথং মাইথংহল্লে। টেলেভিজন, রেডিও, পাওজেল চেনচিংবদা খোরাংনা য়েংনখিবা অমদি তানখিবা তাইবং মীওইবা পুম্নমক্কী মঙ্গুংদা কয়া অমবু হাইনিংঙাই লৈতনা হরাওহল্লি অত্তুগা কয়া অমবুনা অরাবা, মুংঙায়তবা কপ্লীংবা অমস্তুং অশাওবা পোকহল্লি

# পুখ্রীদা মী তাবা

আমেরিকাদত্তা নত্তনা পৃথ্বীগী মকম পুম্নমক্কা কম্না নৈনখিবা জুলাই থাগী থ্বাইদগী অথোইবা থৌদোক থ্বাথোকখি থাদা ইতান হায়না মী তাখিবা থৌদোক অদুগা আমেরিকাগী চপ্পাকুইটিক ইথৎকী পোচা পুখ্রীদা কেনেদী থাগগী ইতোন তোম্বা মীয়ামদি টেদি কেনেদী তাকনা থংনবা এদৱার্ড এম, কেনেদীনা তাখিবগী থ্বাথোক— অদু অসিনি। আমেরিকামতুংদদি পাও অদু অসিগী মরক্তুগী করম্ববুনা তেম্না মরু ওইবনি হায়দুনা পাওজিন থংগদগে হায্বগী থ্বাকমদা পাওজেল চেফোং কয়ানা কন্নমক নৈনখি। অমনা তাইবং ইতিহাসকী ওইনা আমেরিকাগী মীনা থাদ তাবগী থৌদোক অমরোমদনা আমেরিকাগী তুংগী প্রেসিডেন্ট ওইনা জাতী অসি লুচাইংলগদোরিবা মীওই অমগী থোককত্রবা পুন্সিগী থ্বাথোকনি। কেনেদীগী থ্বাথোক অসি আমেরিকাগী দিমোক্রেট কাংবুদদি লাইনা কোথোকপা য়াদ্রে। দল অসিনা তেংথা থোক্লোক্কা হায়রি— 'কেনেদীগী পুন্সি লোয়রে। অমুকস্থ তেংথারি, 'ইং ১৯৭২ দা এরোয়গী (ডেমোক্রেটকী) প্রেসিডেন্টকী মীয়েপ ওইনবা মী অমত্তা লৈত্রে।" "চাক্লেন চাম্নকম অগর্দা ডলার কুম্মত্তা কুম্মত্তা পীবা টিকেট জিলিং অ'নি য়োনবা ওম্বসি টেদিত'ন।' "হৱাইট হাওসতা কেনেদী অমা অমুক লাক্লরোই।" রিচার্দ নিক্সনা চহি নিপানগীদমক হৱাইট হাওসকী টিকেট লোত্রে।" অদুগা অমুকস্থ দল অসিনা থোইশাওননা হায়রি,— "কীগনবা মীনা আমেরিকাগী প্রেসিডেন্ট ওইবা তৌনদে।" অসিমস্থ হায়রি— "নিংথৌগী শগোল পুম্নমক্কা অদুগা নিংথৌগী মী পুম্নমক্কা হৌজিক কেনেদীবু হৱাইট হাওসতা চিংখৎলকপ ওম্নরোই।" রারোলশিংসিনা তাক্লি আমেরিকাগী ডিমোক্রেট দলগী থোকখিবা কীয়েপ। থোকাপ্রবা মওংদি জুলাই তাং ১৮গী সুমীদাং পুং ১২ মিনিট ৫০ দা থোকখিবা থৌদোকী থ্বাথক্লি। কেনেদীনা মহাক্কী থবক তৌদুনা লৈবী চকী ২৮ শুরবী মেরী জো কোপেনি অমদি অতৈ মরুপ থরগা লোয়ননা মার্থেগী ভিনগার্দ কেরী লাল্লগা চপ্পা কুইটিক ইথৎকী পাটি অমা য়াওবা চৎপনি। পাটি অদু লোয়রগা অহিং পুং ১১ মিনিট ১৫ তাবদা মেরী জোগা মখোয় অনিত্তা ভিনগার্দকী এদগার্দ সহর য়োনবগী থোংচত্তা হল্লকখি। ওইরোমদা চৎলগা ফেরি লানগদবদা য়েৎলোমদ থেক্লগা চৎখিদুনা পোচা পুখ্রদা কার অদু তাখিল্লুবনি। কেনেদীদি ফাওগৎলকখি। মাগী লোইনখিবী মেরী জোদি কাওগংলকখিদ্রে। মসিদা লাকইবা থ্বাকম্না থৌদোক অদুগীদমক্কা পুলিসতা থুদক্কা রিপোর্ট তৌখিদবা অসি'ন। মদুগী মতুক্কা পাটি মকমদ হল্লকলগা মাগী মরুপ জোসেফ অমমুং পাউলদ পাও অদু তগল্লখি। পুলিশতদি থৌদোক অদুগী মতুং পুং ১০ লৈরগা রিপোর্ট তৌখি। মজিগী পাওগমদা কেনেদীনা মেরীবু লোয়ৎনবা হোৎনখ্রদগী মতাক অতুমক স্নান তাদনা রা্ত্রে। নোংঙাল্লগা অমুক পুং

১০ তাবদা ভাব তারক্কনা পুলিশতা রিপোর্ট তৌবনি হায়বসিনি। মসিগী মতাংদা সিরেটাউনগী হোটেল অমগী কেরানী অমনা পীবা খাক্কী অমদি হোটেলদুদা অশিংদুগী পুং ২ তাবা মতমদা কেনেদীনা মহাক্কী মরুপ অনিগা লোয়ননা লাক্লম্মী হায়বসিনি। মসিনা তাকপদি কেনেদী অসি রাস্তবা অমদি স্তান তাদবা মওং লৈখিদে হায়বসিনি। অমুকস্তু হংনরি— কেনেদীগী মুপীবুদি পার্টি অদুদা বার্তন তৌবনি অদুবু করিগী পুদবগে হায়বসিমস্তুনি। থোকখ্রিব খোদোক অসিগী মতুংদা কেনেদীনা হায়খিবদি— "ঐগী ইরাল অসি লাকপীকম থোক্কবনি।" হায়বসিনি। মওং ময়াম অসি মুম্মা নৈনরগা কেনেদীগী হন্দক্কী থোওং অসি চয়ম্ববা অমা ওইনা লৈরী। হৌজিক মহাক্কী মাইয়োক্তা কাক্কোক্করক্লিবা মমাংগী রেকোর্ডবা —হারাডতা থোকখিবা লোনম্বগী রাকম অমা; ভর্জিনিয়াদা আইন তম্বগী ছাত্র ওইরিঙৈদা লম্বীগী নিয়ম থুগায়রকবগী মহাকপু কাখিবা; অদুগা হৌখিবা এপ্রিলদা আলাস্কাদগী রাশিংটন্দা চৎপা থোংচৎ অমদা কম্মর্সিয়েল জেট লাইনর অমদা য়ু থক্লগা লাংঙ্বগী চার্জদা লৈখিবনচিংবা ময়াম পুথোক্লকপা অসিনা কেনেদীগী সন্মান অসি শাথীনা লোকথখে। মসিনা রিপব্লিকানগী প্রেসিডেন্ট নিক্সনবু মথংগী মাইথীবা পীগনি খদুনা লৈরগা ডিমোক্রেট কাংবুস্তু হীকথখি।

# লৈশাবী হাৎপা

আগষ্ট থাদা থ্বাইদগী চেন্না য়াহনবা থোইদোক চেন্দোক্লা মণিপুরী মুপীগী সংসারবু নিকচনখিবদি শেকমাইজিন থাম্বাদগী কাংজম চন্দ্রভানবী কৌবী লৈশাবী অমবু হাৎখিবগী য়াথোক অসিনি। মণিপুরী সমাজদা মুপী'শংগী ফীরেপ অসি তশেংনা লোনচাইনবা মওং ওইরি হায়বসি হন্দক্কী থোদোক অসিনা ময়েক শেংহল্লী। আমেরিকাদা হন্দক্তা থুদোংথীবদগী মিশ মেরী কোনা শিখিবা থুশি অদুগীদমক্তা আমেরীকাগী মুপী ময়ামগী লালহৌ থোককনখিবা মওং অসিদগী হন্দক্কী কুমারী চন্দ্রভানবীগী থুশি অসিনা চেন্না শোকচীনবা মওংনি। হন্দক্তা হাইয়র সেকেণ্ডরী পরীক্ষা পাশ তৌরবী চন্দ্রভানবী ইন্ফালগী মখারোমদা লৈবা শেকমাইজীন খুন্দা পোকপীবি। থোইদোক্লা চংখোল্লবী লৈশাবী অসি হিয়াংলমদা লৈবা মখুড়া অমনা চাক কৌখিবনি। তজায়ফমনা চাকচাবা চৎখিবা অদুদগী ময়ুম্নোমদা চল্লকপদা বোর্ডর সেকুরিটি লাম্মীগী মীওই থরনা লুমচুনা লৈরমলগা লৈশাবী অসিবু কাদুনা মখোয়না তোংলকপা থ্রি কার্টর গাড়ীদা লংখৎপনি মখাগী সম্ভিদ গ'রুবা হোৎনখিবী চন্দ্রভানবীবু গুন্দাশিং অদুগী চৈফু ফংবদগী শিখিবনি। চন্দ্রভানবীবু লোয়নরকপী মমা অদুস্তু মচা হাকম্বদা চৈফু ফংদুনা হৌজিকমক শিব য়াবগী কীভমদা লাইকয়রি। আগষ্ট তারিক মরীগী থোদোক্লি। হৌজিক চন্দ্রভানবী চাক কৌখিবা মখুড়া অদুস্তু ফারে।

## নুপীগী য়ুম নৈহৎপা

মণিপুরী নুপীগী ইজতন্ত্র শিংনবা হন্দকী পা অসিদা থোকখিবনা মণিপুর লেজিসলেটিভ এসেম্ব্লী মেম্বর ওইনা লৈরীবী নুপী সংসারগী চাওথোক্ক-কম ওইরবী শ্রীমতী বীমলাগী য়ুমদা সরকারগী মীওই থরনা নৈহৎখিবসিমনি। কস্টম অমসুং এক্সাইজগী সুপরিনটেন্দেন্টনা লূচীংদুনা মণিপুর পুলিস অমসুং মণিপুর রাইফলসকী মীওইশিং য়াওনা মী য়াম্মুক্কী তেঙ্গোল অমনা আগষ্ট তাং তরুক্তা লোংহুপ তানখি। চিংনব' পোৎচ থরা লৈরে হায়না হায়জিন্নরকপদগী শ্রীমতীগী য়ুম অদু নৈখিবনি হায়রি।

## বেঙ্ক নেসনেলাইজ তৌবা

ভারতকী প্রধান মন্ত্রি শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধিনা জুলাই তারিখ ১৯ দা ভারতকী অচৌবা কর্মসিয়েল বেঙ্ক ১৪ থক সরকারগী ওইনা লৌশিন্নগনি হায়না লাওথোকখ্রে। থৌরাং অসিনা জাতীগী শেল থুমগী কিডম কগৎনবা হোৎনবদা অচৌব খোংথাং অমা থাংজিল্লবনি। মোনোপোলী শান্নবা কাংবুগী খোংথাং থীংজিল্লগা জাতীগী ওইনা য়াইকনবা হোৎনরকপা অসি প্রধান মন্ত্রিগী থৌনা ফবা খোংথাংনি।

## প্রসিডেন্টকী মীখল

জাতীগী মপী মপা শক্তা লৈবীরম্বা ড': জাকীর হুসেননা লোন্নাখিবদগী হাংহোরব প্রসিডেন্টকী ফমগী মীখল অসি আগষ্ট ১৬ তনি। জুলাই থাগী এ, আই, সি, সি বাঙ্গালোর মীফমদা প্রধান মন্ত্রিনা থাজৎখিবা মীরেপকী মাইয়োক্তা শ্রীসঞ্জিব রেদ্দি হান্নগী লোকসভাগী স্পীকরবু কংগ্রেসকী মীরেপ ওইনা খনখ্রে। মহারাণী গুচারন কোর নুপীগী অহানবা মীরেপ ওইনা চোংথোক্লপসিগা লোয়ননা হৌজিক মীরেপকী-মমক নোমিনেসন ফাইল তৌখিবদি কুনমরীনি। মীরেপ মাপলথক্তি সক্রুতিনিদা লৈহৌরে। রাষ্ট্রপতীগী মীখল অসিদা ষ্টেটশিংগী এম, এল, শিংনা ভোৎ থাদবদা থুদোং চানবগীদমক ষ্টেটশিংগী লেজিসলেটিভ এসেম্ব্লীগী সেক্রেটরীশিংবু এসিষ্টেণ্ট রিটর্নিং ওফিসারশিং ওইনা খনখ্রে। অদুগা মীখল অসিদা মণিপুর, ত্রিপুরা, হিমাচল, গোৱা, ডামন অমসুং ডিউ; অমদি অন্দমান নিকোবরগী এম, এল, এ শিংদি ভোট থাদবা য়াউরোই।

## নেসনেল চিলড্রেন্স স্কুল

জাতি অমগী শৈহৌদা লানখিবা য়াওরবদি মদু শেমদোক্লবগী অমথক্তং ভায়বা লন্নীদি অঙাং শেমগৎপনি। অঙাং সেবা তৌবা হায়বসিনা খ্বাইদগী শেংলবা জাতিগী সেবানি।' নেসনেল চিলড্রেন্স স্কুল, খোংমনগী অহানবা চহীগী উসব হৌখিবা তাং ৫দা পাংথোকখি। শ্রীএস, গৌরহরি সিংহ অমদি পণ্ডিত চন্দ্রশিংনা অখোইবা অতিথি অমসুং সভাপতী ওইখিবা সভা অদুদা অঙাং শেম্বগী মরীদা অথং-অহৈ কয়ানা জাতিগী অঙাং শেমগৎনবগী রাকম মরীক চুম্না নৈনখি।

### মণিপুরী নহারোল

মণিপুরী নহারোলগী প্রোগ্রেম য়াম্না চাওনা লৈরে। অচৌবা প্রোগ্রেম অসি মশক থংনবা নৈনবা অসিমক হেন্না চাওবা প্রোগ্রেম অমা ওইরে।

চংখিবা তাং ১০ জনষ্টোন স্কুল হোলদা মতুমগী মণ্ডাল হায়বা নহারোলগী সংস্থানগী চহীগী মীফমদা 'মণিপুরী নহারোলগী' মরমদা কুপ্না নৈরনবা হোংখি। মাহুং পাওখুমগী মপুং ফারা মওং উৎখি। নহারোলগী প্রোগ্রেম মশক ফোংনা ফোংদোকখিগ্রবসু অহিংসা হায়বা থুংলাই অসি চেংনা পায়বা ওন্নবা হৌজিকমক হোং-নগদবনি হায়না প্রধান অতিথিগীগী ভাসনদা ফোংদোকখি। সভাপতীগী ভাষন ওইনা প্রোঃ নন্দলালা শর্মানা হৌজিকী মণিপুরী নহারোলদা থোক্লিবা প্রোগ্রেমগী য়ুম্ফম অদু সভাদা পুথোকপা মাবমখৈ পুথোক্লবা হোংনখিবতু ফনা মরীক চুমখি।

## ইউনিভর্সিটি সেণ্টর

হিরম খুদিংমক্তা য়েংলুবগা মণিপুরদা ইউনিভর্সিটি অমা থম্বদা হেন্না মতিক চাবে। ইউনিভর্সিটি অমগী মং মংলকপা অসি ওসি শুরাংতগী নত্তে। হৌজিক ভারতকী ইউনিভর্সিটি-শিংদা লম লম অতুগী তাংনমিবা লোন্না ইংলিসকী মহুং শিনজিন্নকপগী ইমাং অমা তৌথংলক-পসিনা মণিপুরী ছাত্রশিংদা হেন্না মিপাইনহল্লি মরকসিদা য়ামত্রবদা ইউনিভর্সিটি সেণ্টর [illegible] দমক্তা মণিপুর সরকারনা কন্না হোংনরি। শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীএন, তোম্বীনা হন্দক দিল্লিদা ইউনিভর্সিটি গ্রাণ্ট কমিসনগা উনরুবতুনা মনিপুরদা ইউনিভ-সিটি সেণ্টর অমা গৌহাটি ইউনিভ সিটিগী মখাদা থম্বা হায়বসিদি য়ানখ্রে। অদুবু গৌহাটিগী থৌজালগী মতুং ইন্না ঐথোয়গী লাইবক লেপকনি। থা সিগী লোয়খিন্নকপদা শিক্ষা মন্ত্রি য়াকমুসিগীদমক্তা আয়াম্বদা চৎকনি।

লময়ানববু নুংশিবীয়ু।

লময়ানবদা আর্টিকল হাপ্পীয়ু।

লময়ানবদা এডভর্টাইজ তৌবীয়ু।

অকুপ্পা মরোল ইডিটর, লময়ানবা. ডি পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী ওফিস য়াইস্কুল, ইম্ফালদগী ফংবীগনি।

ইডিটর

লময়ানবা

# মণিপুরগী মপাঙ্দা লময়ানবগী অথম্বা পাওমিশিং

ত্রিপুরা—শ্রীসুনিলদত্ত, বনমালিপুর আগরতলা।

শ্রীলালমুহন সিংহ, দেবান পাশা ধর্ম্মনগর।

আসাম—শ্রীবিবিশ্বর শর্ম্ম, ফুলরটন, কাছার

শ্রীসেরাম রাধামুহন সিংহ, মনিপুরী লৈকায়, ইটখোলা শিলচর।

শ্রীওারিয়ানবম নবদ্বীপ সিংহ, বাঁসকান্দি কাছার।

প্রো: কমলচন্দ্র সিংহ, জোগিজান, হোজায়।

শ্রীব্রজকিশর সিংহ, মনিপুরী রাজবাড়ী গৌহাটি।

শ্রীবীরেন সিংহ, প্রোপাইটর আর্ট ষ্টুডিও, শান্তিবারা

রেলয়ে গেট, ডিব্রুগড়।

কুমারি লৈশাংথেম তোম্বী দেবী—মোরানবাট, নোর্থ লক্ষিমপুর।

( মীওইশিং অসিদগী 'লময়ানবা' চেক্কোংশু ফংবীগনি )।

মনিপুরগীসু
যাদোল্লং
মনিপুর অমসুং মনিপুরী
চুমশীনবা পুন্সি
চৌংগী চনু
মনিপুরী মচা থবক ফংহনদনবা
ঙাঁলা মরী
য়ুখল মরুমদা
অথাপ্পদগী
শান্নবুংগী পাওথাং
নুপী লাকপা
আগষ্ট ২৭



অথৌ লিচা হেল্লা



থায়াং কোন্দাই লোইনবশিং

পাথৌ মিংলেন্ন হেনোইব

পোইরৈ তা ফথিবশিং



নখোয় মার নখোঙ্গুনবু

নিংন-তেনা লীক্লরক্লে ॥

ইডিটর :— এন, কে, সানাজাওবা

## স্বাগত

অয়েংপা, অথিংবা অমহীকমং য়ুরুবা কয়াবু নমহন্তু্না শ্রীভি. ভি, গিরিনা জাতী অনিগী মপী মপা শক্তু্না রাষ্ট্রপতী ওইনা লেংশিনবীরকপবু পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা থম্মোয় শেংনা স্বাগত তৌজরি। অচুম্বা মশকীনমক্তা থেংনকম থোকপা থুদোংথীবা কয়া হালেংদবা শ্রীগিরিজীগী অনোবা লমজীংবা জাতীগী অপুন্বা য়াইফবা পুরকপগী মথুংদা মনীং য়ামজত্রবা মনিপুরীগুম্বা উপজাতী কয়াগীসু শক্রোন মাংদনা মশাগী লোন, সাহিত্য, সংস্কৃত্তি, ভুগোল অমসুং ইতিহাসপু নৈনজত্রনা খোংলো-পল্লোবা থম্বীদনা চাওখৎপগী থাক্তা কাখৎপা ওয়গনি হায়না চেৎনা থাজবা আশাগা লোয়ননা স্বাগত তৌজরি।

পান মনিপুরী য়ুথ লীগ
পুলিস লাইন, য়াইস্কুল
ইম্ফাল।

## নঙোন্দা

সম্রাজ্যবাদকী ময়াইনা ঙাওরবা
মশাগীদমক মতমগী থুদোংচাবা লৌগনবা
লালহন্নীংবা মীবু লালহনবা
ইচীল ইনাও মরক্তা থাইবুং থাবৈ ওৎপা
তুকচরবা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদগী মাইয়োক্তা
অচুম্বগীদমক্তা লেপ্তু্না পুন্সি বলীদান পীথিবা
'যাদোম্নং নোংশারেল'! নংগী থুয়াথম্বালদা
ওসি, নিংশিং লৈরাং কচ্চরি।

— পানমীল —
২৯ আগষ্ট ১৯৬৯

# লময়ানবা

১বা সেপ্টেম্বর ১৯৬৯

★

অনিশুবা চেফোং

★

ইডিটর

এন. কে, সানাজাওবা

★

সব-ইডিটর

বাই, তেজেন্দ্র

★

মেম্বরস

ও, ভোগেন্দ্র

কে, এইচ, ইবোমচা

এ. বীরেন্দ্র

প্রোঃ এ, ভীরেন্দ্রকুমার

এস. প্রমোদিনি

সি, এইচ, গুনীলৈমা

★

মখুম পুখোকপা

প্রোঃ টি, এইচ, তোম্বী

## মণিপুরগীস্থু

'মী চাম্মগী মনুংদা তরা পাস তৌরে, ছাত্র লিশিং তরা মেত্রিক পরিক্ষা থাবগী মনুংদা ফেল ওইহৌরিবসি মখোয় স্থুপ্নগী লিশিং মাপলতনি.' থাগৎনিংঙাই ওইবা মওংনি। মীগী মরোলনা লাইরিক তম্নগা, মীগী মরোলনা হংবা রাহংগী পাওখুম মীগী মরোলদা থুম্মী। অস্নপ শাথীনা ফুমীবা চৈফু অসিকাওবদা লীখৎলক্লিবা মণিপুরী ছাত্র ছাত্রী নহারোলশিংসে হালেংবা য়াদে। আসামী, বাঙ্গালী, হিন্দুস্থানিনচিংবা মমারোলনা পরীক্ষা থাবা ফংলিবা ভারতকী অতৈ নহারোলশিংনা চাম্মগী মনুংদা য়াথৈ-দমক পাস তৌরিবসিনা মণিপুরী নহারোলশিংবু কীরোইদবগী মরম লৈতে। ঐখোয়গী ছাত্র-ছাত্রী নহারোলশিংসিবু ইমারোলগী খোয়থুম্নরবা থোয়াং অসি অমুক্তং থকহল্লবদি পরিক্ষা হোলদ চোকথতুনা তুরিবা ছাত্র-ছাত্রী লিশিং লিশিং অসি অঙকপা ফংনা কনথৎলকনি। স্কুলদা, ওঝানা ঙাংবদা, তম্মীবদা, ঙাংবদা অমদি ইবদা ইমারোল হায়বসি শুকয়াওমক য়াওদ্রবনিনা লৌ-শিং হায়বতুমদি চাং য়াম্না রাৎলে। মশাগী থাজবা পুম্নমকস্থু হান্ডোকপীরে। লাইরিক তম্বা অমদি লৌশিং তাম্না অনি অসিগা মীগী মরোল তম্বা হায়বসিগা হৌজিক্তি থোইনা মরী লৈনদ্রে। মতম অমা তঙায়করমদবা ফীভম লৈরম্বা য়াই। অহুবু হৌজিক্তি চুনদ্রে। মমারোলদা হাম্ন লাইরিক তম্মীবা অমদি খংহন হৈংহনবা হায়বসি নত্তুনা মীগী মরোল হৈননবগী ঙাক্কা পীবা শিক্ষা অসিদি নোংচুপ জাতিগী নফুনি। লৌশিং তালহবা নত্তে। পাওখোল শিজিন্নবা মুংঙাইনবনি ফীভম অতু হৌজিক-কাওবা হোংদোকপা ঙসদবসি ইকায়নিংঙায়নি। খংনা খংনা মংলাক্কবগী ফীভমনি।

ভারতা অমদি পৃথিবীদা নহারোল থুদিংমক মমারোলনা লাইরিক তম্বা ভাক্তনি। মমারোলনা লৌশিং তাম্বনি, পরীক্ষা থাবনি। মসি জগতকী হৌনবীনি। অদুবু মণিপুরী সংসার্য অসিদি কারল ভাক্তা চৎলে। য়াবমথৈদি তাইবংপান্বগী চৎনরিবা পথাপশিং অসি খরা খরা ইনবনা চুম্নবনি। মীগী মচানা মমারোলগী থৌজাল কংলগা ঐথোয়গী ইচা ইনাওনা ইমারোলগী থৌজাল কংহন্দবসি চুমদ্রবনি। জাতীগী চৎনবী ওইনা চিনা সুপীবু য়োৎকী খোংউপ তোংহল্লম্বদ্রদসু থাদোক্রপ্রবদা ঐথোয়গী মণিপুরী নহারোলগী কোক্তা পুন্নিবা য়োৎহল্লীং অসিবু হৌজিক দরকার ওইরিবরা? জাতিম অমদি অন্তর্জাতীকী ভাষা খুংনবগীদমক্তদি হিন্দি অমদি ইংরাজীগী সাহিত্য অমসুং ব্যাকরণগী বিষয় অনিদং হাপ্লগা লোয়রবনি। অদুদি নত্তনা নম্ফু চিনকা পুহম্নবা হোৎনবদা মণিপুরী নহারোলগী নৌরিবা কোকশিং অসি তশেংনা মৈ ইক্তবা চফুদা ইশিং অশাবা হৈজিন্দ্রু মঙায়রে।

অসুম্না মংদা মঙ্গা তানবগী কীভমতদা লৈবসি তোক্তনা জগৎতা চৎনবা লম্বীদা চৎশিন্না চুম্নবনি। মণিপুরদা হায়স্কুল অমসুং হাইয়র শেকেন্দরী মরাং কায়না লৈরে। মণিপুরগীসু সেকেন্দরী এড়ুকেসন বোর্ড অমা লৌংথংনবা সরকারগী অথুবা থুথা পীকম থোক্রে। প্রজাগী সহযক মতীক চানা কংগনি। ইউনিভর্সিটি সেণ্টর অমা লৌংনবগী মতাংদা দিল্লিনা সুংশিবীরকপগুম সেকেন্দরী বোর্ড ওক এড়ুকেসন্দনা হেম্না থৌজানবীরক্কনি। দিল্লিনা হেক্তা হায়গম্না শেল থুম লৈতে হায়বীদ্রু তৌরক্লবদি অদুগুম্বা বোর্ড অসি অহুম মরী লৌংবা ভম্বগী শেল লৈজরে হায়বা হিসাব পীবা ঙমগনি। মণিপুরগী মেট্রিক অমসুং হাইয়র সেকেন্দরী পরীক্ষা থাবগীদমক চহী খুদিংগী ছাত্র অমদা লুপা কুন্থাগী চাংদা লৌরগা লুপা লাখ মরীরোম মপান্দা থাদোক্লি। শেনকম অসিদগী অতৈ অতৈনা চৎনরিবা মওংদা থাগী লুপা ৭৫০ চাবা ডাইরেক্তর অমা লুপা ৫৫০ চাবা দিপুটি অমা, থাগী লুপা ২৫০ চাবা কেরানী তরুক থম্বা বোর্ড অমা লৌংবদা চহী অমগী লুপা লিশিং কুন্থা মরীগুম্বদগী হেন্দে। অতৈ অতৈ খরচ কায়থোকচপ্রবসু চহী অমদা ময়েক শেংনা লুপা লাক অমমমদি শেনফুদা থাকচিনবা ঙম্মী। শেনফুগী শেলসিতনা ইউনিভর্সিটি অমা লৌংজবা ঙমগনি। লমসিগী ওইবা মীওই কয়াদসু থবক পীদ্রনা হিংহনবতা নত্তনা মণিপুরী ইচা ইনাওশিংগী অকবা মরাইবক ওইগনি। মণিপুরগী য়াংমদা আসামনচিংবদা নিপানগুবা থাক কাওবদদি মকম্থি ফুদোকচদ্রনা মমারোলনা তমলগা মথংগী থাক্তা বাঙ্গালী নত্রগা আসামী মরোনগা লাইওক্লবগী লাইনা অমা মপানগী মণিপুরী ইচৌল ইনাও লাখ অনিরোমনা চুরিবসিসু কোক্কনি। মপান্দা মনিপুরী লোনগী হীকথরকপা য়ুম্ফম অসি কম্বা ঙমগনি। শেল থুমগী কীভম ফগৎকনি, সাহিত্য চাওখৎকনি, সংস্কৃতি মমেক শেংগনি, ঐথোয়গী মমেক থুনা চৎনবা ঙমগনি থোয়দোক্লা ঐথোগী ইচা ইনাওনা মীমাম্নবা ঙমগনি।

---

# যাদোম্নং

—পংমুয়ৈ।

ইং শোক ১৮৯১ দা মণিপুরবু ব্রিটিশনা লোইচনখিনখিবগা লোইননা মণিপুরগী চৌংমীশিংস্নু ব্রিটিশকি খাস মখাদা লৈখিরমই। অদুগা নাগা হিলস (হৌজিক্কী নাগালেণ্ড) গী নাগাশিংস্নু অঙ্গামীশিংনা খোনোমাগী (১৮৭৯ ৮০) লালকমদা ব্রিটিশকি মথুক্তা মায়থীরবা মতুংদ ব্রিটিশশিংনা মথং মথং লৌশিনখি। অদুবু মহাত্মা গান্ধীগী লিচিং মখাদা ভারতনা নিংতম্নগী অন্দোলন হৌরক্লবদা অয়াং-নোংপোক্তা লৈবা চৌংমীশিংগী মরক্তস্নু ঈথিন অম্না লাকখি। মণিপুরদস্নু য়োরকখি। অদুগুম্না ব্রিটিশপু অম্নোক্লগা নিংতম্না কংবা হোৎনখিবশিংগী মরক্তা যাদোম্নংস্নু অমনি।

যাদোম্নং খৃষ্টাব্দ ১৯০৫ দা নোংচুপ থংবা মণিপুরগী অয়েংম্নোং সব দিভিজন মন্নুংচনবা কামরিয়োন (পুয়লোন) খুল্লদা পোকখি। অপোকপগী মীংনা খিউদায় অদুগা অপোকপীগী মীংনা তাথোম্লিউ কৌই। মচিন মনাউ অনি পোকপগী মন্নুংদা যাদোম্নংব অতোনবনি। খিউদায়না পিকলিবা যাদোম্নং অমস্তু' মুদম্নং অনিবু হুন্দোকলমদুনা লোঙ্গাগ্রবদা মহাক্কী মুপী তাবোল্লিউনা কৌশা লুগ্রাবী ওইনা মচা অনিবু য়োকখৎলমই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা যাদোম্নংনা মাগী লাইনা পিথোরকপা গুণ কয়ামুক মহাক্কী মীনা ঙক্লবা য়াঙাং অমস্নুং থবকশিং অদুনা পুলগী অহলশম্নবশিংগী মিৎয়েং চিংশিল্লমই। মহাক পিখক পিকলিঙৈদ', নোংমদি নোংলৈশা পুখৎখিরমই। মমাদি শিরগনি হায়দুনা কোয়চেন চেন্দুনা খিরুরগা উমংদা উখোং অমদা খোক-পনবা তৌদনা তারম্বা অদু উবদা সুঙায়বা অমস্নুং মচাশি লাইনা কনবিরবনি হায়না থাজরমই। মরক মরক্তে যাদোম্নংনা সুমিৎ মরি মঙানিরোম হৌগত্তনা তুমলমই। মমাদি শিরবনি হায়দুনা খুলগী মরী মতা কৌরক্লুগা ইকোয় কোয়শিন্না ফমহন্দুনা কৈদোশিগে খংদনা লৈবস্নু যাম্না থেংনখি। অদুগা অঙাং ওইরিবা যাদোম্নংদি করিগুম্বা তৌদনা হৌগৎলগা মমাবু "অশুম্বা তুম্নবদি ঐবু হৌদোকপিগনু, লাইনা পুদুনা নোংথক্তে চৎপনি", তমলমই। মাইথা থরনা মরমশি জ্ঞান তাদদুনা অঙাংশি খাৈরে হৌরে হায়দুনা পাউ শনদোকখি। মমাস্নু ইম্ফালদগী মৈতৈ মাইবা ফাওবা কৌদুনা লাইয়েংনবা থৌরাং তৌখি।

লাইনা থারকপা মী পাক মাংবা য়াদে। নহা ওইরিঙৈদগী যাদোম্নং অচুম্বা ঙাংবা মীনি। নোংমা মমানা, লৌবুক্তগী মোরোক হেক্লুনা শমদা হাপচিল্লগা য়ুমগোমদা হল্লকলমই। মহাক্না লম্বীদা অস্নুম লাকপদ মনাক নকপা ইংখোল অমদা অমুনবা ঙাংলৈনবা মোরোক থম্না উখি। মহাক্না মোরোকশিং অদু মুৎথম্লদুনা পুন্দুনা মাংগ্রগনি খন্দুনা অমুনবা মোরোকশিং অদু হেক্লগা মহাক্কী শমদা হাপচিন্দুনা য়ুমদা লাকখি। মুম মৌরে।

যাদোম্নং মমা-মচা মোরোক খন্দোক্লুনা ফোরা মচাদা শন্দোকলমই। যাদোম্নংনা অমুনবা মোরোকশিং অদু তোঙাম খন্দোক্লুনা থমখি। মমানা পুন্নপ থমউ হায়। যাদোম্নংনা য়াখিদে! মহাক্না মমাদা "মখিদি ঐখোয়গী নত্তে; মপুদা হনবিখো।" হন্না হন্না হায়রবদুদা মমানা খাংবা ঙমদ্রেদুনা মপুদা হনবিখি। মমানা যাদোম্নংগী রাঙাংশিং অমুক চাং য়েংনিংলমই। নোংমা মমানা লোদা শিং শৎপা চৎখি। হন্নকপদা য়ুমসোম্নবা অমগী শিং মপাক মচা অমা মাগী শমদা হাপদুনা পুরকখি। যাদোম্নংনা মমাদা "ইমা অসিগুম্বা মীগী পোৎ পুরক্নু ফত্তে। মপুদা শিং মপাক অদু হন্দোকখো।" মমানা শিংদু মপুদা হনবিখি। নমাগী পুক্নিংদা মচাসি নোংমদি করিগুম্বা থবক অমদি শোয়দনা তৌররগনি হায়না খনখিরমই। যাদোম্নংনা অচুম্বা ঙাংবা অমসুং ঈশ্বরদা কন্না থাজবসি কৈরোয় লৈকায়গী মীশিংসু মথং মথং খংলকখি থোংজায় লালগী মমাংদনি কামবিরোন খুলসি ফোখোক রাৎপদগী চাক তাংখি। খুলগী অহলশিংনা ইরাৎ পুজা তৌরগা মাইবশিংগা রা কন্না তান্নরমই। যাদোম্নংনা কামবিরোন খুলদা চাক তাংবসি কোক্কে হায়রবদি শন্দং ইরাৎলগা ফোগোগদবনি হায়না মরক মরক্তা হায়রমই। অহানবদদি অঙাংগী রানি হায়দুনা কয়া থওইরগদে। যাদোম্নংনা কন্না তকশিন্নকপদা অহলশিংসু চানিংঙায় লৈশিন্নক্লুবদা শন্দং ইরাৎলগা ফোগোখি। কুম অদুদগী চাক তাংবা কোকখি।

মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী মীবু নম হাদুনা, কল্লি, ঙমই হায়দুনা পাংতৌ তৌবা শুকয়া রারমদে। মহাক্না চহি ১৩/১৪ কায়কলবদা মনিপুরগী চৌংগী লমদা সাহেবনা শাসন তৌবা মওং অদু থরা থরা উখি। কামবিরোন খুলসি তোংজৈ মরিন নত্রগা অরীবা কাছার লম্বী মপান্দনি অদুনা সরকারগী কর্মচারীশিং, সাহেবশিং, সিফায়শিং লম্মুশিংসু য়াম্না তোয়না থেংনখি। মণিপুর তম্পাক্কী মৈতৈ লম্নোনবশিংসু কামবীরোন ফাওনা চৎলই। খুল অসিগী কোনথোং মনাক্তা মীথুং শংনচৌংবসু লৈরমই। ময়াম্না থংনরীবা সরকারগী পোত্থাং পুবা অমসুং পোত্থাং শেনথায় অসি মণিপুরগী চৌংদা য়াম্না কন্না চৎনরম্মী। চৌংদা সরকারগী থবক তৌবশিংনা চৎপা মতমদা খুলগী মীশিংনা পিজ পিথক্কদবনি অমসুং মখোয়গী পোৎ খুঙ্গাশিংনা পাল্লি নায়না পুগদবনি। যাদোম্নংগী ময়াম্না মুদম্নংদি পোত্থাং পুবা য়াম্না তোয়না চৎলমই। চন্দ্রবদী— লম্মুশিংনা খুলগী মীবু ফুবা চৈবা মীসুংখি খংদবা থবক ঙাক্তা তৌরমই। মখোয়গী চান থক্কবগীদমক শেলসু থায়রমই। চৌংদদি শেল থোকপা য়াম্না রাবনি। য়ুমথোং থাজনা কাওবা থিবা রানা থোকলমই। অদুনা পোত্থাং বেকারী অমসুং পোত্থাং শেনথায় অসি সরকারগী চুমদবা আইন্নি হায়না যাদোম্নংনা খনবা হৌখি। অদুবু মখোয়গী খুলগী অহলশিংনা মহাকপু মংতোবা মাইবগুম্ন অহানবদগী লৌরমই। মহাক্ন মং তারগা অনাবাশংগী লাইওং অমসুং লাইয়েং তাকলমই। য়াম্না চুম্বদা অমসুং মহাক্কী লাইয়েংনবগী শক্তি অদু উবদা মখোয় খুলগী মীদা নত্তনা খুল অতৈ অতৈগীসু মী য়াম্না লাকলমই য়াম্না থুনা মহাক্কী মীং অসি মণিপুরগী তমেংলোং অমসুং নাগা হিলসকি

জেমী অমস্নুং গোংমৈ তাবা থুগশিং, কাছারগী অমস্নুং ইমসলগী য়োংমৈ তাবা মকল্লা শল্লোকখিরমই।

মহাক্না য়োংমৈশিংগী ধর্ম্মদা অন্ধবিশ্বাসগী শরুক য়াওবা মরম চাদবা চংনবী কয়া শেমদোকখি। লাইখুৎচিংবস্নু শাগৎলি। য়ুম পাল্লবা মতুংদগী যাদোম্নংশি মমীং চৎপা হেক্ৰকখি। কামখিয়োন খুল অসি চৌংমৌশিংগী তীর্থ মকমগুম্না মী তিল্লখি। মহাক্না লাইসিং লাইশোল মওং কয়াবু পুখোক্কুনা মীয়ামদা তাকখি। মপা মপুনা চৎলম্বা ধর্ম্ম অসি হুন্দোকলগা অতোয়া ধর্ম্ম ওনবা মহাক কয়া পামলমদে। অদুবু মহাক্না মহাক্কী থাজবা তুংইনবশিংদা থংহনখদি মসিনি ঈশ্বর থুরুমলগা মহাক্কী থৌজাল কংলগা "ঐখোয়না নিংথৌ" ওইগদবনি অসিনি। অদুনা মহাক্কী ধর্ম্ম অমস্নুং সমাজগী থবকশিং অসিগা রাজনীতীগা য়াম্না মন্নী লৈনরমই।

মথক্তা পনজখিবদুনি— মহাক্না পোৎথাং বেকারী অমস্নুং পোৎথাং শেনখায় থায়বা পথাপ অসি চুমদবনি হায়খি। অদুগা খোংজায় লান (১৯১৭-১৯) দা ব্রিটিশ সরকারনা লান হৌদবা চৌংমৌশিংবু কনুনা ডাক শেনখিখিদে। অদুনা যাদোম্নংনা ব্রিটিস সরকারনা চৌংমৌশিংবু মুৎখিদে, উশিক্তে হায়না কয়া থনখিরমই। অদুগী মথক্তা অতোবা সাহেবশিং লাক্লগা তুপী কোইয়েৎ লৌথোক্কদবনি, ছাটিন থানবা য়াদে, শগোলদগী কুমথগদবনি, লম্বীগী মতায়দা লেপকদবনি হায়বা নাইত্তে চাদবা চৎনবী অসিবু যাদোম্নংনা শিংথরকখি। কুম ১৯২৭ দা তমেংলোংগী সবদিবিজনেল ওফিসারনা লাকপা মতমদা যাদোম্নংনা শগোল তোংদুনা তুপী উপতুনা লম্বীদা তুমিন্না নোংমা চৎলম্মী। মহাক শগোলদগী কুমথরমদে অদুগা তুপীস্নু লৌথোকলমদে। যাদোম্নংগী পুক্নিংদা 'মাস্নু মীনি, ঐস্নু' মীনি' হাথবগী শাজৎ অসি সাহেবশিংবু উশিন্তুবনি হায়না মহাকপু এস, ডি, ও, না তমেংলোং জেল কাটুরসদা কাপ্না থমা জেলদা থমখি। মরালদি কয়িস্নু লৈতবনি মহাক্কী নিংথা তমজিংবগী য়াথং অদু নমথেক্লবনি। অদুগা মাগী প্রজাশিংগী মথিত্তা জেলদা থমলবনি হায়বগী য়াথল শিনবা তৌখনি। মরাল লৈতবনা মহাকপু তম্না জেলদগী থাদোকখি।

মসিগী মতুংদগী যাদোম্নংস্নু ব্রিটিশপু তাম্বোক্লবা য়া লোয়া তাৎবা হৌরকই। মাগী লাইশংদা লাই থুরুম্বা লাকপা মীশিংদা 'ঐখোয়গী নিংথা তৌবা রাজ্য' অমা শিংথৎকদবনি অদুগা মখুল মথুসদা হনগ্রুগ শন্দং অমমম থারক্লবা হায়খি। শন্দং অমস্নুং পৈশা য়াম্না খোমগৎপা তৌরে। মহাক্না কছারদা তোয়না চৎলমই। মহাক্না চৎলিবা মরমদি— ব্রিটিশকি মথক্তা লান তৌনবা থুংনায় লৈনবা এজেন্ট থিবা চৎপনি। মহাক্না কাছারদগী মতম অদুদা মহাক্না গান্ধীগী লুচৌং মথাদা ভারতকী স্বাধিন্তা অন্দোলোনগী পাউ তারমই। মহাক্না ব্রিটিশবু তানথোক্কে হায়রিবা মহাত্মা গান্ধীবু য়াম্না য়াংনা থাগৎলমই। উপায় থেৎনরবস্নু মহাক্কী অমস্নুং গান্ধী লনথুংকমদি মাইয় থনখি। মহাক্না গান্ধীজীবু থাদুনা শকপা ঈশৈ হৌজিক কাওবা শক্লরী।

যাদোম্নংগী হৌগৎলকলিবা রাজনীতি ইহৌ অসিনা ব্রিটিশ সরকারগী মীৎয়েং চিংশিনখি অদুবু যাদোম্নংনা আইনা য়াদবা থবক অমতম্ন

তৌদবনিনা কাজিনবস্থ ঙমলমদে। চীংদা লৈবা লম্বুশিংনা নত্তনত্তবা পাউ কয়া সরকারদা পিশিল্লমই। মখোয়না চীংমীশিংদস্থ যাদোম্নংগী মায়োক্ত প্রচার কয়া তৌখি। যাদোম্নংদি মীসুংশি থংবনি। কাম্বিরোন খুলগী কোম্ব্রোংদা মীথুংশং (মরু ওইনা মৈতৈশিংগীদমক) শেমবিখি। ঈশিংথোং তোঙান্না থমবিখি। মহাকী ইরাৎপুজা তৌবা মং তায়গা লাইয়েংবগী শক্তিশিং অসি উরগা "যাদোম্নংদি লাইনি" অদুগা "যাদোম্নংদি ঐখোয়গী নিংথৌনি" হায়না পাউ কয়া শন্দোকখি। যাদোম্নংনা য়াম্না তোয়না শেংদোকলমই" ঐদি লাইস্থ নত্তে। নিংথোস্থ নত্তে নিংথৌ ওইগদবদি তুংদা লাকখিগনি।"

ইং শোক ১৯২৯-৩০ অক্তুবাইদদি যাদোম্নংনা মাগী তুংইনবা খুলসিংদা সর্বকারদ। য়ুমথোং থাজনা থিরুরগনু সরকারগী পোৎস্থ পুগনু থবকস্থ তৌরগনু হায়না প্রচার তৌখি। সাহেবস্থ তানখোক্লবা থবক কয়া পায়খৎখি থাজনা পিগনু হায়রিবসি গান্ধীজী অসহযোগ অন্দোলনগী মখি তাবনি হায়নৈ। মহাক্লা চীংদা লৈবা লাইকম খুদিং চত্তুনা লাই খুরুম্নমই। মহাক্লা কছার অমস্থং মিজো হিলসগী সিমানাদা লৈবা পুবোন লাইকমদা তোয়না চৎলমই। মহাকী পাওতাক পিবা (এদভাইজর) অসি পুবোন লাইগী মচানি হায়না মাগী তুংইনবশিংনা হায়।

যাদোম্নংগী থৌরাংদি ১৯৩১ গী লোইরমদায়দা লালহৌবা অসিনি অদুবু চহি অসিগী হৌরকপদা মতম থরগী মমাংদা তমদগী পান মনা লম্নোনবা মী মরী মাঙখিবগী মরীদা যাদোম্নংগা তীম্নবা মী থরা কাগৎলমই। সরকারনা যাদোম্নংবু মী মরী মাঙখিবশিগা মরী লৈননবা কম্না শিনলমই। পানা মনা পুবা মী মরীশিনা কামবিরোল খুলনা মপান্দা মৈ পুথোকপা য়াদবা *নামুংবা তৌরিঙৈদা কাম্বীরোন খুলগী মীথুংশংদা থুংগনু হায়রবা কাওবদা নম্ফুদা লৈখিবদগী থৎনরক্তুনা মখোয়বু সরকারগী অরোনবা মীওই ওইরবোয় খন্দুনা খুলগী মীয়াম্না হাৎখিরমই। মতমক্তুদা যাদোম্নংদি কামবিরোল খুলদা লৈরমদে। মহাক্তী গায়দিলু (হৌজিক্লা য়াণী গায়দিলু) মমাগী অহোং য়ুমশাবদা য়াওক্তুনা সুংকাও খুলদা লৈরমই। যাদোম্নংনা মীহাৎ মীপুন তৌবা থক পামলমদে।

অশোয়বা তায়ক্তুনা লৈরিবা সরকার মথুক্তা খুৎলায় অমা হন্দকী থোদোকসিনা পিখিরে। খুদক্তা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট মিস্টর হিগিগনস মশামক আসাম রাইফলসগী সিফায় পুক্তুনা যাদোম্নং কানবা চীংদা চৎলমই। মতমক্তুদা যাদোম্নংদি কাছারদা লাই খুরুম্বা চৎলমই। কাছারগী অথোরিটিশিংনা মহাকপু কোয়শিন্দুনা ১৯৩১ গী ফেঃ তাং ১৮দা কায়মই। মহাকপু পোলিটিকেল এজেন্টতা শিন্নখি। হিগিগনস সাহেবনা যাদোম্নংগী লাইশঙশিং থুগায়খি। মহাকী তুংইনবশিংস্থ লোইনা কাপৎখি অদুগা ইম্ফাল জেলদা পুরক্তুনা থমখি।

---

* খুল নামুংরিঙৈদা খুল মনুংদা চংবস্থ য়াদে, থোকপস্থ য়াদে। নামুংবা থুগায়বা মীশিংবুদি লন্দি য়াম্না কল্লি। লমহেন্নবদি হাৎপ কাওবা তৌবৈ।

যাদোনাংবু কাহুনা পুরকপদা কাক্ষুপ চাং-খোংদগী ইম্ফাল য়োবা কাওবা সিকায়না হাক-শেন্দুনা লাকখি। মহাকপু মখোং অমসুং মখুৎ খোংহিলং চন্দুনা, মখোংনা লাকপদু মরাম্বা য়েং-নখি। অঙকপা অমনা রাজবিদ্রোহী অমা পু-রকপদা বজার বেঙ্গল খোংদুনা সরকারনা ওকপা অসিনি। মসিবু ব্রিটিশকী পোলিটিকেল এজেন্টবু লানঙমলকপগী ওকপ্রা? যাদোনাংবু ওকপ্রা? মহাকপু ইম্ফাল জেলদা থমলগা পোলিকেল এজেন্ট না বিচার তৌখি। মতাংসিদা ব্রিটিশ সরকারনু যাদোনাংগী মরাল লৌতে হায়বসি থংলমই হায়-বগী প্রধানদি মখোইগী কনফিদেনসিয়েল ওইবা চিঠিশিংদগী খংবা ঙমই। অদুবু নিংখা তম্নাংবা মখোইদু শিংননিংবা মীশিংবু নমথবা হায়বসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী চৎনবীনি। মহাকপু মরাল লৈয়ে হায়দুনা ফাঁসিগী হুকুম তাখি। অদুনা ইম্ফাল জেলগী মপান্দা কুম ১৯৩১ আগষ্ট তাং ২৯গী অয়ুক্ত ফাঁসি তৌখি। অসুম্না চহি ২৬/২৭ তা তাখরিবা, নহা ওইরিবা যাদোনাংনা নিংতম্বগী–দমক্তা মপাই কৎথোকখি মহাক্না থম্না কুইনা হিংলম্মদি করি তৌরগদগে হায়দুদি ইতিহাসনা পাউখুম পিবা ঙমলরোই। অদুবু নিংতম্বগী লালগী ইতিহাসতদি যাদোনাংগী অরাংবা মকম অমদি কংলবনি।

রিফরেন্স:

(১) স্যার রোবার্ট রেদ: হিষ্টরী ওফ এরিয়াজ বোদরীং আসাম, ১৯৪১

(২) প্রোফেসার জে, রোয়: হিষ্টরী ওফ মণিপুর, ১৯৫৮

(৩) চাঙথন, থাগী চেকোং, যাদোনাং সপ্লীমেন্ট, আগষ্ট, ১৯৬৮

(৪) মণিপুর এদমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্ট, ১৯৩১-৩২

(৫) উরসুলা গ্রাহাম বাররার, নাগা পাথ

# মণিপুর অমস্তুং মণিপুরী

এল, চন্দ্রমণি সিংহ

ভারতকী নোংপোক লমখৈদা মণিপুর, তশেংনা মহৌশা লাইরেম্বীগী মখল মথেন্স লৈরাং নাচোম হাপ্পনবা সনাগী শেমপাক্লি। পণ্ডিত নেহরুনা ইম্ফালদা পিখিবা ভাষণ অমদা মণিপুরবু 'ভারতকী মণি' হায়রম্মী। কেপটেন ভুননা মহাকী গেজেটর ওফ মণিপুরদা মণিপুরবু 'নোংপোকী কাশ্মীর' হায়না শিংথারম্মী। 'মণিপুরদা ঐহাকী চহী অহুম' হায়বা লাইরিক অদু শ্রীমতী গ্রীমর্ডনা মণিপুরদা 'পৃথ্বীগী মকম অতৈদা কজবগী অথেনকম ওইনা লৈরিবা মকম কয়াদগী হেন্না কজবা লম' হায়না ইরম্মী। ভিওক্রি ইভান্সকী 'ইম্ফাল' হায়বা লাইরিক্তা "পৃথ্বীগী অপিকপা স্বর্গ" হায়বগা লোয়ননা জাপানিজশিংনা 'অরাংবা চৌংথক্তা শাৎপী লৈরাং' হায়না প্রমান তৌরম্মী। তশেংনমক মথকী থাগৎ রাহৈশিং অসি কা হেন্না হায়রে হায়না ওকচানশিংভায় মরমদি লৈতে। মসিগী চৌং, পাৎ, তুরেল মনা পুংলবা উপাল রাপালগা লোয়নবা কুমগাংদবী উচেক রায়া অমদি খতুগী চেক্লাশিং, পুক্লিং হুনা মনম চেনবী মখল মথেলগী শিংজেল লৈরাংশিং থাজৈমক শেংনা মালেমগী স্বর্গনি মহৌশা লাইরেম্বীগী পোথাকম।

অরাংদা নাগালেন্দ, অরাং নোংপোক অমস্তুং মথাদা বর্মা অদুগা থা অমদি অরাং নোংচুপ্তঃ আসামনা কোয়শিল্লীবা হৌজিকী মণিপুরগী লমখৈদি লেটিচুদ ২৩°৫০′ অমদি ২৫°৫১ অদুগা নোংপোকী লোংগিচুদনা ৯৩° অমদি ৯৪°৪৯′ গী মস্তুংদা লৈবনি। পাক চাওবন বর্গ মাইল ৮.৬২৯ নি। হায়রিবসিনা মণিপুরগী মহৌশাগী ওইবা লমখৈনি হায়নদি শেপ্পক্তে। মণিপুরগী পাক চাওবা অসি মতম মতমগী ওইনা পানখিবা নিংথৌশিংগী মপাঙ্গল অমদি মথৌনাগী মতুং ইল্লম্মী। করিগুম্বা কান্দা নিংথি (চিন্দুইন) তুরেলদগী নোংপোক্লোমদা লৈরিবা লম অয়াম্বা কাওবা লৌশিন্দুনা মণিপুরগী নোংপোকী সীমানা লেপ্লম্মী। অদুগা অতৈ মতমদনা নিংথি তুরেলনা নোংপোক লমখৈ লেপতুনা কবো তম্প্যাক অসি কাওবনা মণিপুরগী সীমানা ওইরম্মী। অদুগা মপাঙ্গল থরা হেন্ন' রাৎপা নিংথৌশিংগী মতমদদি হৌজিক ওইরিব মণিপুরগী সীমানা অসিদগী পংহেন হেন্দোক্লমদে। মহারাজ ক্যাম্বা, গরীবনিরাজ অমদি গম্ভীর সিংহগী মতমদদি মণিপুরগী পাকচাওবা অসি য়াম্না কেন্না শন্দোক্লম্মী। মহারাজ গম্ভীর সিংহগী মতমদা মণিপুরগী সীমানা অসি অরাংলোমদা দোয়েং অমস্তুং থনসিরিগী মরক্তা লৈরিবা উমং অসি কাওবনি হায়বসি ১৮৩৫ ইং ফেব্রুয়ারী ১১গী অইবা চেয়োলনা (পোলিটিকেল প্রোশিদিংশ) সাক্ষি পীরি। নোংচুপলোমদা মণিপুরগী সীমানা অসি হৌজিকী কাছারগী শরুক য়াম্না কোনশিল্লম্মী। ১৮১৯ গী চহী তরেৎ খুন্তাকপা মতম অদুরাইদা খিকির চৌংশাংগী মথা থংবদা কাছার তম্পাক অসিদি চৌজিট, মার্জীট অমস্তুং গম্ভীর সিংহ অহুমা লৌশিল্লম্মী হায়বসি ১৮২৪ ইংদা

কাছারগী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা গর্ভনর জেনেরেলদা ইথিবা চেয়োল অতুনা সাক্নীনি। মখারোমদা মণিপুরগী পাকচাওবা য়াংপা অসি অয়ায়বা থবক্তি নত্তে। অড্রমকপু ক্যাম্বা, খাগেম্বা, গরীবনিৱাজ-নচিংবা নিংথৌরেলশিংগী মতমদদি মণিপুরগী ওমথৈ অসি হৌজিক্কী কবো তম্পাক্কী য়াংমদা চংশিনখিদুনা মণিপুরগী লমথৈ লেপলম্মী। নোংপোকলোমদনা অরাংথংবা বর্মাগী শরুক কয়ামরুম মণিপুরগী মনুং চম্না লৈরম্মী হায়বসি হৌজিকমক কংলিবা রেকোর্ডশিং অসিনা সাক্কিনি।

ঐখোয়না মণিপুরগী ওইরম্বা লমথৈ অনুক থরাই য়াওনা থীগৎলুবগী মরমদি মণিপুরীশিংনা হৌজিক্কী মণিপুরগী মপান্দা থুন্দা লৈত্তাদুনা লৈত্রিবা অমসুং শন্দোকত্রিবা অসিদা মতম অমগী মণিপুরগী পাকচাওরম্বদুনা লৈচেম্নবা পীথি। লম চাওরম্বদুগী মতুংইন্না মীশিংসু শন্দোক্লম্মী। মহোশা থুংশেমগী মতুংইন্না মণিপুর অসি চীং অমসুং তম হায়না শরুক অনিথোক্না খায়দোকই। চীংলোন পরেংনা হন্না হন্না কোইশিন্নবা তমপাক্কী অপিকবা শরুক্তি। মহোশাগী লৈজরমলিবা লম্মীৎ অসি য়েংলুরগা চাওরাকপা মীৎয়েংদা চীংতম অনি অসি অমত্তা ওইনা উবা ওমদে। অনি অসিগী মরক্তা লৈনবা মরী অসিদা চীংনবা পোক্কে। অদুগা ঐখোয়নদি থংই—ইতিহাস, লম্মীৎ-তুম্মীৎ অমদি অগী মরীদা অনি অসি অমত্তগী ওইবা শক্লোম্নী। অদুগী মথক্তা মণিপুরগী মহোশাগী ওইনা লৈজরবা চীং-লম্মীশিং অসিনা চীং অমগী মরক্তা চথোক চৎশিন তৌদুনা তাম্ন য়কপগী অচেৎপা সাক্তি কয়া মহোশাগী ওইনা লৈজে। চীংলম্মীশিং অসিনা চীংতম অনিগী মরী অসি অড্রমক নিংশিংনহল্লি। হায়রিবা চীং লম্মীশিং অসিনা চুম্নগী মনুংতগী ওইনা চীং অমসুং তমগী তংহন্দবদা নত্তুনা মপান্দা য়ুমথংনবা লৈবাকশিংগা মণিপুরগসু শকথং মাইথংনহল্লকই চীং লম্মীশিং অসিদা মণিপুরগী মীনা মপান্দ অমদি মপানগী মীন মণিপুরদা চথোক চৎশিন তৌবা ওমলকই। লম্মীশিং অসিনা ললোন ইতিক চৎপা কাংবু, থুন্দাকম থীবা চৎপা কাংবু, অমদি লান্দাবা চৎপা কাংবুশিংনা মনুংদগী মপান্দা, মপান্দগী মনুংদা চথোক চৎশিন তৌরকই। মণিপুরদগী সুরমা তমপাক চৎপা য়াবা; ব্রহ্মপুত্র তমপাক য়ৌবা য়াবা কবো তমপাক চৎপা য়াব মহোশাগী ওইনা চীং লম্মী কয়ামরুম লৈজরকই। প্রোঃ ডি, জি, ই, হোলনা মহাক্কী 'খা নোংপোক এশিয়াগী ইতিহাস' হায়বদুদা হায়রি, খা থংবা বর্মাদগী ইরাবতি অমদি নিংথি (চিনদ্বিন) গী তোর্ববান্দা চৎলগা মণিপুর ক্লাওদুনা ভারতবর্ষ তাবা য়াবা লম্মী অমা পীরি। স্যার অরথর ফ্যেরিনসু মহাক্কী বর্মাগী ইতিহাস'কী লামায় অহুমশুবদা ইরি 'ক্ষেত্রিয় নিংথৌ মচা অমনা বর্মাদা য়ৌরকপগী লম্মী অসি ইরাবতী তোর্ববান মনাকরাইদা লৈবা 'মণিপুর' হায়বা লৈবাক অসি ক্লাওদুনা লাকপনি। হার্ভিসু মহাক্কী 'বর্মাগী ইতিহাস'কী লামায় মাপনশুবদা নিংথি তুরেলগী মপান অমদি মণিপুর ক্লাওরগা আরাকানশিংনা থা অহুমগী লম্মী চৎলগা আফগানিস্থান্দা চিনাগী সিল্ক্কা ইউরোপক্কী সনাগা শিন্নরম্মী' হায়না পীরে। হায়রিবা মওংশিং অসিনা অড্রমক তাক্লে মতুদি মণিপুর অসি অতোপ্পা মুলকগী হৌদুনা মপান লৈবাকশিংগা অড্রমক শকথং মাইথংনরক্লে। মপান লোমদগী লাক্লুনা মণিপুরী

লমাজদা হিনশিনখিবা কয়ানি হায়বসিস চৌংনিংঙায় লৈতে। অদুগা মণিপুরীশিংনা মপান্দা লৈগ্রিবশিং অসিস্থ মথক্কী মওংশিং অসিনা মরী মখোং থরগী মথৈদি লৌবা ঙম্মী।

হৌজিক্কী মণিপুর অসি অঙম্বা যুগতদি তোংঙান তোংঙানবা মমীংনা খংনরম্মী। রেঙ্গেনগী মেপ অমদি মেমোহৈরসাংগা লৈবাক অসিবু 'মোক্লে' হায়না খংনরম্মী সিংসকী চেরোল অমস্তং মহাক্কী মেপতা লৈবাক অসিবু 'কাসে'; ঐটসনগী ব্রিটিশদা লৈবাক অসি 'মেক্লে' বর্মাশিংনা 'কটে'; কাছারীশিংনা 'মোগলাই' আসামিশিংনা 'মেক্লে'; অহোমশিংনা 'মগ্লু' শানশিংনা 'কাসে' অসুম্বা খংনরম্মী। লৈবাক অসি মমিং অস্তুক য়াম্না খংনরম্বা অমস্তং পীনরম্বা অসিদগী ঐখোয়না কংলৌবা অচুম্বদি মণিপুর অসি মতম অদুগী সংসারদা থোইদোক্লা শিংথানবা অমদি শকখংনবা লৈবাক অমা ওইদুনা লাকই হায়বসিনি। অসুম্বা মতম অদুগী সংসারদা নিংথিনা খংনরবা মণিপুর অসিবু লাইবক থীবদি য়াম্না ঙম্বা যুগকী ইতিহাসতি নিংবা থুংবা মওংদা মচাক ফংদবনা মরীক চুম্বা থরা মরাংলৌ। অদু ওইরবস্তু কার্নেল গিরিনিনা তোলেমিগী ভু-গোলদা লৈনবরদি (রিসার্চ) মণিপুরগী ইতিহাস অসি যীশু খৃস্টনা পোকনবা চহি চা কয়া মরুম রাংলৌইদগী পীননবা লাকুরি। মহাক্না হায়রিবনা বর্মাদগী অরিবা লাইরিক 'মহারাজ বগসা' দা খৃষ্টনা পোক্লদবা চাওরাক্লা চহী ৫৫০ রাংলিতৈদগী মণিপুরদা অকম্বা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী নিংথৌ অসিনা নোংপোক্লোমদা টাগ্রাং অমদি অরাংথংবা পাগানস্থু খুদুম চনখি হায়রসিনি। মসিনা তাক্লীবদি য়ামদ্রবদা মণিপুর অসি য়াম্না তেম্না ঙেম্না যুগতগী অচেৎপা অমদি মশক নাইবা লৈবাক অমা ওইদুনা লাক্লে হায়বসিনি।

---

হৌজিক হৌজিক্কী রাক্ম

# চুমশিল্লবা পুন্সি

চিংঙাথম পিশক
মণিপুর কলেজগী হায়গী প্রিন্সিপাল

মী পুন্নমক নোম্মি, লেংঙি-থোংলি। কান্নবা-কান্নদবা, ওইজবা-ওইজদবগী রাকম থাইদোকত্রবদি হিংলিবা মথৈ লোম্নরি। দার্শনিক, সাহিত্যিক, লৌউবা, অফিসকি থবক তৌবা, ফিশাবা, দুকান-কম্বা, জুয়ার-শান্নবা, ঠিকা-তৌবা, রানোম্বা-চেম্বা, মকদ্দমা তৌবা, রাজনীতি য়াওবা কনা নোমদে? অসুম্না নোম্নবা মশেল অসি কনানা লমথুংদবীদা পুখ্রি, কনানা অপাইবীদা নত্রগা মতোমতা চেঞ্জবা শাদোংদা। য়ুম্নে কৈরৈদা শেংচাবদা—শাখিনা থেন্নবগী মসুংদা লেম্নরি মাগী মাগী পুন্সি। কনানা পুক্কে থল্লগ লোইদ্নে হায়দুনা অফং অফংবা চাশিল্লি; কনা অমনা সনাগী পুথমদা, সনাগী তেঙ্গোংতা মণি-মুক্তা থোংলদুনা চারি, থক্লি; নোক্লি, খেন্নি অফবা অহাওবা চিঞ্জাকশী শুংদোকপা পাঙ্গলনা থনগংলক্লুনা। কনানা ডনলোপকি মোমপাক অমস্তং মোন, নাক্তা কোম্নবা রেশমগী অশাংবা মোন, শুপ্নবা মোন-মোন লাওবা কাম্হা,—ময়াম অসিগা কোজদুনা

মাইৱীবা পীরি নিংথমথাগী উন-খাগী অহিংবু; অদুগা কনা অমনা মথু শুপ্তুনা অইংবা অহিং লাইরেম্বীদা মাইথিরে হায়না য়াক্তরি। কনানা ৰফুৎ-তিন্নোই কাক্তুনা তিনকা-কাবকৈগা কোম্লনা লেম্বদা নোংম-নোংমগী মতম কোন্নজখ্রি; অদুগা কনা অমনা মতম লেনবম থেদদুনা সিনেমা ড্রামা, চুরি চোৰর, শত্রংদা থেম্লবগী ঠিওরিবু য়ারনম্ল, কা হেন্না থেম্লনবুদি য়াফম থোক্তপনি। লাইবক্কী ঠিওরিগী প্রভাবনা কম্ন ফুমম্বনা পোদোক পুম্লমক নিয়ম ওইরমাল্লে থম্লখ্রে। কা হেন্না অৱাবা পুক্নি লেম্ববু মৈনা শাবগুম, উন্না ইংবগুম্না লৌনরি; অদুনা শংশঙবগী চজিক্কা কৌরেন অমুবীগী মচংগী চাক্কা মহাও মান্ন মাল্লে থাজহল্লি। অর্জুনগী তেন অমনা কৌরব লাম্মী পুম্লমক তুম্লন্দুনা থম্বা অদু নত্তে, সার্সিগী চৈশুনা থেংবদা ওক ওম্ব অদুস্ু নত্তে। ডি ভুরেনগী তোর্নবান্দা তাবা চক্রি ভকপা নিপাগী উফুল তৈবা টুপীনা লিংথোগী লুহুপুগী হেল্লি, অমদি, লৌরাংশুবা তাদাগী 'স্লম এরিয়া'দা লেম্বা পুন্সিবু কল্লকউ, হায়বসি নক্কালাইট কাংবুনা য়া-রাক্লোই। মসি থম্বহৌবা মতম ওইরক্লে। কা হেন্না থেম্লবা মীওইবগী ফিবমবু লাইদা পাও-থোংকুনা নমশিন্দুনা থম্বা য়ানরক্লরোই। লাই অসিমক্কা। থোংচৎ অসি য়ারক্লোই ইতিহাসনা মদুগী শাক্তিনি। প্রকৃতিনা হন্না ফুরকপা শোইদ্রবনি বুমরেংগুম্না হল্লিম ফুরক্কনি; মতমগী রাতনি।

সমাজ অসিবু 'কেলৈডে স্কোপ' ওইনা উরি। মচু কয়াগী মওং কয়াগী পোৎশক্ক মিৎকি মমাঙ্গদা ভত্তনা চেল্লি; হোংনা হোংনা চেম্বা ছবিনি। 'ফিল্ম স্ট্রিপ' কি ছবিনি। অমত্তা লেপ্তদনা লৈনদে; তানিঙাই লৈহৌদে, উনিঙাই নংহৌদে। মাসিবু সমাজ কৌবা য়াব্রা? উদ্দেশ্য অমগী, আদর্শ অমগী পুম্না হোংনখিম্লদবা মী কাংলুপ অদুদি মহাবলি উমংদা শেকপী ময়াম তুক পুম্না তোংখিম্লবা অসি-শুম্বনি।

অপূনবা উদ্দেশ্য লৈতবনা মানা মানা ওম্বা শক্তি শিজিন্নদুনা পান্দ্রগী অক ফত্ত থম্লদনা হোৎ-ননখি পৈশিন্নবা, খোৎচিন্নবা। মহৈনা, ওইরক্লি য়াথলগী অমসুং নীতিজ্ঞানগী 'বেংক্রেপসি'। সমা-জগী মখুংদা লৈনরি; সমাজ অদু নংগীনি, মাগীনি, ঐগীনি। সমাজগা চুম্শীন্নবগী য়া লৈতে "পৃথ্বী মুংথিসন্নু, ঐগী ফংহৌরগা লোইরে,'— ভাক্তনি। মহৈনা,— মশাবুসু মাঙহল্লরে, ময়াম্বুসু মুৎহল্লে। মাসি থাপ্লা য়েংনবা মমিৎ লৈজদবনা থক উদে। ভাইহাক্কি ওইজবা খিবগী মৈথুনা অথাপ্লা য়েং-নবা মমিৎ অদু মমশিলহল্লি। সমাজদা লৈবা মী পুম্লমক ছাঁচা অমত্তদা হৈবা মীওই ভাক্তা ওইখিবনা মাসিদা মহৈ য়াম্বা ওম্বা কাংবুদো মতিক চানা সম্মান, ইজ্জৎ ফংদুনা মখৌ পোঙনা লৈনরি। অদুনা মী পুম্লমক মমি ফাবা তাম্লরি। অশেংবা মশা অদুদি মশক শুকউ উখিদ্রে। লেম্ব গী মঙগী অঙাংশিং অরগুম্না মমি ময়াম অসিনা অথাপ্ল 'হোয়াইজন্দ' তোংলহুনা তত্তনা লাওরি,— "ঐখোয়দি করিসু নত্তে; করিসু নত্তবদো মাতুমগী ফাওবা হন্নুরিবনি।" (We are nothing less than nothing.)

হৌজিক চৎলিবা খোংচৎ অসি স্টেণ্ডার্ড' য়াওদবা খোংচৎনি। অদুনা আত্ম অমসুং ইন্দ্রি অনীমকপু পুম্ন চরা হেহ্লরি। আত্মা চরা হেহ্লন্দু-না হাত্তোক্লবসু ইন্দ্রিদুতা নোই-পেহ্লল্লবদি রা-শিয়াগুম্না পেম্ন মপাঙ্গগদবনি। ঐখোয়গীসি মাতুম

নত্তে। আত্মাবুসু শোগত্তে ইন্দ্রিয়ুসু হাত্তোকই। অদুনা 'ষ্টেণ্ডার্ড' লৈকবগী হোনবা, পোক্লক্লরোই বৈদোঙ্গুংদা অচৌবা মী ঐখোয়গী ইরক্তা ময়মদি আফ্রিকাগী জঙ্গলদা লৈবা নেগ্রো ময়ক্তা পোক-ত্তবনি রবীন্দ্রনাথ, শঙ্করাচার্য্য।

ঐখোয়গী অসে মেটিরিয়েলিষ্টিক' সু নত্তে, আধ্যাত্মিকসু নত্তে। মাসিবু মমিং অমা থোনবা তারবদি "থোমজিনবা য়াম্বা তান্নবা পুন্সি" কৌবা য়াই। থোমজিল্লিবা ময়াম্বু চন্না হেহলন্দুনা।

য়েৎথংবা পান্থোম নাম্মত্তা তত্তনা 'এক্সর্জাইজ' তৌদুনা চাউথোকহন্দুনা ওইথংবা পান্থোম পীক-শিনহল্লগা মথা ফবা, শাবান কজবা কৌগল্লোও? অসুক লাইবা ব্রাকম থগুদবা কনা য়াওবগে? থংদুনা কৈদৌনি? মতমগী ঈচেন্দা লোইনা তাও-থদুনা চেন্নরি। পীকশিল্লিবা হকচাং কায়াংশিং অসিনা চেন্নদুনা মপুম অদুথক মাঙহল্লগনি হায়বা থগুনরি।

মরুদি, ঐখোয়গী 'ইন্টিগ্রেটেৎ' ওইবা পুন্সি হায়বদো লৈনখিদ্রে। লৈখিদবগী ময়াম্বা পুন্সিদা আদর্শ অমা মাঙদা থমলগা মাদুনা লমজিং ওইনা পুন্সি লেন্নদবা। ক্লিদন্নকম লৈতবা, পান্দম্ফম য়াওদবা কম্যুনিষ্টিগা মরি লৈতবা, দিস ইন্টিগ্রেটেৎ ওইবা, শন্না হায়রবদা—চোইজাইনবা পুন্সিতা লেন্নবদা ঐখোয় মশেল খোংবান—ঈশিংনদুনা লৈনরি, হায়বদি ঈশিং অদু মচি অমদা শিংচিন্দুনা অত্তোপ্পা মচি কংহল্লি; অচোম্বা মকম অদু অমদা অমুক চিথদুনা কংহল্লি; অসুম্না মথং মথং চথরি ঐখোয়গী সমাজ।

ঐখোয়গী লেং-খোৎপা অমদি লমজেন্দা খোংজেন হাপ্পা পাম্বা নত্তে। চেনববুদি অদুম চেন্নরিবনি, য়াঙনসু অদুম মচেন্নরিবনি। ঐখোয়না পাম্বদি লমজেনগী হিমাই চুমথোকপনি, লৈরাইদা থেংজিন থেংজিন্দুনা উপথুননা তুদনবা।

---

# * চীংগী মণিপুর চনু

রোজ মার্গিৎ হাওকিপ

পোৎশক অমগী শকলোন অনি নাইবা হায়বসি ওইথোক্তবা নত্তে। লম্মীৎ-তুম্মীৎকী মওং য়েংলগা শক্লোন অনি পুবা মণিপুর অসিগী মণিপুরীসু অদুম্মক অনি থোকই। চীংদা লৈবা চীংগী মী তম্পাক্তা লৈবা তমগী মী। অদুবু চীংমী তম্মী অনি অসিদি অমত্তগী শক্লোন অনিনি, চীং-তম অমত্তা ওইবগুম চীংমী তম্মীশু অমত্তনি। অদুগা রাহৈ অনি অসিমকসু লাইগী থুংশেম নত্তে মীগী মীঙ্গৌনি তাইবং মপৃগী থুৎশেমদদি চীংদা পোক্লনবা নত্রগা তমদা পান্নবা তোঙান তোং-ঙান শেম্নকপা নত্তে থুৎশেম অমত্তগী পোথোক্নি। অদুনা মণিপুরী নুপী হায়রগা চীং অমসুং তমদা

* পান মণিপুরী য়ুথ লীগনা জুলাই থাদা এরিয়ান হোলদা পিখবা 'মণিপুরী নুপী' গী সুমীৎ লিনিগী মীক্যদা ঙাংখিবা ৱারোল।

লৈরিবা নুপী পুন্নমকনা অংনবা ওইনা থংনৈ। খেন্নবা লৈতে, অমত্তনি।

লাইগী খুৎশেম অমসুং মীৎয়েংদদি খেন্নবসি লৈত্রবসু ভাইবং খুৎশেমগী ওইবা সংসার অসিদি খেন্নবা অসি য়াম্না ময়েক শেংলে। লাইরিক লাইশু মহৈ মশীং তম্বগী লম্বীদদি চৌংগী নুপীশিং অসি য়াম্না লাপ্না লৈহৌরি। মখোয়গী শোথ-হৌবা অসিমক্না হৌজিক্কী জগৎসিদা মণিপুরী জাতিনা মীগী মতুং থংলীবনি হায়বদা হাইজিনবা নত্তে। লাইরিক লাইশু তম্বগী হৌরমদা তমগী নুপীশিংনা থব্রাই য়াওবগুম চৌংগী নুপীশিংদি য়াওদে। মসিগী থোইদোকপদি হৌজিক্কী মতমদা লাইবিক তম্বা হায়বসি তংগায় কত্রবা অমা ওইরে হায়বসি খন্থবা ওমদে, খন্থরুনবগী খুদোং চাবত্রসু কংদে। ময়ামগী মিৎয়েংদা চৌংগী নুপী থরা লাই-রিক তম্বা উরিবসি অয়াম্বনা মখোয়গী ইমুং মনুং অদু থর লীংবা ইনাক থরা খুন্না ওইবা ভাই। অরাংবা থক্কী মহৈ মশীংদি চথংবা ইওম ওমদে। বি, এ ; এম, এ গী মশিংদি হৌজিক কাওবদা মর্ণিপুরগী চৌংগী লমদা ইরৈমক লৈত্রি। হায়-রিবসি হায়দোকপদা অমদি কোংদোকপদা জগৎনা ভাবা কয়া মুংওায়বা য়াকমদি নত্রে। লাইরিক লাইশুগী লম্বীদা চংকংনা চৌংগী নুপীশিংনা শোথ-হৌবা অসিমক্না ওসিগী মণিপুরী সমাজগী থোই-দোক হেন্দোক্না মণিপুরী নুপী সমাজগী চাউখৎপা খোংথাং খুরো চেলহল্লব্রা হায়না খন্দবা ওমদে। মণিপুরদা চৌং অমসুং তমগী নুপীশিং অসিগ লাইরিক লাইশু তম্বদা চাংচৎ অমা হাইরপ মান্ননা চৎমীন্নরমলবদি হৌজিক ওইরিবা মণিপুরী নুপীগী সমাজ অসি ওইরমদবা য়াবনি। হেন্না-

য়াংবা থাক্তা সমাজ অসি কাখৎলব্বা ওমগদবনি। অদুবু চৌং অমসুং তমগী মরক্তা মাইকৈ অসোয়বদদি লাপনা লৈরবনিনা সমাজ অসি থোং মান্ননা পুথৎপা ওমত্রিবনি।

তম্পাক্কী নুপীশিংনা পোষ্ট গ্রেজুয়েট মশীং থংদনা লৈরবা অসিগী মসুংদা হৌজিক্কী মীকুপশি কাওবদা চৌংদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট অনি কাওবা শুনা পুথোকপা ওমত্রি মথং অসি মণিপুরগী চৌংগী মীওইগী অশোনবা নত্তে মণিপুরী হায়বা জাতি অসিগী খুয়ো চেন্না নত্রগা লাইবক থীবনি হায়না খন্দম থোকপনি। মণিপুরী চৌংগী নুপী মরক্তগী ভাংজরিবা ঐহাক অসিনা অহান্না অমত্ত ভাইবা এম, এ, নি হায়না চাওথোকচবগী মহুত্তা কপ-নিংঙায় অমদি মণিপুরী জাতীগী ওইনা ইকায়-নীংঙায় ওইরোইদবা মরম শুক্রৈমক লৈতে।

চৌং নুপীগী থৌনা—অনৌবা যুগকী খুৎশেম সভ্যতাদা শোথহৌবী অমদি লাইবক থীবীনি হায়বদা চেনকম লৈত্রবসু, চৌংগী চনুশিং অসি প্রকৃতিগী মীৎয়েংদদি থোইদোক হেন্দোকপা কয়া লৈজরি। মখোয়গী মহৌশাগী ওইজবা থৌনা অসিনি। লাইরিক লাইশু হৈজদবী ওইরবসু সমাজগী ওইবা থবক ইনথাংদ চীথবা তৌদনা শরুক য়ানবা হোৎজবী চৌংগী নুপীগী থৌনা অসি থাগত্তবা ওমদে।

অকবনি, ময়ামগীনি হায়ববদি মখোয়না মখোয়গী অঙন্বা মওংদা তৌজবা ওন্না থৌদাং পাংথোক্রবা হোৎনবা অসি পুক্নিং শুনিংঙাইনি। অদুবু চৌংগী নুপীশিংনা মীয়ামগী থবক সমাজগী থোদোক্নচিংবদা য়াম্না থব্রাই য়াওনা শরুক য়াজ-বশি উরগা কনাগুম্বীশিংনা নোক্নধীবা অসি

থেংনদব নস্তে। অদুবু নোক্লবা অদু কদায় কাওবা য়াখল খল্লুবগা নোক্লনবগী মতম লোবীয়ীবনো হায়বসি হংদবা ওমদে। অদুগা অমরোম্নদ চৌংগী মুপীসী য়াখলদি অতৈ নস্তে চাওখৎপা পাম্মী। চাওখৎপা মীগী মতুং ইনবা পাম্মী। চৌংগী মুপীশিংসে মশাগী লাইরিক হৈজনবগী খুদোং চাবদি ফংজত্রবস্থ য়ামত্রব্রদা মণিপুরগী তম্পাক্কী ইচেম ইনেমশিংনা লাইরিক য়াম্না হৈরকপসি চাওথোকচরি অদুবু মস্তাং অসিদা ঐহাক্না পঞ্জনিংলিবদি মণিপুরগী মুপীনা মশীং লাকওমদনা লাইরিক হৈরগা মণিপুর সমাজগী থোইদোক্না মণিপুরী মুপী সংসারগী চাওখৎ খোংথাংগীদমক কদায় কাওবা লময়ান্নবীরবগে হায়বসিনি। অদুক য়াম্না লাইরিক তমলুরবা তম্পাক্কী মুপীশিংদু কদায়দা লোৎপ্রবগে? সমাজগী ওইবা থোরমদা শরুক শুকয়ামক য়াদে হায়বদি হায়মনব থোক্লবস্থ তশেংনা ইয়াও য়াওদে। লাইরিক তমজল্লুরিবা মশীংগা সমাজগীদমক চোংথোরক্রিবা মশীংগা চাংদম্ববদা তশেংনা অয়াবা পোকই। করি কায়বা ফংলিবগে সমাজনা মথোয়দগী।

পম্লিংবা অমনা তমগী মুপীগী ইকাই থীবা হায়বসিনি। তশেংনা ইকায় থীরবী হায়বদ্রবা নত্রগা ইকায় থীবী শাবা হায়বসি চৎনবী অমা ওইনা লৈরবরা? লাইরিক লাইশু মতীকচানা হৈরবা, মপুং ফাবা য়াখল লৈরবা, মথোয়মক্না মীয়াম তীস্বদা নত্রগা সমাজগীদমক্তা চোংথোকপদা অস্থক্কী মতীক কীথী কীরুম তৌরিবসিনদি করিস্থ খংত্রবা, লাইরিক লাইশু হৈত্রবী চৌংগী মুপীনদি কদায় কাওবা থোনা ফনা মণিপুরী সমাজগী অমদি মণিপুরী মুপীগীদমক থৌদাং লোবা ওমগদগে? ঐখোয় চৌংগী মুপীনা থাজরকই মতুদি লাইবক ফবী ওইদুনা লাইরিক তম্বা ফংলবী; লৌশিং লৈরা লৈরবী; চাওখৎপা মশক খংলবী তমগী মুপী ইচেম ইনেমশিংনা চৌংগী পংলবী মরাইবক থিরবী মুপীশিংবু লমজাংবীগনি। মথোয়গী মতুং ইন্না চৎলগা চাওখৎপগী মঙাল ফংবা ওমগনি খল্লম্মী। অদুবু ওসিকাওবদি থাজবা অদু কায়দবা মোল্লুং ওইরি। হায়জনিংই! য়ারিবমখৈ কায়ত্রে হায়না খংনরুবা চৎখিবা মতমগী য়াখল অদু থাদোকপীবা মতম অমা হৌজিক য়োরে। কাইনবা য়াদনা লাক্লবা কাইনবস্থ য়ারবোইদোবা চৌং তম অনিগী অচেৎপা পুরক্লবা হোৎনবদা তমগী মুপীগী অচৌবা থৌদাং লৈকম থোকই। থোনা ফবা মতম য়োরে। হৌমিন কামীয়রকপগী অমত্তা ওইবা য়ুম্ফম মথক্তা কায়দনা কুপশিনখ্রিবা তীয়বা য়াদবগী তীংখং পাম্বীশিং অসি য়ানথৎনবা হোৎনবগী মতম য়োরবনিনা মীকুপ খুদিংদা তমগী ইচেম ইনেম অহল লম্মনশিংনা মাংজীন থাবীবা তাবনি। চৌংগী মুপীনা শোয়দুনমক্কী তুং ইঙ্গনি। লাইবক ফবী, লাইরিক হৈবী, লৌশিং চাওবী তমগী ইচেম ইনেমশিংনা লোক্তুনা লৈথোকখিবা অসিদা চৌংগী চমলবী চনুশিংগী করি কীজম তাকম থোকপগে? লময়ানবীশিং লোৎখ্রবদা তুংইনবীশিংনা লম্মুক্লবা মশানা তাবনি। ঐহাক ইশামক্না তীয়রকপা তমগী ইমায়বী বিশ্ববীস্তালয় থাক্তা লাইরিক তম্মীনরকপী মুপীশিং কাওবা ফনা য়াম্বনি। মখোইশিং অদু কাওব্রা অমত্তা মশক উত্রে। কদোমদা লোৎখিবনো খংদে। লাইরিক হৈবী হায়বগী অর্থবু ইকায়থীবী হৈবী নত্রগা লোৎপা হৈবী হায়বসিরা? য়ুম পায়বগী, লুহোংনবগী নত্রগা শেল তায়নবগী কাচিন্দা লাই নিংদুনা লৈখিবগুম তৌবসি ইকায়নিংঙায়বনি।

অরোইবা ওইনা লম্বনিংই, হাইজনিংই অমদি য়াকৎচনিংই, মুপীগী পুন্সিদি মুপীনা শেমজগদবনি। মুপাদা শিন্নথোকপগী য়াখল অসি থাদোকপা মতম য়োরে। মাংদা তারিবা থবকশিং অসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা ঐথোয় মুপীশিংনা য়াখল তৌবদা নত্তনা থবক ওইনা চংশিনবা চুয়ে। চীং তম, চীংবী তম্বী অমত্তা ওইবগী অমকপা য়াও-রবা মণিপুর সনা লৈবা অমুক হন্না শেম্বদা মুপীগী থোদাংনা হেন্না চাওবনি। থাইবুং তানবা অমদি থাজনদবদগী কায়থরক্লিবা জাতী অসি চেৎশিন্নবা হোৎনবদা মুপীশিংগী শিচিং পীগদবনি।

---

# মণিপুরী মচা থবক ফংদনবা সরকারগী নিয়ম।

আর. কে দোরেন্দ্র সিংহ
এদভোকেট

হৌজিক মণিপুরী মচানা থবক ফংদবগী অৱাবা, নোংম নোংমগী মহৈ মশিং তমলুরবা নহারোলশিংনা বেকারগী সমস্যা অমা চাউনা থেংনবা অসিদা নিংবা কাইবনা অমদি চরা হেন্নগদ্রা হায়বা কাওবগী মুংশা থিবনা খোইরাংলি। তশেংবমকসু মণিপুরীশিংগী থবক তৌফম নৈশল্লকত্রে থবক্তি লৈ অতুবু থবক অতু ফংলোইদবা অমসুং পিরক্লোইদবগী য়ানি।

ভারত সরকারনা মণিপুর অসি মপানগী ময়াং মচাশিং থবক ফংত্রবা অমদি নৌনা ফংবশিংগী ফম চাউনা থবক তৌফম অমদি ত্রেনিং তৌফমগী-দমক লোইলম অমা শেমদুনা থম্নমান্নে হায়না চিংনদবা ওমদে। তশেংবমক অতুগুম্বা লোইলম অমা শেম্নে হায়বদসু অয়ানবা ওইরোই। মণিপুর সিভিল সার্ভিস রুলস, ১৯৬৫ ঐবোইবু লক্লনবা শেম্বা নিয়মনি। মতুমক্তি মণিপুর পুলিস সার্ভিস রুলস ১৯৬৫ সু মতম অমগী পুকচেল চাউরবা চিফ সেক্রেটরী সাকসেনানা য়াক তৌবনি হায়বৈ অমসুং ইকাই খুম্নরবা চিফ কমিশনর বালেশ্বর প্রসাদনা আশীর্বাদ পিরবা, কেন্দ্র সরকারনসু য়ারবা ময়াংকনা মণিপুরগী থবক পুম্নমক পায়নববা থবক্কী নিয়ম (সার্ভিস রুলস) ওাক্তনি ! শ্রীসাকসেনা হৈরুবগী য়া নত্তে—অতৈ অতৈ ষ্টেটশিংগী সার্ভিস রুলসতগী শন্দোক্লম্বা য়াই, মহাক্না চেকশনবা হায়ববু মণিপুরী মচাবু রুলস অসি শিজন্নরকপা মতমদা থবক ফংহনদনবা শিল্লম্বা অসিনি। ওসি মণিপুর অসিদা হৈশিংবা ময়াং কয়ানা মণিপুরী থরদা তামো, তাওাং কৌশন্নক্লা নক্কলদা থাংনা থিল্লম্বা অসিনি।

অতৈ অতৈ থবক্কী রুলসশিংদসু অতুমওাই। মহাক মহাক্কী ডিপার্টমেন্টগী রুলসনা ময়াংশিংগী ফম—মকম খুদিংমক্তা ওাক্তুনা থমলি অমসুং

---

*ময়াং : আর্টিকল অসিদা শিজিন্নরবা ময়াং হায়বা য়াহৈ অসি মণিপুর মপান্দগী সার্ভিসকী-দমক লাকপা নন মণিপুরীশিংতবু খংনগনি।—অইবা

মণিপুরী মখোল থৎনহন্নবস্থ শিল্লি। পি ডব্লিউ, ডি সরকারগী কলেজ, ডেভেলপমেণ্ট, সেক্রেটরীয়েট, জুদিসিয়ারীনচিংবা ডিপার্টমেণ্ট থুদিংমক্তনি। নাগালেণ্ডগুম্বা ষ্টেটশিংদদি মখোইগী মরমগী মী ফংত্রবতদা মতম থরগী মপান্দগী অথম্বা মী থবক্তোদমক্ত য়াইদুনা শিক্তিন্নৈ ঐখোইগী মণিপুরদনা মণিপুরী মচা থবক তৌবা য়াবাশিংবু থবক্তা চংহন্দনবা নিয়ম ভুয়োম কয়া শেম্বা অমসুং হায়া তৌরম্বাশিংবুনা ষড়যন্ত্রনা তৌবা অসিনি। পূম্নমক ভারত সরকারগী আশীর্ব্বাদবা লোয়ননা ইউ, পিদগী, বিহারদগী, পঞ্জাবতগী অমসুং অতৈ অতৈ লমদগী লাকপীরিবা ময়াং ইবুংঙো অফিসারশিংনা লালোং পুম্নমক অসি শিল্লি। হেক হায়রুবদা রুলস! সেক্রেটরিয়েৎতগী থুম্নকনি—রুলদি মীনা শেম্বনি— শেমদোকপা অমসুং লোথোকপা য়াই হায়বদ্রদি মখোইগী থুদোং চারিবমথৈ কাউশন্নৈ। মণিপুরী মচানা থুদোংচাগদবা লৈরবদি শেমদোক্কনি থুদোং চাদনবা শিনগনি— মমৈদা মণিপুরী জাতি নকসাদগী মুথৎলগে অসিনি হোৎনরিবা।

হন্দক মরক্তি নহা ময়াং আই, এ, এস, অফিসার থরস্থ থুংলদুনা ওৎপা নৈবা হৌরি আই, এ. এস, হায়বসি লাইমচান ওইব নত্তে— মচিন থিবা থরনস্থ ওইবা য়াই— য়াম্না ময়াই ওইবা মীতনা ওইবনা অয়াম্বনি মখোইদা সুপর ব্রেন লৈবা নত্তে মিচং শঙ্গন কম্নগস্থ ওইবা য়াই অদুবু নহা আই, এ, এস থরনা ঐখোই নিংথৌ ওইরুরে হায়দুনা থায়রুবনি হায়দুনা লাউ খোংবা হৌরি। হায়া চাউদুনা লৈবগী মরুপ মপাং, গুরুগী মচা মশু, শাগৈ নাতৈ ভুম-ভুমাদা পৈশা তানবা, নিংথিদা সন খোনব লাকপগুম লাক্রে। মণিপুরী শেম্বিবনি হায়দুনা সনা লুপা কয়া কয়া কোত্তুনা পুথ্রে, পুনবা লাক্কবা কাংবুস্থ য়াওরি মশা লৈয়গা থাদোকখিবস্থ য়াউরি কোৎলপা চেনগদবস্থ য়াউরি— ময়াং ওফিসারগী স্বর্গ হায়বদু মণিপুর নত্তবা করম্বা লম অমুক লৈখিবগে?

ময়াং পুলিশ ওফিসারশিংস্থ হুয়ানবা কম্নবা মতেং পিব ঙম্মী মণিপুরদদি ময়াং অফিসার অচৌবদি ক্কন য়াম্না চাউই। সি, বি, আইদি করগদৌরি— অদুমঙাই ময়াংগী সি, বি, আই, নিদনা! করিগুম্বদা থল্লুরবদি গণতন্ত্র অসি অচৌবা, মশিং য়াম্বা কাংলুপ্প, মাইনোরিতি, মশিং য়ামদবা কাংলুপপু নৈননবা, চাথোক্রবা শা-ষণ মওং অমা ওইরমল্লে থন্দবা ঙমদে। মণিপুরী মখৈনা বলীগীদমক পুন্দুনা থম্বা হামেংদু মঙায়রে।

পৈশাগী মতেং পিবন কেন্দ্র সরকারনা শরুক থর মপানলমগী কর্ম্মচারীগী থবক থাকপনি হায়বা য়াক্কম লাক্রবদি হায়দবা ঙমলোই— মপান্দগী লাকপা অফিসারনা কেন্দ্রনা পিরকপা পৈশাগী মথক্তা মণিপুরগী লাইরবা প্রজাশিংনা হুমাংময়া তানবা পৈশা য়াউনা পুদুনা চৎথ্রে, হৌজিকস্থ পুরি অমসুং পূথিগদৌরি। করিগুম্বা মিলিটরীগী শাসনগা লৈরম্নবদি— মপান কাংলৈবুদা শাকৈনা কনথরোইদোব অমসুং ফাইয়ারিং সক্কাদগী গুলী চারোইদবগী মরম করি লৈবগে? হায়া ওইরম্বা ময়াং অচৌবা কয়া পৈশা চায়ম্বা হুরাল্লম্বা ওইজবা কয়া তাল্লম্বগী এক্সন লৌগদৌরে, এনকায়রী তৌরি কয়া তাগনি অদুগা অমত্তা কাউবা জেল তাথ্রে হায়বদি তারোই, হেক্কা সুংঙাইবা

থবক্তা নত্রগা মকমদা ত্রান্সফারককা তৌগ্রে হায়-বদি মতাই। অসিনি কেন্দ্রগী বিচার মওং, শাসনগী নিয়ম। সার্ভিস রুলসশিংগী মতাংদা থক্তিকুং নৈনবদা হেক্তা উবা ফংগনি। মতুদি মতুংদা মণিপুরীশিংনা মণিপুর সরকারগী থবক ফংবা ওইথোকত্রে।

## মণিপুর সিভিল সার্ভিস রুলস ১৯৬৫ :

রুল অসিগী রুল নং ৫ শুবদা চামগী মমুংদা য়াঙ্খৈদি (৫০ পি, সি,) দি ডাইরেক্ট রিক্রুইটনি মণিপুরী মচা য়াম্না হাপকদবা মালহনবা রুলনি অদুবু রুল নং ৬ শুবা য়েংবদা থংলে—থবকী পরিক্ষাদি ইউ, পী, এস, সি, না তৌগনি—তা-থোক তাশিনগীদমক চিফ কমিশনরগী শক্তি থরগা লৈগনি—মনিপুরী থবক ফংবা মতাং অসিদা অদুম্মক য়ারে—ভারত পুম্বগী অফোংবা য়ুবী লাকপী (ওপন কমপিটিসন) দা তারে—নক্রুবা চান্নবা, মরৈ থংপা তন্দবা ইউ, পি, এস, সি. গা নক্রুবা, আই, এ. এস থনবগুম্না অদুম থন্নি। আই. এ, এস মক্তগা নওবনিবা পংহৈ হৈত্রবসু কাবক কাবকপ নহারোল কোকথোং অমা সেডুল নং ১ দা দা পিরবা সার্ভিসতা পংলাক লাকপা য়ারে। থনবদসু মপানগীদমক্তদি য়াদে, সেলেকসন কমিটিদি রুল ১৩ দা পিব্রগী মতুংইন্না ইউ, পি, এস, সি, গী চেয়ারমেন নত্রগা মেম্বর অমা, হোম মিনিষ্ট্রিগী, ডিপুটি সেক্রেটরীদগী তাদবা মীহুৎ অমা অমসুং মণিপুরগী ওইনা চিফ সেক্রেটরীগনা শাগনি কদাইদা মণিপুরী মচা থবক ফংগদৌরিবা ?

য়াঙ্খৈ অমা রাংক্লিবসিগনা ৩৩ গী মমুংদা ১০ গী পার্সেন্তা (১০ পি, সি,) হায়বদি ডিপুটেশনগী থমগ্রে অদুনা ডাইরেক্ট রিক্রুটকা, মপান্দগী ডিপু-টেশনগনা চামগী মমুংদা মরিফুরোম (৮০ পি, সি) লৈগ্রে। লেমহৌরিবা ২০ অসিমনা চিফ কমি-শনরনা এদ হোক বেসিসতা হাপ্লুনা থম্বা, প্রো-মোশন হায়দ্রগা রুল নং ৫ (বি) (১)(২)(৩) গী মতুংইন্না সেলেকশন গ্রেডতা মী অমা অনি চহি ১০/২০ গী মমুংদা প্রোমোশনগী মওংদা য়াউহনবা অসিনি। অতৈদি থবক তম্ব লাকপগী থাকচিন্না, চুপ্দা চৎখিবগী থাকচিন্না হায়না ফম মশিং ৩৩ গী মমুংদা (সেডুল নং ১ গী) পার্সেন্ত ১০/১০ অদু-মক থমগ্রে।

**মণিপুর পুলিস সার্ভিস রুলস ১৯৬৫ :** সিভিল রুলসকা পরিক্ষা মওং সেলেকসন মওং ইম্নানমক মান্নৈ। রুল নং ১৩ দা সেলেকসন কমিতিদা—আই, জী, পী গী রেঙ্কতগী তাদবা মেম্বর অমগা হাপকৎলগা মেম্বর মরিনা (এম, সি, এস, তা হায়রিবনা মেম্বর অহুম) কমিতি অসি শেমগনি। ডাইরেক্ট রিক্রুইট অমসুং ডিপুটেশন্না ফম মশিং তরাতরেংকী মমুংদা অতোপ্পা শরুক তরা (১০ পার্সেন্ত) গা তিনশিল্লগা মণিপুরী মচা অমত্তা ফাউবা এম, পি, এস, ওইহন্দবা য়াই।

অহুব হরাইদগী লোকনিংবনি এম, সি, এস, দা পিরিবা য়াম্না কল্লকহল্লবা থবকশিং সেলেকসন গ্রেদগী থবক অসি অন্দর সেক্রেটরী সার্ভিস কেদর তাক্তশি— এদমিনিষ্টেটরগী সেক্রেটরীদং নত্তনা। মসিনা তাকপদি সেক্রেটরীগী থবক, ডি, সি ; এ. ডি. এম ; ডেভেলপমেন্ত কমিশনর অমসুং এডিশনেল কমিশনর ; ডাইরেক্টর অফ সেটলমেন্ত, (হিল সবদিভিজনসু রিজার্ভতা আই, এ, এস শিংগী

থমগ্রে) নচিংবা থবক্তি অমতা কংলরোই ময়াংতনা ওইরগদবা আই,এ,এস কী থমগ্রে। অদুগা অন্নাবদি করিগী আই, এফ, এ, এস না থবক অচৌবশিংদি পাইবদি মায়গা এম,সি,এস, করিগী অমুক ম্যাগ্রিবা —লোইনমদা লোইনম অভাকুবগুম তৌরে। অদুমক্তাই পুলিশ সার্ভিসতসু এম, পি, এস, অসি ডি, এস, পি, অমসুং এসিস্টেন্ট কমাণ্ডেন্টতগী হেনবা ফমগী নত্তে— মদুসু অকোংবা ভারতকী পরীক্ষাদা ময়াংগী লম্বী চাউনা কাৎলি। অদুগা ডিপুটেশন রিজার্ভসু অমুক কম মশিং ২৩গী মসুংদা শরুক তরা (১০ পারসেন্ট) থমলি। পুন্নমক অসি ঐখোইবু লরুবনি।

## মণিপুর কোর্টস এক্ট ১৯৫৫

জুডিসিয়ারীদংদি মপানগী মওংদা থরদং মান্নবা লৈরি— চিফ জস্টিসকী এডভাইসতা প্রেসিডেন্টনা জর্জ হাপগুম। অদুবু সেকসন ১৭/১৮/১৯ চিফ কমিশনরনা খুৎচাউ থাবা য়াবগী রাকয়দি অদুম্মক লৈরি। শেমদোকপগী দরকার ওই. সব, জজ; মুনসিফ; এডিসনেল জজ; ডিস্ট্রিক্ট হাপ্পগী মতাংদা। অদুবু অন্নাবদি কোর্টতদি মণিপুরী লোণ খংবা হায়বসি হায় কোর্ট নত্তনা বিচারগীদমক্তা অদুকী মতিক দরকার ওই। মসি সরকারনা খন্নরা তৌদে মণিপুরী প্রজাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা জজ হাপ্তে, মপান্দগী কম চাউহন্নবা খুদোং চাবা য়েংদুনসু হাপ্পী। সেকসন ১৯ (২) মতুংইন্না রুলসু শেমদবনা জজ হাপ্পগী ইন্টর্ভিউ করিগুম্বদা চিফ সেক্রেটরী য়াউনা তৌবসু য়াউগ্রে— মসিসু ঐখোইবু লরুবা নত্তনা করিসু ওইরোই। মথক্তা পনগ্রিবা এম, সি, এস, অমসুং এম. পি, এস, রুলসতা কালিফিকেশনগী অককনবা লৈতে। কমিশনর অমসুং চিফ কমিশনরনা লেপ্পা অদুনা ওইগদৌরি অদুগা এম, সি. এস. গী রুল নং ১৯ অমসুং এম, পি, এস, কীসু রুল নং ১৯ দা ডিসকালিফিকেশন পিবদা মণিপুরী লোন খংবা দরকার ওই হায়বা প্রেলজ নত্রগা প্রোভিজন য়াউদবনা মণিপুরী মচা থবক পিননবা শেম্বা নিয়ম নত্তে অমরোমদা মণিপূরী মচাবু থবক শুকফং কংহন্দনবা অমসুং পিদনবা শেম্বা নিয়ম ওাক্তনি হায়বদা অয়ানবা ওইরোই।

ব্রিটিশনা পানবা মতমদা লাকখিবা অঙৌবা সাহেব অফিসারশিংনা মফমগা চাননা (Local Situation) অমসুং মণিপুরী লোন থুনমক তমডুনা রায়েৎ শাসন তৌখিবা ওাক্তনি অদুবু কদাই. মণিপুরগী মপান্দগী অমুবা সাহেবনা লাক্লবা মতমসিদদি লোনগী থওইবসু লৈত্রে।

করম্বা ডিপার্টমেণ্টতা মণিপুরীনা মকোক ওইবা য়াউরিবগে, ফাস্ট ক্লাস অফিসার কয়া য়াউবগে, সেকেণ্ড ক্লাস কেদর কাউবা মণিপুরী লৈশললক্তে—কদাইদা মীশিং য়ামদরা মণিপুরীশিংগী প্রোটেক্সন (Protection) লৈরিবগে?

---

# “মণিপুর জীলা মরি থোকপগী মতাংদা”

এলাংবম নন্দেন, এডভোকেট

## হৌজিক্কি মওংনা

হৌজিক্কী ওইনা লৈরিবা মণিপুরগী কিবস্না ডিষ্ট্রিক (জীলা) অমত্তংগী মওংদা লৈরবনি। অদুবু লৈবাক লৌকপদা থুদোংচাননরবগীদমক মণিপুর অসি সব-ডিভিজন ১০ থোক্না থায়দোকই। তম-পাক্কী লমদা সব-ডিভিজন ৪ হায়বদি— (১) ইম্ফাল ইষ্ট; (২) ইম্ফাল ওয়েস্ট; (৩) থৌবাল অমসুং (৪) বিষ্ণুপুর অদুগা চীংগী লমদনা সব-ডিভিজন ৬ মদুদি— (১) চুরাচাঁন্দপুর, (২) জিরিবাম, (৩) তমেংলোং, (৪) তেংনৌপল, (৫) উখ্রুল অমসুং (৬) মাও সদর হিলস হায়বশিনি। তম্পাক্কী সব-ডিভিজন ৪ অসিগী অপুনবা পাকচাওবনা বর্গমাইল ৬৮৮ নি; অদুগা ইং লোক ১৯৬১ গী সেন্সসকী মতুংইন্না মীশিংনা ৫,১৪,৬৬৭ নি। সব-ডিভিজন ৪ অসিগী মনুংদা থৌবাল সব ডিভিজন্না খ্বাইদগী চাওই (বর্গ মাইল ২০০) অদুবু মীশিং য়াম্বদি ইম্ফাল ওয়েষ্ট সব ডিভিজননি, (মীশিং ১,৭৮,২৭৫) চীংগী সব ডিভিজন ৬ কী অপুনবা পাকচাওবনা বর্গ মাইল ৭,৯৩৮ নি; অদুগা মীশিংনা ২,৬৫ ৩৭০ নি। সব ডিভিজন ৬ অসিগী মনুংদা উখ্রুল সব-ডিভিজন্না খ্বাইদগী চাওই (বর্গ মাইল ১,৮৩২) নি। অদুবু মীশিং য়াম্বদি মাও সদর হিলস সব-ডিভিজননি (মীশিং ৭২, ০৩৯)। তম্পাক্কী সব-ডিভিজন ৪ অসি পুম্না সিঃডিঃ ব্লোক ৫ না কভর্ড তৌই; অদুগা চীংগী সব-ডিভিজন ৬ অসিনা সিঃডি ব্লোক ৯ বা কভর্ড তৌই। চীংগী সিঃডিঃ ব্লোকশিং অসি অমুক টিঃ ডিঃ ব্লোক ২০ থোক্না থায়দোকই ব্লোক অমমমবু ব্লোক ডেভেলোপমেণ্ট ওফিসার অমমমগী মখাদা থম্মী। হায়রিবা ওফিসারশিং অসি সব-ডিভিজন্যাল ওফিসারগী থবকস্থ লৌই। হৌজিক্কী মওংদা ইম্ফালনা পুম্নমক্কী হেড কাটরনি। বিচার লোয়শংশিং সিভিল অমসুং ক্রিমিন্যাল); পুলিশকী শক্তি; ডাক্তর; পোষ্ট অমসুং টেলিগ্রাফ; রেডিও; পীঃ ডবলিউঃ ডিঃ লোয়নমক ইম্ফালদা লৈ। অসুম্না মণিপুরগী চাওখৎপগী খোংথাংদা মকম অমত্তদা সেনিয়ার ওফিসারশিং লোয়না পুন্সিন্দুনা লৈবগী মওংদা লৈরকপনা, মতম কুইনা অংহাবা অমদি লৈরক্লবনি হায়না লৌবা য়াই।

## জীলা থায়দোকপগী বাফম

প্লাণ্ড এণ্ড ওর্গেনাইজ রে ওফ লাইফ অমা লৈরক্লবা নত্রগ পুরক্লবগী মতাংদা হেক য়ারিবা মথৌ ইন্টিগ্রেটেড দেভেলোপমেট প্রোগ্রাম অমা লেপ্না হায়বশি তঙাইফদবা য়াকন্নি। মণিপুরদা তম্পাক্কী মফম থরনমক লম্দী থোং ফবগুম তৌই; অদুগা চীংগী অয়াম্বা মফমদদি মদু নত্তে। মদুনা চাওখৎপগী লম্বেলদা অপনবা ওই; লোয়ননা চীংগী মীশিংগী শেল থুমগী কিবম ফংহন্দে। তম-পাক্কী শরুক্তা শেল তাম্বগী থুদোংচাবা লৈবগুম্না চীংগী লমদদি মদুসু লৈতবনা থোইদোক্না অরাবগী মখক ওই। অসিদসু নত্তনা চীংমী কাংবু থরগী মরক্তা লকবা নাগালেণ্ডদা পুম্নগা হেম্না কাম্বা ফংগদরগুম থন্দুনা তিঙ্কিংবগী মওং কোংদোক্লমকপসু

উৎ। অসিগুম্বা মতাংদা মণিপুরগী ইন্তেগ্রেটিসু কায়দনবা চৌংগী প্রজাগী অপাম্বা অনিংবসু হেন্না ফংহন্নবা মওংদা শন্না হায়রবদা হেন্না ফগৎপা মওং অমা পুরক্লবা হোৎনরকপা মতাংদা জীলা খায়দোকপগী ব্রাকম অসি খন্নদবা য়াদবনি। মরমদি সেন্নিয়ার ওফিসারশিংনা মফম অমত্তদা পুন্সিন্দুনা লৈবগী মহুত্তা মফম অমদা অম্নদা চাইথোক্তুনা হেন্না থবক পায়থৎলকপা হায়বসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবা ব্রাকম্নি। অসুম্না রিজন্যাল প্লান্নিং অমসুং ডেভেলোপমেণ্টকী মতাংদা মণিপুর সরকারন্নসু হেন্না খুদোংচাবা ওইগনি। অনৌবা জীলা খায়দোকপগী থবক্তা মণিপুর সরকার অমসুং ভারত সরকারনা কন্না হোৎনরকপসু হেন্না মুংঙাইবা ব্রাকম্নি।

## জীলা ৪ গী ব্রাকম

মণিপুর অসি জীলা মরি থোক্না খায়দোকপগী ব্রাকম অয়াম্বনা তানয়ে। চীফ সেক্রেটরীগী ওফিস্তা কমখিবা তাং ২৬।৭।৬৯ ইংগী মিটিংদা ব্রাকম অসিগী মরমদা নৈন্নখি। খন্নবদা য়াওখিবা মীওইশিংনা সর্বশ্রী (১) ডিঃ জিঃ ভাবে, চীফ সেক্রেটরী, (২) আরঃ কল্যাণসুন্দুরম, ফাইনান্স সেক্রেটরী (৩) এমঃ এমঃ মুখর্জি, ডেভেলপমেণ্ট সেক্রেটরী (৪) ওঃ পিঃ মেহোত্রা, লো-সেক্রেটরী, (৫) মদনগোপাল সিংহ, আইঃ জিঃ পিঃ (৬) এসঃ সিঃ ভ্যাইস, ডিপুটি কমিসনার, (৭) ডঃ চন্দ্রমহন, ডিঃ এসঃ ঐচঃ এসঃ অমসুং (৮) জেঃ কেঃ বরঠাকুর, ডেভেলপমেণ্ট কমিশনার হায়রিবা ভদ্রলোকশিং অসিনি। ডাইরেক্টর ওফ ইডুকেশন অমসুং প্রিন্সিপাল ইঞ্জিন্যারদি মথোইগী সর্বোদিনেট ওফিসারশিংনা রিপ্রজেন্ট তৌই হায়! লৈরবা য়ারিবা জীলা ৪ গী মমিংনা— (১) মণিপুর সেন্ত্রেল ডিষ্ট্রীক্ট (২) মণিপুর ইষ্ট ডিষ্ট্রীক্ট (৩) মনিপুর সাউথ ডিষ্ট্রীক্ট (৪) মণিপুর ওয়েষ্ট ডিষ্ট্রীক্ট হায়রিবশিং অসিনি।

## মণিপুর সেন্ত্রেল ডিষ্ট্রীক্ট

ডিষ্ট্রীক্ট অসিদা চনগদৌরিবা লমশিংনা (১) ইম্ফাল ইষ্ট, (২) ইম্ফাল ওয়েষ্ট, (৩) থৌবাল, (৪) বিষ্ণুপুর, (৫) তেংনৌপাল, (৬) চান্দেল, (৭) চকপীকারোং, (৮) জিরিবাম অমসুং (৯) মুংবা অসিনি অত্তবু জিরিবাম অমসুং মুংবাগী ব্রাকম অসিদি কোন্না রিভিউদ তৌবগী মওংসু লৈ। ডিষ্ট্রীক্ট অসিগী অপুনবা পাকচাওবনা বর্গমাইল ২,৭০৫ নি। হেড কাটরনা ইম্ফালদা ওইবা মশানা তারবনি।

## মণিপুর ইষ্ট

মসিনা কোনগদৌবা লম্ন—(১) উখ্রুল, (২) উখ্রুল ওয়েষ্ট, (৩) উখ্রুল নোর্থ, (৪) কমজোং (চছাদ) অমসুং (৫) ফুঙ্গিয়ার-কাইনাদ। অপুনবা পাকচাওবনা বর্গ মাইল ১,৯২২ নি। অদুগা হেড কাটরনা উখ্রুলনা ওইবা তারবনি।

## মণিপুর সাউথ

মসিদা চনগদৌরিবা লম্না—(১) চুরাচান্দপুর (২) থিঙাত, (৩) থানলোন, (৪) চুরাচান্দপুর নোর্থ (হেংলেপ) অমসুং টিপাইমুখ অসিনি। লম অসিগী ওইরগদৌরিবা পাকচাওবনা বর্গ মাইল ১,৮৯৫ নি। হেডকাটরনা চুরাচান্দপুর।

## মণিপুর ওয়েষ্ট

মসিনা কোনগদৌরিবা লম্না— (১) মাও ওয়েষ্ট, (২) মাও ইষ্ট, (৩) সদর হিলস, (৪) তমেংলোং নোর্থ, (৫) তমেংলোং অমসুং (৬) তমেংলোং ওয়েষ্ট অসিনি। পাক চাওবনা বর্গ মাইল ২,১০৬

অদুগা হেড কাটয়না কাংপোকপিদা ওইবা হায়বশিনি।

অনৌবা মওং অসিদা ডিষ্ট্রীক্ট ৪ গী ডিঃ সিঃ ৪ লাক্লগনি ; লোয়ননা জেনেরেল এডমিনিষ্ট্রেসন্দ, ইন্ডুকেশন্দা, পুলিস ডিপার্টমেণ্টতা, পীঃ দবলিউঃ ডিঃ দা, এগ্রিকলচর ডিপার্টমেন্টতা, মেডিকেল ডিপার্টমেণ্টনচিংবদা পোষ্ট কয়ামরুম চাপ্পা তারক্লবনি। মতৌ অসুম্ব ক্লাস রানগী পোষ্টতগীনা মথাগী পোষ্ট কয়ামকমগী (ক্লাস থি . ফোর ফাওবগী) থবকশিং চাপ্পা তারকপদা. থোইদোক্লা জীলা মরি থোক্লগনি হায়বগী সুংঙাইবা অদু প্রজাশিংদা ফাওদব নস্তে।

## অরোইবা মীৎয়েংদা

মণিপুর জীলা ৪ থোক্লা খায়দোকপগী ৱাকম লাকপদা জীলা ৪ গী মওং পুরকপনা প্রজাদা অমসুং সরকারদা কদায় ফাওবা কান্নবা অমসুং খুদোংচাবা ওইগদৌরীবনো হায়বা মাইকৈ অদোমদা মিৎয়েং চিংশিনবা দরকার ওইবনিনা, য়ামদ্রবদা এখোয়গী এসেমব্লীদা রাজনীতিগী মীওই কয়াসু য়াওনা নৈনবা দরকার য়াম্ন ওইবনি। "পব্লিক ওপিনিওন" দরকার ওই। নত্তদুনা জীলা ৪ দগী হেন্ন' ৫ ওইহন্নীংবা মী কাংলুপকী অকনবা খোল্লাও লাক্লগদি সরকারগী খুদোংচাদবসু ওইবা মশানা তারবনি। অদুবু য়ম্লা থুনা জীলা ৪ গী ৱাকম অসি থবক ওইনা পায়খৎনবগী থোরাংসু অয়াম্বনা তানরে। মতাং অসিদা এরিয়া কর্ভদ তৌরিবা লমশিংগী অচুম্বা মওং খন্নহৌবা দরকার ওই। তমেংলোংগুম্বা, এরিয়াসু চাওবা লম অমনা মণিপুর ওয়েষ্ট জীলাগী মসুং চলহন্দুনা মাও সদর হিলসকা পুন্সিনবা থোইনা কগদবগী মওং মান্দে। অমরোমদা রিজন্নেল ডেভেলোপমেণ্টকী কোইশন লাকপনিনা তমেংলোং অমা তোপ্পা লৈবনা অমসুং সদর হিলসকী জীলা অমা লৈবা দরকারনি। মসমদি মাও অমসুং সদর হিলসকী লমশিং তোঙাম্বা ডিস্ট্রিক অমা ওইনা লৈহন্দুনা শেমগৎপা হায়বসি য়ুম্নাম্নবা ষ্টেটকী মাইকৈরোমদগী য়েংলগসু তঙাই ফদবা ৱাকম্নি। মাওদা হেডকাটর অমা লৈবা দরকারনি।

অদুগা অতোপ্পা ৱাকম অমনা তোংঙান তোংঙানবা ডিষ্ট্রীক্ট এডমিনিষ্ট্রেটিভ ইউনিট লাককদৌরীনিনা জুডিসিএরীগী মাইকৈরোমদা য়েংলগদি খায়দোকদৌরীবা ডিষ্ট্রীক্টশিংদা মুনসিফ কোর্টশিং লৈবা হায়বসি লো এণ্ড ওর্ডরগী মাইকৈরোমদগী য়েংলগসু হেন্না দরকার ওইবগী মরম লৈ। ক্রিমিন্যাল অমসুং সিভিলগী কেশ মথল খুদিংমক হায়রীবা চৌংগী লমদমদসু অদুম থোক্লোই হায়নিংঙাই মরম লৈতবনা। অদুনা য়ামদ্রবদা মুনসিফ কোর্ট অমমমগী দরকারদি শোয়দনা লৈ থল্লি। অনৌবা জীলা খায়দোরকপদা ৱাকম অসিমা খন্নহৌবসু দরকারনি।

---

* খৃষ্টাব্দ ১৯১১দা বৃটিশ ভারতকী কোসুংনা কলিকতাদগী দিল্লিদা হোংবা মতমদা মতমদুগী পৃথিবীগী মসুংদা শুপ্নগী মী অহুমথক্তং থংখি। মীওইশিংদি ভারতকী গভর্ণর জেনেরেল, সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট ফোর ইণ্ডিয়া অমদি সম্রাট পঞ্চম জর্জ্জ। —ইডিটর

জোয়নবা লোকেল মেনশিংদা থবকশিংগী খদোংচাবা হেন্না পিবা হায়বশিশু থোক্তদোক হেন্দোক্লা, ইহুকেটেদ অন-ইমপ্লোইমেণ্ট মতিক চানা লৈরবা মনিপুরগুম্বা লম অমদা তঙাই-ফদনা তোফম থোক্লবা রাকম অমনি। আই: এ: এস:, আই: পী: এস: কেদরগী নত্তবা লোকেল মেন্না চান্স ফংবা য়াবা থবকী মথৈদি লোকেল-মেন্দা পিফম থোকই।

অম্না তায়রবদা সোসিয়েল, ইকোনোমিকেল অমসুং পোলিটিকেলগী মাইকৈরোমদগী কুপ্ন' নৈ-নরগ', থোক্তদোক্লা জীলা খায়দোকপগী থবক পায়-খৎলকপদা হেন্না পুক্লিং থোগৎনিংঙাই মরম ওই-গনি। খ্ৰ'ষ্টনগী মরু ওইবদি মণিপুরগী ইণ্টেগ্রিটিগী মিৎয়েং অদুতনি।

---

# য়ুখল মরুমদা !!

থেঙ্।

অমুক অনিরক হাংদোকপনা লোয়বা নত্রি। মথোল নাইনা পঙ্খিল্লিবা য়ুখলনি। উম্মথৈ হাংদোক-চগে লোইবা নাইরয়োইদবা মথোলশিংসে। থুমজিন্নবা হোৎনরিবগা হাংদোক্লবা তোৎনরকপগা অকন্না ইরাং থোক্লি। উপজাতী অসিগী পীক্লবা কা মচা অসিদা মরোল মরোল থল্লীবা য়ুগলশিংগী মরুমদা কনা কনানা কৈদোরি হায়বসি মযেক শেংনা উথোকপদনা জাতী অসিগী অপুন্না লম্নীদা য়াইফবা ওইগনি। য়ুখল মপান্দনা অমা মরুমদনা অমা! মরুমদা শাম্নরিবা লীলাশিং অসিগী মখোল অসি তাদননবা মপান্দা থোক্লুনা লাংলি, নোক্লি, খেরী। মরাল লৈজদবা কয়াবু বদনাম পীশিল্লি। অরাবা তাহল্লি। গণতন্ত্রগী মীংদা গণতান্ত্রিকশিংবু তোকঙাগী লাংনা উপশিন্দুনা নমথুনবা হোৎনরকপদ: কনানা বীচার তৌগনি!

## লুপা লিশিং হুন্ফুতরাহুমদোইগা কুন্থ্রাহুম-দোইগী মেলা, মথামেলা—উক্লার মেলা!

য়েংবীয়ু ইম্ফালদগী উখ্রুল য়োম্বা লম্বীনি। চহী অমরোমদমক ঙায়খ্রি মহাদেবদগী তোলোয় ফাওবদা মোরামত তৌখিবা। লুপা ৭৩,০৩৩ গী লৈখোম লৈনাং! বসকা পেশেঞ্জরগা পুন্না চৎমীন্নবা য়াদবা লম্বী - থোং।

মণিপুর সরকারগী ইঞ্জিনিয়ার সাহেব শ্রীবি, এল ভাটিয়ানা পি, ডব্লিউ, ডিগী এস, ডি, ও, ওইনা উখ্রুলদা চহী খরা ঙাম্মোইখি। শ্রীভাটিয়া ওথাক শাথাকী মীওই নত্তে। শক তাক্লবদা থোইনা লুদে। ঠিকাদার অমনা থমজবা ঠিকাগী পোৎচৈ অঙকপা ফংনা মাংখ্রে হায়বগী মরীদা পুলিসতা রিপোর্ট লাকপদগী লম্নাই পুলিস ষ্টেসন্না শ্রীভাটিয়াগী মথক্তা ক্রিমিনেল কেশ রেজিষ্টার তৌদুনা বীচার লোইশংদা পুথোক্লবগীদমক চার্জ্জ সীট সবমীট তৌখ্রবনি। অদুবু কমদৌরিবনো খংদে, পুলিস আই, জি. শিগী মথুক্তা অদুমক থমজিনখ্রে। হৌজিক কাওবা মনা মনিল নাইখিত্রে।

কনা ওম্বা ভাটিয়াগি করি পাক্লনা পুলিস আই,জি,
পী, কাওবা থামাইগ্রিবনো ?

হৌখিবা ইং ১৯৬৭-৬৮ অসিদি ভাটিয়া সা-
হেবকী মরাইবক্তা কোংনা থম্বাল শাংপা চহীনি।
চহি অসিদা ইম্ফাল উখরুল লম্বীগী মতেক থরা
মোরামত তৌবদা লুপা লিশিং তুম্ফুতরাহুমদোইগা
কুন্থ্রাহুমদোইগী হাবী জাবী, উজার মেলা শাম্নরি।
মেপা মথেল কয়ামুক্কী মনুংদ অমখক্তি ইম্ফাল
উখরুল লম্বীগী মাইল ৩৩ গী তাংকক্তা নোংনা
চামথরকপ লৈনাং কোখোকপনি। মাইলমাখার-
মুক্কগী ওইদ মফমনি। হান্না নিংখিনা লৈজবা
লম্বীনি। অনৌবা লৈবাক থোনজিল্লম্বগী রাদি
নত্রে! লৈনাং কোথোক কোৎশিন তৌবতগী
থবক্তি। লুপা ১০০ রোম চংলমগত্রা? অদুবু
ভটিয়া সাহেবনদি লুপা ৯১৪১ (লিশিং মাপনগা
চামনিফুমাথোই) চংডি হায়রি। লম্বী শেম্বদা নত্তুনা
ফুরিৎখাওসু শেমলমগদ্রা হায়বসি চৌংনফম থোকই।

অনিশুবা মেপা অমনা, মহাদেব তোল্লোই
লম্বীগী মাইল খুটি তরা কাওবদা হৈদোকপা
লুপা লিশিং অমগা চাগা মরীফুতরানি। অদুগা
মাইল কুনগী খুটিদা লৈবা থোং অমদা থাদখিবা
শেলনা লুপা লিশিং অমগা তরামডানি। শ্রীভাটিয়া-
না শোকলুবমখৈ সনা ওল্লি কুরাওগা লাম্বা তৌবা
য়াবা জুগোৎ থোক্কবা উ জাৎ অমা থোংগী
থোংখোং, অদুগা অরা কেগেগা থৌমু নাইমু
ওইবা উ মখল অমনা পান্থে ওইরি। উথাও
অমসুং উনিংথৌগী থোংশিং অদু ভাটিয়া সাহেবকী
দৃষ্টী চংঙ্গবদগী পেশেঞ্জর বস লানবা য়াদ্রে। মদুদবু
লুপা ৪০/৫০ চংলিত্রা, লুপা লিশিং ২০ মুকশিনা
ফুরীৎখাও থোং শাবজাৎলম্ ?

ভাটিয়া সাহেবকী অতোপ্পা মেলা অমনা ইম্ফাল
উখরুল লম্বীগী মাইল ২৩ দগী ২৯ শুবা মাইল
কাওবদা খোপথিবা লুপ লিশিং ৯৩৫৩ গী উজার
মেলানি। লম্বী মোরামত তৌবগী মীংদা পায়-
শিনখিবা শেনকমনি। থবক য়াম্না হায়ননবা অমদি
উৎননবা হোৎনবদা মরাল লৈজত্রবা নাপী হৌবা
চৌংমাই নাপী কান্দোকউবদগী নোং খজিক্তুং হেক
খিকপদা চেম্নরকপদা লৈনাংনা লম্বী চৎপা য়াদে।

অসুমন মতেক কয়া হাবী জাবীদা য়োৎশিন-
খ্রিগা শেল অসি পুম্না লুপা লিশিং তুমফুতরাহুম-
দোইগা কুন্থ্রাহুমদোইনি। লম্বী শেম্নীবরা, শেলবু
শেম্নীত্রা বরি তৌরিব্রনে? মেন ইত্তা তাদে। হাবী
জাবী উজার মেলা অসিগী হিসাব উৎলকপা মতাংদা
ভাটিয়া সাহেবনা মশাগী মতিক মথোনা অমসুং
মরোশিং থম থেংনা ফুদোকই। থবকশিং অদু
শুখিবা অমসুং মদুগী হাজীরা ফংখিবগী সহীনি
হায়দুনা খুৎপী অমসুং থোংবীনা নেৎপ সহী নম্বো
অমা পুথোকখি। সহীশিং অদু তাংখুল ইচিন
ইনাওশিংগী ওাক্তা ওইফম থোকই। মরমদি চীংদা
লৈবাক শুবনচিংবা থবক তৌবা মতমদা চীংগী
কোওপরেটিভ নত্রগা চৌংগা ইচৌল ইনাওশিংদা
শোয়দনমক্কী পীগনবনি হায়বা সরকারগী নীয়ম
লৈরি। অদুবু ভাটিয়াগী মেলা অসিদদি তাংখুলগা
মৈতৈগা মুক্কন ওইবা মীবু ওাক্তা পুথোকলি।
তাংখুল ইচৌল ইনাওশিংগী মীংগী মমৈ অদুদা
মৈতৈগী 'সিংহ' চবুন অমা মপ্পী। য়েংবা য়াম্না
মুংভায়। তাংখুল ইচৌল ইনাওশিংগী মীংদা 'সিংহ'
নপশিনবা অসি ভাটিয়া সাহেবনা মণিপুরী সংস্কৃ-
তিদা পীবা মথেক লায়বা অহেন্বা খুদোলনি।
অমনা চৌংগী ইচৌল ইনাওদা থবক পীত্রদুনা

অতোপ্পা কাংলুপ্তা পীশিনবা ওয়বদি সরকারবু শিংনবা ওন্থ ভাটিয়াগী থোনানি হায়নিংঙি। খোংবীগী সতীশিংনা মীং ওইবা তাংথুপ থোমী ৪/৫ ফাওবা উথুল লম্বী অসিদা ফংদে। চহী নৌরিবা অভাংশিংগী মমা মপানা মচাগী মীং থোল্লমদাইদনা ভাটিয়া সাহেবকা তান্নবা পান্নরক্রে।

থবক শুবগী মতাংদস্থু থুল্লাকপা অমদা থবক মকম অমগী পাংশানবা (লম-সম্প এমাউন্ট) সমল অমদা ফাবুনা ওইনা মনতিক্লরগা চৌংমী ৪।৫ দং পুথোক্কুনা ইকোম কোমনা শুহনখিবনি। তশেংনা ঠিকা লৌবগী মওংনি। অদুগা সরকারদগী থবক শেল কায়থোকপা মতমদা মী নেক্কুনা হাজীরা ওইনা শুহনবনি হায়বগী মওং উত্তুনা লুপা ১০০ গী মসুংদা ৫০ নত্রগা ৭৫ ফাওবদি ফাবুলগী শেনফমদুদগী ভাটিয়াগী ফুরীৎথাওদা চৎলী সরকারদগী মমল য়াম্লেমথৈ ঠিকা লৌরগা থুলগী লুচীংবা অমদা অমুক ঠিকা পীথোকপনি মমলনা থজিক্কুদা। চৌংগী ইর্চল ইনাওশিংদি শেল ইকং ফংহৌদ্রে। অদুগা শেল য়াম্ন ফংখিবগী রেকোর্ড চ সরকারদা মরৈরমগনি শেল লৌবা মতমদা চেনা ৫/১০ ফাওবদ সহী তৌগল্লি। মরী লৈনবা মকম কয়াদা কোপী থাগদৌরিবনি হায়জিল্লী। থুবী শোই মথক অতুদা নানা প্রকারগী মমিং হাপচিল্লী। অদুগা মী ৪/৫ দংনা শুবা থবক অতু মী ৫০।১০০ শুবগী মওংদা হাজীরা কায়থোকখিবা শেনফম অদুবু ভটিয়ানা কদোমদা থাদোক্লমগনি। হাজীরা শেল পীখিবা মতমদা দায়ীত্ব লৈবা সরকারগী মী অমনা থোমীশিং অদু মশক খংজি হায়নস্থ আইদেন্টিফাই তৌরীবনি। অদুবু হৌজিক থোমীশিং অদু পুথোকপা শুমথিগদ্রা? অদুগা সরকারনা করি চথবীগদৌরিবা? তৌশিন্নবা থবক, শাশিন্নবা থুবী সহী, শুকলৈ লৈতবা মীং, হায়জিনখিবা হাজীরা, শেরান্নবা আইডেন্টিফিকেসন—অসিগুম্বা মওং কয়াদা কেন্দ্র সরকারনা মণিপুর গীদমক্তা থাদরকপা শেল কয়া মাংহনবসিনা হৌজিক মণিপুরগী ফীভম করি ওইহল্লিবা। মওংশিং অসি কেন্দ্র সরকারদা হায়া চীরোল্ল তৌরুরবজাৎলা?

অসিগুম্বা থোক-থাক হৈবা ওফিসার অসিগী হাবী জাবী অসিনা শাথিনা মনম নমথীরকপা কাওদুনা উথ্রুলগী প্রজাশিংনা লাওরকপনগী ট্রান্সফর তৌরুরবনি। অদুবু হাথু/হাথু অমুক উথ্রুলদা পুশিল্লুবীবদুনা শেনফু ফুকপা য়াৎহৌবমথৈ ফুকথোকহল্লুরিত্রা? ঠিকাদার অমগী পেৎচৈ কয়া তুম্না মাংখ্রে হায়বগী মরীদা অকন্না রিপোর্ট পীদুনা মথক্তা ক্রিমিনেল কেশ লৈরিবা ওফিসার অসিবু অমুক পি, ডব্লিউ, ডি. গী পৈরিবা পুক্কে অমুক পান্নহল্লিবা অসিনা য়েপশিনবা হৈ হায়বগীর? হাক্কংচবদ খুং থাজিন্নগী থৌশীল অসিবু অভম অংথোশিংগী শেন্থুং য়াওনজাৎলা?

মপান্দগী চেনশিল্লকপা, ইঞ্জিনিয়ার পাস তৌরে হায়বা মশাগী সার্টিফীকেট লৈতবা, মশক খংদবা সার্টিফীকেট অরৈবা অমা পাইবনা 'টাউন প্লানীং'গী মথাদ থমলবদি খংনরকপা তারে হায়দুনা থুনমক ট্রান্সফর কৌথোকখিবদুনর?

জেলগী অচেৎপা কা অমদা পোথাহন্নীরবদি মহাক্কী থবক্কী তৌজমল খংবনি হায়গদবা মণিপুর সরকারসি ওন্থোক্লমক তৌবীমল খংদে। থবক পাশিদা শিজন্নবসিবু তৌবা ওন্থা অশুম অথৌ কনা কনাগী শেন্থুং য়াওবজাৎনো?

'হুরান্নবু হুরাখনা কারবদি কনানা বীচার তৌবাগনি'। —ডঃ কমল।

# "বরাক ঙাম্বি থেল্লমদাই"

লোংখোম্ব,
জিরিবাম

চাউরাক্ল' বর্গ কিলোমিটর ৬৮৪ পাকচাউবা মীশিংনা লিশিং কুন হেন্না পুন্দারিবা লম অমবু মতৌ করম্না বরাক অমস্তুং জিরি তুরেলগী ঈ-রোনস্তুংদা লুপহনখিগদৌরিবনো ? মসিগী মতিক চাবা ক্ষতিপুরন কয়া য়াম্বনো। প্রজা থুদিংমক্কী থম্মোইদা, ভারতকী কোম্নুংদা, লৈরিবা হৌবা ঙম্বা সরকারনা ইতস্ত্রতনা তাশোল ওইনা চৈ-নাখোল পিররিবা—লম অমবু ঈশিংগী ঈরোম্নুংদা লুপহনখিবা—অ'সনি।

The resourceful land to be destroyed with the artificial flood—হায়বা তারবদি লম অদু জিরিবামনি জিরিবাম. থুন্দাখিবা কুইত্রিবা লম অমনি। চহি ৬০ ৭০ রোমগী মমাংদা মী অমতা তাবা য়ারমদে। মরমদি, শুক্রবা উমংগী শাখিরবা শা কৈ, সিল, লাইরেল অমদি তমখিরবা লাইনা কয়ামুক কিবদগী মতম অদুগী জিরিবামদি প্রলয়গী মথক্নি। আফ্রিকাগী শুক্রবা উমং, শোংলবা জঙ্গলগী মতৌগুম শাহিং চাবা জীব ওয়াক্তনা থুরক হাংদনা লৈরিবা মতমনি। অসিগুম্বা মফমদবু কনাগী থৌনানা তরক তয়ক্লা য়ুম শক্লা তয়াদংদা ওইমক্ত থুন্দাহুমা লৈবা ঙমগ-দৌরিবনো। থম্নুবদা অতকপনি।

মাত্রবু হৌজিক্তি, প্রলয়গী মতমতু লোইখ্রে। যুগ অমুক হৌখ্রে। চাউখৎপগী তৌবা মথা থৌনানা মীওইবা থুদিংমক্কী থমোইদা কাইদোংলরে, ঈচেলদা পুম্নমক তাউখ্রে।

মতম ১দা কবো ভেলীনা মণিপুরগী চাগা দা তশেংনা কাম্বব' পিরম্ব থোক্লবদি জিরিবামগী চাগানা শরুক তরা হেন্নমগনি। তশেংনমক, জিরিবাম—উমং-য়ামং, শোংলবা নারক শিংলক্লা কুপ্তুনা তাইবং কনা উখিনি, খঙখিনি মতাঙুম লোৎশিন্দুনা থমলন্বী মণিপুরগীতা নত্তনা ভারত অপুম্বগী ওইরবা লনাংগনি। মণিপুরগী থোংজিন্নি।

মণিপুর সরকারগী ফোরেস্ট ডিপারটমেন্ত, অদুগা প্রজা থুদিংমক্লা মসিগী মতিক চাবা শাখিনি। এফ, ডি হায়রগা, ঐনা পনজরিবসি, মরুওইনা ইম্ফাল সহরদা য়াথং পিবতা ওইরিবা অচৌবা কন্নাইবশিংবু শক্তে। জিরিবামগী উমং য়ামংদা লৈরিবা কর্ম্মচারী মচাবু ওইরবস্থ লম অসিগী তশেং তশেংবা শক্তম অমস্তুং অচুম্ববু নিংখিজনা থঙলবশিং অদুবুনি।

জিরিবামগী উমং য়ামংদা কংলিবা মমল য়ামলবা পোথোকশিং অদু অমুকস্থ নিংশিংলুবগী দরকার থোইনা লৈত্রে।

মণিপুরদা করিগুম্বা অচৌবা ইন্দষ্ট্রি অমতা লৈতে। মসিবু ইকোনোমিক্সকী য়াকৈদা হায়রগা The four factors of production হায়বতু য়াং-পদরা। জি.রবাবদা raw material মরাং কারবা

কংই। জিরিবামদা চেগী মিল, সিমেন্ত ফেক্টরী লিংখৎপ য়ারোইদবগী করি মরম লৈবগে। করম্বা মচাক মথুম য়াৎলিবগে। ইরাই লাইনা রো মেটরিয়েলশিং অসি শিলচরদা, করিমগনজদা অমদি নোংপোক পাকিস্তান কাওবদা মরাং কাইনা চংথোকপ্রি হায়বসি খঙদবা উদবা কনা লৈরিবগে খংজিন উশিন্নদবগী রাদনি।

জিরিবামদা সো–মিল খন্নদা মণিপুর সর-কারগী অঙকপা কংনা কান্নগদোবা মরম অমনি। মতিক চানা আয় লাক্কদবনি। মমল য়াম্ন য়াম্নবা উ বিম কয়া কয়া কাছাড়গী সিমানাদা লান-থোক্লুনা পুথোকপ্রিবা অসিবু ঐখোইনা থিংবা ঙম্বগী পাঙল লৈররোইদ্রা?

অমুকস্ম জিরিবামদা চা পাম্বী থাহনবা, চাগী কারখানা লিংখৎলুনা লাইরবা প্রজা লিশিং কয়াগী থবক পিবা লায়নবা ঙমগনি। চা-পাম্বী থাবগী দমক্তি জিরিবামগী ইশিং-মুংশিৎ, লৈবাক, হিরম থুদিংমক্তা চপ চারবা মকমনি।

খন্দুনা য়েংবিউ। জিরি তুরেল তনা থল্লবা জিরিবাম অমস্তুং কাছাড়গী সিমানানি। কার্লং অমা কানা পাকপা তুরেল অমস্তু নত্তে। তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্ববান্দা কাছাড়গী সিমানাদা চা বাগান কয়া কয়া কয়া মীগী সরকারনদি শেম-গৎলি। লাইরবা প্রজা কয়াগী থবক পিরি।

ভারতা থ্বাইদগী করবা, পৃথিবীদা মমিং চৎ-লবা "ওরেঞ্জ পেকো" হায়না খঙনরবা চা মথল অমা ভারতকী অচৌবা সহর কয়াদা য়োনবা ঙম্মি। ভারতকী য়াংমদা থাদোকপ্রি। হায়রিবা মথলগী চা অসি কারখানা অসিমক্তদগীনি। কাছাড়গী জিরিঘাট চা-বাগান, ডেরান চা বাগান, লাবোক চা বাগান অদুগা ডিব্রুগড় সহরদা আসাম মে-ডিকেল কোলেজ মনাক্তা লৈরিবা, জলান চা বা-গান এথেলবুদ চা বাগান নচিংবা পুন্নমক অসি-গসু জিরিবামনা লাম্বা পাবা ঙমগনি।

করে পুন্নমক অসি মাংপ্রসনু। করিগুম্বা সরকার অমনা পাংথোকপা ঙম্নরোইদবা থবক অমসু ওইপ্রসনু। জিরিবাম অসি কান্নদ্রবা লম অমা ওইদুনা বরাক তুরেলগী ইরোম্বুংদ লুপথ্রসনু। মসিদা মণিপুরগী ওইনা করি অমুক অমাংবা, খন্দুনা য়েংসি।

হৌজিকমক লুপা করোড় কয়া চংনা নিউ কাছাড় রোদ হায়দুনা লম্বী অমা শেমগৎলি। লম্বী অসি মতম কুইনা চংনা শেন্নকপদা ঙমখিং-দ্রবনি। মণিপুরগী ঠিকাদার পুন্নমক্তা—ইঞ্জিনিয়ার সাহেব থুদিংমক্তা— মণিপুর সরকারগী সনা লুপা লৈজবা লন-থুম কোকথোং অমা চংহন্দুনসু লোই-শিন্নবা ঙমখিদ্রবা লম্বী অমনি।

অদুবু করিসু লৈত্রবা বোর্ডর রোড ওর্গা-নাইজেশনগী কাংবুনা অঙকপা কংনা থবক য়াং-শিন্নকলি। লম্বী অসি শেমগৎলকলিবগী মরম করিগীনো? জিরিবাম সহর লৈবদগীনি। জিরি-বাম সহর অসিগী মতেংনা লম্বী অসি কাউ-দোক্লুনা মণিপুরনা মপানগী লমগা ললোন-ইতিক তৌনবা, চথোক-চৎশিন তৌনবা ঙম্নবগীদমক্তনি। লম্বী অসিনা শুরুবা উমং, শোংলবা জঙ্গল, নারকশিংলক, লুরবা-ঙম্নবা লোক, ঈচেল কল্লবা তুরেল. য়াংলবা চিংলোন মথং মথং থেক্না খোয়না লাম্থোরক্লুনা জিরিবামগী থোইনা পাক-চাওদবা

তম্পাক মচা অমদা তারগদৌরিবনি। তম্পাক তম্পাক মচা অসিগী নোংচুপ থংবা সিমানাদা লৈরি— জিরি তুরেল অতুগী মথংদা কাছাড়, আসাম।

কনাগুম্বগী থাম্মাইমুংদা লৈরিবা করিগুম্বা রাখল মচেৎ অত্রমত্তুং ফোংদোকপা তারবদি, মচু লৈতোন অসিনা, চিন্থান অসিনা ফোংদোকন্দবনি। মতৌ অসুম্বা মণিপুরগী অক কন্না পুন্না জিরিবামদা হান্না পুথোকতুনা থন্নগা কোন্না মপান্নগী লমদা শন্দোকখিগদবনি। জিরিবাম অসি ময়াকী ঈশিংদা লুপহনখিবা তারবনু, জিরিবামগুম্বা সেণ্টর অমা; সহর অমা মণিপুরগী সিমানাদা নিউ কাছাড় রোদ অসি শোকপা লম অমদা শেমগৎকদবনি। হায়রিবা সেণ্টর অসি মণিপুরগী নোংচুপ থংবা করম্বা জাগাদা শেমগৎপা য়াগদগে। মসি য়াম্না মুন্না থন্নবা দরকার ওই। জিরিবামনা ঈশিংদা লুপথ্রবদি মণিপুরগী পুন্সিসু লোইরবনি। লৈরিবা মণিপুরগী ফিভম অসিদগী হেনগৎপা শুকভম শুমলরোইদবনি। তেংথাজরি, কপচরি, লোম্না, ইথম্নতা!!

---

# অশংব মণ্ডাল অমসুং অর্থ থোক্তবা মমি

শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন
কাছার

কাছারদা মণিপুরী লোননা লাইরিক লাইশু তম্বগী ঈহৌ অমা লাকপসি ইং ১৯৫৬ কী অহুরাইদগীনি। মসিগী মমাংদা লাইরিক-লাইশু তম্বসি 'অ, আ' দগী হৌরতুনা বাংলালোন্দা তম্বরকই। হায়রিবা চহী অসিদগী মণিপুরীনা থরা পুংনা তাবা লমদমদা মণিপুরীনা তম্বসি হৌনরকই। তৌইগুম্বসুং মসি পাঠশালা (এল, পী) তুতনি। পাঠশালা লোইরগা মণিপুরী ছাত্রশিং অমুক বাংলালোন্দা তম্বা তারম্মী। মরমদি সরকারনা মথংগী থাক্তা মণিপুরী তম্বগী খুদোং চাবসি পীরমদে। মসিদা পাঠশালাদা তমলকপা ছাত্রশিংগী শাথীনা অরাবা থোকখি।

মওং অসি কনা কুইনা লৈরম্মী। সরকারদা কনা কম্না তক্করবা ফাওবদা পাঠশালাগী মথংগী থাক্তা মণিপুরী তম্বগী রাকম ইয়ামক য়ারমদে। কাইনথংদা ইং ১৯৬৩ গী অহুরাইদা নমফুনা মণিপুরী লোনগী এম, ই স্কুল থর লিংখতুনা মণিপুরী ছাত্রশিংগী লোনগী অরাবা অসি কোকহন্নবা লাক্লখ। কাইনথংদা আসাম সরকারনু এম, ই স্কুলদা মণিপুরী লোনবু ইকাইখুম্নদবা শুমখিদে। এম, ই, লোইরগা করম্বা লোম্না অমুক তমথগদরা হায়না থন্নরিউ মতমদা মণিপুররোমদগী সুপ্তাইবা পাউ অমা লাকখি। তাঙ্গা অহুদা মণিপুর সরকারনা মণিপুরী লোম্না ক্লাস এইট ফাওবা তম্বা য়াবগী পোলিসি লৌখৎখি। কাছারদা মসি নোংথক্তগী থীকথরকপ লৈরাংগুদ লোনখি। অহুনা কাছাড়দসু ক্লাস এইট ফাওবসি মণিপুরী লোননা তমথবগী য়াগৎ তৌদুনা লোইশিনখি তৌইগুম্বসুং থীন্দনা

খুদোং থীবা কয়া থেংনবা ভাবি।

অহানবদা টেক্সট বুককী অর্বাৎপা থেংনখি। মণিপুরদা টেক্সট বুককীদমক কনা কন্ন ইনদুনা য়েংবদা লাইরিক অমত্তা কংবিদ্রে। কাইনথংদা পাউ লোত্নুনা য়েংবদা মণিপুরদসু মণিপুরীনা ইবা টেক্সট বুক অমত্তা লৈরমদ্রে। মণিপুর সরকারনা টেক্সট বুক য়াউদনা ক্লাস এইট ফাওবা মণিপুরীদা তম্বগী পোলিসি অসি লৌরম্বা উবদা কাছাড়দা শুরুদবা শুমগিদে। খন্নরম্মী অর্বাৎপসি মতম থরগী মনুংদা সোয়দনা কোক্‌নি। তৌইশুম্বসুং অর্বাৎ পসি হৌজিক কাওবসু কোকত্রি।

মথংদা কাছাড়দা খন্নরম্মী, মণিপুর সরকারনা ক্লাস এইট কাওবসি মণিপুরীদ তম্বগী পোলিসি অসি লৌরবনিনা থীন্দনা চহী ২/৩গী মনুংদা মণিপুরী অসি মেজোর ভার্নাকুলর ওইরনি। অদুনা মেট্রিক কাওবসি মণিপুরীনা তম্বগী খুদাং চাবা কংলগনি। ব্রাকম অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মীহুৎ থরনা অহানবা ওইনা ১৯৬১ দা কাছারদা খোঁদারকপা মতংদসু য়ান্ন থাজবগা লোয়ননা খেংদোক্লম্মী। মখোয়না হায়রম্মী, থীনদনা মণিপুরী লোন অসি মেজোর ভর্নাকুলার ওইরগনি, মসিগী থৌরাং পুন্নমক লোইরে, কুইরবদা চহী ২/৩ তা মণ্ডায়রে। তৌইশুম্বসুং মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী হিমায় চুম্লিবা পরিষদকী মীহুৎশিংনা হায়রম্বা অদুগী মতুং চহী ৮।৯ শুরবা কাওবসিদা অশংবা মৈগুাল খজিক্তা কাওবা উবা ফংত্রিবা অসিদা কাছাড়দা শুরুদবা শুমদে। অশংবা মৈগুাল উবগী মহুত্তা পরিষদনা হায়রম্বগী চহী ৫।৬ মতুংদা শগুহৌদনা বত্র তারকপগী থোদোক অমা কাছাড়গী মণিপুরীশিংদা থেংনখি। সাহিত্য পরিষদকী মীহুৎ থরা আসামগী সেকেণ্ডারী এডুকেশন বোর্ডতা মণিপুরীবু মেজোর ভার্নাকুলার ওইহনবিয়ু হায়রুবদা বোর্ডনা য়াম্না উশিত্তুনা তৌরকখি। বোর্ডনা হায়রকখি, 'মণিপুরী অসি চাওখত্তবা লোন্নি, মেজোর ভার্নাকুলার ওইবগী মতীক চাদে।' অসিনচিংবা য়াহৈ অসি তারবা কাওবদা পরিষদকী মীহুৎশিংনা তুমিন্না হন্নকখি। অতৈ অতৈ লোনগী মীহুৎশিংদা হায়রম্বা থোক্লবদি মখোয়না তুমিন্না হন্নকরা? য়াম্না শুক্না থোকখিবদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদসু তুমিন্না লৈথোকপা শুমখি, লোয়ননা মণিপুরগী লাইরিক-লাইশু হৈরবা ময়ামসু! আসাম বোর্ডনা চুম্না মেজোর ভার্নাকুলার ওইহনবা শুগলোই হায়বদি শুমই। তৌইশুম্বসুং মণিপুরীবু চাওখত্তবা লোন্নি, মতীক চাদ্রি হায়বা অসিগুম্বা য়াহৈ অসি মণিপুরী মচানা মমারোল নীংলবদি আসাম বোর্ডনা হায়বগী মতীক থোক্লাইদবনি। মসিগী অকনবা প্রতিবাদ অমা কাছারদগী তৌখি। অদুবু মণিপুরনা তুমিন্না লৈথোকখিবনা আসাম বোর্ডনা করিমত্তা নাচুংবিখিদে।

মরক অমা তারম্মী 'মণিপুরগী লম্নায় ওইনা সেকেন্দরী এজুকেসন বোর্ড অমা লৈরগনি' হায়না। অদুবু হৌজিক কাওবা খোংথাং মখোল তাবা লৈতে। অদুগা হন্দক্তসু 'পান নণিপুরী য়ুথ লীগকী' ইন্ফালদা কানিবা কালেন মীকপ্সু র'রেপ অমা লৌখি। অদুবু থবক অদু ওইননবা কয়াম কন্না কী শেম্লীবা, কয়াম থুনা ওইহনগদৌরিবা অয়াম্না মকমদদি তাবা ফংদে। অথাপ্পদগীদি উবা ফংদে।

# লুকোকপদা লেন তারে

**থমকীশ্বর**

বিবেকানন্দ বিদ্যালয়, ডিগবোয়, অরাং আসাম।

রানা হোৎনখ্রে। থরাই যাওখ্রে। ইমারোল ঙুংশিবগীনি হায়সিরা নত্রগা মীমাম্নবা ওম্নবগী-দমক্তনি, তত্তায় ফঙদবনি হায়না হায়সিরা হোৎন-বমখৈ হোৎনজদুনা ঙুংঙায়জরম্মী, চাওথোকচরম্মী। হোৎনজরম্মা অ'সামগী হায়ার সেকেন্দরী এড়ুকে-সনগী মাক্তা মণিপুরী লোনবু বিষয় অমা ওইনা লম্নসি অরাংথংবা আসামগী মমিং চৎলবা ডিগ-বোয়গী বিবেকানন্দ বিদ্যালয় (হাইয়র সেকেন্দরী স্কুল) অসিনা অহানবনি। ঐখোয় মণিপুরী ছাত্র মশা, তরা লৈমজরি। মেরীট স্কোলার্সিপ ফংদুনা তমজবনি। ইমারোল ঙুংশিরকপা অমদি মতুগী ঙুংঙায়জবা স্বভাব অদু কাওবা ঙমদদুনা কয়াংমুক রানা বিদ্যালয় অসিগী প্রিন্সিপাললনা চংবদা হায়খ্র-চৎচ তৌবদগী উচীন-নপীমা মণিপুরী লোনগী বিষয় থম্মীরে। হিন্দিগী মতম্ভা মণিপুরী লোন ওইনা তমজবা ফংলম্মা ঐখোয়সে লায়বক য়াম্না ফবে হায়বতা নত্তনা পুক্নিংদা চাওথোকচৈ। মণিপুরী তম্মীনবগীদমক মণিপুরদগী ওজা অমা লৈবীদুনা, মহাক্কী লমজীং মখাদা ইমারোল তমজ-বগী ঙুংঙায়বা ফংজখি। অদুবু লাইবক খীবদি কালেন ছুটি থাবগী থোং খিংখিবদগী থোং হাং-দোকপা মতমদা ওজা ইবুংঙোদি লৈরীরমদ্রে। লাইজ কংবা পুখ্রিদা হিংবা ঙা মহাদু মঙায়রে ছাত্রমখৈনা। নোংমা লাকপবোই নিংঙি লাক্কে; নোংমা য়ৌরকপগদবোই নিংঙি য়ৌরক্কে। মণি-পুরী থোকপা ক্লাস মতমদা ঐখোয় ছাত্রমখৈ চৈবোল চাবোল লেপথু উরগা মীনা নোকমী নোকমী লৌবীবদুনা অয়ুক হেন্থ' চোকপবা পোকই। পুক্নিং লুংশি অথাপ্পা মক্কমসিদা।

তৌবগীদি, ওজাতুগীস্থ মরাল যাম্নমক লৈবদি নত্তে। মমাম্নবা ওজা অতৈগুম্না তলব পীবীদবা। অন্দরগ্রেজুয়েটকী তলব পীবা। হীংননবা কাওবগী থাক রাৎপনা ওজানা লেংবীখিবনি হায়বদি ঐখোয়স্থ খঙ্গে অদুবু ঙুংঙায়তবা অমদি কীভম অশোয়বা অদু মরীল তেংনা ঙাংন-শায়বা, মওং তানা বিদ্যালয়গী অথোরিটীগা মাইয়োক্নরম্বদি তৌনীরমদনা তুমীন্না মনা মনিল নাইদনা লেংবী-খিবসি থরদংদি পুক্নিং ঙুংশিদবা ঙমদে। ঙাংনবা লাউননবা, অরাও কম্বনা খল্লাকপা শক্রবা যুগসিদা মখোল থোকপীরমদনা করিগী লেংবাকম থোকপগে ভাব তাজদে। নিয়মগী মথক্তা থেংনবা য়াব-মখৈ থেংনবীক্নম থোকই। অধিকার হায়বসিদি মশাক শেংতবীকম থোকই। রানা হোৎনজদুনা থমজবা লীংখৎচবা, ইমারোলগী বিষয় অসি হৌ-জিক করম্বা ফীরেপ্পা বিদ্যালয় অসিনা থম্মীখি-গদগে হায়বগী মিথাইবা অমা পোক্নি। খংহনব-রম্নবদি বিদ্যালয় অসিনা মতীকচানা পৈশা পীবীগ্রবস্থ, ঐখোয় মযাম শেন্থাং পুথোক্নদুনা ওজাগীদমক তলব পীনমবা হোৎনজরমগনি।

গৌজিক ঐখোয় মণিপুরী ছাত্রশিংনা ওইগ-দবা ফীভম অসি ফনা লুরী। হৈনত্রবস্থ হৈনদনা, ভণ্ডায়ফদনা অভোপ্প বিষয় অমা তমজরমলবস্থ ফগদবনি। অদুবু ঈমারোল সুংশিজরুবগীদগি, ওই-রমাগ্লে "কোকথোক্রুবা কোক্তা লেন ভারিবসি। কনানা ভাবীগনি, অয়াপা মকমসিদা তেংথাজরিবা ঐখোয়না। প্রজানা সুংশিবীগদ্রা নত্রগ সরকারনা ভাবীগদ্রা। অনিমক ওইরবদি ফগনিদকো থাজবদি য়াংলি থাপ্নরবনিনা।

---

# শান্নবুংগী পাওথাং

—লোকে

## ইণ্টর স্কুল নোক আউট ফুটবোল টুর্ণামেণ্ট —

কুমশিস্থ মনিপুরগী এড়ুকেশন ডিপার্টমেণ্টনা শিন্দুনা মণিপুরগী স্কুলশিংগী ফুটবোল নোক আউট টুর্ণামেণ্ট অমা মপাল কাংজেবুংদা জুলাই থাদা তৌগি। টুর্ণামেন্ট অসিগী অথোইবা অদুনা দিল্লিদা তৌগদৌরিবা সুব্রোটো মুখর্জিগী টুর্ণামেন্ট অসিদা য়াওগদবনি। মরম অদুনা স্কুলশিংগী তৌবা ফুট বোল টুর্ণামেন্টশিংগী মনুংদা মসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবনি। ইম্ফাল মোর্নিং হাইস্কুল অমসুং শংগ্নুং হায়স্কুল অনিনা মণিপুরগী স্কুল অতৈ অতৈবু থোইরক্লুনা ফাইনেল কাপ্রে। ফাইনেলদি টিচরস ডে সুমিত্তা শান্নগনি।

## বোড়দোলোই ট্রোফি, গৌহাটি

মণিপুর রাইফলসকী খনগৎলবা ফুটবোল টিম অমা বড়দোলোই ট্রোফি য়াওবা চৎলুই। জমান্দার কুরাওবানা মেনেজর ওইখি। অহানব-মক্তদা সিগনেল কোর, বাঙ্গলোরগা শান্নবদা পাঞ্জল ২-০ দা পোখি।

মণিপুরগী অমত্তা ভাইরবা অমসুং বেটালিয়ন মরিস্থ শুরবা মণিপুর রাইফলসনা থং য়ং লাউবা অফাওবা ফুটবোল টিম অমসুং শেমগৎপিদবসি নিংবা কাইবগী মশক্নি। হৌজিক হৌজিক লৈরিবা টিম অসি অফবা প্লেয়ার খৈখ খোমজিন্দুনা শেম্বনিদি হায়ববু মথোইনা ফংফম থোকপা খুদোং চাবা শীনবীবদি য়াংলি। অদুগা অমরোংদা খোমজিল্লিবা প্লেয়ারশিং অসি মিলিটরীগী হৌনবী চপ চাবা মওংগী ডিসিপ্লিন পুশিন্দুনা ফাওরবা আসাম পুলিশগী মতৌগুম্বা শেমগৎপিরবদি মণি-পুরগী চাওথোকচনিঙাই ওইগনি।

হৌজিক্কী মতমদা ফুটবোলগুম্বা ময়াই কারব মশায় অসিদি মতম চঙন অমসুং অপান্নবা হৈরগে হায়ব অনিংবা অমা য়াওদ্রবদি ফাওবা য়ারোই। অদুনা পৃথিবীগী ফাওরবা টিম কয়াদি মদুত্তা লৈরব হায়বদি প্রোফেসনেল ওইনা লৈপ্রবনি। ঐখোইগী মণিপুরগীস্থ অসিগুম্বা অফাওবা টিম অমা লিংবদা থ্বাইদগী খুদোং চাবসি মণিপুর রাইফলস ওইগনি।

থবক ইংথাং ফংদবা নহারোলশিংগী মশিং য়ামথৎলকপগী সমস্যা অসিস্থ মণিপুর রাইফলসনা মতিকচাবা স্পোর্টসমেনশিংবু নিংথিনা লৌ-

শিনবীরবদি কনা য়াম্না কোকনি। লাক্ত কানবদি ওগদবা, কত্তাওনরবা অকবা স্পোর্টসমেনশিংবু অকনবা মিল্লিটরী ডিসিপ্লীনগী চৈথেং মখাদা লৈতন্দুনা শেমগৎপীরবদি মণিপুর য়াইফকলকী অকাওবা টিম থোক্লককপদি শোয়গ্রবনি।

## কুমশিগী মণিপুরগী ফুটবোল লিগ

মণিপুরগী শান্নখোৎনবগী চুপলি পায়রিবা ওল মণিপুর স্পোর্টস এশোশিয়েসন্না কুমশিদি হৌজিক কাওবা ফুটবোল লিগ হৌবা ওমগ্রি। কলিকতাগী অমম্বুং অতৈ অতৈ লমদা হৌজিক্কি লিগ লোইনখ্রে। এশোশিয়েসনগা ইম্ফাল স্পোর্টিং ক্লবকা ন্নুত্তাইনদবা মরম অম লৈবদগী কেশ তৌনড়না লৈরি। মসিনা মরম ওইড়না এশোশিয়েশন্না হৌজিক কাওবা লিগ হৌদবসি মণিপুরগী নহারোল কয়াগী শান্নবগী থুদোংচাবা অমম্বুং মপুন্সি মাঙলবনি। অমনবু লান্নবম্বু অমনবু চুন্নবম্বু মণিপুরগী নহারোলশিংগী শান্নবগী থোংলাংদা ঋৈথাইবা পীবদি চুনদে।

এশোশিয়েশন্না ক্লবশিংদা পীরিবা দণ্ডি অমি খর হেক্কিলমগ্নি। অদুগা দণ্ডিগী চৈনাখোল কংহন্নিংবা মীওই কয়াদা শোক্নি। মণিপুরগী লেমজনিংঙাই ওইরবা সেনিয়র ডিভিজনগী ক্লব অনি এস, এস, ইউ, অমম্বুং ইম্ফাল স্পোর্টিং ক্লবপু মথংশিংবা চহি অমা অমম্বুং চহি ২ চুপ্পা তাম্থোকপীরি। মসিগী মহুত্তা টিম অনি অসিগী মরি লৈনবা ওফিসিয়েলশিংবু তাম্থোকপীরম্রবনি মরাল লৈজন্রব, প্লেয়ারশিংদা শোক্নমলোইদবনি। মতৌ অসুম্না অকনবা এম্মন লৌবসি শান্নবগী ইতিহাসতা থন্না তাংডি।

শান্নবগী শেংলবা য়াথলদা করিগীদমক্তা আইনগী মতেং লৌড়না কোর্ট কাবগী ঊথিন অমা লাকদৌরিবনে? অসিগুম্বা ঊথিন অসি কলিকতাদসু তোম্না থোকই। অদুম ওইনমক কলিকতাগী ইস্ট বেঙ্গল, মহমদন স্পোর্টিং নচিংবা ফাওবদা অম্বুক করবা একসন লৌখিদে অমম্বুং বেঙ্গলগী ফুটবল শান্নবগী চুপলি পায়রিবা ইন্ডিয়ান ফুটবোল এশোশিয়েশন্না চৎথগদবা প্রোগ্রাম অদু কায়দনা চৎথিখি অমম্বুং ক্লবশিং অসিগী শান্নবগী থোংথাংস্তু থোইদোক্না ঋৈথায়বা পীখিদে।

ঐখোইগী মণিপুরদদি ফুটবোল, হোকি, টেবল টেনিস ভোলিবোল, ক্রিকেট অসিনচিংবা অসি ওল মণিপুর স্পোর্টস এশোশিয়েসনগী মখাদা লোয়না ফুরু শুংজন্দুনা লৈরি। অদুনাক্তি পেরেন্ট এশোশিয়েশন অসিনা তাম্থোক্লিংবা ক্লব অদুগী মখাদা লৈবা মথল মথলগী প্লেয়ারশিং অদুদি লোয়না য়াংমিন্নরবনি। হায়বদি ফুটবোল প্লেয়ার অমনা কাম্লুনগীদমক হোকি নত্রগা ক্রিকেটকমক শান্নজবা মুপা অদুম্না য়াওনা দণ্ডি কংবা তাই।

এশোশিয়েশনগী কা হেন্না লুম্মন্নিবা থবক ময়াম অসিগী মখাদা হৌজিক্কী মতমগী মরু ওইবা মখায় থুনিংমক মতাং চানা টুর্নামেন্ট তৌবা ওইথোক্লবনি। ময়াম্না খ্বাইদগী পাম্নবব ফুটবলদা য়াই ওনশনবা ফাবনি। অদু ওইরবদি এথলেটিক্স নত্রগা ক্রিকেটতমক শান্নজবা মুপা অদুদি মাগী থুদোংচাবা লোয়না য়াংজরবনি। এশোশিয়েশন্না শোগৎপীগদবনি মতম অমদা ফাওঙ্গরম্লবা মণিপুরগী হোকি, ক্রিকেট অমসুং এথলেটিক্স কদায়দা ১৫ ত্রবগে। টেবল টেনিশতা মণিপুরনা আলামগী ইতহন্নুনা নম্বর য়ান তাম্নবা নত্রা? পুম্নমক অসিগী মরাই চায়থরকপগী মরম করিগীলো?

মণিপুরমচাশিংগী তৌবা ঙম্বা শক্তি মতিক চানা লৈব ঙাক্তনি—তম্মীরবদি অমসুং মখোং শোম্বিরবদি শোয়দনা থোক্লকখিগনি অকাওবা মণিপুর মচা।

মরম অদুনা শায়বগী চুপলি পায়রিবা অমসুং মপি মপা ওইবিগনি হায়দুনা চেংথোকপিরক্লিবা এশোশিয়েশন্না হৌজিক্কী ১সুং তুংগী নহারোলশিংগী শেমগৎ শাগৎপীবগী লময়ানবা ওইনা ৱাথল খজিক্তুং খন্থবীবা মতম ওইরবনি। মথক্কী পঞ্জিগ্রারা থুদোংচাদবা থর অসি কোকহনগে হায়রবনি মরু মরুওইবা মথলগী মশায়শিং অসি তোঙান তোঙানবা বোডিগী মথাদা মনিং তৌনা লৈজহনবনা কৈ। ফিভম অসিগক তারক্রবা হোৎনবদ এশোশিয়েশন্না পুকচেল চাওবা উৎপীদুনা মমাং থাবা চোংথোক্লুনা হোৎনবীরমগদবনি শায়বা থরাই য়াওবা অচম্না প্রজানদি হিরম অসোমদা থুৎ থিংজল্লগদবা নত্তে। মসিগা লোয়ননা তোঙান তোঙান্না শেমগদৌরিবা বোডিশিং অদুনা ওল ইন্দিয়াগী মরি লৈনবা পেরেন্ট বোডিদা এফিসিয়েশন তৌনবা হোৎনবীগদবনি। অসুম তৌরবতা মণিপুরীমচাশিংগী কৈজ শিংজবা অমসুং মশা মশাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অদু মণিপুরী অমা ওইনা মপানগী সংসারদা ঙাম্থোইরুবা ঙমগনি।

---

# ইডিটরদা চিঠি

## নুপী লাকপা

"লময়ানবা" অহানবা হেকোং থেংনজরে। করাওইজে অমসুং পেইজে। মপান্দা লৈহন্দ্রিবা এথোয়গী পোথানফম ওই। য়াম্না হেন্না নুংঙায়জবা অমদি নহানমথৈ থংলমদবা মণিপুরী সমাজগী চৎনবী হায়গদ্রা হৈনবী হায়গদ্র অমা খংজবা ফংবা অসিনি। রমাবতী য়েথোইবীনা ইবা 'মণিপুরী নুপীগী পোৎলুম' হায়বদু হন্না হন্না পারগা মংগুম্না থল্লি। মণিপুরদা নুংথিল পোবোপ ফাওবদা শরকতগী নুপীশিংবু নুপাশিংনা লাকই, চীংঙি, কীবুল নমদুনা কাই। মওং অসি মমাংথৌদগী হৌজিক্কী হেন্না তোয়না থোক্লে। মণিপুরী নুপীগী অরাবা পোৎলুম কয়াগী মহুংদা ফীবুল নমদুনা নুপানা কাবা হায়বসি সভ্য জগৎনা ঙক্লা থোক্কনি। পৃথ্বীগী কয়িগুম্বা সমাজনা চৎনবা অমদি তৌনবা থৎক নত্তে। এথোয়না তাজবদি মৈতৈ নুপীগুম্না মপুরোইবা লিংথা, মচা নুংশিবা, অমদি মথৌনা লৈবদা পৃথ্বীগী নুপীশিংগী কীদম্লি হায়নৈ। মডুগীদমক্তা এইহাকসু মৈতৈ নুপী অমা ওইরম্বগীদমক চাওথোকচরম্মী অমদি চাওথোকচরি। হৌখিবা জাপান লান্দা য়ুমলক থুমক্লা চংলকপা জাপান লান্মীশিংনা মৈতৈ নুপাশিংবু কুলী ওইনা ফাদুনা বোঝাই পুথল্লবদা মৈতৈ ইমা ইবেনশিংনা জাপান লান্মীশিংবু ইরাই লাইনা শুমজীৎনা তান্দুনা ফুই হায়বগী থৌনাবু মপানগী সমাজশিংনা য়াম্না ৱাংনা ঙাংনৈ। অদুবু

অন্তুক থোনা ফবী মৈতৈ মুপীবু কৌদনা, থওইদবা লাকথুবা ঙম্লবা মৈতৈ মুপাশিংদী পৃথ্বীদা খ্বাই-দগী তেম্না পাঙ্গল কম্না অথোবা কাংলুপ হায়বদু ওইবা তাই। মুপীগী পোৎলুম পারগা বঙ্গান-রিতৈদা 'লৈশাবী হাৎপা" হায়বা য়ারোল অম য়াওবদু পারুরগা মৈতৈ সমাজবু তেম্না হঙ্গোয়বা পোকই। মুপীবু অতুক য়াম্না হন্থনা লাক্লবা সমাজ অদুনা মুপীশিংনা হৌজিক ফাওবা ভুম্মৈম্না লৈ-থোকপা ঙম্বসিনা করম্ব লাইনিংলো?

ইডিটরগী
মিস নাদিরা
ই টি, এইচ. কলেজ
যোরহাট— ২, আসাম

## পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাশ

জাতি অমা চাওখৎপা নত্রগা চাওখৎতবগী মীভম, খংগে হায়রবদি জাতি অদুগী, নহারোলনা পুথোরকপা মিংশেল অদুদগী খংবা তাই। মনিপুরী ভারতবাসিশিংগী মনুংদা লৈবা অপিকপা মশিং য়ামদ্রবা উপজাতি অমা ওইজরবস্য মশাগী তোং-ঙানবা, তোপ তোপ্পা শাক্লান লৈজরবস্য নহারোল-শিংনা পুথোরকপা মিংশেন্দা মণিপুরী সমাজগী উরিবা শক্লোন অসি য়েংবদা পংনুং নুংঙাইবা ওইদে, পুক্নিং খোইদাদে। ফজবা শকফম অমা পুথোকনবা হোৎনবা তাই মশক থিরিবা মণিপুরী সমাজগী শকলোন অসি কোকহনগে হায়রবদি নহারোলশিংবু মহৈ মশিং নিংথিনা তম্বগী খুদোংচাবা ঐখোয়গী নহারোলশিংনা ফংবা ঙমলত্রা? য়াহং অসি খুম্বদা পংলাই লাইবা য়াফমদি নত্তে। অদুমকপু পাওখুমদি ময়াই ওইবা থাক্কী কাউবদি ঐখোয়গী নহারোলশিংনা মহৈ তম্না ফংজরে। অসি কাউবগী থাক্তুদি ভারতকী থাক্তগী থোয়না তাদ্রে হায়বা য়াই। অদুগা অরাংবা থাক্কী মহৈ মশিং তম্বয়োমদা খম্নরুরবদি নহারোনশিং অসি ভারতকী অতৈ স্টেটশিংগী নহারোলশিংগা চাংদমনবদা য়াম্না য়াৎলি, হৈরে লৈতে হায়বা য়াই। ঐখোয়না পাম্মী, ঐখোয়গী নহারোন খুদিংমক অকবা মতিক চাবা নাগরিক অমমম ওইবা। মতিকচাবা নাগরিক হায়বসি মহৈ মশিং নিংথিনা তম্বীরবতদা হায়বদি অরাংবা থাক্কী মহৈ মশিং তম্বগী খুদোং চারবতদা ওইগনি। ঐখোয়গীদি অসিগুম্বা থাক্কী মহৈ মশিং তম্বগী মকম লৈরত্রা? লৈরবস্য লৈত্রি হায়বমক য়াই।

ইহান হানবা ওইনা ডি, এম, কলেজদা, মুমিদাংগী শরুক্তা অকুগী বৈষয় ১৯৬২ দা প্রিন্সি-পাল এস, এন কাউজনা কম্ন হোৎনবদগী হাংদোকই মকম অদুদা ঐখোয়না থনলমই, মণিপুর মচাগী অরাংবা থাক্তা মহৈ মশিং তম্বগী খুদোং চাবা ফংলগত্রা হায়না। মথংগী চহি খরগী মনুংদা অতৈ বৈষয় হায়বদি ইতিহাস, ইংরেজী, ইকো-নোমিক্স হাপলক্লে। চহি অনিয়োম হৌরকলগা ইংরেজীদি ওঝা লৈতদুনা মুথৎপ্রে। ইতিহাস অমমুং ইকোনোমিক্সগী ফুল টাইমর ওঝা অমমত্তি।

মথক্তা পনথ্রিবাশিং অসিনা তাকপদি অসি-গুম্বা পোষ্ট গ্রেজুয়েটকী মহৈ তম্ফম অসিবু করিস্য লৈতনা থনলে হায়বনি। মণিপুরগুম্বা লাইরবা লৈবাক্তা অসিগুম্বা মথলগী, অরাংব থাক্কী, মহৈ মশিং তম্বগী খুদোং চাবা ফংবা অসি য়াম্না কায়বা অমনি

অয়াম্ব' ছাত্রনা লাইরব মরম্না অতৈ অতোপ্পা মফমদা চৎতুনা লাইরিক তম্বদা য়াম্না য়ানা থোকই মফম অসিদা মখোয়গী অশংবা মতমদা, মরুওইনা মুমিদাংদা মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা লৌনরি। অসি-গীন্থু মথক্তা হেন্না লাইবক থিবদি কুমশিদগী হৌনা মুংথিন্দা ওনথৎপ্রে। অসিনা লাইরবা ছাত্রশিংগী কয়া নিংবা কায়বগী মশক্নি। হৌখ্রিবা অমমুং চথরকসিবা থবকশিং অসি নহারোলশিং-গীদমক্তা অকবনি হায়না লৌবা ওমদে। অয়-রোমদা নহারোল ঐখোয়গী চাওৎৎ থোংথাংদা অচৌবা শিংনবনি হায়না লৌনিংই। ইডিটর সা-হেবকী মীৎয়েং চিংশিনজরি।

অদোমগী
উমাকান্ত
ইম্ফাল

## মণিপুর লৈবাক্কী তোঙানবা মিংথোন থরা

মণিপুরগী তোঙান তোঙানব মিংলেন থরা লৈরম্মি। মিংশিং অসি লৈবাক অসিগী ইতিহাসকী মরিদা খঙনরম্মনি। ঐখোইগী ইতিহাসকী অ-হানবা যুগতু 'হয়িচক' কৌই। যুগ অসিদা লৈ-বাক অসিমু তিল্লি কোকতোং লৈকোইরেন (হান্না শেম্বা কোম্না লোইবা পুং) হায়না কৌরম্বগী রা-রোন অসি শকোক লমলেন পুয়ানা শিংথারি। যুগ অসিদা লৈবাক অসিমু "নোংবিরু" কৌ-রম্বগী রারমশু শিংকক পুয়ানা নৈনরখি।

ঐখোয়গী ইতিহাসকী অনিশুবা যুগপু হয়াচক হায়না খংনরম্মি। যুগ অসিদা লৈবাক অসিবু মীরাপোংথোকলম হায়না খংনরম্বগী রারিশু শকোক লমলেন্না মচা খায়না তাকলি। অদুবু হায়রিবা যুগ অসিদা লৈবাক অসিবু 'থং-হুৎ-রা' কৌরম্বগী মরি মখোংশু শিংকক পুয়ানা উৎলি।

ঐখোইগী ইতিহাসকী অহুমশুবা যুগ অসি পুয়া অনিমক্না (শকোক লমলেন-অমসুং শিংকক্না) লাংবচক হায়না শিংথারম্মী। শকোক লমলেন পুয়াগী রারোল মতুং ইন্নগদি, যুগ অসিদা লৈবাক অসিবু "ময়াই কোইরেন থক, নমথকখায়োনপুং" হায়না খঙনরম্বগী প্রমাণ তথেংনা উই। যুগ অসিদা লৈবাক অসিবু "শওম্বীপোক" কৌরম্বগী রাকম অসি শিংকক পুয়ানা মচা খায়না শিংথারম্মী।

পুয়া অনিমক্ত ঐখোয়গী ইতিহাসকী মরি শুবা যুগপু "কোনচক" হায়না লৈশি লৈথোল্লি। যুগ অসিদা শকোক লমলেন পুয়ানা লৈবাক অসিগী মিংথোন অনি লৈরম্বগী র‍্যারি রাখোং তাকই। অহানবা মিংথোন্না "মুরাপাল্লি"নি, অনিশুবা মিংলেন্না "পোইরৈ পুংময়োল" নি। ঐখোইগী লৈবাকপু "পোইরৈ" কৌরম্বগী রাকম অসি—খুমুংলোল পুয়ানশু নৈনরম্মি। হিরম অসিনা (খুমুংলোন পুয়ান) মখাগী রারোন অসি শিংথারম্মি

"তেংবানবা শেম্বা মপুনা লৈশম তুশেম্বা পুম্ন-মক লোইরত্তনা, থরাইপানবা, অপিক অচৌ, তীন-কাং, শা উচেক পুম্নমকপু শেম্বদা হান্না শেম্বা, কোম্না লোইব পুংগী হান্না কংবা মফম অসিদা থরাই লৈবা খৈবিকপু য়াম্না পৈদুনা লৈরে, থরাই অয়াম্ব পোইরমে হায়-বদগী 'পোইরৈ' কৌই"

ঐখোইগী ইতিহাসকী মরিশুবা যুগ (কোন-চক) অসিদা লৈবাক অসিবু "কংলৈমপুং" কৌ-রম্বগী রারোনশু শিংকক পুয়ানা লৈশি লৈ-থোলম্মি।

নিংথৌ গরিবনিৱাজগী শনা হাকথক্তা লৈবাক অসিবু মণিপুর কৌনরকপনি। ছিরম অসিদা সনা মহী লাইহুই পুথানা মপাগী অক্রুস্না ইরি:—

"বৈরাগ্য লাইবু নিঙবনা লৈবাক মতিক য়েং পোইরৈ মতৌ থম্না পাউমেল্লকয়ে। লাইরেল মৈকেংগু পোইরৈ লয়কোয় কমও! ৱাঙম নঙগী নরৈবাক অসিদি লৈবাক অরায়বা পোইরৈ অচম্বা নত্তে। ঋতু ৬ মাবু মখোং শুইয়ে। বংশ নঙগী খাগৈরেনসুং সুমিৎ মহুমুংগী মনি নোংলুম য়াইরং—চালবু ওইনা থুনগুম্বনে হায়য়ে। অদুসুং মদোমদে। শুরুং ময়াই কোয়রেল অহোবনসুং মাপেম লৈরোল ফায়য়ে হায়না পাউথুম্বা অসিবু কোমু অরায়বা ৱাঙম অচম্ববু নত্তে। লৈবাক মমিংথোংদি "মণিপুর" লৈময়োন হায়বা মিংথোনসে"

সনামহি লাইহুই লাতম—৪০

মথক্কী ৱাহৈ পরেংদা বৈরাগ্য লাইবু নিঙবা হায়রিবসি শান্তদাস গোশামীদুনি; অদুগা "লাইরেল মৈকেংঙ" হায়রিবা অসিনা নিংথৌ পামহৈবা (গরিবনিৱাজ) বুনি।

লৈথক লৈখারোন পুযাদা লৈবাক অসিবু কৌথিবগী ৱারোন অমতা শিংথারমদে। অদুবু ক্লাস থ্রি অমসুং ফোরগী অঙাংশিংগী সমাজ লৈনরোন (পাঠ্য পুস্তক) অসিদদি তানিং তামাং ওম্নবা ৱারী অমা লিরি; লৈথক লৈখারোন পুযাদা লৈবাক অসিসু মণিপুর কৌরম্বগী মরম উৎলি হায়রি। অরানবা ৱারী অসিনা অঙাংশিংগী নোরিব থোপ্পা কত্তবা তেমথেং পীগনি। মরম অসিনা অরানবা অসিনা থুনা চুমথোকক্কম থোকই।

**শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ**
চিংঙামথা লিরা মাইবম লৈকাই।

## "আইন লোয়শংগী ফিভম"

মতমগী খোংথাংদা চাওখৎপগী মকম অমা ৱাৎপা হাম্বসিদি তঙাইফদবা ৱাকম অমনি। অদুবু ৱাকম অসিগী ওন্থৈবগদা, ঙসিগী মণিপুরী ওইবা মিৎয়েং অমদা, "আইন লোয়শংগী ফিবম" পনবদা মতিক চাই। থোইদোক হেন্দোক্না মুনসিক কোর্টশিংগী ফিবম নিংবা থুংদে। কোর্ট রুমশিংসু পিকমনবিবনা হায়নিংঙাই লৈতনা চিনখ্রে চৌকি মশিং ৱাৎপনা উকিলশিংসু কমকম মতিক চানা ফংদে। পত্রিকী ওইনা কমকমদসু লৈফবনা, মরু ওইনা সবোর্ডিনেট জজগী কোর্ট; মুনসিক ৱান, টু অমসুং থ্রিগী কোর্টকী মাঙোলশিং মীনা অদুম চিন্দুনা লৈ। নোংচিং তাবা মতমদনা অমুক চিনবা হেক্নৎপসু মখানা তারবনি। মুনসিক কোর অমসুং ফাইভকী কোর্টসু অতৈগুম্না অদুম মচিল্লি। অদুগা ব্রিটিশ মতমদগী লৈরক্লবা হাম্না চৈরাপ পঞ্চায় হায়না খঙনবা হৌজিক্তা ডিস্ট্রীক এণ্ড সেসন্স জজ কোর্ট হায়না খঙনবা কোর্ট অনিগী ফিবমদি রিপ্যেয়ার তৌদবগী থরা মনবা নত্তনা থোইনা কত্তবা তৌদে। অতৈ অতৈ কোর্টশিংগীদি পঞ্জররোই। অদুগা অমরোমদা, মতমগী য়াওল মতুংইন্না লিটিগেণ্টস মশিং হেক্নৎলকপগা লোয়ননা, উকিল মশিংসু মশিং হেক্নৎলকপা, হায়রিবা মুনসিক কোর্টশিং চাওখোকহনবা হায়বসি হায়নিংঙাই লৈতনা দরকার ওইরবা ৱাকম্নি। মাগী ওইনা মতিকচাবা কমকমসু লৈত্রি; অমত্তং নোনা শঙাবা অসিসু কঞ্জেস্টেড ওইগদবা মওংনি লোয়ননা কেন্টিনগুম্বা অমসু দরকারনি। অদুবু ইরৈ লৈরমদবগী মহুত্তা, মাগী ওইনা অমত্তং নোনা শঙাবা সুংঙাইনিংঙাইনি।

ফগৎহন্নিংবা মওংদা মথন্তু। পনখ্রিবা কোর্টশিং অসিগী কম্পাউন্দদা নোংঙাবা মতমদা লৈখোম থোকপা থিংবদি তরাইথোক্লদুনা, পল্লিক্তি মফম অমত্তং পিবিবা; লোয়ননা সাইকল সেদকুম্ব অমত্তং গা য়াম্মা দরকার ওইরে। হেন্না ফজহন্নিংবা শকফমদা মতিকচাবা ফেন্সিং অমত্তুং গার্ডেন্নিং দরকার ওইবনি। মাইকৈ অসোংদা সরকারগী মিৎয়েং চিংশিল্লবগা লোয়ননা থবক ওইনম্ব পায়খৎপিনবা আপীল তৌজরি।

ইডিটরগী
এন. কেরানী সিংহ
ইম্ফাল।

---

## থৌদোক/বাথোক

# শহিদশিংবু নিংশিং ইরাৎ নুমীৎ [মণিপুর]

'লৈবাক্কীদমক্তা থরাই থাবা ওম্বা শহীদশিংবু নিংশিং ইরাৎ পুজা তৌবা হায়বসিমক ইরৈবাক ইজাতিবু মশক খংবা হায়বনি। মাখোয়দা সম্মান পীবদি ইশাবু সম্মান তৌজবা হায়বনি।' সম্রাজ্যবাদ শক্তিগী মাইয়োক্তা লেপতুনা থরায় কৎখিবা শহিদশিংবু নিংশিং ইরাৎ পুজা ওইনা মণিপুরগী অমদি মপানগী মণিপুরীশিংনা তাবা মফম খুদিংদা থরাই য়াওনা পাংথোকখি। পান মণিপুরী য়ুথ লীগকীঅখন্নবা কমিটি অমগী লীচীংদা কুমশিদি হেন্না মশক থোকপা পালন ওইখি। নুমিৎসিগী অতম্ববা ফীরাল মচা শাদুনা য়েনখিবদুনা অহল অঙাং থাক্তনা জাতীয় শহিদশিংবু নিংশিংনখি। মণিপুরগী স্কুল, কলেজ, সংস্থান অমদি লৈকায় কয়াদা পালন তৌখি। মপান কাংজেবুং টিকেন্দ্রজীৎ লম্পাক্তা শ্রীএম.কোইরেং সিংহ মণিপুরগী মুখ্য মন্ত্রিনা অথোইবা অতিথি অমদি শ্রীসিবো লারহো মণিপুর বিধান সভাগী স্পিকরনা সভাপতী ওইবীখিবা অচৌবা সভা অদুদা শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ মণিপুরগী শিক্ষা মন্ত্রিনা প্রধান বক্তা ওইবীখি। পালন অসিগী মরিদা শ্রী এল, চন্দ্রমনি অমদি শ্রী নন্দলালা শর্ম্মনা কুপ্না নৈনখি। মায়কৈ কয়াদগী ছাত্র-ছাত্রীশিংগী অমদি অহল লম্মনগী সভাযত্রা লাকতুনা শহিদশিংগী নিংশিং ফানখোংদা লৈশি লৈথোল্লখি। বম তরামাথোইরক কাপতুনা শহিদশিংদা শলামী পীখি। মী লিশিং লিশিংনা চীৎন চায়নবা ঙমদবমথৈ ভীল্লখি। হৌজিক কালেন মীফমগী য়ারেপ পুদুনা হায়জরুবদগী নুমিৎ অসি ওফিস, স্কুল, কলেজ পুন্নমক ছুটি তংখাই থাবিখিবত্থ মণিপুর সরকারবু পান মণিপুর য়ুথ লীগনা হন্না হন্না থাগৎচখি। মথংগী চহিদগীদি নুমিৎ অসিবু মপুং ফাবা ছুটি পীবিগনি হায়না আসা তৌজরি।

**ঝিরিবাম**

মণিপুরগী স্কুল, কলেজ, ক্লব, অমদি খুল্লক খুল্লা শিন্দুনা মণিপুরী অথোবশিংগী পালন তৌবগা লোয়ননা মণিপুরগী জিরিবাম সব ডিবিজনদগী মপুং ফানা শহীদ দিন পালন তৌখি। জিরিবাম হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলদা ক্লোস্ত মপুংফাবা থৌরাং পাংথোকখি। ছাত্র ছাত্রীশিংনা 'পেট্রিওটস ডে' ফীরাল শিন্দুনা য়োন্দুনা সুমিৎ অসিগী অশেংবা মশক তাকখি। টিকেন্দ্রজীৎ লীলানচিংবা শাগ্নদুনা অথোবশিংগী পুন্সিরোল নিংশিংখি।

**শিলোং :**

শহীদশিংগী নিংশিং পালন অসি আমামগী কোমুং শিলোংদা থৌয়দোক হেন্দোকপা মওংদা পাংথোকখি। শিলোংগী মণিপুরী রাজবারীদা শ্রী এন, কে, সিংহনা অথোইবা অতিথি ওইরিবা সভা অত্তুদা শ্রী কে, সনাজাওবা (রিসার্চ স্কোলার) অমদি সেণ্ট এদমন্দস কলেজগী অথম্নবা পণ্ডিতশিংনা ৱা ঙাংখি। সভা অসিদা ফীরাল মচানচিংবা য়োনখি। ত্রিপুরা, মণিপুর অমদি আসামগী মফম কয়াদগী মীওয় কয় তিনখি।

আসামদা পুম্নমক্কী ওইনা সরকারগী অফিস, কলেজ স্কুল পুম্নমক মণিপুরী শহীদশিং অসিদ সম্মান পীবা ওইনা ছুটি তংখায় থাখি। মথংগী চহিদগীদি নোংমতুগী অপুনবা ছুটি পীবিগনি হায়না আসা তৌনরি।

**কলিকাটা :**

কলিকাটাদা মণিপুরী ছাত্র ছাত্রীশিংনা শিন্দুনা শহীদশিংবু নিংশিংখি। অথং অহৈ ভদ্রলোক কয়ামুকস্থ ছাত্রশিংনা থৌরাং তৌরিবা সভা অদুদা ৱা ওবীখি। শহীদশিংগী পুন্সিরোল অমদি মখোয়না জাতী অসিদা মতম খুদিংমক্কী ওইনা উংলম্বা পুন্সি থৌদাং অদু কুপ্না নৈনখি। শহিদগী ফীরাল মচাশিংনা কলিকাটা সহরগী মফম কয়াদা উবা ফংখি।

**কাছার**

কাছারদা কুমসিদি মহৌশাদগী হেন্না থৱায় য়াওনা শহীদশিংবু নিংশিং উবব কহনখি। শিলচরগী মনিপুরী লৈকাইদা লৈবা টিকেন্দ্রজীৎ স্কুলদা মপুং ফান পালন তৌখি। পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা থৌরাং তৌবা ফীরাল মচা য়াম্না কম্ন য়োনখি। আসাম বিধান সভাগী এম, এল, এ মেরাচাওবনা প্রধান অতিথি ওইবীখিবা সভা অদুদা প্রোঃ চুরামনি সিংহ, শ্রীরাধামুহননচিংবা মীওই কয়ানা ৱা ঙাংবীখি। স্কুল, কলেজ, ওফিসনচীংবা পুম্নমক ছুটি তথায় থাত্তুনা রীর টিকে-ন্দ্রজীৎ, থাঙালনচীংবা অথোবশিংদা লৈশি লৈথোনখি।

**লক্ষীপুর**

কাছারগী মনিপুরী খুল্লক খুদিংমক্তা তৌবগা লোয়ননা মহৌশাগুম্না পুম্না নায়াগ্রামগী টিকেন্দ্রজীৎ ক্লবনা নিংথৌনা পাংথোকখি। অথং অহৈ কয়ানা শহীদশিংগী পুন্সিরোল নৈনখি। ফীরালনচীংবা য়োন্দুনা অহল অঙাং থাক্তনা য়ুমল্লক খুল্লক কাওবা শহীদশিংবু নিংশিংনখি। টিকেন্দ্রজীৎ, লীলাম্ব শাগ্নখি।

## গৌহাটি

গৌহাটি মনিপুরী ষ্টুডেন্ট ইউনীয়ন্না শিন্দুনা গৌহাটি বীশ্ববিদ্যালয়গী ষ্টুডেন্টেস ডে হোলদা চাওর।া পালন পাংথোকখি। শহীদ নিংশিং ফীরালনা গৌহাটি বীশ্ববীদ্যালয়গী মফুং অমদি মপান্দা মুনিং অদুবু ময়েক শেংহনখি। গৌহাটি শহরগী হায়গী কমিসনার শ্রী এম. মেরাজাওনা প্রধান অতিথি ওইবীরগা প্রোঃ জনমেজয় (রিসার্চ স্কলার) না সভাপতি ওইদুনা পাংথোকখিবা সভা অদুদা বীশ্ববীত্থালয়গী ওজা প্রোঃ ঐহচ তোম্বী সিংহ শ্রী ইন্দ্রজাৎ সিংহ (রাজবারী), শ্রী টি মৈন্যসিং কাংজীয়া গোপাল অমদি ত্রিপুরাদগী রা: কুঃ ইন্দ্রজীৎনঠংবা কয়ানা রা ভাংবিখি। শহীদশিং অসিগী ফিদমনা হৌজিক্কী সমাজদা নত্রগা সংসারদা করি পারা পীবগে হায়বনচিংবা কয়াদা কুপ্পা নৈনখি।

## আগষ্ট ২৭

'দায়ীত্ব লৈরবা মণিপুরগী মকোকথোংবা ওফিসার খরনা দায়ীত্ব মশক খংদবদগী হৌখিবা ইং ১৯৬৫ আগষ্ট ২৭ ইরাই সুমীত্তা মণিপুরগী ছাত্র-ছাত্রী অমদি মরাল লৈত্রবা নহারোল হাৎপ্রে। অদুবু মদুগী মতীকচাবা মীংথেং অমত্তা ভুসি ক্লাওব কংফম থোকপা সরকারদগী কংদে,...' হায়না হন্দক আগষ্ট ২৭ কী নিংশিং সুমীত্তা ওল মণিপুর ষ্টুডেন্টস ইউনিয়নগী প্রেসিডেন্ট শ্রী মচৌ তোইজাম্বনা মীয়ামদা পেন্দবা কোংদোকখিবদু তশেংনা নৈননিংঙায় ওইরি।

মিত্র কমিসননা তৌখিবা ইনক্কারীদা শেংনা তাকখি, রাজ্য সরকারনা থোওইদবগী অমদী দায়ীত্ব খংদবদগী মীহাৎ মীপুন ওইবা আগষ্ট ২৭ কী ঘটনা থোকখিবনি। মী হাংনবা কাপ্লীবা নোংমৈ অদুসু কাপ্নমদবা য়াবনি। সরকারগী অরাবনি হায়দুনা মিত্র কমিশনন। সি, বি আইবু কেশ রেজিষ্টার তৌহন্দুনা থীজিন্নগা কেন্দ্র সরকারগী গৃহ মন্ত্রালয়দা লাংথৎপ্রবনি। অদুবু অরাবদি মরাল লৈরবা মণিপুরগী ওফিসারশিং অদুবু চৈরাক পীপ্রে অমদি মরাল লৈতত্রবা অমসুং পোকওমদনা পোক্লবা পুন্সিবু কাপথেক্কুনা হাৎখিবদুগীদমক্তা করিসু হায়জবা ভমত্রবা প্রজাশিংদা ক্ষতিপুরোন পীপ্রে হায়বা তাজদ্রি। লুপা লাখ কয়ামরুম ক্ষতিপুরোন পীকম থোকই।

থোদোক অদুগী মরালগীদমক্তা রিগুলার ডিপার্টমেন্টেল এক্সন লৌননবা কেন্দ্র সরকারগী হুকুম তৌপ্রবনি। অদুবু মণিপুরগী চীফ কমিশনার শ্রীবালেশ্বর সাহেবনা ভুসি ক্লাওবা পেগেল এক্সন অমত্তা লৌদবমখৈ লৈথোকপীরিবসি প্রজানা অর্থ খংনিংকম থোকই। কেন্দ্র সরকারনা মফুংদা অনৌবা অরোম্বা হুকুম অমা পীরকপনরা নত্রগা দিল্লীনা ভাগদবা লৈতে মণিপুরদদি অচৌবা ওফিসারশিংনা প্রজাবু নমহৎপা ভম্মী হায়বা উৎলিবরা হায়বদি তংঙায়কদন; প্রজানা চাংনকম থোকই। ভারত গণতন্ত্রগী মশক থীহন্নবা োৎনবা চুমদে।

# লৌ হাৎপা

হন্দক্তা গ্রেজুয়েট পাস তৌদুনা মণিপুরগী মপান্দা অয়াংবা থাক্তী মহৈ মশীং তম্বা থাখিবা ছাত্র থরদি অমুক হয়া কৌথোক্লরে। লাইরিক লাইশু তম্নগী চংগদবা থয়চ অদু পুবা ঙম্মরোই হায়বগীনি। মরমদি লৌউ শিংউজরগা পুন্সি হিংনরবতা নম্রবা মচা মশু ফাওবা লাইরিক লাইশু তমহন্নবা হোৎনবশি মণিপুরদদি ১০০গী মনুংদা ৮০নি। অদুবু হন্দক মওং চাদনা ঈশিংনা লৌয়াম হাৎ-খিবনা মণিপুরগী ইম্ফাল নোংপোক মাইকৈদদি প্রজা পুম্নমক অর'-মুংনাঙবগী থর হোম্নরি। কাক্তীপাৎ, লৌমানবী, কবোক পাৎনচিংবগী লৌ একর লিশিং ১২ অদুগা লৌয়ননা ইংথোল লৌ অমদি য়েঙ্খাং মনা মশীং মহৈ মরোং কয়ামরুম পুম্ন' হাৎখ্রে। চৎখিবা জুন থাদা ঙক্তায়রকদনা কাইখিবা ইম্ফাল তুরেলগী ঈশিংনা হাৎখিবা লৌয়াম অদুগী কৌগী মমলতনা লুপা লাখ অমগা লিশিং য়াম্থেগী মথক্তি। অতৈ অতৈ মনা মশিং মহৈ মরোংতনা লুপা লাখ অমদগী পংত্তা তা'রোই। মণিপুরগী মনা মশীং মথৈ মাইকৈ অসোমদগী কংবনি। অদুবু লৌমী শিনমী প্রজা-শিংনা অমুক কয়া হোৎনজদুনা ঈশিং কংথগ্রগ' অনিরকশুবা ওইন' লৌ পালহনখি। অদুবু হন্দক আগষ্ট ১৮গী সুমিদাংদা হায়গী কায়কম অদুদা ঈশিং চেনশিল্লক্লুনা অনিয়ক শুবা ওইনা হায়রিবা লৌকমশিং অমুক হাৎখবসিদা খ্বাইদগী হেন্না অরাবা হায়বদু থম থেংনরে। য়ুমথোং খুদিংদা অরা অনা মীরুপ মিয়াওখোলগী থোঙ্খেল তারি। প্রজানা হোৎনজরিক্তেদদি অসিগুম্বসি থোইনা থোক্লমদে অদুবু হন্দক সরকারনা লৌশিনবীগ্রবা লৌনম্বান্দা ঈশিং অনিরক কায়হৎখসি প্রজানা পেন্নদে। অকোনবগীদুদি তুরেল ইশিং পংচাও চাওবা নত্তে। খুদোংথীবা থাক থোগদবা ফুট ৫/৬ য়াংখি। তুরেল থাংতপকী ইনোত্তনা লৌয়াম মাংহনবসি কনাগী মরাল ওইকম থোকপগে হায়-বসি প্রজানা হংনরি। অহানবগীদি অদুম্মক ওইজগ্রসমু অকোয়গীসিমদি অর্থ চ'দে। সরকারনা প্রকৃতিগা লৌতুনবয়া হায়বা য়াহং অমসু হংনরি। লৌহাৎ অনিরক অসিদা মাংখ্রিবা লুপা লাখ মঙারোম অসি অহাম্বা কাইকমদুদা লৈবাক হাজার মডাদং পুকচেল শেংনা অমোৎ অকায় য়াওদনা লৈবাক প্রজাগী য়াথল লৈবা মওংদা শিনবীরমলবদি মাংলমলোইদবনি। নত্রগা লুপা লিশিং থর চংনা তুরেল-লৌনম্বালশিংসি শেম্বীবদা মণিপুরদা থোংলম মচা তুরেলশিংসিনা প্রজাগী য়েক্লবা ওইবা ঙমলোয়দবনি। অদুবু কনানা থংবীগনি, তাবিগনি প্রজাগী অরা অনাবু।

---

# যাদোন্নং নিংশিং মীফম

'লৈবাক সুংশিবা অচুম্বা পাম্বা ভারতকী ওইনা তাংলবা শহীদ অমবু অরাম্বা প্রচারগী ফীজংনা খঙ্গিন্দুনা বৃটিশনা থম্বত্ত হৌজিক্তি ঈরাংনবম ওইবা মফমদা পুথোক্লকপা ঙম্মসি ঐখোয় ইশাবু ইশানা ইশক থংজরবনি!' অসুম্মা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীকোইরেংনা হায়খি। শহীদ যাদোন্নংবু নমদুনা মরাল থংজিন্নগা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখিবগী ৩৯ শুবা নিংশিং পালন ইন্দক আগস্ট ২৯ দা ফমখিবা অদুদা শ্রীকোইরেং সিংহনা সভাপতি ওইখিবি। শ্রীকোইরেংনা অসিমস্থ হায়খি "অরাম্বা প্রচার তৌদুনা চাং-তম সুংশিনদনবা মতমদুগী সাসককারশিংনা তৌরম্বনি হায়বসি কোংদোক্লীংবা মতম কুপ্লমবনি অদুবু ঙসিদি তাপ্পা অদু ফংলে।' অথোইবী অতিথী ওইনা রাণী গায়দেল্লুনা হায়খি-বদি 'ঐগী পোক্লফম মণিপুরদা অমুক লাকচবগী থুদোংচাবা ফংজবসিগা লোয়ননা মণিপুরগী অথং অহৈশিংনা ঐগী ইবুংগী অরাম্বা য়াওখিদবা পুন্সিরোল মরীক চুম্না নৈনবীবসিদ তশেংনা সুংঙায়ৈজে অরানবা প্রচারনা কাংলুপ মশেল সুংশিনহন্দনবা হেৎনরকপা ১দি হোংনরিবসি ঐগোয়না তানথোকদব-নি' হায়র্বাসিনি সভা অসিদা পুথোক্লয়কপ বৃটিশকী অরোম্বা রেকোর্ড, অথুপ্পা চিঠি মরাম কুপ্পা নৈনখিদুনা যাদোন্নংবু প্রজানা লৌনরম্ব শক্তম অদু লাল্লি হায়বা থংনখি অমহীকস্থং ভারতকী য়াহৌ ঙনবা অথোইব-শিংগী মসু'দা অমনি হায়বসি য়ানখি। পৃং ৬ চুপ্পা ফমখিবা ফজরবা মীফম অদুদা শ্রীসিবো লায়হো (স্পীকর), প্রোঃ রোয়, প্রোঃ নন্দলাল শর্ম্মা, প্রোঃ মংথোক ; প্রোঃ মৈতীল্লুং নচিংবনা ৱা ঙাংখি। নাগালেন্দগী মরুওইবা মীওই কয়াগা লোয়ননা সভা অসিদা মণিপুরগী চাংতম মফম পুম্নমক্তগী মী লিশিং অমরোম হেন্না তিনখি। শহীদকী পুনসিরোল শিংথাদুনা শকখিবা শৈরোই ঊশৈ অদুস্থ পুক্লিং হুখি।

# কাছারদা মনিপুরী নহারোলগী মীফম

**ওক্টোবর ১৯৬৯।**

মনিপুররী নহারোলশিংগী নিংথম মীফম লাক্লিবা ওক্টোবর থাদা কাছারগী শিলচর সহরদা কয়গনি। আসাম প্রদেশ মনিপুরী য়ুথ কমীটিনচু অকনবা থৌরাং পাইখৎখে। শ্রীলাইশ্রম মেরা-চাওবা সিংহ, আসাম বীধান সভাগী মেম্বরনা চিয়ারমেন ওইদুনা রিসেপ্সন কমীটি শেমখে।

মীফম অসিদা পুথোক্লুনা নৈনগদবা হিরম কয়ামরুম থুনমক লাওথোরক্লগনি। জাতী অসিগী মপুংদা য়ুম্লোন কৈরোম্লবা রাজ্যশিং অসিগী মুংশিনবা মরী থম্লনবা হোৎনবা অমদি পুন্না হিংমীন্নবগী লম্বী কয়া কুপ্না নৈনরবা য়াই।

অকুপ্না মরোলগীদমক্তা শ্রীশেরাম রাধামুহন সিংহ, আসাম মনিপুরী য়ুথ কমীটিগী জেনেরেল সেক্রেটরী হেডঃ ওফিস—মনিপুরী লৈকাই ইট খোলাদগী থংবীয়ু।

— পানমীল —

*Edited, Printed and Published by N.K. Sanajaoba on behalf of* PANMYL *at Paradise Publishing House.* Paona Bazar, Imphal



চুরাছাবা
শেল থুমগী বাকস
থুন্তারুবা
লুপী
শুনিঙাই লৈতবা মণিপুর
এম সি এস
মণিপুরী লোন
মুখল মরুমদা
অখাপ্পদগী
খাইমী-খোঞ্জেল
সেপ্তেম্বর ২৩



ইডিটর:— এন কে, সানাজাওবা

অথৌ লিতা হেল্লা



থাম্বাং কোন্থোই লোইনবগী

পাথৌ মিংলৈ হেমোইব

পোইরৈ তা কাখিবগীং



নখোয় মার নখোয়গী

লিংন-তেনো-মীজরকে।

: মল-মুলা অমা

পান মণিপুর মুখ-লীগকী থাগী চেকোং

[illegible]

# লময়ানবা


১বা ওক্টোবর ১৯৬৯

★

অহুমশুবা চেকোং

★

ইডিটর

এন, কে, সানাজাওবা

★

সব-ইডিটর

বাই. তেজেন্দ্র

★

মেম্বরস

ও. ভোগেন্দ্র

কে. এইচ. ইবোমচা

এ বীরেন্দ্র

প্রোঃ এ. ভীরেন্দ্রকুমার

এস. প্রমোদিনি

সি. এইচ. গুনীলৈমা


পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী থা থাগী চেকোং।

## চুরাম্থাবা

মণিপুর সরকারনা 'লময়ানবগী' সম্পাদক সানাজাওববু ওস্থোক্লা মরিং-মরাংনা অমস্তুং মুপা থোক্তবা মওংদা ফাখিবা অসি মণিপুর প্রজাদা শাথিনা শিংনবনি। লময়ানবগী চেনা থুদিংমক্তা জাতি অসিগী মুংশামদগী, মীৎকী পীরাও, অয়া-অনা থাংবগী শক্তম মখি অমা মরেক শেংনা উবা ফংনরক্রে। জাতিগী অশেংবা শক্তমগী মখি উথোরক্রিবা চেকোং অসিবু শুহত্তুনা মাংহন্নবগী পীরকপা থোঙ্গাওনি হায়বসি প্রজানা অতুম্বক থংনরি। অদুবু শুদংপা, নৈহৎপা, অমস্তুং নমথেকপা করাগী শাফুনা খোঙ্গেস থোকপা ওমলুহ্রবা কাচীন কোয়াদা নাথেদুনা লৈরম্বদগী চেনকম লৈত্রবা অমদি থাংওমক্তুবা মনিপুরীশিংগী খোল্লাওনি 'লময়ানবদি।' থাংবা ওম্বগী রাংমা লাম্থোক্তুনা লাওরক্রবনি! মণিপুরী প্রজানু তুহৎপীরে হায়বসি মপী মপা শক্রবা সরকারনা ভাবিফন থোক্ল। ভাবিয়্রবস্তু থাংওম-দবগী পুক্রিং পেম্না ফম্না ফাওবদদি কপথিনি, লাওথিনি। অদুগুম্বা শুনংপীরবা থাংওমত্রবা তৌফন থংত্রবা মণিপুরী প্রজাগী পাওথোক্লোয়নি—লময়ানবদি।

তুহত্তুনা থমলিবা প্রজা অসিগী খোঙ্গেস অসি মপুং ফানা অথাকপা নৈতনা পুক্রিং পেম্না কোংদে রুবগীদমক লময়ানবা লৈখিগনি—— হিংখিগনি। মাইথুম্বী উপ্প সরকারগী চৈফু অমনা সম্পাদক সানাজাওববু সভাজগৎতা চুনরবা হাজক অমস্তুং কৈশুমশংগী শারং মথু দা লংশিন্দুনা পুন্সি মথেং তাহন-নবা হোংনরি। অদুবু চৈফুগী তেমশেংনা লময়ানবগী খোংথাং থীংবা ঙম্রয়োই। অতোপ্প খোঙ্গাও মমনস্থ অনিশুবা সম্পাদকপুস্থ জেলগী গুকা মথু দা লংশিনখিবস্থ য়ারি। অসিগুম্বা খোঙ্গাও করা লাকনি। অদুবু খোঙ্গাও থুদিংমক মাইয়োকনবা লময়ানবগী

সম্পাদক কয়া মথং মনাও নাইন কী শেমদুনা ভাইনরি। মণিপুরী খুদিংমক লময়ানবগী সম্পাদক ওইরক্কনি। ইঙ্গাতিগী অহল, লম্মন, সাইগুরু নহারোল অঙাংলোন খুদিংমক্কী অপুনবা থৌজান মৈয়াংনা লমজীং মৈয়া ওইবনিনা "লময়ানব"না অকি অমসং পোক্কবা ঝাশক ভাকপা পাও-খোল্লোয় ওইরি।

সম্পাদক সানাজাওবগী য়ুম্বু অহিং নোংয়াই মচুং পুং অনি তাবদা নোংমৈ শাগোল্লবা লানমিশিংনা লান্দাখিবা অমসুং মকু য়াচংনরবা মতমদা মহাকপু পুখিবা অসিদি ইকাই খুম্নকপ ওইরবা জর্নেলিজমগী সংসারবু মণিপুর সরকারনা ইকাইবা পীবনি অমসুং গনক্লবু শিংনবনি। ব্লেক মার্কেটির অমদি লৈবাক্কী আইনবু মরম্লাই ফুরিৎখাওদা হাপচিন্দুনা সমাজ অমা মাংহল্লবা তোৎনরিবা হুরাম্বশিংগা চেকোং অমগী সম্পাদক্কা করম্বা মওংদা অমসুং কয়া য়াম্না শেম্বা হায়বা অতুদি নামা হোয়ৎলবা কাংবুনা লীংবা সরকার অসিনা খংবা ঙমখিরোই। অসিগুম্বা চোংলম চাদবা শাজৎ অসিবু নাপ চাদ্রেবা মীওইশিংনা পাযদুনা লৈরবা সরকার অসিনা চৎলকপদা মণিপুরীশিংনা করিম্ভ ভরা থোক্কে। চংশিল্লক্লিবা কৈরেংনবা খোংজং অসিগী মরুদি প্রজাগী য়াইকনবা থবক তৌবিরি, মনিপুরবু শেংবীরি হায়দুনা লৈরিবা ওফিসারসিংনা প্রজাগী ফুরীৎখাও চল্লকপা, হাবী জাবী টং পাংক্ৰী শাংলব ইতিহাসকী অহোব চেনা অমা অনিদং 'লময়ানব'না হাংদোক্লবা অদুননি। অরোই অথম নাইররোইদ্রব মথোয়গী ইতিহাসকী লমায় অসি কুন কুপ্পা কাওবদং য়োনা লৈনরকপদা সরকার অসিনা চৎসকদোব শাজং মনিপুর প্রজানা করিগু ভকদবা লৈত্রে, তৌরকদবা পুম্নমক হান্না উরবনি। শাখিনা তমথীরবা হুইজাওশিংবু হুইগং থাংনবা হোৎনরকপদা ওইগদবা থুদোং থীবদু হান্না খংভি। অদুবু হুই অঙাওববু থাদোক্নুনা থম্বদি চুমদে। ফারগা মপুদা শিন্নগদবনি।

মণিপুর সরকারনা করিগু হালেংবা অমদি নাচুংবা তৌদনা ইংরেজ সম্রাজ্য বাদিশিংগী অহোঙবা খুজিল থৌরাঙশিং অদুগী মপাল তাঙলি। সরকারগী শিঃ আইঃদি কয়ানা 'লময়ানব'গী স্তাফ রিপোর্টরশিংগা খুতং ইম্নরি। চেকোং অসিগী ওফিসতম্ব সরকার অসিগী মরীং মরাংবা মীওই কয়ানা খুরক হাংদনা থোংদারবি—মণ্ডপ শাররী। 'লময়ানবা' লমকম ছাপা খানা কাওবদা চুরাম্বাবা কয়া মোংলরি।

চুরাম্বাবা মকক মনাও কয়া থাদোক্নুনা অয়ানবা তোকঙা শন্দোক্লবা লাক্লরি। অরাম্বা প্রচার কয়া মকম খুদিংগা লৈপুং ফম্বদা, হোটেলদা নাকোইননা শন্দোক্লি। অচৌৎ অকোম য়েংদুনা লাকথুনবা তোৎনরি। ওইদবা পরেং লেংদুনা মরাল লৈত্রবা প্রজা কয়াবু কীহল্লি, চৌংনহল্লি, মচীল মেনশিল্লবা হোংনবি। হৈশিংলবা হুরানবশিংশিনা য়ুম্বুবু হুরাম্বা তাহল্লবা হোৎনবদা থোংবাল্লাই তিনথাক, চুরাম্বাবা কয়া থাদোক্নুনা এথোইগী ওফিস, মেম্বরস, প্রেস, স্তাফ রিপোর্টরশিং ফাওবা চৌকথাগ্রনবা হোৎনরি। অদুবু মরাইবক থীবদি 'লময়ানব'না করিম্ভ নাচুংবীদে। হেম্নতম নোকশিনবীরি। চুরাম্বাবা মপীশিং মমু য়েথেক্লনবা লাইরা-তীনবা মথৈদি লময়ানবনা লোইনা পাম্নদুনা লৈবে। জাতিগী অমদি প্রজাগী য়াইফনবগীদমক লময়ানবনা লেপত্রবা থোংথাংদি অশুম্মক লোরগনি। চুরাম্বাবা তাম্বোক্লবা হোৎনবদা লময়ানবনা নিংহল্লগদবা লৈতে।

# শেল থুমগী য়াফম

চিংঙাখম পিশক

থোইদোক্লা চৈয়েৎ-খোইয়েৎনবা অচৌবা য়াফম্নি। মশিং লাকণ্ডমদবা য়াহং থল্লবা মীওই-বগী সমাজনি। য়াহং অমত্তংগী পাওথুম্না য়াফম অসিগী মপুং ফাবা পাওথুম ওইবা য়ারোই। মরমদি সমাজগী লাইনা পুম্ননক লাইকোকহন্বা ঙম্বা অমত্ত ওইবা হিদাক লৈবা হোনদে। অদুনা অসিগুম্বা য়াফম অমা ঐখোয়না পায়খৎপা তাই মাদুনা পুন্সিগী সাৱাল কয়াবু সমাধান তৌগনি থম্লবা য়াবা।

ঐখোয়গী জগৎ অসি ভৌতিক জগৎনি। চৈতন্যময় ওইবা অমনা জগৎ শী-থুংনা লৈরবস্মু ভুতকি প্রভাবনা মিকুপ খুদিং য়েরকপদা মাদুগী সমাধান তৌনবা হোৎনবতনা পুন্সি শাগৎনরি। শেৎ-চাবা, লৈনবা য়ুম, ইচা-ইশুগী শিক্ষা, লাই-নাশিংদগী কন্ননবা অসিনচিংবা য়াফম কয়াগী য়াথলতনা পুন্সি শাগৎনরি। অদুনা লন-থুমগী ফিবমতনা মী অমগী, জাতি অমগী মান-ইজ্জৎ শক্তি, পেন্দবা— অসিনচিংবগী ফিরেপ্নফম ওইরি: ভুতকী চৈফু অসি কনমন্বনা মী অয়াম্বা ধর্ম্মজ্ঞান কাওনখ্রে, নীতিজ্ঞান খোংগাউনখ্রে; পৈশিল্লগা লোইয়ে হায়বনা পুন্সিগী পান্দম্ফম ওইনখ্রে; পাম্বৈগী য়াদি অা-দা। পুকচেল শেংবনা অপংবা অচুম্বা মচৎ-চৎপনা অঙাওবা! মাসিনি হৌজিক্কি মতমগী শাজৎ।

শাজৎ অসিনদি মী কাংলুপ অমা, জাতি অমা হিংবা য়াবা হৌনদবনা ঐখোয়না করি তৌবা তাই? 'পৈশিল্লগা লোইয়ে' হায়বা অসি মীওইবগী মশাগা থাদোক্লবা য়াদবা মচত্তি নত্তে। মসি সমাজগী ওইরিবা 'ওর্ডর' না তৌদব য়াদবা মচৎ ওইনা নত্তি নত্তবা; নমশিল্লকপা মচৎনি. অদুনা সমাজগী 'ওর্ডর' ওহল্লন্দনদি মচৎ অসি কনাম্মু থা-দোক্লরোই। 'এক্সেপসন' লৈবা; অদুবু এক্সেপ-সনদি 'এক্সেপসন'নি। শাজৎ অসি তৌরুনবা লাউবা খোংবা পূম্নমক উমংদা ফাক খোংবা তাগনি। ঙাইহাক্কি 'চেক' (অপম্ব) অমা পীবদগী হেল্লোই; মতম কুইনগী ওইহন্বা থক য়ারোই।

সমাজগী অচৌবা ওল্লকপা য়াওন কয়াবু ঙাইবা ওইনা, মণিপুরী ঐখোয় থরসিগী ঙাইহাক্কি নত্রগ কুইনগী ওইনস্মু, হিংনবগী পোশ্থি পোরম থরদি পুম্না হৌজিকমক পায়থত্তবা য়াদে।

মণিপুরী ঐখোয় অসি শেলগী ফিবমলোমদগী য়েংলবদি শিরবা মাঁ কাংলুপ অমনি। ঐখোয়গী মণিপুরগী ওইবা অপূম্বা শেঙ্গাউ অসি মথুল লাখ অমা থোক্লা হোরে, শেগাইয়ে। মথুল অমমমদা য়ুরদুনা মাংখ্রি মশিং লাকঙমদবা শেল। ঐখোয়না স্মৃতিগী শিঙ্গীম্নরিবা মশিং লাকঙমদবা পোৎশিং অসিগী মমল ওইনা চৎখ্রি, চেস্থোকখ্রি শেলগী ঈচেল কয়া মণিপুরগী মপান্দা। য়াম্না লাইবা অক্কনি; ইচম-চম্বা তিনশিম্বা থাইদোকপনি। মসি থঙ্গদবা, উদবা [illegible]ণিপুরী কনা য়াউরম্মোই। অদুদি কমদোনা হিংগনি ঐখোয়দি? কেন্দ্র সরকারনা শেঙ্গাউ অসিদা তত্তুনা শেল হৈথরক্লি। অদুদা,

হেক হৈবরকপগা তম্ন' চেপ্পাকখ্রি মণিপুরগী মপান্দা ; খরুক থক্তিক্তংদি খোমজিন্না হৈয়া কাংবুনা মহাবলি মমাংদা চেংপোৎ কাক্লগা য়োংশিংনা লাক্লবগুম্না লাক্ক্লনা মখা মখাগী ওইনা লৌশিঙ্গহৌগ্নি, মাত্তুগী মপান্না মরাইকান্না সমাজদা অরাংবা থাক অমদা কাতুনা লৈরগ্নি। সাধারণ প্রজানা ভক্ক্লনা য়েংদুনা লৈরবি, ভুকথরবা তোল্লবা রা'রবা পুন্সি লেপ্পরি' অতুনদি ঐখোয়না হৌজিক তিংলিবসিদি 'বোটল-ফিডিং' স্পুন ফিডিং' নি। অঙাং মচাদা চাক ইম্বিবগুম্না ইম্বিরগা থিংলি। পাখং থক ফারক্লবোই ; ইম্বিবা তোকপা সুমিত্তা চাবা কংদত্তুনা লিবা। মাসিবু জাতি অমগী, মী কাংলুপ অমগী পুন্সি মরেন কৌবা য়াত্রা ? 'ইমার্জেন্সি কেশ' অমা থোকপদা কেন্দ্রগী দান লেপখিবা য়াই। মখোংনা লেপ্লুনা চৎপা হৈতবা কাংবুবু জাতি কৌবা য়াত্রা, কাংলুপ ১ কৌবা য়াত্রা ? অতুনা ঐখোয়না হৌজিকমক তৌগদবা অর্থ-নৈতিক আন্দোলন অমা তৌবা অসিনি। মাসিদা মণিপুরী পুম্নমক য়াওদনা য়ারোই। মরমদি মণিপুরী ঐখোয় পুম্নমক্কি লিবা চংবগী রাকম লাক্লবদা, ইয়ুম যৈ চাক্লবদা কমবা হোৎনবদা য়াওরোইদবা কনানো, য়ানিংতোইদবা কনানো ? পুম্নমক মণিপুরীনি।

মাসিদা তৌগদবদি :—(ক) মণিপুরদগী চৎথোকখ্রিবা শেলগী লম্বীশিং অসি য়াবা মথৈ থিংবা।

(খ) মপা-দগী শেল চংলক্লবা লম্বী ঙম্বা মথৈ ফাৎপা।

চাগা হেহ্লম্বা চাদিং ককথবা— মাত্রম চাওরবা মী কাংলুপ অমগী— মাসি অ;ইবা থবক নত্তে। অরাইবা থবক নত্তে হায়ত্তুনা তোকপা য়াবা থবকসু থোক্কে. মরমদি ঐখোয় অসি হিংদবা সুকয়া য়াদবনা অরুবা রাকম অসি অমুক হেন্না লুৎপ্লিবনা মতমগী ঘড়ি অসি হক্কংনা চাবি থাত্তুনা মথকলোমদা অমুক চেনথুৎহন্না ওইথোক্করবনি। অতুগী মথক্তা বিজ্ঞান্না চাওখৎলিবা অসিমসু থক্কবা য়াদে ; থাদা মীনা চৎলে। হয়েংনা মঙ্গলগ্রহদা হংচিৎনা খনি গ্রকদা শেলগী ফিবম খল্লদনা "ষ্টেণ্ডার্ড ওফ লিভিং" হেক্কৎনখিবনা, ইপোৎ অমত্তা য়াও-না 'লিভিং ষ্টেণ্ডার্ড' হাইগৎনখিবনা হৌজিক হন্তুকম্না রাগা থোক্লনি। 'গান্ধি য়ান আরগুমেণ্ট' শিজিন্নবসু, মরৈ য়েৎনবদা ঙম্মুবদি য়াই থবক ওইনদি কনানসু নাচুংবিরোই। অতুগী মথক্তা পৃথিবীগী থোংচৎকি মতুং ইন্না সভ্য জগৎকি চংনা যাদ্রবা পোত্থোকশিং ঐখোয়গী লৈবা ঙম্বগী শক্তিগী মসুংদা লৈরবদি শিজিন্নদবা য়াদবনি। মখোয় অসিনা ঐখোয়গী চাওখৎপগী লমজেন্দা খোংজেল হেক্কৎহল্লি। হৌজিক তুরেন্দা হি চৎনখিদ্রে। জীপ, কার অমদি একাগাড়ী— তোংববু তোক্লনবা পাওতাক পীরবা', ঘড়ি, ফাউণ্টেন পেন শিজিন্নদনবা রা ঙাংলবদি তেজপুরদা থুনা থারসি হায়রকনি। মাসি কাওবদা ঐখোয়না 'লক্সরি' ওইনদি মণিপুরগী মপান্দা শেল চৎহল্লিংদে !

মখাগী ইন্দষ্ট্রি লৈজদবা মী কাংলুপ অমা কৈদৌঙৈদসু হিংবা ঙম্মোই। হৌজিক ভারতকি ষ্টেট পুম্নমক মাসি খঙনা মখা মখাগী ইন্দষ্ট্রি লিংখৎনগ্রে, লিংখৎনরি। বাঙ্গালা দেশ মখাগী ইন্দষ্ট্রিনা, অচৌ অপিখক কয়ানি, থম্না লৈগ্রে। অতুগীসু মথক্তা ত্রিপুরা, আসাম, মণিপুর, উরিষ্যা

বিহার অমসুং উত্তর প্রদেশ ফাওবা মহাক্কি 'হিন্টরলেণ্ড'নি। অসুম্না ভারতকী স্টেট পুম্নমক অসিদা ইন্দষ্ট্রিশিং অথোই-অহেন শাইনা লোইনা লিংখৎনদুনা মখোং মখোংনা লেপ্প ওম্লনবা হোৎনরি।

মণিপুরগী কুটির শিল্পগী মসুংদা মরু ওইবদি খুৎনা ফি শাবনি। মাসিমু হৌজিক্কি শাথিনা শিথরে। মাদ্রাজ, পঞ্জাব অমসুং বিহারগী য়োংথুংগী ফিগা ডিজাইন্দা, ক্বালিটিদা অমদি মমলদা কম্পিটিসন্দা ঐখোয়গী ফি অসি শাখিনা ফেল ওইরে। ঙাইহাক্কগী ওইবা মচু শাংদুনা মমল-হোংনবা হোৎনকুবদগী মণিপুরগী ফি পাঙথোক্লে; কনানসু লৈনিংদ্রে। আসামদা ফি লপ্রোম্ব চৎপা কাংবুসু মাদ্রাজ অমসুং পঞ্জাবকি থিদমক হাদুনা য়োম্বদগী শেন্দ্রে হায়রি। অদুনা মাদ্রাজী, পঞ্জাবীনা মহাজন ওইরে। মণিপুরীনা কুলি ওইরি। মতম অমদা ফিশাবীতনা থাক্লম্বা মণিপুরনি; হৌজিক্কি মখুৎ ককখ্রে। মণিপুরবু মতম অমদা ভারতকি ম্যানচেস্টর কৌনরম্বনি। মাদু হৌজিক মুৎখ্রে, মাঙখ্রে।

মীগীনা 'এ-ফোরেস্টেসন' ঐখোয়গীনা 'ডিফোরেস্টেসন'। মীপীনা উ অমা থাদুনা হোৎনদ্রিবদখৈ অতোপ্পা উপাম্বী অমা য়াম্নদে। চহী ৫০ মুক্কি মমাংদা শুগ্গুম্বা খুংগী খুনজিন্দা উচান পাম্বী অমা য়াম্বদা উ মযাম মরক্তা তুশিন্দুনা চিংথোকপা রানরম্মি; হায়বদি উ অসুক্কি মতিক য়াম্না খুনজিল্লগী হৌনা হৌরম্মি। হৌজিক অমত্তুং য়ানগে হায়রবদি সুমিৎ কয়ানিমুক্কি চেংজেন পুদুনা চৎনরি; চিংথোক্লবা ইরোই কয়া পুলরি। চীংনা কোয়না লৈবা লমদম অসি শীং ফাওবা মন্দা লুপা অহুম, মরি য়ৌরক্লি। মণিপুর মুৎলবনি, মাঙলবনি। তিল্লাং হুম্বনা য়োংথনা থম্বিহৌ লৈবাকমচ অপুন্ন!

মণিপুরী ঐখোয়গী অশেংবা মচুনা শাংলগা ফনেক অমগী মমল লুপা ১৫০৲ নি; সিবা মত্রগা আই,সি.আইগী হায়বদি মপান্দগী পুরকপা মচুনা শঙলগনা লুপা ৬০, ৭০। অদুবু কনানসু মচুশিং অসি কলোম্বা য়াবগী চাং অদু য়োনা থোকহন্বা ঙমদ্রি 'রে-মেটিরিয়েল'না থম্না লৈরি। মচু হায়বা অসিতদগী জাতি অমগী অচৌবা আয়গী মরু ওইবা পোৎশক ওইনরি। সুইৎজরলেণ্ড, জর্মাণ ইংলণ্ডনা মচুতদগী চহীদা লুপা কোটি, কোটি ফংনরি। অদুবু ঐখোয়গীদ শেমগৎপিনবা লৈতবনা 'রো-মেটিরিয়েল' শিং অসি অরেম্বদা মাঙহল্লি। মণিপুর মুৎলবনি, মাঙলবনি। থম্বিহৌ নহারোল পুম্নমক!

লৌ উত্তুনা চাবা লমদম্বি হাউরগা হরাই চেংরাই অয়াম্বা মপান্দগী পুশিল্লক্কুনা চানরি। মুংথেং ঐখোয়গী হাওরবা মুগ, খেসারি, মুংশিল্লক্কি শগোলহন্নাই, মঙল। প্রোটিন য়াওবা পোৎ চাবা ফংলক্তে; মণিপুরদা চেং নত্তনা ভারতকি মকম পুম্নমক্তগী চাননবা পোৎ অয়াম্বা শরুক কয়া হেন্ন ঙাংলি। জাপানগী লম পোথাহন্দবা লেম-পানা ঙা ফংনবা পোলিসি হায়বা পোলিসি, লৈবাক হৌনা লোখত্রবদি হিংবদা রানরিবনি চত্থিবা ভারি।

# মণিপুর— খুন্তারবা অমসুং খুন্তাকুবশিং

এল. চন্দ্রমনি।

ইতিহাসকী অহনবা যুগতগী হৌরদুনা মনিং মথা তৌনা অমদি মতীক লৈনা লৈজররকবা মণিপুরী জাতিনি। মরম অদুনা মতম অদুদগী হৌরদুনা ইতিহাসকী খোংচৎ কয়াদা মণিপুরীশিং অসি মপানগী লমদা খুন্দাকুনবগী থুদোংচাবশিং অদু অদুম লৈরকই হায়বা অসি পুংচুম চুম্মী হায়না লৌবা য়াবা য়াকন অমনি। চৈং লন্দী কয়ামরুম চথোক চৎশিন তৌবদা খুদোং কয়া চাহল্লরবসু কররম্বা মতমদগীনো হায়না হংবদা তং তাবা অশেংবা অমদি অকক্রবা মমিং পীবদা অমদি চহি লেপ্পদা খরা য়ানা খোকনি।

মমিং মথা পন্দুনা থংবা য়াবা মণিপুরদা ইহান হান্না লাকখিবা মীওই অসি নাওখিখোং মহারাজগী লৈমরেন ওইরম্বী চৌংগুরেম্বী মহারানী-না ইহান হানবনি হায়বা তাই। অসি ফাওবদা লৈমরেন অসি নোংচুপলোমদগী মীওই অমনি হায়না পিরম্বা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মরম অমত্তা মণিপুর ইতিহাসনা ময়েক লানা পল্লমদে। অদু ওইরবসু মহাক্না মণিপুরদা লাকপা মতমদা মনাই মশল কয়া মরুপ্না মহাকা লোইনরক্তুনা মণি-পুরদা খুন্দাখি অদুগা মণিপুরদগী মীওই কয়ানা মপান্দা চত্তুনা খুন্দাবা হৌখিরমগনি হায়বদা চিংনদ্রিঙাই লৈতে। মতৌ অমুম্না খুমোম্বা (১২৬৩-৬৮) মহারাজগী হাকতক্তা কবো থেল্লোদা লৈবা মুপা অমনা মণিপুরী মুপী অমা লুহোংদুনা লৌখি। মহাকী মচা মশুশিং অদুনা মথং মং মণিপুরী ওইরকতুনা কবো তম্পাকী য়াংমা লান্না খুন্দাবা হৌখি। অমুম্না নিংথৌখোম্বা (১৪৩২-৬৮) মহা-রাজগী হাক্তক্তা ত্রিপুরাদগী ধর্ম্মরান হায়বা মুপা অমনা ইহান হান্না মকম অদুদগী লাক্লগা মণি-পুরদা খুন্দাবা হৌখি। মহাক্না লাকপা লন্দী অসোমদা চৎলগ মণিপুরগী মণিপুরীশিংনা ত্রিপু-রানচিংবা মপানগী লমদা খুন্দাবা হৌখিরম্ব য়াই হায়না লৌবদা থোইনা থমনিংঙাই লৈতে।

অরাংলোমদা মণিপুর অমসুং আসামগী মরী লৈনবা হৌবা অদি কনাগুম্বনদি খৃষ্টগী তরা-মাথোই শুবা শতাব্দীদগী পীনবা লাকনৈ। অদু ওইরবমকসু মমিং মথা অমদি চপ চাবা তারিখ নচিংবা পীবা হৌখিবদি কবোম্বা (১৫২৩-৪২) মহারাজগী হাকতক্তুনা অহানবনি। মরম অসিনা মপানগী মীওইনা মণিপুরদা লাক্লগা খুন্দাবা হৌ-খিবা অমদি মণিপুরগী মণিপুরীশিংনা মপান্দা খুন্দাকুবা অসি ইকুইমক কুইত্রি হায়বদা থোই-দোক্না লাম্নিংঙাই লৈতবা য়াকন্নি। অমুম্না চখ-রকপনা ইংশোক ১৯৩৬-৩৭ তা অহোমগী নিংথৌ অংদা মণিপুরী নিংঙোল থাজবা হৌখি। অদুবু অহোম ওংখিবী নিংঙোল অসিগী মমিং মথা, কনাগী মচানো অসিনচিংবা থংবা ঙম্বগী উপাই অদুদি ঙসি ফাওবগী ইতিহাসকী মচাক অমা ওইনদি পীরমদ্রে। মতৌ অমুম্না মণিপুরীশিংনা মথং মথং মপান্দা খুন্দারকপা হৌখিদুনা জয়সিংহ (১৭৬৩-৯৯) মহারাজনা পানবা মতমদদি মজা

ইথেম্মা কুরঙ্গ নয়নীবু অহোমগী নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহ (১৭৫১-১৭৬৯) দা অমদি মজা ইথেম্মা হরেশ্বরীবু ত্রিপুরাগী নিংথৌ রাজধন মনিকতা থাজদুনা মণিপুরীশিংগী অচৌবা কাংলুপশিংনা অরাং আসামগী শিবসাগর, যোরহাট অমদি ত্রিপুরাদা থুন্দাবা হৌখি। অসিদসু নত্তনা মহারাজ অসিনা গঙ্গা চংবা মতমদা মনাই মশক ময়ামগা লেংশিনখি লোইনখিবা মনাইশিং অদুনা কাছাড়, ত্রিপুরা, সিলেট অমদি নবদ্বিপতা মথং মথং থুন্দাবশু হৌখি। নোংচুপ লোমগী লম্বীদা মণিপুরদগী কাছাড় তাখিবা য়াবা লম্বী অসিনা অশুম অশুম ফগৎলকপগা লোইননা মণিপুরী কাংলুপ থরনা হিন্দু ধর্ম্মদা নোংমা-নোংমগী থরাই য়াওবা হেক্তিল্লকপা অদুক্কী মতীক ধর্ম্ম কর্ম্মদা থরাই য়াওবা মণিপুরী কাংবু কাংবুনা নবদ্বিপ, মথুরা, বৃন্দাবননচিংবা লমদা ধর্ম্মগীদমক থুন্দাবশু হৌখি।

রাম্না চাওবা মওংদা মণিপুরীশিংনা থংননা লৈবা লৈবাকশিংদা থুন্দাবা হৌখিবা অসিদি চহি তরেৎ থুস্তাকপা (১৮১৯-২৬) গী অসিনা অহানবনি। মহোশাদগী মীথা পোনবা পায়ক্তবা মণিপুরীশিংনা মশা মশাগী মনিং মথা তম্বা ভাক্লনবগীমদক আসামগী মফম অয়াম্বদা মরু ওইনা কাছাড়, সিলেট অমদি জয়ন্তিয়াগী লমদা থুন্দাবা ওইনা মতম ভাইখি। তাংথক নাইদনা ফুজিল্লক্লীবা বর্ম্মাগী লাম্মীশিংগা মাইয়োক য়াবা শুমত্রবা মথোনা লৈবা মণিপুরীশিংনা য়েক্লবগী মথুত্তা চনখিদুনা সুংশিরবা মরৈবাক থাদোক্তুনা বর্ম্মাগী মকম অয়াম্বদসু বর্ম্মীজশিংগী অনিংবগী মথা পেন্দুনা থুন্দাবা হৌখি।

চহি ৭ থুস্তাকপগী মতম অসিদদি কাছারদা থুনদাবরবা মণিপুরী মশিং অসি রাম্না রাম্বদা নত্তবা কাছাড়গী মথা থংবা শরুক অয়াম্বা চৌরজিৎ, মারজিৎ অমদি গম্ভীর সিংহ মচিন মনাও অহুম্বা দখল তৌরবা মতমনি। অসুম্না কাছারদা মণিপুরী মশিং অসি অশুগ অসুম হেন্থংলকপনা ইংশোক ১৯৩০ গী এপ্রিল তাং ২৪ দা কাছাড় নিংথৌ গোবিনচন্দ্র হাৎপগী মতাংদা চংথরকপা বিচারদা, এপ্রিল তাং ২৩, ১৮৩০ দা গোবিনচন্দ্র হাৎকদবগী মমাংগী সুমিদাংদা থুংলাই পায়বা মণিপুরী সিফাই কাংবু অমা লাক্লগা নিংথৌগী কাদা চংদুনা গোবিনচন্দ্র অমদি মাগী শাগৈ নাতৈ কয়ামরুম হাৎলম্মী অদুগা কোম্নুংবুসু মৈ থারম্মী হায়রি। কৃপারাম ব্রাহ্মণ কাছাড়ৌনা পীবা সাক্ষিদা সুস্তাবা হায়বা মমিং নামা তাংবা গোবিনচন্দ্রগী কোম্নুংদা থবক তৌবা সুপা অমনা গোবিনচন্দ্রবু হাৎপনি। হায়রি। গোবিনচন্দ্র হাৎপগী মতাং অসিদা গম্ভীর সিংহনা ইনশিন্দুনা হাৎপা ওইরবদি— মতম অদুগী মনিং মথা তম্বা কাছারদা, লান তৌনবসু লৈতনা নিংথৌ অমবু হাৎলি হায়রবসিনদি মতম অদুদা কাছাড়গী মীশিংদা মণিপুরী মশিং অসি পংতা তারমন্নবা হায়না লৌবা য়াই। কেশ অসিদা নিংথিনা থিজিনখিবা ডাঃ কিসরগী মতঙ্তি —তুলারাম অমদি অতোপ্পা কাছারগী মীওই থরনা কাছারগী নিংথৌ হাৎপদা মতেং পাংলবসু মরু ওইবা থৌবুদি মহারাজ গম্ভীর সিংহনি হায়না পিরি।

অদুগা অমুক রাকম অমনা গোবিনচন্দ্র শিরবা মতুংদা কাছাড় অসি গম্ভীর সিংহনা চহিদা লুপা ১৫০০০ কাদুনা চহি কুন লৌজগে হায়দুনা দরখাস্ত থাবা মতমদা য়ানিংবা অমসুং য়ানিংদবা

কাংবু অনি থোক্তুনা, ভারতকী গবর্ণর জেনেরেলস্থু য়ানিংঙব কাংবুগী মকোক লেম্বয়তোনগী থোইনশিন্দগী মওং অদু য়াখিরমদে।

অমবু ওইরবস্থু, অমবু ওইরবস্থু, মরু ওইবা রাকমদি মতম অদুগী কাছারদা মণিপুরীশিংগী কয়াগী মতিক্ত পাঙ্গল লৈরম্বগে হায়বসি খঙ-নিংঙাই ওইবা রাকম অমা ওইনা লৈরি।

---

হৌজিক/হৌজিককী রাকম

# নুপী— মণিপুর অমস্থুং ভারত

ক্ষেত্রিময়ুম বিমলা।

মণিপুরী নুপী হায়রগা ঐখোয়না মণিপুরী নুপীশিংগী মখোনা, মরোশিং অমদি অথাং কনবা তন্তুনা শিংশিংহল্লি। শা লান্দা থৌবী, লাইনিং পরৈ চেৎপী, অথাং কনবী চানবী হৈবী, লৈবাক্কী থৌ পুবদা মতৌক চপ চাবী মপুরোইবা নিংবী মণিপুরগী নুপীশিংনি।

ভারতকী থৌনা কবীশিংগী মনুংদা রাণী দুর্গাবতী, রাণী লক্ষ্মীবাই মমিং পনবা য়াই। রাণী দুর্গাবতীনা মপুরোইবা নোঙ্গ্রবদ মরৈবাকপু কয়া থৌনা ফনা ঙাকখ্রবা! য়েক্লবগী মায়োক্তা থৌনা কনা লেপখিবী রাণীনি। অরোইবা লানফমদা মায়পাকপগী থুদম উরকত্রবদা য়েক্লবনা কাপ্ত্রিঙৈদা মতোমডা থাংনা থীন্দুনা শিজখি। মাসিনা রাণীগী মরৈবাকপু কয়া য়াম্না নুংশিবা হায়বা অদু উৎলি।

অমুক য়েংসি রাণী লক্ষ্মীবাই। ভারতবর্ষগী নীংতম্বগী লালকমদা অহানবা মায়োক য়াখিবদি রাণী লক্ষ্মীবাইনি। কায়দনা পুন্সি শাংনা লেনগদবদগী ঙাইহাক তোগদবা তৌরম্বা হায়বসিনা রাণীগী অরেম্বা রাশকনি। ইং লোক ১৮৫৭ কী সিকাই লালহৌদা রাণীনা লুচিংদুনা ব্রিটিশ সরকারগী মথক্তা লানহৌখি। মহাক্কী মখোনা মরোশিং ভারতকী নুপীশিংগী মরক্তা অতাংবনি। ভারতকী ইতিহাসতা মুৎলরোয়দবা মিংচৎ থনম্লগা রাণী কল্লিগী লানফমদা, মায়থিবা ফংখি

অসিগুম্বা নুপীশিং ঐখোইগী মণিপুরদস্থু পোকখিদবা নত্তে। থুদম ওইনা হায়রবদা মহারাণী লিম্বোইওম্বী মণিপুরী নুপীশিংগী চাওথোকচনিঙাইনি, লৌশিংদা, সিংজেন্দা, থোনাদা, লৈবাক্কী থৌ পুবদা য়েংলে শোয়দবী মণিপুরীগী তাংনা পোক্লবী মমোমনি মহারাজ নিংথৌখোম্বানা লৈম লিম্বোইওম্বীদা লৈবাক শিন্নরমলগা অক্লা লালহৌবশিংগা লানথেংনবা চংখ্রে। খুদোংচাবা অসি লৌদুনা লালহৌবশিংনা লান্দারক্রে। অহিং অথেংবদা ক'ল' লালহৌবনা কোয়সিনখ্রে। লৈমা

* সেপ্তেম্বর থাদা কমথিবা প.ন মণিপুরী য়ুথ লীগকী নুপী মিফম''দা পাখোক্তুনা নৈনখ্রবা চেয়োল।

ওথোক পুৎবানে। অদুবু মাগী মরোম্শিং মথোনা পুথোরক্লে। ফিংথৌ থোনবম শাফুনা লান্দারক্লিবা কাংবুশিং অদুগী লৈত লাইরু অমদি মাখোয়না লাব-পাংবা লাক্কবগী মরম হুনরক্লে। অক্লা লালহৌবগী নিংথৌনা ইকায়খাং ওইনা ঐনাই ঐথোয় বা থোয়রে হায়না হকৎচরকই। চাক জৈশিং চা থকপা লোইরবপদা হিদাকমনা পিরম্বনা লালহৌবশিং অদুবু কৈতুমশংদা থমখি। মহারাণী লিহোইৎখী কয়াদা লেমজ-বিতাই ওইরবী মণিপুরী চমুবো! অসিদম্ব নত্তনা মহাক্লা নিংথৌ লৈত্তবা মতমদা মথোনা, মরোম্শিং পুথোকতুনা মণিপুরবু য়েক্কবগী মথুত্তগী কনখি।

মণিপুরী নুপীশিংগী পুকচেল চাওবা, চানবী হৈবা অমম্বুং মীয়ুংশি খংবদা মণিপুর নিংথৌ মচানুপী আসামগী রাণী কুরঙ্গ নয়নীনা ময়েক লানা উৎলি। রাণীগী মপুরোইবা রাজেশ্বর সিংহবু মরাখা থোকপা মোহনমালানা হু পিজদুনা হাৎখি। মোহনমালানা মনাওনুপা লক্ষ্মীশিংবু হাৎকে তৌরকলখদা মন্ত্রী বরবরুয়ানা মোহনমালাগী মতুক কক্লে হায়না খাং খাঙ্খৎলকই। মতম অদুদা কুরঙ্গ নয়নীনা মোহনমালাগী মথরায় কনবিখি। অমুম তৌদুনা রাণী কুরঙ্গ নয়নীনা মরোম্শিংনা য়েক্কবা মোহনমালাবু ঊনায় লায়না মায়থিবা পীখি। য়েক্কবা মোহনমালানা মণিপুর নিংথৌ মচানুপী রাণী কুরঙ্গ নয়নীগী পুকচেল চাওববু শক খোঙ্দুনা চৎখি।

ঐথোয়না মীরাবাইগী মফিং পল্লকপদা মণিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মচা ইবেন্দা শিজ লাইরোইবী নিংশিংই। মপাবুংনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী ওইথংবদা লেপহন্দুনা শ্রীমতি রাধিকাগী শকতম লোইনখিবা মুদিংতগী গোবিন্দবু মপুরোইবমক্লি হায়না খনজখি। মপুন্সি চুপ্পা মবুত্তোগী লেবাদা তৌদুনা লেবজখি।

মথক মতৌ কনবদা মপুরোইবা নিংবদম্ব মণিপুরী নুপীশিংনা ভারতকী মকম অতৈগী নুপীশিংদগী তাবা নত্তে। ভারতকী মনুংদা পদ্মীনি শক কনবদা কাওহন্দী। মহাকী মরমগীদমক মপুরোইবা ভীম সিংহগা আলাউদ্দিনগা অকনবা লানথেংনবা ভারম্মী। মপুরোইবনা আলাউদ্দিনগী মখুৎতা মায়থিরবদা মতোমতা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিজখি। মতৌ অদুগুম্না মণিপুরগী মোইরাং থোইবীগী মরমদা লৈথাক রাথোক কয়া ওইখি। মহাকপু মপুরোইবগী চাংয়েংদা মক্লোমতা খাংনা থিন্দুনা শিজখি। সতী কন্যানা মপুরোইবগী মথরাইগীদমক অহিং অথেংবদা হীদাক থীবা চৎখি। কন্দ্রবা কুম্মুদনা কনা পামজদুনম্ব কন্যাবু কংবা ঙমখিদে। মসিনা মণিপুর নুপীশিংগী মপুরোইবা নিংবগী লংলবা থুদম অমনি।

মথক্তা হায়ম্লিবশিং অসিনা নিংথৌ পাম্লিবৈ মতমদা তোমখিন ওইনা ভানখিবী ভাক্তনি। ময়ামগী ওইনা হৌজিকী মতমগী ওইনা খরবস্ব মণিপুর নুপীনা অতৈ লমগী নুপীশিংদগী মথোনাদা মরোম্শিংদা পংনোপ নোম্না নত্তে। শম্না হায়রবদা য়ুমদগী মপান থোক্কনা শুবা নোম্না হায়বসি অতৈ লমগী নুপীশিংগী মরক্তা কয়া চৎনদে। অদুবু মণিপুর নুপীশিংদি মাসিনা তোপ তোম্না মগুণ অমনি। মপান থোক্কনা কৈথেল কাদুনা মচা মরা থাকপা হায়বসি মণিপুর নুপীগী

মপুন্সিগী থোদাং অমনি। হৌজিকী মতমদদি থর থরদি হন্দ্রকলে হায়ববু মরামগী ওইনদি য়াম্বা কয়া চৎনরিবা নিয়ম মথল অমনি মপু-রোইবা নৌনা কায়নরবস্ত মণিপুর মুপী অমসা মচাশিংবু শেমগৎপা ইমুং মনুংগী থবক অমদি মপানগী হীরম কয়ামুক্তা মীগী মীথা পোন্দনব হোৎনৈ।

থাইনদি মণিপুরদা মুপীশিংনা লাইরিক তম্বা হায়বদি কয়া চৎনরমদে। অতুবু হৌজিক্কি মপা মমানা মচানুপীশিংবু ইমুংদা থমনিংঙকত্রে। মপান থোক্তুনা লাইরিক তম্বা হায়বসি য়াম্বা কয়া চৎনরক্কি। মতৌ অমুম্না মণিপুরদা মুপী লাই-রিক হৈবীশিংগী মশিং বোংমা বোংমগী হেন-গৎলকপি। অদুবু রাজনীতিগী মরমদদি মণিপুর মুপীশিংসি থম্ম শোৎথনা উই। মরম অতৈদদি মুপীমা রাজনীতিগী মরমদস্ত অচোবা থৌদাং লৌবা য়ারকপি। খুদম ওইনা ভারতকী প্রধান মন্ত্রী মুপীনি। মতমগী মতুং ইন্না মণিপুরদস্ত মথৌনা কবী, মরৌশিং নৈবী মুপী কয়া থোংথোকরক্কনি হায়বসি থাক্কে।

মনিপুরী মুপীশিংগী তৌরেংকী মরমদা অমুক থররদি। ঐখোয়গী লায়া চৎনরকপিবা পুরুপ পুমা পাংকনা ইকশিনবা হায়বসি য়েংবদস্ত মুক্তাইতে অমুক্তা হকচাংমচু থবক তৌনিংবা য়াৎকি। নৌনা চৎনরকপিবা পাঙ্গী তৌইন হায়রম্বিনা য়েংবদা ঙমবা অমদি শিং শিং লাওবা ওইনা হেক্কি। অয়াম্বা লাইরিক হৈবীসিংগী মনুংদদি অকোন বগী কী মইন মওং অসি চৎনরকলে। মতমগী মতুং ইন্না হোগৎলকলিবা নহারোনশিংনস্ত হায়-রিবা কীইন মথক অসি পামদে। কীইন মওং অসি মতম অতৈদা চৎনরকলিবা ছাড়ীগা থোরনা থেমবা নৈতে।

অরোয়বদা মনিপুরী মুপী মথা নানবা তরু তরুনা নৈবা পামজবীনি। ভারতকী অতৈ মুপীশিংগা য়েংনবদা মনিপুরী মুপীনা মথা নানবা চমনা ফজবা হেন্নি।

মতমগী মতুং ইন্না ঐখোয়গী মুপীশিংস্ত ইমুং মনুংগী থবক্তা নত্তনা, নৈবাক লাকপগী মরমদস্ত অচোবা থৌদাং য়ারক্কনি হায়বদি ঐখোইগী আশানি।

# থবক শুফম অমসুং মনিপুর

মাইস্নাম ইবোতোন

মনিপুরগী থবক শুকম-চৎকমগী রাকম নৈনবা হায়বদি নৈবাক অসিদা নৈবা মী কয়ানা করি করি থবক তৌদুনা পুন্সি লেল্লিবা, থৌমিশিংনা মানা মানা পায়মিবা শিনকম অদুদা চহি চুপপা থবক শুনিগুণ্ডাই নৈরিবরা নত্রগা মতিক চানা থবক শুকম নৈতবদগী অয়াম্বা মতমদা পোথাক্তুনা নৈথো কপা তাবরা, থবক পায়রিবা মীওইশিংগী মতিক চাবা আয় লাকপরা, মী কয়ানা থবক ফংদত্তুনা

লৈরিবা অমসুং মতৌ করম তৌরগা থবক কংনবা মীওইদা থবক ফংহনবা য়াগদগে অমসুং য়াংনা শুরিবা মীওইশিংদা মপুংফানা থবক পীবা ঙমগদগে হায়রবা য়াফম থর অসি নৈনফম থোকই।

## নৈনরিবা হিরমগী মওং

মীওইবন পায়রিবা শিনফম পুম্নমক অসি চাউরাক্লা কাওলুপ অহুম থোক্লা থায়দোকপা য়াই অহানবা মথলগী শীনফম, অনিশুবা মথলগী শিন ফম অমসুং অহুমশুবা মথলগী শিনফম অহানবা মথলগী শিনফম হায়রগা মহোশা লাইরেম্বীগা নক্লবা শিনফম হায়বদি লৌউবা, শা-শন য়োকপা শীং চনবা, ঙাফাবনচিংবা থঙনৈ, খুৎশা হৈবগী থবক অমসুং মাদুগা মান্নবা শিনফমবু অনিশুবা মথলগী শিনফম কৌই, অদুগা লল্লোন-ইতিক তৌবা, য়ুমথাবা, সরকারগী থবক অমসুং অতৈ পব্লিক সার্ভিস এথোয় অসি অহুমশুবা মথলগী শিনফমগী মমুং চল্লি। হৌখিবা চহি থরা অসিদা মনিপুরদা লৈবা মী কয়া কয়ানা মথল অহুম অসিগী থবক তৌবগে হায়রবা অদু মথাগী টেবল অসিদা উৎলি

অহানবা টেবল— শিনফমগী মতুংইন্না মনিপুরগী থৌমীশিং য়েন্থোকপা

| শিনফম | শোক ১৯৫১ | | শোক ১৯৬০-৬১ | | শোক ১৯৬৫-৬৬ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | থৌমী মশীং '০০০ | অপুনবা থৌমী মশীংগী % | থৌমী মশীং '০০০ | অপুনবা থৌমী মশীংগী % | থৌমী মশীং '০০০ | অপুনবা থৌমী মশীং % |
| অহানবা শিনফম | ১৯৭ | ৬৬.১ | ২১৮ | ৬১.৪ | ২৩৫ | ৫৮.৯ |
| অনিশুবা „ | ৭০ | ২৩.৫ | ৭৮ | ২২.০ | ৮৪ | ২১.১ |
| অহুমশুবা „ | ৩১ | ১০.৪ | ৫৯ | ১৬.৬ | ৮০ | ২০.০ |
| অপুনবা | ২৯৮ | ১০০.০ | ৩৩৫ | ১০০.০ | ৩৯৯ | ১০০.০ |

লৌফম— মনিপুর সরকারগী ষ্টেটিক্স ডিপার্টমেণ্ট

মথক্কী টেবল অসিদগী উবা ফংলে মাদুদি লৌউবনা মনিপুরগী প্রজাশিংগী থবাইদগী চাউবা শিনফমনি। ইং শোক ১৯৫১, ১৯৬০-৬১ অমসুং ১৯৬৫-৬৬ তা মথংশিংনা মনিপুরগী থৌমীশিংগী চামদা ৬৬.১ ৬১.৪ অমসুং ৫৮.৯ না লৌউবা অমসুং মাদুগা নক্লবা (শা-শন য়োকপনচিংবা) থবক তৌরম্মি। লৌউবগী মথংদা থবাইদগী চাউবা শিনফমদি খুৎশা হৈবগী থবকনি। লৈবাক অসিগী থৌমিগী ½ য়োম্না খুৎ-শা হৈবগী থবক তৌদুনা পাল্লি। অদুগা অহুমশুবা মথলগী শিন ফমদা মনিপুরগী থবক শুবা মীশিংগী চামদা ১০ দগী ২০ কাওবা থবক তৌই। টেবল অসিদগী থঙবা য়াবা মরুওইবা য়াফম অমনা অহানবা শিন ফমদা থবক তৌবা থৌমীগী শরুক অসি থরা

থনা হন্দ্রকই, অদুগা অহমশুবা মথক্কী শিনক মদা থবক তৌবা মীগী মখোংনা অন্নব অনৌব হেনগৎলকই। মাসি অফবা ইচেল (চেঙ) অমনি। তৌইশুবনুং অফবা ইচেল অমিগা লোয়নবা নুঙাইতবা ইচেল অমত্তু টেবল অমিদগী উবা ফংই। মাদুদি অনিশুবা শিনকক হায়বদি খুৎশা হৈবগী থবক তৌরিবা থৌরিগা শরুক অমি হেনগৎপগী মতম্দা থরা থরা হন্দ্রকই।

মতৌ অমুম্না তোঙান তোঙানবা শিনকম্বা থবক তৌরিবা থৌমীশিংগী শরুক অসি থরা থরা ওন্থোক ওনশিন তৌরবম্ তসি কাও বদা, মনিপুর অসি মরুওইবা লৌউবা লৈবাক্কি অমম্নুং লৌউবগী থবক চাওখৎপনা লৈবাক অসি গী চাওখৎপগী থোঙবাং থুংগৎহনবদা অচৌবা থৌদাং য়ারি। তৌইশুবনুং লৈবাক অসিদা লৈরিবা প্রজাশিংদা শুকম-চৎকম মতিক চানা পীবা, ভারবদি লৌউবতমক চাওখৎলগা ওইবা য়াদে। লৌউবগা লোয়নবা খুৎশা হৈবগী থবক অমম্নুং অহমশুবা মথক্কী শিনকমশিংসু চাওখৎ হনবা তাই। অওইবমক হৌজিক লৌউবগী থবক তৌরিবা মী থনা, খুৎশা হৈবগী থবক, লমোন ইতিক, সরকারগী থবক অমম্নুং অতৈ পব্লিক সার্ভিসশিংদা পুশিনবা ওন্নবতদা লৈবাক অসি চাওখৎহনবা অমম্নুং মকম অসিগী প্রজাশিংদা মতিক চানা থবক শুকম চৎকম পীবা ওমগনি।

হৌজিক মনিপুরদা লৈরিবা থবক শুকমগী ফিবম (এমপ্লোইমেন্ট) অসি থরা হেন্না থক্ত জিনবা ভারবদি অহানবা, অনিশুবা অমম্নুং অহুম শুবা মথক্ক শিনকমদা লৈরিবা থবকী মওং অদু থরা মুম্ন কেংশিনবা তাই। অহানবদা লৌউবগী থবক অসি লৌথক্লি।

থবক্কী মরোমা মনিপুরগী লৌমীশিংনা ভারতকী মকম অতৈগী লৌমীশিংদগী হেন্না ফিভম কয়থক্লে হায়না থনবা য়াবা মরম কয়ামুক লৈ। অহানবদা, মশাগী লৌ লৈতবা লৌমীগা শরুক মনিপুরদনা ভারতকী মকম অতৈগী হেল্লি। অনি শুবদা লৌউবগা লোয়নবা মথা ওইনা তৌবা য়াবা থবক পাম্বা লৌমীগী শরুকসু মনিপুর দনা ভারতকী মকম অতৈগী হেল্লি। অহুম শুবদা, লৌগা পাথোক্লবদা লৌ উনবা শল মশীং মনিপুরদনা ভারতকী মকম অতৈদগী হেল্লি। মরি শুবদা মনিপুরদা থোক্লিবা ফৌগী চাথোক অসি ভারতকী অতোন্না মফমদা থোক্লিবা চাথোক অদু দগী তাবা নত্তে। তৌইশুবনুং মনিপুরগী লৌমী শিংনা ভারতকী মকম অতৈদা লৈবা লৌমীশিং দগী হেন্না ফিবম ফজনবগী মরমসু লৈতবা নত্তে। খুদম ওইনা হায়রবদা মনিপুরগী লৌউবা ইমুং অমনা চারিবা লৌগী চাং অসি গড়দা পাবদা ভারত লুপ্পমকী গড়দগী পিকই। এগ্রিকলচরেল লেবর ইংকুওয়ায়রীগী রিপোর্ট মতুং ইন্না মনিপুর গী লৌউবা ইমুং অমনা চাবা লৌগী চাং অসি ইং শোক ১৯৫১ দা একর ২৮ তা ওইরম্মি। চহি অসিমক্তদা ভারত পুম্নমকী ওইনা লৌউবা ইমুং অমনা লৌ একর ৭'৫ চারম্মি। মনিপুর দা লৈরিবা ফেমিলি হোলডিংশিংগী চামদা ৫০'১ দি পরী অমা অমম্নুং মাদুগী মখাদা লৈ, ৩৯'৩ বা পরী অমদগী অনিকাওবগী মনুংদা লৈ। মরম অসিনা মনিপুরগী অমাম্বা লৌউবা ইমুংনা লৌ ওক্সবা উবা ফংদে। অদুগী মথক্তা লৌ উবগী মতম্ ভেনবা মরম্না থবক লৈতহনা ফমজনা

জেমবা লোমীগী মতম অসি মণিপুরদনা হৌরা
লাংই । গভূদা পাবদা মণিপুরগী লোমীশিংনা
চহি অমগী মনুংদা পুমিং ১২০ নি থবক তৌনি
ঙাই লৈত্তে, ভারতকী ওইনদি পুমিং ৪৪ তনি।
মসিগী মথক্তা মণিপুরদা লৌউবদগী থৌকপা
পোৎকী মমল অসি কাহেন্না অকা অদুম তৌথ
দগী মনিপুরগী লোমীশিংনা মখোয়না থোকহ-
ঙ্ববা পোৎ অদু অচাবা মমলদা য়োনবা ঙমদে।
মরম পুম্নমক অসিনা লোমীগী অয়াকপা লেন অসি
মনিপুরদনা ভারতকী লায়রবে হায়রিবা অসাম
ত্রিপুরানচিংবা মকমগী লোমীশিংগীদগী য়াম্না তাই।

লৌউবগী থবক্তা তৌবগুম্ন খুৎশা হৌবগী
থবক্তসু মনিপুরগী শিনমীশিংনা চহি চুপ্পা থবক
শুনিংঙাই লৈত্তে । খুদম ওইনা হায়রবদা মনি
পুরগী খরাইদগী হেন্না মী য়াম্না থবক পিরিবা
শিল্প—য়োংথমদা কিশাবা অসি চহিচুপপা নীং
থিনা চথবা ঙমদে । অদুগী মথক্তা লং অমসুং
ফিদী কারবার অসি মপান্দগী লাকপা তমথি-
রবা মী থরতগী মখুত্তা লৈবা মরম্না মখোয়না
নীংবা মতুংইন্না লংগী মমল হেনহনবা অদুগা ফিগী
মমলনা হজুহনবা মরম্না ফি শাবীশিংগী শেন্দোং
ইংকং ক্ৎংদে। অওইথমক, কিশাবা হায়বা অসি
থবক অতৈ তৌনিংঙাই লৈতবদগী তৌবা থবক
ওইরক্রে । ফেক্টরিদা থবক শুরিবা শিনমীশিং
গী মশাসু অসি মত্তায় । মনিপুরগী সরকারগী
ষ্টেটিষ্টিক্স ডিপার্টমেন্টনা শোক ১৯৬১ দা তৌবা
সার্ভে অমগী মতুংইন্না, চহি অমদা থবক তৌবা
পুমিং মনীং থাউগী ফিলদা ২৪৩, চেংগী মিলদা
২৫৮ অমসুং খোরায় থারকম মিলদদা ২৮২ ওই
রম্মি । ফেক্টরিশিং অসিদা নোংমাইজিং ছুটি
অমাবনা লৈবদে, অদুবু মৈ ক্ৎংদবদগী চয়োল
খুদিংগী পুমিং থরদি থবক লেপপা তাই । অকং
বা লেলগী থোংদগী য়েংলবসু মনিপুরগী শিন্মী
শিংগী কিবম করিসু কন্নকনিংঙাই ওইদে । ইং
লোক ১৯৬১ দা মনিপুরগী ফেক্টরী রার্কর
অমগী চহিগী আয় লুপা ৫৪৮ তমর্ক ওইরম্মি।
হায়রিবা অসিমক্তদা অসাম, বেঙ্গল অমসুং ত্রিপু
রাগী ফেক্টরী রার্কারশিংগী আয়দি মথংশিংনা
লুপা ১,৩১০, ১,৪১৭ অমসুং ১,৫১৩ ওইরম্মি।
হায়রিবা অসিনা ভাকপদি মনিপুরগী শিন্মীশিং
না মনাক নকপা লমদা লৈবা শিন্মীশিংদগী
য়াম্না হেন্না লাইরে ।

অহুমশুবা মথক্তগী শিনকমদা থবক তৌ
রিবা মীশিংগী কিবম অমুক য়েংলসি । ঐখোয়
না মথক্তী টেবল অমদা উপ্রে মাদুদি মনিপুর
গী শিনকম মথক্তা অহুম অসিগী মনুংদা অহুম
শুবা শিনকম্না খরাইদগী হেন্না পিকই । হায়
বদি খরাইদগী হেন্না মীশীং য়ামদনা থবক পী।
ইংশোক ১৯৫১ দদি অহুমশুবা মথক্তগী শিনকম
শিংগী মনুংদা মীশীং খরাইদগী হেন্না থবক পীবা
শীনকমদি পল্লোন ইতিক্তী থবক ওইরম্মি, মাসিগী
মথংদা পব্লিক সার্ভিস লৈরম্মি । চহি অসিদা
শিনকম অনি অসিদা মথংশিংনা মী ১৯,০০০
অমসুং ৬,০০০ থবক তৌরম্মি । তৌইগুম্বসুং
ইংশোক ১৯৬৫-৬৬ তদি পব্লিক সার্ভিসনা টার
সিয়ারী সেক্টরগী খরাইদগী চাউবা শীনকম ওই
রবে। পল্লোন ইতিক্তী থবক্তা অনিশুবা ওইরে।
হায়রিবা চহি অসিদা শীনকম-অনি অসিদা মথং
শিংদা মী ৩৪,০০০ অমসুং ২৬,০০০ থবক ফংল
মই । অতোপপা রাকম অমনা টারসিয়ারী

সেক্তরনা থবাইদগী পিকপা সেক্তর ওইরবত্তে থৌ-মী অমমমনা কংবা শেলফংগী থোঙ্গলগী স্নেংলব দি অহুমশুবা মথলগী শিনফম অসিনা থবাইদগী কান্নবা শিনফমনি। সেক্তর্গ অহুম অসিদা থবক তৌবা এজক্তেজ রার্কর অমগী চহিগী আয় মখাগী টেবল অসিদা পীরি।'

অনিশুবা টেবল— থবক মথল অহুম অসিদা থৌমী অমমমনা ফংবা শেলফং চাংদমবা

| শিনফম মথল | ১৯৬০-৬১ | ১৯৬৫-৬৬ |
|---|---|---|
| | থৌমী অমগী চহিগী আয় (চৎলিবা মমলদা) | থৌমী অমগী চহিগী আয় (চৎলিবা মমলদা) |
| অহানবা শিনফম | লুপা ২৬০ | লুপা ৩৮৮ |
| অনিশুবা শিনফম | লুপা ৩৮৫ | লুপা ৩৫৫ |
| অহুমশুবা শিনফম | লুপা ১০৪৪ | লুপা ৯৬৩ |

ফংফম— মণিপুর সরকারগী স্টেটিষ্টিক্স ডিপার্টমেণ্ট

মথক্কী টেবল অসিদা শেংনা উরে মাহুদি অহুমশুবা মথলগী শিনফমগী থৌমী অমগী আয়না অহানবা অমসুং অনিশুবা মথলগী শিনফমশিংগী থৌমী অমগী আয়গী শরুক অনিদগী হেল্লি। তৌইগুম্বসুং মসি মনিপুরগী টারসিয়ারী সেক্তর অসি য়াম্না চাওখৎতুনা তৌবা নত্তে। ইংখোক ১৯৬৪ গী মার্চ ফাওবদা মনিপুর সরকারগী থবক তৌবা মী চামগী মনুংদা ৮৯'৬৭ তি থাদা তলব লুপা ১৫০ অমসুং মসিগী মখাদা ফংলম্মি। হায়বদি মনিপুরদা লৈবা তলব চাবা মী অয়াম্বা লায়রবনি। অদুবু লৈবাক অসিগী লৌমী,শিন্মী শিংনা লায়রমনবা মরম্না অপিকপা তলব চাবা থৌমীশিং অসি রাৎত পাদবা মী ওইনা উরে। অসিগুম্বা পিরুচয় অসিনা মনিপুরগী লায়রবগী চাং তাকই।

লায়রবতা নত্তনা মণিপুর সরকারগী থবক তৌবা মী কয়াগী সার্ভিস সিক্যুরিটি লৈত্রে। রার্কচার্জদ অমসুং কোন্তিজেন্সি-পেইদ রার্করশিংগী থাদি থন্নু থমখো, মরুওইবা ওফিসার কয়ামুক্কী পোষ্ট রিগুলরাইজ তৌবিদফনা করম্বা মতমদা থবক তোকদগে হায়না কিনবগী পাউ এখোরনা তত্তনা অরি।

য়াম্না শম্না হাফম্বদা মণিপুরগী লৌমীশিংনা উননবা লৌ ওক্রনবা ফংদবগী পাক্লম থোক্লা নোংফম লৈতে, শিন্মীশিংনা নোংমগী চরা অনিদং কংননবা নোংফম লৈত্তে, অমসুং সরকারগী থবক

তৌবশিংদা কয়া কুইনা থবক তৌবা ফংবিদ-বা হায়বা অরেপ্পা থশুবা গুমদে। মাশিংনি হৌজিক ওইরিবা মণিপুরগী থবক্কী ফিবম।

অদুবু ফরবস্থ ফজ্রবস্থ থবক অমমম লৈররিবা কাংবু অসিগীদি কবু কয়ে। থবক ইকং ফংদবা মী লৌশিং কয়াস্থ লৈবাক অসিদা লৈরি। হৌজিক মণিপুরদা থবক শুবা ফংদবা মী (অন-এমপ্লোইমেণ্ট পারসন) কয়া হায়বা অদু অমুক ঙেংলসি।

অহানবা চহি মশাগী যোজনাগী অরোইবদা মণিপুরদা থবক ফংদবা মীশিং ৩১,০০০ ওইরম্বা মাই হায়না নেশনেল কাউন্সিল ওফ এপ্লাইদ ইকোনোমিক রিসর্চনা তৌবা ইষ্টিমেট অসি নত্তনা মণিপুরগী ওইব অনএমপ্লোইমেণ্টগী ইষ্টিমেট অমত তৌদ্রি। অদুবু মণিপুরগী ষ্টেটিষ্টিক্স ডিপার্টমেন্টনা ইষ্টিমেট তৌবা মার্কর মশীং অমস্থং ইংশোক ১৯৫১ অমস্থং ১৯৬১ গী থানা শুমারীগী রিপোর্টনা য়ুম্ফম ওইরগা মণিপুরদা লৈবা থবক ফংদবা মীগী মশীং মখাগী টেবল অসিদা পীরি।

অহুমশুবা টেবল— মণিপুরদা লৈবা থবক শুবা ফংদবা মীগী মশীং পাবা; ১৯৫১-১৯৬৬।

| চহি কুমজা | থবক শুবা শুবা চহিগী (১৫-৬৪) মীশিং '০০০ | যৌমী মশীং '০০০ | থবক তৌদবা মীশিং '০০০ | থবক ফংদবা মীশিং '০০০ |
|---|---|---|---|---|
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ |
| ১৯৫১ | ৩২২.৫ | ২৯৮ | ২৪.৫ | ১৮.৩ |
| ১৯৬১ | ৪১৮.১ | ৩৫৫ | ৬৩.১ | ৪৭.৩ |
| ১৯৬৬ | ৪৯০ | ৩৯৯ | ৯১ | [illegible] |

নোটস— ১। মথক্কী টেবলগী কলমগী শোক ১৯৫১ অমস্থং ১৯৬১ গী ফিগরশিং অসি মথংশিংদা ইংশোক ১৯৫১ অমস্থং ১৯৬১ গী সেন্সসতা থীবা মীশিংগী ১০% সেম্পল লৌরগা ইষ্টিমেট তৌবনি; অদুনা শোক ১৯৬৬ কীনা প্লানিং কমিসননা সেন্সস ফিগরশিং অসিদগী প্রোজেক্ট তৌবনি।

২। অহুমশুবা কলমদা লৈরিবা ফিগরশিং অসিনা শোক ১৯৫১ অমস্থং ১৯৬১ গী সেন্সস রিপোর্টদা য়ুম্ফম ওইরগা মণিপুরগী ষ্টেটিষ্টিক্স ডিপার্টমেণ্টনা ইষ্টিমেট তৌবনি।

৩। মরিশুবা কলমদা লৈরিবা ফিগরশিং অসি কলম ২ গী ফিগরশিংদগী কলম ৩ গী ফিগরশিং থাইদোকপগী কলনি।

৪। মঙাশুবা কলমদা লৈরিবা কিগরশিং অসি ময়িশুবা কলমদা লৈরিবা কিগরশিংগী ৭০% লোয়গা পাবনি। ৭৫% লোৎগা মরমদি থবক তৌদবা মীশিংগী ২১% সি ছাত্র, অনা-অয়েক, খোঙতেক – মিতাংবা ওইনা লৌবা য়াই, অদু ভইরদি ৭৫% থবক শুবদি ঙম্বা, থবক্তি কংদবা মীনি হায়না লৌবা য়াই।

# মণিপুরী লোনগী দবা

এস. কেয়ামী

করিগুম্বা লৈপাক অমনা মীথা পোল্লবস্থ সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিদি মীথা পোন্দবস্থ লৈ। মণিপুরনা বৃটিশকী মীথা পোন্দুনা লৈরিঙৈগী ইতিহাস হঙ্গৎনা থীরুবা তারবদি মণিপুরী লোল অসিবুদি কজনা ইকাইথুম্বনা চৎলম্মী হায়বসি থেংনৈ। মণিপুরগা ব্রিটিশনা লোই চনশিনগ্রবা ভারতকা মরী লৈনবা অসি তাক্কক অনিথোক্লা থাইবা য়াই—১৮৯১ গী মমাং মতুং।

১৮৯১ গী মমাংগী ফিভম:—চহী (১৮৯১) অসিগী মমাংদা মণিপুরদা পোলিতিকেল এজেন্ট অমা লৈজরবস্থ মতমদুদদি মণিপুর অসি ব্রিটিশকী মথা পোল্লমদে। নিংথৌগা মরুপ মপাং ওইনা লৈবগী মরী তনি লৈনরম্বা। মতম অদুদা মণিপুরগী কোন্নুংদা পোলিতিকেল এজেন্ট লৈবগুম্বা ঐখোয়গীস্থ ব্রিটিশনা লোইচল্লবা ভারতকী কোন্নুং ওইরিবা কলিকাতাদা ব্রিটিশশিংগী অঙম অথৌ মরক্তা মণিপুরগী মেজরগুম্বা অমা, অমনা মণিপুরগীদমক এজেন্ট লৈ। মসি অমরোমদা হৌজিক্কী মতমদা য়ানরবা লৈবাক অনিগী মরক্তা মীহুৎ (এম্বেসেদায়) থাবগুম্বনি। ইহান্ন হায়বা মণিপুরদা লৈবা পোলিতিকেল এজেন্টতি মিঃ গোর্ডোননি। মহারাজ চন্দ্রকির্তিনা লোঙ্গাগ্রবদা কলিকাতাদা লৈবা মেজর গুলাব সিংহনা সিমলাদঃ লৈবা ফোরেন সেক্রেতারীদা থাবা টেলিগ্রাম নম্বর ৮১১ তাং ২৮ মে, ১৮৮৬ তা মহারাজ সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরে হায়না পল্লিবসিনা, নিংথৌ কাপ্পগী য়াথং লৌবা র্বা য়াওদবনা মনিং তমলম্মী হায়বা তাক্লি। মণিপুরগী চৌং অমসুং তমগী অমনা ওইনা চৎনরবা অমসুং চৎনরীবা লোন অসিনা ব্রিটিশকা মরী লৈনবা পৌশিংদা চৎনরম্মী হায়বসি—মহারাজ সুরচন্দ্রনা ব্রিটিশ সরকারদা থাবা চে অমদি যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা স্পেশিয়েল কোর্টনা থাবা চেশিং অদুনা লেংকল্রবা সাক্ষী অমা ওইনা লৈরি।

১৮৯১ গী ব্রিটিশনা লাল ঙম্লদুনা মণিপুরবু চহী অসিমক্তদা মখোয়গী খুদুম মথাদা থম্বা হৌখী। মহারাজ স্যার চুড়াচান্দ সিংহনা চহি নৌবদগী ১৮৯১ দগী ১৯০৭ তা ইংরেজনা লৈবাক্ত ঙাকপগী থবক পায়শিল্লী। অদুবু মহারাজনা চহী মতাং চারবদা ১৯০৭ তা মণিপুর ষ্টেট দরবার লিংখৎলুনা মহারাজদা লৈবাকী রায়েল থৌদাগী ভার পুম্বা শিন্নরে। মতাং অসিদা নিংশিংবদা মুংঙাইবা অমসা হৌজিক্কী লিংখৎলবা মতম অসিদা মমারোলবু থওইনা তৌদবা অসিগা মতম অদুগী লৈরম্বা কীরেপ অদুগা চাংদমদুনা য়েংবা য়াই।

মুতম অদুগী মণিপুরীশিংদি মমারোনবু মীরৈবাক্তা য়োম্বোক্লমদে। মজাতিগী ইজৎ তাক্না লৈরম্মী। হৌজিক্কী মপু ওইরবা মন্ত্রীশিংগা মতমদুগী মীথা পোল্লবা নিংথৌগা কনানা হেন্না মীনাই ওইবগে হায়বসি খল্লবদা য়াম্না মুংডাইবা য়াকম অমনি।

মতম অদুগী চৎনবীদা মণিপুরগী কোর্ট খুদিংদা মণিপুরী লোন্না দরখাস্ত থাবা য়াই। য়াথেন বীচার তৌবগী য়াই ইবদা মণিপুরী লোন্না ইরম্মী, অদুনা মণিপুরদা ওফিসার ওইরবা নত্রগা য়াথেন থৌদা তৌবা মণিপুরী মচা নত্তবমখৈ মণিপুরী লোন তম্বা তায়, হৈবা তায়, নত্রবদি য়াদে। দরবারদা থন্নবা য়ারম খুদিংমক মণিপুরী লোন অমদি ইংরাজি লোল অনীমক্তা ইদুনা থল্লম্মী। হৌজিক্কী ইংরেজতদা থম্বা মওং অসি চৎনরমদে। ইংশোক ১৯৩১ এপ্রিল তাং ১৫ দগী ১৯৩৩ ইং কাওবদা থা খুদিংগী ফোংলম্বা "দি মণিপুর ষ্টেট গেজেত" অসি মণিপুরী অমস্তুং ইংলিস লোন অনীমক্তা ই। ১৯৩৫ ইংদা ফোংবা লামায় ১৩ পানবা ফুলস্কেপ সাইজদা "মণিপুর ষ্টেট পুনেনবগী পথাপ" অসি মণিপুরী লোন্দা ই। অদুগা অতোপ্পা অমা ইংলিশতস্তু ফোঙজি। লৌরুংশং, চৈরাপ পথপ্ৰ্যদা-দরখাস্ত থাবদা মণিপুরী লোন্দা ইদুনা থারম্মী। চৈরাপকী জজশিংনা য়ায়স্তু মণিপুরী লোন্দা তাবা য়াই। ষ্টেট কোনষ্টিট্যুশন এক্ট ১৯৪৭ কী সেক্সন ৫৮ শুবদা কোর্ট লেঙ্গোইজ মণিপুরী নত্রগা ইংলিসনা ওইগনি হায়না ইরি।

নিংতম্লবা ভারততা মণিপুরী লোনগী ফিভম;—
১৯৪৭, আগষ্ট তাং ১৫ দা ইনোং ইথা তম্রে হায়না লৌরবা ভারতক্তা, মণিপুরস্তু অক্টোবর তাং ১৫, ১৯৪৯ দা ভারত্তা মণিপুরগী শাসনগী ভার পুম্নমক শীন্নরে। মতুংদগী অসিদগী মণিপুরী মচাশিংগী খিং থাং লাওবা মপাঙ্গল পুম্নমক মাঙখ্রবা হায়বা অসি মীপুম খুদি মক্তা থম্নরী। মণিপুরী লোল অসি মণিপুরগী কোর্টতা চৎনবা য়াবা লোন অমা ওইনস্তু শিংথানবিখিত্রে। ভারতকী লোন ওই-রবনি হায়দুনা খঙৎলবা লোল ১৭ লৈরিবা ৮ শুবা সেড্যুল অদুদস্তু চনবীত্রে। সাহিত্য একা-দেমীদস্তু য়াওহনদ্রে। কোর্টতা, ওফিসতা মণিপুরী লোননা দরখাস্ত থাবা ঙংবীত্রে। আফিস অমস্তুং কোর্টশিংদা লৈবা সরকারগী রেকোর্ড পুম্নমক ইংলিশনা লোইনা তৌখ্রে। য়া ঙাঙনবস্তু ইংলিশতা ঙাঙনয়ে। মণিপুরদ ওফিসকী, কোর্টকী থবক তৌবা লাকপা ময়া অমতস্তু মণিপুরী লোন তম্বগী য়া লৈতে। ব্রিটিশকী মীনাই ওইরিঙৈদা লৈরম্বা লোনগী মনাং তম্বদু হৌজিক্তি মুক্রে লৈত্রে হায়না হায়বা য়াই। মসিগী মরম খিবা তারবদি মজাতিবু য়াঙহনবা পাম্লিবা মণিপুরী লাইরিক হৈবা ওফিসারশিংগা ব্রিটিশকী মীনাই ওইবগী মনম কোকখ্রবা ময়াং ওফিসারশিং অসি-গনা মাংহনবনি হায়গসি এখোয় পুম্নমকনা উরবা অমস্তুং খংলবা য়াকম ডাক্তুনি। শক্তি পায়রিবা মণিপুরগী মন্ত্রিশিং অসিনস্তু মজাতিগী য়াথল থন্দবনা মসিবু পুখৎপা ঙমত্রি। মণিপুরী লোন অসি নোংমা নোংমগী লুপথখ্রে। মজাতিবু মুং-শিত্রবদি, মশাগী পুন্সিদা, মশাগী ঈ তোংদা থোখাদবনি অমস্তুং মশাবু মাংহনজবনি হায়বসি মণিপুরগী থবক পুবিরিবশিংনা খঙকম থোকপনি। মনিপুরী ওইনা পোক্রবদি মণিপুরী হায়বা জাতি, মণিপুরী ওইবগী পুন্সি অমদি মণিপুরী লোন্দগী

নাম্মোকপা লুগনি। অদুনা ঐখোয়না ইজাতিবু খোশাত্রবদি ইজাতিগী পুন্সিবু খোশাদবনি। ঐখোয়না কাওরোইদবদি, ঐখোয়গী পুন্সিগী শরুক খুদিংমক মণিপুরগী উফুন মথক্তা মণিপুরী লোনগী খোম্মোক খুদিংমক্তা, হৌগদৌরিবনি। য়াম্না ইংবা ঈশিং কাওবা মৈদা লোল্লবদি শারকই হায়বা রাকমসি ঐখোয়না কাওবা চুমদে। হৌজিক্কী পাল্লিবা সরকারসিভনা, মণিপুরগী লোনবু নমথুনবা হোৎনবনি, ব্রিটিশ কাংবুদি ইতো তৌরমদে।

অদুগা মণিপুরী মচাশিংনা ময়ারোলবু ব্যাবহার তৌবা অমদি সুংশিবা অসিমসু অশুকপনি। বেঙ্গলদা বাংলা মচাশিংনা নত্রগা ভারতকী অতৈ লমশিংদা লৈরিবা কাংবুশিংশিনা, অনৌবা লাকপা মীশিংদা মখোয়গী ময়োল তশীনবা হোৎনৈ অদুগা মায়স্থ অতুম মপাকই, অগুবু ঐখোয়গীদি কদায়—হোটেলদা, খোবীদা, ওফিসায়শিংদা ঐখোয়না হেন্না ময়াংলোনশিং হৈ হায়না উৎননবা শারুম্মসি ঐখোয়না তৌদবনা কৈ।

## "এগ্রং সিং এসং অমস্তুং মসিগী পেন্দবা"

এলাংবম দোলেন এডভোকেট

**অশাম্বা মওংদা**

মনিপুর "সিভিল সার্ভিস রুলস ১৯৬৫" হায়বর্শি ভারত সরকারনা মনিপুরগীদমক্তা ওইনা হায়গত্রা য়াম্নদি মুম্না খন্নবিরগী শেম্বিখিবগী মওংদি মানবা অকক্লবা সর্ভিসশিংগী পরিং পথাপ থম্বনি। হায়রিবা রুলসশিং অসি পার্ট (শরুক) ১০ খোক্লা থীয়দোকই অমস্তুং পুম্না রুলস ৩৫ লোয়মনা এপেণ্ডিক্স অনি অমস্তু (ওয়ান এণ্ড টু) য়াওরি। অদুগা রুলসশিং অসিগী রুল নং ৩ শুবদা অসিমস্থু লৈয়রি মতুদি মনিপুর সিভিল সার্ভিস অসি গ্রেড অনি থোক্লা লৈগনি—(১) গ্রেড ওয়ান (সেলেক্সন গ্রেড) অমস্তুং (২) গ্রেড টু হায়বনা। গ্রেড ওয়ানগী থবকশিং ক্লাস ওয়ানগী গেজেটেড পোষ্টস ওইবতা নত্তনা সেন্ট্রেল সিভিল পোষ্টস ওইগনি। অমুম্না গ্রেড টুগী পোস্টশিং অসিসু ক্লাস টু গেজেটেড পোষ্টস ওইবগা লোয়ননা সেন্ট্রেল সিভিল পোষ্টস ওইনা লৈগনি। অদুনাদি মখিংতদা এগ্রং সিং এসং হায়রবসু সেন্ট্রেল সিভিল সার্ভিস হায়বগা করিগুম্বা খেন্নগদবগী মরম লৈতে।

**থর্বাক্কি মওংনা**

রুলশিং অসিগী রুল নং ৫ শুবদা পিথগী মতুংইন্না, মতম মতমগী ওইনা পার্মেনেন্ট পোষ্টস তাংলকপশিং অদুগী চামগী মসুংদা য়াথোকদি (ফিপটি পার্সেন্ট) ডাইরেক্ট রিক্রুইট তা (মপান্দগী লৌরগা) হাপকনি অদুগা লেমহৌরিবা ফিপটি পার্সেণ্ট অদুনা রিক্রুইটমেণ্ট বাই সেলেক্সন হায়দুনা "খন্নরগা" মসুংদগী লৌরগা হাপকনি। অদুনদি কনাগুম্বা মীওইনা অমনা, এগ্রং সিং এসং অসি কংবা তারগনি মথক্কি মওং অনি অসিগী মসুংদগী

য়ামদা অত্তুম কংবা তাবনি।

## মপান্দগী লৌবগী মতাংদা

ডাইরেক্ট রিক্রুইটমেন্টকি মতাংদা অসিদি রুলশিং অসিগী পার্ট ফোরগী শরুকতা পুরক্লি, রুল নং ৬, ৭, ৮, ৯, ১০, ১১ অমসুং ১২ শুরদা কুপ্না পল্লি। অহানবা থোইদোক হেন্দোক্লা সুংগাইরবা মওংদি রুলসশিং অসিগী রুল নং ৬ শুবদা পিরিবা "ময়ামগী তাবরবা পরীক্ষা" (কম্পিটিটিভ একজামিনেসন) অসি, মণিপুরগী এডমিনিস্ট্রেটরনা ইউনিয়ন পব্লিক সার্ভিস কমিশনগা তাবরগা লৌবগী মতাংদনি হায়বা য়াই। লৌগদোরিবা এম: সি: এস: পরীক্ষা অদুগী মতম অমসুং মতম চিংবা পুন্নমকসু ইউনিয়ন পব্লিক সার্ভিস কমিশননা লেপকনি। পরীক্ষা য়াওরদা মীওই অমবা চংদবা য়াদবা মগুণ পুন্নমক অদুসু হায়রিবা কমিশন অসিগা তাবরগা মণিপুরগী এডমিনিস্ট্রেটরনা লেপক্লদবনি। অদুগা রুলশিং অসিগী রুল নং ৭ শুবদা অসিমসু হায়রি করিগুম্বা মণিপুরগী এডমিনিষ্ট্রেটরনা লৌগদোরিবা পরীক্ষাগী মওংশিং অদু মথক্কি কমিশন অসিনা লেপত্রিবা কাওরদি, কমিশন অসিনা লৌবা মেন্ত্রেল সর্ভিস ক্লাস বান/টুগী অপুনবা পরীক্ষা অদুবা এম: সি: এস: তা রিক্রুইট লৌরগী তাবরা পুরীক্ষাসু ওইগনি। কনাগুম্বা পরীক্ষ য়াওনিংবা মীওই অমনা পরীক্ষ য়াওবা য়াবা নত্রগা য়াদরগী মতাংদ কমিশনগী রাজেপ্পা অরোইবা রারেপ ওইগনি হায়না রুল নং ৮ শুবদা অসিমসু পল্লি। অদুগা হায়রিবা কমিশন অসিনা মণিপুরগী এডমিনিষ্ট্রেটরদা, মপ্পোইবা পাম্বা চাং য়োত্তুনা পরীক্ষাদা মাইপাক্লবা মীওইশিং অদুগী অক-কত্তা মকোক মথক্তা মতুংইন্না শেমরা "লিষ্ট" (মিংপরেং) অমা পিথকদবনি হায়নসু রুল নং ৯ শুবদা হায়রি। সেন্ত্রাল কাষ্ট অমসুং সেন্ত্রাল ত্রাইবকি ওইরিবি অথবা চাং অমগী মথাদা রিক্রুইট তৌ-বগী রাকমসু পল্লি। কনাগুম্বা রাখমগী নত্রগা রুকছাংগী লাইরা লৈরা মীওই ওইরগসু অমুক এম: সি: এস: ওইনা থবক হাপ্পা য়াত্রি হায়নসু রুল নং ১০ শুবদা য়াওরি। অদুগা অমুক মথক্কি রুল নং ৯ শুবদা য়াওরিবা কমিশনগী "লিষ্ট" পিথকপগী মতাংদসু কনাগুম্বা লিষ্ট-তা য়াওরবা মীওই ওইরগসু অমুক মণিপুরগী এডমিনিষ্ট্রেটরনা পেন্দবা মীশক ওইরগদি য়ারোই হায়নসু রুল নং ১১ শুবদা য়াওরি। মথক্কি রুলশিং অসিগী মতুংইন্না, অমসুং রুল নং ৯ শুবদা পিবা লিষ্টকি মতুংচনবা মীওই অমা ওইরগনি, অক-কত্তগী মতুংইন্না এম: সি: এস: ওইনা থবক হাপ্পকনি হায়বা অমসু রুল নং ১২ শুবদা হায়রি।

## মতুংদগী লৌবগী মতাংদা

রিক্রুইটমেন্ট ব্লাই সেলেক্সন হায়দুনা মতুংগী অফিসারশিংগী মরক্তগী থবরগা লৌবগী মতাংদা রুল নং ১৩ শুবদা পিরগী মতুংইন্না "সেলেক্সন কমিটি" অমা লৈগনি হায়রি অদুগা মথাগী মী-ওইশিং অসিনা মথংমিৎনা হায়রিবা কমিটি অদুগী চেয়ারমেন অমসুং মেম্বরস ওইগনি—

(১) ইউনিয়ন পব্লিক সার্ভিস কমিশনগী চেয়ারমেন নত্রগা মেম্বর অমনা

(২) মিনিষ্ট্রি অফ হোম অফেয়ার্সগী ডিপুটি সেক্রেটারীগী রেঙ্কতগী তাদবা মীওই অমা অমসুং

(৩) মণিপুর গভর্নমেন্টকি চীফ সেক্রেটারী।

অদুগা মতুংদগী লৌবগী মতাংদদি করম্বা অফিসারশিংদগী থবরগ সেলেক্সনগী য়াওহন্দুনা

লেমহৌবা কিপটি পার্সেণ্টকি পোষ্টশিং হাপ্পগী মতাং রুল নং ৫ (১) (বি) দা পীরি। অমসুং ওফিসার মজংপগী মওং অমসুং ওফিসারশিংগী লৈগদবা মওং অমসুং ওফিসারশিংগী লৈগদবা মগুনচিংবা অদুদি রুল নং ১৪ শুবদা পল্লি। রুল নং ৫ (১) (বি) দা পীরিবা ওফিসারশিংদুদি :—

(১) মণিপুরদা এম: ডি: সি: ওইনা হাপ্পা থবক তৌরক্লবা মীওই ; (২) রুলশিং অসিগী সেড্যুল টুদা পিরিবা থবক্কী মীওইশিং হায়বদি—ব্লোক ডিভেলোপমেণ্ট ওফিসার (জুনিয়র); ইডিটর এণ্ড এসিষ্টেণ্ট পব্লিসিটি ওফিসার ; টেক্নিকেল এসিষ্টেণ্ট (ষ্টেট ট্রেডিং ওর্গেনাইজেসন); ইন্সপেক্টর ওফ টেক্সেসন , ইন্সপেক্টর ওফ কো-ওপরেটিভ সোসাইটিজ ; এক্সটেন্সন ওফিসার (ডিভেলোপমেণ্ট ডিপার্টমেণ্ট) অমসুং এক্সটেন্সন ওফিসার (ইন্দস্ট্রিজ ডিপার্টমেণ্ট অমসুং (৩) এম: সি: এস: রুলশিং অসি অহানবা লৈরকপগী মতাংদ মণিপুরগী এডমিনিষ্ট্রেটরনা রুল নং ১৭ শুবদা এম: সি: এস: ওইনা হাপ্পিবা মওংগী সেড্যুল থ্রীদা পিরিবা ওফিসারশিং—সেক্রেটারী টু দি এডমিনিষ্ট্রেটর; মেজিষ্ট্রেট ক্লাস থ্রী ; টেক্সেসন ওফিসার; ট্রেজারি ওফিসার , সিভিল সাপ্লাই এণ্ড ষ্টেট ট্রেডিং ওফিসার ; এসিষ্টেণ্ট ডিভেলোপমেণ্ট কমিশনর ; ইলেক্সন ওফিসার ; চীফ ফিসরী ওফিসার ; এডমিনিষ্ট্রেটিভ ওফিসার ; (সিভিল হোসপিটাল); রেজিষ্ট্রার, কো-ওপরেটিভ সোসাইটিজ ; ডাইরেক্টর ওফ ইন্দস্ট্রিজ; পাঞ্চায়ট ওফিসার ; ডিপুটি সেটলমেণ্ট ওফিসার ; এমপ্লোইমেণ্ট একচেঞ্জ ওফিসার ; পব্লিসিটি ওফিসার ; জেনেরেল মেনেজর মণিপুর ষ্টেট ট্রান্সপোর্ট ; সেক্রেটারী ট্রান্সপোর্ট ওথোরিটি ; সুপরিণ্টেণ্ডেণ্ট প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনারী ; অন্দর সেক্রেটারী ; ব্লোক ডিভেলপমেণ্ট ওফিসার (সেনিয়র) ; রেজিষ্টার যুদিসিয়েল কমিশনারস কোর্ট ; সিভিল সপ্লাই ওফিসার কম -সিভিল ডিফেন্স ওফিসার লোয়নবা ডিপুটেসনগী ট্রেনিংগী অমসুং ছুটিগী রিজার্ভতা লৈবা ওফিসারশিং অসিনি। হায়রিবা ওফিসারশিংসি হায়রী। যামদ্রবদা চহি ২দগী তাদনা থবক তৌরকপা মীওই সু ওইগদবনি হায়না রুল নং ১৪ শুবদা রুল নং ১৪ শুবদা পিবনী মতুংইন্না হায়রিবা কমিটি অসিনা এম: সি: এস: ওইনা থম্নবা য়ারবা রিকমেণ্ড তৌরবা ওফিসারশিংগী লিষ্ট অমা শেমগনি। অমসুং থাক্লেশেংনা হাংলিবা থবক্কি মশিংসু হাপকনি। লিষ্ট-তা য়াওননবা থম্নবগী মতাংদা কয়ামকুইনা থবক তৌরক্লবা হায়ব মিৎয়েং অদুগী মথাদা, থবক্তা চানগদবা অমসুং হৈ শিংবা মগুন অদুনা য়ুম্ফম ওইরগা কমিটিনা থম্নগনি হায়রী। অসুম্না থম্নবদা য়াওরবা মীওইশিংগী লিস্ট মমিংশিং অদু অক-কক্ত মগুনগী মতুংইন্না শিন্দোক্লগা লিষ্ট অদু মণিপুরগী এডমিনিষ্ট্রেটরদা থাগৎকনি। অদুগা কন্নিগুম্না ইউনিয়ন পব্লিক সার্ভিস কমিশনগা তান্নবা দরকার ওইবা মতাং লাক্লগদি, মণিপুরগী এডমিনিষ্ট্রেটরনা অমুক মথক্তা রুল নং ১৪ দা শেমথ্রিবা লিষ্ট অদু কমিশনদা অমুক থাগৎকদবনি নত্রগা কমিটিগী চেয়ারমেন্না কমিশনদা খণ্ডহন্নিংবগী মওং লাক্লগদি দরকার ওইবা রেকর্ডশিংগা লোয়ননা কমিশনদা থাগৎকদবনি হায়বশিংসু রুল নং ১৫ শুবদা পল্লি। কন্নিগুম্না কমিশন্না এডমিনিষ্ট্রেটরদগী ফংবা লিষ্ট-তা হোংদোক-হোংজিন দরকার লৈ হায়না থম্নবদি, কমিশন্না এডমিনিষ্ট্রেটরদা মখোয়না

থাম্বা মওংশিং অহু খঙহনগদবনি। অসুম্না রুল নং ২১ শুবগী মতুংইন্না, রুল নং ৫ নত্রগা ১৭ কি "গ্রেড টুগী" পোষ্টকি মীওইশিংনা চহি অনিদি "ওন প্রোবেশন্দা" লৈগদবনি। অদুবু মণিপুরগী এডমিনিষ্ট্রেটরগী শক্তি মতুংইন্না হায়রিবা মতম অসি হেন্নহনবা নত্রগা তাথহনবা য়াই। অদুগা সেলেক্সন গ্রেডতা লাকপা তারগদি য়াম্নত্রবদা চহি ১২ গ্রেড টুগী সার্ভিসতা লৈয়রুপা মীওই অমা ওইগদবনি। অমসুং মদুসু ইউনিয়ন পব্লিক সার্ভিস কমিশনগা তায়রগা, মেরিটকি অমসুং সেনিয়রিটিগী মতুংইন্না লেপকদবনি হায়রি।

## পেন্দবা বাফম

ইতিহাসকি লমাই হাংদোকলুবদা বাফম অসিমদি নিংশিংদবা ওমদে— "মণিপুর মর্জর এগ্রিমেন্ট"। এগ্রিমেন্ট অসিগী আর্টিকল ৮ শুবগী ক্লোজ ৩ শুবদা অসুম্না হিরি—

The Government of India also undertake to make suitable provisions for the employment of Manipuris in the various branches of public services, and in every way encourage Manipuris to join them" অসুম্না বাফম অসিমদি কাওথোকপিবা চুমদে মদুদি মণিপুরী মচাশিংবু সরকারগী থবক্তা হেন্না থবক পিনবগীদমক্তা মতিক চাবা থবক্কি মওং শিনবিবা হায়বসি। অদুবু মমিংতা ওইনা এম: সি: এস: কুম্বনা কদায় য়োনা মণিপুরীশিংগী খুদোংচাবা ওইরিবনো হায়বদুদি খনবদা য়াবা থোকই। মরমদি এম: সি: এস: কি "কম্পিটিটিভ একজামিনেশন" ভারতকি মকম পুম্নমক্কি ওইবা মীওইগীনু তান্নবা পরীক্ষা ওইবনা মশানা মণিপুরীশিংগী খুদোংচাবা য়াংলি। অদুগীনু মথক্তা মণিপুরীশিংদা হেন্না খুদোংচাবা পিনবগী মওং অমত্তসু হায়রিবা মণিপুর সিভিল সার্ভিস রুলস, ১৯৬৫ অসিগী রুল অমত্তদসু থেংনবা লৈতে। থম্না হায়রবদা এম: সি: এস: রুলস, ১৯৬৫ হায়রবসি ইউনিয়ন পব্লিক সার্ভিস কমিশন্না লৌবা ওল ইণ্ডিয়া কম্পিটিটিভ একজামিনেশন অতৈদগী থোইদোক্লা থেন্নরা লৈতবা, সেন্ট্রেল সিভিল সার্ভিস মথল অমা পুথোক্নবগীদমক্তা শেম্বা থবক্কি নিয়ম পরিং অমনি হায়বা য়াই।

অদুগা সেক্রেটরী কাওবগী কেদরদা এম: সি: এস: না য়াম্নত্রবদা পার্সেন্টেজ খরদি (পোষ্টকি ফিপ্তি পার্সেন্ট) ওইকম থোকই। সেকেণ্ড ক্লাস পোষ্টকিদমক ওইনা এম: সি: এস: থম্বিকম থোক্কে। ওল ইণ্ডিয়াগী সেন্ট্রেল সিভিল পোষ্টকিদমক্তদা আই: এ: এস: কেদরগী মীওইনা সেক্রেটারীগী রেঙ্কতা থম্বীবা তারগসু, সেক্রেটারীগী পোষ্টশিংগী ফিপ্তি পার্সেন্টতি এম:সি:এস: তগী থলহন্নীংই।

এম: সি: এস: রুলস, ১৯৬৫ গী এপেণ্ডিক্সবান্দা পিবগী মতুংইন্না সেংসণ্ড ওফিসারশিংগী মশিং ডিপুটেশনগী, ট্রেনিংগী করিগী য়াওরগা পুম্না ৫১ ওইরম্মনি অদুবু এম: সি: এ: (এমেণ্ডমেন্ট) রুলস, ১৯৬৫ গী মতুংইন্না অমুক সেংসণ্ড ওফিসারশিংগী মশিং ৪২ দা হন্থত্রে। অদুবু ডিপুটেশনগী রিজার্বকি পার্সেন্টেজ; লিভকি পার্সেন্টেজ অমসুং ট্রেনিংগী পার্সেন্টেজদি হায়গী রুলসতা য়াওবগুম্না সেংসণ্ড ওফিসারশিংগী

টেন পার্সেন্ট (১০%) অদুম ওইরি। থোইদোক্লা পাম্লিবাদি সেংজংও ওফিসার মশিং হেনহংদুনা ডিপুটেশনগী রিজার্ভ কর্কথংলু হায়বগী বাকি মখনি।

অদুগা মথং মথংগী ওইনা লাক্লিবা এমেণ্ড-মেণ্টশিংদা পেন্দবা কয়াম্ভ লৈবনি। অম্না হায়রবদা এম: সি: এস: রুলস ১৯৬৫ গী রুল নং ৩০ শুবদা সেলেক্সন গ্রেডতা থবক হাপ্লদা; কনাগুম্বা ওফিসার অমনা গ্রেড টুগী পোস্টতা চহি ১২ য়ামদ্রবদা লৈরগা য়ারম্ব্দু এম; সি; এস; (এমেণ্ডমেণ্ট) রুলস, ১৯৬৬ কি মতুংইন্নদি অমুক গ্রেড টুগী পোস্টতা চহি ২০ য়ামদ্রবদা থবক তৌদ্রব্বা মীওই হায়গ্রে। হায়নগী চহি ১২ অদু কাওবদা চহি ১০ দা ওন্থোকপা পাম্নবগী মতাং থৌয়বদা মরম লৈতবা চহি ২০ দা হায়গদবিবা থোইদোক্লা খাংবদা য়াদবা ওমদে। অম্বিবা শাক-পদি মণিপুরীশিংগী চান্স কয়ামরম্ম মাংহনবা ওয়াকলগী য়াথম পোয়দনা লাক্লনি।

এম; সি; এস; কি সেলেক্সন কমিটিদা য়াম-য়াহনা মণিপুরী অমদি খোঙদনা রিপ্রেজেন্ট তৌকম থোকপনা, থাজেশংবদি সেক্সন কমিটিগী ওয়ারা পেন্দবা মরম লৈবদি-অমনা তারে। তৌবগীদি চীফ সেক্রেটারীস্থ করিম্ম মণিপুরীশিংস্থ ওইবদি য়াই হায়ববু হৌজিক্কি ওইবা য়াকমদদি নিংবা থুংদে।

## অরোইবদা

হৌজিক্কি ওইরিবা মওংদা এম; সি; এস; মজাংদা রেনেরেল পব্লিক্লা পেন্দবা কয়াকয়া লৈরে হায়বথিমদি তশেংবনি। এম; সি; এস; থনবদা "মণিপুরী সোভিল" মথক মীয়কায় ওই-হনদবনি; মণিপুরদা ট্রেনিং পিরগা মওংদা, মপান্দগী ওফিসার কয়া কয়া পুন্সিন্নবগী পো-লিসি লেপ্না ভারতগী থোইদোক্লা মশিং য়ামজ্রবা উপজাতি অসিগী মিংবা কাইবগী মথক ওইগনি। তশেংবদি এম; সি; এস; কুপ্না পোস্টকিদনবুর্দি মণিপুর গভর্ণমেন্টনা ফুল রেসপোনসিবিলিটি লৌ-কম থৌরিদনি। অদুনা য়াম্রবদা য়াম্না থুনমক ওসি হয়েংগী য়াকম লৈতনা মণিপুরদা এম; সি; এস; কি ওইনা "সার্ভিস সেলেক্সন কমিটি" অমা শেম্বীবা দরকার ওইরে। মদুদা "মণিপুরী লেজ্জেইস" কম্পঙসরী ওইনা থম্বা হায়বশিংস্থ থোইলোকপা মওং অমা ওইহনবা হায়বসিনি। হায়রিবা কমিটি অদুনা সেন্টরগী থোইদোকপা মতেং য়াওদনা, ক্লাস টু কাওবগী ওফিসার হাপ চেনদা থোইদোক্লা নিংবা থু গনি থল্লি। অদুগা হৌজিক্কি লৈরিবা এম; সি; এস; কি মওংশিদদি মণিপুরীশিংগী পেন্নদবা নোংম নোংমগী হেজংলকপা তারকপনা থোইদোক্লা মণিপুর সরকারদতা নত্তনা ভারত সরকারদস্থ প্রজাগী থোল্লাও লাকপদা ততনা কাইচিনবা ওইরনি। থুনমক এম; সি; এস; রুলস; ১৯৬৫ হায়বসি হোথোকখিবা পায়ে।

---

# য়ুথল্ল মরুমদা

—থেজ্রা।

য়ুথল হায়দোকচরে। চিফ কমিশনার বালেশ্বর অমসুং মাগী মুপী উমাগী হাবীজাবীগী উজার মেলা অসি থ্রাইনা উবিরগনি। মতৈ মনাওগী হাবীজাবীগী অহানবা মেলা অদু উৎপদা লুপা লিশিং অমা চামাপন য়াম্থে চংঙি। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী নমথাক অমসুং মিনম শুরীগী অনিশুবা মেলা অদু শান্নবদা লুপা লিশিং নিফুমরি হেন্না চংখি। মতৈ মনাওগী হাবীজাবীগী নমথিন্নবা অমম অসিনা এগী খুৎ অসি নিকহল্লি। মরম অসিনা মতৈ মনাওগী মিংগী মমাংদা শ্রী নত্রগা শ্রীমতি হাপ্পগী থবক অসি লুপা লিশিং অমা চামাপন য়াম্থেগী হাবীজাবী।

বালেশ্বরগী মুপী উমানা রিভোলবার অমগী মরেম্মা ওইনিংলম্মি। মহাক্না বালেশ্বরদা দরখাস্ত থারে। তাং.১০ আগষ্ট, ১৯৬৭ ইংনি উমাগী লাইবক্তা থম্বালু শাৎপা মুমিংনি। মুমিং অসিদা বালেশ্বরনা উমাদা রিভোলবার অমা থম্বা য়াবগী লাইসেনস অমা পীরতা নত্তনা মশানো উমাদা রিভোলবার অমগু পীবিরে।

উমাগী রিভোলবার অসিগী অথুপ্প ম্বারি লৈ। মসিগী নম্বরদি ৩৫১৯৬ নি। মসি এস, এণ্ড ডব্লিউ এল, ব্রেষ্টর্ণ কোম্পানীনা শাদিরবনি। মসি মমা ইবেম্মা মহারাণী ঈশ্বরী দেবীগী মবুং কোরনেল নির শমলের অমসুং মপা ইবুংঙো মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা মরী লৈনৈ। ইং ১৯৪৩ দা, পৃথিবীগী অনিশুবা লান্নাওগী মৈরক্তা কোরনেল অসিনা মণিপুরদা নেপালগী বাগি বহাদুর রেজিমেণ্টকী লুচিংবা ওইনা লৈরিঙৈদা, মহাক্না রিভোলবার অসি মপা ইবুংঙো মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহদা খুদোল ওইনা কন্দম্বনি। মপা ইবুংঙো নোংশাগ্রবনি। নোংমৈ অসি মহারাজ ওকেন্দ্র সিংহগী ওইরবনি। অদুবু বালেশ্বরগী থোজালগী রোংমৈ অসি উমাগী ওইত্রে। নোংমৈ অসিগী মমল ওইনা বালেশ্বরনা উমাদগী লুপা য়াম্থে থক ফংলে।

মহারাজ ওকেন্দ্র সিংহগী নোংমৈ অমসুং অতৈ খুৎশু খুৎলায়গী মতাংদা বালেশ্বরগী করম্বা মপাঙ্গল লৈবগে ? বালেশ্বরদি সনা কোম্পুংগী কোর্ট ওফ রার্ড ওইরি। মরম অসিনা মহারাজগী নোংমৈ অমসুং খুৎশু খুৎলাই পুম্নমকপু হাকশেনগদবা মীশক অদু মহাক্নি। মহারাজগী নোংমৈ অমসুং অতৈ খুৎলাই ময়াম অদু ঙাকশেনবগী মমিংদা মহাক্না উমাদা নোংমৈ রিভোলবার অমা য়োম্থোকপা অসিগীদমক মঙোন্দা করম্বা চৈরাক পীগ্রবগে ? মহারাজনা নবালোগ ওইবগী খুদোং চাবা লৌদুনা মাগী রিভোলবারবু মরম চাদনা য়োম্থোক্লিবা অসি বালেশ্বরনা মহারাজ অমসুং মণিপুরী জাতি পুম্নমক্তা নমথাক তৌরা নত্রা ? লুপা লিশিং অনি হেন্না শিৎকম থোকপা রিভোলবার অদুবু শুম্নগী লুপা য়াম্থেতদা য়োনথোক্নুনা মহারাজগী লুপা লিশিং অমা চামাপন য়াম্থে হেন্না মাঙহল্লিবা অসিগীদমক বালেশ্বরদা করম্বা চৈরাক পীগনি ? মহারাজগী যাংগ্রিবা

শেল লুপা সিশিং অমা চামাপল য়াথৈ অসি বালেশ্বরগী ফুরিংখাওদা নত্ত্রগা উমাগী শেক্লাওদা লোংলমলোই হায়বগী করম্বা প্রমান লৈগদগে ? চুকান্দার ১নুং অতে মীওই অমনদগী তেন্দর অমতা ক্বোরমদনা নোংমৈ অসিবু উমাদা য়োম্লোকখ্রিবা অসিগী মতাংদা, বালেশ্বরনা করম্বা ব্যাখা পীগদগে ?

**মহারাজগী মফমদা অনিশুবা নমথাক**

উমাগী রিভোলবার অদু মবেম্মবু মতম শাংনা পেলহনবা উমত্রে। অদুগী তেংখন ( trigger ) অদু বেরা তৌরে। তাং ৮ ডিসেম্বর, ১৯৬৭ নি। মুমিৎ অসিদা উমাগী মরাইবক্তা অমুকহন্না থম্নাল শাৎলকলে। মাগী বেরা চেনবা রিভোলবার অদু মণিপুর পুলিশকী মালখানাদা থমজিনখ্রে ; মদুগী মহুৎ ওইনা মালখানা অদুদগী পিস্তোল অমা লৌথোক্লকগা, বালেশ্বরনা উমাদা পীখিরে পিস্তোল অসিগী নম্বরদি ১৩১৪১৬ নি। মসি কোল্ট ওতোমেতিক পিস্তোলনি। মসি মপা ইবুংঙো বোধচন্দ্র মহারাজনা থনম্বনি। মরম অসিনা মহারাজ ওকেন্দ্র সিংহগী ওইরবনি। অদুবু বালেশ্বরগী থোক্লান্দগী পিস্তোল অসি উমাগী ওইরে।

মহারাজ ওকেন্দ্র সিংহগী নোংমৈ, রিভোলবার অমসুং পিস্তোল ময়াম অসি ভাকশেনবগী মমিংদা উমাগী তেংখন বেরা তৌরবা রিভোলবারগা মহারাজগী ওতোমেতিক পিস্তোলগা মহুৎ ওন্নকুবিবা অসিবু বালেশ্বরগী চুরানবগী শাজৎ নত্রা ? মহারাজনা নবালোগ ওইবগী খুদোংচাবা লৌদুনা মহারাজগী মফমদা শাথিবা অমাঙব অমা থোকহনবা নত্রা ? বালেশ্বরগী চুরানবা শাজৎ অসি মহারাজ অমসুং মণিপুরী জাতিশিংগী মফমদা নমথিরবা নমথাক অমা নত্রা ? বালেশ্বরগী অসিগুম্বা নমথাক অমসুং চুরান শাজৎ অসিগীদমক মতোম্বা করম্বা চৈরাক পীগদগে ?

**মহারাজগী মফমদা অহুমলকশুবা নমথাক :**

বালেশ্বরনা মনিপুর সরকারগী খুৎলাই লোইশংদগী রাইফল অমা লৌথোকই। মদু মহারাজা তাং ১৫ ফেব্রুয়ারী, ১৯৬৮ দগী শিজিন্নবা হৌই। রাইফল অসি মহারাজা তাং ৪, জান্নুয়ারী, ১৯৬৯ ইং ফাওবা তত্তনা শিজিন্নখি। রাইফল অসিগী নম্বরদি (বোর রাইফল) ২৫১২৯ নি। মসি মপা ইবুংঙো মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা থনম্বনি অমসুং হৌজিক মহারাজ ওকেন্দ্র সিংহগী ওইরবনি। মহারাজনা নাবালোক ওইবগী খুদোংচাবা লৌদুনা অমসুং ভারত সরকারগী য়াথং য়াওদনা মহারাজগী রাইফলবু বালেশ্বরনা শিজিন্নরিবা অসিবু মহারাজগী নোংমৈ চুরানবা নত্রা-? অমুমনা নোংমৈ চুরানবা অসিগীদমক বালেশ্বরদা চৈরাক পীবা ওম্বা কনামতা ভারতবর্ষ অসিদা লৈত্রব্রা ?

**মহারাজগী নোংমৈ ময়াম লৌথোকখিবা :**

মহারাজ ওকেন্দ্র সিংহগী নোংমৈ, রাইফল, রিভোলবার অমসুং পিস্টোল ময়াম অসিবু সনাকোমুংদগী লৌথোকনগা মণিপুর সরকারগী খুৎলাই লোইশঙদা হোনজিনখিবা অসিগী শাংলবা ইতিহাস অমা লৈ। মণিপুরন ভারতকী মচেৎ অমা ওইরবা মতুংদা, ভারত সরকার অমসুং মপা ইবুঙো বোধচন্দ্র মহারাজনা সনাকোমুংগী নোংমৈ ময়াম অসিগী অকুপ্পা হিংসাব (ইনভেনটোরী) অমা পাম্নখিরম্মি। হিসাব অদুগী শরুক অমবু লিষ্ট নম্বর দি তু ( লিষ্ট নং দি-২ ) হায়না খঙনখি। হাংরিবা লিষ্ট অসিদা উংলিবা নোংমৈ চুমকুমাথোই অদুদি মপুথৌ ইবুঙো মহারাজ চুরাচান্দ সিংহ

অ:মসুং মহারাজ কুমার তোকেন্দ্র বীর সিংহনা পৈশিল্লবনি। হিসাব অদুগী শরুক অতৈদা উৎ-লিবা নোংমৈশিং অদুদি মপাইবুঙো মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা থনখ্রদি। মপাইবুঙো বোধচন্দ্র সিংহগী সনাহাক্তক্তা সনাকোম্নুংগী নোংমৈ থঁরা মাঙথিবা মতাংদা, ভারত সরকারগী হোম মিনিস্ট্রীগী সেক্রেটারি ভি বিশ্বনাথনা মপাইবুঙোদা চিঠি অমা পিথংলকখি। মাগী চিঠি অদুগী নম্বরদি এফ (রোমান তু (১) পি'এ/৫৩ ( D. O. letter No. F. II (1)—P.A/53) তাং ৬ জানুৱারী, ১৯৫৪নি চিঠি অসিগী মরোলদি—(ক) মপাইবুঙো মহারাজগী নোংমৈ অমসুং অতৈ খুংগু খুৎলাই অয়াম্বগা অসি মণিপুর সরকারগী খুৎলাই লোই-শঙদা থমগদবনি। (খ) লেমহৌবা নোংমৈ থঁরদং অদুদি সনাকোম্নুংগী শিজিন্নবা, সনা শঙ্গাইদা থমগদবনি। মপাইবুঙো মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা ইং ১৯৫৫ দা মোঙ্গাপ্রবদা মহারাজ ওকেন্দ্র সিংহনা নবালোক ওইবগী থুদোংচাবা লৌড়ুনা, সনা সঙ্গাইদা থনখ্রা নোংমৈ থঁরা অদু মণিপুর সর-কারগী খুৎলাই লোইশঙদা হোনজনখি। মহারাজগী অসিগুম্বা নোংমৈশিং অমিগী মতাংদনি—বালেশ্বর অমসুং উমানা হাবীজাবা তৌরিবা অসি।

## লুপা লিশিং নিক্রমরিগী হাবীজাবী : —

তাং ৩ জানুৱারি, ১৯৬৮ ইংনি। মুমিৎ অসি বালেশ্বরগী নমথিরবা পুন্সিগী খ্বাইদগী হেন্ন নম-থিরবা মুমিৎনি। মুমিৎ অসিদনি মহারাজগী নোংমৈ মযাম অসিগী মতাংদা অনৌবা মখলগী খ্বাইদগী চাওবা নমথাক অমা তৌননবা, বালেশ্বরনা অচেৎপা রাশক লৌখিবা অসি মুমিৎ অসিদনি মহারাজগী নোংমৈ কুন্দ্রানিথোইথক য়োনথোক্লনবা বালেশ্বরনা হাবীজাবীগী খ্বাইদগী নমথিরবা থবক পাইখৎপা হৌখ্রিবসি। নোংমৈশিং অসিগী অকুপ্পা মরী মথোং অমসুং মমিং মথাস্থ এঁথোরগী রারী (মুখলগী মরুম) অসিগী অরোইবা শরুক্তা থেংনবীগনি।

ময়াং দুকান্দার থয়দগী তেন্দর লাকপা হৌরে। নোংমৈ কুনমাথোইরোমগী মতাংদা, নোংমৈ অমমমদা চৌরাক্লা লুপা লিশিং অনিরোম পিনিংবগী মওং অসি তেন্দর থয়দা উৎলকই হাই। লেম-হৌরিবা নোংমৈ তরামাথোইগী মতাংদনা নোংমৈ অমমমদা চৌরাক্লা লুপা লিশিং অমরোম পিনিংবগী মওং অসিসু তেন্দর থরাদা খঙহল্লকই হাইবৈ। উৎলিবা হিসাব অসিদা পাবা তারবদি, নোংমৈ কুন্দ্রানিথোই অসি য়ানবদা শিৎকম থোকপা শেল অসি লুপা লিশিং য়াথৈনিথোই রোমনি। ওস্থোক্লা হন্বনা পাকবা হিসাবনি। অকুপ্পা হিসাবতি বালেশ্বর অমদি উমাদগী থঙবিবা য়াগনি। বা-লেশ্বরনা দুকান অমগী তেন্দর নত্তনা অতৈ তেন্দরসিং অদু নমথি কোমদা নমশিনখ্রে। তেন্দর কাওরিবা দুকান অদুদগী সুপ্পগী লুপা লিশিং তরেৎথক্তুং লৌড়ুনা মহারাজগী নোংমৈ কুন্দ্রানিথোই অদু য়োস্থোকখ্রে। মুমিৎ অদু তাং ৪ জানুৱারী ১৯৬৯ ইংনি মযাং দুকান অদুগী মমিংদি— ইস্ট এণ্ড আরম্স কোম্পানি (থাঙ্গাল বাজার) কৌই।

নোংমৈ কুন্দ্রানিথোই অদুগী মনুংদগী নোংমৈ অর্মাস কোল্ট পিস্তোল নং ১৩১৪১৬ অসিনি মসিদি বালেশ্বরগী মুপী উমাগা শাগোম্নরমই। মরম অদুনা উমাগী উপুদগী থাঙ্গাল বাজারগী মযাং দুকান অদুদা য়োখি। নোংমৈ কুন্দ্রানি-থোই অদুগী মনুংদগী অতোপ্পা নোংমৈ অমদুনা রাইফল (.২২ বোর) নং ২৫১২৯ অদুনি।

মসিদি বালেশ্বরম্থা শাগোম্লমই। মসিন্দু বালেশ্বরগী কেশভগী চুক্রান্দার অদুগী লাম্বন য়ৌথি। অদৈ নোংমৈ কুন্থু। অদু মরাং চুকান্দার অদুনা ফাস্ট বেতালিয়ন মণিপুর রাইফল্সকী খুৎলাই লোইশঙদগী মাগী চুকান্দা হোম্বখি।

লুপা লিশিং য়াথৈনিথোক্টরোম শিংকম থোকপা মহারাজগী নোংমৈ কুন্থ্রানিথোই অদুবু শুপ্পগী লুপা লিশিং তরেৎ চনিদা থুদক্তা য়োম্থোক্লগা মহারাজনা ফংকমথোকপা লুপা লিশিং নিকুমরি চানিপাল মাংহনলিবা অসিগীদমক করি চৈরাক পীগদগে, মহারাজনা কংক্ষম থোকপা লুপা লিশিং নিফুমরি চানিপাল অসি বালেশ্বরগী ফুরিংথাওদা হাপচিনদে হায়বগী করম্বা প্রমাণ পুথোকপ্রবগে? অম্বুক য়ামপ্রবা শেলগী হাৰ্বীজাবী অসি তোক্লবগীদমক মাবু মণিপুরগী চিক কমিশনারগী তাংবলদগী থাংদত্রিবা করিগীনো? তাং ৪ জানুয়ারী, ১৯৬৯ ইংদা বালেশ্বরনা য়োম্থোকখিবা মহারাজগী নোংমৈ কুন্থ্রানিথোই অদুগী মমিং মথা অমস্তুং মরী মথোং মথাদা উৎলি।

'৫০০ বোর রাইফল নং ১৯২৪ দি বি
'৪৪ „ „ „ ৫৩৮০৮৯
'৪৪ „ „ „ ১৮৮৬
'৪১০ „ „ „ ২৩৭৬
'৫৭৭ „ „ „ এস বি বি এল
'৪১০ „ „ „ ০৩১২
'২২ „ „ „ ২৫৪৯
'৫৭৭ „ „ „ ২৬৫২৭
'২০ „ „ „ ৬৩৫৯৯
'৪০১ „ „ „ ১৮১১১
'২২০ „ „ ২৫৯০৭
'৫৭৭ „ „ „ ২৫ এম, এল
'৫৭৭ „ „ „ ৩২৫৯৮
'৪১০ „ „ „ ৩৬৩২
'২২ „ „ „ ১৯০২
'২২ „ „ „ ২৫১২৯
'৫০০ এক্সপ্রেশ রাইফল নং ১৯০২
'২২ „ „ „ ১১০৯
'২২ „ „ „ ২৫৫৯
'৩২২ „ „ „ ১৯০৬
'২২ „ „ „ ২৫১২৫
'৩১০ „ „ „ ০২৩৭৬২
৩০০ „ „ „ ২০৪৯
'৫৭৭ „ „ „ ৬৭১
— শোতগন „ ৬২১০৭
— „ ৫৬৬০৩
'৪১০ স্তিকগন „ ৭০
'৪১০ „ „ „ ১০৪
'১২ বোরগন „ এম, এস, ১
'— পিস্তোল „ ১৪৩৬১০৪
৩২ ওতোমেতিক „ ১৩৯৪১৬

# শম্বল খাদবা ইংখোল

লোংখোম্বম কুঞ্জমোহন

'ছাত্রনা মণিপুরী, তমগদবা লোনসু মণিপুরী অদুবু ওঝাদি বাঙ্গালী নত্রগা মণিপুরী লোন খঙদবা মী। তাবদা সোয়দনা ওক্না খোঙনি। থনগনি, করম্বা লৈবাক্তবু খোক্লিগদবা অসিগুম্বা কুম্মৈ অসি। চিংনবিগদু পাক্লবা অতিয়া অসিগী মথাদা লোইনা খোকপা য়াই, খোক্লি। থাজবিত্র ? লেঙবিরকউ— কাছাড়দা, য়েংবিয়ো। অঙকপা কুম্মৈ অসি শোয়দনা উবিগনি। হোয়, ময়ামদদি কুম্মৈ ওইনা খোক্লবা, অদুবু ছাত্রশিংগী মফমদগি লাইবক থীবা নত্তনা করিমত্তা নত্রবা। অসিগুম্বা থৌদোক অসি কাছাড়গী পাঠশালা (এল, পি) স্কুল কয়াদা খোকপ্রবনি, হৌজিকসু খোক্লি। মণিপুরীনা কুংনা তাবা মফমদা ছাত্রশিংনা মণিপুরী লোন্না লাইরিক তমগনি। হায়না স্কুলদা কারক্লি, অদুবু ওঝাদি মণিপুরী লোন ময়েক অমা কাওবা খঙদে। অঙাংশিংগী অবিভাবকশিংনা মরী লৈনবা বিভাগতা তোয়না ইজ্রে, তোয়না উমরুই, অদুবু কায়দে। মখোয়না আশাদি ফংলকই, মণিপুরী ওঝাদি ফংলকপা থক ঙমদে। অসুম তোঙ্গুনা কুইনা চপ্থবদি য়াদবনিন। মতম থরা লৈরগদি অঙাংশিংগী লাইরিক অদু মণিপুরী লোনদগী বাংলা লোনদা ওন্থোকপা তায়কই। অসুম তোঙ্গুনা স্কুল কয়াদা মণিপুরী লোন মুংপা য়াওক্লবদি হৌজিকসু মুংলো য়াবা স্কুল কয়ামুক য়াওরি।

অহুগা হায়দি বাংলা লোন্না তম্বরম্বা হৌজিক্কি মণিপুরী ছাত্রশিংনা মণিপুরী লোন্না তমজরগে হায়রবা অদুগুম্বা স্কুলদা মণিপুরী নোনা তমথংনবা লাক্লবসিদি কুরুক্ষেত্র অমনি। শিক্ষা বিভাগনা মণিপুরী ওবা থারকপসিদা চহী ৩/৪ চংই। করিগুম্বা মতমদা স্তুকথামক থারক্তুনা তোকখিবসু য়াওই।

কয়া করিগুম্বা স্কুলদা মণিপুরী ছাত্রনা ৮০% লৈরগা মতুদা ওঝানা মণিপুরী অমা, মণিপুরী নত্তবা ওঝানা ৩।৪ শুবা অসিগুম্বা হিসাবতা সুংঙাইবা কুম্মৈ অসিসু তোয়না খোক্তবা নত্তে। 'মণিপুরী ছাত্র য়াম্না লৈবা মফম অদুদা মণিপুরী ওঝা য়াম্না হাপ্লিকম খোকপনি। অদুবু মণিপুরী ছাত্র নখোয়দি মশীং য়াম্না লৈরে, অদুনা ওঝা য়াম্না হাপ্লরোই, মণিপুরী নত্তবা ছাত্রশিংসে মশীং য়ামদে তরামর্রি–মত্তাতনি, অদুনা ওঝা থরা য়াম্না হাপকে পাংদিং মান্নবা' সরকারগী কনপ্লবা গণতন্ত্রগী নীতিনি। কজত্রদো।

মাসিমা লৈত্রে ওঝা-ছাত্রগী কুম্মৈ। অসি নত্তবা কুম্মৈ অমগসু লৈরি। এস-পি স্কুল হায়বসি মহৌশানা থরা তোয়না ইন্সপেক্সন তৌবা তাবনি। মসি কাছাড়দসু তৌই। সব ডিভিসন অমমমবু সার্কল কয়ামুক খোক্না থায়দোক্লুনা স্কুল সব-ইন্সপেক্টর অমগী মিংথ্রেংদা থমই। অদুবু অরাবদি মণিপুরী স্কুলশিং অসিগী ইন্সপেক্সনগী

মতাংদনি। খুদম ওইনা শিলচর সব ডিভিসনগী য়া পঙ্গগে। সব ডিভিসন অসি সার্কল তরুক থোক্লা খায়দোকই। তৌইগুম্বস্নুং সব-ইন্সপেক্টর তরুক অসিগী মণিপুরীদি অমথক্তুংনি। অদুনা সার্কল মঙাগী ইন্সপেক্সনদি মণিপুরী নত্তবা এস. আইনা তৌবা তাই হায়বসি মশানা তারবনি। মসিদা থোক্লিবা কুমৈ অসিস্থ সুংঙাইগ্রবা জাৎনি। ইন্সপেক্সন লাকপদা এস, আইনা হংঙি, "বানান কোয়ো লোইনা।" বাংলা খঙদবা মণিপুরী ছাত্র-শিংনা ভিংঙক মায়ঙক্লড্রন লৈ মখোয়গী ওঝানা তাকপি, বানান তৌ হাযরিবনি। ছাত্রশিংন য়াম্না লায়না বানান তৌই 'লোইনা'। তৌই-গুম্বস্নুং এস. আই অদুদি পেনবা লৈতে। ছাত্র পুম্নমক্তা হংঙি। কাইনথংদা হায়রকই, 'করিগী-নো অস্নক লায়গ্রবা বানান অসি ফাওবা ফা-দ্রিবসিবু।" ওঝাদস্থ শাওই, ইতম তম্বিত্রমাল্লে। ওঝাদি ঙকপনা লোইরে। করিনো হায়রিবসিবু ছাত্র অমত্তস্থ বানান ঙমদবা য়াওদেনা। এস আইনা লাইরিক ফাক্তোক্তুনা ছাত্রশিংদা উৎপি পরেং অদো—'লৈনা মহাও তংঙি।' এস, আই অদুদি 'লোইনা' অমস্নুং 'লৈনা' অনিসিগী খেন্নবা অদু খঙদনা অদুম চৎখি। ছাত্রশিংনা চমস্নত্তনা লৈহৌই। ইন্সপেক্সন রিপোর্টতা ওবা অদুবু থীনা চৈবিরম্মী।

অসিতস্থ নওনা মণিপুরী স্কুলশিংগী করি-গুম্বা অরাবা নত্রগা খুদোং চাদবগী য়া হায়রুবদা মখোয়না থোইনা থরায় যাওনা জৌবিবা লৈতে। য়ারিবমথৈ তাশিন্নদত্তনা লৈখোকই। কম্না তক-শিল্লুবগা সার্কল এস, আই, অদুনা মণিপুরী এস, আই লৈরিবা অদুদা হায়রুচো হায়রকই। মণিপুরী এস, আই, অদুস্থ তোকম খঙদে। মহাকী সার্কল নত্তবনিনা করিমতা উপায় লৈতে হায়বিরকপসি মহৌশানি।

করম্বা মতমদা মণিপুরী স্কুলশিংগী মতীক চাবা ইন্সপেক্টিং-ষ্টাফ লৈরগদবা ঐখোয়গী থেল্লবা রাখল অসিনা লাম্বদি ফংত্রে। অদুবু মসিমদি খঙই, ইংখোল কোইরবদি শম্বল খাবা হায়বসি তৌদবা য়াত্ররা থবক্লি। নত্রবদি য়েনশাং-লাপী পুম্নমক যণ ইরোইনা চাখিবা হায়বসি মশানা তারবনি। আসাম সরকারনা মাইকৈ অসোমদা মিৎয়েং তাবিকম থোক্তু?

# নুংঙাইফম খংদ্রবা পুন্সি মরেল অমা

যুগেশ্বর
হোজাই

আসামগী অমগা অমগা থাপ্নগ্রবা মফম কয়া-মুক্তা মণিপুরীশিংনা চাইনা অমস্নুং য়াঙ তাম্না শাই-দাংলি। হোজাই, লংকা, যোগীজান, শিবসাগর, দিব্রুগড়, ডিগবয়নচিংবা অমস্নুং মতৈ অতৈ মফমশিংদা মণিপুরীশিংনা খুন কয়ামুক তারি।

মণিপুরীশিংগী হুমাং মমলনি—হোজাই খুন অসি নারক মোংশোং কোকথোক্তুনা খৃঃ ১৯২৫ গী অদুরাইদা খুন অসি শেমগৎখিবনি। খুম্নাশিং

অসিগী অয়াম্বা শরুক্তি কাছাড়দগী লাকপনি। মমৈথংদদি ত্রিপুরাগী মণিপুরী থরম্নু থুন অসিদা মথুম মকৈ লিংলরি। চহি মরি মণ্ডা অসিদদি মণিপুরগী মীওইশিংম্নু থুন অসিদা শাইদাংফম ফংলরি। অসুম্না থুন অসিগী মী মশিং অসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকলি।

খৃঃ ১৯৫০-গী অদুরাইদা হোজাই খুনগী অনৌবা য়াওন অমা লাকখি। বাঙালী রিফিউজিশিংগী অকনবা ইচাওগী চৈথেংম্নু থুন আসাম ফাওরকই। মথুক্তা শেন হোং চাওনা লৈবা মরম্না মখোইনা মণিপুরী খুঙ্গাশিংগী লম লৈবা হৌখিরম্মী। লৈত-লাইরগী চৈফুনা কনশিল্লকপনা, খুঙ্গাশিংনা মখাগী ইখোল অমসুং লম য়োম্লোকপা তাখি। অসুম্না হোজাই খুনগী রেল লম্বীগা ফাইনবা শরুক অদু বাঙালী রিফিউজিশিং অসিগী মখুত্তা তাখি। অসুম্না থুন অসিগী ময়োল ওইবা লম মথৈনা মীথুৎ চনগ্রে; চীংয়া থংবা খুনদোলগী শরুক অদুদি মণিপুরীশিংগা শাগোম্নরি। খুন্দোনগী শরুক অসিম্নু কয়া কুইনা ঐখোয়গী খুত্তা লৈগদৌরিবা? অদুবু পুম্নমক অসি আসাম সরকারগী আইন অমসুং চৎনবী মতুংগা লোইননা ঐখোয়গী লেপখুমগী ফিভম মখাদা লৈরে:

মীশিং হেনগৎলকপগী তেমথেং অসিনা কনথৎলকপনা, নারক শিংলক কোকথোক্তুনা লো ইখোল লেপ্পনবগী থবক অসি মণিপুরী খুঙ্গাশিংনা পায়থৎলরকই। খুয়ো চেনবা অমসুং অপনবা পীবা হায়বা অসি ঐখোয়গী কাংলুপতদা ওইরবা লাইনা অমা ওইনা লৈরমাগ্লে—য়ুমলোন কৈরোয়বা আসামী অমসুং বাঙালী ইচীল ইনাওশিংগী হৈনবা মীৎয়েং ভঙ্গলগী লম্নকী শাশিংদগী ফংলকপা অকিবা অমসুং শিবা য়ারবা চৈথেং অদুগা লোইনলোইননা আসাম সরকরগী থোজাল মিৎয়েংম্নু তাবিরক্তে। হৌখিবা মীথন কয়াদা মীরেপ ওইনা কাপ্রবা কয়াম্নু ঐখোয়গী মতেংগী কাখিবনি—অদুবু নুংশি মীৎয়েংদি ঐখোয়গীদমক্তা তম্বীরমলমাগ্লে।

নাওগাঁ জিলাগী হোজাই, লঙ্কা যোগীজানচিংবা লমদমগী মচি ময়াই চিদাই কয়াদা ঐখোয়না উবা ফংলি—মণিপুরীশিংগী খুল। কনাগুম্বনা থেংনবিরবদি থংবীগনি শুমাং নাইহনা লৈরাং নাখত্তনা লৈরম্নবদি মদু মণিপুরী য়ুমনি হায়না। ঐখোয়গী থুনশিং অসিবু আসামী অমসুং বাঙালীশিংনা মরক থৎলবম্নু লমদম অসিদা মণিপুরী সংস্কৃতীগী মমি তারী; ইরাই ইনিন তারি, মণিপুরীশিংগী অদ্রা চুংতোইদী শউম ফংলি। ঐখোয়বু হম্নুনা হানা লৌবীরম্নবম্নু, মণিপুরগী মুখ্য মন্ত্রী শ্রীকোইরেং সিংহনা লেংবিরক্লবদা ঐখোয়বু শক খংবা হেনগৎপীখি অমসুং মীওইবগী শাক্তৎ অদু ফংজলি। অদুবু অংবাবদি অরাৎ অপা মেনবীগদবা আসাম সরকারগী থোজান মিৎয়েং অদুদি ঐখোয়গীদমক্তা ওসি কাওবদি থুংবিগ্রি, মণিপুর সরকারম্নু অথাপ্পা লমদা লৈরবা ঐখোয়গী রাকমদা রাখলগী থোজান ফাওবা পীনগ্রি। মদুতনি ঐখোয়গী আশা অমসুং শম্নুংকম।

# তপথহন্দ্রবা অপাম্বা

নীলমনি
ত্রিপুরা

ইতিহাসকী য়াওন অসি অঙকপনি। ত্রিপুরাবু মণিপুরী লিশিং কুন্থ্রারোমগী শাইদাংফম ওইহল্লী। চহি কুনমঙারোমগী য়ারিদি নিংশিংবদা তুজুংই। মতম অদুদদি মণিপুরী মশিং অসি লিশিং তরাতরেৎলোমতা মঙাইরম্মী। এধোয়না ত্রিপুরাগী এলহৌঙৈগী মীওইশিংগা চেৎনব-চান্নবা লৈরম্মী। লমদম অসিগী য়েহেল্লোইঙৈগী মীওইশিং অদুবু ত্রিপুরী (তথেল) কৌই। অশম্বা লোন্দা হায়রগা ত্রিপুরা অসি ত্রিপুরী অমসুং মণিপুরীগী শাইদাংফম ওইরম্মী। অদুবু চহি কুনমঙাগী মতুং অসিদদি কৌভম অদু হোংখ্রে। ত্রিপুরা অসি বাঙ্গালী রিফিউজি লাখ তরাগী ময়ুম ওইররি। মণিপুরী লিশিং কুন্থ্রা, ত্রিপুরী লাখ অনি নপচ তাংজবগী মওংদা অমসুং ওঙ্গোক্লা তুথনা ত্রিপুরাদা লৈরি।

ব্রহ্মাদা মণিপুরীশিংনা মমালোন কাওখিদ্রবা মীয়োলনা মমায়োন ওইনা শিজিন্নরিবা মওং অসি ত্রিপুরাগী মণিপুরীশিংগী মরাইবক্কসু থোক্লক্লি। মণিপুরীশিংগী খুনশিং অসি য়াম্না পিকপা অমসুং বাঙ্গালী খুঙ্গাওশিং অসিগী মরক্তা য়েৎশিন্নবা লৈবা মরম্না মণিপুরীশিংনা মমালোন ঙাংবগী কান্নবা লৈরক্কবা —কৌভম অসি তশেংনা উবা ফংই। মমায়োল ঙাংবা অসি য়ানা থোক্লক্লবা জাতি অদুনা লোন অসিবু পুমকাও ঃাওথোক্লোই হায়বসি হেৎকক্রবা য়াকমনি। ওই।কপা য়াবা লাইবক থিবা অসিদগী মমালোন অম ং মজাতীগী সংস্কৃতিবু কন্নবা মণিপুরীশিংনা মণিপুরী নিংথিনা ঙাংবা তম্বনবা অমসুং তম্নবা হোৎনরক্লি।

ত্রিপুরাগী মণিপুরীশিংনা মচা মনাওশিংবু মমালোনগী মতেংনা স্কুলদা মহৈ-মশিং তমহন্নবগী মায়কৈরোমদসু থবক পায়থৎনরক্লে হিরম অশোমদসু শাথিনা খুরৌ থরা মাইয়োক্লরি। মণিপুরীশিংগী খুন অসি য়াম্ন পীকই। খুনশিং অসি অমগা অমগা য়াম্না থাপনৈ অমসুং বাঙ্গালীগী খুঙ্গাও কয়ামুক্তা মরক থৎলি।

মণিপুরীনা থরা নম্না ভাব ত্রিপুরা লমদম মন্ত্রি-মঙাদি লৈ। হায়রিবা লমদম অসিগী এল, পি ; এম, ই, স্কুলশিংদা মণিপুরী লোনগী মতেংনা মণিপুরী ছাত্রশিংবু মহৈ মশিং তম্বীবগী থবক অসি হোৎনবগীদময়ক ক্রন্নালাক্লরি। লমদমশিং অাসদা মণিপুরী লোনগী এল, পি, অমসুং এম, ই, স্কুল শিংথৎপসু পাম্মী। অদুবু খুরৌ অনি অচুম হেক্তা চোংথোরকই। অমনা মণিপুরী লোন্দা ছাত্রশিংবু মতিকচানা তাকপী তিকপিবা ওজা ওজা ফংদবা, অনিশুবনা মণিপুর লোন অসি ওসি কাওবদা মেজোর ভার্ণকুলারগী থাক্তা পুখৎত্রিবা। মণিপুর সরকারনা মণিপুরী লোনবু য়াম্না থুনা মেজোর ভার্ণকুলারগী থাক্তা পুখৎপীকম থোকপনি। মসি পাংথোকপিদবা অসিনা ত্রিপুরা, কাছার অমসুং অপর অসামদা মণিপুরী লোনগী

মতেংনা ছাত্রশিংদু স্কুলদা মহৈ মশিং তম্লবগী থবক অসি চৎথবা য়াম্রবনি।

লোনগী মিৎয়েংদগী ত্রিপুরাগী মণিপুরীশিং অসি কাংলুপ অনি থোক্না শাররি। মৈতৈ অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়া। কাংলুপ অনি অসিগী মরক্তা পুক-চেল থোইজেল তিম্নরিবা অমসুং লৌথুপ লৌ-কোই থম্নরিবা অসি মণিপুরী পুম্নমক্কী লাইবক ফবনি। কাংলুপ অনিগী মওং অসিদা কাছারগী মণিপুরী কাংলুপ অনি মৈতৈ অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়া মিৎয়েং চৌংশিনজনিঙৌ। ত্রিপুরাগী মণিপুরী কাংলুপ অসিনা চেফোং অমা পুথোকচরি। মতুগী মমিংদি 'মরুপ' কৌই। চেফোং অসিগী অহানবা শরুকতা মণিপুরী লোনগী য়ারেং অমসুং শৈরেং য়াওরীবা অনিশুবা শরুক্তা বিষ্ণুপ্রিয়া লোনগী য়ারি য়াতায় পুথোকলী।

---

# শান্নবুংগী পাউথাং

লোকে

## শান্তোশ ট্রোফি নর্গাও :

নর্গাওদা হৌজিক হৌজিক তৌরিবা শান্তোশ ট্রোফি ফুটবল টুর্ণামেণ্ট অসিদা মণিপুরদগী অহুম থক থনখ্রে। বসন্তকুমার কবুইনা আসাম টিমগী ক্যাপটেন ওইনা অদুগা রামকুমার, গোপেশ্বর জরিবা প্লেয়ার ওইনা থনখ্রে। আসাম পুলিশকী শ্রীবিজয় সিংহবুসু আসাম টিমগী মেম্বর অমা ওইনা থনখি। ক্যাপটেন বসন্তকুমার কবুই মণিপুরগী অহানবা ইন্টরনেশনেল প্লেয়ারনি। খৃঃ ১৯৬৪ দা বেঙ্কোক্তা তৌখিবা জুনিয়র এশিয়ান সোকরদা ভারতকী টিমদা শ্রীকবুই য়াওরুই। মণিপুরগী ক্লাস রান রেফরি ওইরিবা শ্রীএলাংবম ইবোহলসু পেনেলদা য়াওদুনা নর্গাওগী টুর্ণামেণ্ট অসিগী রেফরিগীদমক থনখে।

টুর্ণামেণ্ট অসিমক্তদা য়াওরিবা ত্রিপুরা ষ্টেট টিমদসু মণিপুর মচা অনিথক শ্রীঅরন্য সিংহ অমসুং

## ইণ্টর স্কুল নোক আউট ফুটবল টুর্ণামেণ্ট :

মণিপুরগী চৌং-তম্ব পুম্বগী ওইবা স্কুলশিংগী নোক আউট ফুটবল টুর্ণামেণ্টগী ফাইনেল তাং ৮।৯।৬৯ ইংদা মপাল কাংজেবুংদা ইম্ফাল মোরিং হায়স্কুলগা শগুম্সুং হায়স্কুলগা শান্নখ্রে। ইম্ফাল মোরিং হায়স্কুলনা পাঙ্গল ২-১ দা থোইদুনা কপ লৌখ্রে। মরম অদুনা দিল্লীদা নভেম্বর থাদা তৌগদৌরিবা সুব্রোটো মুখর্জি ফুটবল টুর্ণামেণ্টতা ইম্ফাল মোরিং হায়স্কুলনা চৎপা তাখ্রে।

## নেসনেল জুনিয়র ফুটবল টুর্ণামেণ্ট :

কটক্তা কুমাশগী সেপ্তেম্বর থাদগী তৌরিবা জুনিয়র নেশনেল ফুটবল চেম্পিয়নশিপ্তা মণিপুরগী শ্রীরামকুমার সিংহবু আসাম টিমগী ক্যাপটেন ওইনা থনখ্রে। মহাক্কা লোয়ননা লুঙ্গাইনি কবুই, গো-পেশ্বর অমসুং নন্দবুসু থনখি।

মনিমোহন সিংহ য়াওয়কপসি থোইদোক্না থাদং-শিল্লাইনি। ত্রিপুরানা ইউ পিবু পাঞ্জল ৭-২ দা থোইদুনা তাং ২৩দা আসামগা শান্নখি। আসামনা অমুক ত্রিপুরাবু পাঞ্জল ৬-২ দা থোইদুনা কার্টর কাইনেল কাপ্লে।

ত্রিপুরা স্টেটনা নেশনেল চেম্পিয়নশিপতা য়াওবসি হন্দকীসিনা ইহান হানবনি। মতৌ অসুম্না শান্নবগী হিরম কয়াদা পিক্লবা গরাস্থ তোঙাম্না অদুম্মক য়াওজৈ। শান্নবগী হিরমদা য়াম্না নিংথিনা থুমাং চাওশিনজরিবা মণিপুরদি মতম অমুক কুইরবসি আসামদা তাংজদুনতা লাক্লি। মখোইনা থম্লিংবা মীওই থর অদুতমক থল্লগা মণিপুরী মচা অয়াম্বদি মপান্নমদ শান্ন-জরুনবগী থুদোংচাবদু কংজদ্রবনি। থুদম ওইনা হায়রবদা কুমশিগী নেশনেল হোকি চেম্পিয়ন-শিপতা মণিপুরী অনিদগী হেম্না আসামগী টিমদা য়াওহনবীরক্কে। মণিপুরগী টিম অমা ওইনা তোঙাম্না থোকচরয়বদি মী ১৮ লোম য়াওকব অমসুং অহৈবা মীওইশিংগী মশাম্না উঙনা য়ং-জরমগদবনি। মরম-অদুনা য়াম্না থুনমক মণিপুরগীস্থ শান্নবগী সংস্থান কয়ামরুমদি ওল ইন্ডিয়া বোডিদা ডাইরেক্ট এফিলিয়েশন তৌননবা তঙাই ফদন হোৎনরগদবনি। মসিগী দায়িত্ব অসি ওল মণিপুর স্পোর্টস এসোশিয়েশনন্না থুনমক মীৎয়েং চিংশিন-বীকম থোক্লবনি।

## কুমশিগী মণিপুরগী সেনিয়র ফুটবল লিগ

মতম কুইনা থোরাংনা ঙাইনরবা সেনিয়র ফুটবল লিগ সেপ্তেম্বর তাং ২৯ দগী মপাল কাংজৈবুংদা হোৌল্লে। পুম্না টিম ১২ নি। মসিগী মনুংদা সেনিয়র বিদগী কারকপা টিম হনি— এথলেটিক্স-ব্রদর্স এসোশিয়েশন অমসুং অহল্লুপ স্পোর্টিং ক্লব। অতোপ্পা মখলগী ওইনা মণিপুরদা পোষ্টিং তৌরবা মধ্যপ্রদেশ মিলিটরি টিম অমা য়াওরি। কুমশিগী লিগতগী মমিং চৎলবা টিম অনি—ইম্ফাল স্পোর্টিং ক্লব অমসুং এস, এস ইউ য়াওবা উদ-বসি ভাবকী মসিৎতা থোইদোক্লা অহাৎপা অমা ওইনা উই। পেব্লেন্ট এসোশিয়েশনন্না মতৌ অসুম্না দিসিপ্লিনারি একসন পৌখৎতুনা তাম্থোক-পীগ্রবা টিমশিং অদু অমুক হম্না হোংগৎপা লুনা থোকই। অমসুং মকম মরাং খংদনা শিখিবনা কোঙ্গায়নি। তাংখুল স্পোর্টিং এসো-শিয়েশন, কুকি স্পোর্টিং ক্লব, কবুই স্পোর্টিং ইউনিয়ন মমিং চৎলম্বা টিম ঙাক্তনি অদুবু মখোই অদু ঐখোইনা অমুক হম্না উখিল্লে। মরম অদুনা পেব্রেন্ট এসোশিয়েশনন্না মণিপুরগী শান্নখোৎনববু য়োকখৎপীগে হায়রবদি অসিগুম্বা কা হেনবা থবকশিং অসি লৌখৎপীদবা কৈ।

শান্নবগী জগৎতা মণিপুর থাক রাংনা লৈজররনি। অদুবু অরাৎপা থর লৈরিবসিদি ঐখোইনা উশমদনা লৈবা ঙমলোই।

প্লেয়ারশিংগী চেঞ্জিং রুম তোঙান তোঙাম্না কা অনিদং থম্বিনবসি য়াম্না অকায়বা ফংদ ওইরবনি। প্লেয়ারশিংগী মমল য়াম্নবা থোজ্যাও, ফুরিৎ, পৈশা, ঘড়ি পুম্নমক অসি খান্নরিউ মনুংদা মপান্দা পুম্নপ পুম্না থনম্বা অসি মমাং-ঙৈদগী হৌনা চৎনররুবনি। মসিগী থুদোংচাবা লৌত্তুনা পোৎচৌশিং অদু হুয়ানখিবশিংগী মশিং থাত্তুনা লোয়বা নত্তে। অদুনা এসোশিয়েশনগী ঠৈ-রিবা কাশিং অসিদগী কা অখিদং কায়থোকশিল্লুনা

খোকপিক্লুনা শান্নগদৌরিবা টিম অনি অদুগী ট্রেশিং রুম ওইহনবীনবগী মীয়েং চিংশিনজরি। মফি মরোল শেৎপা লোয়নবগা কা অনি মাগী মাগী টিমশিংগী মেনেজরশিংনা শো লোনশিন্দুনা থনমলবদি পুক্লং নৈত্তানা শান্নবা য়েংবস্থ ওমগনি।

মণিপুরগী অন্নাৎপা হায়ববু ষ্টেডিয়ম অমা লৈতবা। মণিপুরগা অনকপদা লৈরিবা অহাংবা লম মথৈ মথং মথং অম্লম লৌশিনখিক্লুনা হোজ্জিক্তি ইরৈ লৈরক্লরে। এশোশিয়েশনগী শাননবা খুদিংমক মপাল কাংজৈবুংদা লোয়না তৌবসিদদি শান্নবগী খোংথাংদদি অকায়বা অমা ওইরে। মরমদি কাংজৈবুংদা মিটিং মেলা পেরেড, পল্লিক ফংসন পুক্লমক্কী লৈকমনি। হন্দক্তস্থ ইন্দিরাজীনা লেংলকপগী শেম শাবদা কাংজৈবুংদা লৈহৌরিবা অহোবা মথুল মরাম অসি মেনশিল্লগা শান্নবমক তারবস্থ ওম্লোক্লা অরাবা অমা ওইরগনি ঐপোয়না কাংজৈবুংদা শান্নফমগীদমক্তা আশা তৌবা অসি থাদোক্লগদবনি অদুগী এশোশিয়েশনগীদমক্তা প্লে গ্রাউণ্ড অমা ওশেং ওশেংনা লৈজদবসিনস্থ মশাগী প্রোগ্রাম কয়ামরুম পাংথোকপদা অকায়বা অমা পীরকলি। অদুনা মণিপুরগী ওইবা ষ্টেডিয়ম অম, থুনমক শানবা হোৎনবা হায়বসিমস্থ তৌদবা য়াত্রবা অমনি।

---

# খ্বাইগী খোঞ্জেল

## আগস্ত ১৩ করিগীনো

মথক্কী য়াহং অসিনা শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, পণ্ডিত অচোবগী য়ারেংগী মমিং ওই। আগস্ত ১৩ বু পণ্ডিত অচোবনা মণিপুরী জাতিগী অথোইবা সুমিৎ অমা ওইনা শিংথারি।

খৃঃ ১৮৯১ গী লালগী শহীদ থরগী মরি মথোংগু—পণ্ডিত অচোবনা ভাকপীরকই। চীফ কমিশনার কুইণ্টনগী লাম্মী শিংবা নোংয়াই মতুংদ বীর টিকেন্দ্রজিৎকী শঙ্গাইদা হুরান লাম্না ফুজিল্লকলবদা শঙ্গাই কয়নবা হোৎনবদা, পুরন্দর ভংকো, থুম্বোং সুবিদার, লৈশাংথেম জমাদ্দার, অথোকপম দেৱান, বামোন লাম্মী অমা অমস্থং তাংখুল লাম্মী অমনা শহীদ ওইখিবগী য়ায়োনশু মহাক্লা নৈনৈ। খোংজোম লানগী অনিশুবা মতাংদা, থৌবাল অথোকপমদগী ইংরেজ লাম্মীশিংগী লাম্বন থুগায়নগা মেক্লবা লাম্মীশিংত্তু লাওথেন কাওবা তাম্লোকপা মতমদা, সনাখ্বা ইবুঙো হাওজৌ য়াইস্কুল্লাকপা মজাইবুঙো শঙোইসনা অমস্থং লাম্মী মাপনশু শহীদ ওইখি। খোংজোম লালগী অহুমশুবা (অরোইবা) শরুক্তা, পাওনা ব্রজবাসী, মাগী ছাত্র অমী— য়াংথৈ পোইলা অমস্থং চৌংলেনসনা না শহীদ ওইখিবশি এপ্রিল তাং ২৫, ১৮৯১দনি; এপ্রিল তাং ২৩, ১৭৯১ দা নত্তে হায়না পণ্ডিত অচোবনা উৎলি। ব্রজবাসীগী অচুম্বা কমথোন "মেজোর" অসিগী মহুৎপু শেমজিনবা কমথোন "মেজোর জেনেরেল"না শিঞ্জিনবসি মহাক্লা পামদে।

আগষ্ট ১৩ গী জাতীয় উৎসবতা শহীদশিংগী মঙিক মথৌনা শিংথারকপা মতাংদা, শনাথা য়াবক্লাকপা, শেঙ্গোয়শনা, চৌংলেনশনা নচিংবা বীরশিংগী মতিক মথৌনাস্থ পণ্ডিত অসিনা উৎহল্লিংঙি।

## ঐখোয়না কাওরোই :

বিনামালীপুর, আগরতালা, ত্রিপুরাদগী শ্রীময়েংবম নীলমনি সিংহনা মহাক্কী ৱারেং— "ঐখোবনা কাওরোই" অসিদা ইং ১৮৯১ গী শহীদশিংগী মঙিক মথৌনাড় শিংথারি। শহীদ-শিং অসিগী অরাবা ফীভম অসিস্থ মণিপুরী জাতীগী লমচীং মৈরা ওইনা মহাক্না উৎসি। আগষ্ট ১৩গী উৎসব পাঙথোকলিবা অসিস্থ ঐখোয়গী জাতীগী অনৌবা য়াওন অমা ওইনা শ্রীমনি সিংহনা লৈরি।

সঞ্জয়না হায়···তাজরে।

মথক্কী ৱাহৈ অহুম অসি ৱারেং অমগী মমিংনি। লেখক্না মশাগী মমিংগী মহুৎস্থ "চন্দ্রা" হায়বা ৱাহৈ অসিনা শিনগ্রে। কলচরেল ফোরমগী চেক্ষোং "ঋতু" গী তরামাথোইশুবা মশিংদা য়াওরিবা সঞ্জয়গী ৱারেং অদুগী মতাং থরদা চন্দ্রান পেন্দবা কোঙদোকলি।

ফীরোন নাম্না শেৎলগা, মপুরোইবা অমস্থং মচাশিংগা লোয়নবা আমেরিকাগী নুপীনা দোলান মথোন কয়াদগী কারদা অমস্থং কারদগী শিনেমা হোলদা অকা অকুম তৌবা অসি সঞ্জয়দা ভক চাননা থোকই। অদুবু মশিদা চন্দ্রাদি মিপাইবা পোক্তে। নুপীনা কার থোবা হৈবগী কান্নবশিং অদুস্থ চন্দ্রানা নিংশিংলি। অদুবু লমলাম্বগী নুপী নহাবু অৱায়বা কারদা হোল্লগা ফুত্তানি তৌবা নুপাবুদি চন্দ্রানা চৈরাক পীনিংঙি। সীতা অমস্থং সাবিত্রীগুম্না মনিপুরী নুপীশিংবু জন্মদুখিনী ওইহল্লিংমালে— সঞ্জয়না। অদুবু চন্দ্রানদি মণি-পুরী নুপীশিংস্থ জন্মদুখিনী ওইহল্লিংদে। অদুবু পুন্সিগী অশ্রা অনা অমস্থং অকমুংঙাইগী শরুক পুম্না য়াম্নিমবগী ফীভম অসিনা মাংওইনবা, নুপা অমস্থং নুপীবু মশা মশাগী শিস্থা পাওথোকহল্লিংই— চন্দ্রানা।

## মণিপুর সমাজগীদমক মণিপুরী নুপী :

মথক্কী হিরম অসিদা, খুয়াথোংদগী শ্রীরাইথোম-মিজেন্দ্র সিংহনা ৱারেং অমা থাবিরকই। মণিপুরী সমাজদা নুপীগী ফগৎলকলিবা ফীভম অসি মহাক্না উৎননবা হোৎনরি। নুপীগী ফগৎলকলিবা ফীভম অসিদা খুরৌ থরা লৈরিবা অদুস্থ মহাক্না নিংশিংলি মচানুপীগী ষষ্ঠী পীক্লা শোনবা, মচানুপীগী মহৈ মশিং তম্বগী মতাংদা পুক্রিং চংবা ৱাংপা, লৈশাইঙু ফাঙনা চিংবা, নুপী লোনবা, নুপী ময়ম চাদনা থাইনবা অসিনচিংবা। খুরৌশিং অসি লৌথোক্ক-নবগী মায়কদা. মহাক্না নুপীশিংবু মতিক চাবা থবক পায়থৎহল্লিংই অমস্থং নুপাশিংবুস্থ নুপীশিংগী মতেং পাঙহল্লিংই।

## শেম্নীবনা শেমদোকপা ওসিক্কগী নতে :

মথক্কী ৱাহৈ পরেং অসিনা চিঙামথা লিক্লা মাইবম লৈকাইগী শ্রীভোগেশ্বর সিংহগী ৱায়েংগী ঋিংথোন ওই। মহাক্না থাইনগী মণিপুরগী ফজবা শক্তম অদু উৎননবা হোৎনৈ। ঙমদৈ পাকচাওবগী মতাংদা, মহাক্না নিংথৌ কিয়াম্বগী মতমগী মণিপুরদা হোক্লিক্কী আসামগা পাংথক ওইনা উৎলি। শিং-ককপুয়াগী ৱায়োন থরগী মপান তাংদুনা মহাক্না মণিপুরগী লৈশেমলোনশু নৈনৈ। খৃঃ ১৪০০ দগীনা খৃঃ ১৭০০ কাওবগী মনুংদা ভারতকী মকম থরদগী মী কাংবু কয়ানা মণিপুর তম্পাক্তা থুন্দাখিবগী ৱাকমস্থ মহাক্না- নিংশিংলি।

মণিপুরগী অহানবা যুগ অক্তুম (হম্বিচক ময়া-চক অমস্তুং লাংবচক অসিগী মমুংদা লৈবাক অসিগী ধর্ম্মবু মথংশিংনা (ক) অহেম্না, (খ) অচুম্বা অমস্তুং (গ) পাখংবা হায়না থংনরম্বা অমস্তুং নিংথৌ খাগেম্বগী মতমদগী ধর্ম্ম অদুবু সনামহি ধর্ম্ম কৌনরম্বগী ব্রাকমস্তু শ্রীসিংহনা শিংথারি। লাইনিং লাইশোনগী অরুবা মতাং কয়ামুক্তা মরৈ য়েং-নবদা, খৃঃ ৪২৯ দা নিংথৌ নাওফংবগী শলামাংদা লাইবা গুরুনা—মুসলমান পণ্ডিত অমবু লাইথিবা পীথিবা অদুনা মহাক্তা উৎলি।

হিন্দু ধর্ম্মগী তেমথেংনা মণিপুরগী ধর্ম্মগী পংথৈ মমুং লানশিন্নকদোরিবা মওং অদুস্তু লৈবাক নিংথৌ গুরু খোংনাং থাবা, লাঙ্গোন লুখোই অমস্তুং কোনোক থেম্বানা মাংজোনবা হঙ্গংখিরম্মী। নিংথৌ গরিবনিৱাজগী মতমদা হিন্দু ধর্ম্মগী তেম-থেং অসিনা হায়গী চাংদগী তেম্না কনথংলকপা মওং অদুস্তু শ্রীসিংহনা উৎলি। মণিপুরগী শক্সাইগী মছুংস্তু হিন্দুগী গোত্রনা অমস্তুং লৈবাক অসিগী হরাওস্তু কুপ্মৈগী থরগী মমিংগী মছুংস্তু হিন্দুগী কুপ্মৈগী মমিংনা শিনখিবা অদুন মহাক্না নিংশিংলি। অদুবু মপানগী ইথিন কয়ানা মণিপুরী সংস্কৃতি অমস্তুং সভ্যতাগী মহি ময়াই মাঙহনবা অমস্তুং লাম্নগী শক্তমদগী তেম্না চংখোনহনবা মওং অসি মহাক্না নিংশিংবা পামদে। সংস্কৃতি অমস্তুং সভ্য-তাগী পংথৈদা চংলকপিবা মপানগী ইথিন পুম্নমক অসিবু মহাক্না য়োৎফিলংগী মশক ওইনা উরি। অদুবু মহাক্না ঐথোয়গী সংস্কৃতি অমস্তুং সভ্যতাবু শ্রাকশেনহল্লিংই।

---

# রদা চিঠি

## গাড়ী ভাড়া হেক্লংপা

মণিপুর সরকারনা মহাক্কী এক্সত্রা ওরদি-নেরী গেজেট—নম্বর ৫৭ তাং ৯।৬।৬৯ ইংদা ফোংখিবা অদুদা অস্তুমনা নাউথোকলি:— প্রজা-শিংগী চৎথোক চৎশিন লোন ইতিক খুদোং-চানবা, গাড়ীশিংগী মরম্না খেলথুম মাংহনবা মওংগী অনররলিবা থিংনবা, রেলগী চৎথোক চৎশিন, পু-থোক-পুশিনগী ভারা হেনগৎলকপা অসিগা মরি লৈনমা —মণিপুর সরকারনা ইম্ফাল অমস্তুং ডি-মাপুরগী চৎথোক চৎশিন, পোৎ পুথোক পুশিনগী ভারা হেক্লৎলগনি। অহেনবা ভারা অসি তাং ১৫।৬।৬৯ ইংদগী হৌনা লৌরগনি।

অহন অমগী অনৌবা অহেনবা ভারাদা ইম্ফাল সেকমাই, কাংপোকপী, মাও, ডিমাপুর মথংশিংনা লুপা ১-০০, লুপা ২-২০, লুপা ৫-৯৫, অমস্তুং লুপা ১১-৫০ নি, অভাংগীনা হায়বদি চহি অহুংদগী তরানিথোই ফাউবগী মনুংদা লৈবনা মথক্তা পিরিবা অসিগী অথাইনি পোৎ পুথোক পুশিনগী ভারাস্তু হেনগৎলি। চহি অমগী মনুংদা শুনদগী—সেপ্তেম্বর ফাউবগী ভারানা ওক্তোবরদগী মে ফাউবগী ভারদগী হেল্লি।

অহেকপদি মতৌ করম্না গাড়ী ভারা হেন-গৎলগা প্রজাগী চৎথোক চৎশিনদা, লোন ইতিক্তা পোৎ পুথোক পুশিনদা খুদোং চাগদোরিবনো?

অমরোমদা হায়রবস্থ ঐখোয়গী লৈবাক অসি ওয়েলফিয়ার ষ্টেটনি।

প্রজাশিংগী মুংঙাই য়াইফনবা মওংদা সরকারগী পোলসি প্রোগ্রাম শেমগদৌরিবনি। প্রজাগী য়াইফ মুংঙাইনা লৈনবা হায়দুনা সরকারনা প্লান তৌরিবনি, অদুগী মতুংইন্না মীওইবগী চংদবা য়াত্রবা পোৎচংশিংগী মমল অস্থম অস্থম হনথহনগদৌরিবনি অদুভদা প্রজাগী মুংঙাইগদৌরিবনি, তশেংনা ওয়েলফিয়ার ষ্টেট অমা ওইবগী মুংঙাইবা কংগদৌরিবনি। পৃথিবীগী অয়াম্বদা চৎখোক চংশিনগী ভারা অস্থম অস্থম তাপ্পরকপনা রুসিয়াদদি স্থকলোব্ৰ লৌত্রে। অদুবু মণিপুরদদি তাবগী মচুত্তা হেনগৎলি। ইডিটর স'হেবকী মত্ত করি লৈবিবগে।

চিঙাখম ইবোয়ল
ইম্ফাল

ইডিটর মহাশয়:—

হৌখিবা সেপ্তেম্বরগী তাং ২৩, মুংথিল পুং ৩॥০ রোম তাবদা ইন্দিরা গান্ধী ওকপা চৎনুগ্নথি নত্তে, সিনেমা য়েংবা চৎপনি, মবেম্মগি ভাষণ অদুদি নোংঙা'প্লগা খবরদা তাবা য়াই। সিনেমাস্থ তৌরমত্রে, হায়রা য়েংত্রবা সিনেমাস্থ ওইরমলে, অমুক হনবা নংহৌদনা মুংগী লাল মরক্তা অরাবা থরা ফংখি। মুংনা পানগনি কিনা কিনা কুস্মে য়েংবগী রাখল থর থোরকখি। হন্দক মবেম্মা অদো, বেঙ্ক নেশনেলাইজেশন্নে করিনে, সিন্ডিকেটপু মায়থিবা শিবনে, গিরিবু রাষ্ট্রপতি ফমদা থাঙৎপনে, ভারতকী মিংশেলদা মহাকী অনৌবা মথি অমা তারকলে, ভারত অপুম্বনা মহাকপু খৌরাংনা তাবদ্বা লৈত্রে। মহাকী ইমেজ অসি অমুকা হেন্না হেনগৎনবা, নোংপোক তারত্তা অথুবা থোংদোই অমত্তম তোখোক্তে অসিনি। অমারবনি! মহাকা চেং চাখিবা, মহাকী খোদা ঊগ্নিবা, মহাকপু হাকথেংননা লেবা ফংজবা কাংবুনদি লৈগী পরেং যাচক্কন, জুবাকুসুম— অদুবু তুংগী আশা উত্রবা ভুংগী মাইকৈ লেপত্তমত্রবা, অশাউবদা খুতুম চনপ্রবা মহায়োল কয়া অদুদদি— থাকী শেৎপশিংগী লীচে, নোংমৈ গুলী— মুং অমা ইল্লুরবনিনা মুং অখি হন্নকই— ঐগী মুংলা মীগী মুংলা খংখিদে। চাউখৎপা মকম ওইদ্রিব, অঙানব শরুক উদ্রিবা বিহার মধ্যপ্রদেশকী থুনংদগী হৌরকপা কুচু মুরবা কাংবু মপৈ মপৈ থাদোয়ক্তুনা ঈ কাহুমা লৈরবা অঙাংশিংগী অমুক মখৌ হেনগৎহনখি। মুংনা থারদা মীশিংবু অমুক থাদনবা হোৎনবদি নত্তে, মুং হন্না থাজদুনা অঙাংশিংবু শিদ্ধু, মখোয়না অম্বক ঙমলবদি ঐখোয়দি করি ঙমদনি— অসিগী মওংনি। অঙাংশিংনা ষ্টেট ট্রান্সপোর্টকী ট্রক, বস, কয়া মৈক্লাওবী ওনহলবা ঙম্নবদি পোলিশতি করিগী ঙমদনি। চুম্না লৈজরম্ব, দুকান মমাংদা থাজবা গাড়ী, স্কুটর, জীপ কয়া থাকী শেৎপশিংনা থুগায়বা ইমিৎমক্লা উজখি। দুকান মমুংদা লোৎত্রুনা, অমস্থং য়াইফল শাইয়ারগী মখোল মীৎ উইশিন্দুনা তাজখি। অহোবদগী য়েংখোক উবদা — নহা কাংবু অমনা অশোকপা, শিরথরা চংবরা খংত্রবা, লোংনা চিংদুনা হোসপিতাল তান্না পুখিধা উই। মবেম্মা অদো মিনিট ১৫ কানা রা ঙাংবা ঙমখিদে। অকোয়বদা উরিবা অশাওবা মুঙাইতবগী শককম অদু হনজিল্ল্রি কাওবা ফমদুনা ইংনা লৈরমলবদি থরস্থ শাকরমগদৌবনি। মবেম্মা হেক চৎখিবদগীদি হাৎনিংবা, ফুনিংবা লেং লেং চত্তুনা, মমায়দা ঈ কাদুনা লৈরবা কাংবু অদো

পায়খোরকলে, নোংমৈ কাপশিল্লক্লে—দুকান পয়েং চংদুনা ফুথবা নৈবা হোৎক্লে। লৈবাকপু শান্তি পীনবা, য়েংদুনা লৈগদোবা মখোয়না, লানগী কি-বমদা, মমায়দা ঊ কাদুনা, লাউ খোংদুনা, অত্যা-চারগী শককম উৎপদা ইমিৎ অসিনা তশেংনা উরি। ইন্দিরা গান্ধীগী অরাবা নোংপোক ভারত কি তুরনি। দিল্লীদদি অয়ুক, মুংথিল, মুমিদাং মাগী দর্শন তৌবা চংনরম্বা য়াই, মাবু লাইনি খোম্নরম্বা য়াই— পীকলবা, লুন্দোকপীদুনা লৈরবা অয়োৎপনা থল্লবা জগা অসিদদি মাগী বেঙ্ক করি, গিরি করি— ইন্দিরা গান্ধী করি— ইয়োই ইনাও-শিং কোক কায়রবদি হোৎচিল্লো—সিঃ আরঃ পীঃ শিং লোয়শিল্লো— অসিদনি। ঐখোয়গী লৈবাক পুরিবা, ফুরিৎ অচোনবা লীৎপা, গুকশমদা কুদাম কাবা, য়োস্তেক মোন্দুম কোনবা কাংবুনা লুপা লাপ কয়া চঙনা মবেম্মবু ওকপা লাক্কজবনি। লুপা লিশিং কয়া চঙনা মাইক পানথত্তুনা, টুচ লাইট থাঙ্গত্তুনা হোৎনবনি। কাংজৈবুংগী মাইক ময়াম অদু ফিত তৌনবা কলিকতাগী মীয়ানচা কোথোকলিবনি। উগ্রুলদা শেল কয়া চন্না শেম-গৎখিবা হৈকোন মবেম্মগী হেলিকোপ্তর ভাবা য়ানববা ভেমথায়খিবনি। লাইবক থীবনি। ইম্ফাল সহরগী মুমিৎ অদুদদি ইন্দিরা গান্ধীগী অনৌবা মমি অদো, মশাবু নমথাক তৌজদুনা, মথন্তবু মুং-শিজয়বা নার্সিসকী মমি ওইরম্মে— মাবু মকম অসিদা মুঙাইনা চাউনা ওকচগে হোৎনরম্বা কাংবু অদো মমাং কাগী ফিরাংজীদুম ওইরম্মে ভারত মপাগী সম্বনি থনবা, থোয়বনা লৈতেং ওইজবী অময়া, মাবু থেমজনিংবা, মাবু পেলহম্জনিংবা, মরা তান্দ্রবা কোশিল ওইরবা মীওই থরগা মখোয়গী শান্নবা লীলাদা শুকয়াও য়াওজদবা ঐখোয়গুম্বা অনি অদুগী থব্রাই মাঙখিবগী লীলা— চংনা মপান কা জৈবুংদা শান্নবা ওইরমলে।

অচুম্বা পাউ তাগত্রা হায়দুনা ইন্দিরা অ-পুম্বগী রেডিও, ইম্ফাল, থব্রাই য়াওনা তারুই, মচীনদং লেংবা ব্রাদি ঙাংদরা ইন্দিরা অপুম্বগী রেডিও ওইরমলে। মখোয়গী অদুগুম্বা মরোলদি মুমিৎ থুদিংগী মহাবলীগী য়োংশিংদগীমু অদুন কংই।

ইডিটরগী

উচেৎবা অমা

---

# পানমিল

চন্দক প্রধান মন্ত্রি ইন্দিরা গান্ধীনা ইম্ফাল দা লাকখিবা অদুদা শ্রী ও, নাতুম সিংহ, প্রেসিডেণ্ট ; শ্রীএল: চন্দ্রমনি সিংহ জেনেরেল সেক্রেটারী ১দি শ্রীরাই: তেজেন্দ্রসিংহ, সব-ইডিটর 'লময়ানবা' মীওই অহুম্না পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী মহুৎ শিন্দুনা মিনিট ১৫ রোম প্রধান মন্ত্রিগা উনখি। সর্বশ্রী অহুম্না ভারতকী প্রধান মন্ত্রিদা পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী শকতম অমদি পান্দম শুপাইনা ফোংদোকখি। মণিপুরী নহারোল অমদি প্রজানা হৌজিকমক দরকার ওইরিবা দাবি কয়াম্রুম ফোংদোক্লকপগী মতাংদা শ্রীমতি ইন্দিরানা অসুম্না হায়খি "মণিপুরদতা নত্তনা ভারতকী মকম পুম্নমক্তা অরাংপা রাম্না লৈরিবনি। অদুগীশু মথক্তা ভারতী রাম্না লাইরবা লৈবাক্নি। মরম অদুনা মণিপুরগী অরাং অপাশিং অসি চহি অমা অনিগী মনুংদা কোক্লনবা হোৎনবা শুমগদবা নত্তে। করম্বা দাবিনা খ্বাইগী মরুওইবনো থল্লগা তৌবা তাই" প্রধান মন্ত্রিগী রাকম অসিগী পাওখুম ওইনা শ্রীচন্দ্রমনি সিংহনা অক্সুম্ন খুমখি : "মণিপুরদি চহি ২০ চুপ্না কেন্দ্র সরকারনা—থৌওইবিত্রবনি। মণিপু গী অরাং-অপা অসি য়াম্মনপ্রদুনা অমদি খ্বাইদগী দরকার ওইবা তাক্তা তাইরদুনা করম্বানা হায়া তৌনগদবা দাবীনে—হায়খসি য়াম্না লুরবনি।" মণিপুরদা হৌজিক হৌজিকমক থোক্লিবা থবক কংদবগী রাকম অমদি মণিপুর সিভিল সার্ভিসকী অমোংপা অমদি অরাংপা মরাম অদু পুথোক্তুনা ডেলিগেট অহুম্না প্রধান মন্ত্রিদা মরিক চুপ্না ফোংদোকখি। পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী অমতা তাইত্তরবা থাগী চেকোং 'লময়ানবা' গী ইডিটর শ্রীয়াজাওবরু ভারত সংবিধানগী য়াংমা লাম অমদি শুন্দা অমদি হুরানবগী কেশ পানশিন্দুনা অথেংবা অহিংদা য়ুমদগী কাখিবাগী মরমদা মরিক চুপ্না শ্রীমতি গান্ধীদা পাওদমখি। রাকং অদু নিংথিনা তারবা মতুংদা প্রধান মন্ত্রিনা অসুম্না হায়খি, "কদাইদনো নখোইগী ইডিটরগী রাকম অদু ইংরেজী অনুবাদ য়াওরবদী য়েংগে।" মতাং অদুদা ডেলিগেট অহুম্না লময়ানবগী অহানবা চেকোংগী "য়ুথল মরুমদা" হায়বা অদুগী শরুপ্পা মরম পীরগা ইংরেজীগী অনুবাদ অমা শ্রীমতি গান্ধীদা পীসনখি। অনুবাদ অদু য়েংলগা, 'ঐহাক নিংথিনা পারগা য়েংগে" হায়দুনা ডেলিগেট অহুমদা প্রধান মন্ত্রিদা হায়খি। অরোইবা ওইনা লীগকী ডেলিগেটনা শ্রীমতি গান্ধীনা মণিপুরদা লাকপা অসি লীগকী মেম্বরশিংগী মহুৎশিনবা ওইনা অমদি মণিপুরগী নহারোল অমদি প্রজাগী মহুৎশিনবা ওইনা থরাই য়াওনা ওকচরি হায়মলগা বীদাই নিরকখি।

কাছারদ লীগকী নিংথম মীফম :—শ্রীএল: চন্দ্রমনি সিংহ, জে: সেক্রেটারী পানমিলনা হোৎখিবা তাং ২৫ গী অহানবা এরোপ্লেনগী থোংচত্তা লীগকী কছার সাখাগা উনরগা লাক্কদোরিবা নিংথম মীফম-গী মরম য়াংপা লোইননবা খোংশাল্লুই। তাং ২৬কা সুংথিল পুং ২ তাবা মতমদা শ্রীলাইশ্রম মেরাজাওবা সিংহ এম: এল, এ গী কালিবাড়ী সংগাইদা পানমিলগী কাছার সাখাগী মেম্বর অমদি আসাম

প্রদেশ মণিপুরী য়ুথ কমিটিগী মেম্বর কয়ামরুমগা লোইননা অপুনবা মিকম অমা তৌখি। মিকম অদুনা মণিপুরদা প্রধান মন্ত্রি লাকপা নুমিত্তা থোকখিবা মতমদুদা সিঃ আরঃ পীঃ গী লোংমৈনা পান্দুনা শিখিবা মীওইশিংগী অরাবা কোংদোক-খি অমদি জুডিসিয়েল ইনকোয়েরী তৌবিয়ু অমদি মণিপুরদগী সিঃ আরঃ পীঃ লৌথোকপিয়ু হায়রবা দাবী তৌখি। মিটিন অদুদা পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী থাগী চেকোং 'প্রময়ানব'গী ইডিটর শ্রীসনা জাওববু মরম চানবা ভারতকী সংবিধানদা পীবা ফুন্দামেন্টল রাইটসকী রাংমা লাম্না কারুরবা অদু গীদমক নিন্দা তৌখি অমদি শ্রীসনাজাওববু কন্দি-সনেল রিলিজ তৌরিবা অসি অন কন্দিসনেল রিলিজ তৌগদবনি। হায়নসু দাবী তৌখি। অয়োইবা ওইনা মিটিন অদুনা নবেম্বরগী তাং ১, ২ দা পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী নিংথম মকম শিলচর শহরদা লৈবা মণিপুরী লৈকাইদা কন্না হায়না য়ানখরে। মিটিন অদু লোইরগা কছারগী নহারোল অহল্লোনগী য়াইফ পাওজেল কয়ামরুম পুরক্লুনা শ্রীচন্দ্রমনি তাং ২৭ কী অনি-শুবা এরোপ্লেনগী থোংচত্তা শিলচরদগী ইম্ফালদা থুংলাখি।

---

# থৌদোক য়াথোক

## হো চিন মিন (১৮৯০-১৯৬৯)

চিনগী জেল মপুংদা মীয়াই চল্লবা ময়াং কংবা মুপা অমনা চরুগী কোলোম খারগা অস্তুমনা ইখি:—

> "কৌশুবদা কোনা শুকী চৈনা থাংই
> অঙোবা চেং ওইরগা থাইনা পামনৈ
> মীওইবগী পুন্সিশু অমিমল্লি
> অরাবা থাংলগা নংবা হেল্লকই"

মথক্কী য়াহি পরেং খরসি ইখিবা মুপা অসি অয়াং ভিয়েতনামগী প্রেসিডেন্ট ওইরম্বা ডাঃ হো চিন মিনি। মহাক লৈখিদবগী পাও অসি হেনোয়গী রেডিওনা অহানবা শন্দোয়কপা অদু তাবদা অয়াং ভিয়েতনামগী মীপুম থুদিংগী মিলু-দগী অতৎপা লৈতনা পীগী ইরা শিয়খি। মহাক লৈখিদবগী পাও কংবগা পৃথিবীগী মকম পুম্নমক্তগী অরাবা কোংদোকপগী পাওজেল চে কয়ামরু মথং মথং হেনোয় সহরদা থুংলখি। মতিক চাবা ইকায় খুম্নবা উৎপগা লোয়ননা অংতোপ্পা লৈবাকী মীকুৎশিনবা কয়ামরুম য়াওনা নোংমৈ ২১ গী সলামমি পীদুনা ডাঃ হো চিন মিনগী ষ্টেট ফিউন-রেল লোইশ্রে।

ডাঃ হো চিন মিন খৃঃ ১৮৯০ দা অয়াং ভিয়েতনামদা পোকখি। অপোকপা পম্লোনা মতম অদুগী মাজিষ্ট্রেট ওইরম্মী অদুবু ফ্রান্সিগী মাই-য়োক্তা লালহৌবগী মতেং পাংই হায়দুনা কম অদুদগী তাম্লোকখি। অপোকপী মমা ইবেম্মতু ফ্রান্সিগী মায়য়োক্তা লালহৌবা কাংবুদা থুমু থুনাই পী হায়বগীদমক দন্দী কংখি। অম্মুম্না

মরেবাক লুংশিজক্কা মপা মমাগী ঘচা ওইনা পোক-লকপা অমদি মতম অতুগী ফরাসিগী কাংবুনা ওৎনৈবা ময়াম অতুগী মরক্তা চাওরকপনা হো চি মিন অণাং ওইরিভেদগী মরেবাক মক্যাত্তিন্নু লুংশিবা মীওই অমা ওইনা হৌরকখি। শরুক্কা মহে মশিং তম্বগী পুন্দশি লোকইরক্ক খৃঃ ১৯১৪ অচৌবাইদগী ইউরোপ অমদি আমেরিকাগী লম অয়াম্বদা মখল মথা অয়াম্বা অতোনবা থবক তৌ-দুনা চৎখি। মহাক্না চৎলুব্া মকমদা থেংনরকপা অত্তিন্নু লুংশিবগী ঈচেল অদুনা অনৌবা পাংগল অমুক হাপ্তুনা মরৈবাকপু ফরাসিদগী কন্নবা ভিয়েট মিন হায়বা কাংলুপ অমা লিংখৎখি। মতৌ অমুম্না খৃঃ১৯৪৫ গী আগস্ট থাদ ভিয়েট মিন্না অহানবা নিংতম্বগী লান তৌবা হৌখি। ইকুই কুইদনা চহি অদুগী সেপ্তেম্বরগী তাং ২ দা মশিং মথা তম্বা ভিয়েতনামগী রিপব্লিক ওইরে লাওথোকখি। মতৌ অমুম্না চহি-ক্রয়া মরৈবাক্কী দমক মীওই কয়ানা সহিদ ওইপ্রবা মতুংদা খৃঃ ১৯৫৪ গী বসন্তদা মতম চুপ্পগী ওইনা ফরাসিশিংবু ভিয়েতনামদগী তাম্থোকখি। অদুবু লাইবক থীবদি হো গী হোৎনবা অদুগী মহে ফংথাইদমক ফংলি। মথা থংবা ভিয়েতনামগী শরুক্তী আমেরিকাগী মতেং লৌদুনা প্রো-রেফেটরন গোভর্ণমেন্ট অমা ওইনা চলাইবা হৌখি। অরাং ভিয়েতনামগী মরাইবক লেপখিবা লুপা অসি য়াম্না চম্বা মীওই অমনি। মীশিংনা মহাকপু "অংকল (খুরা) হো" হায়না লুংশিনা কৌজখি। মহাক্কী অচম্বা পুনসিদি রাহে থরসিনা ওনবা য়াই। "ঐবু প্রসিডেন্ট থনবিরে। মরমদি ঐগীদি করিশু লৈজদে; য়ুম লৈজদে, ইমুং মসুং লৈজদে, ঐগী ইরনশু লৈজদে, ঐগী লৈজবা হায়ববু ঐনা শেৎচরিবা নংজম ফ্রীজোল অসিনা লোইজরে' মতম চুপ্পদা লৈহৌরগদবা তাঃহো চিন মিনগী রাহৈশিংনি। কয়াদা চমপ্রবা, কয়াদা শেংপ্রবা, কয়াদা লুংশিপ্রবা রাহৈশিংনো।

## সেপ্তেম্বর ২৩

সেপ্তেম্বর তাং ২৩ থাঙ্কেশেংনা মণিপুর ইতিহাসকী অথোইবা লুমিৎশিংগী মনুংদা শিং-থানরগনি। ভারতকী মবেম্মা শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীনা লুমিৎ অসিবু মণিপুরগী মুৎফত্রবা লুমিৎ ওইজৌ হায়না মণিপুরীশিংদা থোজানবীরম্মে লুমিৎ সিদা মণিপুর সরকারনা মণিপুরগী অহল অম্মন লুপী অণাং লোইয়া তময়াদগী প্রজা মথৈ বার্ত্তন তৌদুনা কৌখৎলগা মপান কাংজেবুংদা নোংমৈ পায়বা সিঃ আরঃ পীঃ তেঙ্গোলনা কোয়না লাং-গোয় চলহল্লগা মপাঙ্গল লৈজত্রবা চম্নবা প্রজাবু শা-ভাগ্রম্না ফুখিবা অমসুং হাৎখিবদু প্রধান মন্ত্রি ইন্দিরা গান্ধীনা থম্নায় পেন্না মীয়েং তাবিখি। সিঃ আরঃ পীঃ লাম্মা থাজিন্দুনা নোংমৈনা কাপ থুহল্লগা শিঙমদনা শিখিবা মরাল লৈজত্রবা প্রজা কয়াবু ইবেম্মগী মীৎমক্না থীৎনা উহনখিবা গুম্বসি মণিপুর সরকারগী হোৎনজমনগী নিংবা থুংবা হায়বদু ওইখি। অমুম্না হৈ-শিংনা অমদি থম্নায় রাওনা মণিপুর সরকারনা শান্নখিবা লীলা অসি লুমিত্তু মক্তদা লোইশিম্না ওমদত্নুনা সেপ্তেম্বর তারিখ ২৫ কাওবা চৎখি। লেপ্পা লৈতনা সিঃ আরঃ পীঃগী নোংমৈ মথোল অসি লুমিৎ ছুপ্পি চুপ্পা তাখি।

থোক্লিবা লীলা অসি লুমিৎ অদুগা পুং ও তারকপা অসিরাহদগী হৌরক্রে। মণিপুরগী

চৎনু।" হায়না সিঃ আরঃ পীঃ শিংগী সরদারনা প্রজাশিং অদুদা সনা য়াথং তাওথরকই। দশা য়াথং অসি কীগাও শাত্রুনা য়াজহৌবা মীওইশিং অদুদি সি; আর; পী;শিংনা খোংপাক, খুবাক অমসুং য়োৎখোক্কী থৌজাব উৎখিদে। হিন্দী লোন্দা পীরকপা য়াথং অসি অর্থ থংহৌদবদগী মকোক্তা মথুৎ থাজৎহৌদবা মীওইশিংগী মখিংগু য়ামখে। মখোইশিং অদুদি সিঃ আরঃ পী;শিংগী পদা, চৈতুপ, খোংপাক অমসুং থুত্তুমগী মহাও কত্তু চংখোয়া থংজবা ঙমখি। লান্দা মাইথিরবা বন্দীডবু মকোক্তা মথুৎ হাপ্লগা চৎহল্লি। মণি-পুরীশিং অসিবু লান্দা মায়থীরবা বন্দীরা ?

মীতাক্তনা মুংশিৎ মুক কুংনা ইমখিবনা, চিৎন রাইনবা য়াদদুনা চেনবা নংহৌদনা প্রজা মীয়াম অমসু টিকেন্দ্রজীৎ রোমতা লৈশৌরি। মখোইনা সিঃ আরঃ পীঃ শিংগী নিংতবসু মপু ফানা থুংহল্লি। সিঃ আরঃ পীঃ শিংগী খোংপাক, খুবাক, অমসুং য়োখোক চৈতুবকী ককফূদগী, মুপী নহা অমসুং অমসুং অঙাং করাগী মচিস্কগী কপ লাওবা অমসুং চৈন্নগী থম্মোই কায়বা খেঞ্জেন অমনা লৈবাক কাওবা লিকখি। অমুবু খোঞ্জেন অসিনা চৈফুগী তেমথেং অদু অহোইনদুম হেনগৎহল্লি। য়েংহৈত্রবা দৃশ্য অসিগী থৌইনশিন্না প্রজাগী মীওই কুনমুক। সিঃ আরঃ পীঃ থরদা মুং লংলকখি। অদুগুম্বা মীওই কুনমুক অদুবু আই, জিঃ পীঃ না য়োৎহিং চনশিন্নবা হোৎনখিদবা করিগীনো ? সিঃ আরঃ পীঃ ১০০ নং থাজিন্দুনা কোয়শিনহল্লবদি, মুং পারবা মথুৎ অদু থুদেকহল্লরবদি, ইবেম্মা ইন্দিরাগী অশাওবগী মৈরা অদু থরসু হুম্বরমগদহনি। করি-গীনো মীওই কুনমুক অদুবু পুংথায় অদরোম মুং লংবা ঙমহল্লিবা অসিবু ?

সিঃ আরঃ পীশিং অসিদি মমিং মনা য়াম্না শিংতি। মখোয় ১০০ রোমনা দলান অমগী অনিগুবা মখোয় কাখত্তুনা হোটেল ডিপ্লোমেট ভস্না ফুজিনখি। মুপী অঙাং অহল লম্মনবু মকল্লি থোকপমৈথ্রে কুম্বা চৈবদা শদো খোংলম্লা অদু হম্বনবা মহিরেন থক্তদৌরিত্রা ? মহীরেন পুথোরক্ষা হোৎ-নবদা হোটেল ডিপ্লোমেততা শাইদাংকম ওইজরবা মুপীশিং অদু ওহোকপা য়েংহৈত্রবা পাপকী অত্যাচার চৎখাখ। দোলান মথক্তগী মুপী অঙাং-শিং অদুনা কম্না লাওবগী খোঞ্জেন অদুনা লিকপগুম তৌখি। মুপী অঙাং কয়বগীদমক চংশিল্লকপা মীওইশিংদা নোংমৈ কাপখি। মশা নানথোক্রবা হোৎনজখিবী মুপী অমগী মনঙ্গদা সিঃ আরঃ পীঃ গী খুইদগী ষ্টেন্না তমথীনা ফুবা থুৎফুগী মওং অদু উৎলকখি। তৌরিবা অত্যাচার মওং অদু উবদা কংগ্রেসকী জেনেরেল সেক্রেটরী রনবীরস্নানা "পুলিস নখোইগু ভাইখো" হায়দুনা মাইকত্তা কনা রুম্না থামকখি। অদুবু সিঃ আরঃ পীশিং অদুনা মনাদা হাপখিদে।

ইবেম্মা ইন্দিরা লীলা মীৎয়েং তাখিনথগী-দমক শনাখোং লেংথোক্লক্লে। বালেশ্বরগী বাং-লাদোমদা নক্ল শাম্রিবা অরাংবা শগাইদা লেং-থৎগী। ইবেম্মনা প্রজাশিংদা চৈ থাংবা অমসুং উশিৎ থওইদবা অয়াকপা য়াহৈগী নোংমৈ কাপ্লা হোরকই। ইবেম্মগী সিঃ আরঃ পীশিংসু প্রজাশিংদা নোংমৈ কাপ্লা হোরকই। ইবেম্মগী (মণিপুরী প্রজাগুম্বদা শিজিন্নবা নত্তনা, ভারতকী য়াজ্য অতৈ-গী প্রজাদা শিজিন্নবা ঙমখিত্রিবা অমদি ঙমল-য়োইদোব) উশিৎ থওইদকী য়াহৈ য়াজাগী

মৈকাপ্পীদি মিনিট তম্রামুক্তগী হেক্কা কাপ্পা ওমখিল্লে। অদুবু মবেম্মগী ঈমিং কংজম্রবা সিঃ আরঃ পীঃ শিংদি মুমিদাংগী পুং তরা ফাওবা লৈরক খুল্লক্তা চংদুনা প্রজাবু নোংমৈনা কাপথুনা হাংখি।

মুমিৎ তাপ্রে। মী অহুম শিবগী পাও তারে। মশীং লাকওমদনা মুপী অঙাংগী অশোক অপম অসি লম্ফেল জেনেরেল হোসপিটালদা চনিরোমদি লাইকম্রবা হোৎনরগা অয়াম্বদি ডাক্তর অমম্তুং হিদাক কোম্রদতুনা য়ুমদা পুথনপ্রে। খোংপাক, খুপাক, খুত্তুম, চৈতুপ অমস্তুং নোংমৈগী জগোই অসি কাংজৈবুং অমস্তুং খ্বাইরম্বন বাজার মসুংদগী শন্দোরক্লুনা থুয়াথোং, নাগামপাল, শগোলবন্দ, ব্রাহ্মংবম লৈকাই অমস্তুং উরিপোক্তা সিঃ আরঃ পীঃ চাম চামনা উৎখি। পুং নিপাল মথায় তারে। সিঃ আরঃ পীঃ চত্থমলোম্না মহারানী থোং ব্রাংমদা উরিপোক খুঙ্গিন শরকী নাকয়েত্তা লৈরিবা য়ুম অমস্তুং দুকান কুন্দাথোইরোমদা লান্দাখি। থোং থুদেক্লুনা চংলগা সিঃ আরঃ পীঃ চত্থমলোম্না অহল লম্মন নুপী অঙাং অশোক অনা থাক্লন ফুগায়খি। চৈতুপ অমস্তুং নোংমৈ তোংনিংনা ফুগায়রগা হোৎনদবা পাপকী লমচৎ চৎলম্লগা দুকানশিং অদুদগী পোৎ চৈ. কীয়োল অমস্তুং সনা লুপাগী লুক্ত তৌখি।

চিফ মিনিষ্টর কোইরেং সিংহনা শ্রীমতী ইন্দিরাদু চাক কোননবগী থৌরাং তৌখি। খ্বাইরম্বন মপানগী শ্রীলাইময়ুম গোপাল শর্ম্মনচিংবা বামোন অহুম্না চাক থোংই। ময়াং শিঃ আইঃ দিঃ তরেৎ অমস্তুং মণিপুরী মরিনা বামোন অহুম্না চাক থোংলিবা মওং অদু সেমদুনা লৈ। তৌবা লোইরক্তা তাইদিবা তা অদু বামোনশিংবু প্লেট কয়ামুক্তা খাইদোক-হল্লি, ময়াং শিঃ আইঃ দিঃ শিংনা মহাও তংলি। অমুম্না ইনশাং মথেন খুদিংমক তরেৎ নিপাল্লক হম্না মহাও য়েংখোক্লই। হু, খেমজী, কেগে-মানবীনচিংবা মাওরমত্রমাল্লে মমৈথংদদি মহাত তংবগী থবক লেপপ্রে। অদুবু চাক তাক্লু বদদি ইন্দিরা লেংলকতে। বালেশ্বরগী বাংলদা বামোনশিংনা ইবেম্মগী কাদ থিল্লি। হু, খেম-জিনচিংবা মাওরমগত্রা কিরমাল্লে, ইবেম্মনা চাক অদুবু লৈতোন তংখিদে।

ইবেম্মনা তাং ২৩ গী মুংদাং অসি অঙ্গুরব্র-চিংবা চায়। অঙ্গুর অসিবুমু মণিপুরা অংতগী মখুৎনা শোকখিবা নত্তে। সোকলম্রবদি ইবেম্মনা চারমলোইদোবনি। কলকতাদগী মণিপুর হাওদকী ওইবা ময়াং ওকীশার অদুগী কিরাণী কুন্দুনা অঙ্গুরনচিংবা মাওর গাওরবা হৈগী থুমোক অমনা অতিয়াগী লম্বীদা পাইরক্লুনা মবেম্মগীদমক পুরক-পনি। মণিপুর সরকারগী কাইমানথ শেক্রেতরি কল্যানশুন্দরমশু অতিয়াগী লম্বীদা পাইদুনা কলিকতাদগী মবেম্মগী কোফী, চানচিংবা লৈরক-রগা মবেম্মবু পেনহনল্লি। কল্যান শুন্দরমনা চা, অমস্তুং কোফী অদুগা কুন্দুনা অঙ্গুর থুমোক অমা অতিয়াগী লম্বীদা কলিকাতা হঙৎ হন্দা চত্তুনা লৈরুবদা চংলিবা খেল অসি মণিপুরা-শিংনা থিবা থজানগী শরুক অমা নত্রা? মণিপুরদা কংবা চা অমস্তুং হৈদি ইন্দিরানা পামত্রা? মহাক্না কলিকাতাগী চা অমস্তুং অঙ্গুরতা পামই হায়রকপ্রা? ইন্দিরানা নোংমত্ত মণিপুরদা থোং-দোই হম্রকপা অথিদা উৎলমবা লাখী লমথাক

কয়াদা রা মকক য়ুংবদা উপান্বীদা শুন্নু তৈবদা, হান্না শারমলবা গান্ধী মেলাগী য়ুম কয়া থুদেকপদা হৈপাল লৈপাল কয়া য়ানথুবদা লুপা লাখ কুন্থ্রা হেন্না হেন্না মণিপুর সরকারনা মাংহল্লব্রা? মাংহল্লিবা লুপাশিং অসিবু মণিপুরী জাতিগী শেল নত্রা? ইন্দিরানা অন্থুক য়াম্না শেল অসিবু মাংহল্লু হায়রকপ্রা?

## প্রজাদা নোংমৈ কাপ্পা

ইবেম্মা ইন্দিরানা রা ভাংবা হেক হৌরকপগা প্রজাশিংদা ইবেম্মগী সি; আর; পী,শিংনা নোংমৈ কাপ্পা হৌই। ইবেম্মনা মনাইশিংদা নোংমৈ কাপ্লকনু হায়বা য়াহৈ অমতং হায়খিদে। ইংরেজাগী নোংমৈ মরু অদু কিখিরকতেনচিংবা মতৌক চাদবা প্রার্থী-য়ারেম মাগী বক্তৃতা অদুদা হায়জিল্লকপা অদুনা মনাই স; আর; পী; শিং অদু থৌগৎপা ওইনা থোকখি।

মণিপুর অসি ভারতবর্ষদগী মাংহনগ্রবস্ন পান্থুব্রবা মচেৎ অমা ওইরমগদ্রা হায়না চিংনফম থোকপা য়াক্কম অমসু লৈ। মিনিট মত্তাগী মতুংদা মত্তা চাবা মকমদা চৎথোকউ; চৎপ্রোক্ত্ত্বদি নোংমৈ কাপ্পা তারে হায়বনচিংবা য়ানিং অমত্তা কাওবা প্রজাশিংদা পীরমদনা অমদি নোংমৈ কাপ্পগী মমাংদ শিজিন্নগদবা টিয়ার গ্যাসনচিংবা শিজিন্নরমদনা করিগীদমক ইখং খণ্ডহৌদনা প্রজাশিংদা সি: আর: পী: শিংবু নোংমৈ কাপহল্লিবনো?

প্রজাগী মীওই থরনা নোংমৈ হান্না কাপলকপদগী মশা কনবা ওইনা সি: আর: পী:না নোংমৈ কাপ্পনি হায়বা অরানবা পাও অমা লৈবাক পুংজাও য়ৈদুনা শন্দোকলি অমসুং মপানগী পাওজেল চেশিংদশু কোংহল্লি। অরানবা পাও অসিদি ওহোক্লা মথিং মরাংডি। সরকারগী চুরাহাবা চা কয়া কয়া কিজম শেৎপা সি: আর: পী: অমসুং মণিপুরী পুলিশ চা কয়া থুৎলাই পায়বা সি: আর; পী; লিশিং কয়ানা থুরক হাওদনা ১মুং মুংশিৎমুক কুংনা পৈদুনা থম্নমমত্তদা, নোংমৈ কাপ্পী হায়রীবা প্রজাগী মীওই অদুমু মশক উহৌদ্রিবা অমসুং ফাহৌদ্রিবশিমু করম্বা মথলগী উৎপাৎনো? থুরক হাংদনা থমলিবা সরকারগী কেমেরামেনশিংনা হায়রিবা মুপা অদুগী কোটো নমহৌদ্রিবা অসিনা করম্বা মথনগী তাৎনো? মুপা অদুনা কাপখিবা নোংমৈ অদুগী মখোন কনা অমতনা তাহৌদ্রিবা অসিনা করম্বা মথলগী মিত্রেংনো? মাগী নোংমৈ অদু মরুশু চত্তবা, মখোনশু থোক্তবা অমসুং চাইনানা শাবা জাৎলা? অশোকপা সি; আর; পী; থরা অদুগী মশাদা লৈরিবা দাগ অদুদা নোংমৈগী দাগ ওইরমদ্রিবা অসিনা করম্বা ভাবনো? দলান অমদগী কাপলকপা নোংমৈনি হায়দুনা প্রেস নোটকা থোকতুনা হোৎনজরি। অদুবু থোরগী অশোয়বা অরানবা প্রচারনি হায়বসি হেক্তা মথংডি। নোংমৈ কাপ্লকই হায়রিবা দলান অদোমদদি সি; আর; পী;না নোংমৈ কাপশিন্দ্রগা লম্বী চৎচব প্রজাদা নোংমৈ কাপশিল্লীবদু কাব্রী অর্থনো? দলান অমদগী কাপ্লরুবদি ফীজম শেওনু লৈরিবা সি; আর; পী; সেক্যুরিটিমেনশিংনা তাম্নদুনা চুকান অদু কোইশিল্লগা কাহৌবা ওমদবগী মরম লৈবরা? মণিপুরীশিংদতা নোংমৈ কাপকদবনি হায়বা য়াথং অমা সি; আর; পী; শিংদা পীখি হায়বা পাও অমা তাই। পাও অসি চুম্মবা য়াবগী মওং লৈ। নোংমৈনা থোকপা অমসুং শিবা অন্থুক য়াম্বা

মীটিং অসিগী মরক্তা ময়াং অমত্তা কাওবা য়াও-
ত্রিবা অসিবু করিনো? প্রজাশা তারিবা পাও
অসিবু চুমদে করম্বা হায়গনি। মৈতৈ অমম্তং
চৌংমীগী দুকানদা লাক্লাবা অসিনা পীরিবা অর্থ
অসি চুমত্রা? মৈতৈ থুমক্তা লৈরিবা ময়াংশিংগী
দুকান অমদি য়ুমবুদি করিগী থাক্লমলাবনো?

ময়াংনা নম্বা রিসেপসন কমিটি শেম্বনি।
মণিপুরী মচাদি ইয়াও য়াওহল্লবদি। অমুকম্ব
ময়াং ওাক্তদা থুন্দারিবা ময়াংনা ম্যুনিসিপাল
কমিসনার ওইনা কাক্লিবা ইম্ফাল সহরগী ময়োল
অসিনা মণিপুরী তম্মী চৌংমীদমক অশোক অপর
থোক্লগা ময়াং অমতত্ত্ব সি; আর; পী; চৈকু কং-
হোদবা অদুগ করম্বা থাংলোয়ো? ময়াং দুকান
ওাক্তা ওাইরবা থাইরম্বন বাজারদা ময়াং দুকান
অমকাওবদা চংত্রগা মণিপুরী দুকান্দতা চংডুনা
মুপী অওাং ফুরিবা অজিত্রা করম্বা য়েলানো?
ইবেম্মা ইন্দিরানা মণিপুরীশিংগী ঐতমক পাম্মী
হায়ব ঙাংলা ভারতকী মনুংদা কাংলুপ য়েং-
থীনবা লৈতবা, কমূনেল রাইওটকী মমি তাদবা
মণিপুরগুম্বা লোইলম অমা লৈবসি চুমদে:
কাংলুপ মশেল শৎল-চৈনহন্নবা হোৎনৌ মণিপুরী-
শিংতত্ত্ব ফুদংলু হায়রম্বরা? ওসি ফাওবদা অদুক
শাথীনা মীহাৎ মীপুন থোকপগী হাকথেংনবা
উহোবা অমদি শাকী পীবদগী হেন্না মতৌক চাবা
ওইরবা ময়াংমক ওইরবস্থ মণিপুরী ওইদুনা লৈরবা
মণিপুরী ময়াং সংস্থান ময়াম অসিদগী অমত্তনস্থ
অরাবা কোংদোরক্তবা অমদি থোকপ্রিবা ঘটনা
অদুগী মরীদা মতৌক চানা ইনকারী তৌকম
থোকই হায়বা থোক্লাও অমত্তা থোক্লক্তবা অসি
করম্বা মখলগী থৌইরশিলনো?

## মণিপুর পুলিশপু কাংথথাং তাহনবা

মণিপুর সরকারগী চীফ সেক্রেটরী, ময়াং
সেক্রেটরী, ময়াং পুলিশ ওফিসারশিংতগী ওইবা
মীটিং অমা সেপ্তেম্বর তাং ২১ দা তৌদুনা তাং
২৩খী মপান কাংজৈবুংগী সভা অসি ডাক শেম্ন-
বগী রাফম চৌক্লা থম্নখি। রাফম অসি থম্নবদা
মণিপুরী ও'ফসার অমসুং মণিপুরী পুলিশ অমত্তা
য়াওহনখিদে। মিটিং অদুদ' তাখিবা রারেপ অতুগী
শমলপ্পা অমা চাজুম নম্বা চিঠিথাও হাপ্লগা চিফ
সেক্রেটরীনা মহাক্কী বাঙালী পীওন অদু অতিয়াগী
লম্বীদা প্যাইহন্দুনা আগরতলা য়োহল্লগা ইবেম্মা
ইন্দিরাগী সনাথুৎ য়োহনখি। রারেপশিং অদু
রায়াবলেশ থাবা রাদবজাংলা? বাঙালী পীওনবু
পুহন্নিবসিনা করম্বা তাংনো? শেলস্থ করাম তীং-
গ্রবনো?

য়াম্না সিনওির ওইরবা মণিপুরী পুলিস
ওফিস অমম্না মপান কাংজৈবুংগী কার্লং অমনা
কোনবা চীদাঙ্ মরী অসিনা তারিবা মুংশিং
অসি তাং ২৩গী মীটিং অসিগী মমাংদা লোথোকপা
চুম্মী হায়না আই: জি: পি: মদনগোপালদা হায়।
অদুবু আই: জি: পিনা মণিপুরী ওফিসার অদুবু
থৌ নাইদবা তাখি। মুংশিং অদু লোথোক্লমল-
বদি প্রজাপা সি: আর: পি: গা ওনশিন্নদুনা মুং
থানরমলোইদবনি।

তাং ২৩গী সভা অসিগী মনুংদা আই,
জি, পি, না মণিপুরী পুলিশ ওফিসারশিংবু শা-
থিনা থাজদবা উংলি। মহাক্কী থাজদবগী মমি
অদু মাগী মুপীদস্থ হকচাম্না তারে হায়বসি মবেম্মা
ইন্দিরা গান্ধিদা কৎখিবা ভুকচরবা রাকং অদুনা

শাক্কিনি। মপী মপা ওইখীবা শাদুনা লাক্লিবা মপানগী ওফিসারশিং আসনা অমদি মখোয়গী ইমুং মনুং ফাওবনা মণিপুরদা কন্মুনেলটেন্সনগী লাইনা শন্দোক্লম্লে হায়বসি চেঙ্গা য়াদ্রবা প্রমান লৈরে। আই. জি, পি,না মহাক্কী সিঃ আরঃ পিঃ দবু লাই ওইনা ইরাৎলি। অসিগুম্বা মিচং শঙ্গন য়োংলৈ মেয়্লে য়াইবা অসিনা মণিপুর পুলিশ অমম্বুং সিঃ আর: পিঃ গী মরক্তা পুকচেল তীমহন্দে। মথক থোংবা মণিপুরগী পুলিশ ওফিসারশিংনা থাম্বা ফাওবা ভাদনা পীকপ্রবা অভাং, লৈশাবী, অযদি শোল্লবা হপু হনাদা ফুরিবা মরম চাদরা থুৎক্কু অদু উবদা মণিপুরী পুলিশ ওফিসারশিংনা চেনশিন্দুনা কনবা ফাওবা য়াওখি। অদুবু সিঃ আরঃ পীঃগী শাফুদগী মরাল লৈত্রবা প্রজাবু কল্লুবা মণিপুরী পুলিশ থরদু চৈরাক পীনবা, মফম লোথোরুবা ফাওবা থম্নরি হায়না ভারি।

আই; জি; পি; মদনগোপালদি অপংবা ওই জরবগু ভারতকী মবেম্মা ইন্দিরা গান্ধিদি খংকম থোকই মদুদি সি; আর; পীঃ হায়রিবা পুলিশ কাংলুপ অসি ভারত পুন্নমক্তা ওইনা করক ভারবা রাথোক ওইনরবা লাম্মীখি। খা ভারতকী মফম কয়াদা অরাং ভারতকী মফম কয়াদা নোংপোক ভারতকী মফম কয়া বেঙ্গল, আসামনচৌংবদা সিঃ আরঃ পীঃ লোথোরুবা থোল্লাও লৈরিবনি। আসামদা আসামগী পুলিশ বিভাগনা সি; আর; পীঃগী মথক্তা মীহাৎপগী কেশ খাঙ্গৎখিবনি। গৌহাটিদগী সি; আর; পী;বু ভাংম্থোকখিবনি। মফম থুদিংদা রাথোক ওইরবা কাংলম চাত্রবা সি; আর; পী; শিং অসিনা অচুম্বনি অদুগা শান্তি পামজবা ভারতকী মনুংদা থ্বাইদগী মপুক ৎপ্পা, মীয়োক মীচাব কথা, মুমদা লাক্লবাদ য়েক্লবযন ওবা অথোইবা অতিথি ওইনা লোবগী চৎনবী ভাকলিবা মণিপুরীবু অয়ানবা ভাহম্নবা হোৎনবসি মুম্না থল্লুবগা মণিপুরীশিংনা হেম্না পুক্লিং নুংশিবা ‘পোক্লরক্লিবসি হৌনশানি। মণিপুরী হায়বা মরে, চক্রি ভৌজগন্দবা পাংথোকচামগনবা, ইকাই খীগনবী ভিনজাতি অসি নৈথঙ্গুনা মাংহয়দা ভারতকী থোইনা অমাংবা লৈতে হায়না খনবীবরা? ‘মুমীত্তুগী থোদোক অদু থোক্লমদবা য়াবনি। করিম্বু নত্তবদা থোকখিবা পুলিশমৈবশিংগী থবক হৈতবনি।” হায়খল প্রধান মন্ত্রিগী সেক্যুরিটি ওফিসার শ্রীচৌধারনা মুমীত্তুগী মুমিদাংদা পান মণিপুরী মুব লীগকী মীহুৎশিংদা শেংনা হায়খিবসিনা ভাকপানবজাবা লান্দে হায়বসিনি।

মণিপুরী প্রজাগী অপুম্বা থোক্সেসদি (১) সিঃ আর; পীঃবু লোথোকথো, (২) মরাল লৈজদবা প্রজা পুন্নমকপু বার্ত্তম ভৌদুনা কৌথৎলগা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎপা অমম্বুং যুদৎপা, (৩) মভীকচাবা রানীং অমদি টিয়ার গ্যাস কাপ্তুনা অমদি ক্রাউদ কন্ট্রোলদা থুউগী মথাদা কাপকম থোকপ নোংমৈবু খবাক্তা অমম্বুং কোক্তা কাপথারম্ভুনা মমল য়াম্লবা পুদ্দিদ ময়াম প্রধান মন্ত্রীগী মীংদা হাৎপা গণতান্ত্রিক সমাজগা ওয়-তৈনবা শাজৎ অসিবু হাইকোর্টকী জজ্জ অমনা লুচাংদুনা জুদিসিয়েল ইন্কারী ভোগদবনি অমম্বুং মরাইবক খীহোরবা ইমুংশিংদা থুনমক মভীকচাবা কভিপুবোন পীবীগদবনি। (৪) মশাগী হাম্না লৈজনম্বা ষ্টেটহুৎপু মণিপুরদা য়াম্না থুনা কন্দোকপীরক্লো হায়বা আসনি। থোক্সেল অসি প্রজাগী দাবীনি। মপানগী নেসনেল হেরাল্ড. ষ্টেটসমেনচিংথা চেক্কোং

খরকনদি মণিপুরগী ষ্টেটহুদ কী এজীদাণ্টলিং থাওই-দনা কাপী জুগাই তৌখি। অসিগুম্বা থেঙননং-শিংগী ম্যানী ব্যকেন অসিবু মণিপুরী প্রজানা কিন্না তৌরি। প্রৈগ্ণাঙনা ষ্টেটহুদ' ইমিন্না পাম্মিদগী নিদে। মণিপুরী প্রজানা কংনিংবা মুখিন্না ষ্টেট হুদ ওইগনি মণিপুরীশিংদি ভীক্য নীতুনা চাবা হৈতে।

তাং ২৩ শী মুমীবাং পুং লিশান-অথাটরোম তাঅন্দা মণিপুরী মী অহুম খিক্তী পাও অসি ইশিনমদা হঙ্খিখি। তাং ২৫ সেপ্টেম্বর ১৯৬৯ ফাঙবদা শিরিবা মণিপুরী মশিং ৬ নি। অশোক অপন্দি মশীং থাবা গুম্ময়োই। লম্ফেল হেস-পিটালদা অয়াংবনা চংখিদে। অশোকপা মী মথৈ ফাগংকনি হাব্বা ধমকা অমা তৌদুনা হ্রেস-পিটালদা চংনখিদ্রে। শাখীনা শোক্রবা মীওই-শিংঙনা ওস্তায়কদনা চংখিখনি। প্রজাগী অশিবা অমস্তুং অশোকপগী মশিং অসি মণিপুর সরকারনা য়ারিবমখৈ হন্তুমা উংলি। অদুবু সি, আর. পী, অশোকপা মশীংদি হায়গী অনাবা লিকাইফাগুবা হাপসিন্দুনা য়ামহনবা হোৎনরি। সরকারগী হয়া গাড়ী অমস্তুং জীপ কয়া অমসু মৈ চাক্তুনা পুম্মাং মাংহনগ্রে হায়না প্রেস নোট থোক্নি। থামৈ লোৎনা মৈনা চাক্তুনা শিজিমবা য়াজবা গাড়ী মশিং তুম্মী জীপ অনিদা গাড়ী অচৌবা ৪তনি। লোবা মাত্রে হায়বা য়াননবা বোদি অমস্তুং মীংশেল কুগায়রগা কাংজৈবুংদা থম্বা বস থয়া তাং ২৪গী অয়ুক্তা অঙাং থমনা কৌতুনা শাগ্নরগা উবদা সি, আর, পী, শিংনা নোংমৈনা কাপ্পকখি। অতৈ অতৈ মাংলিবা গাড়ীশিংসিদি অঙম অয়াই থংদনা অরৈবী থাহবা মীরক্তা থৌজিমদা থোংদা থেং-

জিন্দুনা কাপ্পনা, সি; আর; পী; পী নোংমৈ ময়াম্না কাপদকপদা পেট্রোল চৈফিদা পান্দুনা মৈ হৌ-দুনা চাকখিবনা অয়াংবনি। পুরমক অসি উৎ চাইনবা থেংনববদা সরকারগী ওফিসিয়েল কয়াদি শদো থোৎনি। মণিপুরগী ইম্ফাল রেডিও মক্তা সুমীতুনী সুমিদাং পুং ৭॥০ (ভরেৎ মথাই)-গী পাও শন্দোকপদা নোংমৈ কাপ্তুনা প্রজা শিরে হায়-খমি পন্দে। থৈয়াইনবা মঙদা শেয়ান তুয়ানবা পাওনা মণিপুরী প্রজাবু লালহমবা হোৎনখি। দিল্লিগী অমদি পৃথ্বীগী রেডিও কয়ামা সুমিদাং-তুমদা মী হাৎলে হায়বা পাও শন্দোরক্লবা ফাওবদা কাংজৈবুংফক্তদা ঘটনা মমীৎমক্তা উম্মবা মণিপুরগী রেডিওদি হৈক্রু উমখি। অদুগা মথংগী অয়ুক্তা ইম্ফাল রেডিওনা পাও লাওথোরকপদদি প্রজানা নোংমৈ কাপ্পকখি হায়দুনা পাও পিখি। য়াম্না নোক্নিংবা অথ নৈতবা, মথোই থয়ক্তগী ওইবা প্রজাগী স্বার্থ থেংদবা চিয়োল তৌবা ইম্ফাল রেডিওসি মুংঙাংবাড্রীবদি পুমীতুগী অহীংদা ইংবুম্বা ইন্দিনানা শুগৎখিবা য়ারোল অদু তেপ রেকোর্ড ওইনা-থাদোরকপদা য়ারোল শেংহন্দে নোংমৈ মথোল য়াওনা থাদোরকই। মতুংদমক্তা প্রজানা মুংঙাইনদে।

ময়াম নৈজত্রবা অমস্তুং থুৎলায় পায়দবা প্রজা শিংদা অথাকপা নৈতনা নোংমৈ কাপ্পদা থুৎ শেলহৌত্রবা সিঃ আরঃ পীঃ চুরাম্বাবশিংগী থম্মোয় লাংতক্লহনখি। অদুবু বাদেশ্বরন মাগী সিঃ আরঃ পীঃশিংগী ইথৌ লা.বা অদু কোকহনখি। তাং ২৪ দা টিকেন্দ্রজীৎ রোদ অমস্তুং মসজীদ রোদতা অদুগা তাং ২৫ দ পাওনা বাজারদা নোংমৈ কাপখি প্রজা কয়া শোকখি।

ইবেম্মা ইন্দিরানা মপান কা জৈবুংদা মণিপুরী-শিংবু চাওথৎপগী মন্ত্রান কংত্রিবা কাংবু অমা ওইনা লাওবীরম্মা। অদুবু সিঃ আরঃ পী চুরান থাবশিংনা হাথোক, তেনকোক, য়োথোকী লমোইগী মতেংনা বার্ত্তন তোড়্দুনা কোথৎলবা প্রজাশিংবু ফগায়দুনা তানখাইগ্রবনি। ইবেম্মনা রা অহম্মা মতমদা কাংজৈবুংদা লৈহোরিবা মীশিং অহুম্নি ফাওম শেংলবা সেক্যুরিটি কাংবু, সিঃ আরঃ পিঃ অমদি পুলিস মীওই ওাক্তনি। মখোয় অদুনা মরোল চামরক হম্না কোয়াশিল্লবা ইবেম্মনা অবোবা থোনা অমা লাক্তুনা লৈবাক অমগী প্রধান মন্ত্রীনা মাগী প্রজাদা রা তাংবনি হায়বা কাওবা কাওথোকখিদুনা ভৈরবী শরূপ লোদুনা 'ঐদি কীবাদে, ইংরেজগী নোংমৈনসু পানবা খিদে সুক্কী কীবীদে' হায়দুনা খেক লাওখিবদু ফনা লোক্লিন্দবা তমদে। ইরেম্মগী কীদবা মওং অসি মণিপুরগী প্রজাদাদ উৎলো তাহোত্রে। মণিপুরী জাতীবু লৈবাক মচা ওাদে হায়না লৌবীরবসু তাংথোকপীরকপা মতমদা মী কোটি ৫০ গী মপু ওইবী ইবেম্মদি লৈবাকমচাদি জাথা রাভাং তাংমীগদবনি হায়বসি থাজনরম্মা। অদুবু ঊ থকপদা হয়াই কারবী ওইবনরা তাং– থোকখিরা থোম্মা অদু বাঙলা দেশ অগ্রগা ভারতকী লহন অমমম তাংদম্না ওইরম্লবদি প্রজাগী ঊদি গাংকী মক্তিদেরী চগী অসিদা পুক পেল্লা থকপা কংবীরমগদবনি : গৌহাটিগী মপুক তল্লবা মণিপুরী ছাত্র-ছাত্রীশিংনা ইবেম্মগী রাজাংবু 'অনপার্লিয়ামেন্টেরী' হায়রদা মুরুম মুরুম শোল্লিবশিদগী হেন্না মথোল হোবা শৈশক তাবীরমগদবনি।

অমবু ওইম্লবসু অংবু ওইরবসু লুং পায়জদবা কংজদবা, অমদি বার্ত্তন কংবদগী চম্না লাকচবা প্রজা কথা নোংমৈনরা কাপথুদুনা শিরিবশিং অমদি মরাইবক থীহোরবা ইমুং মনুংশিং অদুগী অরাবা শরুক য়ারীফম থোকই হায়না থাজবা পোকখি। অশিবগী মথক্তা শাওবগী অর্থ কয়িনো? মণিপুর অংসুং মণিপুরী অসি ভারতকী লম অমদি প্রজানি হায়বসি ইবেম্মা প্রধান মন্ত্রিনা কাওথোকপীরম থোকপ্রা? কররিগীদমক হোজিক কাওবা অশিবা অমদি অশোকপশিংগীদমক্তা অরা সুংতাবতবা শরুক য়াবগী য়ারোল অমসুং চেয়োল অমম্ত থোক্তি কাপা লৈবাকী মন্ত্রী মপা অমা ওইনা অরাবা ফোংদোকপীরম থোক্লু। মণিপুরী প্রজাগী পুন্সিদি মরম হোংক্তি হায়না লৌবীরর?

(১) ইম্ফালদগী সিঃ আরঃ পীঃ চুরাম্থাবশিং লোথোকত্রে হায়রিকসি অঙ-পাইনি সিঃ আরঃ পীঃ হায়না থাবা বীলায় লোথোকপদনি, মখোয়গী মীয়ি থাঙ্ টুপী উপ্রগা মণিপুরগী রাইফলগী থাক্লা তোংলগা দুকান কারক লৈরক লানথোকদ্না লানলুম্বী লুপী অতাং অশোন অনা মপান থোক্লম্বীগনু।

(২) মণিপুর সরকারগী এগ্রিকলচর ডিপার্টমেন্টকী চীফ কমিশনারগী কম্পাউণ্ডদা লেপ্লিবা মরক্তাগী চৈকোলদগী অবাথবী অমুনবা অমা লোন্না হেক্তোকখ্রে হায়বা তাবিবসি বালেশ্বর প্রসাদতা হংনরগা মরী মথোং থংগত্রা?

শ্রীমতী গান্ধীনা মণিপুরী প্রজাদা পীবীরম্বা পাওতাক য়ারোল হন্দকী চেকোংদগী লোথোকচহোরে। মথংগী চেকোংদা চপ চানা পুথোকচগনি।

রেকোর্ডর, লময়ানবা

১। প্রধান মন্ত্রিনা মা ভাংকম সগাই।

২। মিরান অমুবা পাইরা মী-শিংনা ডেমোনষ্ট্রেশন তৌবা ১নং অহানবা কাইবা মকম

৩। সিঃ আরঃ পীঃ না প্রজাবু তানখাইবা অনিশুবা মকম।

৪। সিঃ আরঃ পীঃ না প্রজাবু তানখাইবা অহুমশুবা মকম

৫। সিঃ আরঃ পীঃ না প্রজাবু তানখাইবা মরিশুবা মকম।

৬। সিঃ আরঃ পীঃ না প্রজাবু তানখাইবা মঙাশুবা মকম।

৭। সিঃ আরঃ পীঃ না প্রজাবু তানখাইবা তরুকশুবা মকম।

৮। সিঃ আরঃ পীঃ না প্রজাবু তানখাইবা তরেৎশুবা মকম



৯। হরাগাড়ী মৈ চাকপা হৌবা মকম অহানবা।

## কছারদা মণিপুর মহারোনগী মীফম

নবেম্বর, ১৯৬৯।

নবেম্বর তারিখ অমা অমসুং অনিকা পাম মণিপুরী খুথ লীগকী সিংথম মীফম কাছার জিলাগী শিলচর সহরদা মণিপুরী লৈকায়দা ফমলবা অকমবা থৌরাং পারখৎচরি। অসিগুম্বা মণি-পুরী মহারোলশিংগী ওইবা মীফম অসিগীদমক্তা পানবীলবা অঙবা মতেং পাংবিয়ু হায়না মহাকপী মকমদা অাপীল তৌজরী।

—পানমীল

---

# নোভেলটি

মহাত্মা গান্ধী এভেনিয়ু

লেংশিনবীরকউ অহোমগী দরকার লৈবিরবদি মখল থুমিংগী ফোটো ১মুং লাইন ব্লোক শাজরী—
অহোমগী অপাম্বা মওংদা লোংমগী মনুংদা

---

*Edited, Printed and Published by* N. K. Sanajaoba *on behalf of* PANMYL *at Paradise Publishing House. Paona Bazar. Imphal*

মনিপুর খুন্দাবা

মীনাই নাইথাং

চনুরাগী শত্তম

শুনিংঙাই লৈতবা মণিপুর

এম, সি, এসকী নমথাক

বরাক পম্বিং

য়ুখল মরুমদা

মণিপুরগী মোংফম

শিননবা হিংবা পুঞ্জি

ইন্দিরাগী বাঙাং

প্রেসিডেণ্ট সাসন

আই, জি, পিদা চিঠি

অথৌ লিচা হেল্লা

থারাং কোন্দাই লোনূবশিং

পাথৌ মিংলেন্ন হেমোইব

পোইরৈ তা ফাথিবশিং

নথোয় মার' নথোঙ্গুনবু

নিংনা-তেনা লাজরক্কে।

ইডিটর:—এল, কে, সনাজাওবা

# লময়ানবা

পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী থাগী চেকোং

১বা নভেম্বর ১৯৬৯

*

মরিশুবা চেকোং

*

ইডিটর
এন, কে, সনাজাওবা

*

সব-ইডিটর
ৱাই, তেজেন্দ্র

মেম্বরস
ও, ভোগেন্দ্র
কে, এইচ, ইবোমচা
এ, বীরেন্দ্র
প্রোঃ এ, ভীরেন্দ্রকুমার
এস, প্রমোদিনি
সি, এইচ, গুণীলৈমা

## নিংথম মীকম

অমোৌবা য়াওনগী থোইদোক হেন্নোকপা আশাগা লোয়ননা কাছাড়গী শিলচর সহরনা মণিপুরীশিংবু তয়াম তয়াম ওকখ্রে। শিলচর সহরগী মরোল ইটখোলা মণিপুরী লৈকাইগী বীর টিকে-ন্দ্রজীৎ স্কুল লম্পাক্তা মণিপুরীশিংগী নোংথম মীকম নভেম্বর-অহানবা অমস্তুং অনিশুবা তারিক্তা হুমীৎ মিনিগী ওইনা চখ্রে। নিনিগী মীকম অসি লোইরগা তারিক অহুম অমস্তুং মরী হুমীৎ নিনিগী থৌরম ওইনা মীহুৎশিংনা কাছাড় ইতিহাসকী ওইনা থুন্দা লৈতাহনা লাক্লিবা চৌংমী-তম্মী মণিপুরীশিংগী থুরুক কয়াদা কোয়না চত্তুনা য়েংবগী থৌরমস্তু য়াওই। মতম অমদা কাছাড়গী বৃটিশ সরকারনা মণিপুরগী নিংথৌদা হায়জরকপদগী মণিপুরী অকন অথৌ ময়ামবু মতীকচাবা লোচা থুমজা পীহনা কাছাড় তমপাকী মফম কয়াদা থুন্দাহনখিবা, মণিপুরী অথৌবশিংনা ঙাক শেন্নবদগী অকোয়বদা লৈবা লমহেনবা কাংবুনা লান্দাহনা লুৎপাৎ তৌবগী থবক থীংবীহনা কাছাড় প্রজাগী মরা তম্না পুন্সি অমা পীরক্লিয়া ( সেতলমেন্ট ওফ কাছাড় এদমিনিষ্ট্রেসন ) ইতিহাসীক ওইবা মণিপুরীশিংগী লৈফম অমস্তুং পুন্সিবু নৌহৌসনা নিংশিংমীয়গনি। জাতী বীজাতীগী মুরুবা লৈতবা, ধর্ম্ম থেয়বা থেয়দবগী য়েংথীনবা লৈতবা, চায় - চিয়না পুয়া হাংমীয়বগী লম্বীদা অমকপা লৈয়ক্তবা মণিপুরীশিংগী থাইনতৈগী চৎনবী অমস্তুং হৈনবী অহু হৌজিক কাওবদা কাছাড়দস্তু মৈতৈ, পাঙল, খোংজাই, কবুই-মচীংবা কাংলুপশিংনা লেংগোয়না হিংমীয়রিবা কাছাড় মণিপুরী থূলশিং অহু উরগা জাতীয় একতাগী হেন্না নৌহৌনবা ইহুল কীদম অমা মণিপুরীশিংদা পোকনি। মণিপুরীশিংগীদমক্তা ঐতিহাসীক ওইরবা শিলচর সহরদা কম্লিবা মীকম অসি ঐতিহা-সীক ওইবা মীফম্লি।

হন্দকী কাছাড় মীকম অসিদগী ঐখোয়না হেক্না আশা তৌরিবদি 'পান মণিপুরী মুথ লীগ'মা উপজাতি অসিগী হিংনবগী ওইনা য়াংথিবা পোয়মশিং অহু হেক্না চেংশিনহনবনি হায়বসিনি। লীগ অসিগী হৌথিবা গৌহাটি অমস্তুং ইম্ফাল মীকমদা মণিপুরীশিংগী টোয়রীংবা য়াথল-শাজং অসি চামথোক্ন-গা অমস্তুং চুমশীনবা জাতিগী পুন্সিরোল অমা মরীক চুন্না থমহনা পৃথীগী লেপত্রবা য়াওমদা লীক্লম চুন্না পুথংপা হায়বসিদা তেমথেং শীনক্লিবনি। পৃথীগী য়াওন অসিদা লীক্লম চুন্না জাতি অমা মতম খুদিংগী ওইনা পুবা হায়বসি অরায়বা থবক মত্তে। অহুগা অরুবনি হায়রুমা মাথৈহনা লৈথোকপন্থ য়াদবনি। থশ্তানরুবা তানবম, লম্পুরুবা পুংকম অমমমদা পুন্সি কয়া, উপজাতি কয়া, জাতি কয়া, সম্রাজ্য কয়া পুংলুপ লুপথথিবগী সাক্ষী কয়া পৃথীগী ইতিহাসকী লামাই খুদিংদা উরি; অসিগুম্বা ইতিহাস অসি ঐখোয়না কুপ্না নৈনরগা উপজাতি অসিগী থাংগদবা খোংথাংগী অকুন্থ ময়েক শেংনা হোংকদবনি। অচুম্বা অসিগুম্বা লেপ্তুবা য়াওন্দা জাতি অমা পুনবা হোংনবা হায়বসিদা মতংগী য়াওন পুংলোন-তান কুপ্না য়েংবা হৈবা অমহৌকস্তুং মচুংদা চংশিনক্কদবা মতং অমদি দরকার ওইরকলবা মচাক ফাওবা পীবা ওয়বগী মরীক চুন্না থোরাং তৌবা ওম্বা, জাতিগী ওইনা পুক্নিং হক্চাং কথোকপা ওম্বা নেত্তা অমদি মীয়ামগী সংস্থান লৈত্তবা য়াদে। পৃথিবীগী য়াওন্দি থেংনুবনি। য়াওন অসিদা য়াওবা হায়বগী অর্থবু জাতি অহু 'হিংব' হায়বনি। অক্নদি ঐখোয়গু থংজে মচুদি ঐখোয়গী পুন্সি অসি হৌজিক হৌজিকী য়াওন্দা তত্তায়ফদবা মওংগী মাইয়োক্নবত্তা নত্তন। ফুংদা কয়ম্বা য়াওন্দা লাক্নদগে, মতুদা ঐখোয়গী চুনগদবা লীক্লম করিনো অমদি কন্দ। মথলগী মতনগী পুংলোন খীক্লকদগে হায়রা ফাওবা লাপ্পা য়েংবা ওয়নবা শাজেন তৌবা তাবনি। মীয়ামগী অপুনবা, অচেৎপা সংস্থান শেমদুনা জাতি অমহু চুমশীনবা কীরেপ লৈহন্দবা য়াদবনি। অরাংবা থাকী ময়েক শেংবা, জাতিগী পান্দম (নেসনেল গোল্স্ ট্রীজ) অমদা জাতি অসিগী অপুনবা মীৎয়েং থম্নবা হোৎনবা হায়বসি মণিপুরী পুন্নমকী থৌদাং ওইনা লৌনরকপগী ইহুম অমা মণিপুরীশিংদা থোইদোক হেন্দোক্না ঐখোয়গী নহারোলদা ফাওরক্লিবনি। অদুবু ঐখোয়না অসিমস্থ থংদবা নত্তে মচুদি জাতিগীদমক্তা পুকচেল শেংনা য়াথল থক্কনরক্পা জাতিগী নহারোলশিংগী অরাংবা য়াথল অমসুং অথুবা থবকী খুন্নুং ঊনবা ওমদবা সুবিধাবাদী ওইবা মীওইশিং অমদি রাজনিতিগী মীংদা শক্তি পায়নিংবা নেতাশিংগী চীরোল অমদি প্রচার মাইয়োক্নবগী খুদোংথীবা করাস্থ তত্তাইফদবনি। মসি মণিপুরীশিংতগী নত্তে, পৃথীনা হৌরকত্তেদগী জাতি খুদিংগী হৌনবী ওইনা অহুম মরাক্নবনি। অদুবু অচবা, খুৎপু লীংদবা সধারন প্রজাগা লৈংগোয়হুনা জাতিগী সেথা তৌনবা হোৎনবদা ঐখোয়গী মমুং-মপান মণিপুরী নহারোলশিংনা থাংবা কম্বা, নোম্বা কবা, পুকচেল তাংনা অমদি থৌনা লৈমা, থোংলো পল্লোবা পুন্নমক মতম খুদিংগী ওইনা নমথেক্লগনি হায়বসি হন্দকী শিলচরদা কম্নিবা নিংথম মীকম অসিনা সাক্ষী ওইরে।

# মণিপুর—খুন্তাক্লবা অমসুং খুন্তাক্লুবশিং

## (হান্নগী মথা)

এল, চন্দ্রমনি

খুঃ ১৮২৫ গী অহুমাই কাওবদা বাঁসকান্দী-দগীনা বীষ্ণুপুর ভাবা তোংবৈ মরিলগী লম্বী অসি অপিকপা খোংলম্বী ওইনাতা তৌরম্মী। নোং-চৌং তারবদি লম্বী অসিদা চংপা অলি অমুক্তা হেন্না খুদোং চারমদে। অহানবা বৃটিশকা বর্ম্মাগা শোক্লখিবা লান (১৮২৪-২৬) গী নোংপোক্ত মাঙকেগী লূচিংবা ব্রিগেডিয়ার জেনেরেল খুল-ধান্না খুঃ ১৮২৫ গী ফেব্রুয়ারী থাদা 'লম্বী অসিগা মী, শা-মণ, উৎ অমদি শামুমচিংবা চংপদা খুদোং য়াম্না চাদে হায়রম্মী।[১] লম্বী অসিনা চংথোক্ত চংশিন্দ খুদোং চাদবনিনা লৈবাক মবা ভগা পানিনা মতম কাওবদা মণিপুরীশিংনা লম্বী অসোম্র-দা চংলগা মপান্দা খুন্দাক্লনবা হোৎনবগী চাং অসি য়াম্না হন্থহল্লম্মী।

কাছাড়গী নিংথৌ গোবিন্দ চন্দ্রনা শিথখিবা মতুংদা গম্ভীরসিং মহারাজনা কাছাড় অপুম্বা অসি চঙ্কিদা লুপা ১৫,০০০ কাবগা চহি ২০ মতাক্কী ওইজনগে হায়দুনা মতম অদুগী গভর্ণর জেনরেলদা হায়খিবনি।[২] অদুগু পেন্সনতনগী থৌইনশিন্দগী বৃটিশ সরকারনা য়াজেবদা খৃ ১৮৩২গী নবেম্বর তাং ৫ দা চৌজিক্কী জৌরিগী লম অসি মহারাজ গম্ভীরসিংগী নোংচুপকী ভমথৈ ওইনা পীখি। জৌরি পীবগী মতাংদা য়ানখিবা খৃঃ ১৮৩৩ গী এপ্রিল তাং ১৮ গী সন্ধীগী মরিওবা থারাগী[৩] মতুং ইন্না তোংবৈ মরিল অসি চহি খুদিংগী মণিপুরগী নিংথৌনা শেন্না অহুগা মশি শেন্না মপ্তমদা বৃটিশ সরকারনা অকিসার থাহুনা তেংবাংবা হায়বা অসিনি। থারা অসিগী মতুং ইন্না খৃঃ ১৮৩৭ দা কেপ্টেন (মমৈথংদা কর্ণেল ওইখিবা) গথরী হায়বা ১৮ শুবা ডিবিজনগী একজিকিউটীভ ইঞ্জিনিয়ারবু লম্বী অসি মনগাড়ী চংপা য়ানবগী থাক লাওবা শেম্নবা বৃটিশ সরকার অমদি মণিপুর সরকারনা শিন্নরম্মী।[৪] চহি ৭ কী মতুংদা, হায়বদি খৃঃ ১৮৪৪ দা গথরীনা তোংবৈ মরিলগী লম্বী অসি মনগাড়ী চংপা য়াম্বা থাক্কা শেন্না লোইরম্মী। লম্বী অসি শেম্নদা মহাক্কা পুম্না লুপা ৯০,১৬৩-৯-১[৫] খরচ তৌখি।

অনৌবা শেম্না লম্বীসিদা লৈবা কুরেলশিংদা থোংনচিংবা শাত্রবগু মাইকৈ অসোমদা চংলগা মণিপুরীশিংনা মপান্দা খুন্দাক্লনবগী অনৌবা খুদোং-চাবা লম্বী অসিনা পীনা হৌখি। অদুম ওইমম্ক মতম অদুগী মণিপুর সরকারনা শেম্নবা পাম্ব লৌ-বগী নিয়ম্না কাংলুপ ওইবা মণিপুরীশিংনা মপান্দা খুন্দাক্লনবা হোৎনবগী চাং অদুদি থরা হন্থহল্লম্মী।

---

১। উইলশনা ইবা 'ডিস্ত্রিকেল স্কেটস' কী চেনা ৪৯;
২। সরকারগী রাজনিতিগী মরম ইবা চেরোল, ১৪, মে, ১৮৩২গী মশিং ১০৯—১১৯;
৩। আই চিসনগী 'থোমজিল্লবা সন্ধী অসিনচিংবা' গী ভলুম অহানবগী পার্ট অহানবা, চেনা ১২৩—১২৪;
৪। সরকারগী রাজনিতিগী চেরোল, ৩০ জানুবারি, ১৮৪১ মশিং ৮৭-৮৮;
৫। মথক্কী চেরোল অসিমক্তদা;

মতম অচুগী মণিপূরদা পাশ য়াওদনা মপানগী মী-ওইশিংনা চংবা য়ারমদে। মণিপুরীশিংদি মণিপুরদা অমুক হল্লকখিনি হায়বগী থাজবা পীত্রবা অমদি নুপা ৬০ থিজিল্লমত্রবদি মণিপুরগী মপান্দা চংপা য়ারমদে। অচুপা নুপী অতাং পুবগী রাকমদি শুকয়া-মক য়ারমদে। [৬]

অদু ওইরবস্থু মহারাণী কুমুদিনীনা লুচিংবা কাং-বুনা খৃঃ ১৮৪৪গী জুলাই তাং ২৭ থাংজ মুমিত্তা নরসিংহ মহারাজবু হাংনবা হোৎনবদা শোইরম্বনা নিংথৌশেম্বদা য়াওরুবা মীওইশিংনা কুমুদিনী অমদি নিংথেমপিশক্কী (চন্দ্রকীর্তি) থৌপল ইনখিহনা চন্দ্রপুর অমদি শিলেটনচিংবা লমদা মথং মথং থুন্দাখি। [৭] য়াকম অসি অচুম্বনি হায়বা অসি মতম অতুগী কাছাড়গী লৈবাক ভাক্লবা কেপ্টেণ লিয়ন্না সাক্ষী পিরি। [৮]

জান্নুয়ারী তাং ৯, ১৮৩৪ দা মহারাজ গম্ভীর-সিংহনা নোংগাথ্রবা মতুং ইকুই কুইদনা ময়াম্বুংনা পোক্লম্বা মচাইবুংঙো তৌথাইঙম্বনা সিংহাসনগীদময়ক লাল হৌরকখি। তৌথাইজম্বগী লালনা মাইথি-রবদা নিংথৌশেম্বদা য়াওরুবা মণিপুরী কাংলুপ অমনা তোংজৈমরিলগী লম্বীদা চেনখিহনা কাছাড়গী মকম অয়াম্বদা থুন্দাখি। [৯] মতৌ অমুম্না মহারাজ মার্জিংকী মচাইবুংঙো জোগেন্দ্রজিৎকী লালহৌদা য়াওরুবা মনিপুরী কাংলুপ অমমত্তু তোংজৈমরিলগী লম্বীদা চেনখিহনা কাছাড়গী মকম কয়ামরুমদা থুন্দাবা হৌখি। [১০] জোগেন্দ্রজিৎকী লালচৌগী মতুং থা খরা লৈত্রগা চৌরজিৎ মহারাজগী মচা-ইবুংঙো ত্রিভূবনজিৎনা মণিপুরগী সিংহাসনগীদময়ক লাল হৌখি। লালহৌবগী লুচিংবদা মেগী তাং ১৬, ১৮৪১ দা য়েক্লবগী থৃং চনথ্রবদা লালহৌবা য়াওরুবা অচৌবা মণিপুরী কাংলুপ অমনা তোংজৈমরিলগী লম্বীদা চেনখিহনা কাছাড়গী মকম অয়াম্বদ অমুক থুন্দাখি। [১১]

চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা অমুক হন্না খৃঃ ১৮৫০ গী জুলাই তাং ১৩ দা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরবদা অঙম অথৌ কযাগী থৌইমশিন্নগী প্রজাবু য়াম্না ওৎ-নৈখি। [১২] ওৎপা নৈবা অসি থাগবা ওন্নক্লবা মনিপুরীশিংনা কাংবু কাংবু নাইনা তোংজৈমরিলগী লম্বীদা চেনখিহনা কাছাড়মচিংবা থংনবা লৈবা লমশিংদা মথং মথং থুন্দাবা হৌখি। [১৩] খৃঃ ১৮৫০ গী ওক্টোবর তাং ১৭ তা মহারাজ দেবেন্দ্রগী লাল-হৌদা য়াওরুবা মণিপুরী প্রজা কয়ামরুম্না মথাই

---

৬। সরকারগী অথপ্পা য়ারোল ইবা চে, এপ্রিল ১৮৮৫ মশিং ১২৬; এলিয়তনা হুরান্দা ইবা চে, জুলাই তাং ২, ১৮৮৫ ;

৭। সরকারগী রাজনিতিগী চেয়োল, মার্চ তাং ২, ১৮৪৪, মশিং ১৭৭-১৮৫ ;

৮। সরকারগী রাজনিতিগী চেয়োল, মার্চ তাং ৩, ১৮৪৪, মশিং ১৩০ ;

৯। সরকারগী রাজনিতিগী চেয়োল, মে তাং ১, ১৮৩৪ মশিং ৬৪ ; গ্রাণ্টনা জেনকিন্সতা ইবা চেয়োল, মার্চ তাং ৩১, ১৮৩৪ ;

১০। সরকারগী রাজনিতিগী চেয়োল, ফেব্রুয়ারী তাং ২৮, ১৮৩৮, মশিং ৩৫-৩৭ ;

১১। সরকারগী রাজনিতিগী চেয়োল, জুন তাং ৭, ১৮৪১ মশিং ২৯-৬ ;

১২। সরকারগী রাজনিতিগী চেয়োল, আগষ্ট তাং ১৬, ১৮৫০ মশিং ২৭ ;

১৩। মথক্কী চেয়োল অসিমক্তদা ;

কম্নবা ওইনা কাছাড়, সিলেটনচিংবা লমশিংদা মথং মথং থুন্দাখি।[১৪] খৃঃ ১৮৮৬ গী মেগী তাং ২০ দা মহারাজ চন্দ্রকীর্তিনা থুপখ্ বদা মরাচাওবগী লালহৌ-দা যাওরুবা মণিপুরী কাংলুপ অমনা কাছাড়গী মকম অয়াম্বদা থুন্দাখি।[১৫] চহি মরি লৈরগা খৃঃ ১৮৯০গী কোম্নুং লালহৌগী মতুংদা মহারাজ শুর-চন্দ্রনা বৃন্দাবন লেংশিনখিবগী মতাংদা মনাওইবুঙো শিং অমদি মচা মনাই কয়ামরুম্না শ্রীযুৎকী থৌগল লেংখিদুনা কাছাড়, সিলেট অমদি নবদ্বীপকী মকম কয়ামরুমদা থুন্দাখি।[১৬]

তোংজৈমরিলগী লম্বী অসিনা শেমড্রিঙৈগী মমাংদগীগুম ব্রাহ্মণ, মুসলিম অমদি ললোম ইতিক্কী কাংবুশিংনা মণিপুরদা লাকপগী চাং অসিদি অহুম্মক হুম্নমদবনি। গথরীনা শেম্বা লম্বী অসিনা কবা হেনগংলকপদগীদি মপানগী মীওই কয়ানা মণিপুর-দা চংলকখিবগী চাং অসি থংহেন হেনগংখি। মিঃ মোন্তেরিও হায়বা পার্তুগীসতগী হৌরকপা বৃটিশকী প্রজা অমনা ললোন ইতিক্কীদমক মণিপুরদা লাকখিবা ইউরোপকী মীওইশিংগী মরক্তা অহানবনি। মোন্তেরিও অসি মিঃ স্কিনর হায়বা কাছাড়দা লৈবা টি প্লানটর অমগীদা থবক তৌবা মপানি। মণিপুরদা মাগী মুগী অচাং ময়াওনা মাহাক চা মরু খোম্বা লাকখিবনি। চন্দ্র-কির্তি মহারাজদগী পাশ পুদনা মাওদা চংলুবদগী অংগামী নাগাশিংগী মথুক্তা তাখিবনি।[১৭] মোন-তেরিওগী থৌদোক অসিগী মতুংদগীদি ইউরোপকী মীওই অমত্তনগুম মণিপুরদা ললোন ইতিক্কীদমক লাকখিদ্রে।

---

১৪। সরকারগী রাজনিতিগী চেরোল, ডিসেম্বর তাং ১৩, ১৮৫০ মশিং ২১৩;

১৫। সরকারগী মপানগী চেরোল, আগষ্ট ১৮৮৬ মশিং ১১৯, আসামগী চিফ কমিশনারগী সেক্রেটরীদা ইবা চেরোল, জুন তাং ২৩, ১৮৮৬;

১৬। সরকারগী অথুপ্পা রাজনিতিগী চেরোল, ওক্টোবর ১৮৯১;

১৭। সরকারগী রাজনিতিগী চেরোল, জানুয়ারী ১৮৭২, বিভাগিজনা অফিসিয়েটিং সেক্রেটরীদা ইবা চেরোল, মশিং ২, ডিসেম্বর তাং ১৩, ১৮৬৩;

# মীনাই নাইথাং

**খোংনাং থাবা**

চহি হুন্দ্রোমনি মণিপুরদা ইংরেজশিংনা ঋায়েন থৌদা তৌরম্নসি। ইংরেজগী সাসন মনুংদা মণিপুরী লোল অসি য়োকখৎলম্মী। ইংরেজ ওফিসারশিংনা মণিপুরী লোন অসি তম্লম্মী অমসুং কজনা ঙাংবা ঙম্লম্মী। অসুম্না ইংরেজ অমসুং ময়াং ওফিসারশিংনা মীচম প্রজাশিংগা মরি লৈনরকপা মতাংদা মখোয়না মণিপুরী লোন শিজিন্নবা মরম্না ঐখোয়গী প্রজাশিংগী অন্না-অনা মরম পুম্নমক শিংথিনা খংবা ঙম্লম্মী। মণিপুরী লোন হৈরবা অমসুং ঙাংবা ঙম্লবা ওফিসারশিংনা থাগী তলবকী মতাংদা অহেনবা শেল ফংনরম্মী অমসুং অচৌবা শিন্থা শিন্নরম্মী। অসুম্না পোলিটিকেল এজেন্ত অমসুং মণিপুরদ ষ্টেট সরকারগী প্রেসিডেন্টনা মণিপুরীলোন খ্বাইদগী হেন্না হৈবা ওফিসার ওইরম্বনা মখোইগী মথা থাবা ইংরেজ ওফিসার অমসুং ময়াং কম্নাইবশিংগু তঙাইফদনা লোন অসি তম্নরম্মী হৈনরম্মী অমসুং সরকারগী শিন্থা পাংথোকপা মতাংদা মণিপুরী লোন অসি শিজিন্নরম্মী।

মণিপুরদা ময়াংশিংনা ঋায়েন থৌদাগী চুম্নী পায়রক্লীবসি চহী কুননিথোইগুম্বা শুরক্লে। মপানগী ওফিসারশিং অসিনা মণিপুরী লোনবু শা ঙাগী চোয়রোন্দগী হেন্না হন্থনা লৌই। মরম অসিনা মখোইনা মণিপুরদা সাসন তৌবদা থোইদোকনা তঙাইফদ্রবা লোন অসি খোংপাক্লা কাওথোকতুনা থম্মী। লোন অসি তমদে, খংদে। কনাগুম্বা মণিপুরী লোন হৈবা মপানগী ওফিসার অমা অনি য়াওরকপদা লোন অসি খংদবা অতৈ কম্নাইবশিংনা করেম্নবীরি। থৌনাইদবা তাহল্লি। চিফ কমিশনার বালেশ্বর প্রসাদ, মাগী আই. জি, পী মদন গোপাল, চিফ সেক্রেটরী ভাবেনচৌংবনদি মণিপুরী লোনবু তুকচবা মরম্না অমসুং লোন অসি শুকথং খংদব মরম্না মখোইগী মথা থাবা ময়াং ওফিসারনচৌংবমথৈনা থোইনা হেন্না মণিপুরী লোনবু হুন্জোইনবা পোক্লরি।

ইংরেজ সাসন মনুংদা প্রজাশিংন মণিপুর লোন্দা ইবা দরখাস্ত ঋায়েনশং পুম্নমক্তা অমসুং ওফিস পুম্নমক থাবা য়াবম্মী। ঋায়েন শংগী ঋারেপশু মণিপরী লোন্দা ইবগা, প্রজাশিংদা খংতল্লি। বাদি অমসুং বিবাদিশিংদা ঋায়েনশং পুম্নমক্লা মণিপুরী লোন্দা ইবা চার্জ পিরম্মী। ঋায়েনশংশিংগী জজ অমসুং বিচারপতী ওইরিবা ইংরেজ সাহেবশিংনা মণিপুরী লোন ঙাংবা অমসুং হৈবা মরম্না বাদি-বিবাদি শিংনা মথা মথাগী ঋারোল নিংথিজনা হায়জবা ঙম্লম্মী। ওফিস পুম্নমক্লা প্রজাদা খংহল্লিংবা ঋারোন পুম্নমক অদুবু মণিপুরী লোন্দা ইরগা, প্রজাশিংদা য়ৌহল্লি। অসুম্না সরকারনা হুকুম নোটিশ অমসুং পাওজেনশিং অদু মণিপুরী লোন্দা পুথোক্লম্মী। মণিপুরগী দরবারগী ঋারেপশিং অসিসু মণিপুরী লোন্না ইরম্মী। মণিপুরী লোন্না রাজ-ভাষা (ষ্টেট লেঙ্গোইজ) ওইরম্মী। মণিপুরী লোনবু ঋায়েন থৌদাগী য়াংলেন শরু ওইনখি। অথাপ্না মফমদগী লাকপা শুপ্নম

তৌই হায়রিবা বাদেশী ইংরেজনর কাওবা লম অসিগী অমদি মণিপুরীশিংগী য়েংবীবা য়াবা মওং খয়দা লৈবাক মচা তানা হোংনরম্মী হায়বসি ময়েক শেংদি।

অদুবু অদুগুম্বা মীরৈবাক্না লোই চল্লবগী মতম লোইথখ্রবা ইম্ফাল নিংতম্বা কংজরবা ইশাগী লাইবক লেপচররবা হৌজিক্কী মতমদা খোরুরিবা মওং পুম্নমকসি ওস্তোরুমক নিংবা কায়নিংঙায় ওইরি। ইবা লৈবাকসিদা ইমারোল চৎনহন্ত্রে। হৌজিক মণিপুরী লোন্দা ইবা দরখাস্ত অসি ব্রায়েনশং অমসুং ওফিসশিংদা থাবা লৌদ্রে। ব্রায়েনশংগী ব্রারেপশু মণিপুরী লোন্দা ইদ্রে, মীরোন্দা লোইনা ইরে। বাদি ১মসুং বিবাদিশিংদা ব্রায়েনশংশিংনা মীরৈবাকী লোন্দা ইবা চার্জ পীরি। ব্রায়েনশংগী চাইশিংদা মণিপুরী লোন শিজিন্নদ্রে। ব্রায়েনশংশিংগী ময়াং জজ্ শিং অসিনা মণিপুরী লোন করিমত্তা খংদবা মরম্ন বাদি অমসুং বিবাদিশিংনা মশা মশাগী ব্রারোন অদু ময়াং জজ্ শিং অসিদা খংহন্বা ওন্বগী পাথৈ লৈত্রে। থাক্লৈশেংনমক জজ্ শিং অসিদা খংহনবা ওন্বগী পাথৈ লৈত্রে। থাক্লৈশেংবদি ময়াং জজ্ শিং অসিগী মণিপুরী লোনবু তুকচরিবা মওং অসিনা ব্রায়েনশংশিং অসি মণিপুরীশিংগী দমক্তদি করিশু কায়দ্রবা মণিপুরী প্রজাবু নোই-হৎনিংবা মওংদা নোইহৎননবা থম্না বিচার লোইশংনি হায়বদা য়েংননিংঙায় লৈতে। প্রজাদা খংহনগদবা ব্রারোন পুম্নমক ওসিদি সরকারগী ওফিস পুম্নমক্লা মীরৈবাকী লোন্দা ইরে। মরম অসিনা মণিপুর সরকারগী চোইরোন পারোন পুম্নমক অসি মণিপুর, প্রজাশিংনা করিমত্তা খংবীদ্রে। চিফ কমিসনার অমসুং চিফ সেক্রেটরীনা সরকারগী কাইলশিংদা চোইরোন কন্নাবুক ইরি। মখোইগী চোইরোনশিং অদু মখোইনা খংজবা মখোইগী মমালোন্না ইবনি। অদুম্না ইংরেজশিংমক্তা পাল্লিরৈদা রাজ ভাষা (ওফিসিয়েল লেঙ্গোইজ) ওইরম্বা মণিপুরী লোন অসি ওসিদি মণিপুরদা খোংথাকম থম্নীদে নিংতম্লবা যুগসিদা! সরকার অসিনা ওাংলি-ইরিবা মরোন-মরী পুম্নমকসি মণিপুরী প্রজাদি করিশুম্বা মরী অমত্তা লৈত্রে।

ইংরেজশিংগী ব্রায়েন থৌদাগী মতমদদি, চৌকিদারগী ফমদগীনা সরকারগী খ্রাইদগী চাওবা কম কাওবসি মণিপুরী মচা ওাক্তনা পাররম্মী। মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বর খুদিংমক মণিপুর মচাশিংতনা ওইরম্মী। দিপার্টমেন্ট খুদিংমক্কী মকোকশু মণিপুর মচাশিংতনা ওইরম্মী। মতীক চার্বা থবক পীরম্মী। মতীকচাবা মণিপুর মচা লৈত্তবদগী মপানগী মীওই অমা অনি সরকারগী থবক পুহল্লরম্লদু মতিকচাবা মণিপুরী মচা লিংখৎলকপা মতাংদা, মপানগী মীওইশিং অদু সরকারগী থবক্তগী লৌথোক্লম্মী অমসুং মখোইগী মহুৎপু মণিপুরী মচানা শিনজিল্লম্মী। সরকারগী থবক পুম্নমক মণিপুরী মচানা কংলম্মী।

ওসিগী নিংতম্লবা যুগ অসিদদি, সরকারগী অচৌবা কম পুম্নমক অসি ময়াং মচাগী মখুৎ চনখে্। লম অসিগী ইমুং মমুংগী সাসন্দা লম অসিগী মচাগী মরী লৌবিদ্রে। খজিক্কং চাওবা কম অমা অনিতংদি মণিপুরী মচাগী মখুত্তা লৈরি। অদুবু মহুস্নু তঙায়কনা পীবক্তম তৌরি। মখোই অমা অনি অসিগী মখুত্তগী অচৌবা কম অদু শত্তোরুবা হায়হনা মকোক মমৈ খংদনা হোৎনন্নি।

সরকারগী ময়াই ওইরপ চাওবা কম (থাগী তলব ৫৫০ দগীনা লুপা ৭৫০ অমসুং লুপা ৯২৫) কয়া অসিন্থ অয়াম্বা ওইনা ময়াং মচাগী ওইরে। চৌকিদার, পিয়নবগীনা এস, জি, সি ফাওবগী কম ময়াম অসিন্থ ময়াং মচাতনা চনাং থনাংনখ্রে। এম, সি, এসকী মতাংদা ময়াং তাং তৌরি। মণিপুর সরকারগী অচৌবা অমসুং অপিকপা কম পুম্নমক্কগী মণিপুর মচাবু তাম্থোক্লবা মপানগী ওফিসারশিংনা কব্থ্রবা থৌরম পরেংগী লাং থাক্লি।

ইংরেজশিংগী সাসন মমুংদদি মণিপুরদা মারবারী মরি মঙাক্তা লৈরম্মী। শেঙ্গাও পায়রগা মণিপুরীশিংগী ঐ চুপ্পা ওয়মদে। লল্লোন ইতিকী থবক পুম্নমক অসি মারবারীশিংগী মখুত্তা চল্লমদে। মণিপুরী মচাশিংনা কাহেন্না ললোন ইতিকী চুপ্পী পায়শিল্লকপদা ইংরেজশিংনা থীংজি। মরম অসিনা মণিপুরী মচা অমসুং মারবারীশিংগী মরক্তা য়েং-থীনবা অমসুং ভুক্কচনবগী ইথিন চংলমদে।

হৌজিক্কী ভারতকী সাসন অসিদদি, মণিপুরদা মারবারীগী মশীং পঞ্জাবীশিংগী মশীং নানা প্রকারগী মশীং অসিনা চনাং থনাংনরে। মণিপুরগী অমত্তা ওয়রবা ইম্ফাল সহরগী ময়োল-মক্কদা ময়াংনা ভোট কাহুমা ময়াংনা কমিশনার ওইরি। মখোই ময়াম অসিনা লৌতুনহুনা লল্লোন ইতিকী হিরম থুদিংমক্কগী মণিপুরী মচাশিংবু তানথোক্লে। মণিপুরী মচা অমা অনিগী হুকান লৈ হায়রনৈ। অদুবু হুকান অমা অনি অদুশু মখোয়না তাক শেম্বীরি; মখোয়গী পোৎ য়োল্লি। মণিপুরগী সুপা মথৈদি লল্লোন ইতিকী থবক্কগী থুং থাদোক্লরে। মণিপুরী সুপী থংদি ইনশাং মাপী অমসুং য়োংথম কী য়োল্লি। অদুবু রাজ-মনগী নাবৎ মাংজি।" নোংমদা চরা অনি চাবা কংদে। ওমাং হোটেলগী গিলাস চানম্মী ওসিদি মহাজন ওইরে শেঙ্গাও অচৌবা কোম্নরিবা মহাজন-শিং অসিনা মণিপুরী প্রজাগী ঐ অসি অহিং সুংথিল কাংদনা চুপ্পী। অসিওম্বা চৈফু অসিদা প্রজাগীদমক্তা সরকারসিনা করম্বা ঊকল চংবিরি। অমত্তনি মথোই চপ চারৈ। শেঙ্গাও পায়রবা ময়াং মহাজনশিং অসিগী শেঙ্গাও মমুংদা লীংবা সরকারনি। মহুগী লেংত্রবা সাক্ষিনি হুকান কারক খুদিংগী লান্মি তেজোল শারিবা—লৈবাক শান্তিদা শিংনবনি।

শেষ্ঠুম অমসুং য়ুম্বাল কৈবামগী হিরমম্বু ইংরেজ স্যাসনগী মতমদদি, মণিপুর মচাশিং অসি ফীভম চেৎলম্মী। নোংমদা চয়া অনি চারম্মী। মণিপুরী মচা অয়াম্বা চহী অমগী চাবা ওক্লবা ফৌ চেং মশাগী কোত্তা পৈজবা ওম্লম্মী। লুপা অমগী ফৌ শংবাই অনি ফংলম্মী। পৈশা অমনা মী তরা চাবা ইমুং অমগী ইনশাং মাপী লৈবা কোয়রম্মী। লৈবাক অসিদা চাকহোং ঙাহোংবগী ইথক ইপোম হৌরম্মী। ওসিগী সরকার অসিগী মথাদা মণিপুরী প্রজাগী অৱাবা কোকথোং অসি তশেংমা থাংহৈদ্রে। চয়া অমা ফাওবা চাবা ফংদবা মণিপুরী মশীং কয়া য়াম্নবগে ? চীং-তমগী প্রজা পুম্নমক্কী পুক অসি ইহাম হামহুনতা লৈরবনি। ফৌ শংবাইদা লুপা ৩০ পীরবদগী লুপা ২০দ হন্থরক্লে হায়হুনা ময়াং ওফিসারশিংনা মখোইগী তৌবিমল তাল্লি। অদুবু লুপা ২০ পুথোক্কনা চয়োল অমদা ফৌ শংবাই অমা য়ানবা ওবসি য়ুন চাম্মগী হিসাবতা মরীফুতরাদি

ওমজ্রবনি। কৌ বাম্নিঙায় শেল লৌজদবগী ময়াং-মুকান্দা কৌ বানম্বা লাক্তবা অম্বুনা শংবাইদা লুপা ৩০দগী ২০দা ময়াং মহাজনশিংনা হুম্বহনবনি। অমুবু লুপা ৫দা পীরবমু অম্বুমগাইরে। ঐখোয়গী থুম্মা পৈশা অমা ফাওবা তাদ্রে। পোৎচৈ তাংখ্রবা মতম অসিদা মী মঙা চাবা য়ুম অমগী চরা অনিগী মমল অসি লুপা ১০ (তরা) নি। ফি-য়োনবী মুপী অমম্বুং য়েন্থাং নাপী য়োনবী মুপী অমনা লোংমগী চরা অনিগীদমক লুপা তরা অসি কদায়দগী লৌরুগনি? য়েন্দেম মপুন কোকথোং অমা পুরক্লগা লুপা তরা ফংবা ঙম্মীবরা? লুপা অনিফাওবা ফংদে। করম্না মহাক্না লুপা তরা পুখোক্‌না মাগী ইমুংবু চরা অমি পীজগনি? কৌশাবী অমনা শদো থোংবমথে মোম্লগা নোংমদা কৈজ্রোম অনিথক কৈথেলদা পুথংচরকপা ঙম্মী। মারবারী অমসুং পঞ্জাবী মখৈনা পীম্নিংবা মমল ঙপ্লগী লুপা মরীদা মমল লেপ্পী। কৌশাবী মুপী অদুনা মজোন্দগী চংখিবা শেগ্গংদি কুপ্পা পাখোক্লগ লুপা তরুক্লি। করম্না মহাক্না লুপা মরীদা কৈজোম অদু য়োনগনি? অদুবু য়োন্দবা ঙমগী পাজন্দদি লৈজরিবরা? মহাক্কী য়াথল পরীংদা উরক্লিবা অপিকপা মবুক থম্প্রবা মচাশিং! চরা অমত্তুং পীজহুনা মথম্লাই খুবাক্তা হাপ্তুনা য়োকচরক্লিবা মচাশিংবু কমদৌহুনা চরা পুমহেল হেলহল্লগা পুন্সিশিং অদু থুপচিনগদগে? লুপা তরুক চংথ্রবা কৈজোম অদু লুপা মরীদা য়োম্থোক্লী। অদুনা চরা তম্লগদ্রা নত্রগা ময়াং মহাজন পঞ্জা-বীগী শোংখিবা লংগী পৈশা শিংবা কোম্নরি-বরা? মতাং অসিবাইদনি মণিপুরী মুপীগী ইজং অমসুং সতীত্বগী য়াহং অমা লোম্না অমম্বুং কোংনা লাক্লিবসি। হঙৎচরিবা বাহৈ অমা অমি অসি মণিপুরী জাতীগী অরা অনাগী শাংলবা ইতিহাসকী লমাই মচেৎ অমত্তনি। শেম্বুথ অমম্বুং মুস্বান কৈবানগী লম্বীদ মণিপুরী প্রজাদি তশেংনা মুমতাক কৈতাক্লবনি। চাক পুক থন্দবগী ওক্তবা তেমথেংদা ঐখোয়গী মহা-রোলশিংগী মাইথোংদা তীনগং মাঙংব অমম্বুং কুচু কুমেন মকশিম্বগী য়েংহৈজ্রবা মঙং অমা ঐখোয়গী মী অসি উ হায়না তমথ্রমাল্লে।

ইংরেজশিংগী মায়েন থৌদাগী মতমদদি মপানগী ময়াংশিং অসি য়াম্না চাং কল্লা মণিপুরদা চংহল্লম্মী। মপানগী ময়াংশিংগী হৈনবী ককশাবী ভাৎ-পাৎকী শাকুদা ভৌরিবা মণিপুরী হায়বা ফাংলুপ মচা অসি মুৎখিবা মাই হায়বসি থংহুনা ইংরেজশিংনা মপানগী ময়াংশিংবু য়াম্না চেকশিন্না চাং কল্লা মণিপুর মনুংদা চংহল্লম্বনি। মখোয়গী চীরোল খা-রোলগী পাঙল য়াংলম্মী। মতম অতুফাওবদা মণিপুর অসি মণিপুরীশিংগী ময়ুম ওইরম্মী। অদুবু ঙসিগী মণিপুরদি ময়াং সাসনমি, ময়াংপুরনি। নোংচুপ বেঙ্গোলদা বাঙ্গালী মীচেল (রিফ্যুজী) লাখ মরিফু-তরারোম পৈহুনা লৈরি। মদুগী মনুংদা লাখ অমরোমদি মণিপুরদা হাম্নজিনথ্রবনি। মণিপুর তম্পাক্কী মতা চাবা মফম কয়াদা বাঙ্গালী রিফ্যুজী কয়াদা লম পীরি অমম্বুং পীয়ু হায়হুনা মণিপুর সরকারদা দরখাস্ত থারি। ময়াং সরকার অসিনা শোম্নদনমক্কী লমশিং অসি পীথোকখিগনি। হৌজিক-মক মণিপুরগী লোইয়া তমম্নাদা হাম্নগী মণিপুর লোনগী স্কুলদা বাঙ্গালী লোম্না শিনজিম্নবা হোৎনব-গী থৌশিল চংশিনহল্লী। মণিপুরগী লম্ ঝিরিবাম সবদিভিজন অসিদি বাঙ্গালীশিংগী লম ওইখ্রে।

মণিপুরী চীংমী-তম্মী তরক তরক মাইনোরিটি তারে। মণিপুরগী লোমগী এল, পি স্কুল কয়াদা বাঙ্গালী লোমগী স্কুল ওন্থোকহনবা অকনবা ঈথিল-না ঝিরিবাম অসি পোথাকম থংলে। মথংগী জেনেরেল ইলেকসনদা ঝিরিবামদগী বাঙ্গালী রিফ্যুজী এম, এল, এ অমা কারকপা হায়রবসি শোইত্র-বনি। মতমচুদা ওইরকদবা ঝিরিবামগী ফীভম কৌনিংওয়নি। ঝিরিবাম অসি বাঙ্গালীগী কাছাড়দা পীরো হায়রবা দাবী অসি কনখৎলক্লগনি। থোংচং অসিদা মণিপুর অমসুং মণিপুরীগী কীরেপ করিনো? ত্রিপুরাদা ত্রিপেরীগী মুংখিবা মওং, কাছাড়দা কাছাড়ীগী তুমখিবা মোংকম নিংশিংদবা ওমদে। মীকুপ কাংদনা ফূজিল্লক্লিবা ময়াং মম্নাম অসিনা মণিপুর অসি ময়াংপুর ওইরে।

ইম্ফাল অসি ওসিদি 'ময়াং ইম্ফাল' ওইরে। পাংথোকচাবা মণিপুরীশিংগী লাইবক অসি ভারত সরকারনা থুনমক থম্বীফম থোকই। 'অওম অওম্বা হীংনরো' হায়রবগী মওংদা অমুম্মক চথরক্লবদি অচৌবমা মচা তুহৎপগী ফুম্মৈ ময়েক শেংলগনি। ভারত সম্বীধানগী 'মাইনোরিটি সেফগার্দ' পীবা হায়বচু তৌশিন্নবা অর্থ থোক্তবা ওইরকনি।

ইংরেজ শাসনগী মতমদদি মণিপুরসু, নাগা-লেন্দশু, আসামসু ইংরেজশিংগী মীনাই ওক্তা ওইরমী। ইংরেজশিংগী থৌশিল্দা অমসুং মীৎয়েংদা মীনাইশিংগী মরক্তা থেন্নবা থম্মমদে মণিপুর, নাগালেন্দ অমসুং আসামগী মরক্তা মীচং মীথাই নাইরমদে। আসামনা প্রদেশ অমা অহুগা মণিপুরনা স্টেটচ স্টৈ অমা ওইরমসু লমলম অমি অসিগী মরক্তা খেন্নবা করিমত্তা উৎলমদে। চপ-মান্নবা মীৎয়েংদা থম্মমী।

অদুবু ওসিদি নিংতম্নবা গণতান্ত্রিক শাসনগী মথাদা আসাম অমসুং নাগালেন্দনা করি থবক পীবা মণিপুরবুনা করিগীদমক লোইনম ওইনা ইহুবীরক্লিবা! ইংরেজশিংগী মতমদা মণিপুরী মচা-না কংজরম্বা খুদোংচাবা পুন্নমকতু ওসিগী নিং-তম্নবা মতমদা ময়াংশিংগী মখুত্তা তাহন্নীবা মওং অসি ভারত সরকারনা থম্নফম থোক্লা থম্নদে। আসাম, নাগালেন্দনচিংবদা লম অহুগী প্রজানা মশা মশাগী শাসন মশানা তৌজবা ওন্নগা মণি-পুরদা মণিপুরীদি ত্তৌহন্দ্রিবা অসি করম্বা অর্থনো? শেম্বীরিবনি শাবীরিবনি সুংশিবিরিবনি হায়দুনা তৌবিরিবা শাসন অসিদা চহী কুন্দংগী মসুংদা মণিপুরীশিংবু ভীক্ষারী ওইমনবা লম্ফোইবীবা অসি করম্বা বেলফিয়ার স্টেটনো? ইংরেজশিংনা মীনাই ওইহল্লম্বা মণিপুরীশিং অসি ময়াংশিংনা মমল পীদুনা হন্দোকহৌবা মীনাই নাইথাংগী কাংলুপনা? মীনাই নাইথাং ওইরবসু য়ামত্রবদা পুক্তদি থম্না পীজবীবা চুমজ্রা? হৌজিকসু মণিপুরগী য়ুমথোং খুদিংদা নিংশিংনরি 'অঙৌবা সাহেবশিংনা পাল্লিতৈদা সুংওয়-রম্মীদা।' অদুক সুংওয়রম্বা অদু চহী কুনসিগী মসুংদা অদুক শাথিনা শোইদৎলীবা মওং অসি ভারত সরকারগী সুংশিবীবা মীৎয়েং, গণতান্ত্রিকী রাথল রাৎপনা নত্রা?

# মণিপুরী চনুরাগী শক্তম

সবিতা—

মণিপুরী নুপীদি থাইনদগী তমজনিংঙাই ওইবা মওং অমদা অত্থুম লেপ্লুনা লৈজরকই হায়বসি প্রমাণ চংদবা বাকম অমনি। অতুগা অদুগুম্বা লংলবা মণিপুরী নুপী শকতম অতু ঙসি ফাওবদা কাইদ্রি হায়বসি ইশাগী থাজবনি। অতৈ লমদা তৌবগুম্বা, মণিপুরদদি থাইনৈভগী হৌনা নুপীবু হয়না য়েংবগী মীৎয়েং অত্থ তৌরমদে হায়বসি ঐখোয়না খৈংজিন্নু পাখংবগী মা হাক্তক্তা লৈবন্থা নুপীশিংমুক্রা লিংবা নুপীশিংগী ওইবা থৌদোক য়াথোক্ত নৈনবা খাচ্চা লোইশং হায়বা অতুনা লেংদ্রবা খুদম ওইনা লৈরি। করিগুম্বা হৌনা ফবা মীওইনা - শাক্তা লানফাবদা মাই পাক্লকপা মতমদা সনা কোন্থুংগী লৈমরেলশিংনা অথৌবশিংবু ইকাই খুম্নরম্মী।

পৃথিবীগী তুহৎপীরবা নমথবীরবা নুপী ময়াম্না শাংন্নবা লালফমদা লাক্লতুনা ফংজরকপা মশান্নী হক, মমাঙ্কলক্ত ফমজফম অমত্তং ফংজরা— মণিপুরী নুপীদি অনৌবা নত্তে।

মণিপুরী নুপীশিংদি অতৈ লমগী নুপীগুম্না পর্দার মরক্মদা লৈতুনা লৈবাকী অরা অনাদা শকক য়াদবী অমদি ওইরমদে। মখোয়না পুন্সিগী লালকমদা হৌনা ফনা চোংথোকই। মাইথুম থুমদবী মণিপুরী ইমাইবেলশিংনা ফি শাতুনা, য়েঙ্হাং য়োন্দুনা মপুরোইবগী মতেং পাংবা অতুগুম্বী তমজনিংঙাই ওইরবী নুপীশিংনি। মমাংদৈদুনা চথোক চংশিনগী মায়গেদা চাওখত্রিঙৈ মতমদা বসনচিবা হবাগাড়ী লৈত্রিঙৈগী মমাংদা, বাইথৌ শগোল হায়রগা থংনবী, বাইথৌদগী ঙা লৈরগা মা কৈ থেলদা মচা মগু য়োকপা থাকপা অতুগুম্বী নুপী, মতম অতুগী লম্বী কোলাস থাবা লম্বী নত্তে, মতম অতুগী চিংগোল শা কৈতনা পীক থন্নমী অত্থুগুম্বা মতম অতুদা থোরকতুনা পুন্সিগী থৌদাং ফম্না পাংথোকখিবা নুপীশিং ঐখোয়না কাওথোকপা চুমদে। অসিদগুম্না মতনা চীংদা কাতুনা শিং চল্লিবী থাপলবা থোংগী ঊশিং শোকলিবী খুদোং চাত্রবা চীংমাইদা পাম য়ান্দুনা পুন্সিগী লামথেংনরিবী অত্থুগুম্বী চীংগী নুপীশিংবুত্ত কাওথোকপা চুমদ্রে, করিগুম্বা মণিপুরী নুপীগী মশক তাকপা তারবস্রি মোত্তেক মোন্দুম থক্তা য়ানা তৌনিংঙাই মৈতভুনা মতম য়েন্নবী, কারদা লিপস্তীক চাংশং চাংনা তৈতুনা ফং চৎখিবী অতুগুম্বী নুপী অতুনা ওইবা য়ারোই, করিগুম্বা মণিপুর অসিদা থৌনা ফবী নুপীবু যনা পীবা তারবদি পুন্সিগী লানফমদা লাম্থেংনরিবী মণিপুরগী চীং তমগী নুপীশিংগী মরক্ত থনবা তাই।

অসি পুন্নমক লাস্রি হায় হায়তুনা মণিপুরগী নুপী ওইবগী হৌনশ মেংজবা শরুক মথোয়মগী মাঙখিবা নত্তে। মস্তাং অসিদা মোইরাং থোইবী

নিংশিংবা য়াই—"মশাগী সভিত্ব ঙাক্কনবগীদমক লোংবানগী মথুত্তগী নানখোক্তু না চেনখিবা অহৈব-শিংন থাবদা "খোংতা খোংপী তনৌবী, থাওদব মানবী তথোংপী।" মশিনা তাকপদি সরকার লৈরবদি থোংচা নৌজরবস্থ, মুপীস্থ মুপাগুন্না মথৌনা লৈ। পুন্সিবু মথোয়না ফজনা লায়থোক্লা অমদি কাও-থোক্লা হিংবা পাম্মী। করিগুম্বা ময়ামনস্থ হেন্না ভঁবিরগনি মণিপুরগী স্না কৈথেলদা য়েংবীয়ু মণি-পুরগী ঙায়োনবী, চেংদাইবী, কীয়োনবী, ময়ামসে মুপী ওইবগী হৌনশা মশম মনা তরু তরু হাংপা শমশিদা লৈহাও অমত্তুং থেংপা থক থাদোকপা লৈতে। নোকতুনা খেতুনা ফাগী তৌনতুনা কয়া মুংঙাইনা মাগী মাগী মথৌ অতুবু পাংথোক্লরিবা অতুম উবা ফংবিগনি। মসিনা তাকপদি পুন্সিগী লানকমবু অয়াবা পুন্সিগী পোংলুম অমা ওইন লৌদে। তঙাইফত্রবা পীথোকরক্লবা শিন্থা অমনি হায়বা ঙমই। অসিগুম্বা য়াংলবা য়াথলশিং মথোয়দা করয়া লাক্লিবনো মতু ঐহাক্না হায়জবা ঙমজদে।

মাইকৈ অমরোমদনা মণিপুরগী মুপীদি য়ায়া কেজ-মৌজবা পীথোরকপা পোংচং ওইবা গুণ অমা অতুম চেন্নরকই। খুদম ওইনা মণিপুরগী ইযোংদা শাবা ফীনা মণিপুরবু কাওহল্লীবসিগী মরুমদা লেপখিবসি মণিপুরগী থুং-শা হৈবী মুপী-শিংনি। পংশেং শেংচিন্নগা য়াবা অতুবু মণিপুরী মুপীনা অকন্না ময়েক হাপ্তুনা মচু চান-চানদবা য়েংতুনা শারিবা লোল্লিবা অসি উরগা মণিপুর মুপীশিংবু আর্টিশ নত্তে হায়বা ঙমলোই। ঐখোয়গী চৌংগী ইয়া ইবেলশিংনা পুখোক্লম্বা নমুনা, মচু অমস্তুং থবক্তা হৈ শিংবা য়েংলুরগা ঙসিস্থ ফজবা মিংয়েংগী জগৎতা অবাংবা মফম অমা কন্দুনা লৈরি হায়বসি চাওথোক্লা হায়বা ঙমজে।

হৃজিকী যুগ অসিদস্থ মুপীশিংনা মমাংঙৈগী ইমা ইবেলনা চংশরকলিবা চংনবী অত্থু থুগাইত্থনা চত্তরি। যুগকী থোংথাং মতুংইন্না মথোইগী পুন্সিদা করিগুম্বা অহোংবা থরা লাকপা হায়বা অসি মশানা তাজবনি। অতুগা করিগুম্বা অওনবা লাকপা অসিস্থ ফত্তবনি হায়না লৌবস্থ চুমদে। অহোংবা য়াওত্রবদি চাউখংপস্থ লৈতে। ঐখোইনা মমাংঙৈদা লৈরম্বা পোং পুন্নমক সনানি হায়না লৌবস্থ চুমদে, তৌবদদি মণিপুর মুপীগী ফজবা পানদম অতুদি থুগাইদনা অতুগা লোইননা অত্তুর জাতিকী ওইনা হিংনরিবা মওং অসিদা লৈনবা হোংনবা। অসিতদা অমুক হেন্না ফজবা মুপীগী শকফম অমা ওইগনি হায়বসি ঐহাক্না থাজবে।

হৌজিক ঐখোইনা হিংলিবা মতাং অসি য়ায়া লূরবা মতাংনি। অয়ি অনৌ শিন্নবগী প্রোগ্রেমনা থল্লবা অতুগুম্বা মতাং অমনি। মসিদা নহায়োন ঐখোয়না কাওরোইদৌবদি মণিপুরগী ওইরম্বা ফজবা পুন্নমকপু মাংহনদবা অতুগা মণিপুরদা লৈরমদবা ফজবা পুন্নমক মপানদগী পুশিনলকপা তাই। হৃজিককী মতম অসিবু কন্নিনো হায়বা চপ চানা হায়বা ঙমদে। মমাংঙৈদা ভারতকী মুপীশিংনা করিগুম্বা অনিংবা অমতা ফোংদোকপা ঙমদবা মতাং অতুদা মণিপুরগী মুপীশিংদি মপুরোইবু থৌনা ফমা মতেং পাংজবা ঙমই, পর্দার মরুমদা লৈবী ওইরমদে, অতুগুম্বা মতমগী মণিপুরগী মুপীশিংবু মোডর্ন নি হায়গত্রা অতুগা যুগ অতুদা হিংলম্মী হায়তুনা মথোইবু থুনুংনি হায়গত্রা? নংত্তে মোডর্ন হায়বা অসিবু যুগ মত্রগা বাথনদা থাইদোককত্রা? ঐনা মতাং অসিদা হৃজিককালগী

মণিপুরগী নুপীশিংগী ময়মদা থম পনজমিংই : মহুদি ঐখোইনা মোডর্ন হায়রগা কিজেং চাকচেং মোডর্ননি হায়না থনবা অমসুং মীরৈবাকী চংনবী পুশিল্লকপতনা মোডর্ননি হায়না থনবা অমসুং মীরৈবাকী চংনবী পুশিল্লকপতনা মোডর্ন হায়না লৌবা কিরবা ইচাও ইথক অমা লাকই, মসিনা থুমহৎখিহনা মণিপুর নুপীনা থমলহ্না অমসুং থম্মলিবা কজরবা পান্নম মাংহনখিগদ্রা হায়না অকিবা অমা পোক্লি। মতাং অসিদা পনজনীংবদি মোডর্ন হায়বসি মাখনদনি মপানথোংগী মা নত্তে।

হৌজিক ঐখোয়গী সমাজদা হিংলীবী অমসুং লাইরিক লাইগী মণ্ডাল কংলবী নুপীশিংনা অমুব্রোইদবদি লৈজরদ্রা অমসুং লৈরিবা আদর্শ অসিমু চেৎন থাজবা, ইশা ইশানা সুংগী ওইবা য়্যানমু চেকশিন্না থমলিন্না মথৈ মপানথোংগী তুং-কোইদবা মাখম্না ঐখোইগী মণিপুরগী নুপীগী শক্তমমু ম্যাংহনবা ঙমলোই। অহুনা লাইরিক হৈবা মাম-লকপগী মতিক লৈয়মদবা সমস্যা কয়া ঐখোইনা ঙসি থেংনরক্ত তারে। অসিগুম্বা মতাং অসিদা হিংবা তারবদি মণিপুরগী নুপীশিংমা লৈজরবা শেন-থুমগী কিতমদা মীঙোন্দা তাংদনা লৈরবা অহু মাংহনলোইদ্রবদ্রি। মণিপুরগী নুপীদি শেন তানবা হৈবী নুপীনি, চাকথুমদা মশলা তক্কুনা পুন্সি চুপ্পা লেনবনা মণিপুর নুপীগী পান্দমকম ওইরক্তে, চাকথুমগী অমদি ইমুংগী থবক তোনা তোনা জাতিগী ওইবা শেন থুমগী কিথমদস্থ শরুক থাখি, হুজিক-মকত্ত ফরি, তুংদস্থ করকখিদ্রি। অহুগা লৈবাকী ওইব সমস্যা থোকলকপা মতাংদস্থ নুপাদগী তোঙামা থক লৈত্তে, থৌনা কনা চোংথোরকই। মসি ঐখোইনা উম্মা অমসুং তারবা ঙাক্কনি। অহুনা হুজিকস্থ লাইরিক হৈবীশিংগী মরক্তা লৈবাকী ওইবা সমস্যা থোরকপা মতমদা চোংথোরকনি হায়না ঐনা থাজবৈ, অহুগী থৌনাস্থ ঐখোইগী মকমদা লৈরি।

---

# শুনিঙাই লৈতবা মণিপুর

এম, ইবোতোম সিংহ

(লময়ানবগী হৌখিবা চেফোঙদা হৌজিক মণিপুরদা ওইরিবা থবক কংমদ্রিবগী কিতম অহু লৈনজখে। হন্দকী চেফোং অসিদা মাকম অহিগী ওইবা মাবা থৌরম থম্না পিননবা হোৎনজরি।)

মমাঙগী চেফোংদা লৈনখিবা মণিপুরদা হৌজিক লৈরিবা থবক শুনিঙাই লৈতবগী মওং অহু য়েংলগা হৌজিক ঐখোয়গী মাঙ্দা তারিবা মাকম কয়ম তৌরপা থবক কংদব মীশিংদা থবক পীবা ঙমগদগে,

থবক থৱদং শুরপা লেল্লিবা মীওইশিংনা মপুং ফাবা থবক ফংহনবা য়াগদগে অমসুং থবক তৌরিবা থৌমীশিংগী অনোম্বন হেনগৎহনবা য়াগদগে হায়বা অসিনি। য়াহংল্লিং অসিগী পাউথুম পীবা অয়ায়বা থবক নত্তে। মণিপুরগুম্বা মকম অমদা মীপুম খুদিঙমকপু মতিক চাবা থবক ফংহনবা য়াত্রা হায়বা অসি লেপ্পা ওমজ্রিবা বাকয়ি। অহু-মকপু থবক কংদবগী চাং হস্থবা অমসুং থবক্তগী লাকপা আয় হেনগৎনবা হোৎনবদি ওইথোক্তবা নত্তে।

থবক শুকম হেনগৎহন্নবগী খ্বাইদগী চম্বা অমসুং অকবা উপাইদি পোথোক হেনগৎহনবনি; মরমদি থবক তৌননবগী তাঙ্গা ফংহল্লিবসি পোৎ-থোক হেনগৎনবা হোৎনবদনি। অহুগা পোৎ থোকহনবগী খ্বাইদগী মরুওইবা অমসুং অয়োইবা পান্দমকমদি শীজিন্নবনি। শীজিন্নবগী চাংনা পোৎ-থোক্কী চাং লেপ্লি মরমদি শীজিন্নত্রবদি হায়া থোকহল্লবা পোৎ অহু লেমহুনা লৈগনি অমসুং অনৌবা পোৎ থোকহনবগী দরকার লৈত্তে অমসুং অনৌবা পোথোক লেপথিবগা লোইননা থবকসু মশানা অহুম লেপচবা তাবনি। মরম অসিনা করিগুম্বা লৈবাক অমদা শেন-থুমগী চাঙথৎপা হায়বদি লৈবাক অদুদা পোথোক হেনগৎহনদবা অমসুং শিজিন্নবগী চাং হেনগৎহন্দবা য়াদে। "কয়া নোমহুনা পোথোক হেনগৎহল্ল য়ায়া শেন্তোক চাথোকউ; অমুকা হেন্না কয়া নোম্মু অমসুং অমুকা হেন্না শেন্তোক-চাথোকউ" হায়বা অসি মীপুম খুদিংমক্তা মপুং ফাবা থবক পীননবগী অথোইবা মন্ত্রনি।

পোথোক হেনগৎহনবা তায়বদি থোক্লনবগী পাথৈ শেম্বা তাই। পাথৈশিংগী মরুংদা মী (মেন পাওয়ার,) শেল (কেপিতেল) অমসুং মহৌশা লাই-রেম্বীনা পীরম্বা পোৎ (নেচরেল রিসোর্সেস) মা অথোইবনি। মরম অসিনা করিগুম্বা লৈবাক অমদা মহৌশা লাইরেম্বীনা পীরম্বা খুদোল পুম্নমক থিদোকপা, হায়া খঙলবা পোৎশিংবুনা অখঙবা মওংদা শীজিন্নবা অমসুং মথোয়গী অনৌবা মশী-জিন্না পুথোক্লবা হোৎনবা তাই। মহৌশা লাই-রেম্বীনা পীরম্লবা পোৎশিং অহুবু অপাম্বঃ মওংদা ওন্থোক ওনশিন তৌননবা থবক হৈবা থৌমী অমসুং থবক শীনবিননবা থৌনা ফনা, তুংদা থোক-দবা উবা অমসুং থবক ওম্বা থৌশিনবা মীওই শেমগৎননবা লৈবাক অহুগী প্রজাশিংবু নীংথিবা মওংদা মহৈ-মশিং তম্বিবা অমসুং মথল খুদিংগী থবক তৌবা মীশিংবু সমাজনা মতিক চানা ইকাই খুম্নবা উৎপা তাই। পুম্নমক অসিগী মথক্তা থবক পুম্নমক অসি পাঙথোকপদা শেল্লেপ ওইনা শীজিন্ন-নবা শেল থোকহল্লবগীদমক্তা লৈবাক অহুগী প্রজা খুদিংমক্না শেল থয়া থয়া তুংশিনবা অমসুং তুংশিল্লবা শেলশিং অহু শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নবা য়ানবা লম্বেল শেমগৎপা তাই।

অদুম তৌরবদি পোথোক্কী চাং হেনগৎকনি। তোইগুম্বসুং ঐথোয়না মথক্তা উখ্রে—পোৎ থোক-হনবনা অয়োইবা পান্দমকম নত্তে, শীজিন্নত্রবদি থোকহনবগী অর্থ লৈত্তে অমসুং পোৎ থোকহনবগী থবক অহুমক লেপ্পা তাই। মরম অসিনা শীজিন্নবসু থোকহনবমুক দরকার ওই। অথোকপা পোৎ পুম্নমক শীজিন্নথোকপা তায়বদি নিংথিনা

য়েন্থোকপগী পথাপ অমা লৈতবা য়াদে। 'নীংথিনা য়েন্থোকপা' হায়বা অসি অথোকপা পোৎ পুন্নমক মী খুদিংমক্তা চপ মান্ননা লেন্না য়েন্থোকপগী রা নত্তে। থবক নোম্লিবা মী খুদিংমক্তা মানা মানা থোকহল্লিবা পোৎখোক্কী চাং মতুং ইন্না সমাজগী অপুনবা পুক্কৈগী শরুক থুংবনু ঐথোয়না নীংথিনা য়েন্থোকপা কৌবা য়াই। মী খুদিংমক্তা অনোম্মন মতিক চানা পীদহনা ইনাকখুনবা মীওই থরভনা লৈবাক্কী অথোকপা পোৎ পুন্নমক পৈশিন্দুনা থবা ওন্নবদি চেংগী পুক্কৈ পান্নবা মীনা চন্না হেন্দুনা শিবদা অমস্তুং ফিগী ওদাম পান্নবা মীনা মিংথন্না খাওবদা করিস্তু ওক্লিংঙাই লৈতে। অম্মুম তৌরবদি লায়রবনা শিবতা নত্তনা ইনাকখুনবগী পোৎশু লৈবিনবা লৈভহনা শীজিন্নদনা শুম চাহনা মাঙথিগনি। অসিগুম্বা অমাঙ্বা অসি উবদগী পোৎখোক্কী চুপনী পায়রিবা ইনাকখুনবশিংনা অমুক হন্না পোৎ থোকহল্লরোই অমস্তুং মাহুগা লোয়নননা থবক শুকম চৎকমগী থোঙ্ পুন্নমকপু থিংখিগনি।

মথক্তা হায়খ্রিবসি অয়াম্বা মকমদা অমস্তুং মতমদা চুন্নবা রানি। মণিপুরদস্তু থবক শুকম চৎকম হেনগৎহনবা তারবদি লৈবাক অসিগী পোৎখোক হেনগৎনবা অমস্তুং অথোকপা পোৎশিং অচু থবক নোম্লিবা মীওইশিংদা মানা মানা থোকহনবা পোৎখোক্কী চাং মতুংইন্না য়েন্থোকপা তাই। লৈবাক অসিগী পোৎখোক হেনগৎহন্নবা মথাদা পীরিবা হিরম থরা অসিদা পুক্লিং থিংজিনকম থোকই :—

২। লৈবাক অসিদা লৈবা মহৌশা লাইরেম্বীনা পীরম্বা পোৎ পুন্নমক মশক থঙনবা খিদোকপা, হান্না পুথোক্লপা পোৎশিংবুনা পৃথিবীগী চাওথৎপা মকমদা শীজিন্নরিবা মওংদা শীজিন্নবা অমস্তুং মথোইগী অনৌবা মশীজিন্না পুথোকপা। মাসি তৌবা তারবদি অথং-অহৈশিংগী মতেং লৌবা অমস্তুং অনৌবা মীৎয়েং থবা তাই। খুদম ওইনা হায়রবদা মণিপুরগী রাটর রিসোর্স অমস্তুং মিনরেল রিসোর্স পুন্নমক পুথোকপা তারবদি সেণ্ট্রল রাটর এণ্ড পরার কম্মিসন অমস্তুং জিওলোজিকেল সর্ভে ওফ ইন্দিয়াগী মতেং লৌদবা য়ানোই।

২। বিজ্ঞানগী ওইবা মওংদা প্লানিং তৌবঃ অমস্তুং লৈবাক অসিগী নহারোলশিংবু তুংদা ওইরককদবা থবক্কী দরকার মতুং ইন্না কোক্কী অমস্তুং হকচাংগী শিক্ষা পীবা; অম্মুম তৌরবদি থবক মোম্বীনবা অমস্তুং শীনবিনবা 'মী রাংলোই, অমস্তুং নহারোলদা মাগী মাগী মপা চাবা থবক পীবা ঙমগনি।

থবক্কী জ্ঞান পীবত্তা নত্তনা নহারোলশিংগী পুক্লিংদা থবক মথল খুদিংমকপু ইকাই খুম্নবা পোকহনবা, মথোয়বু অচুম্বা পাম্বা, মশাগী অমস্তুং মজাতিগী সম্মান ঙাক্লা চৎপা, অয়ানবা উবা হৈনদবা অমস্তুং সমাজদা তৌগদবা মথৌ থঙবা মী ওইহনবনা শিক্ষাগী অথোইবা য়াথল ওইগদবনি। অসিগুম্বা মথলগী শিক্ষা পুরক্লবা মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী অচৌ অশাংশিং, ছাত্রশিংগী অহল-লম্মন অমস্তুং ওঝাশিংনা মহৈরশিংগী প্লানিংদা পুক্লিং থিংজিনবা।

৩। হিউমেন রিসোর্সশিং শেমগৎনবা, চথবা য়ানবা অমস্তুং মথোয়বু পোৎখোক হেমগৎহনবদা শীজিন্নবা য়াননবগীদমক্তা শেল থুমগী পুক্কৈ শেমগৎননবা লৈবাক অসিগী মন্নাইগী সেভিং হেনগৎহনবা অমস্তুং ভারত সরকারদগী ফংবা

মতেং পুন্নমক কান্নবা মওংদা শীজিন্নবা অমসুং অমত সরকারগী মফমদা মনিপুরগী সমস্যা মখক নীংথিনা খওহন্দুনা কেন্দ্রগী মতেং হেনগৎহন্নবা হোৎনবা।

মথক্কী অসিগা লোয়ননা অনৌবা শেন পুক্ষম শেল্বা অমসুং অরৈবশিংগী ফিভম কননবা হোৎনবা।

৪। পোথোক হেনগৎনবগী পাম্বৈ পুন্নমক অসিবু নীংথিনা শেমগৎসনবগী মমক্তা সাইন্টিফিক ইকোনোমিক প্লান্নিং তৌবা, মসি তৌমনবা মতিক চাবা মচাক থোম্বজিন্নবা রিসার্চ ইনষ্টিট্যুশন লিংখৎপা অমসুং মসিদা ইকোনোমিক্স সেক্সন অমা হাপচিনবা; মনিপুরগী ষ্টেট প্লান্নিং কমিটি শেমদোক্কপা; সরকারনা তৌবা প্লান পুন্নমক কমিটি অসিনা অমসুং লৈবাক্কী অহৈ অশিংশিংদা খওহনবা অমসুং মথোয়গী মতেং লোয়না কাইস্ত ইয়ার প্লানশিংগী পার্সপেক্তিভ, টার্গেৎ, ফেজিং অমসুং মোদ অফ ইমপ্লিমেন্টেশন চলপ্না অহুগা প্লান অহু চথরবা মক্তমদা তোয়না তোয়না য়েংশিন্দুনা অন্নাংপা পুন্নমক মেনখৎনবা অমসুং অশোয়বা পুন্নমক চুমথোকনবা হোৎনবা।

প্লান তৌবা মতমদা লোসিও-ইকোনোমিক ওভারহেড অমসুং ইন্দষ্ট্রীগী বেসিক ইনপুটশিংদা ইমফেসিস পীবা।

হায়রিবা য়াকমশিং অসি পাংথোক্নবা হোৎনবগা লোয়ননা লৌউবা অমসুং খুৎশা হৈবগী থবক্তা পোথোক হেনগৎহন্নবা অমসুং মী য়াম্না থবক পীবা ওন্নবা হোৎনবা তাই।

লৌউবগী পোথোক হেনগৎহন্নবা অমসুং শিনকম অসিদা মী খরা হেন্না থবক পীবা য়াননবা উপাই অহুমথক লৈ—(১) লৌনৌ নীমবা, (২) অরিবা (হান্না পান্নবা) লৌগী চাথোক হেনগৎহনবা অমসুং (৩) মখল মখলগী মহৈ মরোং থাবা। হায়রিবা আইটেম অহুম অসি খরা কুপ্না নৈনকমু থোক্কই।

(১) মনিপুর তম্পাক্তা ফোরেষ্ট অমসুং ফিসরী ডিপার্টমেন্টনা রিজার্ভ তৌদুনা লৈবা, ফোরেষ্ট অমসুং ফিসরী ওইনবা শীজিন্নবদগি থোইনা কান্নরবা তৌইগুমসুং লৌ ওইনা শীজিন্নবগি য়ৌ য়াম্না থোক্কদবা মফম য়াম্না লৈরি। অসিগী মথক্তা লোক্তাক মল্টিপরপজ স্কিম অমসুং লৌশি পাৎ ড্রেনেজ স্কিম অমি অসি পাংথোক্লবা মতুংদা কংখাদবা লৌউবা য়াবা মফম য়াম্না লৈ। মনিপুরগী তমপাক্তা লৈবা অসিগুম্বা লমশিং অসিগী এরিয়া চাউয়াম্না একর ৬৫,০০০ য়োম ওইবা য়াই। মাসিগী মথক্তা চীংগী লমদা পোৎ থাবা য়াম্বা মফম করামরুম লৈরি। হায়রিবা লমশিং অসি লৌ উশিল্লবগি লৌগী পোথোক অমদি লৌমীগী মশীং হেনগৎহনবা য়াগনি হায়বদা ফন্নিসু মিমক্কম লৈতে।

(২) হান্না উরবা লৌগী চাথোক হেগৎনবগী মওংদু কনা হান্না লৈগি। লৌচা পরাশ শেমদোকপা, অহুম চানা ঈশিং অমসুং হার শীজিন্নবা, অকবা মথলগী মরূ অমসুং অকবা খুৎলাই শীজিন্নবা, পাম্বীবু তৌল অমসুং লাইনাদগী কনবা, ঈশিং চাউবা থিংবা অসিনচিংবা পাম্বৈ শীজিন্নবগি মণিপুরগী লৌগী চাথোক অসি শরুক অনিরোম হেনগৎহনবা য়াগনি।

মতাং অসিদা ঐথোয়না নীংশিংখদবা য়াকম অমদি লৌগী চাথোক হেনগৎহনবা লৌমী

মশীং হেন্নগৎহনবগা অনি অসি হাইকেৎ য়েংবদদি পুম্না চৎমিন্নবা য়াদবগুম উই। মরমদি লৌগী চাথোক হেন্নগৎহন্নবগা মেচিনগী মতেংনা লৌউবগা অয়াম্বা মতমদা লোয়নৈ অমসুং মেচিনগী মতেংবা লৌউবনা লৌমীবু লৌবুক্কগী তাশোকই। তৌইগুমসুং ঐখোয়মা খরদং খম্বহনা য়েংলবদি হৌজিক ওইরিবা মণিপুরগী ফিভম অসিদা লৌগী চাথোকসু হেন্নগৎহনবা অয়ুগা লৌউবা মীগী মশীংসু হেন্থহন্দবা য়াই। মণিপুরদা মেচিনগী দরকার লৈত্তে। ইনাক খুনবা লমজাউ লৈবা লমদা ত্রেক্টরনা লৌ খোইবসি য়াম্না ইকোনোমিক ওইরবসু মণিপুরগুম্বা মফমদদি অসিগুম্বা মখলগী লৌখোই অসি ওইখোক্তে অমসুং পায়ফম থোক্তে। মণিপুরগী লাইরবা লৌমীশিংনা কো-ওপরেটিভ ফার্মিং সোসাইটি শেম্নবা কাউবদা ত্রেক্টর লৈবা ওন্নগী শক্তি য়াম্না য়াৎলি, করিগুম্বা লৈবা ওন্নবসু ত্রেক্টরগুমনা লৌ খোইরবদি হৌজিক লৌ-উম্নবা লৌমীশিংদি কদায়দা থম্লগনি? অদুগী মথক্তা কো-ওপরেটিভ ফার্মিং সোসাইটি শেমদুনা লৌশিং অদু হেক পুন্সিনখিবদা লৌমীগী মশাদা লৈরিবা থবক শুনিংবা অমসুং হৈনিংবা পুম্নমক মাঙখি। মরম অসিমা কো-ওপরেটিভ ফার্মিং সোসাইটি শেম্নগী মহুত্তা হৌজিক লৈরিবা লৌমীনা লৌপু ওইনা শিপ অসি অম্মুম থম্বা ফৈ। তৌই-গুমসুং মেচিন ইপুমক পুশিল্লক্কবদি লৌকম অমদা মহৈ মরোং অনি অহুমক থাবসি য়াম্না য়ামা থোকই, মরমদি ফৌ লোকথোকখ্রবা মতুংদা মণিপুরগী লৌকম অয়াম্বদি অমুপকী মতিক কংই অমসুং কল্লি মাহুদি মখোয়বু মম্না চিংবা উগী লাজোম্না থোইবা ওইখোক্তে। মরম পুম্নমক অসিদগী মণি-পুরগা খাইদগী চানবা মওংদি গবর্ণমেন্টনা মন্ত্রগা নীংথিনা শেম্নবা জোইন্ট ষ্টোক কোম্পেনী থম্না মন্ত্রগা সার্ভিস কো-ওপরেটিভ সোসাইটি থম্না মন্ত্রগা মখোয় ময়াম অসিমা ত্রেক্টর ওইল ইঞ্জিন অমসুং অতৈ অতৈ মখলগী খুংলাই পৈশিন্দুনা থম্নগা লৌমীশিংদা য়াইহন্নবদি মেচিন শীজিন্নবগী খুদোং চাবসু ফংগনি অদুগা লৌমী-লৌপু অদুগী হৈনিংবা অদুসু মাঙহন্দবা য়াগনি। ত্রেক্টরগী মতেংনা অহানবগী লৈচাউ অদু খোইদোক্লগা মখা তাবদি চুম্নগী লাঙ্গোলনা অদুম লোইশিনবা য়াই। অদুগী মথক্তা লৌমী য়াম্না চংবা চাপ্রোকসু হেনবা জাপানগী লৌ মউ শীজিন্নবদি থবক শুবা মী মশীং হন্থহন্দবসু য়াগনি। অমুম্না লৌগী চাথোক হেনগৎহনবগা লৌউবগী থবক্তা মী য়াম্না থবক পীবগা অনি অসি মতম পুম্নমক্তা চৎমিন্নবা য়াদবা নত্তে। অসিগী মথক্তা ঐখোয়না কাউরোইদবা য়াফম অমনা লৌ উবগী পোথোক হেন্নবতদা খুংশা হৈবগী থবক্তা মী য়াম্না থবক পীবা য়াই।

৩। লৌ উবগী থবক্তা মী য়াম্না থবক পীননবা অমসুং লৌগী পোথোক হেনগৎহন্নবগী উপাই অমদি মখল মখলগী মহৈ মরোং থাবসি। মহৌশাদগী চৎনবক্কবা মহৈ মরোংতমক থাবগী মহুত্তা অনৌবা মখলগী মহৈ মরোংসু পুশিন্নবা হোৎনগদবনি।

# এম ঃ সি ঃ এস কী নমথাক

লোকেল লাইশ্রবা

মণিপুর সিভিল সার্ভিস রুলস্ (১৯৬৫) অসিদু নৈনবা খুৎলোইননবা এমঃ সিঃ এসঃ কৌরগনি। মণিপুরী মচাশিংদা মণিপুর সরকারগী অচৌবা কমশিং অসি অমতা কংহল্লনবা, চিফ কমিশনার বালেশ্বর অমসুং চিফ সেক্রেটারী সাক্সেনা অনিনা লৌতুনছুনা এমঃ সিঃ এসঃ শেমখি। এমঃ সিঃ এসঃ অসিদা পথাপ (রুল) ৩৫ থক য়াওই। পথাপ ৩৫ অসিবু অমুকত্ত শরুক ১০ থোক্লা থায়দোকই। পথাপশিং অসিগী মমৈদা চেনপ (এপেন্দিক্স) অনিথকত্ত হাপ্লি। এমঃ সিঃ এসঃ অসি ভারত সরকারনত্ত য়াবিখে। এমঃ সিঃ এসঃ কী অকমবা চৈয়াক অসিনা মণিপুর মচা অমত্তবু অনৌবা কম অমত্তা কংহল্লবনি।

অসিগুম্বা লৌনম অসি মচা থাইনা এমঃ সিঃ এসঃ কী ৬ শুবা পর্বাপতগীনা ১২ শুবা পথাপ ফাওবগী মনুংদা য়াম্না ময়েক শেংনা উংলি। অসিগুম্বা থৌরাং মওংশিং অসি য়েংশিনবদা মুত্তাইবা অমনি।

এমঃ সিঃ এসঃ কী পরিক্ষা অসি ভারত সরকারগী কম হাপ্না কুমিশন্না (ইউনিয়ন পব্লিক সার্ভিস কমিসন) না লৌগনি। (৬শুবা পথাপ) কমিসন অসিদা মণিপুরী মচা অমতস্থ য়াওহনবীত্রি। চহি কুম্ব্রায়োমগী মনুং অসিদসু য়াওনবগী আশা উত্রি।

## চামগী হিসাবতা কুম্ব্রা

মণিপুর সরকারগী অচৌবা কম কয়া (থাগী তলব লুপা ৭৫০ দগীনা লুপা ১১০০) অমসুং ময়াম ওইনা চাওবা কম ময়াম অমা (থাগী তলব লুপা ৩২৫দগী লুপা ৯২৫) অসিগী চামগী হিসাবতা কুম্ব্রাদি মণিপুরগী ময়াং ওফিসারশিংদা কথোক্লে। কৎথোকলিবসি এমঃ সিঃ এসঃ কী নমথাক্রনি।

ময়াং ভাকুনা শাবা কমিশন অসিনা করি মরমগীদমক এমঃ সিঃ এসঃ পরিক্ষা লৌহনগদৌরিবনো? মণিপুর মচাশিংম্থ পরিক্ষা অসি ওমহল্লনবা ময়াংগী কমিশন অসিবু পরিক্ষা অসি লৌহল্লিবা মত্রা? নাগাল্যেন্দনচিংবা লমদমদদি অসিগুম্বা পরিক্ষা অসি লমদম অত্থগী মীওইগী কমিশন অমনা লৌই। মণিপুরী মচাশিংবু পরিক্ষা অসি ওমহল্লনবা থাকলিবা লাং মত্রা?

## চামগী হিসাবতা য়াখৈ।

মণিপুর সরকারগী অচৌবা কম কয়া অমসুং ময়াই ওইনা চাওবা কম ময়াম অমগী চামগী হিসাবতা য়াখৈবুদি ভারত মচা কোটি ৫৫দা য়েনথোকলে। মসিসু অচৌবা লৌনম অমনি।

এমঃ সিঃ এসঃ পরিক্ষাগী মফম অমসুং মতম অসি হায়বা ময়াংগী কমিশন অসিনা লেপকনি। মণিপুরীশিংনা খ্বাইদগী হেন্না খুলোং চাররোইদবা মওং য়েংহুনা কমিশন অসিনা এমঃ সিঃ এসঃ কী পরিক্ষাগী মফম লেপ্পী। পরিক্ষা মফম অহু দিল্লীদা ওইহল্লি। মণিপুরী মচা অমতনা পরিক্ষা অসি য়াওবা ওমদনবা হায়হুনা পরিক্ষা অসিগী

মক্কম অহু আম্বানান নত্রগা লাকাদীপতা ওই-হল্লবত্ত য়ারি।

এম: সি: এস: কী পরিক্কা অসিদা ভারত মচা কোটি ৫৫ অসি য়াওবা য়াহল্লি। নাগালেন্ড-মচিংবা লমদমদদি অসিগুম্বা মখলগী পরিক্কা অসিদা লমদম অদুগী মীওইভবু য়াওহল্লী, মপালগী মীওই অমত্তা য়াওহন্দে। মণিপুর সরকারগী অচৌবা কমশিং অসিদি মণিপুর মচাশিংগী চাক-থুংনি। অদুবু মণিপুরীশিংগী চাকথুং অসি ভারত মচা কোটি ৫৫ গী শরুক ওইহনখে। মরমদি মণিপুরী মচাতনা য়াওকম থোকপা এম: সি: এস: কী পরিক্কাদা ভারত মচা কোটি ৫৫ অসি পুম্না য়াওহনখে।

এম: সি: এস: কী পরিক্কা য়াওবা য়াবা নত্রগা য়াদবা মীওইশিংগী য়াক্কমত্ত ভারত সরকারগী কম হাপ্পা কমিশন অদুনা লেপকনি (৮ শুবা পথাপ)। মমিংদা ওক্কা তাবা, মনাতোন মওং তাদবা, অতৈ লমগী মচাশিংগা শক মান্নদবগীদমক মণিপুর মচাশিং-বু কমিশন অদুগী পরিক্কা য়াওবা য়াদে হায়রক্কত্রা? মণিপুরী মচা অমত্তা পরিক্কা অসি য়াওবা য়াহন্দ্রবদি, ভারত মচা কোটি ৫৫ অসি মথন্নাই মুত্তাইজগনি।

এম: সি: এস: কী পরিক্কা ওন্নবা ভারত মচা-শিংগী অক-কত্ত অমস্থুং মকোক মথংগী লিস্ত অমা ভারত সরকারগী কম হাপ্পা কমিশন অদুনা মণি-পুরগী চিফ কমিশনারদা পিগনি (৯ শুবা পথাপ) লিস্ত অসিগী মতুংদগী অপাম্বা ভারত মচা খন্দুনা মণিপুরগী ময়াং চিফ কমিশনারনা মণিপুর সরকারগী অচৌবা কমশিং অসি হাপকনি। মণিপুরগী চিফ কমিশনার ময়াংতগী ওইহনা লৈরবা কমী অমস্থুং চহি য়াম্থেমুক্তা মতুংদস্থু ওইথোক্লরোইদবা য়াকম অমা ওইহনা লৈখিগনি। যালেথরগুম্বা হাবী-জাবীগী মকোম শাম্নিবা মীওই অমনা মণিপুরী মচাবু পামগনি হায়বসিদি ওইরোইদৌবা য়াকম অমা ওইনা লৈগদৌরে। থম্নবা লিস্ত অদুদা শোইহনা মণিপুরী মচা অমা অম্রিদং য়াওরবস্থু চিফ কমিশনারনা মণিপুরীশিং অদুব তশোনা পায়োই। চিফ কমিশনারনা ময়াং মচাব মণি-পুর সরকারগী অচৌবা কম অদু হাপকনি।

চামগী হিসাবতা কম

মণিপুর সরকারগী অচৌবা কম কয়া অথা, অমস্থুং ময়াই ওইনা চাওবা কম ময়াম অসিগী চামগী হিসাবতা কুম্থাবু মপানগী ওফিসারশিংদা কংথোক্পা অমস্থুং অসিগুম্বা কমশিং অসিগী চামগী হিসাবতা য়াম্থেবুনা এম: সি: এস: কী মিংদা ভারত মচা কোটি ৫৫ দা য়েন্থোকপা মওং অদু মথক্তা উংখে। হৌজিক লৈহৌরিবা হাবথব চামগী হিসাবতা কুনদমক ওাইজৌরে। লেম-হৌরিবা অসিদি মণিপুর সরকারগী কম মচাশিং (থাগী তলব রুপা ৩০০ দগীনা রু: ৮০০) পায়-রিবা মীওইশিংদা পিগনি হায়বা ওইরোইদবা য়াত্তা অমত্ত য়াওরি। (এম: সি: এস: কী ১৩ শুবা পথাপ)। অতোংপা তাং অসিগী মওংস্থু মিংয়োং তানিবা মুত্তাইবিগনি। মথাদা উংদনি।

মণিপুর সরকারগী অচৌবা অমস্থুং ময়াম ওইনা চাওবা কম অমগী চামগী হিসাবতা কুম অসিবু সরকার অসিগী কম মচা পায়রিবা মী-ওইশিংদা পীবা থবক অসি কমিতি অমনা পাংথোকনি। কমিতি অসিগী মেম্বর অহুমগী মতুংদগী ভারত সরকাগী কম হাপ্পা কমিশনগী মকোক নত্রগা মেম্বর অমনা ওইগনি। কমিশন

অসিগী মকোক মত্রগা মেম্বর হায়বসি মণিপুরী মচা অমত্তকাওবা ওইদ্রি, ওইদ্রিবা কিভম শিন্দসু চহি কয়ানুকশিগী মতুংদসু ওইগনি হায়বসি খল্লুবদা অতুম থোক্লরোইদবা য়াকমনি। মথোয়না ঐথোয়গী মীচং চংবিয়গত্রা ? ওইথোক্তবা য়াকমনি।

কমিতি অসিগী অনিশুবা মেম্বরদি ভারত সরকাগী হোম মিনিষ্টরগী ডিপুটি সেক্রেতরী অমনা ওইগনি। মসিসু অতুম হায়ু হায়ুনি. মণিপুর সরকাগী ময়াং ওফিসারশিংগী মিচং ওইবা য়ানলব পুশিল্লক্লবনি।

অহুমশুবা মেম্বরনা—মণিপুর সরকারগী চিফ সেক্রেতরীনা ওইগনি। মণিপুরী মচানা চিফ সেক্রেতরী ওইবা য়াদে হায়বা নিয়ম লৈতে অদুবু নিয়ম লৈত্রবসু হৌখিবা চহি কুনিথোই অসিদা ওইরক্তে মতুংদসু ওইরক্লোই। হায়রিবা কম অসিদি মপানগী ময়াং শন্দোকথাক, অতোপ্পা লমশিংদা চত্রবা থরগী থবক তন্ফম নত্রগা পোথাকমনি। কমিতি অদুদা লৈরিবা ফিরেপনা—ময়াং ফয়াইবশিংগী লুচিংবা অমদি মীচং মকোক ওইনা লৈরবনি।

ঐথোয়না মথক্তা উথে—কমিতি অসি ময়াংতনা শাবনি মথোয়না মণিপুরী মচাদা অচৌবা কম পীনবা য়া কাওবা থম্লরমগনি হায়বসি ঐথোয়না হেন্না থাজমমবগী য়ানি। তৌবগীবুদি ঐথোয়দি মীনা তৌবিরকনি হায়না খনবা জাতি ওইজরবসু মসিদদি ওইথোক্তবদগী হেন্না ওইথোকঅরোইদবা য়াকম ওইনা লৈগদৌরি।

কম মচা পায়রিবা মীওইশিংনা চাই শাংনা থবক তৌরক্লবা মতুংদা মথোয়দা হেন্না য়াংবা তলবগী মথল অমা পীবিরকই। হেননা য়াংবা তলব ফংবগী খুদোং চাবা অসিবু সেলেকসন গ্রেদ ফংবা কৌই। এম: সি: এস: কী ৩০ শুবা পথাপকী মতুং ইনদা অসিগুম্বা খুদোং চাবা অসি চহি তরানিথোই থবক তৌরক্লবা মীওইদা পিরমই। অদুবু মণিপুর সরকারনা মণিপুরী ফমনাইবা খরনা খুদোং চাবা অসি শংলক্লগা ঊবদা মপানগী ময়াং ওফীসারশিংনা থম্মোই শোল্লা হুংঙাইখিদে। কায়রবা থম্মোইগী পাওজেল অসিনা থুনমক দিল্লী য়ৌবকপদা মকম অদুগী ময়াং ফম্লাইবশিংসু চৈথেং অদু ফংহনা মথোয়গী ময়োই মনাওশিংগী মপুক্সিং পেলহনগে হায়না অকনবা য়াশক লৌখি। থুনমক এম: সি: এস: কী ৩০ শুবা পথাপ অদু শেমদোক্লে—চহি তরানিথোই অদু অপনবা লৈতনা চহি কুনদা ওত্থোক্লো হায়তুনা য়াথং পীরক্লে। অদুম্না মণিপুর সরকারগী মণিপুরী মচা খরনা ফংলম্বা খুদোং চাবা অদু পুম্নাং মাংহল্লে।

এম: সি: এস: কী ওসিগী শাফু অসি অশুক্কী মতিক কনখ্রবনি। মণিপুরী মচা অমতবু মণিপুরী সরকারগী অচৌবা থবক অমতা ফংহনদ্রবনি। এম: সি: এস: কী অশুক তমথিরবা শাফু অসিতনগু পেনবা নত্রি। মসিগী শাফু অসি নোংম লোংমগী হেনলা কনখৎলক্রবা হোৎনরক্লি, মণিপুরী মচা অমা অনিনা অচৌবা কম পায়রম্বা অদু শাদোকহন্নবগীদমক অকনবা থবক পায়খৎখে। শ্রীথাংগোপাও কিপজেন মণিপুর সরকারগী সেক্রেতরী ওইরম্মী, মহাকপু গোয়াদা লোই থাদোকখে, শ্রীহরাইবম রনবীর সিংহসু সরকার অসিগী সেক্রেতরি ওইরম্মী, মহাকসু ফম অদুদগী থাংদোক্তুনা মকম ময়াং থংদবা ফম অমা পীশান্দুনা নমশিল্লী য়ুমদাংগনা কৈনাবা হায়বতু মণিপুরী মচাশিংগী ময়াইবক্তা পুংলয়ে। ময়ুম-

মক্তদা মণিপুরী মচানা ফিভম চাদনা লৈরে। অচৌবা কম পাররিবা অমা অনি লৈরিবা অসিসু ছুই য়েনদগী হেন্না তুকচনা লোইনরি, তুহংলি অমসুং তাম্নোক্লবা হোংনরি। শ্রীসনসম গৌরহরি সিংহ মণিপুর সরকারগী সেক্রেতরিনি--মহাকপু মথোং মরম থংদনা থাংদরি—য়াম্না থুনা থবক থাদোক্লবা হায়ত্তুনা মঙোন্দা অকনবা চৈথেং পিরম-দবা হৌনদে।

মণিপুরদি তুমলবনি, মাংলবনি, তাকলবনি। য়াংলেন শক্ন তেক্লবনি। মণিপুরী মচাশিংনু চৌকিদার, পীয়োন, চপ্রাশি, দারোগা সিকাই ফাওবা ওইহন্দনবা হায়ত্তুনা থৌরম পরেং অমা পায়খৎপা হৌখ্রবনি। হৌজিক ওইরিবা আই: জি: পী:গী থৌশিল—মণিপুরী মচাবু পুলিশ ফাওবা ওই-হন্নীংদ্রে। মণিপুরী মচাশিংবু থানাগী পুলিশশিংগী ফম ময়াম অসি তাম্নোক্লগা অহাংবা ফময়ামশিং অসি মপানগী ময়াং মচাশিংদা পীনিংবগী আশা অসি মীয়ামদা মহাক্না ফোংদোকখ্রবনি। মণিপুর রাই-ফলসকী বাত্তালিয়ান মরি লৈরিবা অসিদা বিহারগী য়ায়োং থোক্তবা ময়াম পুশিল্লবা হোংনবদা মণিপুরী মচা তরা মুক্তগী হেন্না য়াওদ্রে হায়বসি থংনরবা য়াকমনি। চৌকিদারদগীনা সেক্রেতরী ফাওবগী ফম ময়াম অসি মণিপুরী মচা অম ফাওবা থবক তৌবা য়ারোই হায়না এম: সি: এস কী রুলসত্তা হাপ্লবা য়ারী।

মহারাজ বোধচন্দ্রগী সনা থুম্বগী মণিপুরবু ভারত সরকারনা লৌশিনবা মতাংদা, মহারাজগা ভারত সরকারগা য়ারোম কয়ামুক য়ানত্তুনা "মণিপুর মার্জর এগ্রীমেণ্ট" সহী তৌনখি। এগ্রীমেণ্ট অত্তুগী অহুমগুবা তাকত্তা ভারত সরকারগী য়াশক অমা য়াওরি। য়াশক অত্তুগী মরোন্দী—"মণিপুর সরকারগী ফম অমসুং থবক মথন মথেন পুম্নমক্তা মণিপুরী মচাশিংবু হাপ্লবগীদমক মতিক চাবা থৌরম পরেং কম্না য়াম্না চংখোম্না পায়খৎকনি, অসিগুম্বা ফম অমসুং থবকশিং অসিদা মণিপুর মচাশিংনা চংনিংলবা, অম্নাবা মওং থুদিংমক্তা, মণিপুর মচাশিংদা মপুক্রীং থৌগৎকমি হায়বা অসি ভারত সরকারনা য়াশক্লবনি।"

মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহগী মকুমদা ভারত সরকারগী মীহুৎ সরদার বল্লবভাই পটেলনা য়াশক অসি লৌখিবনি। অত্তুবু ওসিদি অত্তুগুম্বা য়াশক অত্তু পাংথোকপগী হিরমদা, এম: সি: এস: কী নমথাক অসি পুশিল্লকই, মণিপুর সরকারগী অচৌবা অমসুং অপিকপা থবক মথল থুদিংমক্তগী মণিপুর মচাশিংবু তাম্নোকপা হৌরকলি। য়াশক অসি মপুং ফানা পাংথোকলক্লদবা মতম শাংলক্লে: মণিপুর মচা অমতন' মণিপুর সরকারগী থবক অমতা ফংলরোই, মণিপুর সরকারগী থবক অচৌ অপীক পুম্নমক অসি মপানগী ময়াং মচাশিংদা পীথোক্লগা অত্তুগুম্বা য়াশক অত্তু তাক্লগদৌরি।

# বরাক পম্বীং

য়াম্বেম তেজেন্দ্র

চংলীবা চহীসিগী হৌখিবা ভারত প্রজাতন্ত্র দিবস পালনগী মুংঙায়রবা জানুয়ারী ২৬ তা ইথং খংহৌদনা মণিপুরী প্রজা পুম্নমকপু য়ৈথুবা নোংমৈশীংজং অমা তারকখি। মহুদি মণিপুরগী খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা জিরিবাম সব-ডিভিজন অসি ঈশিং মনুংদা লুপথহল্লগনি হায়বা পাও অসিনি। রারোল অসি য়াম্না ইচং থৌনা ভারত পার্লিয়ামেণ্টকী মেম্বর অমনা করিমগঞ্জদা লাওথোকখিবা অহু হিন্দুস্থান ষ্টেণ্ডারদ হায়বা ইংলিসকী চেকোংদা ময়েক লানা য়াওরকই। পাও অসিনা মণিপুর প্রজাদা তশেংনা অন্নাবা পীখি। মণিপুরী থুনিংমক ফুফক ফুফায় চলহলখি। থৌরাং অসিগী মরীদা কদায় ফাওবা মণিপুর সরকারগা য়ানখিবা লৈথখগে হায়বসি থীজিনবা ওইনা পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী মীওইশিংনা হংনরুবা মতমদা মণিপুরগী মুখ্য মন্ত্রিনা, 'কোংলক্লিবা রারোল অসি হেনজিনমনবা নাকল অমত্তগী ওইনা শাজিনবা রাকমনি' হায়নদি শেংদোকপীরকখি। অহুবু ফুহৎপীহুনত্তা থম্মীবগী চৈনাখোল থংলবা মণিপুরীশিংদদি শৌবীং শৌবীং লাওবা পুক্নিং ইক্রম লুমদবা অসি কোকপা ওমগদবা লৈত্রে।

কেন্দ্র সরকারনা নিংঙকপা রাখলদা মণিপুরগুম্বা লমগী প্রজাশিংনা অপায়-পামদগী মত পীরুবা হায়বসি অর্থ শুক্লে লৈতে হায়বসিম্নু মণিপুর প্রজানা চীনফা পুরি। মণিপুর হায়বা লৈ:াক অসিগী শরুক তংখায় অমা ফক্তত্তুনা মীতো না পীথোকখিবদা, অতোপ্পা শরুক মচেৎ-মচেৎ য়াবু বক্ষোপ থমদোকপীখিবদা, হান্না লৈজরম্বা ষ্টেটহুদপু নমহুনা মুন্নগা লোইলম ওইনা থম্মীবদা, এম, এল, এ, কুন্থ্রামুক মাংদা থম্নগা মনুংদা চহী কুম চুপ্পসি প্রেসিডেণ্টকী শাসন চয়াায়রবদা, মরাল লৈত্রবা প্রজা কম্না নোংমৈনা কাপথুহুনা হাৎলগা পীফম থোকগা ক্ষতিপূরণ ফাওবা থংশিন্নদনা লৈথোকপীবদা, মণিপুরী মচাশিংবু মপান্দগী থাজিল্লকপা ওফিসারশিংগী মথোং চুপহন্বদা মণিপুরীশিংনা করিগু হায়জবা ওন্নকত্রি।

হৌজিকন্ন মণিপুরগী খ্বাইদগী মরাইবক্ক থীরবা সব-ডিভিজন জিরিবাম হায়বা লম অসিমা বরাক তুরেলগী তামি থেনগনি হায়বসিদা মণিপুর প্রজাগী খোন্নাও কুরম্না তাবীগনি। জিরিবাম অসি ঈশিংদা লাকশিলহন্নবগী কেন্দ্র সরকারনা হোৎনরক্লিব্সি হন্দকী থ: অসিদা চহী তরাক্তরেৎ মপুং চপচানা কারে। ইং ১৯৫২ গী ওক্টোবর নভেম্বর লোম্নরকপা মেরা থাদা কেন্দ্রগী ঈশিং থৌরাং পুবগী (সেণ্ট্রেল রাটর প্লান্নীং কমিসন) কাংলুপ অমা বরাক তুরেল অসি য়েংশিন্নবগীদমক্তা কাছাড়গী শিলচর সহরদা থুংলখিবনি। হায়রিবা কাংলুপ অসিনা কাছাড়গী লক্ষীপুর সব-ডিভিজনদগী বরাক তুরেল মরু য়েংনবা হী তোংহুনা চংখৎখি। লক্ষীপুরগী ফুলরটন হায়রিবা মকম অসি য়ৌরকপদগীদি বরাক তুরেল অসি তম্পাক্তা চেম্হখি অহুগা ফুলরটনগী মথক্তগীদি চীংলক্তা চেম্হরকপনি। হায়রিবা কাংলুপ অসিনা ফুলরটনদগী হায়গৎলকপা মতমহুদা মেরা থাগী হায়রপ কম্বা নিংথম নোংয়ৈ অমগা

মাইয়োল্লখি। লাকপীরিবা কাংবুনা ভারতকী রাজধানী দিল্লীদগী অতোয়-অয়েম ওইনা মখোং লৈবাক ভারতকী কাংবুগা ওইবগা, তুরেল অসিগী চীংলক্তা চৎথংলকপগা, নিংথম নোংজুগা মাইয়োক্লবগা, লম অসিমা নোংপোক লমদায় ওইবগা কাবক কাবক লুমিৎ মরিনিগী খোংচত্তং হী তোংদুনা শাগয়গা ইহৈ হৈনীংলক্কুনা হন্দরকখি। মখোয়না শিলচরদা হল্লক্লগা পাওজেল চেকোংদা পীখিবা পাওখোংদি, 'বরাক মরীলদা মেনাদর কৌবা চীংচপ অমা থেংনয়ে, মকম অসিদা পন ( ডাম ) শাগত্তুনা বরাকী ঈশিং থৎপা তারে' হায়বসিনি।

আসামগী প্রজানা চহী কুল্লোয় লাওরকপা খোল্লাওগী মতুং ইন্না বরাক তুরেলগী খোয়রাং পাইথৎপা হায়বসিদা মণিপুরগী প্রজামত্তু হেন্না লুংঙাইবা পোকই। বরাক তুরেলগী ঈশিং ঈচাওনা চহী খুদিংগী ওইনা কাছাড় তম্পাক্কী লম একর লাখ কয়া কয়াগী মহৈ মরোং মাংহল্লি। লৌমী শিনমীনচিংবা প্রজা লিশিং-লখাগী জীবীকা মাংহল্লি অরাবা তাহল্লি। মীগী অরা অনা য়েংবা হৈতবা মণিপুরীশিংনা আসাম প্রজাশিংগী অৱাবা অসি শরুক য়াদবা ঙমদে। ভারত সরকারনা খোয়রাং অসি পায়খৎপীবা তারবদি হেন্না স্বাগত তৌই অমসুং সাহযগ পীকম থোকই। অদুবু থোইনা ঙক্লিংঙাই ওইবা অমদি ইতিহাসকী ওইনা লুংশিনা লৈমীয়রক্লবা আসাম অমসুং মণিপুর রাজ্য অনি অসিগী প্রজাশিংগী মরক্তা মুক্রহনবা, থরুম লৈনহনবা অমদি লুংশিনদনবগী অকনবা হিদাক অমা থাজিল্লক্লিবসি নোংপোক লমগী প্রজাশিংনা খংদবা নত্তে। কেন্দ্র সরকারগী অতয়বা থোশিল কয়ানা নোংপোক ভারত্তা লৈরিবা, আসাম, নাগালেন্দ, মণিপুরনচীংবা প্রজাশিংগী মরক্তা লুংশিনবা মরী পুয়মক মাই পাক্লা থদংখ্রে। হৌজিকসু বরাক প্রোজেক্ট অসিগী মীংদা আসাম অমসুং মণিপুরগী মরক্তা মকল্থি খোক্লহল্লবা হোৎমরিবা কেন্দ্র সরকারগী থৌশিল অসি কজবা য়াংলি। কনায়কাওবা পুকচেল শেংনা থোয়রাং অসিদা চংশিমখীরবগে হায়বসিসু চীংনিনিংঙাইনি। মহৌশাদগী হৌনা আসামনচিংবা নোংপোক ভারত্তা কেন্দ্রনা পায়থৎপা থোয়রাং অমসুং থাদরকপা শেল অসি তত্তায়ক্কদনা তৌবা ঙাক্তা ওইনা উবি। বরাক প্রোজেক্ট অসিগী মতাংদসু ঐখোয়না থাজদবা মওং খরা লৈরি।

বরাক তুরেল অসি মণিপুরদগী হৌরকপনি অদুগা অয়াম্বা শরুক অসিসু মণিপুরগীনি। তুরেল অসিবু থীংগৎপনচীংবা থবক পাইখৎপা মতমদা আসামগীসু কননবা অদুগা মণিপুরগীসু কান্নদনবা হোৎনগদবনি। অদুগা অনিমক্তা হেন্না কান্নহনবা লম্বী য়েংগদবনি। অদুদি নত্তনা চহী তরাতরেৎ চুপ্না বরাক পন থীংবীরগদৌরিবনি হায়দুনা অসামগী প্রজাদা তাং পাং তৌদুনা উং চায়বা অসি নোক্লিংদবা ঙমদে। কাছাড়গী মৈনাদর হায়রিবা মকম অদুদা পন থীংগৎলগনি হায়না হোৎনরকপসি ইং ১৯৫২দগী ইং ১৯৬৪ কাওবা চহী তরাসিথোইনি। শিলচর শহরদা প্রোজেক্ট হেদ ওফিস থম্লগা মৈনাদরদা পুংশু থুলাই কয়া পুথদুনা লম অদু লৈহাঙ, ( Soil testing ), লৈবাক লৈয়োল ( layer ), বরাক্তা চেল্লিবা ঈশিংগী চাং (water load), ঈশিংগী মওং মতৌ ( water analysis ) চাংয়েংঙিবনি হায়দুনা চহী অসুক য়াম্না লুপা কোটি অমগী মথক্তা চৎখ্রবনি।

অসুম্না অসাগগী প্রজাদা মমিৎ থুপহল্লক্লগা

মঙং চাকাত্রে হায়রুনা চহী ভয়ানিথোই মৈরুরবা মকম অসি থাদোক্লুনা হৌজিক মৈনাদর থাদোক্লগা নারাইনডর হায়বা লম অসি খুদোং চায়ে হায়রুনা থবক পায়খৎকনবা মঙং মালহন্নক্লিবসি চহী মরি য়োম শুজিনখ্রবনি। নরাইনডর হায়রিবা মফম অসি বরাক অমসুং জিরি তুরেল চৌন্নোক্লকম 'জিরি মচীন' হায়বত্তুগী হাইথরকপা মফম অমনি। থবক পায়খৎলবনি হায়রুনা, জিরি তুরেলগী অহেনবা ঈশিং অসি থাইদোক্লনবনি হায়না জিরি মচীন্দগী মথক্লোমদা মাইল অনিরোম হায়গৎলগা ঈশিং থাদোক্লবা শুরুং অমসু হুৎপা হৌখ্রবনি।

অহুবু অরুবা রাকম অমদি থৌরাং অসিনা মণিপুরগীদি হায়নিংঙায় লৈতনা অমাংবা হায়বত্তু ওইগদৌরি। থৌরাং অসি পায়খৎপদা মণিপুরগী মোংচুপথংবা, বরাক তুরেলনা কোল্লিবা লম-ডিভিজন অসিমদি পুংমুং মুৎখিবা ভারবনি।

নারাইনডরদা পল থীংগৎপদা বরাকী মৌখৎলকপা ঈশিংনা হায়জিন্দুনা কনা নিংথিন রাংনা লৈরিবা জিরিবাম হেড কাটর চীংদোং অসি কাওবা ঈশিং মনুংদা ফুট কুম্থ্রাদগী নিফু কাওবদি সোইদনমক্কী চংখিগনি। থৌরাং অসি চংশিল্লকপদা জিরিবামগী চীংমী, তম্মী, মণিপুরী প্রজা পুম্নমক্কি মখোইগী লৌ-ইংখোল সম্পত্তীগা কোম্নন পৃথ্বীসিদগী পুম্মুং-মুৎখিবা তাবনি। মমল য়াম্নবা চৌংগী অমসুং উমংগী পোথোক পুম্নমকমু মাংখ্রগনি। পুম্নমক্কী মথক্তা মণিপুরগী থব্রাই লম্বী ওইনা নৌনা লুপা কয়া চংনা শেম্নক্লিবা অনৌবা কাছাড় লম্বী অসিগী শরুকশু ঈশিং থুমখিবা তাবনি। অসুম্না মণিপুরগীদি হায়নিংঙাই লৈতনা মাংজবগী কীভম্নি। কীভম অসিদা মণিপুর প্রজানা ভুম্মীম্না লৈথোক্লনি হায়বসি ওইখোক্লে। তাবিবা তাবিদবা চৈনাথোল কংবগী খোন্নাওদি থোরকপা তাই। আসামগীদমক মণিপুরগী মমল য়াম্নবা সবডিভিজন অসি মাংবা তাররদি জিরিবামগা থংনরিম্ন অসামগী লক্ষীপুর সবডিভিজন অসি মণিপুরদা পীথোক্লগা ময়োল মরাং তাম্নবা জিরিবাম প্রজাশিংগী খুন্নাকম শেম্বা তাই হায়বা দাবী অসি চুমদবা নত্তে। দাবী অসি মণিপুরগী তঙাইফত্রবা ফীরেপনি। অসিগুম্বা মথলগী খোন্নাও থোরক্লনি হায়বসি চপচানা খংলবা কেন্দ্র সরকারনা মৈনাদর অমসুং নারাইনডরদা বরাক থৌরাং পায়খৎলগনি হায়না হোৎনরক্লম্বসি তশেংনা পুকচেল শেংদবগী খুদমনি। প্রোজেক্ট অসি পায়খৎকনি হায়রগা নাথৈহুনা মতম য়েংথোকপা য়ানবা য়েংলকদবা মফমদদা কাইহৌবনি।

নাক-য়েৎ অমদসু অমদসু কায়দনবা পোরম য়েংলগা থৌরাং অসি কেন্দ্র সরকারনা থুনমক পাইখৎপীবনা আসামগী লোমী শিম্নী লাখ কয়াগী অরাবা থুনা কোক্লনি। থৌরাং অসিগী মতাংদা হায়নিংবদি বরাক অসি অচৌবা তুরেলনি। মরীংজেল থাবনি অহুগা মকু, ঈরংনচিংবা অচৌবা তুরেল কয়াম্ন তীন্নরি। অহুনা বরাক তুরেলগী মরীল তেংনা অমুক্তং য়েংথোকপা চুমগনি। য়ামত্রবদা হৌজিক্কী জিরী মচীন অসিদগী মথক্লোমদা মাইল কুম্থ্রামুক্তং হায়গৎলক্লগা পল শেম্বদা অমসু অমসু অকবা ওইরগনি। বেক্রেদরগুম্বা লমদমদা পাংথোকপা হায়বসি নাক য়েৎকী অকবা ওইগনি। অহুগা বরাকী মরীলদা থরা হেন্না কাখৎলগা মতম অমা বৃটিশনা পাল্লিমৈ ইং ১৯৩৫ দা আসামগী গভর্ণর মশামক্লা চংশিন্দুনা য়েংলবা 'মুংবী' হায়রিবা

মকম অসিদা অমুক হন্না নৈনবনস্থ অমুক হেন্না মওং তাগনি। অস্থন্না বরাক মরীলদা টৌরাই তুরেল তাকমগী মথক টাইথুখাটকী মথক সুরকৈ লমদম কাওবসি কুপ্না য়েংথোক্লগা হেন্না খুদোং চাগদবা য়েংহন কেন্দ্র সরকারগী থোংথাং থুজিনবা দরকারনি। তুরেল নাক-য়েং অনিমক্তা শুংগী চীংনা কীবান ওইবা মীশিংগী শরুক অয়াম্বা থকচীন্দুনা থম্বা তম্বা মকমদি মণিপুরগী তমেংলোং সবডিভিজনদস্থ মরাংকায়না লৈবনি। মওংশিং অসি কুপ্না য়েং-থোক্লগা থুনমক পায়খৎপীরবদি হৌখিবা চহী তরাতরেৎ চুপ্পা মতম মাংহন্দুনা লুপা করা মাং-হল্লকপগী হৌজিক্কী মীরোলনা মোক্লরিবা অসি খরা কোকপা তমগনি। থৌরাংসি অতুক্কী মৃতৌক থুনা পাইখৎপনা আসামগী অরাবা থুনা কোক্কনি, লোয়মনা বীজলী শক্তিনচিংবস্থ য়াম্না হেন্না মরাং কায়দা কংবগা লোয়ননা মতৌকচাবা ইন্দষ্ট্রি করাস্থ লৌংখত্নুম্না শেলথুমগী ফীভমদা শাথীবা থোদাও কংলবা নোংপোক ভারতকী প্রজাশিংগী মাইকবা হায়বস্থ ওইগনি।

নাথেংহনা লৈবা কেন্দ্রগী থোংচৎ অসি নোং-পোকী প্রজানা পেন্নদে। বরাক প্রোজেক্ট পায়-খৎকনি হায়বগী মীংদা চহী তরাতরেৎ কোন-শিনখিবা অসিগী মমুংদা ভারতকী অতৈ অতৈ কাগাদা অসিগুম্বা মখলগী প্রোজেক্ট কয়াবুদি মহৈ য়াদহনখ্রে হায়বসিস্থ ঐথোয়না খংদ-উদবা নত্তে। অসিগুম্বা নোংপোক ভারতলোমদা শেল থাদনিং-দবা, শেমগৎনিংদবা, অমদি পোক্তবী মচা ওইনা অরেম-অথাক পীজগী কেন্দ্রগী মাখল অসি থাদোকপা কৈ।

---

বালেশ্বর প্রসাদনা মিত্রং শান্নহুনা মণিপুরগী প্রজা অমস্থং কেন্দ্র সরকারবু শুমহৎলন্বনি। অত্তুবু থেঙ্গা হায়বা অমা থোরকপসিনা মুখল হায়দোক হায়দোক্কনা মহাক্কী মিত্রং অপুম্বা ইফোং ফোংনা কারক্লিবসি বালেশ্বরগী যুগ লোইরবনি। বর্মাদা রাজদূত ওইনা কমথোন কারমগদবস্থ চীংথুখ্রে। কমদৌহুনা মহাক্কী যুগ লোইখিবনো? মহাক্কী অরাং থংবা থোঙ্গালগী ফুট নিফু মথারোমদা হুজিল্লগা মহাক্কী ইংথোল মমুংদগী মী মকোক অমগা খুং অমগা পুলিসনা ফাদোকখিবহুনা মহাক্কী যাত্ত অমস্থং মিত্রংগী ময়াই চমখিবা ওইবা তাই। মী মকোক অত্তুগা মথুং অমগা আনিহু পায়হুনা মিত্রং শান্নবা ওইরিব্রা? মাগী মী মকোক্কা খুং অত্তুগা অনি অত্তুবু কনায়দগী লৌরুবজাৎ ওইরিগদগে?

# য়ুম্নল মরুমদা

থেজ্রা

য়ুম্নল মরুমগী হাবী-জাবী তাং-পাং য়াংপা লৈতে, হমবা লৈতে, হঙোইবা লৈতে। নোঙ্গিংবা কপ্নীংবা মথল মথাগী মিজং শামহুনা মীকুপ খুদিংগী চপলিবা মণিপুরগী শেল অসি থজিক থরাক্তগী নত্রে। করিমুক হায়রগনি মখোইগী মিত্রং অসি কেন্দ্র সরকারনা অমুক্তং থংদোকখিহুনা মখোইসে মখোইগী চৌকিদগী হেক ওস্থখিবা ভারবস্থ অহুম্মক হোৌহোবা য়াবা মচা মশু ফাওব থবক শুদনা লেমজা চাবা কোম্নবা শেনকমদা শান্নরিবা মিত্রংনি। শেনজা থুমজা য়েংশিন্নবা থগ্নীবা সরকারগী অথন্নবা বিভাগশিংনস্থ অসিগুম্বা তাংপাংকী মিত্রংনা চপখি্বা শেল অসি তরং তরংনা থংলবস্থ থংশিন উশিন্নদবগী মওং লৈবগুম তৌই। অসিগুম্বা হাবী-জাবীগী ওফিসার অমত্তবু মতীকচাবা চৈরাক পীরে হায়বগী ঈ-পাও ইতা তাদবসি অর্থ অহুম্মক লৈবা জাংনি। শেঙ্গা থুমজাগী মিত্রংনা খাংবা ওন্নক্তহুনা দিল্লীনা লোই থারকপা করপতেদ ওফিসার ওাক্তনীনা কেন্দ্র সরকারস্থ থংশিন উশিন্নদনা পংলৈ লৈখোকপগুম্ব অমা নত্রগা তওায়কদনা কেন্দ্রনা মণিপুরদা থাদখিবা শেল থুম অসি হিসাবতং ময়ামদা উহ গগা শেনহুৎ মাংহন্দনা ওম্বমখৈ থুনমক লমথাংদগী ওক্তুনা দিল্লীয়োমনা থাগৎলকপা ওম্বা মিত্রং টৈবা ওফিসার ওাক্তা থারকপগুম্বা অমা চথরি। অহুনবী ঐখোয়গী থোইদোকপা থবক অস্তে লৈতে। চা সঙাই লিলা ওইনা য়ুম্নল অমমম অনিনি হাংদে কুনা পুন্সি লেনবা হায়বসি মঙাই।

য়ুম্নল হায়দোকচরে। হন্দকী লীলা অসি শরুক অনি থোকপনি। অহানবগী তাকক্তি উথুলগী লম্বী অমা পাকথোকহন্নবা, চাওথোকহন্নবা, কগৎ-হন্নবা হোৎনবগী মতাংদা থাদখিবা মণিপুরগী শেনকমনি। লুপা লিশিং য়াথৈগী মথকনি। মসিগী মরীদা ইঞ্জিনিয়ার সাহেব অমগী মথক্তা মৈনয়কপা কেশ অসি চহী তরেৎলোম উংজা পুবমথৈ চথ-রকপনি। অহানবা তাককী মরী মথোং কুপ্না লীক্তবগী মহুত্তা অনিশুবা তাককী ওইনা মীৎয়েং তাবিবনা হেন্না মতাং চাগনি। মীৎয়েং তাবিরসি।

অনিশুবা তাককসিদা কজরক্লিবা লীলা অমদি য়াংথংলক্লিবা মিত্রংগী থাক অসি মীৎ কুপ্না য়াদে। মতাং অসিদা লাক্লিবসি মথক্কী শাথীরবা কেশ অতুগী মরী লৈনবা চে-চাং রেকোর্ডনচিংবসি মাংহন্নবা হোৎনরকপগী থুক্তিল থৌরাং অমদি মাংহনখিবগী মিত্রং। কেশ অসি মণিপুরী মচা পুলিস ইনস্পেক্টর শ্রীমধুমঙ্গলনা পাইরম্বনি। শ্রীমধু-মঙ্গলনা তকশিন্নকপদগী কেশ অসি তশেংনা অরুবা থাক অমা য়োশিন্নকখি। শেঙ্গা থুমজাগী লম্বী থংদবদগী কেশ অসি লুশিনখিবনা অরানবা মীওই থরদি চৈরাক ফংবা হৌরক্লবনি। কেশ অসিগী মমলস্থ লুপা লিশিং তরা ফাওবা মস্তিরুখে হায়নবা ফাওবা ভাথি। অহুবু মস্তিরুরনা চংনরকত্রবহুদা ওইবা তাই শ্রীমধুমঙ্গল অসি থবক্তগী পোথাহনখে। কেশ অসি লুশিন্নক্রে হায়বগী মওংদা কেশ অহু সি, আই, ডি, ওফিসকী 'ক্রাইম'পুবা ডি, এস, পি শ্রী এ, টি, থিরুবেরেদা লানথোকখে। শ্রীথিরু

তৌরুম থোকপা থবক্তা অহুমক চংশিনবা মীৎ-না চোম্নবা মতীকচাবা ওফিসারনি। মহাক্কী মথুং মৌবদা কেশ অসি হেন্না চেৎশিল্লকপা মওং লাক-পসিদা মথক্কী মকোক থোংবা ওফিসার থরদি মকোক তাওবগুম তৌখি। মস্তিল্লরবা কেশ অসি কয়ম্না অমুক লৌথোকশিগে হায়না থল্লকপদা শ্রীথিরুবু ত্রান্সফর তৌথোকহনখ্রগা কেশ অহু শ্রী এন, সি, পাল হায়বা সি, আই, ডি ইনসপেক্টর নৌনস্থ কম কারল্লিবা পাথং অমদা পাইহল্লি। য়াম্নস্থ লীরবা, থবকস্থ হৈরবা পুকচেল শোংলবা মতিক চাবা ডি, এস, পি অমনা পাইরম্বা কেশ অমবু মহুগা থাক মান্নবা রেঙ্ককী ডি, এস, পি অমদা শিন্নবগী মহুত্তা মক্রগা মতীক চারবা মণিপুরী মচা ইনস্পেক্টরশিংদা শিন্নদহুনা পাথং মচা ভরাং নহাক্তা অতৈ অতৈ মথক্কী মমান্নবা কয়াগী মথক্তা থাঙৎহুনা ইনস্পেক্টর ওইনা থাংজিল্লকপা অমদা পিশিনখিবা অসিনদি শ্রীপাল অসি অঙকপা ফংনা মতীক চাবা মী ওইবা তাই। অতৈমদি থংত্রবস্থ শ্রী এস, পি, ঘোষ সি, আই, ডিগী মকোক অসিনদি থংলমগনি। শ্রীঘোষ অমস্থং শ্রীপাল শাগৈ কাংলুপ অমত্তনি। অহুনা সি, আই, ডি ঘোষনা সি, আই, ডি পালগী মতিক মথৌনা থংবা নত্তুনা কনানা থংফম থোকপগে? শ্রীঘোষ অসিমক মতীক চাবা মাগী মথক থোংনা লৈরম্বা ওফিসার কয়ানকুমবু কালহল্লগা শুৎ-শাত্তা প্রমোসন পীহুনা সি, আই, ডি, গী এস, পি, ওইহনখিবা মীচং কনবা মুপানি।

হৌজিক্তি সি, আই দি শ্রীঘোষ এস, পিনা মানা পামজবা, থজবা মহাক্কী শাগৈগী ওইবা সি, আই, দি শ্রীপাল হাইরিবা ইনস্পেক্টর পাথং অসিদা চহি তরেৎলোম নৈরল্লিবা কেশ অহুগী চে-চাং রেকোর্দনচিংবা শিন্নখ্রে। মপুং-ফনবা, হুৎ কেং য়াদবা শেনীয়র ডি, এস, পি অমনা গুরম্বা কেশ অমবু লৌথোক্রনা মানা পামজবা মাগী মী ওইবা পাথং অমদা শিন্নজবা শুম্বা মহুদা মহাক্না শেন্নকপা খুজিল থৌরাং কয়া মাই পাকপা অসিদা সিঃ আই, ডি শ্রীঘোষ চাওথোকচবগী অমদি নিংবা থুংবগী মীনোক অমা মাইথোংদা তারিবসে ময়াম্নস্থ উবিরে।

হৌজিক, মপুনা চাল্লবা, চেকশিন্না অথুপ অরোন মন্ত্রনা পুন্নমক তস্নীরবা সি, আই, ঘোষ (এস, পি) গী শাগৈ সি, আই, দি শ্রীপাল (ইনস্পেক্টর) গী মিত্রং হৌরক্লে। মীৎয়েং তাবীয়ু। পাথং অসিনা শান্নগৌরিবা মিত্রংদি ঙসাইগী কেশ শিং অহু মাংতন্নবা হোংনরক্তদৌরীবনি। ইম্ফাল পুলিস ষ্টেসনগী- মাইয়োক্কবা ইন্দো বর্ম্মা রোদকী নোংপোক থংবা মমাংঙদা হাওবম লৈকাই হায়না থংনরম্বা হৌজিক্না বেঙ্গলী বাবুপারা হায়না থংলখ্রবা খুল অসিদা পাক্কাগী মথোল অমি ওইবা য়ুম অসি সিঃ আইঃ দি ওফিসনি। য়ুম অসি লৈথা থংবা শক্কী মথা থংবা কোরিদোরগী নোংপোকথংবা মস্থং ইচন-চনবা কা অসি সিঃ আইঃ ডি ইনস্পেক্টর শ্রীপালগী মতোমতগী ওফিস কানি। পীক্তং তৌবা অচেৎপা কানি। কা অসিদা টেবল অমা থারগা শ্রীপালগী চৌকিনা মমাই নোংপোক ওন্দুনা থাবগা হেক মাইয়োক্কবহুদা উপু অম্মারী অমা নোংচুপ ওন্দুনা থারি। কা অসিগী নোংপোকথংবা চিদা-দা অচৌবা থোংজাও অমা পালি। থোং অসি ংমনখিবনা ওফিস শেন্নরিবা শিপরনা থোং লোনগ অমস্থং হাংদোকপা মতমদা

চৌথি নত্রগা কান অন্নাংবা অমা থাংজিল্লগা লেপখৎত্রবদি পৌরোল অহু শিজিন্নবা ওমদে। ওসাইগী নোংচুপ ওন্দুনা শ্রীপালগী কমকমগা মাইয়োক্ননা খুৎনা লাম্বা ফংবগী মওংদা থারিবা উপু অসিগী মনুংদা উথুল লম্বীগী কেশকী মরী লৈনবা চেং-চাং, রেকোর্দনচিংবা পুন্নমক হাপলিবনি। কা অসি শ্রীপালগীনি অহুগা উপু অহুসু শ্রীপালগীনি। উপু অসি শো চেকশিন্না লোল্লি। চেকশিল্লবা ওফিসকী, চেকশিন্না শারবা যুম, চেকশিল্লবা কা অমদা চেকশিন্না শো লোন্দুনা চেকশিন্না থম্লীবা চেকশিল্লবা কেশ রেকোর্দশিংবু চংখোন্না মাংহনগদৌরি।

ওক্টোবর তাং ৮ য়ুমশকৈশ মুমিৎনি। পুং ৯½ মত্রগা ১০ গী মরকসিদা সি, আই, ডি পাল মাগী ওফিসতা লাক্লুনা কান্নদা ফমখ্রবনি। খংহৌদে নুমীৎ মুংগদবা পুংখাই অমা থাংলিঙৈ অয়ুকী পুং ১১/৩০ তাবদা হাপ্লনরিবা কেশ রেকোর্দ পুন্নমক মাংহনখ্রে হায়না খংহল্লকই। পুং ২½ রোম অয়ুক্তগী ফম্নক্রগা মাগা মাইয়োক্ননা থান্নিবা উপুদগী কেশ রেকোর্দ মাংখরে হায়রবসি মহাক্না মন্নামদা খংহন্দবা মিত্রং অমত্তু শান্নরি। উপু অসিগী শো অহু কক্কাইখরে হায়রি অহুবু নমখুদা শো কক্কাইখিবগী খুদমদি কংদে। নিংথিনা শো হাংলোকখিবনি। অহুবু শোথি ইনস্পেক্টর শ্রীপালনা অহুম মপাররি। মান্না হৈনা হাংদোকখিবা শোনি অমদি লৌথোক-খিবা রেকোর্দনি। সিঃ আইঃ দি ওফিসতা লৈ-রিবা তম্নরাই (হিন্দিদা ভুৎ, অহুগা ইংরাজীদা ঘোষ) অমা লৈরিবসি অচম্বা নত্তবা তাই মতিক ময়াই কনবা ওইবা তাই। সিঃ আইঃ ডি পালনা শারবা তম্নরাই, ভুৎ, ঘোষ ওইরিত্রা? করম্বা তৌবা ওম্বা মীওইনা শান্নরিদগে? মণিপুর সরকার-না ফুৎ অসি কাননবা হোৎনবা ওমগত্রা নত্রগা কেন্দ্র সরকারনা হোৎনরকত্রা? অসুম থাদোক্লবদি তম্নরাই হায়গত্রা ভুট হায়সিরা নত্রগা ঘোষ হায়সিরা অসিনা সরকারগী পোৎ-চৈ রেকোর্দ তুম্না মাংহল্লক্লোইত্রা?

*   *   *   *   *

বালেশ্বর :—

নংদি মণিপুরগী চিফ কমিশনারনি। নমিংথু বালেশ্বর প্রশাদ কৌইদো। নংগী য়ুখল অহু হাংদোকখ্রে, মমিং চৎলবনি। য়ুখল অসি অমুক্না হাংদোকখিগে। নংগী উৎপাংকী মেলা অসি থাৎই পুন্নমকম্ম মিংরেং তাহনশি। ভাব তাও। মমিং অমুক্না হেন্না চৎলগদৌবনি।

## লুপা লিশিং মঙাগী হাবি জাবী :—

নয়ুমদা মণিপুরগী নহারোনশিংনা তাং ২৭, আগস্ত ১৯৬৫ ইংদা চংলকপদা পাখঙুনা নকোক নমৈ খঙখিদবা অদো নংগু নিংশিংলমখিগনি। নংগী ইংথোলগী মাইকৈ মন্নিদা হৌরিবা উপান রাপান অমম্মুং হৈপান লৈপানশিংনা নহারোন-শিংবু থিংবা ক্তৌথিদবা অহুগু নংনা ওসি কাওবা কাওরিরোই। নহারোনশিংগা লৌতুনরম্বীদমক্তা হৈপান লৈপান অহুবু মঙক্ থংকে অমম্মুং মরু ফুক্তে হায়না নংনা থ্রাশকখিবা অহু নংগী থ্রাখল-না লাম্বা কংলিগনি। থ্রাশক অহু ওাকনবা হোৎন-

মকপলা নংনা মণিপুর মচা অমতা য়াওহনখিব-বদাই। য়াশক অহুগা শাংগোরবা খবক পুন্নমক অহু নংমা বিহারগী চুরাম্বাবশিংদা শিন্নখিবা অহুনি। ময়াং পণ্ডিত অহুনা লেপখিবা অফবা হুমিং অহু নংগু কাওরমখিরোই। হুমিং অহুদি তাং ৫ ওক্তোবর ১৯৬৫ ইং নিদনা। হুমিং অহুদা চুরান-থাবশিংনা নংগী য়াশক তাক্লনবা খবক পাংথৎপা হৌখিবা অহুনি। হুমিং মতাংনিগী মচুংদা চুরান-থাকশিং অহুনা নংগী য়াশক তাকখিবদাই; নংগী ইংখোলগী মায়কৈ মন্নিগী উপান য়াপান অমসুং হৈপাম লৈপান মখে অমতা থাক্লনা য়ানথৎখিবা অহুনি; মরিং মরাংবা য়াশক অহু তাকপগী মমিংদা, সরকারগী শেঙ্গাওদগী লুপা লিশিং খয়ঃ মংনা লৌথোকই। হায়রিবা শেল অসিগী লুপা লিশিং মতা নংনা নংগী ফুরিৎখাওদা হাপচিনখিদে হায়বগী কয়স্বা প্রমান পুথোখ্‌বগে? য়াহং অনি অসিগী পাওখুমদি থুনমক পিগদবনি। নংসি য়াম্না মখোং চাদে। মরৈবাক বিহারগী মমাই চোপহনবা য়াদে।

## লুপা লিশিং কুনগী হাবি জাবী

ঈগী ইথক অমা নংগী ইংখোল্দা হৌরিবহু মমিং অনি অহুনা য়েংবা য়ারেদো। ঈগী ঈথক অসিনি তাং ২৭, আগস্ত ১৯৬৫ ইং মোংশৈনা কাপথৃহুনা হাংখিবা ঐখোয়গী নহারোমশিংগী মশাদগী শিন্থখিবা। ঈগী ঈথক অসিনি চন্না-হেন্নবা মণিপুরগী জাতিগী পাওখোম্লোইশিংগী হুক চাংদগী থোকখিবা। ইগী ঈথক অসিনি মতম পুন্নমক্তা কংলয়োইদোবা অমসুং মচু মাংদ রোইদবা ঈগী ঈথক অনি উরগা ঐখোইগী মীতা শংহৌদনা পিগী ইয়া হৌরকই, অমসুং নমিং অনি অহুদি উইশিন্নবা য়াই। ঈগী ইথক অসিনা নংগী ইংখোলদা ইনোং অমসুং ইপোম কারিবা অসি ঐখোয়বু উহন্দনবা হায়হুনা; নংগী ইংখোনগী মাইকৈ মরিদা হুংগী পন অমা থাসি, অহুবু মহুনদি ঈগী ইথক অসিগী শক্তমবু ঐখোইগী খঙ্গোইদগী মাঙহনবা ঙমলোই। নংগী পন অসিদি পৃথিবীদা অতাংবনি। মসিদি লৈমুংদগী ফুট মঙা লুখনা তৌথরগা শাগৎখিবদাই। মখোং-গীনা মত্তোন কাওবদা ফুট তরামরি য়াংলিবশি নংগু ওরিবহুনি। মশি ফুট অনি মথাই পাকপদাই। পন অসিনা ফুট লিশিং অমা চাক্রক শাংলিবহু নংগু কাওরিরোই। ময়াং পাঞ্জিগী য়াথং মতুং ইন্না তাং ২০, ওক্তোবর, ১৯৬৫ ইংদা নংনা নংগী পন অহুগী যাত্রা হুনখি। ময়াং ইনজিনিয়ারশিংনা নৈরবাক বিহারদগী হুং পুরকপা ঙমখিদবা অমসুং মরম অহুনা মণিপুরগী হুংনা পন অহু শাবা তারকপা মতাংদা, নকোঙ্কা মথুং হাপ্লুনা লৈমাই থক্তা ওনখোইনা কপখিবহু নংনা ওশিঙ কাওক্লি-রোই। অহুবু নংনা ওস্থোঙ্গা তুকচখ্রবা মণিপুরগী হুং অহুগী মপান্না পন অহু শাবা তাখিদো। পন অসি শাবগী মমিংদা, নংনা সরকারগী শে-ঙ্গাওদগী লুপা লিশিং কুন্ফুতরানি কারথোকখিদন? হায়রিবা শেল অসিদগী লুপা লিশিং কুন্দি নংগী ফুরিৎ খাওদা য়ৌখিদ হায়বগী কয়স্বা প্রমান পুথোকপা ঙমখ্রবগে য়াহং অমি অসিগী পাওখুমশু থুনমক পিগদবনি। মণিপুর মচা থিকাদার অমসুং ইঞ্জিনিয়ারশিংদা করিগীনো মমিং থানা য়েংলিবদো? নশাগী নরান্দি মপোইদা থৈজিনবা য়ারোই। অতিয়াদা নতিম শিংকংলবদি, নমাইদা তাবা হৌনৈ। নংগী ইংখোন মমুংদা নশামক্তা পাবা

মতুং ইয়া পাংখোকখ্রবা থবক অছুগী মায়দি মশামক্কা পুকম খোকই। মাখেছুনা লৈশন্নু। য়াহং অমি অসিগী পাওখুম পুনমক পিয়্। তায়া অমসুং শঙ্গৈনা মংগী ইংখোলগী মাইকৈ মগ্নি অছু তাক শেন্নিবা অমসুং মছুগী মগুং মপা-মগু লোংমৈ পাইবা চুমাম্বাবা মুন্ন্ নিফুনা অহিং মুংথিল পুম্নমক্কা মংবু লাইকম্নরিবা অসিমক্কা করি-গীদমক মংনা মংগী পন অছু শারুম্নিবা? নংসিদি মীকিখিনিদমা।

## লুপা লিশিং কুন্থ্রাগী হাবীজাবী

মংমা মংগী পন অসিবু অম্নক চেৎনা থাজরিবা অসিদি ওকইদা? পন অসিগী মরুমদা মথল খুদিংমক্কী উৎপাৎ পুমনমক তৌবদা কনামগু উরোই হায়বা মংনা থাজরিবশিদি মোকচনিংই। মংগী হায়গী লোলাম অছুবু শাথিনা তুকচরিবদো করিগীমো? ইংরেজশিংনা শায়হানি হায়ছনা হংগোইম্নিত্রা। মওং মতৌ কজদে হায়ছুমগু নংনা লোলাম অছুবু অকামপেৎ থাছনা চৈবদাই। নংগী হায়গী লোলাম অছুদি কাছেন্না চাওমনখ্রে। মছুগী মন্নুংদা শিজিম্নজ্রবা কা কম্না অমগু ইহাং হাংনা লৈখাং চাছনা লৈরি। কনামা থংগনি? অহাওবা কা ময়াম অসিদগী তুং চোংখোরক্রনা মখৌরি মেৎলম্নবদি? লোলাম অম্নদা থানা মেংলগা, নপুংবাক য়াম্নুনা মংনা হুক্তিজামগী চৈবদাই। "লোলাম অপাংগী, শকতাবি মমনলাই, মওং মরিন নাইদবী"। তাজমহনবু ইকায়খা পীবা ওমগদবা লোলাম অমা শায়গে হায়না নংমা অচেৎপা য়াশক লৌথিবছু কাওরিয়োই। ইনজিনীয়ার মথৈনা নংগী লোলান মওং য়েকপদা মথৈ মকোক থংথিদবা অমসুং তুম্না হিম্না কাওথিবা অছু নংগু লিংশিংলিমি। তাং ২১, দিসেম্বর, ১৯৬৫ ইংদগী তাং ২৮ নোভেম্বর, ১৯৬৭ ইং শাওবা ময়াং ইনজিনিয়ারশিংখা চনাং ইম্নুনা থবক তৌগা, মথংগী মুমিক্তা মখোইনা মমাংদা নংগী লোলামগী মেপ অছু পুখোকমকপদাই। মছু উবদা হয়াও-মনখ্রছুনা, পুংলোন খোয়োবী মানবা মচিন অছুনা খুদেং শাবা অছুদি তমছুনা খোকপা পোৎ নত্তে। শাগদৌরিবা লোলাম অছুদা মণিপুরগী মচৈ মপোৎ অমছুং মচাক অমতা য়াওহন্নিংদছুনা, মংগী থম্মোইনা লাংতক্নখিবা অছু লিংশিংগ্রু। নমৈবাক বিহারদগী মিস্ত্রি তেলোল অমা থুংলবদা নংনা হয়াও জগোই শাবা অছুদি করিদা প্রমাণ তৌগনি? মংগী লোলাম অমৌবগী থিলামন্তি অমছুং লোংগু বিহারদগী থুংলবদা বংনা খোইরুম মোনোন তৌবা অছুদি ইমক মকুখা ইকাইনিংতাইমি। মতৌ অছু উবদগী পাথংথিছুনা মংগী তালোই উমা দেবীনা পাটনাদা চেনখিবা ওইবা তাই। অছুবু লৈবাক, মুং অমসুং চেক মথৈদি বিহারদগী পুরকপা য়াজ্রবা মতাংদা, নকোক্তা, ত্রজমা খোবদগী হেন্না শাথিনা মংগী মাইখোং অছুনা শুকথখিবা অছু কমগ্না বাহৈনা তমগদ্রি? মণিপুরগী চেক মুং অমসুং লৈত্তোই শিজিন্নদবা য়ায়জ্রবা মতাংদা মংনা নোং-খোংবগম তেংথা মা-ওইরগা ননাতোম্নগী নপী শিন্নমকপছুদি অকিবগী মশক্তি। ময়াং পাজিগী য়াথং মতুং ইয়া তাং ৯, মার্চ, ১৯৫৮ ইংদা নংগী অমৌবা লোলানগী যাত্র হুনখিবদো কাওরমখিয়োই। ময়াং ইঞ্জিনিয়ারশিংগী হৈশিংবা অসিদি তমছুনা খোকপা পোৎ নত্তে। নংগী লোলন অছুগী মশাদা মণি-পুরগী চেক মুং অমসুং লৈত্তোই য়াওখ্রে হায়বা অসি উহন্নবা কাওবা ওম্নিবা পোৎনি। বিহারগী

মিথ্যমতি অদু মরোম মরি তৈহ্না মণিপুরগী কেক-হুং অমমুং লৈতোইগী মশক লোংখিব্রা অদু নখিং অমি অহুনা খিংলা উরিবা অদুনি। প্রান্তিক ইমলম মতুনা কয়াংদু থুং শোকহনবমখে ময়ীয়ক কাপহমখিবদাই। মণিপুরদগী পামদে হায়ুনা গৌহাটি, কলিকাটানচিংবা সহর কয়াদা কোইদেম চেমখিবা তাই। তাং ১১, জানুৱারী, ১৯৬৯ ইংনি। মুরিং অসিদা নংগী অনৌবা দোলানগী মপুং ফারবা শক্তম অদু উবদা হয়াও হলোই শাবদা মকোক মথৈ শওখিনবা অদু নংগী অনৌবা দোলান অসি শাবগী মমিংদা নংনা সরকারগী শেন্দাওদগী লুপা লাখ অমগা লিশিং কুন্থ্রা শিজিন্নখিবদাই? অনৌবা মুবহুদা বীজলী থানবগী মীংদা লুপা লিশিং কুন-নিথোই। অদুগা অমাংশং অমসুং ঔকলকম্মকদা লুপা লিশিং তরানিপাল। হাক্তি হাকমনিকো? লাইররবা ভারত অসি নংগী হাকুক্তা মীনাই ওইদৌরি। নত্তে, নংনা শেনকমশিং অসিদগী লুপা লিশিং কুন্থ্রা নংগী ফুরিংখাওদা য়ৌথিদে হায়বা অসিগী করম্বা প্রমাণ নংনা পুথোকপা ওমগদগে? বালেশ্বর। য়াহং অসি অসিগী পাওথুম থুনমক পীগদবনি পাখংকনু। চনিং তামা মুংশা হোম্বো অচুবতা হায়রোকউ। "সত্যমেব জয়তে" নিংশিংত্তু গান্ধী শেহ্নিমেরোগী সত্তা কয়াদা নংনা সত্তাগী মরমদা থাগৎলোন কয়া শকথ্রবনি। গান্ধীজী মিং অমসুং সত্যগী মগুণবু নিংশিংদুনা য়াহং অসি অসিগী পাওথুম থুনা পীয়ু।

নংগী অনৌবা দোলান অসিনা নত্তোদ্দা করি ফারমিবা? হায়গী দোলান অদুগী মনুংদা কা তমামথেক্তিথক করিমত্তা শিজিন্নদনা অরেম্বদা লৈকাং চাহন্দুনা থমলিবদু নখিং অহুনা উত্রনে। নংগী মপা অহ কুলাঁরগী চৈনাদগী কাপ্থংলকপ্রা, হায়বী দোলান অহুনা থবা চত্রনুনা অনৌবা দোলান অদু শারিব্রা? নত্রগা মশেন মুপা মহক্তীগী শেনলাম অদু থমনবা অমদি কোনুংবগী হাবী কামী তৌবিবা নোংমৈ মরাম অদু পৈনবা হায়দুনা অনৌবা দোলাম অদু শারিব্রা? বালেশ্বর। বা-হুংশিং অসিগী পাওথুম থুনা পিগদবনি। মংক্ত ইকাইবা থওবোইরে। অদুবু নমাই অদু কীরক খুমলেনদু। করিগুম তৌরোইরো। য়াহংশিং অসিগী পাওথুম ইয়াই লায়না পিথোকউ। খিলদিং প্রোগ্রাম কমিটিকাসু তামরমদে। মুন শাননবগী প্রোগ্রামদু হৈতনা মংনা মত্তোমতগী থৌমামা নক্কুদা লুপা লাখ কয়া চংনা মুন শাজিন্নীথদুবু হাক্তি হাকমনি। মণিপুরদা বালেশ্বরনা চাওরিবরা? নত্রগা চিফ কমিসনারনা চাওরিবরা প্রজা তাব তাহনু।

## ইন্দিরা গান্ধীগী মীংদা লুপা লিশিং মারফুগী হায়বী তাবী

মবেম্মা ইন্দিরা গান্ধীগী পেয়নবা হায়দুনা তৌখিবা মথন মখেম কয়াগী উংপা মরাম অদুদি করমদু শিংখাশিগে। নবেম্মবা মিৎয়েং তাবা লুংগাইরোই হায়দুনা গান্ধী মেলাগী শাখিবা শং ময়াম অদু মংনা থুমেকপদুনি। তুলিহন এরো-প্রোমনগীদা নংগী খোজান কাওবা মন্নিখোপ য়াগী পরেং, রাজাওশিংগী মথক্তা মচু কয়াগী কীয়াম, নাপীশিংগী অমসুং উপান য়াপান পুমমকপু কুম গুমুগী মহিদা লুপশিনবা—বলিহারী বালেশ্বর নংগী তাং অসিদে কাংলৈখুং মনুংদা শনৈবী বা মজী পরেং কয়া, সিংজি থাংমৈ ময়াম, থা-নোংচুপ কাচিন্দা মবেম্মা ইন্দিরাগী শগাই পুমমক অমিদি

হৌজিক্তি 'লম্বা শয়ক' হায়না খংনখিবা অসি অভকপা মওংনি। অসুম্না হৌজিক জিরিবামগী থুল অয়াম্বা ময়াংলোয়না থোনজিনখিবা অসি অহানবদা মণিপুরগী মীওংদা লৈরম্বা ওাতপনি। পুম্নমক অসিদগী হৌজিক খুাইদগী শাথীবা অমা ওয়াক্লিবনা লম অসিগী লোন অমত্মগী রাজনিতিগী চুপনী অসিম্ন ময়াংগী মথৃক্তা ডাশিন্নক্লি।

মহৌশানা মণিপুরীশিংনি অতোপ অতাংবু লৃনা তৌবা, অয়া-অনাবু মতেং পাংনবা ওইরক-পনি। হৌজিকসু মচুগী হৈনবী অচু থাদোকপা ওয়োই। নোংপোক পাকিস্তানদগী নত্রপা অতোপ্প লমদগী তাদোকপিরক্লবা ময়াম অসিগী মুমদা থুন্দাবদা মথোইগী কাভম কপংনবা হোৎনবদা জিরিবামগী মহারোলশিংনা অথাকপা লৈতনা তেংবাং পীরক্লি। মসিগী মতুংদা ময়াং কাংলুপ-শিংগী কাভমদি য়াম্না থুনা কপংলকপনা হৌজিক অসি মুমদাংবনা কৈয়াবগী মওংদা মথোয়না তেম্বা জিরিবামদা থোংকম চেংশিনখে। চেন্নক্লিবা মী-চেনশিং অচুগী মরক্তা মণিপুরী কাংলুপসু চাও-রকই। মথোয়না লাক্লিবা লোকথরবা কাভম অচু উবদা জিরিবামগী প্রজাশিংনা থাংওবদে। মথোয়গী কাভমশিং অচুনা পেন্দবা, মুংডাইতবা; পুক্লিং মুংশিবা পোকহল্লবা জিরিবামগী মণিপুরী মহারোলশিংনা মকম মকম থুদিংদা মথোয়গী মতেং পাংচুনা লাক্লি। মথোয়গী অয়াবা থোংকম অসি-দগী লোখৎপা য়াননবা মণিপুর শিনথুংনা শেনথুম খায়চুনা তেংবাংনবা হোৎনবগী রাশক থৌরাং কাওবা মহারোল সংস্থানশিংগা লৈননি। মাইকৈ অসোমদা পান মণিপুরী য়ুথ লীগকুম্বা মণিপুরী মহারোলশিংগী অচৌবা সংস্থান অমগী মীৎয়েংসু চৌংশিনজনি। মথোয়গী কিভম অসি কপংনবা হোৎনবা হায়বসি মণিপুর সরকারনসু হোৎনবীকম থোকই। মথোয়না থুন্দাখিবা লমশিংদি মরু ওইনা পাংচাউ, শাবুঘাট, বরোইখাল, উচ্চাখাল অমুপা বাবুপাড়া, কালিনগরনচিংবা সহরগী ইয়াং কংবা লমশিংদসু মথোয়গী থুন্দাকম কংই।

মথোয়না থুন্দারিবা মফমশিং অমুগী থুদোংচাবা য়েংচুনা অন্তাংশিং লাইব্রিক তমহল্লবগীদমক মণিপুরী লোনগী প্রাইমারী স্কুল কয়াসু লীংথৎপিরে। অচুবু ঐথোয় থুদিংমক্তা থংগ্রেক থংবা, ওহোয়-মক মওং চানবা য়াকৎ অমা হায়রিবা মণিপুরী ইচিল ইনাওশিং অশিদগী থোরক্লি। ইচিল ইনাওশিং অসিগী লাবীদি—"মম্যাংতৈদগী হৌনা ময়াং মরোল ইমারোল ওইনা লাইব্রিক তম্নকপনিনা হৌজিক্তা মণিপুরী লোনবু ইমারোল ওইনা তম্বা অসিদা অন্তাশিংগী অয়াবা হায়বচু ওইরে। অচুনা ময়াংলোন্দা লাইব্রিক তমজবা অমনুং তাংজবগী থুদোংচাবা পীয়ু।" শিথকরবা মণিপুরী ইমা-রোলগীদমক্তা মৌহৌমা পীনবা হোৎনরক্লিবা মণিপুরী পুম্নমক্তদি তাইহেত্রবা ওমকলনি। পরিংত্রবা জাতীগী মোংকম মরি তম্নকপনি। অমৌবা মণিপুরী কাংলুপশিং অসিদগী অসিওবা মথলগী থোক্লাও অমা থৌনা কনা থোরকনি হায়বসি মং কাও মংলমদে। মথোয়গী লাবী অসিনা ঐথোয়না উবা ফংলিবনি, রাজনিতিগী অকনবা শয়ো অমা চংথে হায়বনি। শক্রায়েট প্রধান ইলেকসনগী মত্তাংদা য়াক্ষম অসিনা রাজনিতি দল খরদি হা-হাকার লাওখি। মাংথলগী তোং থোক্লকপগী মতাংদা হায়রিবা মাপুরী রিফ্যুজিশিং অসিনা রাজনিতিগী দলশিংগা মনতিক্লখিবনি মথোইগী

দাবী অসিগী থুংহনবা ওয়াখল হায়বা মদু অহুনা চপ মান্ননা ভোট পীগনি হায়রিবনি। মসিদা মণিপুরী মীরেপ (কেন্দিদেটশিংগী) করি উপায় লৈকম থোকপগে?

অসিগুম্বা দাবী অসিদদি বাঙালী কাংবুশিংদদি ইকমীংবগা থোং তেকপগা মাটম হায়বত্থ ওইথি। জিরিবাম অসিদা বাঙালী লোয়না তুপ-চিন্নবা হোৎনরকপসু মতৌ মাম্নে। অদুগা মীরেপ-তসু মথোয়না পাজল লৈরে। চীরোল অসি থংনবা কাছাড়গী বাঙালীশিংদগী ফাওবা তোংশিন্দ-খি। বাঙালী কেন্দিদেট অমত্তং এম্‌.এল.এ ওইনা কারকপদা জিরিবাম অসিগী শক্তোন অমা শোয়দনা হোৎনপদি হায়দনি ঐথোয়না থংখি। বাঙালীনা কারকদবা মতৌসু হৌজিক্তো লোংম লোংমগী পাকথো-রক্লি। মণিপুরী চীংমী-তম্মী মরক্তা লীংজেল মান্নদবা অমদি কুনিংথাগী রাজনিতি শারিনৈদা জিরিবাম অসি মণিপুরীশিংগী থোংকম ওইরক্লগনি। কাছাড়দা কোংবা 'জনশক্তি' মচাংবা তেকোংদা কয়ারক হয়া জিরিবাম অসি ময়াংনা মশিং ম্নানবনি মণিপুরদগী লৌথোক্লগা কাছাড়দা তিনশিন্নগদবনি হায়বা অকনবা ৱায়োল লৈরক্লবনি। জিরিবামগী লাইবকীদমক করম্বা থীতানা য়েংশিনবীগদগে?

# শিননবা ফিংবা পুন্সি

বৈশময়ুম হেরামত
জলাম উদিন আহমদ রোড, যোরানহাট

কাংলুপ অমা নত্রগা জাতি অমা ময়েক শেংনা হীংবা হায়বসিগা সমাজিক, লাইরিক লাইগী হৈবা শেনথুমগী কিত্তম কহনবা, চৎনবী, সংস্কৃতিক, ইমা-রোল য়োকথংতুনা থস্না হায়বসিগা থামবা য়াদ্রবা মরীনি। মচাকশিং অসিগী মচন্দ থুড্রবদি জাতি অহু জাতি ওইনা লেপ্লদা য়ায়া তুংগা থীনিংতহি ওইরে। আসামগী অৱাংথংবা শরুকলোমদা শিব-সাগর, হানসোরা, শিমলগুরী, গরপারা, মিথাপুখ্রী, জুহা পুখ্রী, ডিগবোই, মাইজাননচিংবা মকম কয়া-মক্রমদা চোয়না তাবা মণিপুরী মৈতৈ খুল কয়া-মকম লৈরি। মণিপুরী হায়রিবা কাংলুপ অসি মহৌশানা লিংজেল মান্নবা রাংলকপগী মথক্তা অৱাংথংবা আসামগী মকমশিংদা তারিবা মণিপুরী-শিং অসিগী মরক্তা অমুক হেন্না চুমশিন্নবা অপুনবা রাখল অমত্তং পুজিরোল লৈতে। মতৌ মতৌ মাগী মশাগী অমদি ইমুং মনুংতগী ওইবা রাখলনা হেন্না রাকশিনখিবমা অনৌবা যুগকী য়াওদা জাতি কাংলুপ অতৈনা ওনথগুম্না ওনবা ওমদে। মসিগী মরম থীবদা শেনথুমগী কীত্তম কত্তবননি হায়গদ্রা, মত্রগা লাইরিক হৈবা রাংপননি হায়গদ্রা মরম কয়ানুক পীরকপা য়াই অদুবু থাজৈশেংবদি লীংজেল মান্নবা পুন্না রাখল থনমীন্নবা রাংপা অমদি সমাজীক

ওইবা বাংলনদি হায়নিংঙি। অসিগুম্বা বাখল অসি লৈবকগী অতোপ্পা লমদগী ইকুই কুইদনা খুন্নারক্লিবা য়ুম মচা ভরাদং ভাবা বেঙ্গলী, পঞ্জাবী নত্রগা মারবারীশিংনা মাগী মাগী জাতিগী কিক্তম কাম্নদনা অমদি মরিকচুম্না হিংবা ওম্মী। ইতিহাসকী য়াওম্না মতম কুইনদগী নিংথৌরোলশিংগী হাকচঙ্গী আসামগী প্রজাশিংগা অরা-মুংঙাই শরুক য়ামিন্নহনা লাক্লিবা অরাং আসামগী মণিপুরীশিং অসি ওসিদি খুাইদগী শোথহৌরিবা কাংলুপ অমা ওইনা লৈ-হৌরে। কনা য়ায়া ভারিবা থুম্নকশিং অসিদা মণিপুরী লোনগী অঙাংশিংগী প্রাইমারী স্কুল মচা অমা কাওবা থেংনরোই। অহল লমনশিংমা অঙাংশিংবু মণিপুরী লোন (মমারোল) তমচম্লোংবগী বাখলস্থ চেন্দে। করি অমুক হায়গনি, লাইরিক লাইগু তবগী চাং অসিদদি ( মণিপুরগীদি ভারতকী মন্নুংদা লাইরিক হৈবা মশীংদা মকোক মথং ওইনা লৈজরবস্থ ) অরাং আসামদা ইরৈ লৈত্রি। হৌজিক্তি লাইরিক তবগী ইরাং থরগীমথৈ লাক্লে। অচুবু লাইরমম্বদগী অরাংবা থাক য়োনা থোং থাংজিনবা ঙমদে। মণিপুরীশিংবু য়াম্না হেন্না লাই-রবা থুদোংচাদবা কাংলুপনি হায়না। লোবদগী আসামগী লাইরিক তম্ফমশিংদা থাগী শেলহুন তথ্যাই তখ্যাইদমক লোবনস্থ কোম্নায়নি। অচুগী মথক্তা থা খুদিংগী চাং নাইনা শেলজুন পীদে হায়বগীস্থ মণিপুরী ছাত্র-ছাত্রীবুদি লাইরিক তম্ফমশংদগী তাহোকপগী বাকম কাওবা লৈত্তে। য়ুমথোং খুদিংমক হায়বা য়াই ছাত্র-ছাত্রী খুদিংমক চেংপাক তরগা বামা বামা লাইরিক তম্বা ঙাক্তনি। চাক চাবা শংদহুনা চেংপাক অগুবা থরা থাওদা হাম্নগা ঈশিং থরগা চাহুনা লাইরিক তম্বা চংগস্থ কোনাই-নি। করিগুম্বদা লাইরিক লাইগু থরা হৈরকপা মীওই য়াওরক্লবস্থ অনকপা মকমদা থবক কংদহুনা জীলা বাংমা লাম্না লাম্না অথাপ অথাম্নদা চংক-খিবমা অয়াম্বনি। অম্ুম্না জুগোং বায়োং থোক্তবা পুন্সি মরেল অসিবু য়েংশিনবীনবা লৈত্তবনি। বেঙ্গলী, পঞ্জাবী, মারবারীনচিংবা কাংলুপ অতৈনা মথোয় মথোয়গী লমদগী সহায় উপায় কয়া কংব-গুম্না ঐথোয়গী ইমা লৈবাক মণিপুরদগী আশা অমত্তা উবনা শিবা ঙাইহুনা পংলেম লেনবা পুন্সি কাংলুপনি। মণিপুরদগী লুচিংহৈবা থম্মোয় চাওবা নেতা কনাগুম্বনস্থ নিংশিংবীরকপা অমদি খোংদাবীরকহুনা লমজীংবীরবস্থ লৈত্তে। অচুবু হন্দক পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী পাওজেল অমা মরক মরক্তা তাজবা ফংবা মণিপুরগী অথাম্না অনকপা পুন্নমকপু ঊনহনবগী থৌরাং 'লমম্লানবা' পত্রিকানচিংবা থোরকপা অসিনা অরাং আসাম-লোমদগী মণিপুরীশিংদা পুন্সি মথোল চোংহন্নক্লিবসি হরাওবা হায়নিংঙায় লৈত্তে।

---

থক্লনবগী লীক্লি গ্লাস, চাননবগী প্লেট থক্ল-চানবগী ওইনা লুপা লিশিংমঙাগী পোং লৈথি। ভারতকী পোত্তি পামদে হায়হুনা চাওখংলবা ইউরোপকী পোং ঙাক্তনি। লুপা লিশিং মঙাগী লৈথিবনি। চীফ কমিশনার মত্তোমতগীবু অস্থক য়াবা চাকচা-য়ুথকী পাত্র লুপা অস্থক চংনা লৈরিবসিবু চীফ কমি-শনারগা বালেশ্বর প্রসাদকা য়েন্নগদৌরিবরা। লৈথিবা পোংশিং অহু ইমুং চংহনা অমুক্তং মশীং পাননীংঙিদকো।

# ইডিটরদা চিঠি

## ইগী য়ুম

ইডিটর ইবুংঙো,

য়ামা শাজবা লৈত লৈত হোংনজখিবা লাইরবগী ইগী য়ুম কয়া শিদোকখ্রে থুদেকখ্রে। ইম্ফাল ম্যুনিসিপালগী য়ার্ড নম্বর ১৯ অমসুং ২০ গী ময়ুংদা চেক, সুং নত্রগা টিননা কুম্না য়ুম নত্তনা অতৈ লৈবা য়ায়োই হায়বা আইন অমা খোরকপদগী লাইরবা কয়াদি য়ুম থাদোক্ত্রনা চেম্নখ্রবনি। সহরগী অমদি লৈবাক্তী আইনবু কীজবা প্রজানি। হায়রিবা আইন অসি 'ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বিলডিং বাইলো ১৯৬৯' অসি হৌখিবা এপ্রিল তারিক ১৫ ইং ১৯৬৯ দা কমখিবা ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোর্ডকী মীটিংনা পাস তৌখ্রে। বাইলো অসি চীফ কমিসনারনসু য়াবৌয়ুনা তাং ১৬।৮।৬৯ ইংদা বাইলো অসিমক এক্সত্রা ওর্দিনেরী গেজেট নম্বর ১১৯ দা থোংখরবনি।

অসিমসু হায়রি, 'অসিগুম্বা বাইলো অসি মণিপুরগী চীফ কমিসনারনা মণিপুর গেজেটতা, য়ারে হায়রুনা লাওথোকপা নুমীত্তগী অহুম চংনরগনি।' অদুবু অত্তকপদি য়াড নম্বর ২০ গী ময়ুংদা চনবত নত্তনা বাজার এরিয়াগী ময়ুংমক্তদা ওইরগা চীফ কমিসনারগী ইংথোলদা ইগী য়ুম অমা লৈরি। মসিন কমদৌরিবা হাংনো? ম্যুনিসিপালিটী বোর্ডনা থংশিন্নদনা লৈথোকলৌবসি শ্রীবালেশ্বর প্রসাদপু কীবনরা? ঐথোয়না উরিবা ইগী য়ুম অসি ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোর্ডকী মীত্তা য়ুংগী য়ুম ওইনা উরবরা? বোর্ডকী নৌনা পাস তৌজবতা ওইজরিবা বাইলোবু ইহান হায়না থুগায়রিবা অমদি মণিপুরগী চীফ কমিসনারমক্তী হুকুমসু থৌওইদবসি করম্বা মওংনো? চীফ কমীসনারগা শ্রীবালেশ্বর প্রসাদকসিবু কনানা চাওবা হাংনো হায়বসি খংজনিংঙি।

ইডিটরগী মীংসেং চীংশিনজরি।

ইডিটরগী

সানাজাওবী দেবী

ইম্ফাল

## দারোগাগী মবেম্মগা, বড়থাকুরগী তালোয়গা

ইডিটর মহাশয়,

থক থা ওয়রৈতেনবা, ইকাই খংদবীন্না অদুক্ত থয়গী তাহে য়েংহৈত্রবা মথল কয়া হন্দকমরকসি মণিপুরদা থোরক্লি। হন্দক ভারতকী প্রধান মন্ত্রি শ্রীমতী গান্ধি লাক্লম্বা অদুদা মপান্দগী লাকপা ওফিসার অনিগী সুপীনা মণিপুরগী মরীদা শ্রীমতী ইন্দিরাদা উৎখিবা মওং অদু মণিপুরীশিংবু তশেংনা উশিত্তবনি। মণিপুর মচামখৈনা মপানগী ওফিসারমখৈ চাথোক্লদৌরে হায়বগুম্বা অমা দারোগা মকোক্কী মবেম্মা শ্রীমতী মদন গোপালনা হাকৎখিবা মওং অদুগী ময়ুংগী অর্থ য়েংফম থোকই। মণিপুরীশিংনা মীবু তাথিবা তৌদে। মণিপুর অসি ভারতকী মঙ্গুংদা কাংলুপ মশেল সুংশিননা লৈমীয়বগী খ্বাইদগী ফজরবা মকয়নি। অদুবু মবুক শেংনা প্রজাগী সেবা তৌরক্তবা, কেন্দ্র সরকারগী পৈশা মাংহনবগুম্বা অরাবা ওাক্না তৌরকপা, লোয়ননা প্রজাবু তুহৎ-নৈহৎপগী য়াথলনা মাংওইনহনা সাসন তৌবগী মরাল অদু কুপশিনবা ওয়ক্ত্রবা অসিদা মথোয়মখৈ লৈকয় চাকয় থংদবা

মওং অমা লৈরে হায়রবসি থংমরক্লে। কাংলুপ হুংশিনদবা কম্যুনেল হেক্রেদকী লাইনা অহু মণিপুরদা শদোক্লবা কম্না হোংনরক্লি হায়রবসি ইবেম্মগী য়াকং অহুনগী শেংমা থংলে। করম্বা মকমদা করম্বা হুমীওা করম্বা মপান্নগী লাকপা মীওইবু মণিপুরী প্রজা করম্বমা তাখি তাওই তৌখিবগী প্রমাণ লৈবগে করম্বা পুলিস রিপোর্ট লৈখ্রবগে? মবুক শেংদবগী হৌনবা হুংশিং শিংপা য়ানবা চরোং হাবুংদ লাই ওক্লবা কীথুপ অসি অকবা ওইবা য়ারোই। চৈরক্কুদা অমুকম্ম ডিভেলপমেন্ট কমিসনারগী ভালোয় শ্রীমতী বর থাকুরনা, 'মণিপুরী' হুপীশিংবু কিশা লোনশাবা তম্বীরে অমসুং ইবেম্মা মশামকশিমা চৌংগী মণিপুরী হুপীশিংবু লৌউবা অমসুং থাওবা তম্বীরে' হায়রবা য়াতা অমসু শ্রীমতী গান্ধিদা কোংদোকখি। অঙকপা অমদি তুক্কচরবা চীয়োলনি। পৃথ্বীনা হৌরকলৈদা কীশা লোনশাবা অমসুং লৌ-উথোল কোয়রদা ফাজরক্লবা মণিপুরী হুপীবু ইবেম্মা অসিনা তম্বীক্লন মৌমা মীং পাংহবা হায়রবসি অশেংমা মণিপুরীবু উশিত্তবনি। প্রধান মন্ত্রিনম্ম মোংক্রিঙবা য়াই। অসিগুম্বা চীয়োল খায়োল অসি তৌনবগী থোরাং লৈবনা ওইবা তাই মপান ওফিসারশিংগী হুপীশিংগী ওইনা তৌবা মশক নাইদবা লেডিজ ক্লব হায়রবসিবুদি প্রধান মন্ত্রিগা উনহন্নগী প্রোগ্রাম পীরগা মণিপুরী হুপীশিংগী জাতীয় সংস্থান ওইদামখৈবুদি প্রধান মন্ত্রিগা উনহনখিদে। প্রধান মন্ত্রি মক্লা মণিপুরী হুপীশিংগা উননিংদে মক হায়রকপা ওইরিব্রা? শেংদোক্লবা কৈ।

ইডিটরগী
বীমলা দেবী

## চিনাদা কানি, মণিপুরদা হাওসী

ইডিটর ইবুংঙো,

ইতিহাসকী লেংত্রবা সাক্ষীনি, মপাঙল কল্লবা পৃথ্বীগী চাওখং লম্বীদা থ্বাইদগী য়াহৌ ওল্লবা জাতি অমা চহী কয়া গুমহনা তুমহনখিবা, মখোয়গী লৈবাক, মরল মথুম মমা মচা হুপী অঙাং মীতোপ্পা মুনবিথ্রবসু পেস্থোক্তুনা পংথহনা নাচুংবীখিদে। অমনা হায়বা অমনা তাদবা, চুমশিন্দ্রবা পঙথরবা পুন্সি অমা লেপ্পনী চিনানা। তিদাক অহু কানিনি। বৃটিশনা পীথকপা জাতি মাংননবা য়াথল য়্যাওদমবা হিদাকনি। চিনাদা কানিনা মাংহনথিনা থনম অহু লৌরগা জাতি অমা মাংননবা লাকপা ইরাং অহু চিনাদা কানি পীজবগা প্রমাণ ওইনা পৃথ্বীনা তৌনরি।

ওসিম্ম জাতিগী থ্বাইদগী লুরবা তাংক্কম, চুমশিনতনা য়াথল থম্মীনগদবা পুংজা অসিদা মণিপুর সরকারনা প্রজাদা তিদাক অমা কম্না 'পীজরি। তিদাক অদিনা পুন্সিবু কাওথোকহন্দনা ইত্তাও তাওবা ইরাং অমদা পুথনবা লাকরি। তিদাক অসিদি দেয়ালী অমদি 'অকোংবা জ্বার, হাওসী' অসিনি। ওসি মণিপুরগী, থোইদোক্লা ইম্ফালগী লৈকাই অমসুং খুং খুদিংদা নোংমা কাংদনা হাওসী অমসুং দেয়ালীগী জ্বার শানবা উবীগনি। হুমীং মঙানি চুম্না পুলিস ষ্টেসন অমগী ওফিস মমাংমক্তদা শান্নবদা থিংবা লৈতবা প্রমান য়ান্না লৈরি। স্কুল অমদি ক্লব কাওবা জ্বার অসি শান্নহল্লি। জ্বার অসি হৌদোকপসু মণিপুর সরকারননি হায়বগী সংকী মতিক চানা লৈরি। মণিপুরগী জাতীয় পুজাদা করম্বা কাংলুপনা করম্বা মিত্রং অমদি করম্বা নত্তবা কম্নানা প্রজাগী ঈ

চুপ্নীখগে হায়বসি থস্থবা ওমদমবা শিন্নক্লিবা থৌরাং অসি অচুম্বা নত্তে। সরকারনা অার অসি খিংখীয়ু হায়বা য়াকং চে অমা নবেম্বর তাং ১৫ দা পান মণিপুরী য়ুথ লীগনা মণিপুরগী সরকারদা থাক্লবদা ডি, সিনা করেয়রকই হায়বস্তু তাজবগী মথক্তা অকাশবানী ইম্ফালনা সুমিৎচুগী সুখিদাংমক্তদা হাওসী অসি য়াম্না সুংঙায়বা অকবা থুংশায়া অমনি হায়না লাওথো-রকপদা জাতিশিংগী য়াথল থস্থরুবা মীওই করাগী নিংবা কায়নরি। মণিপুরীশিংগী থ্বাইদগী চাওরবা পাম মণিপুরী লীগমক্তা হায়বদা লরকারনা তাখিং-ত্রবনিন্না ইডিটর সাহেবকী মত্তা সরকার অসিবু থাজবীরীবরা? জাতি অসি মাংনবা হিদাক-সি হায়না থমবীরিবা হাওসী অমসুং দেয়ালী অসি থিংননবা করম করম্বা থৌরাং লৌথংপীনবা হোৎনবীরিবগে হারবসি থংজনিংঙি।

ইডিটরগী
অচৌ তোইজাম্বা
অল মণিপুর ষ্টুডেণ্টস ইউনিয়ন,

---

# শান্নবুংগী পাওথাং

খোমদ্রাম সুরেস

## ইণ্টর কলেজ ফুটবল টৌর্নামেণ্ট, কোক্রাঝর

হন্দক আসামগী কোক্রাঝর সহরদা গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী ওইমা আসামগী কলেজশিংগী ওইবা ফুটবল টৌর্নামেণ্টতা মনিপুরগী ইম্ফাল কলেজবু শিলংগী সেণ্ট এন্থোনি কলেজনা পাঞ্জল ৩-১দা থোইহনা চেম্পীওন লৌখে।

ভারতকী ইউনিভর্সিটি ফুটবল টৌর্নামেণ্ট য়াওরুগদবা গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী ওইনা মণিপুরগী ডি, এম, কলেজদগী গোপেশ্বর সিংহ, ইম্ফাল কলেজদগী রাজকুমার বিজয় সিংহ, রামকুমার অমসুং অজীৎপু থনখে। নাওাদা হন্দক শান্নথিবা শাণ্টোশ ট্রোফীদা বেঙ্গলনা সার্ভিসপু পাঞ্জন ৬—১দা থোইহন চেম্পীওন ওইখে।

ইণ্টর কলেজ ফুটবল টৌর্নামেণ্ট ইম্ফাল মপাল কাংজেবুংদা মণিপুরগী এডুকেশন ডিপার্টমেণ্টনা শিল-লাংহনা মণিপুর ইণ্টর কলেজ ফুটবল টৌর্নামেণ্ট ওক্টোবর ১৩দগী হৌনা চথরক্লি। মণিপুরগী কলেজ ৭না শান্নবা অসি য়াওরি। কলেজশিংদি মথংশিংনা ডি, এম, কলেজ (হাকুমগী চেম্পীওন), ইম্ফাল কলেজ (হাকুমগী রনর্স অপ) মোইরাং কলেজ, চুরাচান্দপুর কলেজ, মোডর্ন কলেজ, মণিপুর কলেজ অমসুং থৌবাল কলেজ অসিনি।

জুনিয়ার ফুটবল লীগ ইম্ফাল—মপান কাংজেবুংদা মণিপুরগী অথল্লবা টিম ৩৯না অয়ুক সুংথিল অনিমক্তা জুনিয়ার ফুটবল লীগ টৌর্নামেণ্ট চৎথরক্লি। অল মণিপুর স্পোর্টস এসোসিয়েসননা টৌর্নামেণ্ট অসি শিন্নবনি। এসোসিয়েসন অসিগী মথাদা 'স্যার চুরাচান্দ সিংহ মেমোরিয়েল ফুটবল টৌর্নামেণ্ট' নোক 'আউট থা

অসিগী অয়োইবা চয়োলগী হৌরবা য়াদি। ভারতকী মফম কয়াদগী ফুটবল টিম কয়া শরুক য়ারগনি। অহুগা 'ওল অসাম ইন্তর ডিস্ত্রিক্ট ফুটবল টোর্নামেন্টস্থ' চৎলিবা থা অসিগী লোয়রম-নায়দগী মরুলভয়দা হৌরগনি হায়না শাকবা য়াবা মকমদগী পাও তারি।

ভারত পুম্নমক্কী স্কুলশিংগী "স্পটস মীট"কীদমক্তা মণিপুর স্কুলশিংদগী খনগৎলবা ফুটবল টিম, কাবাদি, টেবল টেনিস অমস্থং ইরোয়বা ছাত্রশিং ওক্টোবর তাং ২৫ দা পুনাগীদমক্তা ইম্ফাল থাদোকখ্রে।

ওল ইন্দিয়া সিভিল সার্ভিস ফুটবল টোর্নামেন্ট

মণিপুর সরকারগী ওফিসশিংগী ওইবা টিম অমা নাগালেন্দদা থোংনগদোরিবা সিভিল সার্ভিস ফুটবল টোর্নামেন্ট য়াওনবা ইম্ফাল থাদোক্লবগী শেম শাখ্রে।

মপাল কাংজৈবুং

ইম্ফালগী অমত্তা ওয়রবা মপাল কাংজৈবুং অসি অয়ুক মুংথিল কাংদনা শাম্নবগী থৌরম চথরি। অহুম মতিক চাবা শাম্নবুং লৈতবগী মথক্তা মপাল কাংজৈবুং অসিমক ওয়োক্লা শাবীনা শোক্লবা ফিভমদা লৈরে। মরী লৈনবা অথোরিটিনা অথুবা মীৎয়েং অমত্তং চংশিনবীনবা হায়রদুনা হায়জগদা হৌজিকস্থ লাওজরি।

---

# ইন্দিরা গান্ধিনা সেপ্টেম্বর তাং ২৩ দা ইম্ফালদা ভাংথিবা ৱাঙাং

এ কোরেসপোন্দেন্ট

শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধীনা পৃথ্বীগী মফম কয়াদা, সহর কয়াদা, ভারতকী কোনুংদা মীনা পীক থল্লবা মীটিন কয়াদা ভাংথিবা ৱাঙাং কয়া ঐখোয়না তাখ্রে। হন্দক ইম্ফাল মপাল কাংজৈবুংদা সেপ্টেম্বর তাং ২৩ দা ভাংথিবা ৱাঙাং অহুদি তোপ তোক্লা মথল অমনি। মহাক্না পীথিবা ভাষণ অয়াম্বা চীনফা পুবা ওাক্তনি। হুজরবা ৱাহৈগী লৈতেং কয়া, ইংরেজীগী ৱাহৈ নাতৈ কয়া মহাক্কী ৱাঙাংদা ইতগুতনা য়াওবনি। হন্দক ইম্ফালদা ভাংথিবা ৱাঙাংদদি ইংরেজী লান্দুনা, মথোল নিক্তুনা মহাক্কী লমচৎ-শীচৎ লোক্তুনা ফুমহুনা থল্লবা মপুংগী ওইবা মনম অমা ঐখোয়না তাবা ফংখি।

মহাক্না পাও তাবদা, অমদি মশামক্না মমাংঙৈদা মণিপুরদা লাক্লম্বা মতমদা, মহাক্না লৌথিবা মণিপুরদি 'অংগোই ঊনৈদা থরাক্ত লুপচবা, ৱা য়ায়া ভাংগদবা, কা মতপ অমনা চিন লৈপগনবা, পেস্তোক-কনবা, লাও খোংদবা গন্ধর্ব শাগৈনি' হায়বসিনি। শ্রীমতীনা থল্লথিবা ৱাথল অসি অয়াম্বস্থ নত্তে। ৱায়াম ভাংবা, ফিদ পাওদানবা, শরৈকমবা ক্যান্স-বসি মণিপুরিশিংগী লৈনবী অমদি চৎনবী নত্তে। অদুবু লম অসিদা আইন চলায়রবিবা অমদি ৱায়েন থৌদা তৌরাবা মপুক শোবা ৱাংলবা কেন্দ্রনা থারকপা মাফাক থোংবা ওফিসার থরগী হৈমন শিংমনবদগী প থংং থোকখিবনি। মশান্দগী লাকপা চরকথৎ ওফিসার থরনা মণিপুর প্রজাবু থাজদবা মীৎয়েং য়েংশকপা উশিং থওইদবা শীচং

চংশিন্নকপদগী থাজনিংঙাই ওইত্রবা মওংদা ইকায় কায়নখি। শ্রীমতী ইন্দিরা মশামক্কদি মাগী থম্মোয়-দা মণিপুরনা মহাকপু ইকায়বা পীগনি হায়রসি থন্নবা লৈতে। অদুবু মহাক্কী কারল চাদবা ওকিসায়শিংগা মীন্না মীশা লাংছনভা লৈরবা সিঃ আরঃ পি লাম্মীশিংগা লৌতুমরগা ময়ম চাদনা প্রজা তকথায়রক্কমছুদি শ্রীমতীমা থংহৌত্রবস্থ, তুমিদাংব্রাইরমছুদা শিংখিবা মোংলৈ ফুংশিং অদুমা মহাক্কা হান্না থজরম্বা, চাওথোকচরম্বা অমস্তুং থোয়না শাগৎচরম্বা ইগো অদু থংহৌদনা ছুম-দেকখিবা অদুদগি মাগী মচুংগী ওইবা অথুপ্পা পুন্নমক উথোরকখিবনি। মহাক্কী মপুন্নোইবা ওম্বী মনেম মকু লাকথুবী থোয়জংমবী মুপীগী লীচং অদু ফুদোক্লনা—'নখোয়গী প্রধান মন্ত্রিগী মাংদা চংকদবা লীচংমি হায়না থম্বরা? নখোয়না অদুমা থন্নবদি, নখোয়সে ঐবু শক থংবা ওমদ্রে' হায়দুনা ভশেংনা নিক্লবা খোঞ্জেলনা লাওরকপগী রানি।

অদুগা অত্তোম্না অমদা মহাক্কী মপুক্লিংগী থুপ্পবা কাচিন অমদা মহাক্কী সবকোন্সিয়স তা মণিপুরবু হান্না থনখ্রবা, হৌজিকফাওবা চামথোকপা ওমত্রবা রাথল মচু (হেবিট ওফ থোৎ), হায়বদি 'মণিপুরী হায়বসি চাওথংপা মমি ফাও-ত্রিবা, চৌংচুং মাথুংদা অদলা, কী মচেৎ শেম্লনা মতমগী চাওথংপগী ইচেলদা য়াওজবা ওমত্রিবা মীওইশিংনি' হায়বসি থংহৌদনা মত্তোন্দা ফুংঙাই-হন্দবা থোকখিবা মীকুপ অদুদা করিগুম্বা রাজনিতিজ্ঞ ওইবা রাওাংকাসি কাওথোক্লনা থংউং উথোকখি-বদা পৃথিবী পুন্নমক্কা উহৌবনি। অমুকম্ব মাগী রাইহেদা 'নখোইদা হঙ্গংচনিংবা রাকম থরবু কনাগুম্বছুদা তাইমগে হায়রবদি চাওথংলবা জাতিগী মত্তৌ তমগদবনি।' হায়বা রাতাসি শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধিদা নত্তে, মহাক্কী মপা ইবুংঙো চাওরবা পণ্ডিত নেহরু মশামক্কা খৃঃ ১৯৫৪দা কোহিমাদা নাগালেন্দগী প্রজাশিংদস্থ ভাংখিবা রাকম লৈ। মচাইরেম্মা ইন্দিরা গান্ধি, মপাইবুংঙো নেহরু ভারতকী প্রধান মন্ত্রিশিংনা নোংপোক ভারতকী নত্তে-মোঙ্গোলোইদ জাতিশিং অসিবু অনৌবা সভ্যতাগী মহাও তংত্রিবা মীওইনি হায়না ভারত পুন্নমক্কা অমদি পৃথ্বী পুন্নমক্কা থংহন্নম্মী। প্রধান মন্ত্রি অনিনা মথং মনাও নাইনা লাওথোরক্লবা অসিদদি ভারত পুন্নমকস্থ হায়গী থাজরম্বগী মথক্কা হেন্না চেৎশিল্লে। ভারতবাসী পুন্নমকী রাথল মীৎয়েংদা নোংপোক ভারতকী উপজাতিশিং অসিবু রান্না মরীং মরাংনা লৌরি। ডাঃ লোহিয়াগুম্বা মীওইবগী মমন থংবা (hemanish) অমনা মণিপুর অমস্তুং মণিপুরীগী মরমদা পীরম্বা রারোলকাছুদি প্রধান মন্ত্রি অনিনা লুমশিনখিছুনা ময়েক উখিত্রে।

ঐখোয় অসিবু উশিংকদবা মওংদি ইরৈ লৈত্তে। লোনলী নিংথীনা থংদবা রাজনিতিজ্ঞ ওইবা রাংপা লৈবাক্কী দরকার ওইবা অপাম্বা পোৎ করিমো হায়বস্থ ময়েক শেংনা থংবা ওমদবা, মপানগী পাওমিশিং উনবদা মমাই ভাংছুনা কোইরোৎ লোৎপা, সেক্রেটরী মচা অমম্বাওবা সলাম কত্তুনা নোঞ্জরুবা চৎনবী প্রোত্তোকোল থংদবা, 'হাজুর' হায়বদগী হেঞ্জত্রবা, মতীং ফুদোকপা হৈতবা, হমাং কাংগনবা ঐখোয়গী মণিপুরী মকোকশিং, কেন্দ্রদগী লাকপা মথৌ চিনবা, য়েংশিন থিজিনবা লাকপা নেতাশিংবু চাহৌ শজোম ক্ষীর পীজরগা জগোইশাবী থরা পুংথোক্লগা য়েংহন্নগা হেক্তা থাদোকখিদা। অমরোমদদা মণিপুরদা লাকপা হুকানগী, কারবারগী,

কান্না মাজাযগী, মকন অমিন্না অতম থর থম্বাপৈ শাকনা লানমি ওফিসারশিং নখোয়না মণিপুরগী মরমদা ঙাংলুমিবা শক্নোক্লমিবা ঐখোয়না খংই অহুদি—মণিপুরদি য়াম্না মুংঙায়, চাক হাওই, মু মহাও কন্নি, মুপী হোংই অগোই মুংঙাই—অমিওহনদি। অহুদা ভারত্তা তারিপ্পা মণিপুরগী মমি অমি অকবনি হায়না খনকম লৈতে। মহুগী মমি অহুনি হন্দক ইন্দিরা গান্ধিনা ফোংদোক্লম্মদো। ঐখোয় মণিপুরদা নত্তে নোংপোক ভারতকী প্রজা পুম্নমক্পুম্ চপ মান্নবা লৌই। শোক ১৯৫৪দা নেহরুনা কোহিমাদা বর্মাগী প্রধান মন্ত্রি উনুগা উনবা মতমদা চৌংগী প্রজা ইচৌল ইনাওশিংনা মেমোরেন্দম চেয়োল অমা লানথংপা মতাংদা পণ্ডিত নেহরুনা লৌখিদবদগী মনিং থংদ্রবা চৌংনীশিংনা মীটিন মকম অহুদগী ওন্নমক হৌগদ্রনা চংখি। মহুদা পণ্ডিত নেহরুনা শাওরদুনা হৌজিক ফাওবদা ঐহাক পৃথ্বীগী মীয়ামগী থাইবোক অমদি থেংনরক্লে, হায়বগী চাওথোকপা পোক্লি, অহুবু নখোয়গী মতৌ অমিওহ্না মীওই কাংলুপতি থেংনরক্লি। মতৌ করম্না চাওখৎপা শাজং চংকদগে হায়বদি নখোয় খংদে।'

অমিনি। ভারত মবুংঙো ওইরবা অমসুং ভারতকী মবেন্মা ওইরিবী মপা মচানা ফোংদোকখিবা মপুক্রুংগী অশেংবা মচু। খংলাক খংজিন থেংনবহুদা তৌশিন্নবা মপানগী শরুক অহু কায়খিহুনা মনুংগী অশেংবা ( realself ) অহু খংজৈং উথোরকপগী য়াতনি। ইন্দিরা গান্ধিনা ঐখোয়বু 'চাওখৎপা মীগী মতৌ তম্মু' হায়বগী অর্থবু 'ঐখোয় অমি হায়দি চাওখত্তহনা লৈরক্লে' হায়বনি। বাকম অমিদনি গৌহাটি মণিপুরী ছাত্র সমাজনা

'ইন পার্লিয়ামেন্টরী' হায়না প্রতিবাদ বায়েল শৌয়খিংখসি। বোম্বেদা, কলিকটাদা, মহীশুরদা শিবশেনাগী কাংবু লূট পাটকী কাংবুশিংনা লুপা লাখ ৩০গী পোংচৈ মাংহনবদদি অহুগা তুংনা থাজিন্নুসা শ্রীমতী ইন্দিরাগী নাত্তোম থুগায়বদদি, চাওখত্তবা নীচংনি' হায়বসি হায়খিবা নত্তে। হায়বস্তু ওমোয়। দিল্লিমক্তা লাকবা ওমহুনা লোই থারকপা ওফিসারশিং, মপা মপুগী মমাই থেংবগী চীয়োম্না খাংবা ওমদহুনা তঙায়কদনা আই, এ, এসনচীংবা সার্টিফিকেট পীরগা মণিপুরদা থবক্তা ঐরৌং লাকপা উৎ-পাৎকী কাংবুশিং, ভারতকী মফম থুদিংদা বাথোক ওইরবা সিঃ আরঃ পীঃ ময়াম অপি লৌতুনহুনা কান্নহৌবীরগা মরান লৈত্রবা মুপী অঙাং প্রজাবু নোংমৈনা কাপথুহুনা হাত্তোকপীনগী মথক্তা অমুকন্তু 'চাওখত্তে, হায়বসিনদি মণিপুরগী তুংগী লাইবক অমি অকবা ওইগনি হায়না পোকম লৈতে। মণিপুরগী ওইহনগদবা তুংগী পুন্সিদি ইন্দিরাগী মপুক্লিংদা মরেং লান্না য়েকথোক্তুনা থমখে।

### শ্রীমতী গান্ধীনা হন্দক সেপ্টেম্বর ২৩দা ঙাংথিবা বারোলদি—

'মণিপুরগী ইচীন-ইপাশিং,

৮ঙী কয়ামুকী মতুংদা, ঐহাক মকমসিদা লাকলিবনি অহুগা মণিপুর প্রজাগী তোংঙান তোংঙানবা কাংলুপশিংনা লাকপীনবা কয়ারক হায়জরকপদগী ঐহাক লাকপীবনি।

ঐনা য়াসি ঙাংলিবগী মমাংদগী অমদি এয়োপ্লেন ডাকমদগী লাকংগী লম্বী লমশাংসিদা পীরকপা অচানপোৎশিংগী মহুংদা 'চৈহৎ' হায়বসিদা

অমনি। অদুধু করিগুম্বা ঐনা শেংনা থংনিংঙি। নখোয়না চথরিবা থৌওংশিং অসিনা নখোয়গী মতিক চাবা থৈটহন্দ অমা কংজবা য়ারে হায়না খঙ্গরিবরা? নখোয়না তৌরিবা মওংশিং অসি নখোয়গী প্রধান মন্ত্রিগী মাংদা চংকদবা লৌচংনি হায়না খনবরা? নখোয়না অদুম্বা খল্লবদি, নখোয়সে ঐবু শক থংবা ওমম্রে।

নখোয়না হঙ্গংচনিংবা ত্রাকম থরবু কনাগুম্বা অমদা তাহনগে হায়রবদি, মতু মতৌ কয়ম্না হঙ্গংকদগে হায়বসিসু নখোয় খংগদবনি। মশা মশাগী সহর অমদি রাজ্যগী থৌশিল থৌওং করম্না পায়থংকদগে হায়বকাসি মরীকচুম্না খংলবা চাওথংলবা জাতিশিংগী মতৌ তমজবা তাবনি।

ঐহাক নখোয়দগী লাপ্না লৈ, অদুনা ঐহাক কনামো হায়বসি নখোয় খংদ্রে। ঐ নখোয়দা হায়বীগে ঐ অসে অঙাং ওইরিঙৈদগী নোংমৈ মক মাইয়োক্নরক্লবীনি, ঐহাক কৈশুমশংদা লৈরক্লবীনি, বৃটিশকী লাম্না তেজোল মাইয়োক্নরক্লবনি,—নখোয়হুনকাওবা তুকথহনবা ওম্লক্লবীনি। অদুনা নখোয়না সিদা মুং লংহুনা লাও থোংহুনা তৌরিবসিনকাদি ঐবু নমথুবা ওমগনি, নখোয়না হায়বা য়াহনগনি হায়বসি খল্লুগমু।

ভারততা লৈরিবা ঐখোয় অসি বৃটিশকী সাসন মখাদা মতম কুইনা লৈরক্লবনি। প্রজা অয়াম্বনা লাইরিক হৈরমজবগু লাইরবা ওাক্তা ওইরমহুনসু ঐখোয়গী নিং-তম্নবগী লানদি অদুম্মক থেংনরকখি। ঐখোয়গী শেল লৈরমদে, লাম্না লৈজরমদে, অদুবু মতৌ করম্না লাম্থেং অদু পীখি। শাবুক ওাবুকী ওইবা লালওংদি চংশিনখিদে। হিংসা অমদি কাংথোং চাইবা মওংদা লান থেংনখিবা নত্তে। শান্তিসেনা অমগুম্বা লানথেংনরকখি। ঐখোয়না অরাংবা থাক্তী য়াথল অমসুং নিতিনা য়াংওইনহুনা লানথেংনখি।

হৌজিকমক শাবুক ওাবুক মীওই খরনা বস থরা মৈ থাখে। মখোয়না তৌরিবসিবু ঐগী মাংজবনি হায়না খনবরা? মখোয়না তৌরিবসি চিক মিনিষ্টরদা নত্রগা চিক কমিসনারদা অমাংবা থোকহনবনি হায়না নখোয় খনবরা? মাংজিবদি মণিপুর প্রজাদনি। মাংখিবা শেলশিং অসি মণিপুর প্রজাগী শেলনি। মসিদা মাংহনখিবা অসি মণিপুর প্রজাদা মাহাম তাহনবনি।

থাংলিবা থোংথাংদা পুম্না থাংমিমজ্রিবমথৈ, অমত্তা ওইনা অমদি থকসি খাসি মাইনা হোংনমিজ্রিবমথৈদি কদৌওৈনসু চাওথং থুমাং থাংজিল্লকপা ওম্লোই। মণিপুর অসিগী য়াম্না তোপতোপ্পা সংস্কৃতি লৈজৈ (মতাংসিদা সিঃ আর পিম্না প্রজাদা নোংমৈ কাপ্নগী নোংমৈ মখোল তারে) অমদি পারী পুরী মনাৎ লৈজরীবনি। ঐখোয়গী লৈবাকসিদদি রাজ্য খুদিংমকী তোংতান তোংতানবা মকম করাদা থাইনগী মনাৎ সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি লৈরক্লমী। অদুবু সংস্কৃতিশিং অসি পুন্সিন শমজিন্নবদগী ভারত অসি থাইদগী চাওবা লৈবাকশিংগী মরক্তা অমা ওইনা চহি লিশিং লিশিং অসি লৈরক্লবনি। অদুনা মমাংঙৈদা মতীক মগুণ লৈরদ্রগুম্না হৌজিকসু ঐখোয়গী প্রজা অসি মগুণ চাওহম্নীংতি। মমাংঙৈগী পারী পুরীগী মগুণ অমসুং সংস্কৃতিগী অচৌবা থাক অদু য়োম্না লৈবা পাম্নী। হায়রিবশিং অসি ঐখোয়গী থৌরমশিংসি পাংথোক্লবা অমদি লাইরবা মুথংলবা অমসুং লৈবাক অসিগী থুমাং চাওশিন্নবতদা ওইথোক্লদবনি।

অহনা ঐনা আশা তৌরিবনি মণিপুরগী হারীব লৈরবা মীওইশিংগী অচেৎপা ভেবাং কংহনা মকম অসিদগী লাইরবা ভাম্বোকখিবা অহুগা ভারত অমসুং মণিপুরগী চাওখৎ থৌরাং অচেৎপা শরুক য়াবা ওয়নবা মণিপুরগী লহারোলদা অনৌবা খুদোংচাবা পীগদবনি হায়বসিনি।

মরম অসিনা ঐহাক্না মণিপুরগী প্রজাদা অরুবা রাখল পীরি, অহুবু অমুক হন্না ঐনা মখোয়দা নিংশিংলিবদি চাওখৎপগী থোংথাং অসি শাবুক ভাবুকী ওইনা চথবনা ওইবা য়ারোই। অমত্ত ওইবা, শান্তি ওইনা অক-সুংভাব রাখলগা লোয়ননা পুন্না লোম্নীয়বতনা ওইথোকদবনি।"

---

শৌদোক/বাথোক

# "মণিপুরদা প্রেসিডেণ্টকী শাসন"

## "মরিক চুমদবা বাফম"

লৈখোয়া শাবা পম্না নিংথাররকপদা অকনবা ঈচেলগী শাফুহবু থিংবা ওয়জদবগী মওংহুমি ওসিগী মণিপুরী প্রজানা তারিবা শাসনগী অরুম্বা দবা "প্রেসিডেণ্টকী শুপ্নম শাসন।" অহানবা ওইনা শোক ১৯৬৭ কী ওক্টোবর থাদা মণিপুরদা অসি-গুবা শাসনগী মওং অসি কাওরকখি। হন্দক অমুক অনিশুবা ওইনা হৌখিবা ওক্টোবর তাং ১৬, ১৯৬৯ ইংগী মণিপুরদা চালাইবা হৌখ্রে। অহানবগী মতাংদদি এসেমব্লী দিজোলভ তৌখিদে চুরগী মতম থরগী ওইনা প্রোরোগ তৌখিবতনি। মতমসু থা ৬ কুম্বদং প্রেসিডেণ্টকী শাসন-চালাইবগী মওংদা লৈখি; অহুবু হন্দকী অনিশুবা মতাংদদি এসেমব্লীসু থুগায়বিরে। অনৌবা "ফ্রেস ইলেক্সন" অমা তৌজ্রবদি "মিনিষ্ট্রী" অমুক লাকপগী বাফমসু লৈত্রে। প্রেসিডেণ্টকী শাসনগী মতমসু চহি অমা চালাইনবগী মতম ককখ্রে। অসিগুবা মতাংদা "উচি কয়রকহুনা ময়ুম মৈ থাজবগী" মওংদা থোইদোক্না অরাবা চৈনাথোল শাফু কংলিবদি মণিপুরী প্রজাতনি। মণিপুরী প্রজাগী মহুৎ শিন্দুনা প্রজানা থাগৎখিবা মীওইশিংনা লৈবাক প্রজাগী স্বার্থদা থবক তৌত্রবদি গনতন্ত্রগী মিংচৎ থিহন্দুনা লৈবাক্তা মরাতপ্না শাসন পুরকপা হায়-বসি ওইথোক্কবা য়াংম অমসু ওইরিবনি। অম-রোমদা, হৌখিবা সেপ্টেম্বর তাং ২৩, ১৯৬৯ ইংগী মপাম কাংলৈবুংগী থৌদোক্তা ঈমু-নাইমু তানখিবা অহুগা মরী লৈননা হকথেংনবা মিংয়েং ভাবীখ্রবা ভারতকী মখেম্মা ইন্দীরা গান্ধীগী রাখন্দা অকি অথংগী করম্বা নত্তবা মরি অমা তাখিহুনা ওই-রক্লিবা রাজনিতিগী য়াওলগসু মরী লৈননা মণিপুরী প্রজাবু হেন্না লাকশিন্নগী মতাংদরা—"প্রেসিডেণ্টকী শুপ্নম শাসন।" অহুবু মপুক তপ্লবা মণিপুরী প্রজাদি গণতন্ত্রগী শাসনসু হেন্না পামজবা মীওই-

শিংদিনা ম্না যুজিনা হেন্না হকচিনখিবা রাখল পথাপ য়াওখিবা মতাং লৈরগদি মশিং য়ামজবা উপজাতি অসিবু শেরায়না থনবীবা তারক্লোইদরা ? অমরোমদা মণিপুরগী চীফ কমিশনার বালেশ্বর প্রসাদকা হান্না লৈনরবা হৌজিক্লা মিংথায়থ্রবা "মিনিষ্ট্রী"গা হেন্না নকশিন্নবা মরী লৈনখিকনরা অনৌবা ইউনাইটেদ লেজিসলেচর পার্টিনা মপুং ফাবা মেজোরিটি ওইরে হায়রবা ফাওবদা অনৌবা "মিনিষ্ট্রী" ফোর্ম তৌহনখিদবা ? মণিপুরদা চহি ৭ লোম চীফ কমিশনার ওইরক্রবা শ্রী বালেশ্বর প্রসাদনা লম অসিগী লোকেল পোলিটিক্সতা হেন্না ইণ্টরেষ্ট লৌবগী রাকম লাক্লোইদৌবগী মরম হংনিংঙাই অয়ুক ওইরিব্রা ? নত্রগা হৌখিবা সেপ্টেম্বর তাং ২৩, ১৯৬৯ ইংগী মপাল কাংলৈবুংগী থৌদোক রাথোক অহুদগী বালেশ্বর প্রসাদনা মণিপুরী প্রজাবু ওয়-লৈজনবা মাইকৈদা হেন্না ভুকচবা পোকথ্রবনরা ? অন্তর্যামী ওইবা বালেশ্বর প্রসাদনা হৌজিকী রাজনীতি দলশিংগী ওইরিবা দলা-দলীগী রাকমদা "মিনিষ্ট্রী" অমত্তস্ত ওইথোকপা য়াবগী মরম লৈত্তে হায়না কয়া থাজবিখিবনরা ? অহোম্না রাকম অমদা মণিপুরগী হৌজিক ওইরিবা ফিবমদা লো অমস্থুং ওর্দরগী ফিবম কৎচিন্নজবগী ওইথোকপা য়াবা মরম লৈ হায়বনচিংবা মাইকৈ অদোমদা কেন্দ্র সরকারদা চীয়োল তৌশিন্দুনা বালেশ্বর প্রসাদনা থুনমক মণিপুরদা প্রসিডেণ্টকী শাসন চলাইরক্নবগী থবক লৌথৎপিখিবরা ? হন্দাক সেপ্টেম্বর তাং ২৩, ১৯৬৯ ইংদা ইন্দিরা গান্ধীনা মণিপুরদা লাকপিবা মতাংদা মতাং চারে থন্দুনা মণিপুরগী আইঃ জীঃ পীঃ সাহেবকী সহ-ধর্ম্মিণীনা থকি অথংগী তেংথা রাকৎ মবেন্মদা তমজকবদ থোইনা থৌনবীরমকবনু থত্তনরে তানরে। অদু ফাওবদা থোইদোক্না চীফ-কমিশনার সাহেব ফাওবকনু লো অমস্থুং ওর্দরদা অকায়বা লৈরকনি কয়া থাজবিখিবনরা থুনমক গণতন্ত্রগী নাইরোক্তা প্রজানা পান্নবা শাসনগী মওং অমা পুশিনবীরক্লিবা মতৌনিবু ? পুন্নমক শয়া হায়রকবা জ্ঞান তাদবা অর্থ লৈতবা ; মরিক চুমদবা হাবী জাবীগী রাকম ঙাক্তনি হায়না লৌবদা অমুক লানগদবগী মওং লৈরিব্রা ? অমরোমদা 'ফ্রণ্ট মিনিস্ত্রি' লাকপা তারংবদি সেপ্টেম্বর তাং ২৩ গী ( ১৯৬৯ ইং ) থৌদোকফুগী মরমদা চেনফম লৈতবা ; লিংকম লৈত্তবা আইনগী চৈরাক পিরক্তনি থনবনা অমদি থেজ্রামা য়ুখল হাংদোরকপহ্না লোৎকম লৈরক্নরোই থন্দুনা মাংজোনমা অহুঙবা মন্ত্রি মণ্ডল লাকক্রিন্তেদা পুকচেল শেংবা ; রাজনিতি হৈবা অশিংবা ভারতকী রাজদুত ওইনা নক্নবা যর্ম্মদা থোংশানখিগে থন্নখিবা জাংলা ? রাদবদি জমদে 'হুইবু দোলাই তোংহন্নগা খিগং উরগা চোংথবনি।'

## "সাশনগী মওং"

মণিপুরদি ইউনিয়ন টেরিটোরি অমনিনা ষ্টেটশিংগী মায়দ্দ থাক্তা য়াক্রিবনিনা ভারত সম্বীধানগী আর্টিকল ৩৫৬ তুবদা প্রসিডেন্সিয়েল শাসন চালাইরকপগী রাকমজু নত্তে। ইউনিয়ন টেরিটোরিশিংগীদি তোংক্তানবা মওং অমগী আইন পাস তৌহ্নুনা লৈবনি। 'এক্ট" অদুদি 'দি গভর্ণমেণ্ট ওফ ইউনিয়ন টেরিটোরিজ এক্ট ১৯৬৩' হায়রিবা শিনি। হায়রিবা "এক্ট" অসিগী ধারা ৫১ দা প্রসিডেণ্টকি শাসন চালাইবগী রাকমহু পল্লি। মহুদা হায়রি—মথক্তা পনখিব্রা "এক্ট" অসিদা

য়াওরিবা খাবাশিং অদুগী মতুং ইন্না ইউনিয়ন টেরি-টোরিগী শাসন চালাইবা ওয়েক্লবা মত্রগা ইউনিয়ন টেরিটোরিগী শাসনদু লিংখিনা চালাইবা দরকার ওইরক্লবা মত্রগা তৌকন থোক্লরবা মতাংদা প্রেসিডেণ্টনা হুকুম পায়রগা, মহাক্না কৈ হায়না থমবা মতুং ইন্না, অকক্নবা মতমগী ওইনা এক্ট অসিদা পিরিবা ধারা লোয়নমক মত্রগা অমা হেক্তা শিজিন্নহনবা ওমই অদুদু সম্বিধানগী আর-টিকল ২৩৯ গী মতুং ইন্নদি থবক তৌগনি। মথক্কী ফিভমশিং অসি ইউনিয়ন টেরিটোরি অদুদা লৈরে হায়বা খাকথদা এডমিনিষ্ট্রেটরনা পিবা পাও মত্রগা অতোয়দগী ( সরকারগী ) লৈবা মতাংদা প্রেসিডেণ্ট-না পেনখিনবা মতমদতা অসিগুম্বা শাসনগী মথং অসি গনতন্ত্রগী মাইয়োক্তা লিংনবা ওইরবদু ইউ-নিয়ন টেরিটোরি অদুদা হেক্তা চালাইবা ওমই। হায়রিবা মথক্তি এক্ট অসিদা পিবগী মতুংইন্না ( ধারা ৬ গুম্বদা ) এডমিনিষ্ট্রেটরগী শক্তিগী মতাংদা এসেম্ব্লী মতম থবগী ওইনা উথাইবা ( Pro-roged ) ওম্বী অদুগা লোয়ননা এসেম্ব্লী মুৎথৎপদু ( Dissolved ) ওম্বী।

অসি হায়রবদা সম্বিধানগী আর্টিকল ২৩৯ দা প্রেসিডেণ্টতা পিশিনবা শক্তিগী মতুংইন্না ইউনিয়ন টেরিটোরি অমা অমসুং মণিপুরগী লৈবাক ডাকপগী থবক্তু প্রেসিডেণ্টনা পাইশিনখনি; তৌথক্তবু চীফ কমিশনারগী through দা ওইজরগদু। তৌরবদি মথক্কী আর্টিকল অসিগী মতুংইন্না প্রেসিডেণ্টকি পোজিশনদি ষ্টেট অমগী গভর্ণরগী পোজিশনগা মান্নগনি হায়রবদি এডমিনিষ্ট্রেটরগী পোজিশনদা লৈগদবা নত্তে।

ইউনিয়ন টেরিটোরি অদুদা সম্বিধানগী থোং-লোবা অমা লাক্লবা খাদ্দা প্রেসিডেণ্টকি শাসন লাকপা য়াবনি। অমাবদি কয়া কীভমশিং লৈর-গা হায়রবগী খাকমদদি সম্বিধানদু মত্রগা মথক্কী ডি গভর্নমেণ্ট ওফ ইউনিয়ন টেরিটোরিজ এক্ট অসিদু ওকপস পনবীদবনি। মতাং অসিদা লিংবা থুংখিদবদি কয়া ভারত সরকারগী "পোলিসী" অমগী মথাদা গনতন্ত্রগী মাইয়োক্তা অচৌবা লিং-নবা মচাক অমা ওইনা মশিং য়ামজত্রবা উপ-জাতী অসিবু নমথনবগী মওংদা প্রেসিডেণ্টকি শাসন চলাইখিরকপরা থোইদোক্না অমাবা ওইখিবা মতাং-দনি। মণিপুরদা লো এণ্ড ওর্ডরগী ফিভম কন্নবদু লৈতে। গনতন্ত্রগী মাইয়োক্তা লিংনবদু লৈতে; "মণিপুরী প্রজাদু গনতন্ত্রবু হুংশিজবনি" অদুবু ভারত সরকারনা থমখিবা ওমথিন্নবালে; অমাবদি ইম্ফাল এসেম্ব্লী থুগায়ত্রিবৈদা চুরাচাঁদপুরগী বাই ইলেক্সনা শাক্কৌনি। কয়াদা শান্তি লৈনা ইলেক্সন তৌথবা? মপানগী থবর কাওবনা খাকম অদু পনাখিবনি। অসিগুম্বা মতাংদা গনতন্ত্রগী মায়-য়োক্তা প্রেসিডেণ্টকি শাসন পুশিনবীরকপদা চীফ কমিশনার শ্রীবালেশ্বর প্রসাদপু প্রজাদা লিংনবনি লৌদবা ওয়োই। মহাক্কী চাঁয়োলনি।

## প্রেসিডেণ্টকি শাসন অমসুং ষ্টেটহুদ

মরক্কী মীথল ( Mid Term Election ) গী খাকম অমদি লৈকম থোক্লে। হায়রজলিংবদি য়ায়া পুন্না অসিগুম্বা মথলগী মীথম অমা লাক্ন্না হোৎনবীরবনা পার্লিয়ামেণ্টতা গণতন্ত্রবু হুংশিবা মীওইনা হোৎনবীরক্লনা মনা পংশিনখৎগদবা ভারত সরকারদা লংশিনবীরকপা অদুত্তনি। মণিপুরী প্রজাগী ওইনা সুপ্পম শাসন হুকপাম পামদে।

—'লময়ানবা' ইডিটরনা মুখদা মণিপুর সরকারগী পুলিশশিংনা মতম চাদনা অহিংলা মুপা থোকখবা মওংদা হয়ান লান্না ওইনা লান্নাথিবগী মরোল য়ানিংদবা (প্রতিবাদ) উন্না ইডিটর মশামক্না মণিপুর সরকারগী পুলিস আই, জি, দা ওক্টোবর তারিখ ২২, ৬৯ ইংদা ইথিবা চেরোলগী মীকপ থোকপা পাওখুম পীরকখবগী চেরোল অসিমক মণিপুরগী লোম্না হন্নোক্নমা কোংদোক্লি—

# লময়ানবা

[পানমিলগী চেকোং]

হেড ওফিস,
য়াইস্কুল, পুলিশ লেন
ইম্ফাল

রিফ: নং—পানমিল/ডি, সি,/৬-৬৯ তারিখ ২২/১০/৬৯

ইনস্পেক্টর জেনেরেল ওফ পুলিশ
ইম্ফাল, মণিপুর

মহাশয়,

খুংলাম পায়বা মহাক্কী পুলিশ গাড়ী মপোৎ অমিনা ওক্টোবরগী মথংশিংদনা তারিখ ৯ অমসুং ১১গী অথেংবা অহীংদা ঐগী য়ুমদা লান্নারকপা মওং অমুমা ঐগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংদা শর্থীনা সিপাইমখতা নত্তনা ঐনা লৈখিবা কৈরোল-লৈখাইহী ইমা-ইচাশিং কাওবা শাখিনা অকি-তুমুংবা অমা লোকখমখি। থোওং অমুমা ঐহাক্কী শ্রাই পুলিগী অচেৎপা অমদি ইশাগী মিংত্রুখদা তকায়বা পীখত্তা নত্তনা সমাজ সেবাদী ওইকবা অমসুং লৈথাক্কী থোদাং থংনা লৈজবা লৈবাক মচা অমা ওইবগী মীংচৎসু শাখিনা মাংহল্লি।

ইয়ুম মওংদা, লান্নারকপগী থোওং অসি ঐহাক থংজিন ইঙ্গিয়েননা লৈথোকপা তককম চমজে। অমুমা অসিগুবা মচু তানবা থৌশিল অসিগীমক্তা পুমনাম লাক্লে হায়বা য়ারোল অমা অদোম্না ঐরোম্না থংহনকপা তাই। অমুগুম্না য়ারোল অদু ওক্টোবরগী তারিখ ২৫, ১৯৬৯ ইংগী ওফিসকী পুংকম মনুংদা অদোমনগী কংগ্রেসদি চৌজিক মরুপ্নিবা চেরোল অসিমক কোংদোকপদা ঐহাক ইশাগী খুশি ওইগে হায়না লোগম্নি।

অদোম্না খংবীগদবদি, ইম্ফালগী 'হিন্দি হাইস্কুলগী' হেদ মাষ্টর অমা ওইনা অমহীকসুং 'মণিপুর চীং-তম লুপচীন থৌরমগী জোইন্ট সেক্রেটরী ওইনা থবক লোয়গী মথক্তা মণিপুরগী খুঙাইদগী মচিং চৎলবা 'লময়ানবা' চেকোং হায়রবা অসিগী ইডিট তৌবা অমদি মসিগী অকুপ্পা থৌশিল থৌরমগী-মমক 'পান মণিপুরী য়ুথ লীগ' ইম্ফালগী ওফিসতা মতম থুদিংদা থবক্তা য়াইয়োকখৎলমতা লৈরিবনি।

অদোমগী

এন, কে, সানাজাওবা
ইডিটর, লময়ানবা
পান মণিপুরী য়ুথ লীগ

**The full Text of Editor's letter to the Inspector General of Police, Imphal.**

# LAMYANBA

**( An Organ Of Panmyl )**

**Head Office,**
**YAISKUL, POLICE LINE.**
**IMPHAL.**

*Ref. No....Panmyl /DC/ 6-69* *Date 22. 10. 69.*

**To**

The Inspector General of Police;
Imphal, Manipur.

Sir,

I beg to state that the raids on my house by two truck loads of your Armed Police personnels at the late hours of night both on the 9th and 11th Oct '69 had not only caused grave harassment to the members of my family but also created panic among my neighbours. It has not only constituted a serious encroachment on my privacy and personal liberty but also caused a great damage to my reputation and prestige both as a responsible citizen and a social worker of the country.

I take the strongest exception to your action in causing the raid on my house. I demand from you an unqualified apology for such actions of yours. In the event of no such apology being received from you on or before the 25th October '69 during office hour, I shall consider myself free to send to the press the full text of this correspondence.

You may take note of the fact that I am always busy in the office of the Pan Manipuri Youth League, Imphal in connection with such works as the management and edition of its most popular Journal Lamyanba besides keeping a number of other engagements in my capacity as the Head Master, the Hindi High School, Imphal and the Joint Secretary, the Manipur Cultural Integration Conference, Imphal, Manipur.

*Yours Faithfully,*
N. K. Sanajaoba Singh
Editor,
Lamyanba, Panmyl.

## লময়ানবগী ইডিটর অমুক হন্না ফাখিবা

তাং ২৭ | ১০ | ৬৯ ইং, নিংথৌকাবা নুমিৎকী অমুক পুং ৯ লোম তাবদা খুৎলায় পায়বা পুলিশ কাংবু অমনা 'লময়ানবা'গী ওফিস অসি ইথং থংহোদনা কোইশিল্লকখি। এস: পি: ক্যামণিবধুনা ইডিটর সনাজাওবগা অরুবা বা অমা ওয়ানেনবিংডি হায়বা মতুংইন্না ইডিটরনা মখোয়গা লোয়নবনা ইম্ফাল থানা তায়না চংখি। পুংখায় অমরোমগী মতুংদা ইডিটরনা পুলিস কাংবু অদুগা লোইননা 'লময়ানবা'গী ওফিসতা হল্লকই। ইডিটরনা 'লময়ানবা' চেফোংগা ইকতা হায়রম্মি: "এবু অমুক হন্না মণিপুর সরকারনা ফারে। অসুম্না সরকারনা 'লময়ানবগী' খোংচত্তা অন্নোবা থুরেং অমসু হাপকৎলকলে। থুরেং অসি এখোয়না মায়থোকপাতাই, খুৎহনা 'লময়ানবা'গী খোংচৎ অসি পলহনবাগনু।" থুনমক তাকতগা ইডিটরনা বিদাই লৌখি অমসুং পুলিস কাংবু অদুগা মমাং থাদুনা ওফিসতগী খোংথানখি।

থেন্দনা পুং ১০ রোম তাবদা সার্কল ইন্সপেক্টর ইবোপিশক সিংহনা খুৎলায় পায়বা পুলিস কাংবু অমগা লোইননা পাম মণিপুরী যুথ লীগকী ওফিস কোইশিল্লম্মী। মখোয়না লীগকী ফাইল অমসুং অতৈ চে-চুং ময়াম অমা য়েংবা পাম্বদগী লীগকী ফাইলনচিংখা চে-শুং পুম্নমক অদু য়েংহনখি। চিংনবা য়াবা মতং অমতা লৈতবা অদু উবদুনা মখোয়না লীগকী মীওইশিংগা তাহাক য়াম্না শানমগা হনখি।

—রিঃ

# Help 'LAMYANBA' to serve you and your Society.

অদোমগী সেবা মতাংকচানা তৌজনবগীদমক
'লময়ানবা' চেফোংবু য়েংবাংবীয়ু।

মমল—লুপা ১
চহীগী চান্দা
মণিপুর মনুং—লুপা ১০
মণিপুরগী মপান্দা—লুপা ১২

থোল্লুকচরিবা
সার্কুলেসন মেনেজর
লময়ানবা
থাইকুল পুলিশ লেন।

**Edited, Printed and Published by N. K. Sanajaoba on behalf of PANMYL at J. M. Printing Works Moirangkhom Janmasthan IMPHAL.**

৫ শুবা মশাং

১ বা ডিসেম্বর, '৬৯



অথৌ লিচা হেপ্পা

থগ্নাং কোন্দাই লোমবাশিং

পাখৌ মিংলেম হেনমোইব

পোইরৈ তা কাথিবাশিং

নখোয়' মায় নখোজুনবু

নিংনা-তেনা নীজরক্তে॥

ইডিটর :—রাই তেজেন্দ্র

# লময়ানবা

পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী থাগী চেকোং

১বা ডিসেম্বর ১৯৬৯

*

মঙাশুবা চেকোং



## তরেং লৈবী

ফৌনৌ খাওনরক্নে লোইননা শেঙ্গাওগী চোমাইস্থ খজিক্তং হাংদোক্লক্নে মারৱারী, পঞ্জাবী মহাজনশিংগী শেঙ্গাও। শেঙ্গাওগী লৈপশা অসিনা লৈজবা অমস্তং ব্রাস্টরবা তাতা গাড়ী কয়া অমগী মপান তাংজুনা, থৌবাল, ককচিং, নিংথৌখোং, মোইরাং, কাকৈ-থেল, লাম্লাং, লমশাংনচিংবা লমদমশিংদগী অফংবা ফৌনৌ মথৈ অথুপ্পা অমস্তং অকোংবা গুদামশিংদা হৈজিল্লি। শেঙ্গাওগী চোমাইদি খজিক্তনি হাংদোক্লিবা অস্থবু ফৌগী মমলদি শংবাইদা লুপা তরাতরুক্তা হাইগংলকই। অস্থগা শেঙ্গাও অসিনা পুমহাং হাংদোক্লকপা তাঙ্গা অস্থদদি, ফৌগী মমলনা শংবাইদা লুপা নিফুগুম্বদা হায়গংপা অসিদি পেনামুক লাইবা রানি। শেঙ্গাওগী চোমাই অসি হাকুম শুংথৈদদি হাংদোকপা খরা থুরৌ চেল্লম্মী, শক্তি ফনা পায়জন্ত্রবস্থ মণিপুর মচাশিংগী মীহুৎ—আইন সভা অমস্তং মন্ত্রী-সভাগী থুরৌনি। কুমশিদি শেঙ্গাও অসিগী মৈশাগী মমাংদা করম্বা পাঙ্গলনা লেপকদৌরি? প্রজাগী মাই ফিরুক থুম্বা অস্থগা ময়াং মহাজনশিংগী শেঙ্গাওগী মমাই পাকপা পুংজানি। অস্থগা মহী-ময়াই কনখ্রবা শেঙ্গাও অসিনা ফৌগী মমলগী মতাংদা তরেং লৈবী শাম্নরী। অসিগুম্বা তরেং লৈবী অসিগী শাফুদগী, ফৌনৌ লাকপদা ঙাইরিবৈদা, শংবাইদা লুপা তরাতরুক হাইগংলকলি।

অচৌবা শেঙ্গাওনা তরেং লৈরকপদগী মণিপুর সরকারগী মমিং অসিস্থ নামা হোরস্তুনা লৈরক্লি। সরকার অসিগী নামা শেবাংলবা মমিং অসিনা ময়াং মহাজনগী অকোংবা গুদাম অমস্তং অথুপ্পা কোং ময়ামদা পৈরিবা ফৌ কুইন্টাল লিশিং লিশিং অসি উশিল্লদনা লৈথোকপা ঙমই। অস্থবু লাইরবা মণিপুর মচাশিংগী

পীকখ্রবা কোত্তা হাপচবা, মী তয়েৎ মিপালনা চানবা হাপচবা ফোপোৎ কুন নত্রগা কুম্ন্বা অহুদি মমিৎ থানা য়েংশিল্লী অদুগা কোং অদুদগী শোপোৎ মপ্তা নত্রগা তরাদি সরকারগী গুদাম য়ৌদবা য়াদে।

শেঙ্গাওনা তয়েং লৈরকপদগী নামা শেবাৎলবা মমিৎ অসিদি মত্রিং মরাংবা মশামা তাবনি। মখোয়গী মমিৎশিং অসিনা উবা ফংত্রি ফৌ মণ চনি চন্থমগী তাত্তা গাড়ী লেক্লোল ময়াম— মুতিজারগী ইম্ফাল গুদামদগী ডিমাপুর য়ৌনা চেল্লিবা। তাত্তা গাড়ী ময়ামশিং অসি কুংশিল্লক-পনা, ফৌগী মমলশু অঙকপা ফংনা হাইগংলক্লি। থা অসিগী মনুংদা তাত্তা গাড়ীগী খোংচৎ অসি কুংশিল্লকই অদুগা মসিগা ইরোইননা ফৌগী মমলশু শংবাইদা লুপা তরা তরুক ফুগংলকই। হকচাংগী ইত্রি পুম্নমক মরী লৈনৈ। মিৎ নাম্মা শেবাৎপগা লোইমনা, খোপকী লুনৌশু পুমথরকপা মশীনা তাবান। মণিপুর সরকারগী খোপ অসিশু পুয়ে চায়বদা থোইদোক্লা লাক্লোই। পুম্নবা খোপ্নগী তানিং তামাং ওরব রাথন থোকপা চায়বসি ককপা য়াত্রবা রাফমনি। অচা অথক্কী পোৎশিং অমসুং হিংনবগী মরুওইবা ফীরেক্লচিংবা পোৎচং অমসুং লৌমীশিন্নাগী শেনথুমগী ফীভমগী মরী মখোং কবিমতশু খংত্রবা অমসুং খংননবা হোৎনত্রবা মণিপুর সরকারনি। অসিগুম্বা সরকার অসিনা কুমশি চহিগী ওইনা ফৌ শংবাই অমদা লুপা তরা তরুস্তা লেপ্পবনি। পোৎকী মমল খংদনা ফৌগী মমল করম্না লেপ্লিবা? অচা অথক্কী পোৎশিং অমদি হিংনবগী মরুওইবা পোৎচংশিংগী মমল খঙদনা ফৌগী মমল করম্না লেপ্লিবা? অসিগুম্বা রাহংশিং অসিদি মণিপুর সরকারগী ফুনখ্রবা মনাকোং অত্থ য়ৌবা ঙম্লোই। ইং ১৯৬০ দগীনা ১৯৬৯ ফাওবা অসিদা পোৎকী মরী মখোং কবিমত্তা থিজিন্দে, মরুওইবা পোৎশিং অমসুং অচা অথক্কী পোৎকী মরমদা অমসুং লৌমী শিন্নাগী শেন থুমগী মতাংদা চহি তরা অসিগী মনুংদা রারোন অমতা কোংত্রি, রিপোর্ট অমত্তা পিত্রি অমসুং লাইরিক অমত্তা পুথোক্ত্রি। মরী লৈনবদা রারোল অমতা ফংত্রিদ্রৈদা কুমশি ঙহিগী ফৌগী মমল লেপ্পা অসি প্রজাদা অচৌবা নমথাক অমা তৌবা নত্রা?

ফৌগী মমল লেপ্পগী মতাংদা সরকার অসিন মণিপুরী প্রজা শিংগী মকমদা চাওরবা লৌনম অমা তৌরিবসি মতিক চানা মুথৎচৌত্রবদি চরা হেনবগী চক্লনা ঐখোই পুম্নমকপু মঙ্গলগী বে-শোন্দগী হেন্না শাথিনা তকথাইরগদৌবনি। ঐখোয়বু চরা অনি শুনা চারিত্র? কদাইদগী চরা অসিগী শেল লৌরুগনি? ইনশাং নাপী য়োনবী ইমা ইবেল কয়ানা লুকমাইদা হঙ্গাম নত্রগা য়েন্দেম মপুন মরি মঙাতা মথাই লাইগী নোংদমদগী মপুন মরিমঙা অত্থ লোইনা শিংখ্রবশু পৈশা হুমফুদগী হেন্না মথুং য়ৌরক্তে। হায়রিবা শেল অসিনা করম্না চরা অনি চাগদৌরিবনো? লুপা তরুকগী হেন্না চংবা ফী জাং—ইনফী ফেক্লোমনচিংবা অসি ইমা ইবেলশিংনা লুপা মঙাদগী তানা য়োল্লি। রাজমনগী মহৈবু লুপা অমা অনি মাংলিবা অত্থরা? চানিঙাই থক্লিঙাই লৈতত্থনা মণিপুরী ইমা-ইবেল কয়া হাজিরা শুবী, লুং খোংথবা য়াওরী— মসিরা ঐখোইগী হোৎবিরিব?

ফৌ শংবাইদা লুপা তবামঙা পীরে হায়বসি সরকারনা কম্না হোৎনজত্থনা মায়পৈ শলাই পুম্নমক্লা চেম্নোকই, অত্থগা সরকার অসিনা মোমোন নোকপৈ। অত্তবু সরকার অসিগী হয়াও তয়াম্বা অসিগা ঐখোয়গী অরা-অনা অসিগা কয়াদা থাপনখ্রবনো? ফৌ শংবাইদা লুপা তরা মঙাগী হিসাবতা চরা নামা ফংদা য়াবগী মওং লৈ। মত্থশু মীভা পী থক-থক তানা। সরকার অসিগী নানা শেবাংলবা মমিৎ অমসুং নমথাক্লা শাবুদগী ফৌগী মমলদি নোংদোন তম্না হায়গত্থনা লুপা কুম্নুা নিফু থৌরোই হায়নিংঙাই করি লৈবগে? ফৌগী মমলনা অতিয়া তম্না হাইগংলক্লবদা, চহি মঙা তরুক হেন্না চরা নামাতা চাবা অমসুং চরা হেনবগী শাফুনা ফুদংলবা মণিপুরী জাতি অসি কম্নম্বা ফিরেপ্পা খোদাফম শেমগনি?

# মণিপুরগী থাইনগী ফমদোশিং

ডাঃ নিংথৌজম ইবোবী সিংহ

মণিপুরগী মমাঙথৈগী লৈঙাকলোমগী চুপলিদি মন্ত্রিশিংগী মথুত্তা লৈরম্মী। ফত্তবা মন্ত্রিগী মথুত্তা তারগা লৈবাক্না প্রজানা য়াবা অত্তুগা অফবা মন্ত্রিগী মথুত্তা তারগা লৈবাক্না চাওখৎপা, চাকহোং, ঙাহোংবা হায়বসি মশানা তাজবা খেৎপা য়াগ্রবা নিতিগুম তৌরমই। অফবা মন্ত্রিনা হায়গনি, "মহারাজ ইবুংঙো। প্রজাদি থোকউ হায়বত্তা থোকপা কামধেনু কৌবা শণদোগী মওংনি; নিত্রিবমখৈ পীবনি। য়াথল লৈবা শঙ্গোম গুম্বনা ফুংতিগী শঙ্গোম খর খর গুম্বগুম প্রজাদগী থাজনা লৌথৎপদস্সু খর খর লৌথৎপীগদবনি। শঙ্গোম গুম্ব মতমদা শণাও চাগী খর থাকপিবমগদবনি অত্তগা লোনিংই হায়ত্তনস্সু শণ্বোগী খোমজিন অত্তু থদৎনবা চিংবিরোইদবনি"। তুমিৎনা মালেমগী মফম কয়া-মরুমদগী ঈশিং মনিল চিংখৎলগা অমুক হন্না কান্নবা লিশিং লিশিং পীবগুম প্রজাদগী তৈজ্ঞ লৌথৎলগা প্রজাদা কান্ননা মথল মথেল নাইনা পীগদবনি। অমুনবা উইহেদমক হেকপীগদবনি অশংবা উইহে চারবদি মচাও য়াওদননি, য়াদমক কুমতনা তোকপনি। অস্নম্না মন্ত্রিনা নিংথৌবু মিহৌ চাওহনদনা অচুম্বা লম্বীদা লমজিংলি। ফত্তবা মন্ত্রিনা হায়গনি "মহারাজ, প্রজাদি হঙ্গাম মরুগী মশকনি; হেক নৈত্রিমখৈ, কোল্না চপ্তিমখৈ কৈদৌউদস্সু থাও থোকপা ঙমদে। অত্তুনা য়ারিমখৈ প্রজাবু নৈত্তুনা, ওত্তুনা চপথাইত্তুনা মখোইদা লৈরিব, য়াওরিবা থাওগী মশক ওইরবা খেল অত্তু লৌবিগদবনি।" অস্নম্না লৈবাক অমগী ভাগ্য বিধাতা লেপ্পদা মন্ত্রিনা মরু ওইবা শরুক য়াবা হায়বসি মণিপুরগীত্তা নত্তনা পৃথিবীগী লৈবাক পুম্বগী চৎনবী ওইরমই।

মণিপুরগী মন্ত্রি মণ্ডল অসি লৈঙাকলোনগী মরু ওইবা শরুক অমা ওইরম্মী। মন্ত্রিশিং অসি নিংথৌনা শেমনিংবা মওংদা শেম্বা জীব মৎলমদে। মপোক্তদি নিংথৌ শেম্বা—নিংথৌ ওম্বা অত্তস্বনি। ফনা জ্ঞাম লৈবা, মথৌনা ফমা ফবা নিংথৌ ওইত্তুনস্সু হিরম খুদিংমক য়েংশিনবা অমদি থওবা হায়দসি ওইত্রাপোক্তবনা নিংথৌনা মশাবু অমস্তং লৈবাকপু কঞ্জনবগীদমক মফিক চাৎবা মীওই কয়ামরুস্তু মন্ত্রি ওইনা হাপ্পমই। মথস্তনা লৈবাক শাসন তৌগে হোৎনবা নিংথৌদি কাংথোং নামত্তা পানবা লোলাইগা পাংথক ওইবনা অপঙবশিংদা চল্লমই। শক্তি লৈরবা, খুৎকন পাঙ্গল্লবা মণিপুরগী নিংথৌ গরীবনিবাজ ফাওবা লৈবাক য়ায়েনগী লম্বীদা মন্ত্রিশিংগী মতেং লৌবা তারমই। অত্তুম ওইনমক নিং থৌগী শক্তি হৈরে লৈরমদবদি নত্তে। করিগুম্বা মতমদা লৈবাক্কী মতুংশিল্লিবা মন্ত্রিশিংবু নমহত্তুনা নিংথৌনা তৌনিংবত্তা তৌবস্সু য়াওদবদি নৎলমদে। অত্তুবু চৎনবী অম ওইনদি নিংথৌনা মন্ত্রিশিংগী পাউত্তাক লৌরগা লৈবাক য়ায়েন থৌদা তৌবা তারমই। তোপ্‌ তোপ্পা মরম থরগীদমক্তা মন্ত্রিশিং অসি

য়াম্না কায়রমই। অয়াম্বা মন্ত্রিনা মথৌনা লৈবা, চংনরোল থংবা অমম্নুং মাংলমচংকী থৌয়োক কয়ামরুমগী জ্ঞান লৈরবা মীশক ভাক্তা ওইরমই। অময়োম্মনা মন্ত্রিশিং অসি থুঙ্গং কয়ামরুমগী রায়েন পথাপ পুবতা নত্তনা সরকারগী ল্যোয়শঙ অমা মত্রগা অমদগী হেনবগী মকোক ওইরমই। মাগী মাগী থুঙ্গংশিং অতুগী সরকারদা কাগদবা আয় অহু খোমজিন্দুনা লৈবাক নিংথৌগী পুক্কেদা নিংথিনা থম্বা তারমই। ময়ম অহুনা মথোয়শিং অসি হৌজিক্কী মতমগী ডিপুটি কলেক্টরগী মথৌস্তু তৌবা তারমই। মন্ত্রিশিংগী মরু ওইবা মথৌ অমনা মীরৈবাক্কা লান্নারক্লবা নত্রগা মিংথৌগী মায়য়োক্তা কনাগুম্বনা লানহৌরক্লবা মতমদা মথোইনা লাম্মী লুচিংহুনা লান্নাবা চংপা তারমই।

লৈবাকী নিংথৌগা মন্ত্রিশিংগা লৈনবা মর্‌রী অসি য়াম্না করম্মী। অমনা অমবু চেক তৌনহুনা হায়বদি অমগী কা-হেনবা থবক অতু অমনা থিংহনা লৈবাক রায়েন পথাপ্পু লৈবাকী চংলম লুত্তিনগী লম্বীদগী হেন্দোকহল্লমদে। "লৈবাক্কা নাম, নিংথৌনা নাম" হায়বা য়া অসি ফজথবা আইনগী আইন ওইনা লেংদনা লৈরম্মী। মপাম্থোংগী ওইবা মিংয়েং অমস্তুং নিত্তৌদদি নিংথৌগী শক্তিনা যাম্না চাওনা উরবস্তু ত্রিপুরা ( তখেন )গী নিংথৌগুম্না মণিপুরগী নিংথৌস্তু মপাল নাইত্রবা শক্তিগী মপু ওইরমদে। অতুবু লৈপাকী চংনরোল অমস্তুং চংলম লুত্তিনগী মতুংইন্না নিংথৌ পান্দ্রবদি মণিপুরদি মিৎকুপ অমা ফাওবা হিংবা ঙমদে। নিংথৌদি মুমিৎকা পাংথকনি—মাহাক লৈত্রবদা সরকার, সমাজ অমদি য়ুমলিংবা অমতা ওইথোক্তবনি।

মন্ত্রিশিং অসি হৈ-শিংবা অমস্তুং লৌশিং লৈবা মীওই ওইবা ময়ম্না মথোইবু "ইপু" হায়না কৌরে। অতুগা মথোইবু পুয়পনা "কমদৌ মহিশাং নিংথৌ মঙাইয়োই" হায়নস্তু থঙনে। মসিনা তাকপদি মথোই অসি লম লমদা চত্তুনা থবক তৌবা অফিসার নত্তে। মথোই অসি থাক্কিদগী লৌশিং লৈবা মীনি অমস্তুং নিংথৌগা তাথোক তাশিন তৌনহুনা লৈবাক পুথা মীওইনি হায়বা থঙহল্লি। ময়ম অসিদগী মথোইবু নিংথৌ ওম্বা অওম্বা হায়না কৌনয়ম্বনি। মতম অমদা মথোই থুদিংমক শক্তি চপ মাম্না লৈ-মিন্নহুনা মিংথৌবু লমজিংবদি নংলমদে। নিংথৌ অমগী হাক্তক্ক পুথ্রনবম্না অতুগা অতোপ্পা নিংথৌ অমগী হাক্তক্তা নোংথোনবমা নত্রগা অতৈ মন্ত্রিনা হেন্না শক্তি লৈরমই। শম্না হায়রবদা নিংথৌগা লৈ-নবা মরীগী মতুং ইন্না মন্ত্রিগী শক্তিস্তু খেন্নরম্মী।

মন্ত্রিশিং অসি নিংথৌনা হাপই। অতুবু মহাক্না হাপনিংবা মীওই অমব হেক্তা মন্ত্রি ওইহনবগী পথাপ অসিদি কংলৈবাকী মমাংঙেগী ওইবা পথাপ নত্তে। মমৈথংদা—মরু ওইনা মহা-রাজ গরীবনিৱাজগী হাক্তক্তগী ওইনা—নিংথৌগী শক্তিনা হায়গংলক্লবা মতমদা নিংথৌনা থরমথৈ শিজিন্নহুনা অচান মীয়াইবা নাইরকখি। মণিপুর অসি লৈবাক য়ায়েনগী থুদোং চানবগীদমক শরুক কুন্থানিথোই থোক্না খায়দোক্লমই। অমস্তুং শরুক খুদিংদগী য়াইতোং থমলোংবা, মথৌনা লৈবা, মবুদ্ধি লৌশিং লৈবা অমস্তুং প্রজাগী অয়া লুংঙাই য়েংগদবা মীশক অমা নিংথৌনা লম অতুগী মীহুৎশিনবা ওইনা হাপই। মহাকী তেংবাংনবা মহাক্না তানহুনা অতোপ্পা মুপা অমগা অমুক

নিংথৌনা হাপ্লমই—ওয়মক্কা মীওই ৬৪ অসিদ্ম কমদৌ ৬৪ হায়দুনা লৈবাক য়ায়েন থৌদাগী থবক পুরমই। হায়রিবা কমদৌ ৬৪ অসিদগী লৈবাক্কী মপী মপা শক্তুনা নিংথিনা থবক পুগদবা মীওই তরাথক নিংথৌনা থল্লমই। মখোইবু মন্ত্রি হায়না খঙলৈ। অহুবু মন্ত্রিগী মশিং অসি অকক্লবা লৈরমদে। মতম মতমগী মতুংইন্না তরা অসিদগী হেল্লম্মী নত্রগা তারমই।

মন্ত্রি হাপ্পা মতমদা তোঙান তোঙানবা লমশিং অমদি পানাগী মীহুৎ য়াওহুনা লৈবাক মরা চেৎনবা য়াথল তৌবা তারমই। খুদম ওইনা হায়রবদা পাখংবগী সনা হাক্তক্তা নোংথোনবা অমসুং মহাকী ভেংবাংনবা লোয়নবনা খাবম পানাদগী অহুগা পুখ্রমবনা লাইফম পানাদগী মীহুৎ লৌরমই। মন্ত্রি খনবগী ইতিহাস য়েংবদা ঐখোইনা খঙবা অমদি—য়ামত্রবদা খাবম অমসুং লাইফম পানাগী মীহুৎ অমমম অয়াম্বা মতমদা য়াওরম্মী হায়বা অসিনি।

মন্ত্রিগী কম অসি পাথাং পুথাং নাইনা পায়নরম্বা নত্তে। মরমদি মন্ত্রি খনবা হায়বসি মী অহুগী তৌবা ওম্বা মওগী মতুং ইল্লমই। মণিপুর ইতিহাসকী অহানবা লামাইশিংদি অয়াম্বা মতমদা মীচম্মা মন্ত্রি ওইনরম্মী। অহুবু নিংথৌ খরগী সনা হাক্তক্তদি মখোইগী মচা মও অমসুং মরী মতানা মন্ত্রিগী কম পায়শিল্লকখি। য়ুসিগী পথাপ অসি অমরোমদা কত্রবসু অমরোমদদি তৌদবা য়াদবগী মরম কয়ামকম লৈরমই। লৈবাক শাসন্দা হেন্না মরা চেৎপা পুরক্লবগীদমক লাইনিংথৌ খাগেম্বা অমদি মহারাজ গরীবনিবাজনা মখোইগী মচা-মওশিংবু মন্ত্রি হাপ্লমই।

অসিওম্মবু লৈবাক্কী শাসনগী চুপলি শেম্মগদৌরিবা য়ীরকশিং অসিবু মন্ত্রি নত্রগা লৈচিংপুরেল নত্রগা পাউরোইওম্বা হায়না কমথোল পীনরমই। লৈবাক্কী ওইবা অকুপ্পা অমসুং অথুপ্পা ছীরম কয়ামকমদা-ভানকমনি হায়হুনা মন্ত্রি হায়না খঙলৈ। মন্ত্রি হায়বা অসিদি প্রজাগা নিংথৌগগী মরক্তা লৈরা মীশক অমনি। মন্ত্রিনা হেন্না প্রজাগা শকথং মাইথংনরম্মী। প্রজাগী অয়া হুংওই খিবিক মন্ত্রিগী মহৌংনা নিংথৌদা খঙহনবা ওম্মী। নিংথৌনা মন্ত্রিগী মতেংনা প্রজাগী মত অমসুং অপাম্বা খঙলম্মী—অসুম্না লৈবাক মরা চেৎনবগী পান্থে ওইরম্মী। মরম অসিদগী মন্ত্রিবু লৈচিংপুরেল ( হায়বদি লৈবাক প্রজাবু চিংহুনা পুবা মীওই ) হায়না খঙনরম্মী। অহুগা নিংথৌগী অপাম্বা, মহাক্না প্রজাবু তৌহন্নিংবা চৎহন্নিংবা অহুম্ম মশান্না প্রজাদা হকথেননা হায়বা অমদি ফোংদোকপগী মহুত্তা মন্ত্রিবু হায়দোকহল্লমই অমসুং ফোংদোকহল্লমই। মন্ত্রিশিংনা লৈবাক্কী চৎনা-লুতিন করিনো হায়বহু তাক্লমই। অসুম্না মখোইনা নিংথৌগী অনিংবা অহু খবক্কী লমদা ওন্থোকপা ওমই হায়হুনা মখোইবু পাউরোই ওম্বা হায়নসু খঙলৈ। লৈঙাকলোনগী মরু ওইবা দায়ী য়াবা মরম্না মখোইবু অশুপ্পা হায়না মিঙোনরমই।

লৈবাক্কী চৎনবী মতুংইন্না অওম্বশিংনা অমসুং নিংথৌনা লৈবাক শাসন তৌবা তারমই। "নিংথৌনা অরানবা শাজৎ চৎলবা অমসুং য়া য়াম্না ওাঙলবদি লৈবাক প্রজা পানবা ঙমদে।" অরানবা শাজৎনরবা নিংথৌ অহুদি মন্ত্রিশিংনা মহাকপু কৈওমলংদা খাকওম্না কাজিন্দুনা, মথৌ তৌহন্দনা থম্বা ওমলমই। অমরোমদা অমুক য়েংলি। অওম্বশিং অমসুং মন্ত্রি-

শিংনা অয়ানবা শাজৎ চৎলবদি নত্রগা শেপ্পা থুমজা পামলবদি নত্রগা মখোইগী কায়ত্রবা মরী-মতাশিংদা অচৌ অচৌবা কম হাপ্পবা শীল্লবদি মখোইবুসু খা ৩ জেলদা থম্বগী নিয়ম লৈরম্মী নত্রগা মখোইবু মকম লৌথোকপা য়ারম্মী। অসুম তৌনা নিংথৌনা মন্ত্রি-শিংবু অহুগা মন্ত্রিশিংনসু মনিংথৌবু চেক তৌনহুনা নিংথিরবা লৈবাক য়ায়েন পথাপ অমা কংলৈপুংদা থম্লমই অমস্নুং থম্লবা কন্না হোৎনরম্মী। অহু ওইর-বদি করম্বা মখলগী সরকার মণিপুরদা লৈরম্বগে? ইতিহাসকী অহানবা শরুক্তা মণিপুরদা লৈরম্বা গভর্ণমেণ্ট মখল অসি য়ানশিন্নবা মখলগী সরকার অমা ওইরম্মী হায়বদা থোইনা চিংননিংঙাই লৈতে। হায়বদি হৌজিকী মতমগীগ ভর্ণমেণ্ট মখলশিং অসিগী মরক্তগী অমতসু লৈরমদে-গণতন্ত্রসু নৎলমদে, নিংথৌতগী ওইবা শাসনসু নৎলমদে, করি অমুক হায়গনি—অঙম অথৌশিংগী ওইবা শাসনসু নৎতে। য়ামশিন্নবা মখলগী শাসন ( mixed constitution ) অমা য়ান্না কজনা লৈরম্মী।

মন্ত্রি অমদি অঙম অথৌশিংনা প্রজাগী মপী মপা শরুবা মনিংথৌদা তানিংবা য়াকম অহু মতম অমদা হেক্তা তানবা য়ারমই। অহুবু নিংথেম চরাইরোংবগী মচাইবুংঙো মহারাজ গরীবনিৱাজনা পানবদগীদি অঙম অথৌশিং অসি মহৌশাঙম মনিং মথা তৌবা ঙংথিত্রে—নিংথৌগী শক্তিমা অসুম অসুম য়াংথৎলক্কুনা মন্ত্রি অমদি অঙমশিংগী শক্তিবু নমথখিরম্মী। নিংথৌনা কৌরক্তিবমথে অঙমশিংনা নিংথৌ উম্নবা য়াখিত্রে। শম্মা হায়রবদা লৈবাকী শাসনগী মওং অসি নিংথৌগী ওইবা শাসন্দা ( monarchy ) চংশিল্লকখি। গণতন্ত্রগী লৈরম্বা মচাক অমদি শক্তমশিং অহু অসুম অসুম শিথরক্লমই। হায়বদি লৈঙাকলোনগী খুদোং চানবা অমসুং প্রজাগী তোঙান তোঙানবা ফুরুপকী মীহুৎ লৌবা য়ানবগীদমক শরুক ৩২ থোক্লা থায়দোক্লগা মহুদগী মীহুৎ লৌহুনা ফমদো অমসুং মন্ত্রি শেম-গৎপগী মওং অহু নোংমা নোংমগী মুৎশিল্লক্কুনা মমিদা ওয়খিরম্মী।

---

# খোংজাই লাল

## ১৯১৭—১৯১৯ ইং

ডাঃ মণিমোহন সিংহ লোংজাম্বা

বৃটিশকা মণিপুরগা থেংনখিবা ইং শোক ১৮৯১ গী লাল অহুগী মতুং চহি ২৬ শুবদা মণিপুরগী প্রজানা বৃটিশকী মথক্তা অকনবা লালহৌ অমুক্তা হৌরকখি। লালহৌ অহুবু খোংজাই লাল হায়হুনা ঐথোয়না শসিসু নিংশিংলি। লাল অহু চহি অমগ মথাইরোম কাপ্পখি, হৌখিবনা ইং শোক ১৯১৭ কী ডিসেম্বর থাদনি, লোইখিবনা ইং ১৯১৯ দনি।

১। লাল অহু খোংজোম লাল হায়রগা নিংশিংনরিবা মণিপুরগী নিংতম্নগী লাল অহুপা মরী লৈনবা লালনি। ইংশোক ১৮৯১ গী লালগী মলোমদগীনি।

১৮৯১ গী লাল অসিগী মতুংদা বৃটিশনা মণিপুরগী চৌংদা লৈবা নোংমৈ খোমজিনবা হৌরকখি। চাওরাক্লা নোংমৈ ৭০ দগী চামা কাওবা লৈরমগনি হায়না বৃটিশশিংনা চিংনরম্মি, অমসুং নোংমৈশিং অহু খোমজিনবা হৌরকলম্মি। অহুবু খোমজিন খোমজিন্না লাকপা চহি ২৮ শুরবা কাওবদা মখোয়না খোংজাইশিংদগী খোংজাই লাল লোইবা কাওবদা ফংখিবা নোংমৈ মশিং ২১৯৫ থকনি। মসিগী মতুংদা নোংমৈ ১০০০ দি ইং শোক ১৯১৭ খোংজাই লাল হৌরুবা মতম অহু কাওবদনি। বৃটিশনা নোংমৈ থিগৎপা প্রজানা নোংমৈ লোৎপ অনি অসি তক্র তক্রনা লাকলি প্রজানা নোংমৈ ২০০০ হেন্না লোৎপা ঙমলমলিবসি অমুক হন্না বৃটিশপু মণিপুরদগী ভাম্মোক্রবগী অচৌবা থৌরাং অমনি হায়বসি ময়েক শেংলে।

অমুকসু বৃটিশকী থৌরাংসু অচম্বা থৌরাং নংখিদে, লাম্লোং, থৌশিন পুক্সক রেকবা লাম্না পাবগী থৌরাং ঙাক্তা ওইখি। বর্মা দেশ ১সুং ইণ্ডিয়া দেশ অনিগী লাম্মী চপ চানা শিজিন্নখি, আক্রমন মতৌসু দেশ অনি অসিগী মাং তুং নাক-রেং খোন্না তৌখি। মসিদগী হেন্দোকতুনা জর্মনগী লানফমদা লানগী ওপরেসন তৌরুবা অহৈবা বৃটিশ অফিসারনা লিড তৌখি। আসাম রাইফলসকী অফিসার ৫৭ কা লাম্মী ২৬১০-গনা ইণ্ডিয়া রোমদগী তকলিনখি। বর্মা লোমদগীনা বর্মা মিলিটারি পুলিশকী লাম্মী ৩০০০ থকনা তকশিন্নকখি।

২। মহারাজ অমসুং খোংজাই নিংথৌশিংগী মনুংগী মরি অমসুং লালহৌ অসিগী তুংদা মণিপুরগী শাসনগী ফিভম।

মহারাজগা চৌংগী নিংথৌশিংগা ইভং ভংভনা লাল অসি খোকত্রিঙৈদা উনরমই, রা তারমই। অসিগুম্বা মিটিং অমগী ইরোই লোইবা অমদা ৺চিংথাখম্ব স্নাজাওবা কৌবা অহল অমনা মাগী লাইরা ১সুং মপাঙ্গল শেংনা উৎতুনা খোংজাই নিংথৌশিংদা লাল অহু হৌবা মতম ওইরে, অশুন্না লাল কাপকদবনি হায়না তাকখিবতু তাহৌবা খোংজাই অহলশিং হৌজিক ফাওবা মথারোমদা তারিবা খোংজাই থুল থরদা হিংলি। ৺স্নাজাওবা খোংজাই মরক্তা অহুম্মক লান স্নাওখি। মহাকপু ১৯১৮ ইং শোকী থরানগী ৩নি পানবা ইরাই নুমিৎতা বৃটিশশিংনা ফাহুনা কালাপানি থাখি। মহারাজগা চৌং নিংথৌশিংগা মনুংদা করি মরি লৈনখিবগে হায়বসিগী মরমদা চিংননিংঙাই মওংশিং অসি মথাগী শাসনগী অহোংবসিনা তাকলি।

খোংজাই লালগী মতুংদা মণিপুর চৌং-তম অনি খায়দোকখি, চৌং-তম অনিমক মহারাজগী পাঙ্গলতনা ঙাকলমহু চৌংগী লম মৈথেদি প্রসীডেণ্ট ষ্টেট দরবারগী মথাদা থমলম্বা মহারাজবু মমিংতা ওইনা মপু ওইহনখি।

৩। লালহৌ অহু ঐখোয়গী শমাজিক সংস্কৃতিক অমসুং রাজনৈতিক পুন্না চৎমিন্নখিবা ইতিহাসকী মচাও অমনি।

১৮৯১ দা বৃটিশকা মণিপুরগা থেংনখিবা লাল অহু য়োয়মদাই কাওবদা কোন্নুংদা শাসন মূয়বা ইমুং মহুং কয়া থংনখিবনা চীং-তমগী লিংজেলনা অয়োবী থানা সাহেবশিংগা থেংনবা ওমহৌদবনা তম্পাকী লানকম থয়দতা শোক্লয়গা লোইশিনখি-বনি। মওং অসিগী লেন্দবসি চীং-তমগী প্রজানা ময়েক শেংনা থংখিবনা চীংদা লালহৌ অসি হৌয়কপনি। তম্পাক্কনা সরকারগী লাম্মী খোম্বা মী হাংপনচিংবা কয়ানা লেন্দবা উংলমই। লাম্মী খোম্বগী থবক তৌবা য়াওজবসিং কৌবা অমা ইরেংবম কুলামজাংনা-থাংনা য়াম্নুনা হাংখি। মী হাংলূরবা কুলামজাং অসি ফাহুনা পুখংলকপদা তম্পাকী ইমা ইবেলশিংনা পৈশা পীরকপসি ঙৌবোংগী নম্বো অমা কাই হায়না অহল-লম্মন-শিংনা হায়নৈ। চীংদমু অমদমু জর্ম্মন লাল য়াওরুনবা, কুলি ওইরুনবা, মশানা য়াদবা মী ফাবসি মণিপুরী চীং-তমগী সম্মানবু ইকাইবা পীবনি। ময়ম কয়ামরুম অসিনা ওমচারুয়কপনা লালহৌ অহুগী মচাক ওইখি।

৪। লাল অহু তশেংবদি প্রজানা ঊমখিবা লাললনি। অহুবু বৃটিশনা এশিয়াদা অমসুং পৃথিবীগী মপু ওইরম্বনা শাসনদি মথোয়না অহুম মপাইখি।

বৃটিশনা প্রজাদা জর্ম্মনগী লালদা চংলু হায়বনি; খরনা নোংমৈ পাইবা ওইনা খয়না কুলি ওইনবা চংলু হায়বনি; প্রজানা চংলোই হায়বনি। চংলু হায়বগা চংলোই হায়বগা শোক্লবা লাললনি। জর্ম্মন লাল লোইবা ফাওবা চংলোই হায়রিবা কাংবুনা লাল শোক্লহুনা লৈথোকলে--চংপিজ্রে, য়াবিজ্রে, সাহেবকী হুকুম চংপিখিজ্রে অহুনা লাল অহুগী মোয়েল ভিক্টরিদি প্রজানি, প্রজানা ওম্বা থোকখ্‌বনি।

---

## "ঙাইখোনে"

ঐগী ইমিং ইথা অমসুং মরি-মখোং নখোই মণিপুর মচাশিংদা হৌজিক্কি তাকখিরোই। নখোয়গী মণিপুর মচাশিংনা ভাব শুকতা তাদনা পংলাওতা লাওবা অসিদা ঐগী থম্মোই অসি কায়রবনি। নখোয় অসি চায়না চাওখংত্রিবা জাংনি। নখোইনা লৈবাক মচা তাদবা অমসুং চংন-রোন থংদবগী মওং অহু প্রধান মন্ত্রী ইন্দিরা গান্ধিনা নহান মপান কা কৈরেবুংগী মিটিংদা তাকলম্ব-হুনি। অথং অহৈনা তাকপসি লৌ। নত্রবদি নখোয় অসি কায়দবদা পুংথবা ভারবনি। ঐখোয়সু নখোইবু শেম্বীবা হোৎনবদা ত্‌ম্বা, হিম্বা, চাবা থকপা মফম খঙত্রবনি। থরাই খুবাক্তা হাপতুনা ঐখোয়সু নখোয়গী ফননবা হোৎনরিবনি। ঐখোয়বু থাজো। চাওখত্রিবা নখোই মণিপুর মচাশিংহুদি ঐখোয়না শেম্বিবা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈজবনি।

নখোয় মণিপুর মচাশিংনা করি অমত্তা খঙদনা পংজাংতা মজাংঙি। খুৎশা হৈবগী থবক চাওখংনবগী

মখিংদা নখোইনা চোইথোন. কয়া লেপ্লিরি। অমত্তুং কোত্তেজ ইন্দস্ট্রীগী মফমদা কয়া থাংলি। নখোয়না খওকম খোকত্তবা ৱাকম অমা লৈ। নখোইগী কিশাবী শিংবু ঐখোয়না ফংখিত্রবা রং মচু জাং অমা নম্থনা লৈহনবনি। অতুগুম্বা চংনবা য়াত্রবা রং মচু অদু নখোইগী মুপীশিংনা অতৎ অথম নাইদবা শিজিন্নরি। মরম অদুনা নখোয়গী য়োংথমগী ফি, কৈরেঙোম অমত্তুং ইন্নফিশিং অসি মচু হেকতা কোরক্লিবা অয়িলি। য়াম্বা থুনা মচু কোকপা অফিনা মরম অদুইদুনা নখোয়গী মণিপুর ফিরোনশিং অসি য়োনক্রম লৈত্রবনি। মসিদগী নখোইনা কান্নবা অমা ফংলে; নখোইগী ফিশাবী মুপীশিং অসি পোংথাজবা ফংলে। নখোয়গী মুপীশীংনা পোংথাজদা ফংজবা অসিদা নখোই মুপানা কলক মীহোবা তোগদ্রু। মুপীগা মুপাগা থাক চপ মান্নগদবনি হায়বসি নখোইনা কাওরোইদৌবনি।

নখোই মণিপুর মচাশিংগী থোপ অসি ওস্পোক্রা নৌরিবনি নখোইনা অৱাংবা থাক্কী ৱাখন থনবা তমখিরোই। চহি চামরোমগী মতুংদা নখোইনা অনেম্বা থাক্কী ৱাখন থনবা থরা তমলকপা য়াই। অদুবু ওসি ওইরিবা নখোইগী খোংচৎ অসি য়েংলুরবদি, নখোইগী থোপ্পা অনেম্বা থাক্কী ৱাখন লাম্বা ফংলকদবা মতম অসি চহি অনিগী মতুংদসু ওইদবা য়াই। মণিপুরদা পেপর মিল লিংবগী ৱাকম অসি নখোইগী নৌথ্রবা থোপ অসিদা চংহনবা চুমদে। মণিপুরদা চেগী কারখানা লেম-গৎপগী ৱাকম অসিদি—নখোইগী থোপ মচা অদুদা হাপ্পা চন্নোই। নখোইগী মণিপুরদা চে শাবা য়াবা ৱা পাম্বী মথন মথেন কয়া হোরি নখোয়গী জিরিবাম অমসুং তমেংলোংগী হাকোন মখুন্নলিদ্রি নোংচুপ বেঙ্গলগী কারখানাশিংগী দমক থমলিরম্লি। অয়াম্ব বাঙ্গালীশিংগী কারখানা ময়াম অমুনা নখোয় মণিপুরগী ৱাশিং অসি হৌজিক শিজিন্নজরিবা অসিদা নখোইনা কলকউগদ্রু। নখোইনা মনাওনি। বাঙ্গালিশিংনা নখোয়গী নয়াম্বনি। নখোইনা নখোইগী চেগী কারখানা লিংবা তারবদি, নখোয়গী ৱা ময়াম অসি নখোইগী কারখানা অদুনা চাথোকখিদুনা, নয়াম্বা বাঙ্গালি-শিংগী কারখানা শিংনা ৱা ফংদদুদা ওস্পোক্রা বাগনি। নয়াম্বনা ৱাবা অমসুং মমিংতা মপি তাবা অদু নখোইনা করম্না য়েংগদৌরি?

নখোয় মণিপুর মচাশিংনা অরুবা শিনফম পাইবা অসি মতাং চাত্রি। অরুবা শিনফমগী অকুপ অত্তা অসি নখোইদা মতম চংনা ঐখোই-না তাকপি-তিকপিবা তারিবনি। হিরম অসোমদা ঐখোইনা নখোইবু তম্বিবা হোরগা থবক অসিদি চহি য়াংখৈগী মতুংদা হৌগনি চহি য়াংখৈগী মতুংদা নখোইবু তম্বিবা হৌরগা, নখোইনা পারা ফাবদা চহি চা কয়া চংগনি হায়বা ৱাকম অদুসু ঐখোয়না লেপকদবনি।

স্পীনিং মিলগী ৱাকম অসিদি ওস্পোক্রা লুখ্রবা ঙাংনি। লংগী কারখানাগী ৱাকম অসি অঙকপা ফংখ্রবা ঙাংনি। ৱাকম অসিগী মতাংদা নখোইসি ঐখোইনা মহুদা ফাওবদসু থল্লোইদৌবনি নখোইগীদমক ঐখোয়না করি অমত্তা ৱাৎহন্দেনা ঐখোইনা তম্বিবদগী নখোইসু নশামক্লা নখোইগী য়োনথমগী ফুরিৎ, ফেজোম অমসুং ইন্নফী লংখোক-খ্রবনি। ঐখোইনা তাকপিবগী মপান্না, নখোইনা ঐখোইগী তেরেলিনগী খোঙ্গ্রাও ফুরিৎ অমসুং

ইন্নরিদা ইরাকরিবহুনি। নখোইগী মুপীশিং অসিদি পারা কাবা গুকতম ওমদে। মরম অসিনা অপাংবী-শিংগীদমক ঐখোইগী থম্মোই অসি কাম্নরবনি অহুবু চহি থরা অসিগী মনুংদা তমবীবা পাম্না কারকথিগনি অমসুং নখোইগী য়োমথমগী ফনেক অহু খোংবান্দা লংথখো। ! মুপাশিংনা ঐখোইগী তেরেলিনগী খোঙ্গাও অমসুং ফুম্নিৎ শিজিন্নবা মারগা, নখোইগী মুপীশিংনা তেরেলিনগী ছাড়ৌ শেংপা কৈদৌনা য়ারোইদগে ? মুপি অমস্থু মুপাগী ইকেল রাইত মণিপুর মুপীশিংনা কাওবোইদ্রনি। হৌজিক অসিদি তেরেলিনগী যুগনি, লশিংগী ফুম্নিৎ, খৈ-জোম অমসুং খোজাওগী যুগ লোইখ্রবনি। অহুনা নখোইগী মণিপুরদা লংগী কারখানা লিংখৎপগী অম্নাবা মাথন অহু নখোইগী নৌরিবা থোপ অহুদা চংহনফম থোক্কে। নখোইগী মণিপুর মুপাশিংনা অরানবা অসিবু চুমথোক্কদবনি। নখোইগী অরানবদি নখোইনা চহি অমদা ঐখোইগী তেরেলিনগী কারখানাশিংদা লুপা লাখ কুন্থ্রাতা কংলিবা অসিনি। অরানবা অসি কুমশি চুম-থোক্লদগবনি। থা অসিগী মনুংদা নখোইনা ঐখোইগী তেরেলিনগী কারখানা ময়াম অসিদা লুপা কোতি অনিগী চাংদা কৎবদবনি। পোং তাংবা অসিনা মরম ওইহুনা ঐখোইগী তেরেলিনগী কারখানা ময়াম অসি য়াম্না চোকথরে। ঐখোইগী খোম্থেদা লৈরিবা তেরেলিনগী কারখানা ময়াম অসিদি মণিপুর মচা নখোইগীনি। চাইনা অমসুং পকিস্তান্না তাবাক পায়হুনা ভারতকী শনখোং লানশিল্লকদৌরবা পুংজা অসিদা করিগীদমক ন-খোইনা নয়াম্বা ঐখোইবু মতেং পাংলোইদৌরি-বনো ? য়েক্নবা চাইনা অমসুং পাকীস্তানন্থু মাইথিবা পিবা ওম্নবগীদমক নখোইনা নয়াম্বা ঐখোইম্ন য়োকথৎকদবনি অমসুং ঐখোইগী তেরেলিনগীদমক নখোইনা চহি থুদিংগী লুপা কোতি অনি পিগদবনি।

ঐখোইনা নখোইগী দমক্তা য়াম্নিবসিদি তমহুনা লোইপোৎ নত্তে। ঐখোইদি মীয়াং থাংবা ওমদহুনা লমজা পুরবনি। নখোই মণিপুর মচাবু মতিক চানা চাওথৎহনগদগে হায়বা শেংথ্রবা মাথন অসিদা ঐখোইদি মিকুপ অমা কাওবা পোথাফম থংত্রবনি। নখোইনা করিগীনো লোকতাক প্রোজেক্তী মা তাংলিবশিবো ? লোকতাক প্রোজেক পায়থৎলগা নখোইগী করি কাম্নগনি ? লোকতাক্তগী নখোইনা হৈকক ফংলিবা অহু নখোইগীদি নরাইবক্ত্রম ফমনথ্রবনি। লোকতাক অসিদি পাথংবগী থুবমনি। মসিবু শিন্তোকলুরবদি নখোইগী মণিপুর অসি থুস্তাক লানশিনবা শোয়ত্রবনি। লোকতাক অসিদি নখোইগী মণিপুরগী চাওথৎচফমনি। মসিগী ইমাই কোল্লিবা ঈশিং অসি খোরদাক্তা চিথখ্রবদি, লোক্তাক্তী ফজবা পুম্নমক মাংখ্রগনি। নখোই মণিপুর মচানা লোক্তাক্তা থজিক্তং নমিৎ থানা য়েংলুবদা নখোয়গী নমিৎ অহু নোংদা লাইরেন পাথংবনা কোথোকথিগদবনি। নখোইনা লোক্তাক্তা লংজগনু ; পাথংবদা লংজবা তাগনি। লোকতাক প্রোজেক্তী মহুম্তা, নখোই মণিপুর মচাশিংগী দমক্তা ঐখোইনা বোরাক প্রোজেক অসি পাই থৎপিরগনি। বোরাক প্রোজেক অসি পাঙথোক্ল-বদি, ঐখোইগী কাওবুশিংনা থুন্দারিবা কাছাড়গী শরুক মখৈ অহুদা কৌথোক্তী চাং অসি শরুক য়াংখৈ হেনগৎকনি। ঐখোইগী কাওবুশিংগী মুঙাইবা হায়বা অসিদি নখোইগীগু য়াইকনবনি। বোরাক প্রোজেক অসিনা লোইরকপা মতমদা,

নখোইগী জিরিবাম সর্বদিভিজন পুম্নমক অসি ঈশিংবা পুমথুব থুমথ্ গনবনি। জিরিবাম অসিনা নখোইগী মণিপুরগী অনিগুবা লোকতাক ওইরগনি। লোকতাক অমখক্তং লৈজবগীদমক নখোইগী মণিপুরদু পৃথিবীনা শিংখানরিবনি। লোকতাক-অনি গুরবদি, নখোইগী মণিপুর অসি পৃথিবীগী স্বর্গ ওইরক্কদবনি।

কাংলুপশিংগী মরক্তা য়েংথিনবা হায়বা অসি মহাত্মা গান্ধীনা য়াম্না তুক্কচরম্মী। কাংলুপশিংগী মরক্তা পুকচেন খোইজেন তিম্নবা অসি মানা তশেংনা পামজরম্বনি, মানা কম্যুনেল হারমোনিবু পুজা তৌরমই। মতুংগীদমক মহাক্না মথরাই কংথিবনি বাপুজিনা মমল য়ামখ্বা পাওতাক অমসু নখোই মণিপুর মচাগী নৌরবা থোপ অতুদা ফংবা ঙমত্রিবনি। অসিগুম্বা পাওতাক অসিগী মগুণ খংবা ঙমত্রিবা অসিমক নখোই মণিপুর মচাশিংগী খ্বাইদগী চাওখত্তবগী থুদমনি। নখোইগী শেঙ্গাওগী মপাল অতু ঐখোইগী চিনি অঙৌবগী কারখানাশিংনা তাংলিবনি। অমগী মপান অমনা তাংবা অসিনা নখোই অমসুং ঐখোইগী মরক্তা কম্যুনেল হায়বসি লৈরিবনি। নখোইনা শেল থাংদোক্লি; ঐখোইগী কারখানাশিংনা চিনি অঙৌবা পুথোকলি। মণিপুরশিংগী শেলগা লক্লোগী কারখানাশিংগী চিনি অঙৌবগা ওন্নবগী ৱাকমতনি; ময়াম্বনা মনাওগী মপান তাংবগী ৱাকমনি। মচিন মনাওশিংগী মরক্তা লৈনরিবা পুকচেন খোইজেন তিম্নবগী থাজখ্বা ৱাখল অসি মণিপুর মচা নখোইনা মাঙহন্নবা হোৎনরিবসি য়াম্না লানবনি। চিনি অঙৌবগী কারখানা লিংখৎপগী ৱাখল অতু থাদোকখ্উ। নখোইদি চিনি অঙৌবা য়াম্না চাগদবনি। মতুঙদা, ইস্কাল অমসুং লক্লোগী চিনি মরি অসি হায়দনা চাংবগী শরুক চাদা হেন্না চেংশিন্নবা য়াগনি। মণিপুরগী শেল অমসুং লক্লোগী চিনি অঙৌবগী মরি অসিদি মচিন মনাও অনিগী মুংশিনবগী চেংখ্বা মরীনি। মণিপুরদা চিনি অঙৌবগী কারখানা লিংখৎপগী ফত্রবা ৱাখল অসি থাদোক্লগা; মণিপুরনা শেল পিরুনা অমসুং লক্লোনা চিনি অঙৌবা হেন্না পুথোক্লুনা লমদম অনি অসিগী চান্নবগী মরী অসি চেংশিনহনগদবনি।

চহি মঙা তরা অসিদা নখোইগী থুং-শা ৈহবগী শিনকম চাওখৎহনবনি হায়দুনা য়ুমদোনদগী লাওরিবা অসি ঐখোয় ময়াং ওকোসারশিংগী নাকোংদা ৱাশাংনা কনবগুম থোকই। মণিপুর অসি ভারতকী মচেৎ অমনি হায়বা ৱাকম অসি নখোইনা, নাওগুমদসু কমুংদসু মোংকমদসু কাওরোইদোবনি। নখোইনা শেল পুথোকপা অমসুং মণিপুরগী মপানগী কারখানাশিংনা কী-রোন ১সুং পোৎ-চৈ থাংদোকপা মশানা তাবা ৱাকয়নি, নোংখক্তা থুমিৎ খোকপগুম্বনি নখোইগী শেলগা ময়াংগী কিরোন অমসুং পোৎ-চৈ মতুং ওন্নবা হায়বা অসি, অদুনু নখোইদি অয়ানবা লম্বিদা নখোং থাংজিনবা হৌরে; মণিপুর মনুংদা বিলামাত্তিগী কারখানা লিংখৎপা ৱাখল থনবা হৌরকলে। অমাংবা ৱাখল অসি নখোইগী থম্মোইদগী য়াম্না থুনা লৌথোকউ। অসিগুম্বা ৱাখল অসিনা নখোইগী নৌখ্বা থোপ অতুদা চাখৎপা হৌখ্বদি, মণিপুর মচা নখোয়শি চাওখত্তবগী নমখিকোমদা গুকশোই শোয়দনা নরেপ থুম্না পুথ-

খুৎপদবনি। নখোইনা পাম্বা বিলামতি পুম্নমক অহু বোম্বেদগী লৌরগা শ্রীল শ্রী ১০০,০০০ যুক্ত কস্তুরিচান্দ রাই বহাদুরনা রাত্তনবা নখোইদা পীবিগনি। রাই বাহাদুর কস্তুরি লৈরিঙৈদা মণিপুর মচা নখোইনা বিলামাতিগীদমক করিগী শুংনাং লুরিবনো ?

পংলাওতা লাওবদি য়াপোৎ নত্তে। মণিপুর অসি ভারতকী মচা অমা ওইথিবা অসিদি চহি কুন হেল্লক্লবনি। মতুদা নখোইনা নখোইগী মণিপুর অসিসু ভারতকী মচেৎ ওইনা খনবা ঙমত্রি। মসিদি নখোইগী থোপ্তু ফংলিবা থ্বাইদগী চাওথ্রবা লাইনা অমনি। অসিগুম্বা লাইনা অসি চহি তরামুক অসিদা য়াম্না কন্না ফুদোকলক্লি অমসুং মণিপুরগী মপান্দা ফোংদোকপা অসিসু মণিপুর মচা নখোইনা থিংনবা হোৎনরি। ভারত মচা কোটি ৫৫ অসি মণিপুর মচা লাখ তরা নখোইগী নচিন ননাও ওাক্কনি। নখোইগী চেংদি ভারত মচা কোটি ৫৫ অসিনা কাওবা ঙমত্রবনি। মখোই ময়াম অসিনা নখোইগী চেংগী অঙকপা মহাও অমসুং সুংশিথ্রবা মনম অহু কদোঁঙৈদসু কাওরোইদবনি। নখোইগী চেং চাবা ফংবদগী নখোইগী নচিন ননাও ভারত মচা কোটি ৫৫ অসি মপাঙ্গল অমসুং মথৌনা হেনগৎলক্লবনি অমসুং য়েক্লবা চিনা অমসুং থাগৎবু কিরক্রবনি। ভারতকী মঙল ওইনবগীদমক্তা মণিপুরগী ফৌ পুম্নমক অসি ভারতবর্ষগী মফম থুদিংমক্তা য়েম্মোককদৌবনি। মণিপুর অসি ভারতকী মচেৎ ওইবা মরম্না মণিপুরগী ফৌ পুম্নমক ভারত মচা কোটি ৫৫ অসিনা চাফম থোক্না চারিবনি। অহুগা করিগীদমক নখোইগী নপুকনিংদা কলক কল্লাওবগী অমোৎপা রাথল পোকহল্লিবা ? মণিপুরগী মপান্দা ফৌ থাদোকপা থিংননবা হোৎনগে খল্লিবহু ঙোকউ। অহুগা পাওতাক অ-সু পীবিগে। নখোইনা চহি থুদিংগী মণিপুরগী মপান্দা থারিবা ফৌগী চাং অহু য়াম্মনদে। ফৌগী চাং য়াম্না হেন্না মপান্দা পুথোকহনথরো। মণিপুরগী অম্সুক হাওবা অমসুং অম্সুক মনম সুংশিথরবা ফৌ অসিগী চেংসি অম্সুক চাওখত্তবা মণিপুর মচা নখোইনা চাবা হৌনব্রা ? চহি অমগী ফৌথোক পুম্নমক মপান্দা থাদোকখরবসু, মণিপুর মচা নখোইদি চরা হেল্লোয়। নিংথম-থাগী অকায়বা থুনিংতগু চিনি চাই, লাইনা য়াৎপা খয়াংনবু অচাপোৎ চাবা ফংদবা হৌনব্রা ? নখোইগী মণিপুর অসিদি সনা লৈবাকনি অমসুং মণিঙাক্তগী পুক্লৈমি। মরম অহুনা নখোইদি চাক চাগনু সনা অমসুং মণি ফক্তনা চাও।

---

# চোইরোল

অচৌ তোইজাম্বা

তাং ২৩, সেপ্টেম্বর, ১৯৬৯ মণিপুরী জাতিগী খুন্দগী ইকাইবা পিখিবা অমত্তুং মমাল্লবা অতৈ জাতিগী মমাংদা মমাই ফিরুক থুমখিবা ত্মুমিংনি। তুমিং অসিদনি শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীনা মণিপুরীশিংবু চাওখৎপগী মঙাল ফংজিনবনি হায়খিবা। ইন্দিরাজীনা হায়খিবা "নখোই লৈবাকমচা তাবা জাতি অমগী মতমচৎ চৎকদবনি" ( You must behave like a civilised people ) মহাক্কী ৱাহৈশিং অসিগী তশেংবা অর্থদি "নখোয়শিং অসিদি চাওখৎপগী মঙাল চান্নবা ফংজিবা অচু-শুম্বা কাংবুনি। মরম অসিনা নখোয়না তঙাই ফদনা চাওখৎপগী মঙাল ফংননবা হোৎনখো. নখোইনা চাওখৎপগী মঙাল মপুং ফানা ফংলবা মক্তদগী, মচুনা ওইবা য়াবা নত্তে। চাওখৎলবা কাংবুগী লমচৎ অচু নখোইনা চংখোল্লা তমখিগ-দবনি। মচু তম্বা লোইরবা মতুংদা, অচুশুম্বা ফজবা লমচৎ অচু নখোইনা চৎপা হৈগদবনি।"

ঐখোয়দা ইকাইবা পীখিবা অসিগা চপ মান্নবা অমা, শ্রীনেহরুনা ১৯৪৪ দা কোহিমাদা, নাগা জাতিবু ইকাইবা পিখি। মহাক্কী ৱাহৈশিংদুদি "চাওখৎলবা জাতি অমনা তৌবা হৌনবা মওংদা মতৌ করম্বা শাজৎ চৎকদগে হায়বদু নখোই খংদ্রে" ( You do not know how to behave in a civilised manner )"

প্রধান মন্ত্রীগী ৱিংথেংদা চাওখৎপগী অর্থ অসিদি ওয়াকপা মুংঙাইরবা মওং অমনি। ভারতকী অচৌ অচৌবা সহরশিংদা, ছাত্র কাংবু কাংবুনা পুলিস ময়ায় তুমিং থুদিংগী হাংনবা, শুনবা, শোক্নবা য়াওরিবসি মহাক্কী মমিত্তদি চাওখৎপগী থুদম্নী। ইম্ফালদা ঐখোয়গী ছাত্রশিংনা সি: আর: পি: অমকপু মকোক থুগাইবা ওমহোদবা অসি ঐখোয়গী চাওখত্তবগী থুদমনি। শিরসেনা, লচিত সেনানচিংবা সেনা কয়ানা তুমিং থুদিংগী মীগী মমুম কয়া মৈ থাদুনা পোৎ চৈ কয়া মাংহল্লিরা অমদি পুন্সি কয়া মাংহল্লিবা—ইন্দিরাগী মমিত্তদি চাওখৎপগী লংলবা থুদমনি। মহাক মখামকপু হৌখিবা ইলেক্সনদা মুংনা থাদুনা ঈ তাহনখিবা অচুম্ব চাওখৎপগী থুদমনি। সেপ্তেম্বর তারিখ ২৩ গী থোদোক্কুদা, সি: আর: পি: অমতা শিখিদবা অদুগা য়ুম ৈম অমতা চাকখিদবা অচু চাওখত্তবগী থুদমনি।

ইন্দিরানা হায়খি "মশাগী সহর অমমুং মরৈবাক্কী থবক শিনবা হৈবা জাতিগী লমচৎ অচু নখোইনা চৎকদৌবনি। ( You must behave like people who know how to handle the affairs of their City and their State ) মণিপুর সরকারগী মপানগী ওফিসারশিংদগীনা চম্পাসী ফাওবনা শেঙ্গা থুমজাগী থবক তৌরগা হেন্না ৱাংবা ফম কারিবা অসি মখোয়না থবক শিনবা হৈবগী অদংবা থুদমনি।

মণিপুর সরকারগী মণিপুরী ওফিসারশিংনা শেঙ্গা থুমজা, হাবী জাবীগী থবক্তা করিমত্তা হৈত্রিবা অসিনা—মণিপুরী জাতিনা লৈবাক ভাকপা হৈতবগী খুদমনি। শিব-সেনাগী খোল্লাও "মহারাষ্ট্রদি মারাঠিগী ওইগদবনি" লচিত সেনাগী "আসামদি আসামীগীনি" হায়বশিং অসিবুদি লৈবাক ভাকপা হৈবগী খুদমনি হায়না লৌবিরগা মণিপুরগী মপানদগী লাকপা ওফিসারশিংগা চায়না লৈমিন্নরীবা অসি মণিপুরী জাতিগী লৈবাক ভাকপা হৈতবগী খুদমনি। ভারতকী মকম কয়াদা মরুওইনা মহাত্মা গান্ধীগী পোকনফম লমনম আহম্মাদাবাদতা হিন্দু মুসলিম য়াম্নবা অতুদি চাওখৎপগী খুদম ওইনা উরগা, মণিপুরদা গান্ধি সেন্তিনারী সভা কয়াদা মীয়ামনা গান্ধিদা কৎলিবা শ্রদ্ধা অসিনা চাওখৎপগী মঙাল উদবগী খুদমনি। ইন্দিরানা হায়রম্মী—"নখোইনা চাওখৎপগী হিরমদা ঐখোয়গী মত্তেং পাংথ্রবদি অমত্তং অচেৎপা পথাপকী লিচিং অমগী মতুং ইন্না চৎথব্রদি নখোয়দি কৈদৌঙৈদম্ব চাওখৎলরোইদবনি (You cannot have progress until you are going to co-operate in the progress and put in an effort with discipline) ভারতকী অতৈ লমদা চাওখৎলিবা অসিগুম্না চাওখৎনবা মণিপুরগী মপান্দগী লাকপা ওফিসারশিং অসিনা হোৎনরক্রিবা অসি চহি কুননিথোই মপুং ফারে--অদুগা অমুকন্তু থর হেন্না থুনা চাওখৎনবা হায়দুনা মপান্দগী ওফিসার তেঙ্গোন অমত্ত থুংলরগনি হায়বা পাওস্তু নিনফুং নিনফুং হাদবা নত্তে।

মপান্দগী লাকপা ময়াং ওফিসারশিংনা ঐখোয়দ চাওখৎপগী পারা তথীন্নিবা অসিদা ঐখোয়না মত্তেং পাংগদবনি অনম্বুং মতু খংনবা কন্না হোৎনগদবনি হায়না হায়রম্মী। মথা তানা মহাক্না হায়রম্মী, "মণিপুরদগী লাইরবা হায়বা অদু তানথোকখিবা য়াননবা অমম্বুং ভারতবর্ষবু চাওখৎহননবগী শিন্থা য়াওবা ওমহন্ননবা মণিপুরী মহারোলশিংদা অনৌবা মথলগী খুদোং চাবা পীননবা মণিপুর মচা নখোইনা থোইদোক হেন্দোক্না নখোয়গী মরক্তগী দায়ীত্ব মশক খংবা মীশকশিং অদুনা চাওখৎপগী থবক অসিদা ঐখোয়বু মত্তেং পাংগনি হায়না ঐনা আশা তৌই (I hope that the people of Manipur, those of you who are responsible, will co-operate in this so that poverty can go from here and new opportunity is given to the young people of Manipur to play their shave in taking her forward). ভারতকী অতৈ মফমদা কাংলূপকী য়েংথিনবা, লম লমগী ওইরা অপিকপা ব্রাথল অদু মণিপুরগী প্রজাশিংনা খন্থরুবা ফাওবা ঙমদে। অদুবু মণিপুরদদি মণিপুরী মুসলমান অমম্বুং মণিপুরী হিন্দু অনি অসি চক্কি চা কয়াদগী পুংশিনদুনা লৈরকই অমম্লুং তুং ফাওরা লৈথিগনি। মপানগী ওফিসারশিংনা শেঙ্গা থুমজাগী লাংদা মণিপুরগী চাওখৎনবা পাম্বৈ উবা ফংথ্রবস্তু মণিপুর সরকারগী মণিপুর ওফিসারদগী হৌরদুনা চপ্রাসী ফাওবনা শেঙ্গা থুমজা হৈনদে অমম্বুং মখোয়গী চাওখৎপগী লাংদা থুরুবা ঙমদে। অহানবা কাংবু অসিনা চাওখৎপগী মপান উৎপাদবদগী ঐখোইদি চরা অনি গুনা চাথ্রবনি অমম্লুং মত্তুগা লোইননা তুম্বগী চাং অদু য়োৌরক লবনি। ঐখোইনা জাতি অমা ওইনা হিংবা

তায়বদি মীশি চাওবৎপগী মমিনা ওইবা রায়োই মণিপুরগী সংস্কৃতি, সভ্যতা অমসুং ইতিহাসনা উৎলিবা চাওবৎপগী লম্বীদা খোং থাংজিনবা তাবনি।

অমুকস্সু হন্না হায়খীরম্মী, "এরোড্রোমদগীনা মকম অসি কাওবদা খেৎলিবা চে-শিংদা অমসুং ঐখোন্দা পাখোকখিবা চে অমুদা য়াওখিবা দাবী-শিং অমুগী মরক্তগী দাবী অমদি ষ্টেটহুডকী দাবী অসিনি। মপুং ফাবা ষ্টেট অমগী অমাম্বা দারি-শিং অমু নখোয়না পুজবা ঙমগনি হায়না থনত্রা ? নখোয়গী দাবী অমু মী অতৈবু থংহন্নিংলবদি অমুগুম্বা দাবী অমু মতৌ করম্না পুথোক্তনগে হায়বা অমু নখোয় খংগদবনি। ( One of the demands that has been made before in the address that has been presented to me and as I was coming along the route from the air port to here was the demand for statehood. Do you think that you are responsible enough to have a full statehood ? If you want people to listen to some demands, you must know how to present the demands ).

রাকম অসিমক পুমলান লাক্লবা অমসুং ভাবদা হুনত্রবা রারেম্নি। জাতি অমনা মতিক চাবা নত্রগা চাদবা অসি জাতি অমুমক্তা লেপচগদবনি। মতোম্না মীওই অমনা লেপ্না হায়বসিমক অর্থ থোক্তবা রাকমনি। ভারতবর্ষ নীং তমজিনৈদা মতিক চাই নত্রগা চাদে হায়বমু ভারতমচাশিংনা দগংরিগা অসিনি। কাওবা বৃটেনগী প্রধান মন্ত্রী উইনষ্টোন চর্চিল কাওবা মম্না কুমখিত্রবা অমুনি। মণিপুরী জাতিনা ষ্টেটহুড পাম্বী নত্রগা পামদে হায়বদি ইং ১৯৪৭ তা মণিপুরী প্রজানা উৎখত্রবনি। প্রজাগী খোজেম্না ঈশ্বরগী খোজেল ওইবনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা মণিপুরী জাতিদা মপুং ফাবা ষ্টেট ওইহন্নুনা, গণতান্ত্রিক সমাজ অমা লিংখত্তুনা মীখল তৌদুনা অমসুং সরকারস্সু শেমখি। অমুবু ভারত সরকারনা মণিপুরগী মহারাজ বোধচন্দ্রবু সিংহাসন-দগী চিংথখি ; মণিপুর প্রজাগী সরকারবু থুগাইখি, মণিপুরগী গণতান্ত্রিক সম্বীধান অমুবু শেগাইখি অমসুং মণিপুর জাতিগী মথুঙগী ষ্টেটহুড মুন্দুবা তৌখি।

ঐখোয়না অমুকস্সু হন্না হায়রিবসিনি— ঐ-খোইদি ষ্টেটহুড কংলম্নবনি অমুবু মতুগী মতম্তা কাংদ্রবা মীনাই নাইথাংগী শাসন মথং অসি হোংদোকপিদুনা মশাগী হাম্নগী লৈজরম্নবা রাজম-ত্তুবু পীবিয়ু হায়রনি।

মহাক্কী রাঙাংশিংদগী থাইদগী জেন্না শুঙাইবা মতাংদি "নখোইনা ঐহাক অসি কনানো হায়বা খংজে, মরম অমুনা ঐনা নখোইদা তাক্লিবসিনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঐহাক অসি নোংমৈ মরু কয়া থবাক লোংনা য়ারক্লবনি, ইংরেজশিংগী ভেন্জোল কয়া খেংনরক্লবনি, হুম্ন খেংনরক্লবনি, অমুবু মখোয়না ঐবু কীহনবা ঙমখিদে। ( you do not know what sort of a person I am ? So let me tell you that from my childhood I had faced bullets, I had faced poison, I had faced the British Army and they had not been able to frighten me )" মতাং অসিদা

থুংওাইরিবা "মণিপুরদা হৌজিকমক ষ্টেটহুড পীবা য়ারোই" হায়না ইরিবা পাওজেল চে ষ্টেসমেন হায়বা অহুদা মহাক্কী য়াকমশিং অসি লোইনমক লৌবা য়াত্রবনি হায়না ইথিরবহুনি। শ্রীমতি গান্ধিনা লাপ্পমক ওইরবসু ইংরেজ সিকায়শিংগা মায়য়োক্নবা লৈখিত্রি, করিগুম্বা লৈরম্বা ভারবদি অচৌ অচোবা সভাশিংদা ওইরম্বা য়াই অহুগা ভারতবর্ষগী অকনবা আন্দোলন মতম অহুদা ইরেজশিংগী বিশ্ববিদ্যালয়শিংদা মীং চন্নবগীদমক্তা কোইচেন চেনবা মতমনি হাংনা সন্তোষ চেত্তজি হায়বা নিপা অমনা ওক্তোবর তাং ৪ গী চেকোংহুদা ইথিরবহুনি।

মহাক্কী য়ারোল পুন্নমকশিং অসি লৌবা য়াদবা অর্থ খোক্নবা চোইরোল নত্রবদি করম্বা য়ামী ভাগদগে। লৈবাক অমগী প্রধান মন্ত্রীনা মাগী প্রজাদা ভাংবদা অন্নক্কী মতিক খীবা য়াহৈ শিজিন্নবা পৃথিবীগী ইতিহাসনা লৈরিবমখৈ অহৌবা অমসুং অয়োইবা ওইহুনা লৈহৌরগনি।

---

# শুনিঙাই লৈতবা মণিপুর

এম ইবোতোন সিংহ

লৌউবগী থবক চাওথংহনবগা লোয়নননা থুং-শা হৈবগী থবকসু চাওথংহনবা ভাই। অওইবমকসু লৌউবা চাওথংপনা থুং-শা হৈবগী থবকসু চাওথংহল্লি, মরমদি এগ্রিকলচরনা ইন্দষ্ট্রিদা রো মেটরিয়েল অমসুং মার্কেট পী। মণিপুরদা প্রাইভেট এনটপ্রেনরশিপ য়াম্না ভাঙবা মরম্না মণিপুরগী ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেসনগী মতাংদা সরকারনা অচৌবা থৌদাং অমা লৌবা ভাই। হিরম অসিদা সরকারনা লৌথংপা য়াবা মরুওইবা থবক্তি (১) শিল্প চাউথংনবগী য়ুম্ফম—ট্রান্সপোর্ট, টেক্নিকেল মেনপবার, পবার সপ্লাই, এসেন্সিয়েল রো মেটরিয়েল—শেম্বা; (২) ইন্দষ্ট্রি চাওথংপদা মতেং পাংনবা সংস্থান বেঙ্ক, ফাইনান্স কোর্পোরেসন ডিভেলপমেন্ট কোর্পোরেসন, কো-ওপরেটিভ শোসাইটি শেম্বা; (৩) অথম্নবা ইন্দষ্ট্রি থরা লিংথংলগা মখোয় অহুবু প্রজানা ভমজবা য়াবা মওংদা চালাইবা। অসিগুম্বা থবকশিং অসি সরকারনা লৌথংপিরবদি প্রজাশিংনা ইন্দষ্ট্রি লিংথংপদা য়াম্না মতেং ওইগনি।

মথংদা মণিপুরদা করম করম্বা ইন্দষ্ট্রিবু থৌগৎকদগে হায়বহু অমুক য়েংশি। মসিগী লমজিং ওইনবা ওবজেক্টিভ ক্রাইটেরিয়া অনিথক থম্বা ভাই—(১) ইন্দষ্ট্রি অহুগীদমক্তা লৈবাক অসিদা খোকপা মচাক ফংত্র হায়বা অমা; (২) লৈগাক অসিদা লৈবা মীশিংনা ইন্দষ্ট্রি অহুগী পোং পায়বরা হায়বা অমা. করম্বা ইন্দষ্ট্রি লিংথংকদগে হায়না থম্নবা মতমদা মথক্কী ক্রাইটেরিয়া অনি অসি দরকার ওই মরমদি (ক) লম্বী খোং ফত্তবনা মরম ওইহুনা

অরাধা অমসুং অচৌবা য়ো মেতরিয়েল মণিপুরদা পুথিবদা অমসুং অথোকপা পোৎ লৈবাক অলিদগী পুথোকপদা অরাবা য়াম্না নংগনি; (খ) মণিপুরদা নৌনা লিংখৎপা ইন্দষ্ট্রীনা হায়া লিংখৎখরবা মপানগী ইন্দষ্ট্রীশিংগা কম্পিট তৌনবদা য়ানা থোকনি। অদুবু হৌজিকমক মপান্দা পোৎ থাদোকপা ওয়া ইন্দষ্ট্রী খরম্থ লৈরি। অসিগুম্বা ইন্দষ্ট্রিশিং অসিগী ফিভম ফগৎহন্দুনা মপালগী মার্কেট অসি ঙাক্লনবা অমসুং চাউথোক্লবা হোৎনরগনি।

মরম পুম্নমক অসি য়েংলগা মণিপুরগীদমক্তা হৌজিক হৌজিকমক রিকোমেন্দ তৌবা য়াবা ইন্দষ্ট্রি মখলদি মথাগী খর অসিনি।

(১) লোউবগী মচাক পাবা অমসুং লোদগী থোকপা পোৎ শেমদোকপা ইন্দষ্ট্রি খুদম—কেমিকেল ফার্টিলাইজর, চেং হরাই অমসুং য়ামগী ’মিল অসিনচিংবা।

(২) জঙ্গোলদা থোকপা পোৎনা য়ুমফম ওইবা ইন্দষ্ট্রী—খুদম হোরাই থায়বা, উ-গুবা, চে-শাবা অসিনচিংবা।

(৩) লৈপাক্তগী থোকপা পোৎনা য়ুমফম ওইবা ইন্দষ্ট্রী খুদম—চেক শাবা বিলামাটি শাবা অসিনচিংবা।

(৪) লাইট ইঞ্জিনিয়ারিং ইন্দষ্ট্রী—খুদম হয়াগারী পানখৎপা অমসুং শেম্বা সাইকল শেম্বা অসিনচিংবা।

(৫) বিল্ডিং হাউসৱেয়ার—খুদম বল্ট, নট, য়োৎপীনচিংবা শাবা।

(৬) অতোপ্পা ইন্দষ্ট্রিগী মচাক থোকহনবা ইন্দষ্ট্রী—খুদম লং নাইনবা মিল।

অনৌবা ইন্দষ্ট্রিশিং অসি লিংখৎপগা লোয়ননা মমাংঙৈদগী লৈবাক অসিদা লৈরম্বা ইন্দষ্ট্রি—কিশাখা, খাদী অমসুং খুদক্কী ইন্দষ্ট্রিশিংবু শেমগৎতুনা অনৌবা পুন্জি অমা পীগদবনি।

মতৌ অম্বা অনৌবা ইন্দষ্ট্রি লিংখৎলবা অমসুং অরিবশিংবু শেমগৎলবদি খুৎশা হৈবগী থবক্তা মী য়াম্না থবক পীবা অমসুং শিল্পগী পোথোক চেনগৎহনবা য়াগনি। অদুগা ইন্দষ্ট্রিদা থবক পীবা ওম্বগী শক্তি হেনগৎলকপগা লোয়ননা লোউবগী থবক্তগী খুৎশা হৈবগী থবক্তা লৌমী খরা পুথোক্লবা হোৎনগদনি। অম্বৎ তৌরবদি শিল্পদা থবক শুবিনবা মী য়াৎলোই অদুগা লৌউবগী থবক্তা হৌজিক মী য়াম্নদুনা লৌমীনা মতিক চানা লৌউবা ফংদবগী অরাবসি কোকহনবা অমসুং মসিগা লোয়ন লোয়ননা লৌমীগী আয় হেনগৎহনবা য়াগনি।

এগ্রিকলচরদগী ইন্দষ্ট্রিদা য়ার্কর ট্রান্সফার তৌবা তারবদি লৌউবগী পোথোক মতিক চানা হেনগৎহন্দবা য়াদে। লৌউবগী থবক্তা লৈহৌরিবা য়ার্করশিং অদুনা মখোয়গী দরকার ওইবা পোৎথোকহনলত্তা নত্তনা ইন্দষ্ট্রিদা চৎখ্রগা য়ার্করশিং অদুগী চিন্নাকসু হুনবা তাই নত্রবদি চৎখিরবা য়ার্করশিং অদু লৌউবগী থবক্তা অমুক হন্নকনি।

লৌউবা অমসুং খুৎশা হৈবগী থবক চাউখৎলবা ১সুং মখোয়গী পোথোক হেক্সৎলবদি পোৎ পুথোক পুশিল অমসুং লম্লোন ইতিক্তী থবক, বেঙ্ক ১সুং ইন্সিওরেন্স অদুগা পব্লিক সার্ভিস চাওখৎলকপদি মশানা ঙাজবনি। অতোপ্পা য়াহৈদা হায়গা প্রাইমারী অমসুং সেকেন্দরী সেক্তর চাওখৎলকপগা লোয়ননা টরসিয়ারী সেক্তরসু মরাইনা এক্সপান্দ তৌজরকনি

অমসুং মসিগা লোয়ননা সেক্তর অসিদা মী য়াম্না থবক পীবা ওমগনি।

অসুম্না মথং মথং চাউথোরক্লিবা থবক্কী খুদোং-চাবা মপুংফানা লোগে হায়রবদি নহারোলশিংগী পুক্নিংদা অহোংবা অমা পুরকপা তাই। হৌজিক্কী মতমদা নাহরোলশিংনা মশা নাম্না ওবা য়াবা থবক্তবু (white colour jobs) পাম্মে অদুগা মোংনা ওবা থবক (Industy and agriculture) পু তুক্চনৈ। মাসি থাদোক্কদবনি। চাওথংপা সমাজ অমা শেম্বদা থবক খুদিংমক মাগী মাগী মতিক চাবা থোদাং অমমম লৈ হায়না খন্দুনা থবক মথল খুদিংমকপু ইকাই খুম্নরবদি থবক ফংদ-বগী অরাবা কয়াসু কোক্কনি।

মথক্কী থোরাং পুন্নমক অসি পাওথোকপগা লোয়ননা হৌজিক হৌজিকমক খম্নহৌদবা য়াদবা য়াফম অমদি—থবক্কী মরীদা মণিপুর মচাশিং স্বার্থ ওাকপনি। হৌজিক্কী মতম অসিদা মপান্দগী লাকপা মীনা মণিপুরগী শাসনগী চুপ্পি পায়রবা অমসুং ঐখোয়গী লৈবাক্কী লুচিংবা ওইবিরিশিংনা খওদবদ-গীরা নত্রগা পাওদবদগীরা তুমিন্না লৈথোকপিবা মরম্না মতিকচাবা মণিপুর মচা লৈরবা কাওবদা মপান্দগী লাকপা মীওইশিংবু লৈবাক অসিদা থবক পীরি। করি অমুক হায়গনি, ডিপুটেশ-নিষ্টশিংগী ফম ওাকনবা হোংনবদা হায়ম্না থবক তৌজরম্নবা মণির মচাশিংবু সরকারগী থবক্তগী লোথোক্লি। মাসি ঐখোয়গী লৈবাক্কী য়াম্না অমাওবা অমনি। অসিগী মথক্ত মণিপুর অসি ইউনিয়ন টেরিটরী অমনি হায়রুনা মণিপুর সিভিল সার্ভিস অমসুং মণিপুর পুলিস সার্ভিসকী পরিক্ষাদা ভারতকী নাগরিক পুম্নমকপু কোম্পিট তৌবা য়াহনবা অসি টেরিটরী অসিবু চাওথংনবা হোংনবিবগী মহুত্তা মাসিবু ভারতকী চাওথংনবা মকম ঐতৈগী প্রজাশিংগী কোলোনী শেম্বনি হায়না লৌদবা ওমদে। মপালগী মীনা মণিপুর সরকারগী মরুওইবা থবক অয়াম্বা পায়শিনবা অসিদা লৈবাক অসিগী নহারোলশিংবু থবক ফংহন্দবতা নত্তুনা লৈবাক অসিগী শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা অপনবা পীরি, মরমদি মপান্দগী লাকপা মী অয়াম্বা শেল তানবা লাকপনি, চাওথক্লিবা মকম অসিবু শেম্বিগে হায়দুনা লাকপা নত্তে। মরম অসিনা প্রজাশিংগী মমা মপা ওইবিরিবা লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা হিরম অসিদা পুক্নিং থিংজিনবিদুনা লৈবাক অসিবু কলহৌদ্রবদি হৌজিক লুচিংবনি হায়দুনা লৈরিবা মীওইশিং অসিবু মরৈবাক শেনগৎপগীদমক্তা থাগৎনবগী মহুত্তা মহাক্তক্তা মরৈবাক মাঙন-তাক্নবা শীল্লম্বা মীনি হায়না মণিপুরগী ইতিহাসতা মুৎওমদ্রবা মম্নেক্তা ইদুনা লৈহৌরগনি। মরম অসিনা মখোয়না হিরম অসিদা খল্লুবা মতম ওইরে।

লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা হিরম অসিদা খল্লুবিদ্রবদি অমসুং অকনবা থবক পায়থংপিদ্রবদি মরৈবাক নীংব নহারোলশিংনা য়াম্না থুনা অহল্লোনগী মহুৎ শিন্নবা হোংনবা তাই। নত্রবদি মণিপুরদা লাক্কদবা অবস্থা খল্লবদা অমম্বনি। মাসি নাহারোলশিংনা কাউ-থোকপা য়াদ্রবা য়াফম্নি।

অরোইবদা, ঐখোয়না কাউবা য়াদ্রবা য়াফম অমনা— চাওথংলকপগা লোয়ননা ইনাক খুনবগা লায়রবগা খেন্নবগী চাং হেনগৎলকপা তোম্নমা থেংনৈ মাসি হৌজিকমক মণিপুরদা অমসুং ভারতকী মকম অতৈদা থোক্লিবা থোদোক অমনি। অসওবা ট্রেড

অসি মতম চানা থিংনবা হোৎনহৌগ্রবদি লৈবাক্কী পোথোক্কী শক্তি পুন্নমক ইনাক খুনবা মী খরতগী মথুক্তা তাথিগনি। মতম অদুদা লৌমী শিন্মী পুন্নমকপু শেক্সাউ পায়বা খরনা এক্সপ্লোইত তৌবতা নত্তনা লায়রবশিংগী খবক্কী থোক্ত পুন্নমক থিংথিগনি। মাসি থোক্তনবা ঐখোয় খুদিংমক্না চেকশিনকদগনি পোকই।

---

হৌজিক হৌজিক্কী রাফম

# মণিপুরী নুপীশিংগী রাফম

স্নেহপ্রভা সগোলসেম্বী।

নুপীগী অরা-অনা করিনো হায়বসি জ্ঞান তাবা লৈবাক্তনা থংনৈ। নুপীগী অরা-অনা হায়বদি মমাগী খোদাং লৌবা হায়বনি। মণিপুরদা হেক পোক্লিবা নুপীমচা খুদিংমক অসি মণিপুরগী মমা ওাক্লি হায়বসি মণিপুরী পুন্নমক্না থংবিফম থোকপনি। হৌজিক মণিপুরগী নুপী খরগী অরুবা চৌরম নৈনবা য়াম্না মরু ওইশিন্নক্লি লাক্কদবা মীরোলদি নুপীনা শেমই। জাতি অমা চাওখৎনবগীদমক জাতি অদুগী নুপীগী ফিজম চেকশিন্না য়েংশিনক্লৌবা হায়বসি তৌদবা যাদ্রবা অমনি।

অদুবু লুরিবদি—মণিপুরগী নুপীগী ফিজমু নৈনবা তাবদা করম্বা শক্তমু ঐখোয়না ঐখোয়গী নুপী হায়না লৌবা তাবগে—মসিনি। ইম্ফাল সহরগী মোস্তুক মোন্দুম য়াওন্নরিবী, কজবা ফিজেৎ লৈত্তুনা হনাও কুমহৈদা শরুক য়াজরিবী লাইবক ফবী অমদা য়েংলগা—মণিপুরগী নুপী মুংত্তাইরি নত্রগা মপুন্সিদা অরাবতা শরুক ওইজহনা মীনায় অমত্তম নোমজ শুজরিবী অমবু য়েংলগা মণিপুরগী নুপী রায় হায়দুনা হেক্তা লৌবয়ম্লি। লাইরিক লাইশু হৈরবী অমদগীনা মহৈগী মত্তাল মচেৎ অমত্তা ফংজদ্রবী লাইবক থীরবী অমফাওনা—অশুম্না কুথা য়েংদুনা পুন্নমক্তু ন লৌথত্তুনা য়েংলগা মতুংদা মদুগী চাংচৎ লৌরগা মদুদা তারক্লিবা শক্তম অদুবু মণিপুরগী নুপীগী অশেংবা শক্তম অমা ওইনা লৌবা তাবনি।

অদুবু হৌজিক্কী মতমগী মণিপুরগী নুপীগী ফিজম নৈনবা হায়বসি অরাইবদি নত্তে। হৌজিক্কী ওইনা নৈনবা তাবদা -চাওরাক্না শরুক অহুম থোক্না পুথোকপা য়াই। মদুদি- লন্নাই রাফম, ইমুং মদুংগী রাফম, ময়ামগী ওইবা রাফম।

লন্নাই রাফম ঃ—

লনাই শক্তমদা—মসিদি তশেংনা লনাইগী ওইবা রাফম্নী। নুপা, নুপী হায়দুনা অমুক খায়রুত্রবসু য়াই। অপাম্বা, কল্লকপা, অরা-মুংত্তাইবা পুন্নমক ফাওনরিবনিনা অদুগী মথক্তা মী অমা ওইনা পোক্লক্রবনিনা নিংবা থুংদবা নত্রগা করিগুম্বা মখলগী অরাবা অদুম্মক লৈগনি। অদুবু লনাইগী অরুবা

রাফম কয়ানা রেৎশিন্দুনা পুন্দিলা পোথাকম থংদনা মণিপুরগী মুপীশিংমু মশিং য়ামথবজাৎনি।

## ইমুং মনুংগী বাফম —

হেক পোকপদগী হৌনা মুপী হায়বসি মুপাদগী হিরম খুদিংমক্তা তোঙানবা ওইনা ঐখোয়গী সমাজনা লৌনৈ। ইমুং মনুংগী অকুপ অতা লোইশিনবা হায়বসি মুপীগী পোকপদগী পীথোক-লকপা মথৌ অমদৌনা থরৈ। অঙাং ওইরবমু মুপী মচা অমগা মুপা মচা অমগা ইমুঙ্গী থৌরম ...দা খেন্নবা হেক্তা উই। মী অমগা মী অমগা খেন্নৈ—খেন্নদবমু য়ারে। অদুবু মতাংসিদা পঙ্গরিবা খেন্নবসি মী মীগী খেন্নবদু নচ্চদে। মুপা অমদি মুপীবু তোপ তোপ্না থোদাংগী তোঙান তোঙানবা মীশক ওইনা উনরিবসিবুনি হায়জরিবসি। মহৈ তম্বী মুপী মচা অমনা; মহৈ তমদুনা লাইরিক লাইশু ঐরাইদুনা মীকোক থোংবী অমা ওইনবা তোংনবা তাই। লোইননা ইমুংগী পোৎ-চৈ পানবী চৌকিদার অমমু ওইবা তাই, লোইন লোইননা ইমুং মনুংগী মীয়ামগী থবক তৌদুনা মীনায় অমমু ওইবা তাই। মণিপুরগী মুম খুদিংমক্তা মসি ওইত্রবমু অয়াম্বদি ফিভমসিমক্তি। চাক থোংবা, ফৌ-শুবা, কোললিক শেংবা, ফীমু-ফীজাম্বা কয়া অসি করিগুম্বদা নিপামচাশিংনা তৌববমু মরু ওইনদি মন্নামসিগীদমক মুপী মচা পোকপগুম লৌনৈ।

য়ুম পান্নবী মুপী অমনা ইমুং অমদা পুরিবা থৌ অসিমু তশেংনা য়াম্না চাওই। ইতুন লমম্না রানবগীদমক অমদি অকবা ইমুং অমা ওইনগী-মপুরোইবনা পেন্নবদু হোংনবা তাই—মচাগী মকমদা অকবা মমা অমমু ওইবা তাই--ইমুং লোইশিন থমজিন্দুনা য়ুম-পুবী অমমু ওইবা তাই--লোইননা পৈশা তান্দুনা য়ুম পুবা নত্রগমু য়ুম পুবদা মতেং পাংবা তাবনি। ইমুং মনুংগী অকুপ অতা কয়াসি মুপানমু পুই অদুবু মণিপুরদদি মসি মুপীতা ওইনা তৌনৈ। পুম্নমক থবক হায়বদুনি খন্দোকপা য়াই। মীওইবা হায়বসি থোগীদমক পোকপনি। থৌ মান্নবা নত্রগা খেন্নবা য়াই—পাংথোকপা জন্মগী চাংমু অমগা অমগগী মরক্তা খেন্নৈ। অদুবু মুপাগী অমদি মুপীগী হায়দুনা মশক নাইবদি নত্তে। মণিপুরগী ইমুং অয়াম্বদা মুপীসি মুপানা শিজিন্ন-নীংবা মওংদা শিজিন্নবা য়াবা পোৎ অমগুম থম্নবসি উবা ফংই—। ঐ লালমমু য়াই। ঐখোয়গী ইমুং অমদা মুপী অমগী কজরবা শাজংকী লৈতেং তমজনিঙাই ওইবা য়াম্না লৈ। অদুবু শাজং লৈতেংদু ঙাক্তনা 'মুম লৈথোকপা য়াহন্দবা মুপামক্তা পাংথোকপা য়াবা থৌদা কয়ামু লৈরি—।

## ময়ামগী বাফম ঃ—

শাজঙা, কিজেং চাকচাদা মণিপুরগী মুপীনা জাতিগী চৎনবী গুণ ঙাক্তি। ইমুং মনুংদা নমথবগা লোয়ননা তোঙান তোঙানবা থোদাং কয়া য়ারিবী মণিপুরগী মুপীনা মপাল থোক্তুনা সমাজগী ওইবা থৌদাংমু শরুক য়ানা তারকই। মী অমা ওইনা পোকপনিনা মীগী হৌনবী মী তিন্নদুনা সমাজগী লক্তা তিন্দবা য়ারক্তে। মসি হৌজিক্তগী নত্তে, মমাদৈঙগী ওইরক্লবনি। মপুরোইবগী মহুৎ শিন্দুনা মীয়ামক্তা থোক্তবা য়ানবা মতাং লাকই। হৌজিক্তী ওইনমু—মুপীশিংবু লাইরিক লাইশু তমহন্দুনা,

হৈহন্দুনা মুপাগা মানবা মহৈগী থাক্তা থম্বীরে। সম্বীধায়স্থ মুপীবু থাক রাংনা পুখংপিহুনা মুপাগা মায়বা থাক্তা খেন্নদনা থম্বিরে। অদুবু মতাংসিদনা হেন্না লুশিল্লকলি। মুপী অমনা য়ুম পুবী অমস্থ ওইবা, শেল থুমগী খৌদাংস্থ লৌবা, মুপী অমা ওইনা য়ুমগী লৈতেংস্থ ওইবা, তমশিল্লুরবা মহৈগী চপ চাবা খৌদাংস্থ লৌবা অদুগা পুম্নমকসিগী মথক্তা, সমাজনা মুপীদা য়েংনরিবা মিৎয়েংসিস্থ ঙাক্না চৎপা তারকপা—পুম্নমকসি চিংখদনা তৌবা তারকই।

মুপী অমনা ময়ামগী থবক্তা খোক্লকপসি য়াম্না রানা খোক্লকপা ঙাংনি। ডাক্তর তম্লুবা নত্রগা লো তম্লুরবী মুপী অমনা ডাক্তর ওইবা নত্রগা উকিল ওইবা হায়বসি মুপা অমনা ওইবগা য়াম্না খেন্নৈ। রায়ামসি মুপানা হেন্না হৈ নত্রগা হেন্না ফৈ হায়বগী মায়কৈদা নচ্চদে। মণিপুর সমাজদা মুপী অমনা—অহানবদা য়ুমগী মুপী অমা হান্না ওইবা তাই হায়বদি মুপী অমনা য়ুমগী ওইনা চিল্লিবা থবক কয়া হান্না য়েংশিনবা তাই, মথংদা সমাজদা মুপী অমগীদমক থম্লিবা থুরবা লম্বেলহুদা অসোই অঙাম য়েংহুনা তুদনবা হোৎনবস্থ তাই অদুগা কায়নথংদা ডাক্তর অমা নত্রগা উকিল অমা ওইবগী থবক্তু তৌরকপা তাই। মসিদা হায়জনিংলিবদি মসিনি—মখোয়না তমজরুবা মহৈগী মতুং ইন্না মখোয়না মনিং তম্বা ফংজদেন অদুগী মথক্তা মযুম পাল্লবী মুপীশিংগীদি মপুরোইবহুগী অপাম পামদগী মতুং ইন্না অথিংবা কয় লৈরকপা হায়বসিস্থ ওইথোক্রুবা নত্তে।

ঙসি ঐখোয়গী সমাজদা মোরেলিটিগী থাক অসি থয় নেমখিবনা মুপীগী ফিভমদা অস্তুক য়াম্না শোকচিল্লকপনি। সমাজগী ফত্তবশিংগী মরু অসি মুপীস্থনি অদুগা মুপাস্থনি। অদুবু মুপীদনা থয় হেন্না শোকই—মুপী চিংহুনা লৌবা নত্রগা মাংহনবা, মুপী লক্সবা, মুপী লোনবা হায়বসি অশেংবা অমস্থং অচুম্বা রাখলদা য়েংবা তারবদি তশেংনা লাল্লকই। লায়ররবা জাতিদা পোকচরবী ইচে ইচল ইমা-ইনোলশিংনা ফুংগী মীরোল সেম্বগীদমক শেল থুমগী অন্নাবা কোক্নয়া হোৎনজবদা ঐখোয়গী মুপাশিংনা থুদোংচাবা লৌবা অসিস্থ মীতোপ মাংদা লেমজনিঙাই ওইদে। মসিস্থ মুপীগী অরুবা ফিভম অমনি হায়নিংই। মতাংসিদা খোক্লিবা হুকমদি মুপী ঙাক্তগী থুদোং থিবা নত্তে জাতি অপুম্বগী অন্নাবনি।

শেল থুমগী অন্নাবনা মরম ওইহুনা কা হেনবা খৌদাংগী শরুক লৌরকপা হায়বসি মণিপুরগী মুপীগী মরক্তা খোইনা ভাংনা খোক্তুবা রাকম অমনি। লাইরবা জাতিনি, লাইরবা ইমুংনা মশিং শাখিনা হেল্লি। লায়য়বা জাতিগী লায়য়বা ইমুংশিংনি—শরুক য়ারিবা মুপা মুপী অনিমক্তা ওইনা অন্নাবগী ফিভমসি অদুমক লৈ। অদুবু মতাংসিদা মুপা অমগা মুপী অমগগী খৌদাংসি থানহুনা য়েংবা তাববদি মুপীতনা শাখিনা হেনগনি। শেলগী লানফমসিদা ঐখোয়গী মুপীশিংগী খৌদাং অসি ওস্থোক্লা চাওই। ঐখোয়গী সমাজদি মুপাগী য়ুম্নাক লৌবা জাতিনি। অসিগুম্বা সমাজ অমগী ওইনা য়েলুবদগী—ঐনা মুপীগী খৌদাং চাওই হায়জরিবসি। তোঙান তোঙানবা হিরমগী থবক লৌবুক্তী থবক, উমংগী পোখোক্তী থবক, মুপীগী ওইনা খোংচ নৌজবা ফিরোল শাবগী থবক,

পোৎ-চৈ য়োন্দুনা ললোন ইতিকী থবক—পুম্নমক্তা চাং তম অনিমক্কী মুপীশিংনা শরুক লৌবগী থুদম তশেংনা অহুম্মক উনরিবনি। মতাংসিদা লুশিল-লকলিবা অমনা—শেল থুমগী অরাবা অকনবা চৈথেং ওইহনা মুপীশিংবু ধর্ম মাংহল্লকপা, মকম মতম নাইদনা থবক শুবা-নোম্বগী ইকায়বা অমদি অচোপ অরেম্ব থংলক্তবগী মওং অসি ওইহল-লকই। অসিগুম্বা সমাজদদি মুপীগী শরুক অসি থরা লুনা নাম্না থম্বা তাই। জাতি অমগী শরুমসি জাতিচুগী মুপীদগী থংবা ভম্মী হায়বা অথং অহৈগী মোৎ লৈরিবনি।

মণিপুরগী মুপীশিংগী মরক্তা অনৌবা মথলগী অমোৎপা ঈচেল অমা চংলকলি। লাইরিক লাইশু হৈতবা, অনৌবা মতম মতমগী লৌশিং ফংজদবা মমা মপাগী মচাশিংনা মনিং তৌনা কোয়বা অমস্তুং নহারোলগী ওইবা মুডাইবদা তাওদোকপা অসি মুপা মুপী অনিমক্ত থোকই। অদুবু মসিনা শাথিনা ফিভম ফংহন্দবদি মুপীদবুনি। ঐখোয়গী নহারোলশিংগী মরক্তা মুপা মুপী অনিগী মরী অসি মরম চাবা চাদবা অমদি মকম মতমগী রাকম লৈতনা য়াম্না কোয়া শিজিন্নবদা চিংনদবা পোক্লকলি। মশা মশাগী অপাম্ববু থিংবা ভমক-তবদগী মুংশিবদা পাওথোংফম পীদুনা মুংশিববু মিংচৎ থিহনবতা নত্তনা মশা মশাস্তু অচৌবা অমাঙ-বগী ঈপাক্ত মমিৎ উইশিন্দুনা অকনবা লমজেল চেনশিন্নরি। মসিগী ফলদি মুপা মুপী অনিমক থোকই। অদুবু হেন্না থুদোং থিহনবাদি মুপীতবুনি। অসিগুম্বা চহি মতাংগী মুপী মুপাশিংবু নিংথিজনা তোংশিনবা অসি মুমদস্তু রাৎলে অদুগা স্কুল কলেজদস্তু রাংলে। অদুগা সমাজদনা থায়নদগী চৎনবাগা

হৌজিকী ইরাংগা য়ারদুনা মুপীগী ফিভমদা শা-থিনা লোকহল্লি।

ঐখোয়গী মণিপুর সমাজদা চোকথবা, হকচাং তেকথৎহনবগী থৌরমসি য়াম্না রাংলি। মুপা-শিংগীদি থর মথৈ মসিগী থুদোং চাবসি কাংই। অদুবু মুপীদদি মওংসি ভকলৈমক লৈত্রে হায়বা য়াই। মসিগী ফলনা নহারোলশিংগী মরক্তা লোম্না কোইথোকনিংলকপগী রাখল অমা পোক-হল্লিনে।

অমুক হম্না পঞ্জনিংবদি—মুপীগী ফিভম শিথ-রক্লবা, মুপীবু ইকায় থুম্নত্রবা, মুপীগী মান-মর্য্যাদা থমত্রবা জাতি অদুদি লৈখা তারবা জাতিনি হায়রসি পৃথিবীগী অথং অহৈ কয়ানা মোৎ পীন-রিবা অমদি পৃথিবীগী ইতিহাস কয়ানস্তু সাখি ওইরিবা রাকমনি।

ইংলণ্ডদা লাপ্পা মুপী অমা লাকপা উবদা মী লিশিং লাখ তিল্লম্বা মকম অদু কনা অমত্তনা তাক্লবা তৌদনা মরনাই লম্বী অমা শেমদুনা মুপী অদুবু চৎফম পী। অসিগুম্বা জাতি অদুত্তনা পৃথিবী অপুম্বগী মকোক ওই। রামায়ণ, মহা-ভারত মুপীশিংদগী থোকপা লাল নত্রা? পৃথিবী অহানবা লাঞ্জাওস্তু মুপী অমগী হাক্তক্তা চাত্র অমনা নিংথৌমচা হাংলুবদগী থোকপনি।

পৃথিবীদা ফাওরবা আলেকজেন্দরনা মমাবু মেসেদোনিয়াগী গভর্ণরদা কম্না শিম্নকৈ—"ইমাগী মথায় মুডাইহতবা থবক অমত্ত তৌবিগনু" হায়দুনা। গভর্ণর অদুনা লৈবাক ভাকপগী হিরমদা আলেক-জেন্দরগী মমানা মথুৎ থিংজিল্লি। মদুগীদমক্ত গভর্ণর অদুনা আলেকজেন্দরদা "নংগী মমানা থুৎ থিংজিন্দুনা ঐ থবক তৌবা য়াদ্রে" হায়দুন

ইরকপদা আলেকজেন্দরনা গভর্ণর ঐগী ইমাগী মমিত্তগী তারকপা পি মরিক অমতংনা পৃথিবীগী ধর্ম, সমাজ, রাজনিতিগী তত্বদা ইবা লাইরিক পরেং কয়া মুথৎপা ওম্মী হায়বসি নং খংদেদকো" হায়ত্থনা মথা চীকই। অদুগুম্বা মমাবু ইকায় খুম্নবা নিপা অদুনা পৃথিবাগী মতাই অমদগী মতাই অমা ফাওবা জয় তৌবা ঙমখিবনি।

কোরিওলেনস, হায়বা রোমগী জেনরেল অদুবু মীয়াম্না মরৈবাক্কুগী তাম্বোকপিরক্লবদা কোরিওলেনসনা মরৈবাক্তা লান্দরকখি—। রোম মাংবা তারবদা মাগা চান্নবা কয়ানা লাল থাম্বা ঙমদ্রবদা মমা ইবেম্মা ভেতুরানা হায়—"কোরিওলেনস, নঙ ঐগী ইচায়া নত্রগা ঐগী য়েরুবরা ? নঙবু লৈবাক অসিদগী তাম্বোকখিবা মতম অদুদা ইমাগী থর্রায় অসি কায়রগদৌবগুম রাখি। অদুব ঙসি নংনা রোমগী য়েরুবা অমা ওইনা লেপ্পরবা মিকুপ অসিদা হারিবা অসিগদি চাংদম্নবা য়াদে।" মদুদা মচানা করিমত্তা থুম্নমদনা চৎখ্রবদা—"কোরিওলেনস নংনা রোম থুগাইবা তারবদি ইমাগী অশিবা ইশা অসি নেত্তুনা চৎলু— নংনা রোম্বু থুগাইবা তারবদি ঐ শোইদনা শিগনি" হায়। অদু তাবদা কোরিওলেনসনা হুঞ্জিল্লক্তুনা মমাদা হায়—"ইমা ! ইমানা রোম্বুদি কনবিরে নচাবুদি হাৎপিরবনি।" হায়রম্লগা ভোলতিকানগী লাম্মী মরক্তা চংথুনা লাল হল্লসি হায়বদা লালদি হনখ্রে। মাবুদি ভোলতিকানশিংনা হাৎখি। অদুম্না মমা অমগুম্না চাওরবা রোম্বু কনখি। মরৈবাক্কীদমক মচা ফাওবা বলিদান কৎখি। অসিগুম্বা মমা পোকপদগী রোমান শিংবু 'রোমান' হায়থুনা হৌজিক ফাওবা মখোয়গী মচৎ তম্লরি।

ঐখোয়গী মণিপুরদস্ত মখোনা লৈবী, মরোশিং কবী মুপী পোকখিদবদি নত্তে। লৈমা লিম্বোক্তওবী, মৈত্তৈ চনু কুরঙ্গনয়নী—শিংখানবদা মতিক ময়াই তেল্লবী ঙাক্তনি। মখোয়গী মখোনা মরোশিংনা মপুরোইবগী মহুৎ শিন্দুনা মরৈবাক কন্নবা হোংখিবা— ওম্বোক্লা খৌনাফবা ইচং খৌবগী মশক্লি। খোংচবী নৌজবী, অচুম্বানীদমক অকিবা লৈতবী, তুজুংবা পোক্তবী, মথায় ফাওবা পামুদবী কয়া—মোইরাংগী খোইবী, য়াইরিপোক থম্বালম্ন, মাইমু পেমচা মীজাতিদগী শোৎখত্রবী ঙাক্নী। অমুক হন্না শাংনা হায়নদ্রবস্ত্র খংনরবা ঙাক্তনি।

অম্নুম্না পৃথিবীগী অতোপ্পা অতোপ্পা জাতি কয়াগী ওইবা মওংস্ত য়েংলগা, মমাংগী ঐখোয়গী ওইবা শকুম্নুম্ন নিংশিংলগা; লোইন লোইননা হৌজিক হৌজিকি ওইরিবা ঐখোয়গী সমস্যাশিংসিদা পাম্বৈ থর থিবা দরকার ওইত্রা খঞ্জে—।

মতা সিদা শেংদোকচহৌনিংবা রাকম অমনা নুপীবু কাহেন্না থবক শুহল্লে নত্রগা নুপীবু নমথবিরে হায়বতগী তেংথাখোল অসিদি নুপীবু ইকায়খুমনৌ ব্যবহার তৌ হায়বগী খোল্লাও অমা ওইনা উবিরম্বস্ত য়াই। অদুবু মতুমক্তি নংচদে। ঐখোয়গী মণিপুরী সমাজদা নুপী অমনা ওইরিবা নুপী অমনা পুরিবা, লৌরিবা শকুম অদু পুখোক্লগা মতুদা অরাংপা নত্রগা অহেনবা অমদি অসোইবা লৈরিবা কয়া অদু করম্বা মওংদা থরমথৈ শেমদোকপা য়াবা হায়বসি পুম্নমক্লা থম্নদবা য়াত্রবা রাকমনী। ঐগী মোৎ ওইনদি; ঐখোয়গী নুপী অসি মমাংতৈদগী হৌনা অতোপ্পা জাতি অতৈগুম্না চাখুমদতা লৈদুনা ইমংদগী হেন্দবী নত্রগা পরদার মরুমদা লৈবী অমদি ওইরক্তে। ইমুং মনুংগী

য়াজনিতিগী লালকমদা, য়েক্লবগী লানকমদা, শেল থুমগী লানকমদা, পাঙ্গলনা খবক শুবগী লানকম,— পুন্সিগী থেংনদবা য়াত্রবা লানকম কয়াদা থৌমা ফনা অহুম্মক শরুক য়ারকপী ঙাক্তনি। অহুগা মসিদা অমুকা হেন্না ঙক্লৌবদি মুসলিমগী পরদারদগী হেন্না শাথিবা মকম অমদা অমুক মুপীবু থম্মী। পুন্সিগী ওইবা থৌদাং কয়াশিংসিস্তু থৌনা ফনা শরুক য়াবগা লোইন লোইননা মুপীশিংনা অমত্ত শোইদনা চংনবস্তু হোংনবা তাই। মুপীনা থোংকম অমা শোইরুবদা মপুন্সীগী ওইনা ঙাকপীবা য়াত্রবা মরাল অমা ওইনা লৌনৈ। চেকশিন্না হোংনহুনা থৌরি লানবা অমগুম চংলকপা পুন্সিদা থোংফম অমত্তং হেক শোইখিবদা মপুন্সি চুপ্পা ফত্তবা থবক্তা তৌরক্লবা নিপা অমগী মরালদগী হেন্না চাওনা লৌনবা ঐখোয়গী সমাজনি।

অসুম্না য়াম্না শোনথরিবা, নমথরিবা মুপ.গী ফিভম অসি থম মথৈ শেমদোক্তুনা, হোংদোক্তুনা ফগৎ-হনবা হায়বসি য়াম্না দরকারনি। মসিদা ঐখোয় মুপীশিংনা অকনবা থবক পায়খৎপা তাবনি লোইন-না মুপারোমদগী মতেংস্তু দরকার ওই. ঐখোয়বু নমথবিরে, ঐখোয়বু তমহনবিত্রে হায়হুনা ঐখোয়না কপ্তুনা লৈথোকদবা নত্তে, ঐখোয়গী ফিভমসি ফগৎনবগীদমক্তা ঐখোয় মুপী ময়াম হৌহুনা মুপাশিংগী থবক্তা নত্রগা সমাজগী মায়োক্তা লাল হৌগদবস্তু নত্তে। য়াম্না ইংনা মুপীশিংনস্তু কাথৎ-নবা হোংনবা অহুগ মুপানস্তু মতেং পিবিবা তাবনি কৈগী মপাল নাপীনা তাং নাপীগী মপালস্তু কৈনা তাং অমনা অমগী মতেং পিনহুনা চাং মাম্নবা থোংথাংদা চাওখৎপগী লম্বীদা চৎপা ঙম্নবা হোংননবগীদমক মুপাদগী মতেং নিজবা তাবনি অহুগা মুপাশিংনস্তু মতেং পিবিবা তাই।

---

# কদোমদনো

## তোম্বা থিঙুজাম্বা

কদোমদনো মণিপুর ? ইপা ইপুনা ঐখোয়গী দমক হিরম থুদিংমক্তা করিমত্তা ষাত্তনা থম্বিরম্মী। অহুবু কদায় ? ঐখোয়গী হাক্তক অসিদদি মুংপা অমস্তুং মাং-তাক্লবগী অতেক অকায় ঙাক্তা। ভারত্তা য়াওরুবদগী ঐখোয়গী ষ্টেটহুড মুংথৎপিখ্রে। জিলা ওইরম্বা লম কয়া ষ্টেটহুড পিখ্রে। মণিপুরদি লোয় লমদগী হেন্না লৈখা তানা নমথুরে। য়েংহৈত্রবা শক্তমনি। মণিপুর ইমানা খোঙ্গেল খোকচবা ঙম্বগী পাঙল লৈজরম্নবদি ইমানা করম্বা খোঙ্গেলদা তেংথা-রমগনি।

বিজুলি থাওমৈগী মিটর অমদা আসাম, বিহার-দনা পৈশা অহুম, মণিপুরদনা মিটর অমদা পৈশা নিফু ; মণিপুরগী মপান্দনা তোটি ঈশিংগী থাজনানা পৈশা অমা ওইবদা মণিপুরদনা পৈশা নিফু, মণিপুরগী মপান্দনা লম্বী শোরোক্তা ফুট অমা থানা মুং থুগায়হুনা কোলাস থাবা ঐখোয়গী

অসিদনা লৈরাম্না সুংঙ্গে চাইশিমবা ; মণিপুরগী মপান্দা মখোন অহুম মরিগী স্কুল বিলডিং ; ঐখোয়গীশিংদনা ফজ্ঞাং কিল্লবা অমস্থং খোংনাও থুদেকথ্রবা স্কুলশং ; মণিপুরগী মপান্দনা খোল্লাও অসি দিগ্রি চাম্মা, ঐখোরগী অসিদনা খোল-লাও (কেলোরাত) অসি দিগ্রি সুপ্নগী তরা খক্তা।

নিংথৌ পাল্লিভৈগী কিজমদগী ফগৎলকলিবা মওং অহু শিকি অমতা পিরম্বা কৌ শংখাইদা লুপা নিকু য়োহনবা, লুপা অমত্তা পিরম্বা শিং গাড়ীবু লুপা নিকু হাইগৎহনবা, পোৎ খুদিংমক্কী মমল অসি হান্নগী চাংদগী শরুক নিকু হেনগৎহনবা। নিংথৌ পাল্লিভৈগী চাংদগী হেন্না ফগৎলক্লিবা মওং অহুদি ? লাখ তরাগী মণিপুরীশিংনা জাতি অমা ওইবগী ইজ্জৎ ঙাকপা ঙমলক্তে। শিবনা হেন্নহুম ফরবনি। লায়রেলনা ইজ্জৎ ঙাকপদা লফুৎ কাহনা শি।

নিংথৌ পাল্লিভৈদা দরবার লৈরম্মী। মণিপুরকী মচাশিংনা ব্রায়েন থৌদাগী চুপলি পায়রম্মী। মহারাজ বোধচন্দ্রগী শ্না হাকক্তা মীখনগী প্রজা শাসন, আইন সভা, মন্ত্রি সভা, সম্বীধান লৈরম্মী মহু পুম্নমক অহু মুৎথৎখে। মণিপুরনা ভারতবর্ষদা য়াওরুবদগী চহি কয়াগী আন্দলোন মতুংদা মণিপুর টেরিটোরী ; কাগীগী আইন সভা লিংখৎলে। মণিপুরগী মন্ত্রি সভা অমস্থং আইন সভা অশেংবা কাগীনি ; দিল্লিগী য়াথং ফংলবদি স্বর হোল্লি ; দিল্লিগী য়াথং ফংত্রবদি য়াংলেন শরু তেক্কনি। দিল্লিগী য়াথং ফংত্রবদি লেপ্পা কল্বা য়াদে কপ্পা, নোকপা য়াদে। ছজিক্তি মণিপুরগী মন্ত্রিসভা অমস্থং আইন সভা মখৌরি মেৎখাইখরে। তংখার অমা হিংলিভৈদা লৈরোম চনখরে।

মণিপুরগী থাইনগী কোমুংদা ইংরেজশিংগী লাম্মী থনম্মী। ইংরেজ চংখরে। অহুবু মণিপুরগী থাইনগী কোমুং মমুংদদি ওসি কাওবা লাম্মী থরলি। থাইনগী কোমুংদি মণিপুর মচাশিংগী চাওখোকনজবনি। কংলাদি ঐখোইগী সংস্কৃতি অমস্থং সভ্যতাগা তংন থানবা ম্নাত্রবা মরি লৈনরি। লৈবাক্তী ওইবা ইরাৎ চারান কয়া মকম অসিদা তৌকম খোকপনি। অহুবু থাইনগী কোমুং অমস্থং মমাংভৈগী কংলা অসি লাম্মী-শিংগী খোংনেৎকম ওইরি। শেংখ্রবা মকম অসিদা তাহৈ য়েংহৈদ্রবা থবক কয়া লাম্মীশিং অসিনা মুমিৎ খুদিংগী তৌরি।

ঐখোয়সি ওসিদি তোনথ্রবা জাতি অমা ওইরবনি। লাইরিক তমই কদাই ? মিরোল হিন্দি, আসামী, বেঙ্গলি অমস্থং ইংরাজি। ইউ-নিভরসিত্তিদনা কদাইদা ? ভারতকী মপান্দা মহৈ মশিং তম্বা চংনিংলগনা অপনবা কয়া, খুরো কয়া, স্কোলারশিপ ফংদবা, তেংবাং-শেন পিবি-দবা ; ভারতকী মপান্দা চৎপা য়াবা হুকুম ফংদবা, পাশ পোর্ত পীদবা। রেল গাড়ীনা কদোমদা ? চিংগী লমদম দারজিলিং, মিশো-রিদদি রেল গাড়ী থৌজিল্লি, মণিপুরগী চৌংগী লমদমদদি রেল গাড়ী কমদোবা ? মণিপুরগী কিরানি। থবকী মতমদদি ওফিস অব্রারদি দিল্লিগী কিরানিগা মান্নবা ; তলবকী মতাংদাদি মান্নদবা। তলবনা টক্কি অমতং হাইগৎপগা, চেং চাক, কৌরোনগী মমলনা ফুট মঙা ব্রাংখৎপা।

নল দময়ন্তীবু কলিনা নৈহৎপদগী হেন্না শাথিনা

মণিপুর মচাশিংবু তুহৎলখিগদৌবনি। চহি মঙাগী খোরাং তোকখ্রবদি কমদৌবা ?

দিল্লিদগী চেম্বরকলিবা শেলগী ইফুৎ অসি কংখিগদবনি। ইঞ্জিনিয়ার সাহেবনা কিরানী, শিন্মী কয়া মকম লৌখোরকনী। ওফিস কয়াদগী মী ময়াম অমবু থবক লৌখোরকনি। ঙসি ঐখোইনা চরা হেল্লিবা চাং অসিদগী হেন্না শাথিনা চরা হেনগনি।

নিংথৌ পাল্লিমেন্টদনা মণিপুরনা ভারতকী মপান্দ পোৎ মথল মথেল কয়া য়োল্লম্মী, মরম অসিনা মপানলোমদগী মণিপুরদা শেলগী পেরে অমা লাকলম্মী। ঙসিদি কদাই ? হি.বদা চংবা পোৎ খুদিংমক ঙসিদি মণিপুরনা মপান্দগী লৈরে। মরম অসিনা চহি কুনমরি অসিগী মনুংদা মণিপুরদা লৈজরম্বা সনা লুপা অমসুং শেল-থুম থর অদু মণিপুরগী মপান্দা তোংজে থাদুনা চিংথোকখ্রবনি। ঙসিদি মণিপুর অসি লৈকংলা ওইরবনি, মরুভূমি ওল্লবনি। অদুবু চহি কুনমরিগী মমাংদদি মণিপুর তম্পাক অসিদা চাকহোং ঙাহোংবা অমসুং ইনাক কৈরাক থুনবগী ইথক ইপোম অমা হৌরম্বনি।

চহি কুনমরি অসিদা নক্লবা আসামদনা কমদৌরি ? একাগাড়িগী কারখানা, চেগী কারখানা চহিতরেৎকী মমাংদা লিংখ্রবা ওইল রিফাইনরি, থুনমক লিংলগদৌবা ওইল রিফাইনরি অমসু, থবক শুফম ঙাক্লা ; শেন তানফম ঙাক্লা। মণিপুরদনা কমদৌরি। মণিপুর সরকারগী মপানগী ওফিসার শিংগী মিচৈ তাকম লৈ, শি : আর : পী : চুরাম্বাবশিংগী য়োখোক চাকম লৈ ; খোরি য়ান্দুনা শিফম লৈ, চাবা ফংদদুনা শিফম লৈ। থবক শুফমদি লৈতে। মিৎলুদা পী শিন্থরকই। অশুক মশিং য়ামখ্রবা মুপীনা ঙসি লমী শোরোক্লা, হাজিরা, শুরিবা মালগাড়ীদা পোৎ লৌথোক লৌশিন তৌরীবা, ঠিকাদার কয়াগী কুলি ওইরিবা অশুবা করম্ব। মতমদা তৌখ্রবগে ? বি এ চাক্রক লোম হেন্না লৈরি। মখোই অমত্তা থবক ফংদ্রি। এম, এ চাম রোমসু থবক করিমতা তৌফম লৈদ্রি। ইঞ্জিনিয়ার থরসু থবক ফংদ্রে। অদুবু মখোইকদি নদ্রি। চহি খুদিংগী বি, এ, অমসুং এম, এ শিং অসি চামনা থুজিং ওইদুনা থোরকলি। মখোই ময়াম অসিদা ঐখোইনা করি পিগদৌরিবনো ? থবক ফংবা ঙমদ্রবা বি, এ, অমসুং এম, এ গী শার্টিফিকেত্তী পৈশা তরাশু শিত্তে। অসুক য়ামখ্রবা মণিপুরগী বি, এ, অমসুং এম, এ, নহারোলশিং অসিদা ঐখোয়না পিগদৌরিবশিবু করিনো ? মুংদ্রমলা ? লদ্রুরা ? মখোইনা নোংমৈ গুলি ফংবা ঙম্মি। চরা হেল্লে ; চরা অনি পিয়ু হায়রুবদগী, মখোইদা নোংমৈ গুলি পীখ্রে। নবকুমারনা মমাদা অমুক হন্না চাক চাগে হায়ররোই। প্রমোদিনিনা চরা হেনবগী চৈমাগী মরমদা বারি শাররোই। নহারোলশিং অসিগী মরাইবক্তসু নবকুমার অমসুং প্রমোদিনিগী মরাইবক অদু তাগদৌরিব্রা ? য়েংখিবা মাইকৈ থুদিংমক্তা আশাগী মঙাল অমত্তা উদে।

ভারতকী লমদমশিং অসিদা ষ্টেটহুড করম্না পীগদগে ? রাহুং অসিগী পাওথুম মথল মথেল কয়া দিল্লিবালা চৌহান্না পিরি। লমদম অদুগী চাগানা চাদিংদগী হেল্লবদি লমদম অদুদা ষ্টেটহুড পিবিগনি। নাগালেন্দগীদি চাদিংনা চাগাদগী শরুক ওন্থোক্লা যান্না হেনাখ্রে। মরম অসিনরা নাগালেন্দা ষ্টেটহুড পীরিবা ? মণিপুরগীদি

চাপাগা-চাদিংগা পাংখেন খেন্নদে। অদুনরা মণিপু-রগী হান্না লৈজরম্বা ষ্টেটহুড মুথংখ্রিবা ?

ভারতকী লমদম অমগী মীয়াম্না লোল অমবু মমালোন ওইরবদি, লমদম অদু ষ্টেটহুড পীগনি। দিল্লি রাজা চৌহানগী য়াথংনি। য়াথং অসিগী মতুং ইন্না তামিল নাডু, অন্ধ্রনচিংবা ষ্টেটহুড কংখরে। মণিপুরী লোন অসিদি মণিপুরী চানবী হিসাবতা মণিপুরী হুমঙ্গু মগাগী মমালোননি। মরম অসিনা মণিপুরগী হান্না লৈজরম্বা ষ্টেটহুড অদু মুথংখিব্রা ?

ভারতকী লমদম অমগী মীয়াম্না হিন্দীবু মমালোন ওইরবদি লমদম অদু মচেৎ মরি থোক্লা থায়গনি; লমদম অদুগী মচেৎ মরিমক অদুদা ষ্টেটহুড পীগনি। দিল্লিরাজা নেহরুগী য়াথংনি। লমদম অদুগী মচেৎ মরি অদুবু উত্তর প্রদেশ; বিহার; মধ্য প্রদেশ অমসুং রাজস্থান কৌখ্রে। মচেৎ খুদিংমক ষ্টেটহুড পীখ্রে। মণি-পুরগী লোন্দা হিন্দী লোন নত্তবনা, মণিপুরগী ষ্টেটহুড মুথংখিব্রা ? ভারতবর্ষগী করিগুম্বা লমদম অমত্তনা মরনায়গী সম্বীধান লৈতে, মশাগী কনষ্টিট্যুশন শেমখিদে। মণিপুরগীদি মরনায়গী সম্বীধান লৈ; মশাগী কনষ্টিট্যুশন শেমখি। মহু মণিপুরগী কনষ্টিট্যুশন এক্ট, ১৯৪৭ কৌই। সম্বীধান অসিগী মতুংইন্না মণিপুরগা মহারাজ বোধচন্দ্রনা ষ্টেটহুড পীরবনি। ভারতকী আসাম, বিহারনচিংবা লমদমনচিংবনা ইং ১৯৫০দা ষ্টেটহুড কংলগা, মণিপুরনা খৃঃ ১৯৪৭ তা ষ্টেটহুড কংখি-বগীদমক মণিপুরগী ষ্টেটহুড মুথংখিব্রা ?

মণিপুরবু ষ্টেটহুডকী থাক্তগী টেরিটরীগী থাক্তা চিংথরে। মণিপুর জাতিনা টেরিটরিগী থাক অসিদা লৈনিংদে। অসিগুম্বা থবক অসিদি মীনাই নাইথাংগী থাক্নি। মণিপুরগী হান্না লৈজরম্বা ষ্টেটহুড অদু মণিপুরীশিংগী মখুত্তা অমুক হনজিলকউ হায়রিবনি। ষ্টেটহুড অমুক হঞ্জিনবা হায়বা অসিদি জাতি অসিগী অকনবা দাবীনি।

খুরাই অমসুং রাংখৈগুম্না মণিপুরগী শরুক অমা ওইজরম্বা কবো ভেলি অসিবু প্রধান মন্ত্রি নেহরুনা করিগীদমক অরা লৈবাক্তা পীথোকপি-রমলিবনো ? মশাগী হান্নগী ষ্টেটহুড মুথংপী-বত্তা নত্তনা মণিপুরগী য়েং থংবা পামবোম কবো ভেলিবু মণিপুরদগী কককথংলগা অরা লৈ-বাক্তা তোপশিনখিবা অসি নিংশিংলুবদা মণিপুর মচা কনাগী থরায় খুড়াইকম থোকপগে ? মণি-পুরগী কবো ভেলি মণিপুরদা অমুক হঞ্জিল্লকদৌ-বনি। মসি মণিপুর জাতিগী খোল্লাওনি, মসি জাতি অসিগী অকনবা দাবীনি। অদুবু তাবীনবা লৈত্রবা পীরুবা মী কাংলুপ অসিগী খোংদাকমবু কদোমদনো ?

---

# য়ুথল মরুমদা !

থেঙ্গ্ৰা

য়ুথল হাইদোকচরে। হাবী-জাবীগী উজার মেলা ময়াম অসি মিংয়েং তাবিয়সি। মেলা অসি সেন্ত্রেল হায় স্কুলগী প্রিন্সিপাল শান্ত যাদবকী মেলা ওাক্তনি।

যাদবকী সেন্ত্রেল স্কুল অসি জোনষ্টোন স্কুলদা তাংহুনা থবক চৎখরি। অহুবু য়ুমদাংবনা কৈনাবা হায়বহু থোক্লরে। জোনষ্টোন স্কুলনা য়ুমদাংবা ওইরে; য়াদবকী সেন্ত্রেল স্কুলনা য়ুম্বু ওইখ্রে।

জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্রশিংনা ভারত জাতিগী ইশৈ শকপা হৌরকপদা, মণিপুর সরকারগী ময়াং সেক্রেটারী. আই: জি: পি: নত্রগা ডি সি গী কার থৌজিল্লকই। কার মথোল অহুনা ছাত্রশিংনা জন-গণ-মন শকপা অহুদা শাখিবা অপনবা ওই। অহুবু ময়াং ওফিসারনা ইশৈ অহুবু করিগু থৌশাদে, মাগী ফিয়েট কারগী হোরোন খোংঙি। হোরোনগী মথোল অহু তাবদা সেন্ত্রেল স্কুলগী প্রিন্সিপাল যাদবনা মাগী কাদগী থুরুপ থাহুনা চেম্বোরকই। ময়াং ওফিসারদা সলাম তৌই নত্রগা করি করিগুবদা নমস্তেগু হায়। কারদগী ময়াং ওফিসারগী মচা অহু যাদবনা মথুৎ শমহুনা পুথরকই। অগাং অহু মথুৎ শমহুনা পুরগা মাবু যাদবনা ক্লাস তাম্না থিনজিল্লই। অস্তুম্না ময়াং ওফিসার থুদিংমক্তা মশাগী কারগী হোরোন অহু হেক খোংলকপদা যাদবনা মাগী কাদগী চেম্বোরক্লগা ওফিসার অহুবু ওকপা, মাগী মচাবু কারদগী মথুৎ শমহুনা পুথরকপা মতুংদা ওফিসার অহুবু থুরুমলম-লগা অগাং অহুবু মাগী ক্লাসতা থিনজিনবা অসি যাদবনা অতৎ অথম লৈতনা গুংতিজারগী তৌরিবনি যাদবনা সেন্ত্রেল স্কুলগী প্রিন্সিপাল ওইবদা তৌরিবা থবক অসিদি মণিপুর সরকারগী ময়াং ওফিসারশিংদা চিরোন তৌবা, মথোইদা থুরুমজবা, মথোইগী মচাশিংগী মনপ শিংপা, অসিনচিংবা অরুবা থবকশিং অসিনি। অসিগুম্বা থবকশিং অসি চংথোম্না পাংথোকপা অসিভনি যাদবনা তৌরিবা। হায়রিবা থবকশিং অসি নত্তবা অতৈ অতোপ্পা থবক যাদবনা তৌদে। অস্তুম্না যাদব অসিদি মণিপুর সরকারগী ময়াং ওজা পুম্নমকী ফৌদমনি। মথোই পুম্নমক মাগী মরাইবকতা থম্বাল শাৎপা অসিবু কলক্লরি। মরমদি যাদবনা মথক্তা পনখিবা চাওখ্রবা থবকশিং অসি তৌরগা স্বরস্বতী দেবীবু তানথোকপা ঙমখ্রে; লক্ষ্মী দেবীবু মাগী মনাক্তা থমখ্রে। অশম্বা লোল্দা, ঙসিদি যাদব অসি কৌরান মমাই চুম্নবা মুপা অমা ওইরে। মাগী শেঙ্গাওদা সনা-লুপা, মণি-মুক্তানা তুংনকম থিরি।

সেন্ত্রেল স্কুলগী ময়াং ছাত্র অয়াম্বদি মণিপুর সরকারগী ময়াং ওফিসারগী মচা-মগু ওাক্তনি। মথোইনা মমল য়াম্লবা কৌরোন শেৎ-চাই। মথোইবু মপাগী কার মথক্তা, মথোইগী ক্লাসতা যাদবনা তুংতিগী থাংজিল্লিবনি। মথোইনা জনষ্টোন স্কুলগী মণিপুরী মচা ছাত্রশিং অসিবু হই-য়েনগুম্না

তুক্কচনা য়েংতি অমসুং চৈ-থাংই। সেন্ত্রেল স্কুলগী ময়াং ছাত্রশিং অসিগী শা-তাগী শাজং অমি থাংবা ওৎলকতুনা জোনষ্টন স্কুলগী ছাত্রশিংবা মরক অমা স্ত্রাইক তৌখি। মখোইগী স্কুলদগী যাদবকী সেন্ত্রেল স্কুল অসি লৌথোকপিখ্রে। হায়ন অকনবা দাবী তৌখি। দাবী অসিগী মরিদা মখোয়না অকনবা স্ত্রাইক তৌখিবনি। অচুবু বারেশ্বরনা জোনষ্টন স্কুলগী ছাত্রশিংগী খোল্লাও অসি ওসি ফাওবদা তাবিখ্রি। মখোইচু ময়াং ছাত্রশিং অসিনা লণ্ডনরি, করেম কথাইনরি অমসুং ফাগী জুগাই তৌরি। মখোইগী অমোৎপা ফিরোন, মখোইগী অনম্বা মনাতোন, মখোইগী অথুবা মমিং অসি যাদবকী ময়াং ছাত্রশিং অসিগী করেম্নকমনি। ময়াং ছাত্রশিং অসিগী মাইকৈদা মণিপুর সরকারগী ময়াং ওফিসারশিং লৈরি; মখোইগী মাইকৈদা মণিপুর সরকারগী সিঃ আরঃ পিঃ অমসুং চুরাম্বা-বশিং লেপলি—মরম অসিনা ময়াং ছাত্রশিং অসিনা জোনষ্টন স্কুলগী মণিপুরী মচা ছাত্রশিংবু লোক-ফিরদগী হেন্না তুক্কচনা তৌরি।

অসিগুম্বা ময়াং ওফিসারশিংগী মচাশিং অ-সিগী ওজানি—প্রিন্সিপাল যাদব অসি। মণি-পুর সরকারগী ময়াং ওফিসারশিংবু থম্মাইবা ওম্মী; মখোইগী থোঙ্গালগী মঙাল ফংদুনা মাল্লা দিল্লিগী ওফিসারশিংগী মকোক্তা ভুক্ত থাক্সিনবা ওম্মী। মপাগী মমাংদা মচা পোবা মচাগী মনপ শিংপনচিংবা মস্ত্র অসি শোম্দুনা যাদবনা ময়াং ওফিসার পুম্নমকী থম্মোই খুদুম চনখ্রে। মরম অসিনা যাদবকী অপাম্বগী লম্বীদা করিগুম্বা মথনগী খুন্নো নত্রগা অয়েংপা অমত্তা লৈতে।

তাং ৪, জানুয়ারি, ১৯৬৭ ইংনি। যাদবকী হাবী জাবীগী মেলা হৌরে। মহাক্না মিন্নিদা সেন্ত্রেল স্কুল ময়াম লিংখৎখিবগী অনিশুবা চহিগী মীকম (সেকেণ্ড ফাওণ্ডেশন দে ওফ সেন্ত্রেল স্কুল ওরগেনাইজেশন) য়াওনবগীদমক্তা চৎলি। সুমিৎ কয়ানিগী মহাক্না ছুটি লৌখিবগে? ওমগী সুমিৎ নিপানিত্তগী ছুটি লৌই। মাগী সুমিৎ নিপাল্লিগী ছুটিদি তাং ১২, জানুয়ারী ১৯৬৭ দা লোইরে। অচুবু সুমিৎ অমুদা মহাক্কি স্কুল কারক্লে। প্রিন্সিপাল য়াওদনা সেন্ত্রেল স্কুল অসি চয়োল অনি লৈরে স্কুলদি কাং-থোং চাইরে। মণিপুর সরকারগী ময়াং ওফিসারশিংগী মচা ময়াম অমু মনপ শিং-পীনবা ১ত্তুং পোবিনবা লৈতবনা সেন্ত্রেল স্কুল অসি মহি ময়াই চমখ্রে। অচুবু লেম্না মাঙবা য়াবা যাদব নত্তে। তাং ২৪, জানুয়ারী ১৯৬৭ ইংদা মহাক স্কুল কারক্লে। থাই পুম্নমক্না ইরাই-লাইনা উবিরমগনি—জানুয়ারী ১৯৬৭ কী তাং ১৩ দগীনা তাং ২৩ ফাওবা অসি যাদবনা স্কুল কারক্তবনি। অচুবু ওজাশিং-গী এটেণ্ডেন্স রেজিষ্টারদা হায়রিবা তারিখশিং অসিদা মহাক্না স্কুল কারকই হায়বা অসি নমথাক তৌদুনা উৎখরে। তারিখশিং অদুগী মপাদা মহাক্না মশাগী সহি তৌখ্রে। মশামক্না স্কুল কাখিদবা সুমিৎশিং অসিদা স্কুল কাই হায়দুনা নমথাক তৌদুনা সহি তৌরগা উৎলিবা অসি যাদবকী অচুকপা থৌনানি। স্কুল কাখিদবা সুমিৎ তরামাথোইনি অসিগী তলব শরুক অদুশু নমথাক তৌদুনা মহাক্না সরকারদগী লৌরে। অচুকপনি যাদব! মহাকী লৌশিং অসিদি। থবক তৌখিদবা মতমগী অরামনমু নংদি ওইখোক্না লাইনা ফংবা ওমদিদকো। নংগী লৌশিং অসি বালেশ্বরনা উরগা নঙোন্দা মানা করি হায়গনি?

তাং ৭ আগষ্ট, ১৯৬৮ ইংনি। যাদবকী হাবী জাবীগী অনিশুবা মেলা হৌরে। মহাক দিল্লি চৎলি অহুগা হান্নগী মতৌগুম্না ছুটি হেন্না লৈথরগা লাকপা মতমদা তলব কায়গনি হায়দুনা নমহুনা এত্তেন্দেন্স রেজিষ্টারদা সহী তৌশিল্লি। অহুগা হন্দক্লা হেশমক্লীব অমা দিল্লী হজৎ হন্দা চৎপগী ডি: এ: লৌবদা ফাষ্ট ক্লাসকী লৌথোকই অহুগা তশেংনা চৎপনা—থার্ড ক্লাসতা।

তাং ১৩, সেপ্তেম্বর ১৯৬৮ ইংনি। যাদবকী অহুমশুবা মেলা হৌরে। হন্দকী মেলা অসিনু মমাংগী অনি অত্তুদগী করিশুম্বা মহি ময়াই হম্বদে। সুমিৎ অসিদা (তাং ২৩, জুলাই) দি: এম: কলেজগী প্রোফেসার ঝানা কাতর মম্বর ২ তাইপ ভি অসি থাদোকখি। হায়রিবা কাতর অসিদা যাদবনা ইথং থংহৌদনা ফুজিনথরে; মপোৎ মচৈ, মফী মরোন পুম্নমক হোনজিনথে; তং-তানা লৈবগী থবক অছু চৎথখরে। কাতর অসিদা লৈগে হায়না যাদবনা মণিপুর সরকারদা হায়-ব্রা? হায়জখিদে। কাতর অসিদা লৈগে হায়না যাদবনা মণিপুর সরকারদা দরখাস্ত থারক্ত্রবস্ু, সরকারনা মত্তোন্দা কাতর অছুদা লৈয়ু হায়খিবরা? হায়খিদে। অহুবু কমদৌনি? যাদবনদি কাতর অছুদা তং-তানা লৈবগী থবক অছু চৎথখরে। মণিপুর সরকারগী ময়াং ওফিসারশিংবু কয়াদা কোয়া থম্মাইরিবনো? যাদবনা সরকারদগী য়ুম য়াইবদা চংবা শেল (হাউস রেণ্ট এলাওয়েন্স) লৌথোকই। অহুবু যাদবনা মহাকী অওকপা নম-থাক্লা সরকারদা য়ুম অয়াইমন পীদে। সরকারদগীনা য়ুম য়াইবদা চংবা শেল লৌথোকপা; অহুগা য়ুমগী ভারানা পীদবা।

যাদবকী মরিশুবা মেলা অসি অমুক মিৎয়েং ভাবিরসি। মহাকী সেন্ত্রেল স্কুল অসিদা প্রাইমারী শেক্সন অমা য়াওরি; হায়রিবা শেক্সন অসিদা অপিকপা অঙাংশিং তমলি। যাদবকী প্রাইমারী শেক্সন্দা তম্বা পাম্বা অঙাংশিং অহুবু মহাক্না ফাগীগী পরিক্ষা অমা লৌই। তশেংনমক ফাগীনি। চামগী হিসাবতা চনিনা নমথাকনি। পরিক্ষা অসিদা ফেল ওইবা অঙাংশিংগী অহল লমম্না যাদবতা কাগোক হাল্লি; যাদবকী শেঙ্গাও চোল-হল্লি। অত্তুগুম্বা অঙাংশিং অছু যাদবনা মাগী প্রাইমারী শেক্সন্দা মিং চনশিল্লি। যাদবকী পরিক্ষা অছু নিংথির্বা গুমজবা অঙাংশিং অহুগী মমা মপানা শেনজা থুমজাগী থবক চৎথহৌব্রবা অমসুং অথেনপোৎ কৎলুব্রবদি অঙাংশিং অছু মিং চনবিদে। অসিনি যাদবকী পরিক্ষা মরৌ, মিংজন মওং।

হাবী জাবীগী মেলা অসি লোইবা নত্তে। যাদবকী উৎ পাৎ অমসুং নমথাকী মেলা অসি অতৎ অথম লৈতনা চৎথরি। যাদব হায়বা জীব অসি মমাই কোন তোপ্পী; ইকাইবা হায়বা লাইরেম্বী অহুনা মহাক উরগা হৌহুনা চেল্লি। যাদবকীদমক্তদি মীগী মথোং-মথুং নোইবা হায়বা অসি য়াম্না লাইনা থোকই। অসিননি যাদবনা সরকারগী ময়াং ওফিসার পুম্নমক মহাকী ফুরিংথাও মনুংদা থম্বা ওম্লিবা। সেন্ত্রেল স্কুলগী প্রাইমারী শেক্সন্দা গুপরভাইজর অমা হাপ্নবা থৌরাং লোইরে। মাগী থাগী তলবস্ু সরকারনা লুপা কুনদা লেপ্লে। যাদবকী মিৎয়েংদদি থাগী তলল লুপা কুন অসি য়াম্নন্থ্রবনি। মাগী য়াখন্দদি লুপা কুম্না থা থা থাবুংতোনগী লমদম য়োবা

ঙমই হায়বা অসিনি। যাদবকী অসিগুম্বা য়াংলবা কৗত্তম অমম্লং অশেংবা য়াখল অসিনা লমজিং মৈয়া ওইদুনা, সেন্ত্রেল স্কূলগী শুপরভাইজরগী থাগী তলব অসি সরকারনা লুম্না কুম্না লেপ্পনি। লূপা কুনগী থাগী তলব অদু করিস্তু কায়রমদ্রে। অসিগুম্বা তলব অদু কনা অমত্তনস্থ চানিংত্রমাদ্রে। যাদবকী সেন্ত্রেল স্কূলগী প্রাইমারী শেক্সনগী শুপরভাইজর ওইবীনবা, মী অমতা থোরক্তে। সরকার মকোক মমৈ খংখিদ্রে; সুংশা মপী হোন-খে। প্রাইমারী শেক্সনগী ওজাদা লূপা কুন অদু পীরগা শুপরভাইজরগী থবকশু পুদনবা হায়বসি যাদবনা পুখোকলে। পাম্বৈ অসি সর-কারনস্থ য়ারে। অদুবু থোরাং অসি মপুং ফানা চৎথবা য়াদ্রে; থবক ওইনা পাইখংপা ঙমদ্রে। যাদবনা মাগী প্রাইমারী শেক্সনগী ওজাগা খৎনরক্লে। ওজা অদুগী মরানদি ওস্থোক্লা চাওবা জাংনি। যাদবনা মণিপুর সরকারগী মন্নাং ওফী-সারশিংগী মচা মম্নাম অদুগী মনপ শিংপগী থবক অদুদা ওজা অদুনা নাশোন্দা হায়ক্কেৎ করেম্নরে। ওজা অদুনা থাগী তলব লূপা কুন ফংদ্রে; শুপরভাইজরগী থবক তৌহন্দে। মরাইবক থিবা ওজা অদু যাদবকী চৈরাক ফংলে। যাদবকী স্কূল অসিদা মহাকুম্না মতিক মগুণ লৈবা অমম্লং বুদ্ধি লৌশিং চংখোনবা মীওই থরশু ওজা ওইরি। অম্নুম্না মতিক মথোনা লৈবা ওজা অমা চোং-খোরকই অমম্লং মবুংঙো যাদবকীদমক মথম্নাই কননবা থোরাং তোরে। শুপরভাইজরগী থাগী তলব লূপা কুন অসিগী মন্নুংদগী লূপা তরানা যাদবকী ফুরিংখাংদা চংবা অমম্লং লেমহোবা তংথাই অদুনা হায়রিবা ওজা অদুনা ফংবা। কজথ্রবা থোরাংনি! থোরাং অসি চৎথরে; সরকারনস্থ য়াবিরে। যাদবকী মতিক মথোনা অসি উরগা, বালেশ্বরনা খন্নোই মকা লায়মগজ্র?

যাদব থবকী পোরম খংবা পাইরকী লৌশিংদা চংখোনবা, ফুংগী থোরম মাংজোননা উবা ওবা মীওইনি। মাগী মতিক মগুণশিং অসিদি থাবত্তনা য়াংহৌরগবনি। মাগী উজার মেলাগী কুমৈ অমুক হোরে। শেন্ত্রেল স্কূলগী ওজা হাপ্নগী মতাংদা যাদবগী মিংয়েং তাবা হৌরক্লে। ওজা হাপ্না য়াবা মীওই খরগী মমিং এমপ্লোইমেণ্ট এক্সচেঞ্জ-দগী অদুগা মীওই থরনস্থ থবক অদুগীদমক্তা প্রিন্সিপালদা চে য়ৌরকখি। যাদবকী য়াখন্দা মরীং মরাংবা য়াখল অদুগী মঙাল ফাওরকই। অসিগুম্বা মহাক্না হাপ্নীংবা মীং খরগী মমিং অদু সেলেক্সন বোর্ডতা পুথোক্নবা থোরাং তোরে। ওজা হাপক-দৌরিবা কমিতি অসিনা ওজা থনগদবা জুমিৎ অদুস্তু মহাক্না লেপ্লে। অদুবু মীওই থুদিংমক্তা মহাক্না ইণ্টরভিয়ুগী কার্ড অদু য়ৌহন্দনবা মথাই থাবমখৈ হোৎনখি। পাও অসি মানা পাম্বা মীওই থরত্তনা কংবা ঙম্মী। অম্নুম্না য়ায়োং থোক্ত্রবা মীওইশিং অদুদগী বোর্ড অদুনা শেন্ত্রেল স্কূলগী ওজা থম্নবা হোৎনবদা যাদবনা মীওইশিং অদুগী মমিত্তা উং চাইশিল্লি, অদুগা উফুল হৌ-রিঙৈগী চৈদক্তা মহাক্না হাবী জাবীগী মেলা তৌই, ওজা হাপকদৌরিবা মীওইশিং অদুদগী মহাক্না শেঙ্গা থুমজাগী থবক চৎখৈ।

অমুকস্থ হাকচবদা খুৎ থাজিনবা হৌরক্লে। ইশৈগী ওজা অমা হাপ্নদা তারক্লে। থবক হাপ্নীয়ু হায়বগী চে কয়া প্রিন্সিপাল যাদবকা মথুৎ য়ৌ-রকই। ইশৈগী হিরমদা এম: এ: গী থাক

য়ৌরবা মীওই কয়াম্নু য়াওরকই। অচুবু য়াম্বরবা দরখাস্তশিং অদু যাদবনা করিম্নু থৌশাবা তৌরদে। মশক মতৌ কন্নখ্রবী মিৎয়েং শাজৎকারন লানবী সুপী অমগী দরখাস্তপুদি য়োংনা চু পাইবগুম পাইখ্রে থাদোকপা লৈখিদ্রে। অসিগুম্বী মরাং চম্নু অসিগী চংখোনবা শকয়া যাদবকী পুক্লিং তমহৎখরে। সুপী অসিগী অমোংপা ইতিহাস অমা লৈ—মচুদি সুপী মচা অসি পঞ্জাবী মেশনেল হায় স্কূলগী ওজা ওইরমই। মথোং চাদবা পঞ্জাবী ওজা খরগা তম্বদা য়ানা থোকপা, চিল লৈ ককপা য়াবা শাজৎ চৎলুবদগী অকাওবী অসি স্কূলদগী তাম্থোরকপনি। মহাকী মহৈগী থাক্তি মেত্রিকতনি।

ইশৈ নোংমাইগী হিরমদদি উদগী তাবমুক পংই। অচুবু অচুগুম্বা ইতিহাস অচু সম্ভ যাদবনা কাওথোকপা পাম্মী। অকাওবী অসিগী হায়নোক লাংদা যাদব অসি বন্দি ওইখরে। মহাকপু নমচুনা ইশৈগী ওজা হায়দা তাখরে। হাপখিবগী মরমদি—কাওথোকপা ঙমদবা ইতিহাসতুগী মরিদনি। মচু তশেং তশেংনা খঙনা সুপী অসিবু মাগী ফুলদা শাইদাংকম পীবনি।

থাঙ্গাল বাজারগী কোওপরেটিভ বেঙ্কী দোলান অচুগী মনাক্তা যাদবকী ইশৈগী ওজা অসি লৈ। দোলান অসিগী মনাক্তী মীওই পুম্নমক মমিৎ নায়রবনি। মবাম্নীগী চথরিবা নুংশি নুংঙোনগী হকচিনথ্রবা লিলা অসি উবদা মী পুম্নমক হঙোইনরে। মথোয় অনিগী অথুপ্পা লিলা অসি থেংখরবা অহিং ফাওবা চথৈ, মকু য়াচংবা মতম ফাওবা শারৈ। অকাওবী অসিগী মিৎচিগী তেম্না যাদবকী থম্মোইদা পানখরে! অনিগী শৃঙ্গার রস অসিদি অউবা অমদি অতাবা মীপন্না ইকাইজগনবদা মতাইরে। য়াকম অসিবু প্রজাগী মপী মপা ওইবিরিবা চীফ কমিশনার বালেশ্বর প্রসাদনা খংবীদবা জাৎলা? শাংখ্রবা ইতিহাসকী লমাই মতেক খরতনি। চেকোং অসিগী লামাই খর অসিদা শীংথাবদা য়াত্তুনদতা লৈহৌরগদবনি। মমাংদৈদা যাদব অসিনা মণিপুর কলেজগী ওজা ওইরিদৈদা ওজাশিংগী মরূপ অমা য়াওরম্মী। মহাক্না হোৎনজচুনা অহানবা ফাওবা মরাইবক কবা অচু ওইরবা মতম খরগী মতুংদা ডি: এম: কোলেজদা হোংখ্রে। মনিপুর কোলেজগী ওজাশিংনা য়াৎহৌবা শেনথাই অচুগী য়াকম অচু হৌদোক্লুবদা মহাকী মকমদগী ইতৎতনা ইকাইবা অমম্নুং চোপ্পা নংথি।

যাদবপু মাগী হাবী-জাবী অমম্নুং শেঙ্গা থুমজাগী মেলা অসি অতৎ অথম নাইদনা চৎথহল্লীবা অসি ময়াং ওইবগীরা? অসিগুম্বা তুক্কচথ্রবা মেলাশিং অসিগী সরকারনা করম্বা চৈয়াক পীননবা মাগী মথক্তা আইনগী লোয়শংদা কেশ থাঙ্গৎতনা তুমীয়া লৈথোক্লিবা অসি মহাক্না মণিপুরী নত্তবগীরা? লাইবক থীবদগী ঙাকপীবা য়াবা অশোইবা খরা থোকখিবগীদমক, জোনষ্টোন স্কূলগী হেডমাষ্টর ওইরম্বা কালাচান্দ শাস্ত্রীগী মথক্তা সরকারনা কোর্টতা কেশ থাংগৎলিবা অসিনা মহাক্না ময়াং নত্তবগীরা? মশাগী মরান প্রমান তৌদ্রিদৈদা, হরিদেব শর্ম্মাবু সরকারনা মফমদগী থাংথরিবা অমম্নুং মতম খরা পোথাহল্লীবা অসিবু হরিদেবনা মণিপুর মচা ওইরম্বনরা? মশাগী মরান প্রমান তৌথ্রবম্ব অক্রম অম্নাং (রেটস এণ্ড মেজরস) কী ডাইরেক্টর এস: আর ভট্টাচার্জ্জিবু মশাগী য়াংলবা তাংবন্দ: সরকারনা ঙসি ফাওবা থমলিবা অসিবু ভট্টাচার্জ্জিনা ময়াং ওইবনরা?

# তাইশিন্নবা য়াগদবা

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন

## কাছাড়

চহী থরগী মমাংদগী কাছাড়দা বিষ্ণুপ্রিয়া কাঙলুপকী মী থরনা মখোয়গী লোন্দা লাইরিক লাইশু তম্বগী খুদোং চাবা পীবীয়ু হায়রদুনা আসাম সরকারদা কল্লা তঙ্গরক্লি। আসাম সরকারনা মখোয়গী লোন অসি মণিপুরীগা য়াম্না নক্লবা মশা অমনি হায়রদুনা মখোয়গী লোন অসিবু শকখঙনবিবা তৌবিদ্রি। অসাম সরকাদগী মোতত্তা বাংলা লোনগী মশা কয়াম্থক লৈবা অসিগুম্না মণিপুরীগীসু মশা কয়ামুক লৈ। সরকারনা শকখঙবিরিবা মণিপুরী লোন অসিগা বিষ্ণুপ্রিয়া লোনগা খেন্নরিবসি ময়াম্না খঙনরিবা বাংলাগা চট্ গ্রামগী লোনগা খেন্নবগুম্বনি। খেন্নগা থরা লৈরবসু চট্ গ্রামগী লোন অসি বাংলা লোন নত্তে হায়বদি য়ারোই। অদুগুম্না বিষ্ণুপ্রিয়া লোন অসিসু চৎনরিবা মণিপুরী লোনগী মনুং চমহে হাম্নবা য়ারোই। মসিগী খুদম অমত্তং পীজগে—

লাইরিক তম্দু (মণিপুরী) লৈরিক তম কোর (বিষ্ণুপ্রিয়া) অসুম হায়না বিষ্ণুপ্রিয়া লোনগা মণিপুরী লোনগা মরী য়াম্না নক্লনা লৈ। অদুননি বিষ্ণুপ্রিয়া অয়াম্বনা মণিপুরী লোন খঙবদা খোইনা য়াদ্রিবা, বিষ্ণুপ্রিয়া অয়াম্বনা মণিপুরী লোন খঙলিবা অমত্তং ছাঙ্গলিবা। মরম অসিননি বিষ্ণুপ্রিয়াগী জ্ঞান তাবা লুচিংবা খরসু মণিপুরগী লোনদা মখোয়সু লাইরিক লাইশু তমগদবনি হায়রিবসি। অসাম সরকারগী মোতসু অসিনি।

চহী কয়ামুক্কী মমাংদা নিখিল মণিপুরী হিন্দু মহাসভানা থবক কল্লা তৌরিঙৈদা বিষ্ণুপ্রিয়া খুল খরদি টমুং মনুংদা মণিপুরী লোন অসি তঙনবা হায়না য়াক্লেপ তানখি। চুম্না তাংনসি হায়না য়ারেপ তাবতা নত্তুনা মণিপুরী লোন তাঙ্গদদা লৃপা য়াংথৈ কোংবা হায়না কাওবা লেপ্লখি। অসি য়োনা মণিপুরী বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা মণিপুরী জাতিগী একতা পুরকপগী লম্বীদা থুমাং চাওশিল্লম্বনি। তৌইগুম্বসুং কাছাড়গী মণিপুরী মৈতৈনা অশেং অমাংগী গৌড়িয়া অসি কনমনবা মরমদগী হৌজিক্তি বিষ্ণুপ্রিয়া নহারোলশিংনা মণিপুরী মৈতৈ মুংশিদবগী থম থেংবী য়োরক্লে। মী খোনবা কৈতবা মণিপুরী কাংলুপ অসিদগীনি মখোয়না মখোয়গী লোনগী দাবী তানখল্লক্লিবসি। তৌইগুম্বসুং মশীং য়ামখিল্লবা মণিপুরীগী মীশিং অমদি, অদুগা অমুক হেন্না মশিং য়ামখিদ্রবা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা মখোয়গী লোন্দা লাইরিক লাইশু তম্বদা মত্তাং চারোই হায়বসি জ্ঞান তাবদি য়াওদবদি নত্তে। অদুবু শাওবনা হেনমনখিদুনা মনা পায়বা য়াদ্রবা নহারোলশিংদি, মণিপুরী, মরুওইনা মৈতৈশিংবু তুকচখিবনা মণিপুরী লোন থংলবসু মখোয়না তাঙাদ। লোনগী য়াকমদা চুম্ভা শাকংপদা নত্তনা মণিপুরী অশেংবদি মখোয়নি, মণিপুরদা থায়না পাঙ্গম্বসি মখোয়নি হায়না কাওবা ইরি, লাওরি অমত্তুং কোংদোক্লি। নঙি! শাওক্লকম য়া লৈতব্রা হায়না খল্লী। মরমদি মখোয়না অসুম হায়না হায়বসিনা তাকপদি

মখোয় অসি মণিপুরী হায়বা ঙাংনি অসিদগী তো-ঙানবা কাংলুপ অমা ওইনিংদে হায়বনি। মণিপুরী মৈতৈগা মণিপুরী বিষ্ণুপ্রিয়াগা হৌজিক য়েংথিনরিবসি মৈতৈনা চিথোন নাউথোনবিদবদগীনি।

কাছাড়দা হৌজিক মৈতৈ-বিষ্ণুপ্রিয়া ফুংশিনদবগী য়া অসি মী অয়াম্বমা থঙনরবনি। মসি অতৈ অমুক চথহন্নবনা জাতিগী মঙলনি। নত্রবদি মশিং য়ামথিত্রবা মণিপুরী ঐথোয়গী পাঙল শোম্বরকপা অমসুং মায় মকশিন্নকপা হায়বসি মশানা তারবনি। মসি থোকহন্দনবা মণিপুরী থুদিংমক্তা থম্বা চুমলে। য়াথোক অসি তাইশিন্নবগী দমক মণিপুরী সমাজ সেবীশিংসু কাছাড়রোমদা মিংয়েং তাবিকদ্রে থোক্লে। মণিপুরগী লুচিংবশিং অমসুং কাছাড়রোমদগী মৈতৈ অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়াগী লুচিংবশিংগা পুন্না য়াথোক অসিগী মরম নিংথিনা নৈনদুনা শান্তাইননবা পাম্মে শীনবদা থোইনা য়ারোইদ্রা থল্লি। মরমদি হৌজিক কাওবন্থ বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা মখোয় মণিপুরী নত্তে হায়বসি হায়দ্রি, হায়সু হায়রোই।

মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা থংনরিবসি তাইশিনবা ঙমগনি হায়বসিগী য়াম্না থাজবা মরম কয়ামুক অমত্থ লৈরি। অহানবদা মৈতৈনা মণিপুরীনি হায়বগুম্না বিষ্ণুপ্রিয়াসু মণিপুরীনি হায়বা তোক্লি। অনিশুবদা ধর্ম্মরোমদা য়েংলুবসু কাংলুপ অনি অসিগী কিজেং চাকচা লমচৎ শাজত্তা করিমত্তা থেম্নবা লৈতে। বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা মেরাগী নিয়ম তাই, পেনা শকই, জগোই রাস কংলি, কাং-ঝুলোন্দা থুবাক ইশৈ শকই। ইশৈগী শৈরোল অমত্তনি. শৈশকসু অমত্ত নি। মান্নবা কয়ামকম অসি লৈবা মরম্না মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা কৈদৌম্লুংদসু তোথাইনা তাবা য়ারোই। য়াম্না ঙকপা অমনা বিষ্ণুপ্রিয়াগা চামিন থকমিন্নবদা নীংজিং-মাংজিন্নরিবা কাছাড়গী মৈতৈ-শিংনা "শোরাং লুহোংবনচিংবদা বিষ্ণুপ্রিয়াগী অকাওবা ইশৈ শকপা, পুং য়ৈবশিংবু অচুম মনেক্রগী, অদুগা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনসু অচুম মতৌরি। অদুবু য়াম্না য়ারিবা অমনা মদুমদা মৈতৈনা বিষ্ণুপ্রিয়া পুশিনবা—মদুতনি কাছাড়গী মৈতৈনা হঙোইরিবা। অঙকপা মৈতৈনি, কাছাড়গী মৈতৈ!

অদুবু য়াথোক অসি কাছাড়গী মণিপুরীশিংতগী নত্তে; মণিপুরী পুম্নমক্কী য়াফম্নি। য়েংথিনবগী লাইনা অসি মফম অতৈদা মমি তাদবা নত্তে। কাছাড়গা য়ুমলোন্নরীবা ত্রিপুরাদা লাইনা অসি য়োৎরক্কবা নত্তে হায়বা পাঙসু ফংদবা নত্তে। হন্দক্তা আগরতলাদা শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীনা খোঙদারম্বা মতাংদা ত্রিপুরাগী বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা কছাড়াদা লাওরিবা থোন্নাও অসিমক ফেংংদোক্কুনা য়াকৎ-চে অমা পীশিনখ্রে। তৌবগীদি প্রধান মন্ত্রি উন্নবদা লুচিংলুরিবা অয়াম্বদি কছাড়দগীনি। য়াকৎ চে অদুগী য়ারোনশিংগী মনুংদা—কছাড়দা মখোয়গী মীশিং লাখ অমা হেন্না লৈ অমসুং ত্রিপুরা, অসাম অমদি মণিপুরদা মখোয়গী লোন্না লাইরিক লাইশু তম্বগী থুদোং চাবা পীবিয়ু ······ অসিনচিংবা অসিনি।

অদুনা থোওং অসিনা য়াম্না অকনবা শাফু অমা পীরকপা য়াবনা য়াম্না কন্না শেম শাবগী মতম ওইরে। মণিপুর, অসাম ত্রিপুরাগী মণিপুরী-শিংনা লাইনা অসিদগী লাইকয়নবা অকনবা থৌরাং পায়থৎপা মতাং চপ চারে।

---

হন্দক্কী নীংথম মীফমগী য়ারোল লৈখিবনা অথাপ্পদগী। অয়াপ্পদগী থরা লোথোকরে। থুদোং চদবা অসিগীদমক্তা ঙাকপীগনি—(ইডিটর)

## পানমিল

# "কাছাড় মীফমগী পাউদম"

ইবোতোম্বী থৌনাজাম্বা

তাং ১ | ১১ | ৬৯ ইংগী থাংজ নুমিৎকী অয়ুক্তি; নরসিং স্কুল, শিলচর লম্পাক্তা তিন্নবগী নুঙাইবা, পুনশিনবগী থৌনানা থমোইদা তিং, তিং লাওনা কাও, অশেংবা নুংশিনবনা মাইথোংদা, চিম্বান্দা ইরং-লংনা মশেক-মঙাল য়াওনা উৎ—তিল্লরে 'পানমিল'গী ডেলিগেট চনি, কাছাড় ত্রিপুরা, যোরহাট অমস্তুং মণিপুরগী। থিনগৎলক্রে বেঙ পার্টি (মণিপুরীতনা শেমজবা পার্টি); ডেলিগেট পুন্নমক শেম-শানরে প্রোসেশন চৎনবা মঙাং অসিদা পুন্নমকপু পুংঙক ঙকহন্না লেংশিন-বিরক্লে ত্রিপুরাগী মণিপুরি এম, এল, এ শ্রী রাঃ কুঃ কমলজিৎকী তালোই ইবেম্মা শিজ্জা। শাবান্না লোংশা অমোম্নি, কুচুনা ঙোরোক ঙোই, ঙাংশং ঙাংই; ঙকশমদা ঈ চেনবা উবঙম তোই। দেবীগী শকতম লোনা লেমথে, মকোকমক্তদা রাংনা থাঙৎতুনা পানমিলগী ফিরাল। ময়াম্না শোন্নখি,—জয় ওইরগনি মণিপুরী কাংলুপনা—ঙাসিগী হিংনবগী লানফম চংলিবা অসি দেবীমক্না লুচিংলবনিনা। সহরগী লম্বী কয়াদা চৎলবা তুংদা মীয়ামগী প্রোসেশন অহু থুংখি কনকরেন্সকী পেণ্ডেল, বীর টিকেন্দ্রজিৎ লম্পাক্তা। চৎথখি শকথঙ মাইথংনবগী থবক চিংথৎলবা মতুংদা পানমিলগী ফিরান পুকচেল চাওরবা শ্রীযেরাজাওবা সিংহ এম, এল, এ না।

নুংথিলদা পুং অনি চপ চানা প্লেনরি সেসন্দা আসামদা থুন্দাথিবা মণিপুরী কাংলুপপু নুংশিনা লুনা তৌবিবা আসামগী ষ্টেট মিনিষ্টর শ্রীআলতাফ হুসেন্না সভা হৌদোকপিখি। ঈশিং চেম্বঙম্না ফজরনা ইংরেজী লোন্দা মণিপুরীশিংবু থাগৎ-পিহুনা ভাষণ পিবিখি। মথংদা চৎথখি তোঙান তোঙানবা ভাষণ কয়া অমা ফোংদোক্লহুনা লম, লমগী অরা-অনা, থুদোং চাদবা রাফমশিং। ভাষণ পীবিখিবশিংগী মরক্তা কাছাড় লমদমগী নুপীমচা অমনা তিল্লিবা মীয়ামবু পুমঙম শুক্মৎপা ঙম্না পীখি। নুপীমচা অসিগী রা ঙাংবগী অহেম্বা শক্তি লৈ। মথুং মহাই, মিৎয়েং-নায়েং, মঙক মহাই অঙকপা ফংই। মণিপুরী নুপী মচা অমনা অস্তুক নিংথিনা হা ঙাংবা পংনা থেংনখিজ্রি। নুমিৎ অসিগী সভাপতিগী আসন্দা লৈতেংবিখিবা শ্রীযেরাজাওবা সিংহ এম, এল, এ না রাকোই শুবা তৌদনা, রারেম য়াওদবা মওংদা মণিপুরীশিংগী হৌজিকমক পায়থত্তবা য়াদবা শেন-থুমগী ফিবম ফগৎনবা, শিক্ষাগী লম্বীদা মীমাম্নবা নিংথিবা মরম চাবা পাওতাকা লোয়না ভাষণ পীবিখি। মহাক্না এম, এল, এ ওইবিবা অসি খাইগী ইমাইনি হায়না কাওথি মণিপুরগী ডেলিগেট-শিংগী থমোয়দা।

তাং ২ নোংমাইজিংগী অয়ুক্তা ফমথি সবজেক্ট

কমিটি। মাহুদা নৈনখি মণিপুরীশিংগী অয়াং-অপা কয়া, কয়া, মণিপুরী পুন্নমক্তা পুন্না হোৎনবা য়াগদবা য়ারেপ কয়া লৌখৎখি।

সবজেক্ট কমিটি অসিদা মণিপুর সরকারনা থোই-দোক্লা মিংশিং মাশিংবা উৎনা হায়না খাবিরবা সি, আই, ডিগী মীওই খরনা য়াওশিল্লবা অহুদা মনিং তম্না তাংনিংবা তাংবা, য়াকম কয়া নৈনবদা অপবা পীদনবা মীওইশিং অসিবু তাহোকপা তাখি। মীওইশিং অসি নৈবাকমচা য়ান্না তাই; থৌদারকপা মথৌ চপচানা তৌজবা তাক্তা ওইনা উই। মরেবাক মজাতিগীদমক্তা মপুক শেংনা অহিংসক নীতিদ সেবাগী থোঙদা মখরাই কংখোক্লবা নহারোলশিং অসিবু শেল তিংনা অসুক কয়া য়েংশিনবগী মহুত্তা টেরিটোরি অসিদা চৎনরিবা অরাম্বা কোলাইগী ঈ, পাও কেন্দ্র সরকারদা তন্তনা তাহনবিবনা লম খুদিংগী মঙ্গল ওইগনি হায়না মী খুদিংগী য়াখল্দা কাওখি। নৈরক খুলক্তা মু তাওহনা প্রজাদা অয়াবা পীদে, কম হাপ্পদা শেল চাদে, ডাক্টরশিংনা নিয়ম চুম্না অনাবা লায়েংই, নৈরক খুদিং দেবালী খাওদে, ঘরামোত য়েন্নহনা স্নুয়ার শান্নহন্দে, উ পংয়ান্দা য়ালহন্দে, লৌউ-শিংউবগী মরু মরাং নিংখিনা য়োল্লি, মরম চাদনা 'ত্রাস্সকার' তৌদে, নিয়ম চুম্না স্কুল কলেজদা গ্রান্ট পীবিরি, পি, ডবলিউ, ডি গী মীওইশিংনা শেল চাদে হায়না সি, আই, ডিগী কম্নাইবশিংনা খন্নিরবনি মণিপুরী মচাশিংদি মুংশিৎ য়াওদনা স্বর হোনবা তম্মি, চিঙ্গাক য়াওদনা হিংবা তম্মি, নিংখমখাদা নিংখম্বা কাওদে, কালেন্দা অশাবা কাওদে, য়ুমথোং খুদিং জগোই ঈশৈ, 'Manipur is a flower on lofty heights', 'A little paradise on the earth' নি হায়না কেন্দ্র সরকারদা পাও পীবিবা য়াগনি, তাকপিখিবা য়াগনি লেণ্ড সেটলমেন্ট ডিপার্ট-মেন্টমুক পুকচেল শেংবা নৈতে হায়না।

নিনীগুবগী সভাগী সভাপতি শ্রীব্রজমনি সিংহ, প্রসিডেন্সিয়েল এৱার্ড ফংবা মীশক্নি। সভা লোইবা কাওবা য়াওবিবা ওস্থিখিজবনা শ্রীচন্দ্র সিংহনা সভা-পতি ওইনা চৎখি। ত্রিপুরাগী শ্রীরা: কু: কমলজিৎনা প্রধান অতিথি ওইবিখি। য়ারেপ কয়া লৌরগা সভা লোইশিনখি।

অহিং অসিদা প্রিন্সিপাল শ্রীবুদ্ধসিংহগী পার্টি-না পুংগী চলোম অমম্তং ইশৈ কয়া শক্তুনা তিল্লিবা মীয়াম্বু অঙকপা ফংনা পেলহনখি। শ্রী ইবোহল শর্ম্মাগী ফিলম—মণিপুরগী উমংলাইশিং-গী মকম, মোইরাংগী লাই-হরাওবা অমসুং লম্লাইগী য়ারি মচা অমা উৎখি। থোইদোক্লা পেংখি চাওরবা মীকম অসিগী মীওই খুদিংনা।

অশিবদোনা তুমহনা নৈজরবা মণিপুর কম্য-নিটি হিংদবা য়াদে, শোয়দনা হিংগনি, মীমান্নগান, মীকোক থোংগনি হায়বা য়াশক লৌনহনা মতিং কোংদোকনা কাছাড়গী আতিয়া হোগাইনা অকবা নোংনৈ মুংশিৎ হৌরকপগুম, নোংশা মনান্না পুন্না ঙংবগুম 'শ্লোগান' কয়া লাওহনা চাওখৎ লম্বিদা ফুজিল্লগনি য়াশক্লহনা অচৌবা মীকম অহু লেই-শিনখি।

মতুংদা তাং ও নিংথৌকাবা মুমিত্তা লক্ষ্মীপুর, সিংগ্রিবন লমদম অনীগী মণিপুরি লুচিংবশিংনা নোংমগী মীকম কম্নবা তাকপিরকপা মতুং ইন্না ডেলিগেট পুন্নমক অমুক্তা শিলচরদগী লক্ষ্মীপুর তান্না থোংশানখি।

লমদম অসিগী লুচিংবা, সর্ব্বশ্রী গৌরসিংহ, পুন্নি সিংহ, গৌরহরি সিংহনচিংবনা ডেলিগেটশিংবু খোইদোক্না লৈবাক মচা তাবা মওংদা ওকপি-রম্মী। খোইদোক্না হুংশিনবা কোংদোক্লনা অমুকী চারা চান্নিঙৈদা লমদম অসিগী বাকয় কয়া নৈনখি। মতুংদা পুং অনি চপ চানা সেসন চথখি।

সভা অসিগী প্রধান অতিথি ওইবিথিবা শ্রী রাঃ কুঃ কমলজিৎ সিংহ, এম, এল, এ—ত্রিপুরা। অহাম্বা শৈহো ঈশৈ শকখি লমদম অসিগী হুপী মচা (লৈশাবী) অহুয়া। মণিপুরদু থাগৎপা অমসুং মণিপুরী ঐখোয় মশেল মুংশিননা পুন্সিদা খুৎশয়না চৎমিন্নবা রাকমগী ইশৈ অসি মথরাই শোক্না শক্লকপদা মণিপুরগী ডেলিগেট পুম্নমক মপি তানখি। কাউবা য়াররোইদবা ইশৈনি; মতম পুম্নমক্তা ঙংহুনা লৈরগনী মখোয়গী ইশৈ অহু ডেলিগেট পুম্নমকী নাকোংদা।

নিংথিবা ভাষণ কয়া পীনখি। কা হেন্না মী য়াম্না তিনখিবা মরম্না অমদি, প্রিন্সিপাল শ্রীবুদ্ধগী ইশৈ তানিংবা অমসুং কিল্ম-শো য়েংনিংবগী লাংতক্লবগুম্বা মওং অহুনা ভাষণ অয়াম্বা তেনশিন্দবা য়াদবা মওং লাকখি। মকম মতম ভাব তাবা মীওই চাক্তনিনা তেন্না তেন্না ভাষণ পীনখি। শিক্ষা চাওখৎনবা অমসুং শেন-থুমগী কিতম ফগৎনবা শেমগৎ শাগৎপগী রারেপ খর লৌরগা সভা লোইশিনখি।

শ্রীবুদ্ধগী পার্টিগী পুং-ইশৈ অমসুং শ্রীইবোহল শর্ম্মগী কিল্ম-শো অসি মীয়ামদা য়াম্না নুঙাইবা পোক্লখিবনা মথংগী নুমিৎ তাং ৪ গী অহিংদসু অমুক হনজিন্না শকপা-উৎপা তাখি।

মহাসভা অসিদা মণিপুরীশিংগীদা ওইবা হিরম কয়া কয়া পাংথোক্লবা কোক। কোকা চুংশিন্নহুনা থম্নরবসু, রারেপ কয়া তারবসু মরু ওইবা পাং-থোকখিবা হিরম অমত্তুংদি—"নৌহোননা মণিপুর অমসুং মপানগী মণিপুরীশিংগী মনুংদা থাদোক্লবা য়াদবা মওংদা অমত্তা ওইবগী মুংশিনবা থৌরিনা কাওবা য়ারোইদবা মওংদা হেন্না হেন্না চেৎনা পুনশিনখিবা" অসিনি।

চাওখৎপগী লমজেন্দা শোথহোরবা মণিপুরী ঐখোয়না মীয়ামনবা চেনখৎচগে হোৎনবঃ অসিদা ঐখোয় পুম্নমক লৌংজেল মায়হুনা পম্থুংকম য়ৌনবা চৎপা তাবনি।

---

## ইডিটরদা চিঠি

### গভর্ণমেণ্টনা নহারোল ফাবা !!

ইডিটর ইবুংঙো—

অদোমগী থাগী চেকোং 'লময়ানবা' য়ায়া ফবা, কিদবা, অচুম্বা থিবা জর্নেলনি হায়না তাজে। হন্দক নহারোল খরা মণিপুর গভর্ণমেণ্টনা ফারিবা, ফারিবশিংগী মরক্তা অদোমগী ইডিটর মশামকশু য়াওখিবা অমসুং মণিপুর গভর্ণমেণ্টত্তা চীরোল তৌবা খবর কাগজ কয়ানা কাপ্পী তৌহনা, লঙনহনা রিভোলুসনরী গভর্ণ মেণ্ট-হা অহু অদা হায়রহনা মণিপুর নহারোলশিংবু চিংনবা মুংঙাইতবা পোকহনবশিংগী মরম অশেংবা অদোমগী ওর্গেনাইজেসনা করি থিগৎলিবগে ? থাজৈশেংনা নহারোলশিং অসিনা এন্টি গভর্ণমেণ্ট অমসুং সবভরশিভ এক্টিভিটিজ কয়াম তৌরবগে ? করিমতা তৌদবা, করিমতা খঙজদবা মী ওইরমলবদি কনানা করি তৌবা তাবগে ? হায়রিবা মীশিং অসিগী মরক্তা গভর্ণমেণ্ট সারভেণ্ট ফাওবা ৱারেণ্ট য়াওদনা ফাবা য়াওরিবসিনা করিনো ? গভর্ণমেণ্ট সারভেণ্ট অমগী রাইত অমসুং প্রিভিলেজনা করিনো ? মহাকী দিপার্টমেণ্টনা করি প্রোতেকসন পীবগে ? গভর্ণমেণ্ট সারভেণ্টশু ইভিদেন্স লৈতনা হেক্তা হাজক্তা খঙ্বা, জেলদা নমশনবা সরকারগী করম্বা তৌবা ওদগী শকওংনো ? অতৈ লমদা, বেঙ্গল, মাদ্রাজনচিংবা লমদদি সিটিজন অমসুং গভর্ণমেণ্ট সারভেণ্টকী রাইট য়ায়া লৈরগা ঐখোয়গী লমদদি মীনাইগী লম ওইবনা গভর্ণমেণ্টনা ফুমিন্না লৈবা, কাম্বা তানবা খবরশিংনা য়া-য়া নোক্না লাঙহনা লৈকম থোকপনি অসিমা ? থাজৈশেংনা হৌজিক লৈরিবা ফিভম অসিবু করিনো ? মণিপুরী নহারোল লাখ অহুম অসি রিভোলুসনরী ঙাক্তরা ? ফারিবা নহারোলশিং অসিদা মশাদা এন্টি গভর্ণমেণ্টল অমসুং সবভরসিভ এক্টিভিটিজগী ইভিদেন্স লৈত্রবদি মখোয়গী মরমদা কনানা লাউ থোংগদগে ? পব্লিক লিবরতিগী গারদিয়ান লমসিদা কনানো ? ১১ স্তেষ্ট বেঙ্গল একনা কয়ামুক চাওবা দণ্ডিগী খুৎলাইনো ? বোরদর এরিয়াদি দেমোক্রেতিক এরিয়া নত্তে অসিরা ? শিব সেনাদনি করি এক্ট পানবগে ? মীনাই মচা ওাক্তা ওইবনা তুমিন লৈগদবনি অসিরা ? ফাও, ফাগম্নু হায়বা নত্তে, মরাল লৈতববুদি করিগী থাদোক্তে ? মপুনা থাদোকলোই খনখবনিনা মীনাইশিংদি হঙ্গৎলুকম থোক্তে অসিরা ? হৌজিক মণিপুরগী নহারোল পূম্নমক জেলদা লৈবা তারবদি ? করিগী তারোই নওবু রিভোলুসনরী গভর্ণমেণ্টকী মিনিষ্টর অমনি হায়না ঐনা হায়জল্লবদা নহাক করিগী হাজক্র য়োরোই ? ঐদি করিদগীদি হায়রোই—ঐ হৌজিক পৈশা লৈত্তে, থীবোং থম্দে, ইচা ইনাইশিং য়োকপা ঙমদে, শেল পামই, ঐনা কল্লকপা মী মাংহনবা ঐ পামই। পাউ অমা পীরুরগা লুপা ৫০০ ফংগদোবা লৈরবদি ঐ পীগে, নোরোক তাগে ঐ শেল পামই। অহুদি নংদি করি তৌনি ? থাজৈশেংনা ইডিটর মহাশয়না তশেংনা খংত্রবরা ? নঙ ঐবু হয়েং জেল চংলবদি কমদৌশিগে ? মী পূম্নমক জেলদা চংলোই, য়ুমলোম্নবা, মীনাই, হুই; শেল পাম্বা কাংবুনা নোংঙাল্লমদাইদা পুলিস

পুশল্লকলোই, হায়বা করম্বা থাজবা লৈরবগে ? ঐদি রিভোলুসনগী নত্তে অদুবু ঐগী জেলদা চং-লোই হায়বা ঈশাদা করম্বা মীনম তৌশিংগে ? ইডিটর মহাশয়না কয়ি শেংদোকপিবা ঙমবগে ? থাজেশেংনা লাম্বা মী য়াওরবদি মখোয়বু য়োং-কুল এরেষ্ট তৌবগীদমক কনানা সুপ্রীম কোর্ট য়োগদগে ? ঐখোয় মীনাই ঙাকনি তুমিন্না অমুম লৈসিরা ? অদোমগী লময়ানবা কয়ামুক লম য়াল্লগদগে থংজানিংই। মতিক মগুণ লৈ তাজবা তৌশলবা ঙাইহাক্কী ধমকা ওইগদৌরিব্রা ? থুনা শেংদোকপিরকউ।

ইডিটরগী
ইবোমচা
খুরাই।

## হাবী-জাবী

ইডিটর ইবুংঙো,

ওরিয়েন্টেল কলেজগী য়াকম অসি হৌজিক হৌজিকমক লৈবাক্কী য়াথোক ওইনরি। মসিগী মরমদা থাঙ্গশেংনা হায়বা তারবদি মৈরিকপিদগী মৈজাওবী ওইখিবগুম্বনি। থোদোক অসি গভর্ণ-মেণ্টক্কী ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্টনা মীশক মীমাই য়েংনবদগী থোকখিবনি। তশেংনমক হিরম অসিদ'দ হুরাল্লিবা মীগা ফাগদৌরিবা মীওইগা মাপ্পরগা হুরানবা ফাবিয়ু হায়না য়াকৎলুবা মীদা মরাল পীবগুম্বনি। মতৌ অসুম তৌত্তুনা মরাল কয়িত্ত লৈজদ্রিব ওঝাশিং অমদি ছাত্রশিংবু মরাল পি-শিন্দুনা ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্টনা কলেজ অসিগী মরালনা মপোৎ ফারবা চিয়ারমেনবু কল্লনবা হোৎনরি। লৈবাক্কী লায়না ওইরক্লবা কলেজ অসি অমুক্তংদি কলহৌবা য়াত্রা হায়না খন্নকপদগী মতক্কা অসি থোক্লখিবনি।

হৌখিবা শোক ১৯৬৯ এপ্রিল থাদা কয়িত্ত মরাল লৈজদ্রবা বিস সি পার্ট য়ানগী ছাত্র ৯৭ কী মপুল্লি মাংহনগে হায়না কলেজ অসিগী চিয়ারমেন অমদি প্রিন্সিপাল ইন-চার্জনা হোৎনখি। ছাত্রশিং অসিনা লাইব্রিক তংমখৈ তম্লগা পরিক্ষা থাবা য়াদবগী পাও অহু হেক তাবদা মখোয়গী মমল য়াম্লবা মপুল্লি মাংবা কাওবা পাম্মুদে। মখোয়না মপুল্লি কাওবা য়োম্বোক্লগা ইডুকেসন ওফিস মমাংদা চয়া হেনবদগী পরিক্ষা থাবা য়াখিবনি হায়বা অসি অভিভাবকশিং অমদি প্রজা মীয়াম্না থংনয়না য়াকমনি। মাসিগী মরিদা মীওই অনি অসিবু গভর্ণমেণ্টনা আই, পি, সি এক্ট ৪০৬ অমুগা ৪৬৮ অসিনচিংবা মথাদা মুমিৎ নিনি চুপ্পা জেলদা লৈখ্রবনি। এক্টশিং অসিগী মতুংইন্নদি মীওই অনি অসিনা পব্লিক মনিবু অরানবা মওংদা শিজিন্নরে হায়না উৎলি। মাসিগী মতাংদা ছাত্রশিং অমদি অভিভাবকশিংনা কেশ অসিগী মরিদা কয়ি করম তৌখ্রবগে হায়না ভসি ফাওবা থৌরাংনা ঙায়নরক্লি।

কলেজ অসিগী মতাংদদি মণিপুর সরকারনা কলেজ অসিগী চিয়ারমেন্দা কুশি তৌননবগী শক্তি পিথোকপগা চপ মান্নখে। শক্তি অসি পায়র-বনিনা মশানা অমোৎপা কয়া তৌরকপা হায়বা অসিদি শোয়দ্রবনি। কলেজ অসিদা চহিগী ওইনা গ্রাণ্ট পিথবিরি। অদুবু চহি চাহিগী ওইনা পিথ-রিবা গ্রাণ্ট অসি, চহি চহিগী ওইবা হিসাব অমত্তা উত্তনা হেক্তা লৌহত্রা হায়না চিংনদবা ঙমদে। মতাং অসিদা নিংশিংগদবদি কলেজ অসিদা

পিরমলিবা পৈশা অসি প্রজাশিংগী পৈশানি। প্রজাগী মরলম্ব মীওই খরনা হাবী-জাবী তৌরক্রা হায়না চিংনদবা ওমদে। মসিনা করিগুম্বা অচুম্বা ওই-রবদি মতাং চারিদৈদা গভর্ণমেন্টনা য়েংশিনবি-হৌবা কৈ।

মহাক্লা শক্তি অসিগী মথাদা ওঝা ৯ বু ইথং খংহৌদনা হেক্তা লৌথোকখি। অসিগুম্বা ওঝাশিং অসিবু মহাক মতোমতগী আইনগী মথাদা হেক্তা লৌথোকপা য়ারক্রা? অসিগুম্বা মহাক্কী ওটো-ক্রেটিক ওইবা আইন অসি হৌজিক্কী গণতান্ত্রিক সমাজদা য়াদে হায়বা খংবিগদবনি। অসিগুম্বা কলেজ অসিগী চেয়ারমেনগী মরম্লাইগী ওইবা আইন্দা ইহুকেসন ডাইরেক্টরনা মতেং পাংবগী য়াওাং কয়াদা ওঝাশিংনা পেন্নখিক্রবনি। অরানবা থবক কয়াদা অমগা অমগা মতেং পাংনরবদি তুংগী সমাজদা করি ওইরকপা য়াবগে হায়বা খরমথৈ খম্বা কৈ। কলেজ অসিগী অরানবা অমদি অমোংপা কয়াদি শেংদোক্কনা ওঝাশিংদা মরাল পিশিনবনা কলেজ অসি কলহৌনবগী য়াথল ওইবা য়ারোই। অহুনা কলেজ অসি কলহৌসি হায়রবদি অহান-বদা অমোংপা অমদি অরানবা কয়া হান্না চুম-থোকপা তাবনি। মরম অসিনা কলেজ অসিদা তৌরিবা হাবী-জাবী কয়া অসি শেংদোক্নুনা কলেজ অসি কলহৌনবা লময়ানবগী ইডিটরগী মিয়েং চিংশিনজরি।

ইডিটরগী—
খোমদ্রাম ইবোবী,
কাকৈখেল।

ইউনিভরসিটি সেন্তর

ইডিটর ইবুংঙো,

মণিপুরদা ইউনিভরসিটি সেন্তরগী য়াকম অসি অত্তং অথম নাইদনা নৈনরক্লি। অসিগুম্বা সেন্তর অসি মণিপুরদা থম্বা মতিক চাক্রা নক্রগা চাদক্রা হায়বা মওং য়েংনমবা, ভারত সরকারগী ইউ-নিভরসিটি গ্রান্টস কমিশনগী মীওই থম্না মণিপুরদা থা ভক্ককলোমগী মমাংদা লাকখি। মীওইশিং অসিগী মরক্তা গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী কলেজ ইন্সপেক্তর বিপিন পাল দাসসু য়াওই। মীওইশিং অহুনা মণিপুরদা হায়রিবা সেন্তর অসিগী অরোইবা চেরোল থাগৎলমদাই মতমদা বিপিন পাল দাসনা থাবৈ-খরা শাহনা অয়েৎপা অপনবা কয়া থোক-হন্নবা হোৎনখি। মরম অসিনা মণিপুরদা ইউ-নিভরসিটি সেন্তর অমা থমদনবগী চেরোল অমা মীওইশিং অহুনা ইউনিভরসিটি গ্রান্টস কমিশন্দা লানথৎলে। চৈরক অসিদা মণিপুরগী মতম অহুগী ইডুকেসন মিনিষ্টর নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ অমস্তুং গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী ভাইস চানসে-লারশু দিলিদা থুংলখি। মথোয় অনিনা মণি-পুরগী ইউনিভরসিটি অমস্তুং ইউনিভরসিটি সেন্তরগী মতাংদা যুম্না নৈনখি। কলেজ ইন্সপেক্তরগী ককশাবীদগী মণিপুরদা ইউনিভরসিটি সেন্তর থমদবা হায়রবা য়ারোল অহু মথোয় অনিগী হোৎনজমন্দগী হোংদোকলে। মণিপুরদা হায়রিবা সেন্তর অসি থমননবগী কিলম অহু শেমখি।

গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী পথাপশিংগী মমুংদা ইউনিভরসিটি সেন্তর থম্বগী য়াকম অসি য়াওদে। মরম অসিনা হায়রিবা পথাপশিং অসিগী মরক্তা য়াওবা য়াননবা পথাপ অহু অযুক নৌনা

শেমদোকপা তাই। মতাং অসিদদি গোহাটি ইউনিভরসিটি এক্ট অহু অমুক ইনৌ নৌনা শেমদোকপা তাই, মসিনা মণিপুরগী শাখিবা অপরবা অমা ওইরে। থাজৈশেংনা বিপিন পাল দাসনচিংবা মীওই থরনা মণিপুরদা ইউনিভরসিটি সেন্তর থম্বা পাম্মদে। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগা মণিপুর সরকারগী ময়াং ওফিসারশিংগী ককশাবী অমসুং হিগায়রাশিং অসিগী শাফুদগী মণিপুরদা ইউনিভরসিটি সেন্তর লিংলোইদৌরী। ডিঃ এমঃ কলেজদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাস থরঃ চংথরিবা অসিদা মমায়দা পাওদর খজিক্কুং থারগা তোকদৌরি। ওল ইন্দিয়া রেডিওনচিংবা সরকারগী প্রচার বিভাগনা হায়খিবা রাক্ষম পুম্মমকশিং অহুবু লোইনমক মতম মতমগী ঙাংখিবা রাক্ষম ওইনা লৌরগরা ? ময়াংশিংগী অসিগুম্বা হাবী জাবী অসিদা মণিপুরগী লুচিংবশিং মরৈবাক মজাতিগীসমক্তা লাইবক লেপ্পীগদৌবশিংনা থবক পায়থংপিনবা মিৎয়েং চিংশিনজরি।

অদোমগী—

এ, নরেন্দ্র সিংহ

উরিপোক।

## তপথহনদ্রবা অপাম্বা

ইডিটর ইবুংঙো,

মণিপুর মপুং-মপানগী অমত্তা ওইরবা "পান মণিপুবা য়ুথ লীগ" কী থাগী চেক্লোং লময়ান্ব " মণিপুরী ঐখোয়গী খোইদোক্লা চাউথোকনিংঙাইনি। অহুবু ওক্টোবর থাগী "লময়াম্বা" অহুমশুবা চেক্লোংদা ত্রিপুরাগী নীলমণি মহাশয়গী আর্টিকল "তপথহনদ্রবা অপাম্বা" গী মরমদা অরাম্বা রা অমা অনিদং কোংদোকচনিংঙি। ইডিটর মহাশয়না "লময়াম্বদা" কোংদোকপিহুনা অরাম্বা অসি ময়ামদা খংহন্বিগনি হায়না আশা তৌজে।

ত্রিপুরাগী নীলমণি মাশয়না "তপথহনদ্রবা অপাম্বা" আর্টিকলগী অরোইবদা ইবিরকইবা "ত্রিপুরাগী মণিপুরী কাংলুপনা 'মরুপ' কৌবা চেক্লোং অমা পুথোকচরি। চেক্লোং অসিগী অহানবা শরুক্তা মণিপুরী লোনগী রারেং অমসুং শৈরেং য়াওরিবা অনিশুবা শরুক্তা বিষ্ণুপ্রিয়া লোনগী রারি রাজায় পুথোকলি।" মসিদা ঐহাক্না 'মরুপ' কী ইডিটর ওইনা রা অমা অনিদং হায়নিংঙি। 'মরুপ' পাত্রিকাদা বিষ্ণুপ্রিয়া লোনগী রারী রাজায় হৌজিক ফাওবা ফোংজদ্রি। 'মরুপ' পাত্রিকাগী মকোক্তা ইরি "A Non-Political Manipuri Bengali Bilingual weekly newspaper" অসি রাহে অসিনা 'মরুপ' কী মশক তাকলিবনি। অহুবু থরায় সুংঙাইজদবদি ত্রিপুরাগী নীলমণি মহাশয়না অসিগুম্বা অরাম্বা অসি করিগী ময়ামদা ফোংদোকপিরিবনো ? মহাক্না ত্রিপুরাগী মী অমা ওইন ওইনমক অসিগুম্বা অরাম্বা অসি হায়বা হৌনদে।

অদোমগী—

নীলমণি সিংহ

ইডিটর, "মরুপ"

আগরতলা, ত্রিপুরা

---

(অদোম্মা শেংদোকপীবা অসিদা 'লময়ানব' না য়াম্মা সুংঙাইবা ফোংদোকচরি,— ইডিটর)

## 'লময়ানবা'

ইডিটর ইবুংঙো,

পানমিলগী থাগী চেকোং 'লময়ানবা' পাজরে মণিপুরগী অরা পুংঙাইগী শকতম 'লময়ানবা' দা তা.রিবস্থু উবদা থোইদোক্লা য়াদৈ অমসুং মুংঙাই-দ্রৈ। 'লময়ানবা' না জাতিগী য়াইফ খোংথাংদা অনৌবা পাম্বৈ অমা পুরকলগনি হায়না থনজৈ।

ইডিটর ইবুঙোগী মকমদা য়াহৈ অমা-নিত্তগা মিংশিংজনিংই মতুদি য়ারবদি পানমিলগী থাগী চেকোং 'লময়ানবা, দা হৌখিবা থা থাগী পৃথিবীদা থোকখিবা মরু-ওইবা থোদোকশিংদু অশম্বা য়াহৈবা ইহুনা লাময় অমতা হেন: হাপ্পিদু। মসিনা পানমিলগী লামসুং গ্রাহকশিংগী থোইদোক্লা কান্নবা হীরম অমা ওইরগনিদু থনজৈ।

ইডিটরগী
এস., এম, সিংহ
কাছাড়

( অদোম্না পীবিরকপা পাওতাক অসিবু মমল য়াম্লবা অমা ওইনা লৌজগনি অদুগা মতুংদদু পীবিরকখিগনি হায়না নিংজরি— ইডিটর )

---

# শান্নবুংগী পাওথাং

খোমদ্রাম সুরেশ

## ওল ইন্দিয়া অতম মীট

পুনাদা তৌখিবা ওল ইন্দিয়া অতম মিততা মণিপুর স্কুল তিম্না ফুটবোল, কাবাদি, টেবল টেনিস অমসুং ঈরোইবা য়াওরুই। ফুটবোলদি শেমী কাইনেলদা বেঙ্গোলগী মথুক্তা পোথী। রেফ্রীনা লাননা দিসিসন পী হায়না য়াল্লরকত-রেদগী লোইগদবা মিনিট ২০ লোম য়াংলিঙৈদা ফিল্দগী মপাল থোকতুনা শান্নবা লেপখি।

কাইনেলদা আসামগী স্কুল টিমনা বেঙ্গোলবু ২—১ না থোইহনা চেমপিয়ন ওইখ্রে। হন্দকী অসিনা অহানবনি।

মণিপুরদগী ঈরোইবা য়াওবা মী ৫ শি কাই-নেল য়ৌখি। কাবাদি অমদি টেবল টেনিসতি অহানবা য়াউওদা লৈহৌরে। ঈরোইবা মঙাগী পাও তাবদা য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। মখোয়না কাইনেলদা লৈহৌবগী ঐখোয়না সুইমিং পোল্দা ঈরোইবা ফংদবগী দোষ ওইনা তৌরি।

## মণিপুরদা শান্নবা—

তাং ২৭ ( নবেম্বর ) দগী মপান কাংজৈবু দা মণিপুরগী বোলী টুরনামেন্ট হৌরগনি হায়না তারি। মণিপুরগী জুনিয়র ফুটবোল টুরনামেন্ট লোইখ্রে। কাইনেলদা তাইয়োনা ত্রাওবু ২—১ দা থোইহনা চেমপিয়োন ওইখে। লোকেল সেনিয়র A ১দি B টুরনামেন্ট তাং ১৯ ( নবেম্বর ) দগী অমুক-লেপখ্রে। সি সি মিত্ত লোইরগা হৌরবা য়াই।

তাং ২৬ ( নবেম্বর ) দগী সি সি মিট হৌগে ।
হাকুমগী চেমপিয়ন অমসি মর্স লেম যাওরিং
থম্মোই শোকললবা যাকম

মী লাক্ক ১০ গী মথক্তা লৈরবা লৈবাক অসিদা মতিক চাবা গ্রাউণ্ড অমা থম্নীদবসে ঐখোয়গী খ্বাইদগী হেন্না লাইবক থীবনি ! থা খরা শগোল কাংজৈ শাম্নবা, খা খরা মেলা তৌবা, মুমিং খরা, মিটিং তৌকম, মতুংগী মরক্তা স্কুল, কলেজ, লো-কেল হোকি অমদি ফুটবোল শানকম—পোলো গ্রাউণ্ডগী মতাংদা অমুক্তা থম্বহন্না য়েংবিয়ু । মসিবু ফংত্রবদি শান্নবস্থ লেপ্পা হেক্তা মক্তানকই । মণি-পুরগী অমত্তা ভাইরবা শান্নবগী এসোসিয়েসনগীস্থ মশাগী ওইবা গ্রাউণ্ড অমা লৈতবনা লম্হইগী শোইদনবা তৌবা থবককুম ভাদোক্না উরে । হায়রিবা গ্রাউণ্ড অসিমকস্থ শুকশান শান্নবা য়া-ত্রবা মকমনি ; শেম্নবগী মতমস্থ ফংদে : শেম্নবগী মওংস্থ উদে । হায়রিবা মফম অসিদা শান্নহন্দুনা মপালগী কমপিটিশন কপ্পা য়াওরুগদৌবগী শরুক-পুদি অমরোমদা য়াওদবনা হেন্না কৈ । পুত্রীদা ঈরোইবগী প্রাকটিশ তৌরগা অচৌবা কমপিটি-সন য়াওরুবদি থোইনা থুদোংচাবা ফংলোই ।

মনি পুরনক মপী মপা ওইমশিংগী মরুমদা লাও-চুকত্রা লৈরগত্রা ? লাওত্রবদি তৌকম থোক্কপসে তৌরয়োইত্রা ? থরদংবু তৌথিরবদি কয়া থুনা চাওখৎপগে হায়বচু থুকম ওইনা উৎচরগে । চহি থরনিদা স্কুলশিংদা গ্রান্ট থরা থয়াদ গভর্নমেণ্টনা পীবিবদগী কয়া থুনা চাওখৎপগী মওং উঠিবা ? স্কুলশিংদা টেবল টেনিস বোর্ড অমমমদ্ৎ য়েনবি-বদগী কম্না মুংঙাইনা শান্নজক্কবা, হায়রিবা বোর্ড-শিংসি শাদনা থম্বা স্কুল কয়াথকম লৈরমগনি অতুব শাম্নরিবা কাংবুদনি কয়াদা কথ্বা । মতিক চাবা ফিলড লৈতনা চিনফাদা তমবিবদি ওম্বা ওইগদৌরিবা মী কাওবদা তৌদে ।

মশা মশাগী হোৎনজমম্না অসিগুম্বা থাক যৌনা কাখৎলকলম্বা মণিপুরী মচাশিংবু খজিকতং শোগৎপীয়ু হায়না ইকোক নোঞ্জরি মণিপুরগী দমক্তা । মী লাক্ক ৬, ৭ তা ভাইরিডৈদা লৈথিত্রবা সার চুরাচান্দ মহারাজ ইবুংঙোনা তৌবিরম্বগুম তৌবা গুমলহৌরাই হায়না অহল ওইরবা শান্নরদা থন্নাই য়াওবিবা কয়াগী মফমদগী ভত্তনা ভাবদা থম্মোইসে ওক্কোক্লা নুংঙাইখিত্রে ।

---

## থৌদোক-ব্রাথোক

### থাদা মী তাবা

চৎলিবা চহি অসিগী জুলাই থাদা মীনা থাদা অহানবা তাক্কবা অতুগী মতুং থা মরিগী মওংদা অমুক ছন্না অনিগুবা খোংচৎ অমদা মীনা থাগী লৈমাইদা মাই পাক্কা তাক্করে । থৌদোক অসিনা সোর জগৎকী গ্রহশিংবু অম তৌবিংবা মীওইবগী য়াথল অসি মপুং ফানা মহৈ য়ানবা য়ারে হায়না উৎলরে । এপোলো ১১ অমদি এপোলো ১২ গী মাই পাকপা অসিনা মীওইবা জাতিগী ইতিহাসতা অচৌবা

খৌদোক অমা ওইনা মুৎলরোইদবা কালিনা ইহুনা থমখ্রবনি। এরোপ্লেন্না ওসিগী পৃথিবীগী চৎথোক চৎশিন্দা পীরিবা থুনোংচাবা অসিগুম্না পৃথিবী অমদি থাগী মরক্তা যীনা চৎথোক চৎশিন ভৌবনও ডোলার বিলিয়ন কয়া চংনা হোৎনরিবা থাদা চৎপগী থৌরাং অসিনা থুনমক পীয়রুগনি হায়না লৌবদা চিংমনিংঙাই লৈভবা ৱাকম অমা ওইররে।

চার্লস কোনরাড জুনিয়ার; রিচার্ড এফ গোর্ডন অমদি অলান বীন, এস্ট্রোনোট অহুম য়াওবা এপোলো ১২ অসি ফ্লোরিডাদা লৈবা কেপ কেনেডিদগী নবেম্বর থাগী তাং ১৪ গী অয়ুক পুং ১১-২২ মি: ই: এস: টি: দা খুমিৎ ১০ চংবা থাগী খোংচৎকীদমক থাগৎশিবনি। এপোলো ১২ অসি "য়াংকি ক্লিপর' হায়বা কমান্দশিপ অমদি "লুনর মোড্যুল" অহুম্না শরুক অনি খোক্রা থাইদোকই। এপোলো ১২ অসি পৃথিবীগী লৈমাইদগী মাইল ১১৫ ৱাংবা মক্মদা পৃথিবীবু ১½ রক লৈবা কাওবা সেটন ৫ না থিনখি। লুনর মোড্যুল অনিদা "ইনট্রিপিদ" হায়বা রেডিও কোড অমা য়াওখি। কমান্দশিপ অসিনা থাগী লৈমাইদগী মাইল ৬৯ ৱাংনা লৈহুনা লৈখি। অহুম্না ইলহুনা লৈরিবা কমান্দশিপ অসি গোর্ডন মথন্তুনা খৌহুনা লৈখি। কোনরাড অমদি অলান বীন্না "লুনার মোড্যুলদা' তোংহুনা নবেম্বর থাগী ১৯ গী অয়ুক পুং ১-৫৩ মিনিট তাবা মতমদা থাগী লৈমাইদা তারকখি। তারিখ অসিগী নুংথিলগী পুং ৫-৫৮ মিনিট তাবা মতমদা অহুমশুবা মীওই অমা ওইনা কোনরাডনা থাগী লৈমাইদা খোংদাখি। মিনিট ৪০ রোম লৈরগা মরিশুবা মীওই অমা ওইনা বীনন্ত থাগী লৈমাইদা তারকখি। অমুম্না থাগী লৈমাইদা পুং মরিয়োম মথল মথা অয়াম্বা চাংহেং কয়া তৌরবা অমদি থাগী লৈবাক কোৎহুনা পুররুবা হোৎরবা মতুংদা 'লুনার মোডুলদা' চংহুনা পুং ২০ পোৎথাখি। অমুম্না পুং ১০ পোৎথারবগী মতুংদা নবেম্বর তাং ২০ গী অয়ুকী পুং ১২-১২ মিনিট তাবা মতমমা থাগী লৈমায়দা মখোয় অনিমক অনিগুবা খোংচৎ ওইনা অমুক হন্না কুমথবা অসিদদি ১৯৬৭ তা থাগৎখিবা 'সর্ভিয়ার—৩' গী মনাক্তা ভাখি; মথল মথা অয়াম্বা লৈপাক কয়ামরুম পেক্লকখি অমদি পেক্লকপা লৈপাকশিংগী মথল মথা অয়াম্বা কোটো নম্নকখি। অমুম্না মখোয় অনিনা তৌগদবা থবক পুম্নমক লোইরম্নগা নবেম্বর তাং ২০ গী অয়ুকী পুং ৯-২৩ মিনিচ তাবা মতমদা কোনরাড অমদি বীন্না 'লুনার মোডুল অহু কমান্দ শিপ' য়োনবা থৌগৎলকখি। তারিখ অসিগী নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ১-২ মিনিট তাবা মতমদা কোনরার্ড, বীন গোর্ডনগা অমুক হন্না কমান্দ শিপতা তোংমিন্নখি। মী য়াওদ্রবা "লুনার মোডুল" অহু খুমিৎ অসিগী নুমিদাংৱাইয়গী পুং ৫-১৮ মিনিট তাবা মতমদা থাগী লৈমাইদা এপোলো ১২ না তাকম অহুদগী মাইল ৬ রোম থাপ্পা তাহনখিহুনা থুগাইরম্মী। অমুম্না খুমিৎ ১০ নিগী খোংচৎ অহু লোইরহুনা এস্ট্রোনোট অহুম অহু নবেম্বরগী তাং ২৪ গী নুংথিল পুং ৩ ৫৭ মিনিট তাবা মতমদা পেসিফিক মহাসাগরগী পেগো পেগো হায়বা মফম অহুগী ময়াদা তারকখি

## সোসিয়েল অমদি মোরেল ফংসন:

চৎলিবা চহি অসিগী নবেম্বর তাং ১২ গী অয়ুক পুং ১০ তাবা মতমদা মণিপুর কলেজ

ষ্টুডেন্টস ইউনিয়নগী শিন্নাংতুনা কলেজগী সেক্রেল হোলদা 'সোসিয়েল অমদি মোরেল কাংমন' অমা তৌখি। মীফম অসিদা শ্রীচিংগাংবম কালাচাঁদ শাস্ত্রিনা সভাপতি ওইখি। প্রোঃ অখাংবম মিমকেটন সিংহ, মণিপুর কলেজগী হান্নগী প্রিনসিপাল শ্রীচিংঙাখম পিশক সিংহ, প্রোঃ এলাংবম নিলকান্ত সিংহ, প্রোঃ নন্দলাল শর্মা অমদি প্রোঃ জিন্সিঃ তোংব্রামা মোরেল অমদি সমাজগী ওইবা রাকল কন্নদা মমুং তাবা রা কয়া ঙাংখি। কলেজগী ছাত্র ছাত্রী অমদি মপান্দগী লাকপা অখং অহৈ মীওই কয়া তিনবা মীফম অমু মুমিদাংগী পুং ৬ ফাওবা চৎথখি।

## পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টুডেন্টস ইউনিয়ন:

চৎলিবা চহি অসিগী নবেম্বর থাগী তাং ১৭ তা ডিঃ এমঃ কলেজগী য়ুথ হোষ্টেলদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টুডেন্টস ইউনিয়নগী ফ্রেসমেনস সোসিয়েল তৌখি। মহারাজকুমার শ্রীপ্রিয়বর্ত সিংহনা অথোইবা অতিথি ওইখি অদুগা ডিঃ এমঃ কলেজগী প্রিন্সিপাল শ্রীব্রজমনি সিংহনা সভাপতি ওইখি। মুমিং অদুদা রা ঙাংখিবা মীওইশিং অমদি ইউনিয়ন অসিগী জেনেরেল সেক্রেতরী শ্রীইবোহলনা মহাক্কী বারোলদা ডিঃ এমঃ কলেজদা চৎলুরিবা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাসশিংগী অরাংপা, লেজনন চিংবগী মরমদা রা কয়ামকম মমুং তানা নৈনখি। মণিপুরদা ইউনিভরসিটি অমা লৈহনবা তারবদি তৌরিবা ক্লাসশিং অসি নিংথিনা চৎথহনব অমদি অরাং অপা মেনশিন্নবা মরি লৈনবা অথরিটিনা মিৎয়েং চংবিগদবনি হায়না রা ঙাংখিবা মীওই পুম্নমক্না ফোংদোকখি। সভাপতিগী ভাষনদা প্রিন্সিপাল শ্রীব্রজমনিনা অসুম্না হায়বিখি, "পোষ্ট গ্রেজুয়েট তবা হায়বসিদি অকবা লাইব্রেরীগী দরকারনি। মতিকতানা হৈশিংবা ওজাশিং ছাত্রশিংবু তম্বীগদবনি। হৌজিক ডিঃ এমঃ কলেজদা চৎথরিবা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাসকী অরাং অপাশিং অসি য়েংশিনকদ্রম থোকই। মতু নত্রবদি মণিপুরদা ইউনিভরসিটি অমা থম্নবী আশা অসি রাক্ল রাংলপনি।"

## মণিপুর ষ্টেট ইকোনোমিক কাওন্সিল:

নবেম্বর থাগী তাং ২৩ গী অমুক পুং ৯-৩০ তাবা মতমদা শ্রীসোগাইজম সমরেন্দ্র সিংহনা সভাপতি ওইদুনা মণিপুরগী অচল-লম্মন, অখং-অহৈ অমদি নহারোল শয়াম য়াওবা শ্রীচিংঙাখম পিশক সিংহনা কৌবা মীফম অমা য়াইস্কুল জুনিয়র গার্লস স্কুলদা তৌখি। মীফম অদুনা মণিপুরগী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা শেল থুমগী কৎচিন্নক-ত্রবা ফিবম কয়া পুথোক্নুনা মমুং তানা নৈনখি। মণিপুরগী শেল-থুমগী ফিভম অসি ফগৎনবা হোৎনবদা পাইথৎপা য়াবা থবক কয়া পাইথৎনবা "মণিপুর ষ্টেট ইকোনোমিক্স কাওন্সিল" হায়না অমা শেম্বা হায়না য়ানরে। কাউন্সিল অসি শেম্নবা হোৎনবদা মরু ওইবা থবক পাইথৎনবা মীওই ১১ না শাম্বা এডহোক কমিটি অমা শেমখে। কমিটি অসিগী কনভেনরনা শাম মণিপুর য়ুথ লীগকী জেনেরেল সেক্রেটরী শ্রীএলঃ চন্দ্রমণিবু থনখে।

## কাছাড়গী ঈ পাও:

তাং ২৬ নবেম্বরগী নুংথিলগী পুং ১ তাবা মতমদা লক্ষ্মীপুর থুনৌগী মাণ্ডপ অচৌবদা, এডহোক কমিটি, শাম মণিপুরী য়ুথ লীগ, লক্ষ্মীপুর ব্রাঞ্চনা শিন্নাংদুনা অচৌবা মীফম অমা তৌখি।

শ্রীসাপম গৌর সিংহনা নীকম অসিগী সভাপতি ওইখি। পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী সংবিধান নৈনবগা লোয়ননা মীকম অত্থনা পৃথিবীদা লৈরিবা মণিপুরী জাতিগী লোন, সংস্কৃতি, সাহিত্য, অর্থনৈতিক, শিক্ষানচিংবা কৎনবগী মরমদা পাইখৎপা য়াবা থবক কয়ামরুমন্তু নৈনখি অমন্থং থম্নখি। সর্ব্বশ্রী নবদ্বীপ সিংহ, গৌরহরি সিংহ, চন্দ্রসিংহ, ব্রজমোহন সিংহ, মনিকচান্দ সিংহ, শুভাকর সিংহ, ইবোয়াইমা সিংহ অমদি বিবেশ্বর শর্ম্মা নচিংবা মীওইশিংনা পান মণিপুর য়ুথ লীগকী মরমদা খংবা য়াবা ৱাফম কয়া মরিক চুম্না ওা-নখি। পান মণিপুরী য়ুথ লীগতা এফিলিয়েট তৌখ্রবা আসাম প্রদেশ মণিপুরী য়ুথ এসোসিয়েশন লৈরবন্থ কাছাড় শিনবা থুংনা লীগ অসিগী ব্রাঞ্চ কয়ামরুম শেম্নবন্তু মীকম অসিনা থম্নখি। থবক অসি লাক্লিবা ১৯৭০ গী জানুৱারী থাগী অহানবা চয়োল্লগী পাইখৎপা হায়না লেপ্লখ্রে। অরোইবা ওইনা সভাপতিগী ফামদা শ্রীগৌর সিংহনা অন্থম্না হায়রিখি "নামতা থুবা থুবাক মখোল থোকপা হৌনদে। মণিপুরগী অমদি মণিপুরীশিংগী ৱাকম নৈনরকপা মতমদা মণিপুরগী মন্থং অমদি মপান্দা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী অমত্তা ওইবা ৱাখল, লিংজেল, মতেং অমদি থবক দরকাররনি।"

---



